# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

( অথৌপ্প হাংগা লোয়নবা অন্বয় ব্যাখ্যা )

[ মহিংগা শরুক ]

ইজবা—

শ্রীমৎ পরমহংস পরিব্রাজকাচার্য্য

শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি

বেদান্তাচার্য্য

শেম্শাজবা—

জ্ঞান মন্দির, ইম্ফাল

৭৯৫০০১

# য়ারোল্ খরদং

পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী কৃপাদগী শ্রীমৎপরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিজীনা ইবিবা শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা অথুম্ব য়াংগা লোয়নবা অন্বয়ব্যাখ্যা মরিশুবা শরুক অসি ছাপ। তৌবা লোইরহুনা, ভগবদ্ ভক্ত পুন্নমকী খুত্ত হাপচরি। লৎনবিরোই হায়না আশা তৌজে। শরুক অসিদা শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতাগী ১৮ শুবা অধ্যায় কাওবগী ব্যাখ্যা মপুং ফারে।

শ্রীমৎপরমহংসনা ইবা লাইরিক খুদিংমক; মরু ওইনা ভক্তিগী লম্বী, জ্ঞানগী লম্বী, কর্ম্মগী লম্বী, শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা অন্বয় ব্যাখ্যা অহান্ন, অনীশুবা, অমস্তুং অহুমশুবা শরুক ফোংবা মতমদা মণিপুর সরকারগী এডুকেশন বিভাগনা অহোঙবা মমলগী চেং অমস্তুং মতীক চাংবা শেনগী তেঙবাং পীরিবরকই লোয়ননা লাইরিক্ খুদিংমক্ কোপী চাম্বদগী তাদনা লৈংবিহুনা ঐখোয়দা মমল নাইত্রবা তেঙবাং ঈতং তত্তনা পীবিথি। হন্দক্ অরোইবা মরিশুবা শরুক্ অসি ফোঙজবসিদসু বিভাগ অসিনা চে রিম ৪০ (নিফু) অহোঙবা মমলদা পীবি অমস্তুং শেন্‌গং ওইনা লুপা ৪,০০০ (লীশিং মরি) গ্রান্ট ওইনা পীবিরকই। মসিনা লাইরিক অসি পুথোকচবদা লায়না থোকপনি। বিভাগ অসিগী মমল নাইত্রবা থৌজালসিবু ঐখোয়না কদৌতৈদসু কাউজরোই, লোয়ননা হননা হননা ধন্যবাদ তৌজরি।

মণিপুরগী ভগবদ্ পরায়ণ ওইরবী, ঈমাশিং অমস্তুং ঈবেম্মশিং কয়া-নসু মখাগী শেন্‌ফমশিং তেঙবাংবীরকুই। মহুদি—

ঙমজৈ। কমিতি অসিগী অপুন্ব, অশেংবা মতৌবু হননা হননা থাগৎচরি। তৌবিমল উৎপা ওইনা জ্ঞান মন্দিরগী কমিতি মেম্বর-শিংগী মিং লিস্ট অমা লাইব্রিক্ অসিগী মফম অমদা হাপচরি।

অরোইবদা পাঠকশিংগী মফমদা ঙাঁংশিংজরি, লাইব্রিক অসিদা অরান-তাহুই খরা থেংনবিগনি— মতুদি ১৪ শুবা অধ্যায় থাগদবা লাঃ ১৩৩৯ দগী ১২৫৯ ফাওবগী লাংতোন্দ ১৩ শুবা অধ্যায় হায়না থারি অমগ ১৭ শুবা অধ্যায়গী লাঃ ১২৪০ দগী লাইব্রিকী অরোইবা ফাওবদা "শ্রীমদ্ ভগবদ্ গীতা" .যেংকী লাংতোন্দ থারিবহু ওয়গী লাংতোন্দ থারমগদবনি অমসুং "১৭ শুবা অধ্যায়" "১৮ শুবা অধ্যায়" হায়না ওয়গী লাংতোন্দ থারিবহুনা য়েংকী লাংতোন্দ থাগদবনি। মশেংয়বা অসি ঐখোয়গী অশোনবা লৈবদগী ওইথিবনি অমসুং ঙাক-পিনবা প্রার্থনা তৌজবা। লাইব্রিক্ মফংগী ওইনাদি ঙমবমখৈ লানদনবা হোৎনজাখ। করিগুমবা অরানবা থেংনবিরগদি তাকাপরক্নবা প্রার্থনা ভৈজরি মতুংগী থুংনমদা চুংশোকনবা তৌজগনি।

ঐখোয়গী জ্ঞান মন্দিরগী প্রেসিডেন্ট মাননীয় শ্রীহাওবম ডাঃ বারুনী সিংগী থোইদোকপা মত অমা গীতাসগী মরমদা ইবি মহু তেংপা হাপচরি।

থায়গী সেবাদা
জ্ঞান মন্দির
ইম্ফাল।

তাং ২০ ৩। ৮৮ ইং

# য়াহৈ অমা অনৌদং

শ্রীশ্রীপরমাত্মাগী যোজানন্দগী শ্রীমৎপরমহংস স্বামী যোগেন্দ্র নন্দ গিরিজীনা ইবিবা শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতাগী মরিশুবা Volume কোং-জরে। মসিদা অধ্যায় ১৩ দগী ১৮ফাওবা য়াওরি। মসিগী মমাংদা Volume অহুম অমা কোংখ্রে। মহুদি—

অহানবা Vol. — অধ্যায় ১ দগী ৪ ফাওবা

অনীশুবা Vol. — " ৫ দগী ৮ ফাওবা

অহুমশুবা Vol. — " ৯ দগী ১২ ফাওবা

মসিদা শ্রীমৎপরমহংসনা ইবিরকপা গীতা মপুং ফারে। ইবিরকইবা গীতা অসি মণিপুরগী প্রজা ঐখোয় পুম্নমক্কী, মীরমলেন অমসুং লাইরমলেন অনীমক্তা, শোয়দনা কামবা ওইরগনি হায়বসি ঐগী লেপ্প থাজবনি।

শ্রীমৎপরমহংসগী গীতাসি য়াম্না মরু ওইব্রে। মবমধি মণিপুরদা মতীকচারবা বিদ্বান কয়ানা ইবিবা গীতা কয়া লৈরি। মণিপুরদি লায়রতুনা ভারতও যোগী ঋষি কয়ানা ইবিবা অমসুং মহাত্মা গান্ধি বিনোবা ভাবেনচিংনা লায়রিকশুবা মী কয়ানা ইবিবা গীতা কয়া লৈরি। গীতা পামজবদগী অসিগুম্বা মথক কয়াগী গীতা শিংসি লৈনজরে। অসিগুম্বা গীতাশিং সি—ঐগী মত্ত—মপুংদা ইবা মরি ইমান মায়েং হায়রবা লৌবা য়াই। তৌইগুবসুং গুরুদেবনা ইবি-রকইবা গীতা অসিদি, ইতোপ তোপ্পা ক্লাস ( Distinctive character ) অমা লৈবা ওইনা উজে। বেদান্তদা সূক্ষ্ম ওইরগা

ইবিরকপনি। ঐগী পুন্সিগী থংবা ওয়রোইদৌবা উপনিষৎ অমসুং শাস্ত্র কয়াগী Reference পিরি। সংস্কৃত য়াম্না হৈবা মাদ্রাজগী প্রোফেসর অমনা গুরুজীগী গীতাসি পারগা, ঐঙোন্দা তাকপি "গীতা পামছনা কয়া হৈনরে, পাহে তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা গীতা মণিপুরিদা হৈরমগনি হায়বসি মংগুম্না থোকই। যাম্বদি ইংলিসতা অনুবাদ তৌ, ভারত পুম্নমক্কী কাম্বা ওইগনি।" তাকপিরকইবসি শোযদনা অচুম্বা ওইগনি হায়বসি ঐগী লেপ্প থাজবনি। মরমদি গুরুদেবনা ইবিরকইবা গীতাসি ( গীতাদা নত্তে—ইবিয়ক্পা পুম্নমক ) হুগুন হুগুন পারগা মরুওইবা খংদবা কয়া ফুমহনা হৈরমই।

অয়োয়বদা জ্ঞান মন্দিরগী মেম্বর পুম্নমক্কী মতেংদগী লাইরিক অসি লায়না কোংবা ঙমজবনি। মখোয়সিগী মনুংদা থোয়দোক হেন্দোক্লা :—

১। শ্রীনোংমৈকাপম যদু সিংহ

২। শ্রীলাইশ্রম নিলচান্দ সিংহ

মেম্বর অনীসিনা মশা মশাগী ওইজবা কয়া থাদোক্লুনা হোংবদা গীতাসি কোংবা ঙম্বনি হায়বদা হায়রম্ব থোক্লোই। মথংদা—

১। শ্রীনিংথৌজম নদিয়াচান্দ সিংহ

২। " লাইশ্রম মনি সিংহ

৩। " ইরোম বিজয় সিংহ

ভদ্রলোক অহুম অসিনা গীতাগী ময়মদা হেক হায়জরুবদা য়াবিরক্লবা হৈত্রবা মেম্বর মক্তনি। অসিগুম্বা মেম্বরশিংবু অমসুং



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

## ১৩শুবা অধ্যায়

## ( অর্থ ত্রয়োদশোঽধ্যায়ঃ )

### আত্মস্বরূপায় ভগবতে কৃষ্ণায় নমঃ॥

শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাগী অধ্যায় ১৩শুবদগী ১৮শুবা কাওবা অধ্যায় ৬ সি জ্ঞানকাগুনি। অধ্যায় ৬ সিদা মক্কওইনা জীব অমসুং ব্রহ্ম অমত্তনি ; অশেংবা মশক্ত খেন্নবা লৈতে, ব্যবহার চংনবদা খেন্নবা উরি-খওলিবসিদি মায়া অমসুং অন্তঃকরণ (মন) ওইবা উপাধিশিং খেন্নবদগী তোবনি হায়বসি তাক্কনি। মতুংদা ১৩শুবা অধ্যায়সিগী মমিংদি "ক্ষেত্র-ক্ষেত্রজ্ঞবিভাগ যোগ" হায়বদি ক্ষেত্র অমসুং. ক্ষেত্রজ্ঞ খাইদোকপা যোগ কৌই। অধ্যায় অসিদা জড় (অচওবা নত্তবা অশিবা) প্রকৃতি অমসুং চেতন (অচওবা অহিংবা) আত্মা অনীসিবু খেন্নবা তাক্লগা আত্মা অমসুং ব্রহ্ম অমত্তনি হায়গনি। মতুংদসু অহানবদা ইন্দ্রিয় হক্চাংনচিংবা অসিদগী জীবাত্মা অতোপ্পনি হায়বসিবু শ্রীভগবান্ অসুম্না তাকপা হৌই—

## শ্রীভগবানুবাচ

**ইদং শরীরং কৌন্তেয় ক্ষেত্রমিত্যবিধীয়তে।**
**এতদ্ যো বেত্তি তং প্রাহুঃ ক্ষেত্রজ্ঞ ইতি তদ্বিদঃ ॥১॥**

**অন্বয়** —শ্রীভগবান্ উবাচ কৌন্তেয়। ইদং শরীরং ক্ষেত্রম্ ইতি অবিধীয়তে ; য এতদ্ বেত্তি তং ক্ষেত্রজ্ঞঃ ইতি তদ্বিদঃ প্রাহুঃ॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা** — শ্রীভগবান্ উবাচ=শ্রীভগবান্ন হায়বিখি— কৌন্তেয়=কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন। ইদং=(মীৎনা) শংশঙনা উরিবা ; শরীরং=ইন্দ্রিয়শিং অমসুং অন্তঃকরণগা (মনগা) লোয়নবা হকৃচাংসিবু ; ক্ষেত্রং ইতি=ক্ষেত্র (লৌবুক্) অস্থুম্ন ; অবিধীয়তে= কৌনৈ ; যঃ=মহাক্ অহুনা ; এতৎ=ক্ষেত্র কৌবা হকৃচাংসিবু ; বেত্তি=ঐনি অমসুং ঐগীনি হায়না খঙই ; তং=মাতৌ অস্থুম্ন খঙবা মহাক্ অহুবু ; ক্ষেত্রজ্ঞঃ ইতি=ক্ষেত্রজ্ঞ (ক্ষেত্র কৌবা হকৃচাংবু খঙবা) অস্থুমনা ; তদ্বিদঃ=ক্ষেত্র (হকৃচাং। অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞবু হকৃচাংবু খঙবা জীবত্মাবু) নীংথিনা খঙবা তত্ত্বজ্ঞানীশিংনা ; প্রাহুঃ=হায় ॥১॥

**অপুম্ব অর্থঃ** —শ্রীভগবান্ন হায়বিখি – কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন ! (মীৎনা) শংশঙনা উরিবা ইন্দ্রিয়শিং অমসুং অন্তঃকরণগা (মনগা) লোয়নবা হকৃচাংসিবু ক্ষেত্রজ্ঞ (লৌবুক্) অস্থুম্ন কৌনৈ, অহুগা মহাক্ অহুনা ক্ষেত্র কৌবা হকৃচাংসিবু ঐনি অমসুং ঐগীনি অস্থুম্ন খঙই ; মহাক্ অহুবু ক্ষেত্রজ্ঞ (ক্ষেত্র কৌবা হকৃচাংবু খঙবা) অস্থুম্ন ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞবু নীংথিনা খঙবা জ্ঞানীশিংনা হায় ॥১॥

# অথ্‌ভুপ্ল মাঃ

ক্ষেত্রগী অশেংবা অর্থদি লৌবুক্কি। লৌঃ উবা মীনা লৌবুক্ক মথল্ মথা অয়ামবা মরক্শিং হুল-লগা মতুদগী পোক্লকপা মহৈঃ মরোং-শিংবু চায়। মতৌ অদুমনা লৌবুক্কী মশক্ ওইবা হক্‌চাংসিদা জীবাত্মানা মথল্ মথা অয়ামবা পাপ-পুণ্য কর্ম্মশিংগী মশক্ ওইবা মরাশিং হুল-লগা মতুংগী মহৈঃমবোংশিংগী মশক্ ওইনা পোক্লকপা অয়া-মুংডাই মহৈঃশিংব চায়। মতৌ অমুম্ন ইন্দ্রিয়শিং অমসুং অন্তঃকবা (মন) লোয়নবা হক্‌চাংসিস্থ ক্ষেত্রগী (লৌবুক্কী) মতোগুমনা তৌবদগী মাবুস্থ (হক্‌চাংবুসু) ক্ষেত্র হায়না কৌবনি। ইন্দ্রিয়শিং অমসুং মন লৈতবা অশিবা হক্‌চাংদা কর্ম্মগী মশক্ ওইবা মরক্শিং হুনবা য়াদবা মরম্ন মতুবু (অশিবা হক্‌চাংবু) ক্ষেত্র কৌবা য়াদে। মবম্ অসিনা ইন্দ্রিয়শিং অমসুং মনগা লোয়নবা হক্‌চাংবু হাযবদি হিংলিঙৈগী হক্‌চাংবু ক্ষেত্র হায়না কৌবনি হায়বসি খঙগ-দবনি। অদুগা ক্ষেত্রগী মশক্ ওইবা হক্‌চাংসিগী মপু ওইনা লৈরিবা জীবাত্মাসি ক্ষেত্রজ্ঞনি (ক্ষেত্র ওইবা হক্‌চাংবু ঐনি অমসুং ঐগীনি খঙবনি।) খঙগদৌবা পোৎ অখঙবদগী (জ্ঞাতা ওইবা অখঙবা মীদগী) অতোপ্প ওই হায়বসি নিয়মনি। খঙগদৌবা পোৎ চক্ষুবু খঙবা মী অতোপ্প শোয়দনা ওই। মবম্ অসিনা মক্ষম অসিদসু ক্ষেত্র ওইবা হক্‌চাংবু খঙবা জীবাত্মা (ক্ষেত্রজ্ঞ) হক্‌চাংদগী অতোপ্পনি হায়বসি ময়েক্ল তাবে। অদুমক্ ওইদুনসু হক্‌চাংগী গুণশিংবু লৌঃহুনা "ঐনি, ঐ ঙৌই" অসি-নচিংবা হায়নৈ; "ঐ হক্‌চাংনি"

হায়বসিদি থক্ হায়নদে। মরম্ অসিনা ইন্দ্রিয়, মন অমসুং হক্চাং-দগী অতোপ্প অহুগা সংসারী ওইহুনা অন্না-মুংঙাই ফংলিবা আত্মাসি অশেংবা মশক্ত কনানো হায়বসিবু খঙ-ননবা শোয়দনা হোৎনগ-দবনি। আত্মাসিগী অশেংবা মশক্ খঙলবদি পোক্পা-শিবা নাইবা সংসারসিদা হংগৎহনদা চত্তুনা অন্না-মুংঙাই অমুক্ হননা ফংলোই, মতম পুম্নমক্ত মুংঙাইবগী মশক্ ওইবা অশেংবা ব্রহ্মদা তিনহুনা লৈবা ঙমগনি। শ্রুতিনসু অসুম্ন হায়রি—"তরতি শোকমাত্মবিৎ" (ছাঃ উঃ ৭/৩) —"আত্মাবু তশেংনা খঙবা মী সংসারগী অন্না-মুংঙাইদগী নাম্থোকই" ॥১॥

মতৌ অসুম্ন হক্চাং অমসুং ইন্দ্রিয়-নচিংবদগী অতোপ্প ক্ষেত্রজ্ঞ চেতন আত্মাবু তারুগা হৌজিক্ মহাক্ অশেংবা শক্তমদা পরব্রহ্মমক্তি, মঙোন্দগী অতোপ্প নত্তে হায়বসিবু তাক্লি ঃ—

**ক্ষেত্রজ্ঞঞ্চাপি মাং বিদ্ধি সর্ব্বক্ষেত্রেষু ভারত।**
**ক্ষেত্রক্ষেত্রজ্ঞয়োর্জ্ঞানং যত্তৎজ্ঞানং মতং মমঃ ॥২॥**

**অন্বয়**— ভারত! সর্ব্বক্ষেত্রেষু চ ক্ষেত্রজ্ঞং অপি মাং বিদ্ধি, ক্ষেত্রক্ষেত্রজ্ঞয়োঃ যং জ্ঞানং, তৎ জ্ঞানং মম মতম্॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা**— ভারত = ভরত নিংথৌগী শাগৈদা পোক্পা হে অর্জ্জুন! সর্ব্বক্ষেত্রেষু চ = অচৎ-চত্ত ক্ষেত্র (হক্চাং) পুম্নমকসিদা লৈবা; ক্ষেত্রজ্ঞং অপি = ক্ষেত্রজ্ঞ চেতন আত্মাসিবু; মাং বিদ্ধি = পরমেশ্বর পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐমক্তি খঙউ; ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞয়োঃ = মতৌ অসুম্ন ক্ষেত্র ওইবা হক্চাং অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা আত্মা অনীসিগী;

যৎ জ্ঞানং=খেন্ননা খঙবগী মশক্ ওইরা জ্ঞান অদু (মোক্ষ ফংনবগী মরম্ ওইবা মরম্) ; তৎ জ্ঞানং=মদু অশেংবা জ্ঞাননি হায়বসি ; মম মতম্—কৃষ্ণ ঐগী মতনি ॥১॥

**অপূম্ব অর্থ**—ভরত নিংথৌগী শাগৈদা পোক্‌পা হে অর্জুন ! অচৎ-চত্ত ক্ষেত্র (হক্‌চাংশিং) পুম্নমক্ত লৈবা ক্ষেত্রজ্ঞ চেতন আত্মা অসিবু পরমেশ্বর পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐমক্তি খঙউ ; মতৌ অসুম্ন ক্ষেত্র ওইবা হক্‌চাং অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা আত্মা অনীসিগী খেন্ননা খঙবগী মশক্ ওইবা জ্ঞানসিমক্ত মোক্ষ ফংনবা মরম্ ওইবদগী ত.শেংবা জ্ঞাননি হায়বসি কৃষ্ণ ঐগী মতনি ॥১॥

## অথ.প্ল বা

মসিগী অহানবদা হৌঃখিবা অধ্যায়দা শ্রীভগবান্—

**তেষামহং সমুদ্ধর্ত্তা মৃত্যুসংসারসাগরাৎ।**
**ভবামি নচিরাৎ পার্থ ময্যার্বেশিতচেতসাম্ ॥**

( গী: ১২/৭ )

"হে অর্জুন ! কৃষ্ণ ঐঙোন্দ পুক্নীং চঙশিলহনহুনা থমবা মী-শিংগী থীন্দনমক্ পোক্ল-শিন্না তৌবা সংসারগী মশক্ ওইবা সমুদ্রদগী লাম্থোক্‌হনবহু কৃষ্ণ ঐ ওইগনি" অসুম্ন হায়বিথি। মহুদা জীবনা মশাবু (আত্মাবু) অশেংবা মওঙদা খঙদনা সংসার সমুদ্রসিদগী লাম্থোক্লুনা চৎপা ঙমলোই। মরম্ অসিনা শ্রীভগবান্ন মাগী ভক্ত ওইবা মীশিংবু সংসার সমুদ্রদগী লাম্থোক্‌হনগে হায়বগীদমক্ আত্মাগী অশেংবা তত্ত্বু তাক্‌পা হৌবনি। মহুদা থরায়পানবশিংগী মশাং

লাক্উমদনা লৈবা হক্‌চাংশিং পুম্নমক্ত অশেংবা মওঙদা আত্মা অমত্তংদা লৈ ময়াম নত্তে হায়বসি তাক্লনবগীদমক্ "ক্ষেত্রজ্ঞম্" অস্থুম্ন 'একবচন' পীত্নুনা অমত্ত ওইবা ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাসিবু অত্থুগা ক্ষেত্র ওইবা হক্‌চাংশিংবুদি "সর্ব্বক্ষেত্রেষু" অস্থুম্ন 'বহুবচন' পীত্নুনা ময়াম ওইনা হায়। মপানথোংগী ব্যবহারগী মতমদা ঐখোয়না হক্‌চাং খুদিংমক্ত তোপ্প তোপ্প অম্মম ওইনা ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মশিং উরি-খণ্ড-লিবসিদি মায়াগী মশক্ ওইবা প্রকৃতিদগী ওইরকপা অকুপ্প হক্‌চাংগী মকোক্ ওইত্নুনা লৈবা অন্তঃকরণ উপাধিশিং খেন্নবদগীনি। খুদম ওইনা হায়ববদি— আকাশ (অতিয়া) অশেংবা মওঙদা অমত্ত ওই-রবস্থ পৃথিবীদা লৈবা মশীং লাকওমদবা য়ুম্ পুম্নমক্ত চঙত্নুনা উপাধি ওইনা য়ুম্ খুদিংমক্ত তোপ্প তোপ্প মশীং নাইদনা আকাশ লৈবগুমবনি ; বিচার (রাখল) তৌত্নুনা য়েংলবদি য়ুম্ মশীং নাইদনা ময়াম ওইর-বস্থ মখোয়গী মনুংদা চঙত্নুনা লৈরিবা আকাশ ময়াম নত্তে, অমখক্তনি। মতৌ অস্থুম্ন মশীং নাইদনা লৈবা ক্ষেত্র ওইবা হক্‌চাংশিংদা লৈবা ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মা অশেংবা মওঙদা ময়াম নত্তে অমত্তনি হায়না খঙত্নুনা লেপ্‌কদবনি। মসিবু লেপ্প খঙদ্রবদি সংসার সমুদ্রবু লাম্থোক্তুনা চৎপসি ওইথোক্কবনি। মরম্ অসিনা শ্রুতিনা (বেদনা) অস্থুম্ন হায়-রি "মৃত্যোঃ স মৃত্যুমাপ্নোতি যঃ ইহ নানেব পশ্যতি" (বৃঃ উঃ ৪।৪।১৯)—"মী অত্থুনা অসিগুমবা অমত্ত ওইবা আত্মতত্ত্বসিদা ময়ামগী মওঙ (মশক্ মতৌগুম) উই (খঙই), অত্থুগুমবা মীত্থু শিরবা তুংদা হনবা পোক্তুনা অশিবা ফংত্নুনতা লৈ।"

মসিদা নত্তনা অসিগুমবা অমত্ত ওইবা আত্মতত্বসি শ্রীভগবা-ন্দগীস্থ অতোপ্প নত্তে অশেংবা মওঙদা শ্রীভগবানমক্তি হায়বসিবু ইবুংঙো মহাক্ত (ভগবান্ন) "ক্ষেত্রজ্ঞঞ্চাপি মাং বিদ্ধি"- "ক্ষেত্রজ্ঞ জীবাত্মাসিমক্ অশেংবা শক্তমদা সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐমক্তি, ঐ-ঙোন্দগী অতোপ্প নত্তে, শূপ্প অজ্ঞাননা মরম্ ওইত্নুনা অন্তঃকরণ (পূক্নীংগী মশক্ ওইবা মন) উপাধি লৈবদগী ব্যবহারদা তোপ্প উবদনি হায়বসি নীংথিনা খঙউ, ত্রস্নুম্ন খঙলবদি সংসার সমুদ্রদগী লায়না লাম্থোক্পা ঙমগনি, অত্নুগা মস্নুম্ন খঙবসি জ্ঞান হায়বত্নুনি" হায়না তাক্লি। শ্রুতিশিংনস্থ অস্নুম্নতাক্লি—"তত্ত্বমসি" (ছাঃ উঃ ৬।৮।৭) "পরমাত্মাত্নু নঙমক্তি।" "অয়মাত্মা ব্রহ্ম" (বৃঃ উঃ ১।৫।১৯)—"আত্মাসি ব্রহ্মনি।" "জীব এব সদা ব্রহ্ম"—(তেঃ বিঃ উঃ ৬।৩৮)—"মতম পূম্নমক্ত জীবসিমক্ ব্রহ্মনি"। "আত্মানমেবাহংবেদাহং ব্রহ্মাস্মিতি" (বৃঃ উঃ ১।৪।১০)—"আত্মাসিমক্তবু ঐনি, ব্রহ্মনি হায়না খঙগদবনি।" "তদেতৎ সত্যমাত্মা ব্রহ্মৈব ব্রহ্মাত্মৈ-বাত্র হ্যেব ন বিচিকিৎস্যম্" (নৃঃ উঃ উঃ ৯)—"মসি অচুমবমক্তি, মত্নুদি আত্মা ব্রহ্মমক্তি ব্রহ্ম আত্মামক্তি, মসিদা লেপ্পনক্ চিংনবা তৌরোইদবনি।"

শ্রীমদ্ভাগবতকী মস্নুংদস্থ কপিল ভগবান্ন মমা দেবহূতিগী মফমদা অস্নুম্ন হায়ক্তি—

অর্চ্চাদাবর্চ্চয়েত্তাবদীশ্বরং মাং স্বকর্ম্মকৃৎ।
যাবন্ন বেদ স্বহৃদি সর্ব্বভূতেষ্বস্থিতম্ ॥

**আত্মনশ্চ পরস্যাপি য করোত্যন্তরোদরম্ ।**
**তস্য ভিন্নদৃশো মৃত্যুর্বিদধে ভয়মুল্বণম্ ॥**

ভাঃ ৩/২৯/২৫ ২৬)

"থরায় পানবা পুম্নমক্ত আত্মা ওইনা লৈবা ঐবু (কপিল ভগবানবু) মশাগী হৃদয়দা (পুক্লীংদা) নীংথিনা খঙদ্রিবা অতুকী মথৈ মশাগী কর্ম্ম তৌতুনা লৈবা মী অতুনা পূজা-নচিংবা তৌবদা ঈশ্বর ঐগী আরাধনা তৌতুনা লৈগদবনি ॥২৫॥ মরম্দি মী অতুনা আত্মা অমসুং পরমাত্মাদা খজিক্তং ফাওবা খেন্নবা তৌররদি (খেন্নবা রাখল্ থমলবদি) খেন্ননা হেংলিবা মী অতুগী মৃত্যুনা য়ামনা অকিবা মপোক্ ফংহনলনী ॥২৬॥"

মসিদা নক্তনা শ্রীমদ্ভাগবতকী অ'রাইদা শ্রীশুকদেব মুনিনা রাজা পরীক্ষিৎপু অরোইবা উপদেশ (পাউতাক্) ওইনা অস্মুম্ন হায়রি—

**ঘটে ভিন্নে যথাহহকাশ আকাশ স্যাৎ যথা পুরা ।**
**এবং দেহে মৃতে জীবো ব্রহ্ম সম্পদ্যতে পুনঃ ॥৫॥**
**মনঃ সৃজতি বৈ দেহান্ গুণান্ কর্ম্মাণি চাত্মনঃ ।**
**তন্মনঃ সৃজতে মায়া ততো জীবস্য সংসৃতিঃ ॥৬॥**
**অহং ব্রহ্ম পরং ধাম ব্রহ্মাহং পরমং পদম্ ।**
**এবং সমীক্ষ্যাত্মানমাত্মন্যাধায় নিষ্কলে ॥১১॥**
**দশন্তং তক্ষকং পাদে লেলিহানং বিষাননৈঃ ।**
**ন দ্রক্ষ্যসি শরীরং চ বিশ্বং চ পৃথগাত্মনঃ ॥১২॥**

(ভাগঃ ১২/৫)

"চক্ষু কায়খ্রবা মতুংদা মতুগী মতুংদা লৈরমবা অপিকৃপা আকাশ (অতিয়া) অহু ছাননা লৈরমবা অহুগুমনা অচৌবা আকাশ ওইনা লৈ। মতৌ অহুমনা জ্ঞানীগী আত্মাসু হকৃচাং শিরবদা অমুক্ত ত্রনা ব্রহ্মদা তিনহুনা লৈ ॥৫॥ জীবাত্মাসিগী হকৃচাংশিং, গুণশিং অমসুং কর্ম্মশিংবু (থবকৃশিংবু) মননা (পুক্লিংনা) শেমৃঙ্গী অহুগা মায়ানা মন অহুবু শেমৃঙ্গ, মহুদগী জীবসিগী সংসার ওইরিবনি ॥৬॥ খ্বায়দগী অথোইবা খুবম ব্রহ্মহু ঐনি অমসুং খ্বায়দগী অথোইবা থুংনকম ওইবা ব্রহ্মহু ঐনি–তস্পুম্ন পুক্লীংদা লেপ্প লৈতনা, মচেৎ মকায় অমত্ত লৈতবা পরমাত্মাদা আত্মাবু তিলহল-লু ॥১১॥ মহুম্ন তৌরবদি খোঙদা হু লৈবা চীম্ন লেকুনা চীক্লিবা তক্ষক কৌবা লিনবু, হকৃচাংবু অহুগা তাইবঙপান পুম্নমকৃসিবু আত্মাদগী অতোপ্প ওইনা নঙনা উরোই ॥১২॥

মসিগী পাউখুমদা পরীক্ষিৎনা শুকদেববু অসুম্ন হায়—

**ভগবংস্তক্ষকাদিভ্যো মৃত্যুভ্যো ন বিভেম্যহম্।**
**প্রবিষ্টো ব্রহ্ম নির্ব্বাণমভয়ং দর্শিতং ত্বয়া॥**
**অজ্ঞানং চ নিরস্তং মে জ্ঞানবিজ্ঞাননিষ্ঠয়া।**
**ভবতা দর্শিতং ক্ষেমং পরং ভগবতঃ পদম্॥**

(ভাঃ ১২/৬/৫,৭)

"ভগবন্। নহাক্ত তাকৃপিবা অকিবা লৈত্রবা মোক্ষগী মশক্ ওইবা ব্রহ্মদা ঐ চঙহুনা (তিনহুনা) লৈজরে। মৃত্যুগী মশক্ ওইবা তক্ষক-নচিংবদগী ঐ করিমত্তা কিজদ্রে। জ্ঞান অমসুং বিজ্ঞানদা (আত্মাবু শংশঙনা খঙবা জ্ঞানদা) পুক্লীং চঙহুনা লৈবা মরমদগী

ঐগী অজ্ঞান মাডথ্রে। য়াইফবগী মশক্ ওইবা পরমাত্মাগী খুবমহুবু নহাক্ক ঐঙোন্দ তাক্পিরে॥”

হায়রিবসি শ্রীমদ্ভাগবতকী ৱাঃনি। মতৌ অসুম্ন গীতা শাস্ত্র অসিদসু শ্রীভগবাম্ন ভক্ত ওইবা মীশিংগী অৱান্ খুবম ওইবা য়াইফবা ওইনবগীদমক্ আত্মতত্বগী অশেংবা মওঙহুবু তাক্পিহুনা ক্ষেত্রজ্ঞ জীবাত্মাসি সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণমক্নি, মঙোন্দগী (কৃষ্ণদগী) অতোপ্প নত্তে তাক্পিরিবনি। অদুবু মসিদা কনা কনাগুমবা মীনা জীবাত্মাসিবু ভগবান্দগী অতোপ্প অমা নত্তে হায়বা ৱাসিবু য়ানিংদহুনা “ক্ষেত্রজ্ঞঞ্চাপি মাং বিদ্ধি” হায়বা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণমকী ৱাহৈং অসিদা “অপি” শব্দ অসিবু “মাং” শব্দগী তুংদা পুরক্তুনা “ক্ষেত্রজ্ঞঞ্চ মামপি বিদ্ধি” হায়বদি “কৃষ্ণ ঐবুস্ন ক্ষেত্রজ্ঞনি (ক্ষেত্রগী মশক্ ওইবা হক্চাংসিতবু খঙবান) অসুম্ন খঙউ হায়না অর্থ তৌগ। অদুবু শ্রীভগবান্ কৃষ্ণদি সর্ব্বজ্ঞনি ( পুম্নমক্পু খঙবনি ) হায়বসি বেদ পুরাণ-নচিংবদা ফাওদুনা লৈরিবনি। মসিদা “হক্চাংদবু খঙবা ঐহাক্সুনি খঙউ” হায়হুনা হক্চাংবু লোঃরগা হায়বসি করি কান্নফম লৈ? হক্চাংবু খঙদবা ওইনা শ্রীভগবান্গী মরমদা চিংনরবতদা— “ঐবুস্ন হক্চাং খঙবনি খঙউ’ হায়ফম থোক্ই। মরম্ অসিনা অসিগুমবা অর্থসিগী মরমদদি লৌশিংশিংবা মীনা খন্দুনা হায়বদি ৱাখল্ তৌহুনা য়েংগদবনি। মসিদা থোইনা হায়ফম থোক্তে ॥২॥

মথক্ত শ্লোক অনীনা হায়খিবা ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ অনীসিগী মরমদা শনদোক্ন তাক্কে হায়বগীদমক্ শ্রীভগবান্ন অসুম্ন হায়বা হৌই—

**তৎক্ষেত্রং যচ্চ যাদৃক্‌চ যদ্বিকারি যতশ্চ যৎ।**
**স চ যো যৎপ্রভাবশ্চ তৎ সমাসেন মে শৃণু ॥৩॥**

**অন্বয়**—তৎ ক্ষেত্রং যৎচ যাদৃক্‌চ যদ্বিকারি যতঃ চ যৎ স চ যঃ যৎ প্রভাবঃ চ তৎ সমাসেন মে শৃণু ॥৩॥

**অন্যায়ব্যাখ্যা**—তৎ ক্ষেত্রং=অহাম্ব শ্লোকতা ইন্দ্রিয় অমসুং অন্তঃকরণ-মচিংবগা লোয়নবা হায়খিবা হক্‌চাংগী মশক্ ওইবা ক্ষেত্রতু; যৎ চ=অতুগা মহাক্কী অচেতন ওইবা (অহিংবা নত্তবা) স্বভাব নচিংবা; যাদৃক্ চ=অপাম মিহৌ-নচিংবা দোষশিংনা ভিনতুনা লৈবগী মওঙ: যদ্বিকারি=মওঙ নীংথিনা লেপ্প ওমদনা ইন্দ্রিয়-নচিংবগা লোয়নবা লৈবা; যতঃ চ=করি মরম্‌দগী মহাক্ (ক্ষেত্র) অসি পোক্লকপনো; যৎ=ক্ষেত্র অসি অশেংবদা করম্ব মশক্‌নো; স চ=অতুগা মথক্ত হায়খিবা ক্ষেত্রজ্ঞ (জীবাত্ম) অতু; যঃ=মহাক্ অশেংবা শক্তমদা করম্বনো; যৎপ্রভাবঃ চ=অতুগা মতুদা তৌবা ওমবা শক্তিশিং করম্ করম্বনো (করি করিনো'; তৎ=মতু পুম্নমক্ অঙ্বু; সমাসেন=শমলপ্প; মে=কৃষ্ণ ঐগী ব্রাহৈঃশিংদগী; শৃণু=নওনা তাও ॥৩॥

**অপূর্ব অর্থ**—মথক্ত হায়খিবা হক্‌চাংগী মশক্ ওইবা ক্ষেত্রগী মওঙ, মাগী হৌনশা ওইবা স্বভাব, মাগী অপাম-মিহৌনচিংবা দোষ গুণ, মহাক্ কদায়দগী পোক্লক্‌পনো অমসুং ক্ষেত্রসিগী অশেংবা মশক্ করিনো, মতৌ অসুম্ন মথক্ত হায়খিবা ক্ষেত্রজ্ঞতু (জীবাত্মাতু) করিনো; অশেংবা শক্তমদা মহাক্ কনানো অমসুং মতুদা তৌবা ওমবা করম করমবা শক্তিশিং লৈবা অসিন-চিংবা পুম্নমক্ অঙ্বু কৃষ্ণ ঐগী সমলপ্প ব্রাহৈঃশিংদগী নওনা তাও ॥৩॥

ঈবুংঙো নওনা শমলপ্প তাক্কে হায়রিবসিবু কনানা অহাম্বদা

শনদোক্ল হায়খিবগে ভস্মুন্ন চিংনববদা তাঃরিবা মীশিংগী পুক্লীং থৌগৎনবগীদমক্ ভগবান্ন অস্মুন্ন হায়রি —

**ঋষিভির্বহুধা গীতং ছন্দোভির্বিবিধৈঃ পৃথক্ ।**
**ব্রহ্মসূত্র পদৈশ্চৈব হেতুমদ্ভির্বিনিশ্চিতৈঃ ॥৪॥**

**অন্বয়** —(তৎ ক্ষেত্রক্ষেত্রজ্ঞতত্ত্বং) ঋষিভিঃ বহুধা গীতং, বিবিধৈঃ ছন্দোভিঃ পৃথক্ (গীতম্), (তথা)ঃ হেতুমদ্ভি বিনিশ্চিতৈঃ ব্রহ্মসূত্র পদৈঃ চ এব (পৃথক্ গীতম্) ॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা** — (তৎ ক্ষেত্রক্ষেত্রজ্ঞ তত্ত্বং) ঋষিভিঃ =(ক্ষেত্র অমস্তুং ক্ষেত্রজ্ঞগী অশেংবা মশক্ ওইবা তত্ত্বতুবু) বশিষ্ঠ নচিংবা ঋষিশিংনা ; বহুধা গীতং = যোগবাশিষ্ঠ নচিংবা শাস্ত্রশিংদা য়াম্না শক্খ্রে (ইখ্রে— হায়খ্রে); বিবিধৈঃ ছন্দোভিঃ = মখল -মথা য়ামলবা শাখাশিংগা (মশাশিংগা) লোয়নবা ঋগ বেদ, সামবেদ নচিংবনা ; পৃথক্ (গীতং) — কর্ম্মকাণ্ডগী মন্নুং চননা তোপ্প হায়খ্রে ; (তথা) হেতুমদ্ভিঃ =(মতৌ অহুম্ন) যুক্তিশিংগা লোয়নবা ; বিনিশ্চিতৈ = অরেপ্প ওইবা ; ব্রহ্মসূত্র পদৈঃ চ এব (পৃথক্ গীতং — ব্রহ্ম লৈ হায়বা খণ্ডনবা মানা তৌবা থবক্ল তাকপা অমস্তুং মাগী (ব্রহ্মগী) অশেংবা মশক্তবু তাক্পা উপনিষৎশিংগী মন্ত্রশিংনস্ত তোণাননা হায়খ্রে ॥৪॥

**অপূম্ব অর্থঃ** — বশিষ্ঠ-নচিংবা ঋষিশিংনা ক্ষেত্র অমস্তুং ক্ষেত্রজ্ঞগী অশেংবা মশকপু যোগবাশিষ্ঠ-নচিংবা শাস্ত্রদা য়ামনা হায়খ্রে ; মখল্ মথা য়ামনা শাখা ( মশা ) লৈবা ঋগবেদ, সামবেদ-নচিংবনা কর্ম্মকাণ্ডগী মন্নুং চননা তোপ্প হায়খ্রে, অহুগা যুক্তিশিংগা লোয়নবা

তবেপ্ল ওইনা ব্রহ্ম লৈ খণ্ডনবা তাক্পা তমস্তুং ব্রহ্মগী মশক্ মওঙবু তাক্পা উপনিষৎশিংগী মন্ত্রশিংনস্থ তোঙাননা হায়খ্রে ॥৪॥

## অথ্‌প্ল বা

হক্‌চাংনচিংবগী মশক্ ওইবা ক্ষেত্র অদুগা ক্ষেত্রসিবু ঐনি অমস্তুং ঐগীনি খণ্ডদুনা ব্যবহার তৌবিবা ক্ষেত্রজ্ঞ (জীবাত্মা) অনী অসিবু তোঙান-তোঙাননা খণ্ডদুনা লেপ্লবগীদমক্ বশিষ্ঠ-নচিংবা ঋষিশিংনা যোগবাশিষ্ঠ-নচিংবা শাস্ত্রশিংদা য়াম্না শুগায়না তাকুনা ইবি। অদুগা মশাবু কর্ত্তা (থবক্ তৌবা মীনি)অমস্তুং ভোক্তানি (থবক্কী মহৈঃ চাবনি) লেপ্পুনা স্বর্গ-নচিংবগী মহৈং পামদুনা মথল্ মথা অয়াম্ব কর্ম্ম তৌনীংলিবা মখোযশিংদুগীদি কর্ম্মকাণ্ডদা শীঞ্জিন্নবিবা অমস্তুং শাখাশিং (মশা মযাম) খাইদোক্ল লৈবা ঋগবেদ, সামবেদ-নচিংবনস্থু যজমানগী মশক্ ওইনা ক্ষেত্রজ্ঞসিবু ব্রহ্মমক্লি হায়দুনা চিংনবা লৈতনা যুক্তিশিংগা লোয়ননা ব্রহ্ম লে হায়বসি মাগী থবক্‌শিংনা তাক্লগা মাগী অশেংবা মশক্ মওঙবুস্থু হায়রি। মসিবু তাক্কে হায়বগীদমক্ শ্রীভগবান্ন "ব্রহ্মসূত্রপদৈশ্চৈব" অস্থুম্না হায়বসিদা—"ব্রহ্মসূত্র'গী অর্থদি **"ব্রহ্মসূত্র্যতে=সূচ্যতে—স্বকার্য্যেণ প্রতিপাদ্যতে তৈরিতি ব্রহ্মসূত্রানি।"** "উপানিষৎশিংগী মন্ত্রশিংনা ব্রহ্ম লৈ হায়বসিবু মাগী থবক্ল তাক্পসি ব্রহ্মসূত্রনি।" মসিগী খুদমদি—**"যতোবা ইমানি ভুতানি জায়ন্তে, যেন জাতানি জীবন্তি, যৎপ্রযন্ত্যভিসংবিশন্তি, তদ্‌ব্রহ্ম"** (তৈঃ উঃ ৩।১)—"মদুদগী অচৎচত্ত তাইবঙপানসি পোক্লকই, মদুনা মরম্ ওইদুনা পোক্লকইবা

পুন্নমক্সি হিংতুনা লৈ অতুগা মাওবা (শিবা) মতমদা পুন্নমক্সি মতুদা অমুক্ হননা তিললী, অসিগুমবা মহাক্ অতু ব্রহ্মনি।" মতৌ অসুমনা "ব্রহ্ম সূত্রপদৈঃ"দা 'পদ'গী অর্থদি—ব্রহ্ম পদ্যতে—স্বরূপেণ সাক্ষাৎ প্রতিপাদ্যতে তৈরিতি ব্রহ্মপদানি"—"শংশঙনা ব্রহ্মগী মশকপু তাক্পা উপনিষংকী মন্ত্রশিং ব্রহ্মপদগী অর্থনি।" খুদমদি—"সত্যং জ্ঞানমনন্তং ব্রহ্ম" (তৈঃ উঃ ২।১—"সৎ, চিৎ অমসুং ওংখৈ লৈতবতু ব্রহ্মনি" অসি-নচিংবনি।

অতুগা "হেতুমদ্ভির্বিনিশ্চিতৈঃ"—"অরেপ্প যুক্তিশিংগা লোয়নবা" হায়খিবা অতুসু—"**সদেব সোম্যেদমগ্র আসীদেকমেবাদ্বিতীয়ম্ তদ্ধৈক আহুরসদেবেদমগ্র আসীদেকমেবাদ্বিতীয়ং তস্মাদসতঃ সজ্জায়েত।।**" (ছাঃ উঃ ৬।২।১)—"য়েংবদা নুংশিবা হে শ্বেতকেতু! লৈঃশেমদ্রিঙৈগী মমাঙদা উবিবা তাইবংপুম্বগী অনীশুবা লৈতবা সূপ্ন সংব্রহ্মতমক্ লৈরমঙ্ঈ। মতুবু মী খবনা অসুম্ন হায়—লৈঃশেম্‌দ্রিঙৈদা অনীশুবা লৈতবা সূপ্ন অমত্ত ওইবা অসৎ (শূন্য) লৈরমঙ্ঈ, অসৎ অতুদগী সং ওইবা (লৈ হায়না খঙনরিবা) তাইবঙপান অসি পোক্লকৃঈ।" মতৌ অসুমনা হায়রগা —"**কুতস্তু সোম্যৈবং স্যাদিতি হোবাচ কথমসতঃ সজ্জায়েত**" (ছাঃ উঃ ৬।২।২)—"য়েংবদা নুংশিবা হে শ্বেতকেতু! মসি করম্ন ওইবা য়াগনি? অসংতগী (শূন্য হায়বদি করিমত্ত লৈতবদগী) সং (অরৈবা পোৎ) করম্ন পোকনি?" অসি-নচিংবা অসি হক্চাংসিদা ক্ষেত্রজ্ঞ ওইনা লৈরিবা ব্রহ্মবু তাক্পা, চিংনবা লৈত্রবা যুক্তিশিংনি হায়না খঙগদবনি ॥৪॥

মতৌ অসুম্ন ভাঃরিবা অর্জ্জুনবু ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞগী মরমদা পুক্নীং থিংজিনহনলগা মখা শ্লোক অনীদা ক্ষেত্রগী মবমদা অসুম্ন হায়রি—

**মহাভূতান্যহংকারো বুদ্ধিরব্যক্ত মেব চ।**
**ইন্দ্রিয়াণি দশৈকংচ পঞ্চচেন্দ্রিয় গোচরাঃ ॥৫॥**
**ইচ্ছাদ্বেষঃ সুখংদুঃখং সংঘাতশ্চেতনা ধৃতিঃ।**
**এতৎ ক্ষেত্রং সমাসেন সবিকারমুদাহৃতম্ ॥৬॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** — (পঞ্চ) মহাভূতানি=অপৌবা আকাশ মুংশিংনচিংবা ভূত মঙাগী মরূ ওইবা তন্মাত্র কৌবা অকুপ্প মহা ভূত মঙা; অহংকারঃ=মহাভূত মঙাসিগী মরম্ ওইবা অমসুং "অহং" হায়বদি "এ" অসুম্ন অভিমান (নাপল) তৌবা অহংতত্ত্ব; বুদ্ধি ঃ=অহং তত্ত্বগী (অহংকারগী) মবম ওইবা অমসুং অবেপ্প জ্ঞানগী মশক্ ওইবা মহৎতত্ত্ব; অব্যক্তং এব চ=অদুগা মহৎতত্ত্বগী মরূ ওইবা সত্ব, রজঃ তমঃ গুণ অহুমগী মশক ওইবা প্রকৃতি (মায়া); ইন্দ্রিয়ানি দশ একং চ=মাকোঙ-মচিংবা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা, থুং-মচিংবা কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা, অমসুং মন (পুক্নীং) মতৌ অসুম্ন মখোয় তরামা থোই; পঞ্চ চ ইন্দ্রিয়গোচরাঃ—অদুগা মকোং-মচিংবা জ্ঞানেন্দ্রিয় অমসুং থুংমচিংবা কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙানা থঙলিবা অমসুং লৌঃরিবা আকাশ-মচিংবা অপৌবা ভূত মঙা ॥৫॥ ইচ্ছা=ভোগ্য ওইবা পোৎশিংবু পামবা, দ্বেষঃ=পামদবা পোৎশিংবু য়েংথিবা; সুখং=অপা মবা পোৎ ফংলগা নুংঙাইবা; দুঃখং=পামদবা পোৎ ফংলগা নুংঙাইতবা (য়াবা); সংঘাতঃ=হকচাং অমসুং ইন্দ্রিয়শিং পুম্ন তিনশিনহনা লৈবা মওঙ; চেতনা=চেতন (জ্ঞানগী মশক্ ওইবা)

আত্মাগী মি (আভাস) তাবদগী অন্তঃকবণদা (পুক্লীংগী মশক্ ওইবা মনদা) লৈবা জ্ঞান শক্তি ; ধৃতিঃ=অৱা-অনা-নচিংবা খঙনবা শক্তি ; এতৎ=মসি পুম্নমকসি ; সবিকারং ক্ষেত্রম্=মখোয় মখোয়গী থবক্শিংগা লোয়ননা ক্ষেত্রনি হায়না ; সমাসেন উদাহৃতম্=সমলপ্ন খৃদম ওইনা পীবনি ॥৬॥

**অপূন্ব অর্থ :**—অপোবা আকাশ-নচিংবা ভূত মঙাগী মরূ ওইবা (মরম্ ওইবা) তন্মাত্র কৌবা অকূপ্প মহাভূত মঙা, মহাভূত মঙাসিগী মরম্ ওইবা "অহং" হায়বদি "ঐ" হায়না চাউথোক্পা অহংতত্ত্ব, অহংতত্ত্বগী মরম্ ওইবা অমস্তুং অবেপ্প জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা, কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা অমস্তুং মন, জ্ঞানেন্দ্রিয়-নচিংবা ইন্দ্রিয় তরাগী বিষয় ওইবা অপোবা আকাশ-নচিংবা ভূত মঙা ॥৫॥ ভোগ্য ওইবা পোৎপু পামবা (ইচ্ছা), পামদবা পোৎপু য়েংথিবা (দ্বেষ), অপামবা পোৎ ফংলগা নুংঙাইবা (সুখ), পামদবা পোৎ ফংলগা নুংঙাইতবা (ৱাবা—দুঃখ), হকচাং অমস্তুং ইন্দ্রিয়শিং পুম্ন তিনশিনজুনা লৈবা মওঙ (সংঘাত), চেতন আত্মাগী মি (মমি) তাবদগী অন্তঃকরণদা (মনদা) লৈবা জ্ঞান শক্তি (চেতনা), অৱা-অনা খঙন-নবা শক্তি (ধৃতি,) মসি পুম্নমকসি মখোয় মখোয়গী থবক্শিংগা লোয়ননা ক্ষেত্রনি হায়না সমলপ্ন খৃদম ওইনা পীবনি ॥৬॥

## অথূপ্প ৱাং

ঐখোয়না উরিবা, খঙলিবা অপোবা আকাশ (অতিয়া) নুংশিৎ, মৈং, ঈশিং অমস্তুং পৃথিবী মঙাসিগী মরম্ ওইনা অকুপ্প ভূত মঙা

লৈ। মখোয় অসু মথং মনাউ নাইনা শব্দতন্মাত্র, স্পর্শতন্মাত্র, রূপতন্মাত্র অমসুং গন্ধতন্মাত্র হায়না কৌই। মখোয় মঙা অসি অপোৎবা আকাশ-নচিংবা ভূত মঙাদা কারণ (মরম) ওইনা শীন্-থুংনা য়ামনা পাক্-চাউনা লৈবা মরমদগী মহাভূত হায়না কৌই। হায়রিবা মহাভূত মঙাসি "অহং" (ঐ) হায়না অভিমান (চাউথোকপা) তৌবা অহংকার তত্ত্বদগী পোক্লকই; অদুগা অহংকার তত্ত্বসিদি বুদ্ধিগী মশক্ ওইবা মহত্তত্ত্বদগী পোক্লকই, মহৎতত্ত্বদি সত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অহুমনা তিনদুনা লৈবা প্রকৃতিদগী (ঈশ্বরগী মথা পোনদুনা লৈবা মায়া শক্তিদগী) পোক্পনি। মায়াগী মশক্ ওইবা প্রকৃতিসিদি কনা অমত্তদগী পোক্পা নত্তে, মহাশক্তি মতম পুম্নমক্ত ঈশ্বরদা চঙজদুনা শক্তি ওইনা লৈ। মতৌ অসুমনা প্রকৃতি, মহৎতত্ত্ব, অহংকার অমসুং মহাভূত কৌবা তন্মাত্র মঙা পুম নীপাল্ অসি অপোৎবা তাইবঙসিগী শেমগৎনবা মথং-মনাউ নাইনা মরম্ ওই। মতৌ অসুম তৌনা অরোইবদা হায়রিবা মহাভূত কৌবা অকুপ্প তন্মাত্র মঙাসিদগী অহাঙদা মথং মনাউ নাইনা নাকোঙ-নচিংবা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা, খুৎনচিংবা কর্মেন্দ্রিয় মঙা: মন অমসুং আকাশ-নচিংবা অপোৎবা ভূত মঙা পুম্ন তরাতরক্কসি পোক্লকই। মতৌ অসুম্ন মসিদা প্রকৃতি-নচিংবা নীপাল তিনশিল-লগা মশীং কুনমরি ওই। মখোয় অসিবু কপিল ঋষিগী সাংখ্য শাস্ত্রদা তত্ত্ব কুনমরি কৌই। মখোয় পুম্নমক্সি ক্ষেত্রগী মন্নুং চনবা ঙাক্তনি। মসিদা নত্তনা নৈয়ায়িক অমসুং বৈযেশিকশিংনা আত্মাগী গুণ ওইনা লৌরিবা ইচ্ছা, দ্বেষ-নচিংবা পুম্নমক্সিসু অন্তঃকরণগী (মনগী) ধর্ম্ম

ওইবা মরম্‌দগী ক্ষেত্রগী মতুং চনবা ঙাক্তনি হায়বসিবু ভগবাম্ন তাক্লি। আত্মাদি নির্গুণ ওইবা মবম্ন মঙোন্দ গুণ অমত্ত লৈতে. আত্মাগী উপাধি ওইবা অন্তঃকরণদা লৈবা ইচ্ছা, দ্বেষ নচিংবা অত্তুবু অজ্ঞানী ওইবা মীশিংনা ব্যবহারদা আত্মাগীনি হায়না খঙনবতনি। শ্রুতি-নসু তস্থম্না হাযবি "কামঃ সংকল্পো বিচিকিৎসা শ্রদ্ধাঽশ্রদ্ধা ধৃতিরধৃতির্হ্রীর্ধীর্ভীরিত্যেতৎ সর্ব্বং মনঃ এব।"

( বৃ: উঃ ১/৫/৩ )

"অপামবা, তৌগে লেপ্প, চিংনবা, থাজদবা, থাঙবা, থাঙ দবা, ঈকাইবা, জ্ঞান তৌবা, কিবা মসি পূম্নমক্‌সি মনমক্লি হায়বদি মনদা ওইবা ধর্ম্ম ঙাক্তনি আত্মাগী নত্তে।" ॥৫-৬॥

মতৌ অস্থমনা ক্ষেত্র কবিনো হাযবসি তাক্লগা মসিবু (ক্ষেত্রবু) খঙত্তুনা সাক্ষী ওইনা লৈবিবা ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাবু ক্ষেত্র ওইব হক্‌চাং-নচিংবদগী থাইদোক্তুনা শুগায়না তাক্কে হাযবগীদমক্ ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাগী জ্ঞান ফংবদা মতীক্ চাঃনবা উপায় (পামবৈ) অমানিত্ব নচিংববু (অচৌবনি হাযত্তুনা নাপল তৌদব-নচিংববু) অহাব্বদা শ্রীভগবাম্ন মথাগী শ্লোক মঙাদা অস্থম্ন তাক্লি

**অমানিত্বমদম্ভিত্বমহিংসা ক্ষান্তিরার্জ্জবম্।**
**আচার্য্যোপাসনং শৌচং স্থৈর্য্যমাত্মবিনিগ্রহঃ ॥৭॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যাঃ**— (১) অমানিত্বম্—মশাদা মতীক্ চাবা অফবা গুণ লৈরবসু অচৌবনি হায়ত্তুনা মশাবু থাগত্তবা (নাপল তৌদবা); (২) অদম্ভিতম্—অতোপ্পশিংনা খঙসত্তু হায়না মশাগী মগুণ ফোঙদোক্তবা; (৩) অহিংসা—হক্‌চাং পুক্নীং অমম্থুং ব্রাহৈনা

অতোপ্পবু মুংঙাইহনদবা তৌদবা ; (৪) ক্ষান্তিঃ—মাগী মফমদা অতোপ্পনা তৌবা মরালবু ভাক্পিদুনা লৈবা ; (৫) আর্জবম্= পূকচেল তিংনা লৈবা ; (৬) আচার্য্যোপাসনম্=মোক্ষ ফংনবা উ-পায়শিংবু তাক্পিদুনা লৈবা আচার্য্যগী (গুরুগী) পূক্নীং চঙনা সেবা তৌবা ; শৌচম্=পূক্নীং অমসুং হকচাংবু শেংনা থমবা ; (৮) স্থৈর্য্যম্=মোক্ষ ফংনবা লম্বীদা পূক্নীং লৈংতানা লেঙদনা লৈবা ; (৯) আত্মবিনিগ্রহঃ=পূক্নীং অমসুং হকচাংবু ফত্তবা থবক্ তৌহনদনা লাক্শিন্দুনা থমবা ॥৭॥

**ইন্দ্রিয়ার্থেষু বৈরাগ্যমনহংকার এব চ।**
**জন্মমৃত্যুজরাব্যাধিদুঃখদোষানুদর্শনম্ ॥৮॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**— (১০) ইন্দ্রিয়ার্থেষুবৈবাগ্যম্—ইন্দ্রিয়শিংগী ভোগ্য ওইনা লৈরিবা পোংশিংদা অপামবা লৈতবা ; (১১) অন-হংকাবঃ এব চ=অহংগা ঐনা মহেল্লে হায়না নাপল শূকতৌ তৌদবা ; (১২) জন্ম-মৃত্যু-জবা-ব্যাধি-দুঃখদোষানুদর্শনম্=পোকপা, শিবা ; অহল ওইবা ; লায়থুং পক্পা (অনাবা পক্পা) পুন্নমক্সিদা অরাবনি খন্দুনা দোষ য়েংবা ॥৮॥

**অসক্তিরনভিষ্বঙ্গঃ পুত্রদারগৃহাদিষু।**
**নিত্যঞ্চ সমচিত্তত্বমিষ্টানিষ্টোপপত্তিষু ॥৯॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**— (১৩) পুত্রদারগৃহাদিষু অসক্তি=ঈচা ঈতু যুমচিংবদা য়ামনা হেননা পূক্নীং থিংজিনবা (১৪) অনভিষ্বঙ্গ—মতৌ অহুমনা ঈতুঈচা-মচিংবদুগী অন্না মুংঙাইবদা ঐহাক নারে অমসুং

নুংঙাইরে হায়বসি খন্দবা ; (১৫) ইষ্টানিষ্টোপপত্তিষু—অপাম্বা পামদবা পোৎ কংবদা; নিত্যং চ—মতম পুম্নমক্ত; সমচিত্তত্ব—পুক্নীং চপ মান্নবা অমত্ত ওইনা লৈবা ॥৯॥

**ময়ি চানন্যযোগেন ভক্তিরব্যভিচারিণী।**
**বিবিক্তদেশসেবিত্বমরতির্জনসংসদি ॥১০॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** (১৬) ময়ি চ—অহুগা সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐঙোন্দ ; অনন্যযোগেন—ঐগীনি হায়ববু কৃষ্ণ নত্তনা অতোপ্প অমত্ত লৈতে হায়বসি লেপ্তুনা ; অব্যভিচারিণী ভক্তি—কদৌঙৈ-দস্থ লেঙলরোইদবা ভক্তি তৌহৃনা লৈবা : (১৭) বিবিক্তদেশ-সেবিত্বম্—অচীকৃপা, অশেংবা মফমদা লৈবা ; (১৮) জনসংসদি অরতি—ভক্ত ওইদবা মীশিংগী সভাদা চংপা পামদবা ॥১০॥

**অধ্যাত্মজ্ঞাননিত্যত্বং তত্ত্বজ্ঞানার্থদর্শনম্।**
**এতজ্‌জ্ঞানমিতি প্রোক্তমজ্ঞানং যদতোঽন্যথা ॥১১॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** (১৯) অধ্যাত্মজ্ঞাননিত্যত্বম্—আত্মতত্ত্বগী মরী লৈনবা জ্ঞানবু ফংনবা মতুংগী মরম্‌দা মতম পুম্নমক্ত বিচার তৌহৃনা লৈবা ; (২০) তত্ত্বজ্ঞানার্থদর্শনম্—আত্মতত্ত্বগী জ্ঞান অহুদগী ফংগদবা মহেঃ মোক্ষগী মরম্‌দা নীংথিনা খঙবা ; এতৎ=মতৌ অস্থুম্ন অমানিত্বদগী হৌদুনা তত্ত্বজ্ঞানার্থদর্শনম্ ফাওবা কুন অসিবু ; জ্ঞানম্ ইতি প্রোক্তম্—আত্মজ্ঞান ফংনবা সাধন (উপায়) ওইবা মরম্‌দগী জ্ঞাননি অস্থুম্ন হায়, অতঃ অন্যথা যদ্—মখোয়শিং অসি নত্তবা মানিঙ, দম্ভিব-নচিংবা (মশাবু থাগৎপা, মাপল তৌহৃনা চাউ-খোকপ-নচিংবা); (তদ্) অজ্ঞানম্—মদু পুম্নমক্তি অজ্ঞানগী মশক্তি ॥১১॥

শ্লোক মঙাসিগী অপুন্ব অর্থঃ—(১) গুণ লৈরবস্থু মশাবু থাগত্তবা (২) অত্তোপ্পগী মফমদা মশাগী গুণ ফোঙদোক্তবা, (৩) হকচাং, পূক্নীং অমস্থুং প্লাইহৈনা অত্তোপ্পবু অন্নাবা পীদবা, (৪) মভোন্দ লাল-লকপা মীগী মরাল ঙাকপিহনা লৈবা, (৫) পুকচেল তিংবা, (৬) মোক্ষ ফংনবা উপায় তাক্পিবা আচার্য্য (গুরু) গী পূক্নীং চঙনা সেবা তৌহনা লৈবা, (৭) পূক্নিং অমস্থুং হক্চাংবু শেংনা থমবা, (৮) মোক্ষ ফংনবা লম্বীদা পুক্নীং লৈংতানা থমবা, (৯) পূক্নীং অমস্থুং হক্চাংবু ফত্তবা থবক্তগী লাক্শিন্দুনা থমবা (১০) ইন্দ্রিয়শিংগী ভোগ্য ওইবা পোৎশিংদা অপামবা লৈতবা, (১১) এনা মহেপ্পে হায়না নাপল তৌদবা, (১২) পোক্পা, শিবা, অহল ওইবা, অনা-অয়েক্ পুম্নমক্সি অন্নাবনি খঙহনা মখোয়দা দোষ য়েংবা হায়বদি হননা হনমা বিচার (প্লাখল্) তৌবা ॥ ৮ ॥ (১৩) ঈচা, ঈতু য়ুম্-কৈংনচিংবদা হাক্ল পুক্নীং থিংজিনদবা, (১৪) "মতৌ অহুমনা ঈতু-ঈচা-নচিংবগী অন্না-নুং-ঙাইবদা ঐ প্লারে অমস্থুং নুংঙাইরে হায়বসি খন্দবা (১৫) অপামবা পাম্নদবা পোৎ ফংবদা পুক্নীং চপ মান্নরা মতম পুম্নমক্ত থমবা ॥ ৯ ॥ (১৬) অহুগা কৃষ্ণ ঐবু "ঐগীনি হায়বসি কৃষ্ণ নত্তনা অত্তোপ্প অমা লৈতে" হায়বসি লেপ্তুনা কদৌঙেদস্থু লেঙলরোইদবা ভক্তি তৌহনা লৈবা ; (১৭) অচীক্পা অশেংবা মফমদা লৈবা ; (১৮) ভক্ত ওইদবা মীয়ামগী সভাদা চত্তবা ॥ ১০ ॥ (১৯) আত্ম-তত্বগা মরী লৈনবা জ্ঞানদু ফংনবা মতৃগী মরম্দা মতমলৈবা খিবিক্ত বিচার তৌহনা লৈবা, (২০) অহুগা আত্মতত্বগী জ্ঞান

অহুদগী ফংগদবা মহৈঃ মোক্ষগী মবম্দা নীংথিনা খঙবা; মতৌ অস্তুম্ন অমানিত্বদগী হৌহ্নুা তত্ত্বজ্ঞানার্থদর্শনম্ ফাওবা ২০ অসিবু আত্মজ্ঞান ফংনবা উপায় ওইবা মরমদগী জ্ঞাননি অস্তুম্ন হায়, মখোয়শিংসি নত্তবা মানিত্ব-দম্ভিত্ব-নচিংবা ( মশাবু থাগৎপা, নাপল তৌবনচিংবা ) পুন্নমক্ অসি অজ্ঞানগী মশক্নি ॥১১॥

## অথ প্রশ্নঃ

মী অয়ামবনা মরল মথুম য়ামনা লৈবদগী চাউথোক্‌ই অমস্তুং তৌব ঙমলবদি য়ামনা নাপল তৌই। অহুবু চাউথোক্‌পা, নাপল তৌবনচিংবা অসি মীগী লৈঃখা তা-নবা মরম্ ওই। মীনা নীংথিনা বিচার তৌদবা মবম্দগী মাগী লৈরিবা মরল মথুম পুন্নমক্ অহুবু মাগীনি হায়না খল্লী। মসিদা বিচার খরদং তৌহ্নুা য়েংলবদি মহু পুন্নমক্ অহু মাগীনি হায়নীংলোই। পোক্‌পা মতমদা করিমত্ত পুরক্তনা মশা মতোমতা লাকই অহুগা শিবা মতমদস্থ করি-মত্ত পুদনা মশা মতোমতা চৎথি। হিংলিঙৈগী মতমদা অহাবদা মানা তৌজখিবা কর্ম্মগী মতুং ইননা ফংলমবা মরল মথুম পুন্নমক্ অহু অহুমক্ লৈহৌই, মানা মহুদগী পৈশা অমত্তং ফাওবা পুহ্নুা চৎপা ঙমদে। ফীবম্সিদা লৈরিবা শেনথুম পুন্নমক্ অহুবু করম্ তৌনা মাগীনি হায়বা য়াগনি? অহুগা মহুনা মম্নম্ ওইহ্নুা চাউথোক্‌পা অমস্তুং নাপল তৌবা য়াগনি? অশেংবা লনদি মাগা চৎ মম্নবা য়াবা অহুদনি। মরম্ অসিনা চাউথোক্‌পা অমস্তুং নাপল তৌবা থাদোক্লগা ব্যবহারদা ( চৎনবীদা ) মাগীনি হায়না

লৈজবা মরল-মথুম অদুনা অমবা থবক্ত শীজিন্নদুনা পুণ্য ফংনবা অমসুং মানা য়োক্পি-থাক্পিরিবা মী পুম্নমক্কী নুংঙাই-য়াইফনবা হোৎনগদবনি। মতৌ অসুম্ন তানশিলল্লিবা পুণ্য-নচিংবা অদুদং মাগী অশেংবা মরননী, শিরবা মতুংদসু মানা মদুদং পুদুনা চং-কদবনি। অদুগা পাপ ওইবা থবক্শিংবুদি ওমবা মথৈ হোৎনদুনা তৌরোইদবনি, মদু তৌরবদি মদুদগী ওইবা পাপশিংদুসু শিরবা মতুংদা মাগী ওইনা শোয়দনা পুদুনা চংকনি অমসুং মদুদগী মানা অতোপ্পা মপোক্ত অরাবা ফংগনি। মরম্ অসিনা মশাগী য়াইফবা পামবা মীশিংনা চাউথোক্পা অমসুং নাপল তৌবা থাদোক্তুনা মশাগী অশেংবা মশক্ করিনো হায়বসি খঙনমবা হোৎনগদবনি। ঐখোয়না সংসারসিদা মপোক্ মপোক্ খুদিংদা অরা-অনা ফংদুনা লৈরিবসিগী মরম্ ঈশাগী অশেংবা মশক্ খঙদবনি। ঈশাগী অশেংবা মশক্ খঙলবদি অমুক্ হনমা সংসারসিদা পোক্ল-শিরা তৌদুনা লৈবরোই। মরম্ অসিনা ভগবান্ন জীবশিংগী মথক্ত থৌজানবীদুনা মশাগী অশেংবা মশক্ খঙনবগী উপায় কুন অসিবু তাক্পিবনি॥ ৭-১১॥

মথক্ত হায়খ্রিবা উপায়শিং অসিনা মরম্ ওইদুনা খঙগদবা ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাগী অশেংবা মশক অদুবু শ্রীভগবান্ন মথাগী শ্লোক অদুদা তাকপিরি—

**জ্ঞেয়ং যত্তৎ প্রবক্ষ্যামি যজ্জ্ঞাত্বাঽমৃতমশ্নুতে।**
**অনাদিমৎ পরং ব্রহ্ম ন সৎ তন্নাঽসদুচ্যতে ॥১২॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যাঃ**—যৎ জ্ঞাত্বা = মোক্ষ পাম্‌বা মীশিংনা মহুবু খঙলগা; অমৃতম্ = অমৃতগী মশক ওইবা (শিদবগী মশক্ ওইবা) মোক্ষবু; অশ্নুতে = ফংই; যৎ জ্ঞেয়ং = অসিগুমবা খঙবদা মতীক্‌চাবা; তৎ প্রবক্ষ্যামি = অহুবু ঐ হায়গে; মহুদি অনাদিমৎ = অহৌবা লৈতবা হায়বদি করিগুমবা মচাক্ অমদগী পোক্লবা; পরং ব্রহ্ম = অথোইবা ব্রহ্মনি; তৎ = মহাক অহুদি, ন সৎ = ফোঙদোক্লনা উরি খঙলিবা পোৎচৈশিং অসি নত্তে; ন অসৎ = ফোঙদোক্লবা মরম্না লৈতে খঙলিবা পোৎস্নু নত্তে; উদ্যতে = অস্নুম্ন হায়নৈ ॥১২॥

**অপুম্ব অর্থ**:—মোক্ষ পাম্বা মীশিংনা মহুবু খঙলগা অমৃতগী মশক্ ওইবা মোক্ষবু ফংই, অসিগুমবা খঙবদা মতীক্ চাবা অহুবু কৃষ্ণ ঐনা হায়গে। মহুদি— অহৌবা লৈতবা (পোক্‌পা শিবা লৈতবা) ব্রহ্মনি। মহাক্তি ফোঙদোক্লনা লৈ হায়না খঙনরিবা পোৎশিংসি নত্তে, অহুগা ফোঙদোক্লবা মরম্ন লৈতে হায়না খঙলিবা পোৎস্নু নত্তে অস্নুম্ন ঋষিশিংনা হায় ॥১২॥

## অথ,প্র ম্না

হকচাংনচিংবা অসিবু ঐনি হায়না খঙহুনা লৈরিবা অমস্নুং অন্তঃকরণগী (পুক্নীংগী) অম্না-মুংঙাইনচিংবস্নু ঐগীনি হায়না খল্লিবা ক্ষেত্রজ্ঞ জীবাত্মা অসিগী অশেংবা মশক্তি নির্গুণ (গুণ লৈতবা) অমস্নুং পুম্নমক্ত শীন্‌থুংনা লৈবা নিরাকার (মওঙ লৈতবা) ব্রহ্মমক্তি হায়বসিবু শ্রীভগবান্না শ্লোক অনিদা তশেং

তপ্লেংনা ত্রাকই। জীবন্ম মাগী অশেংবা মশক্লিবু চিংনবা লৈক্তবা শংশঙনা থঙলবক্তদা সংসারকী অরা-অনা থাঃদোক্নুনা হুংঙাইবগী মশক্ ওইবা অমসুং উপাধি অমত্ত লৈতবা ব্রহ্মদা তিন্নহনা মোক্ষ ফংগদবনি। শ্রুতি-মন্ত্র অসুম হায়রি - "য এতমেবং বিদুরমৃতাস্তে ভবন্তি" —( শ্বে : উঃ ৪/২০ )— "আত্মা অসিবু ব্রহ্মদগি অসুম খঙবা মখোযশিংনা অমৃত ওই ( পোক্ল-শিবা তৌদে )। "এতদমৃতমভয় মেতদ্ ব্রহ্ম" (ছাঃ উঃ ৪।১৫।২)- "আত্মা অসি অমৃতনি, অকিবা লৈতবনি, মসি ব্রহ্মনি"। অসুম জীবগী অশেংবা মশক্ ওইবা ব্রহ্মসি ইন্দ্রিয়শিংগী বিষয় ( হীবম্ ) ওইনা ফোংদোক্পা পোং নত্তে, অদুগা ফোঙদোক্তবা পোংশু নত্তে, অনী অসিদগী তোপ্ তোপ্স অমা ওইনা লৈ। মরম্ অসিনা শ্রুতিনা অসুম হায়রি—"অন্যদেব তদ্বিদিতাদথো অবিদিতাদধি" ( কেঃ উঃ ১।৩ )—" আত্মাগী মশক্ ওইবা ব্রহ্মসি, খঙলিবা পোংশিংদগী অতোপ্প অমনি অদুগা খঙদবা পোংশিংদগীসু অতোপ্প অমনি"। মরম অসিদগী মহাক্ অশেংবা মঙঙদা পূর্ণীং য়াইহৈনচিংবগী বিষয় ওইদে, মশা মতোম তমক্ ঙানখুনা লৈবা পোংশক্ অমনি। শ্রুতিমন্ত্র অসুম হায়রি — "যতোবাচো নিবর্ত্তন্তে অপ্রাপ্য মনসা সহ"। (তৈঃ উঃ ১।৪।১) —" অশেংবা ব্রহ্মগী মশক্ ওইবা আত্মাসিবু তাক্পা ঙমদনা য়াইহৈংশিং মনগা ( পূর্ণীংগা ) লোয়ননা হন্নদোক্ই"। মসিগী মরমদি আত্মাগী অশেংবা মশক্ ব্রহ্মদা গুণ, ক্রিয়া ( থবক্ ), জাতি অমসুং সম্বন্ধ ( অতোপ্পগা মরী লৈনবা ) মসিশিংগী মখুংদা অমত্তং ফাঙবা লৈতে। মসি অসি লৈবা পোত্তবু য়াইহৈংনা

হায়দোকুনা তাক্পা ওমই । ব্রহ্মদা গুণ লৈতে, মহাক্ নিগুর্ণনি — "সাক্ষী চেতা কেবলো নির্গুণশ্চ" ( শ্বেঃ উঃ ৬।১১ )— "ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মাসিদি সাক্ষীনি, জ্ঞানগী মশক্তি, মতোমৃতনি অমম্সুং গুণ অমত্ত লৈতবনি ।" মরম্ অসিনা করিগুমবা গুণ অমা লৌঃত্নুনা উপাধি লৈতবা আশেংবা ব্রহ্মবু যাহৈংনা হায়দোক্পা ওমদে । মহাক্ নিষ্ক্রিয়নি ( লেওখোৎপ-নচিংবা থবক্ অমত্ত তৌদবনি )। "নিষ্কলং নিষ্ক্রিয়ং শান্তম্" ( শ্বেঃ উঃ ৬।১৯) "মহাক মচেৎ মকায় তাদবনি, ক্রিয়া লৈতবনি অমম্সুং তপ্ন লৈবনি" । মতৌ অসুম্ন মওোন্দ ক্রিয়া লৈতবা মরম্না মাগী করিগুমবা ক্রিয়া অমা লৌঃত্নুনা যাহৈংনা তাক্পা ওমদে । অতুগা মহাক্ (ব্রহ্ম) ময়াম নত্তবনিনা মওোন্দ জাতিসু লৈতে, জাতিদি (শাগৈ, কাওলুপ) ময়াম ওইবা পোৎশিংদা লৈ মহুদি মীওইবা জাতি অসি-নচিংবা । ব্রহ্মগী মরমদদি শ্রুতিনা হায় — "একমেবাদ্বিতীয়ম্" (ছাঃ উঃ ৬।২।১) "ব্রহ্ম স্বপ্ন অমত্তংদনি অনীগুবা লৈতবনি"। মরম্ অসিনা মাগী জাতিবু লৌঃত্নুনা যাহৈংনা মাবু তাক্পা ওমদে । মতৌ অতুম্ন মাগা লোয়ননা সম্বন্ধ ( মরী ) শু লৈতে । শ্রুতিনা হায়রি "অসঙ্গো হ্যয়ং পুরুষঃ" ( বৃঃ উঃ ৪।৩।১৫) "হকচাং শীনথুংনা লৈরিবা আত্মা অসি করিমত্তগা শমনদে"। মরম্ অসিদগী যাহৈংনা মাবু ( আত্মাবু ) হায়দোকপা ওমদে। শ্রুতিনা হায়— "নির্বিশেষে পরানন্দে কথং শব্দঃ প্রবর্ত্ততে" ( কঃ রুঃ উঃ ১২ )— "করিমত্ত অথোই অহেন নাইদবা (লৈতবা) অমসুং অথোইবা হুংত্তাইবগী মশক ওইবা ব্রহ্মগী মশক্ আত্মাসিদা

য়াহৈঃমা করম্না চঙবা য়াগনি ?" মরম্ অসিনা মহাক্কি ফোঙ-তুনা লৈবা অমসুং ফোঙদবা লৈবা পোৎ নত্তে, মশা মতোমন্তা ঙানতুনা লৈবা পোৎ অমনি, মাবু ঙানথোক্পা ঙমবা অতোপ্প পোৎ অমত্ত লৈতে।

অদুগা "অনাদিমৎ পরংব্রহ্ম" অসুমনা ভগবান্না হায়-রিবসিদা কনা কনাগুমবনা "অনাদি মৎপরং ব্রহ্ম" অসুম্ন থাই-দোক্লগা "মৎপরং ব্রহ্ম" কৃষ্ণ ঐগী মশক ওইবা অথোইবা শক্তি লৈবা ব্রহ্ম; অসুম্ন অর্থ তৌই। অদুবু মসি ওইথোক্তবনি, মরমদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ মশামক্ ব্রহ্মগী শক্তি নত্তে॥১২॥

মতৌ অসুম্ন উপাধি কবিমত্ত য়াওদবা অমসুং খঙগদবা অশেংবা ব্রহ্মদু ফোঙদোক্ত্না লৈবা অমসুং ফোঙদোক্তনা লৈবা পোৎশিং নত্তে হায়রবদি অনীসিদগী অতোপ্প পোৎ অম্না লৈতবা মবম্ন শূন্য ওইগনি হায়না চিংনরবদা অশেংবা মওঙদা মহাক্ ফোঙদোক্পা অমসুং ফোঙদোক্তবা পোৎ নত্রবস্থ মায়ানা শেম্ব অন্তঃকরণ, ইন্দ্রিয়নচিংবা উপাধিশিংনা মরম্ ওইদুনা মশীং লাক-ঙমদবা চেতন ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মা ওইদুনা ফোঙদোক্ত্না লৈবা মরমদগী ক্ষেত্রজ্ঞসি ব্রহ্মমক্তি হায়বসিবু অসুম্ন তাক্লি—

**সর্ব্বতঃ পাণিপাদং তৎ সর্ব্বতোঽক্ষিশিরোমুখম্।**
**সর্ব্বতঃ শ্রুতিমল্লোকে সর্ব্বমাবৃত্য তিষ্ঠতি ॥১৩॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা:**— তৎ=খঙগদবা অশেংবা ব্রহ্মদু; সর্ব্বতঃ পাণিপাদং—মকম পূম্নমক্ত লৈবা থরায়পানবশিংগী মখুঙদা চঙদুনা

থুং-খোঙ পানবশিং ওইনা লৈ ; সর্ব্বতঃ অক্ষিশিরোমুখম্=পুম্নমক্ত মীৎ, কোক্ অমসুং মায় পাললী ; সর্ব্বতঃ শ্রুতিমৎ=মায়কৈ পুম্নমক্ত নাকোঙ পানরা ওইনা লৈ ; মতৌ অসুম্ন লোকে=তাইবঙপানসিদা ; সর্ব্বং আবৃত্যতিষ্ঠতি=পুম্নমক্ত শীন্থুনা মহাক্ লৈ ॥১৩॥

**অপূম্ব অর্থ:**—খঙগদবা অশেংবা ব্রহ্মদু থরায়পানবা পুম্নমক্ত চঙথুনা থুং-খোঙ পানবশিং ওইনা লৈ, পুম্নমক্ত মীৎ, কোক্ অমসুং মায় পাললী, মায়কৈ পুম্নমক্ত নাকোঙ পানবা ওইনা লৈ, মতৌ অসুম্ন তাইবঙপানসিদা পুম্নমক্ত মহাক্ শীন্থুনা লৈ ॥১৩॥

## অবতরণঃ

পরমাত্মানা শেম্ব তাইবঙসিদা অচেতন ওইবা ( অচঙবা নত্তবা ) করিগুমবা পোৎ অমত্ত মতোমতা লেঙ-ওত্নুনা থবক্ অমত্ত তৌবা ঙম্বদে, মখোয়গী মথুংদা চেতন ( অচঙবা পোৎ ) চঙথুনা লৈরবতদা মখোয়না লেঙ-ওত্নুনা থবক্ তৌবা ঙমঈ । মতৌ অসুম্ন মখোয়গী মথুংদা চঙথুনা লৈরিবা চেতনদু ব্রহ্মনি । হকচাং ইন্দ্রিয়-নচিংবা ক্ষেত্রসিদা চঙথুনা ফোঙদোক্লগা লৈবা মরমদগী মাবু ক্ষেত্রজ্ঞ ( হকচাংনচিংববু খঙবা ) কৌবনি । হকচাং ইন্দ্রিয়-নচিংবা উপাধিশিংসি লৈত্রবদি মহাক্ অশেংবা ব্রহ্মগী মশক্ ওইনা লৈ ; সূপ্ন ব্যবহারগী মতমদা উপাধি ওইবা হকচাং-নচিংবনা খোঙ, থুং, মীৎ, নাকোঙ-নচিংবা পানবা ওইনা উবদনি ।

পরমাত্মানা হক্চাংদা জীব ওইনা লৈ হায়বনিবু ৰিতিনাহু অমুম তাক্লি— "অনেন জীবেনাত্মনাঽনুপ্রবিশ্য নামরূপে ব্যাকরবাণি" (ছাঃ উঃ ৬৷৩৷২)— "জীবাত্মাসিগী মশক্ ওইনা হক্চাংশিংদা চঙলগা মিং অমসুং মওঙশিংবু ঐনা (পরমাত্মানা) শনদোকে।" "তৎ সৃষ্ট্বা তদেবাঽনু প্রাবিশৎ" (তৈঃ উঃ ১৷৬)—"পরমাত্মানা হক্চাংবু শেম্লগা হক্চাংহুমক্তদা মহাক চঙখ্রে।" পরমাত্মানা হক্চাংনচিংবা তাইবঙ পুম্নমক্পু শেম্বসিসু মাগী অশেংবা মওঙ মশক্ত লৈরগা শেম্ব নত্তে, মাগী পুম্নমক্পু তৌবা ওমবী মায়া শক্তিবু উপাধি ওইনা লৌরগা শেম্বনি। মায়া শক্তিগী মরম্দা শ্রুতিনা অমুম্না হায়রি—"পরাস্য শক্তির্বিবিধৈব শ্রূয়তে, স্বাভাবিকী জ্ঞান-বল-ক্রিয়া চ।" (শ্বেঃ উঃ ৬৷৮) "পরমাত্মাগী মায়াগী মশক্ ওইবী স্বাভাবিক অথোইবা শক্তিহু হৌনখা ওইনা জ্ঞান পাঙ্গল অমসুং ক্রিয়া অমুম মখল্ মখা য়াম্না লৈ হায়না তায়।"

মরম্ অসিনা ক্ষেত্রজ্ঞ জীবাত্মাসিগী অশেংবা মশক্ ব্রহ্মমক্তি, সূক্ষ্ম অন্তঃকরণ ইন্দ্রিয়-নচিংবা উপাধিনা মরম্ ওইদুনা হক্চাংগী মনুংদা তোম "ঐ" হায়বা য়াহৈংসিনা থঙনবদনি। মতৌ অমুম শ্রীভগবানা শ্লোক অসিদা হায়রিবা য়াসিবু শ্রুতিমসু অমুম হায়রি— সর্ব্বাননশিরোগ্রীবঃ সর্ব্বভূতগুহাশয়ঃ" (শ্বঃ উঃ ৩৷১১)— "পরমাত্মাহু মায়-মীৎ, কোক্ অমসুং তকলাম পুম্নমক্ লৈবনি, মহাক্ থরায়পানবা পুম্নমকী হৃদয়দা (অন্তঃকরণগী মশক্ ওইবা পুক্নীংদা) লৈ।" সর্ব্বতঃ পাণিপাদং তৎ

সর্ব্বতোক্ষিশিরোমুখম্ ” (শ্বেঃ উঃ ৩।১৬) মন্ত্রসিবু শ্রীভগবান্না মফমসিদা (১৩শুবা অধ্যায়সিদা) হায়রি ॥১৩॥

মতো অসুম্না খঙগদবা ব্রহ্মত্থ অন্তঃকরণ, ইন্দ্রিয়-নচিংবা উপাধিশিংবু লৌঃরগা ক্ষেত্রজ্ঞ ওইনা ফোঙদোকই হায়বসি তাক্লগা হৌজিক মাগী অশেংবা মওঙ অত্থবু তাকপা হৌই —

**সর্ব্বেন্দ্রিয়গুণাভাসং সর্ব্বেন্দ্রিয়বিবর্জিতম্ ।**
**অসক্তং সর্ব্বভৃচ্চৈব নির্গুণং গুণ ভোক্তৃ চ ॥১৪॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** সর্ব্বেন্দ্রিয়বিজিতম্ = খঙগদবা ব্রহ্মত্থু অশেংবা মওঙদা ইন্দ্রিয় অমত্ত লৈতবনি ; অত্থমক ওইত্থনসু মায়ানা মবম্ ওইহ্নুনা ; সর্ব্বেন্দ্রিয়গুণাভাসং = মপানগী মীৎ নাকোং-নচিংবা অত্থগা অন্তঃকরণ ওইবা মন্নুংগী বুদ্ধি অমসুং মন অসি পুম্নমক্কী থবক্ য়েংবা, তাঃবা, খঙবা, নীংব-নচিংবা মসি পুম্নমক-সিগী তৌবা (থবক্ তৌবা মী) ওইনা মহাক্ক ফোঙদোকই ; অসক্তং = অশেংবা শক্তমদা মহাক্ কনা অমত্তগা মরী লৈনদে; চ এব = অত্থমক্ ওইত্থনসু ; সর্ব্বভৃৎ = পুম্নমক্কী চঙজক্কম ওইত্থনা তাইবঙ অসিবু পুত্থনা লৈ ; নির্গুণং = সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অহুমসি লৈতবা মহাক্কি ; গুণভোক্তৃ চ = অত্থবু সত্ত্ব-নচিংবা গুণ অহুমসিদগী ওইরকপা নুংঙাইবা ; অল্লাব-নচিংবা পুম্নমক্কা চাবা ওই ॥১৪॥

**অপুম্ব অর্থ :—** খঙগদবা ব্রহ্মাসি অশেংবা মওঙদা মীৎ, নাকোং-নচিংবা ইন্দ্রিয়-পুম্নমক্ লৈতবনি হায়ব্বদি ইন্দ্রিয় অমত্ত

লৈতে ( পানদে ), অদুবু মায়ানা মরম্ ওইদুনা মপানগী মীৎ নাকোঙ-নচিংবা ইন্দ্রিয় অদুগা অন্তকরণ ওইবা মন্নংগী বুদ্ধি অমসুং মন ম'সি পুম্নমক্কী থবক্ য়েংবা, তাঃবা, খঙবা, নীংব-নচিং-বসিগী অতৌবা মী ওইনা মহাক্ ফোঙদোকই, অশেংবা শক্তমদা মহাক্ কনা অমত্তগা মরী লৈনদে, অদুবু পুম্নমক্কী চঙজফম ওইদুনা তাইবঙসিবু পুদুনা লৈ, অদুগা সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অহুম সি লৈতবা মহাক্কি, অদুমক্ ওইদুনম্ব সত্ত্বনচিংবা গুণ অহুমসিদগী ওইরকপা হুংডাইবা, অৱাবনচিংবা পুম্নমক চাবা ওইনা লৈ ॥১৪॥

## অথপ্ল ৱা

ঐথোয়না ঈশামক্কি খঙগদবা অশেংবা শক্তমদা মায়ানা শাবা মীৎ, নাকোং-নচিংবা ইন্দ্রিয় পুম্নমকসি অমত্ত লৈতবনি, মাদি আকাশগী ( অতিয়াগী ) মতোগুমনা মফম পুম্নমক্ত শীন্থুংনা লৈবিবনি । অদুবু অন্তস্করণ ওইবা উপাধি লৈবদগী হকচাং ইন্দ্রিয়-নচিংবগা শমনদুনা লৈবগুম তৌবনি ( মাগা শমনবগুম তৌবা পোত্ত মাগী মতীক্ মগুণবু উহনবা ফোঙদোকপা ঙমবা পোৎ উপাধি কৌই ) । অসিগুমবা উপাধি ওইবা অন্তঃকরণ অমসুং ইন্দ্রিয়শিংনা মরম্ ওইদুনা মহাক্ত তাঃবা, চৎপা, নীংব-নচিংবা থবক পুম্নমক তৌই, তৌইগুমবসুং অশেংবা মওঙদদি মহাক করিমত্ত তৌদে । মরম অসিদগী শ্রুতিনা হায়রি—"**ধ্যায়তীব লেলায়-তীব**" ( বৃঃ ৬ঃ ৪।৩।৭ ) " মহাক্ ধ্যান তৌবগুম তৌই, লেঙ-খোৎপগুম তৌই ।" মসিদা " ইব — গুম " হায়বা ৱাহৈঃসিনা

অশেংবমক্ত মহাক্ করিমত্ত তৌদে হায়বসি তাকুই। মরম্ অসিনা অতোপ্প শ্রুতিনা মহাক্কী অশেংবা মশকপু অস্থুম তাক্লি—"**অশরীরো নিরিন্দ্রিয়োঽপ্রাণোঽমনাঃ সচ্চিদানন্দ মাত্রঃ**" (নৃঃ উঃ উঃ ৭)—"ব্রহ্মগী মশক্ ওইবা আত্মাসি হকচাং লৈতবনি, ইন্দ্রিয় লৈতবনি, প্রাণ লৈতবনি মন লৈতবনি স্থুপ্প সৎ-চিৎ আনন্দগী মশক্লি।" মরম্ অসিনা মহাক্ ইন্দ্রিয়শিংগী থবক্শিংনা থবক্ তৌবনি হায়বা য়াদে। অতোপ্পা শ্রুতি অমনস্থু অস্থুম হায়রি—
"**অপানিপাদো জবনো গৃহিতা, পশ্যত্যচক্ষুঃ স শৃণোত্যকর্ণঃ**" (শ্বেঃ উঃ ৩।১৯)—"মহাক্ খোঙ-খুৎ লৈতবনি, অদুবু খোঙ-খুৎ লৈবা উপাধিনা মরম ওইদুনা য়ামনা কম্ন চংলী অমস্থুং লৌঃই, মহাক্ মীৎ লৈত্রবস্থ য়েংই (উই) অমস্থুং নাকোং লৈত্রবস্থ তায়।" মতৌ অদুম্ম মহাক্ কনা অমত্তগা শমনদে (মরী লৈনদে), মতম পুম্নমক্ত তোঙাননা শেংনা লৈ। মসি-বুস্থ শ্রুতিনা অস্থুম তাক্লি—"**অসঙ্গো হ্যয়ং পুরুষঃ**" (বৃঃ উঃ ৪।৩।১৫)—"হকচাংগী মশক্ ওইবা কোম্মুংসিদা লৈরিবা আত্মাসি কনামত্তগা শম্নদে।" অদুনা থোরীমকক্ত মাগা করি মত্ত শমনদবা লিল উবগী মতৌগুমনা কনামত্তগা শমনদবা (মরী থমদবা) মঙোন্দ (ব্রহ্মদা) তাইবঙ পুম্নমকসি উরিবনি অমস্থুং মানা পুদুনা লৈবগুম তৌরিরনি। মরম্ অসিনা শ্রুতিনা হায়রি—
"**ব্রহ্মৈব সর্ব্বনামানি রূপাণি বিবিধানি চ।**
**কর্ম্মণ্যপি সমগ্রাণি বিভর্তীতি বিভাবয়॥**" (যোগশিঃ উঃ ৪।৬)
—"ব্রহ্মমক্ত মিং লোৎদুনা লৈরা, পোৎ পুম্নমক্ত, মখল মখা

অয়াম্বা মওঙ লৈবা পোং অমস্তুং কর্ম (থবক্) পূম্নমক্সিবু পুহুন্না লৈরিবর্নি হায়না পুক্নীংদা লেপ্ন থওউ।*

মরম্ অসিনা ঐখোয়না অসিগুম্বা ব্রহ্মসিবু ঈশ্বমক্কি হায়বসি য়ামনা থাজনা থওননবা হোৎনগদবনি। অদুগা শ্লোকসিদা শ্রীভগবান্না হায়রিবা অহানবা শরুক্ অসিদি শ্রুতিদস্তু লৈ—

"সর্ব্বেন্দ্রিয়গুণাভাসং সর্ব্বেন্দ্রিয়বিবর্জ্জিতম্"

(শ্বেঃ উঃ ৩।১৭) ॥১৪॥

অচং চত্ত তাইবও পূম্নমক্শিস্তু ব্রহ্মমক্কি, মওোন্দগী অতোপ্প নত্তে হায়বসিবু হৌজিক্ ভগবান্ন অস্মু হায়রি—

**বহিরন্তশ্চ ভূতানামচরং চরমেব চ।**
**সূক্ষ্মত্বাত্তদবিজ্ঞেয়ং দূরস্থং চান্তিকে চ তৎ ॥১৫॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**—তৎ = থওগাদবা ব্রহ্মতু ; ভূতানাং = অচং-চত্ত তাইবও পূম্নমক্শিগী ; বহিঃ = মপানদা ; অন্তঃচ = অমস্তুং মস্তুংদা শীনথুংনা লৈ ; মরম অসিনা— অচরং চরং এব চ = লেওদনা লৈবা অদুগা লেওতুনা লৈবা (অচং-চত্ত) থরান্ন পামবা পূম্নমক্সি মহাক্মক্কি অতোপ্প অমা নত্তে ; অদুমক্ ওইহনস্তু—সূক্ষ্মত্বাৎ = য়ামনা কূপ্প মরম্ন ; অবিজ্ঞেয়ং = মসি মতুমক্কি হায়না থওবা য়াদে ; মরম্ অসিনা আত্মজ্ঞান ফংনবা সাধন লৈতবা অজ্ঞানীশিংগীদি ; তৎ = মহাক্ (ব্রহ্ম); দূরস্থং = য়ামনা থাপ লৈবগুম ভৌই ; চ = অদুগা ; আত্মজ্ঞানগী সাধন লৈবা জ্ঞানী-শিংগীদমক্তি ; অন্তিকে—মনাম্নক্ ওইনা য়ামনা নক্ন লৈ ॥১৫॥

**অপুন্ব অর্থ :—** খঙগদবা ব্রহ্মহ্ অচৎ-চত্ত তাইবঙ পূন্নমক্-সিগী মঙ্গুং মপান শীনথুংনা লৈ. লেঙদনা অমস্তুং লেঙ-খোত্তুনা লৈবা থব্রায়পানবা পূন্নমক্‌সি মশামক্কি, অহুবু য়াম্না কূপ্প মবম্ম মসি মতুমক্কি হায়্না খঙবা য়াদে, মরম্ অসিনা আত্মজ্ঞান ফংনবা সাধন লৈতবা অজ্ঞানীশিংগীদি মহাক্ য়াম্না থাপ্প লৈবগুম তৌই অহুগা আত্মজ্ঞানগী সাধন লৈবা জ্ঞানীশিংগীদমক্তদি মহাক্ মখোয়গী মশামক্ ওইনা য়াম্না নক্ল লৈ ॥১৫॥

## অথ্‌প্প ৱাঃ

সনানা শাবা থূজি থূদোপ্পচিংৱদা মঙ্গুং মপাল অনীমক্ত সনামক্ত ওইনা লৈ, সনাদগী ততোপ্প পোৎ ওইবা অমত্ত লৈতে। মতৌ অহুমনা অচৎ-চত্ত তাইবঙ পূন্নমক্‌সি ব্রহ্মদা চঙজহ্নুনা লৈবা মায়াগী থৱক্ ওইবা মরম্‌দগী চঙজফম ওইবা ব্রহ্মদা, থৌৰী মকক্ত উবা লিনগুমনা লৈরিৱনি। মরম্ অসিনা তাইবঙপানসিগী মঙ্গুং অমস্তুং মপানদা ব্রহ্ম লৈ, অহুগা থৌৰী মকক্ নত্তুনা লিল লৈতবগুমনা ব্রহ্ম নত্তুনা তাইবঙপানসিস্থ লৈতে, স্বপ্প অজ্ঞাননা মরম্ ওইহুনা ব্রহ্মদা তাইবঙপানবু উবতনি, মঙদা জীবাত্মা নত্তুনা মঙগী পোৎ অমত্ত লৈতে, অহুবু তূম্বনা মরম্ ওইহুনা জীবাত্মাদা মঙগী পোৎশিং উবতনি। মতৌ অহুমনা ব্রহ্ম নত্তবা পোৎ অমত্ত লৈত্রবস্থু মায়ানা মরম্ ওইহুনা তাইবঙপানসি ব্রহ্মদা উবনি। মরম্ অসিনা শ্রুতিনা হায়রি— "**তদন্তরস্য সর্ব্বস্য তদু সর্ব্বস্যাস্য বাহ্যতঃ**" (ঈশাঃ উঃ ৫)—"মহাক (আত্মতত্ত্বগী

মশক্ ওইবা ব্রহ্ম ) তাইবঙ পূম্বসিগী মন্নুংদা থননা লৈ, অদুগা তাইবঙপূম্বসিগী মপানদসু মহাক্ লৈ। " মতৌ অসুম্ন মহাক্মক্ত ওইনা অচং-চত্ত তাইবঙপূম্বসি লৈরবসু মাবু অজ্ঞাননা কূপ্তূনা লৈবা মরম্ন অজ্ঞানীশিংনা উবা অমসুং খঙবা ঙমদে। মরম্ অসি-দগী মহাক্ অজ্ঞানীশিংদগী য়ামনা থাপ্প লৈবগুম তৌই, অদুগা জ্ঞানীশিংগীদি য়েংউ য়েংউবা মফমদা মহাক্ নত্তনা অতোপ্প অমা উদবা খঙদবা মরম্দগী য়ামনা নক্ক মশামক্ ওইনা লৈ।

মরম্ অসিনা জ্ঞানীশিংগী অশেংবা মীয়েংবু লৌঃতুনা শ্রুতিনা হায়রি— "**আত্মৈবেদং সর্ব্বম্**" ( ছাঃ উঃ ৭।২৫।২ ) "— "পূম্নমক্সি আত্মামক্নি।" "**ব্রহ্মৈবেদং সর্ব্বম্**" ( বৃঃ উঃ ২।৫।১ ) = "পূম্নমক্সি ব্রহ্মমক্নি।" **দুরাৎসুদূরে তদিহান্তিকে চ, পশ্যৎস্বিহৈব নিহিতং গুহায়াম্॥** " (মুঃ উঃ ৩।১।৭) —"ব্রহ্মতত্ত্বদু অজ্ঞানীশিংগীদি থাপ্পদগীসু য়ামনা থাপ্প লৈ; অদুগা জ্ঞানীশিংগীদি মহাক্ য়ামনা নক্ক মফম অসিদা লৈ, মরম্দি মাবু উরবা (খঙলবা) জ্ঞানীশিংদদি মহাক্ হৃদয়গী মশক্ ওইবা গুফামক্তদা লৈ॥ ১৫॥

হক্চাং খূদিংমক্ত আত্মা খেন্নবা ( তোঙান তোঙানবা মশক্ ওইনা ) লৈবা মরম্ন মহাক্ মশীং লাক্ঙমদবনি হায়বা সিদ্ধান্ত অসিবু ককথত্তূনা আত্মাসিদি তশেং তশেংনা অমথক্তনি হায়বসিবু তাকে হায়তুনা শ্রীভগবান্ন অসুম্ন হায়রি—

**অবিভক্তং চ ভূতেষু বিভক্তমিব চ স্থিতম্।**
**ভূতভর্তৃ চ তজ্জ্ঞেয়ং গ্রসিষ্ণু প্রভবিষ্ণু চ ॥ ১৬ ॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— ক্ষেত্রগী মশক্ ওইনা লৈবা আত্মতত্ত্ব অসিদি, ভূতেষু = অচং-চত্ত থব্রাযপানবা পূম্নমক্কী মন্নুংদা ; অবিভক্তং = খায়দোকপা তৌদনা অমত্তুংদনি ; চ = অহুবু; বিভক্তং ইব স্থিতম্ = হকচাং খুদিংদা উপাধি ওইবা অন্তঃকবণশিং খেন্নবদগী তোঙান তোঙাননা লৈবগুম তৌই ; চ = অতুগা ( মহাক্ ব্রহ্ম-দগীস্থু অতোপ্প নত্তে ); মবম্দি-ভূতভর্তৃ = অচং-চত্ত তাইবঙ পূম্বসিবু ঙাকপি শেনবীবনি, গ্রসিষ্ণু = প্রলয়গী মতমদা ( লৈংমাঙবা মতমদা ) পূম্নমক্সিবু মাঙহনবীবনি, প্রভবিষ্ণু চ = অহুগা সৃষ্টিগী মতমদা (লৈংশেম্ব মতমদা) পূম্নমকপু পোকহনবীবনি ; তৎ জ্ঞেয়ং = অসিগুমবা আত্মতত্ত্বসিবু খঙগদবনি ॥১৬॥

**অপুণ্ব অর্থ :**—ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা আত্মতত্ত্বসি অচং-চত্ত থব্রায়-পানবশিংগী মন্নুংদা খেন্নবা তৌদনা অমত্তুংদমি ; অহুবু হকচাং খুদিংদা উপাধি ওইবা অন্তঃকরণশিং খেন্নবদগী তোঙাম-তোঙাননা লৈবগুম তৌই, অতুগা মহাক্ ব্রহ্মদগীস্থু অতোপ্প নত্তে, মবম্দি মহাক্ অচং চত্ত তাইবঙ পূম্নমকসিবু ঙাকপি শেনবিবনি, প্রলয়গী মতমদা পূম্নমক্সিবু মাঙহনহনা মতোন্দ তিলহনবীবনি অমসুং সৃষ্টি মতমদা পূম্নমক্সিবু মতোন্দগী পোকহনবীবনি, অসিগুমবা আত্মতত্ত্বসিবু খঙগদবনি ॥১৬॥

## অর্থ্ৰন্ন মা

সাংখ্য, বৈশেষিক, নৈয়ায়িক-নচিংবা পুম্নমকপিনা ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাবু হকচাং খুদিংমক্ত অমমম্ ওইনা (তোপ্প তোপ্প) মনীং লাকওয়দবনি হায়বা য়াই। অদুবু মখোয়না অদুম্ন য়াবসি চুমদে, অশেংবদা আত্মা অমত্তনি। আকাশ অমত্ত ওইরবসু য়ুম,কৈং-নচিংবা উপাধিশিং খেন্নবদগী মখোয়গী মনুংদা চঙদুনা লৈবা আকাশময়াম ওইদুনা খেন্নবগী মতৌগুমনা অমত্ত ওইবা অমসুং মক্কম পুম্নমক্ শীনথুংনা লৈবা আত্মা হকচাং খুদিংমক্ত অন্তকরণ উপাধিশিং খেন্নবদগী মখোয়দা চঙদুনা ময়াম ওইন্না উবত্তনি। মরম্ অসিনা শ্রুতিনা তাক্লি—

"একোদেবঃ সর্ব্বভূতেষু গূঢ়ঃ
সর্ব্বব্যাপী সর্ব্বভূতান্তরাত্মা।" (শ্বেঃ উঃ ৬।১১)

—"থরায়পানবা পুম্নমক্কী মনুংদা আত্মদেব অমত্ত থম্মুনা লৈ, মহাক্ক পুম্নমক্ত শীনথুংনা লৈ অমসুং থরায় পানবা পুম্নমক্কী মনুংগী আত্মানি।"

অসিগুমবা থরায়পানবা পুম্নমক্কী অমত্ত ওইবা আত্মাসি ব্রহ্মদগী অতোপ্প নত্তে, মহাক্ক ব্রহ্মমক্নি, মহাকমক্ক তাইবঙপানসিবু ডাক্-পিব্নি, মাঙহনবনি অমসুং শাগৎপনি। মসি পুম্নমকসিবু শ্রীভগবান্ন শ্লোক অসিদা তাকই। মরম্ অসিনা শ্রুতিনা হায়রি—

**উপাদানং প্রপঞ্চস্য ব্রহ্মণোঽন্যন্ন বিদ্যতে।**

**তস্মাৎ সর্ব্বপ্রপঞ্চোঽয়ং ব্রহ্মৈবাস্তি ন চেতরৎ ॥**

( যো: শি: উ: ৪।৩ )

"শনদোক্ল লৈবিবা তাইবঙপানসিগী শেম্বি-শাবিবা মচাক্ ব্রহ্ম নত্তনা অতোপ্প অমা লৈতে। মবম্ অসিনা শনদোক্ল লৈরিবা তাইবঙপানসি ব্রহ্মমক্তি, অতোপ্প নত্তে॥" মরম্ অসিদগী অসি- গুমবা আত্মতত্বসিবু চিংনবা লৈতনা ব্রহ্মমক্তি খঙলগা পোক্পগী মহৈঃ য়ালহনগদবনি ॥১৬॥

আত্মতত্ত্বগী মশক্ ওইবা খঙগদবা ব্রহ্মসি জ্ঞানগী মশক্তি; মহাক্ল অচেতন ওইবা পোৎ পুম্নমক্পু ঙানথোক্তুনা থমলিবনি হায়বসিবু অস্তুম্ন তাক্তি—

**জ্যোতিষামপি তজ্জ্যোতিস্তমসঃ পরমুচ্যতে।**
**জ্ঞানং জ্ঞেয়ং জ্ঞানগম্যং হৃদি সর্ব্বস্যবিষ্ঠিতম্ ॥১৭॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— তদ্ = আত্মতত্ত্বগী মশক্ ওইবা; জ্যোতিষাং অপি=হুমিৎ, থা; মৈংনচিংবা মঙাল পীবা পোৎশিংগীসু; জ্যোতিঃ = মঙাল পীবিবনি, তমসঃ = অমম্বগী মশক্ ওইবা অজ্ঞানদগী য়ামনা থাপ্প (কবিমত্ত শমনদনা) লৈবনি; উচ্যতে = অস্তুম্ন শ্রুতি নচিংবনা হায়; জ্ঞানং = মহাক্ জ্ঞানগী মশক্তি (চেতননি); জ্ঞেয়ং = খঙগদবা আত্মতত্ত্বনি; জ্ঞানগম্যং = জ্ঞানগী সাধন ওইবদগী জ্ঞান ওইনা হায়খিবা অমানিত্ব (চাউ- থোক্পা তৌদবা) নচিংবা উপায়শিংনা খঙবা য়াবনি; সর্ব্বস্য= থরায় পানবা পুম্নমক্কী; হৃদিবিষ্ঠিতম্ = থম্মোইদা ফোঙদোক্তুনা লৈবনি ॥১৭॥

**অপূম্ব অর্থঃ**—আত্মতত্ত্বগী মশক্ ওইবা ব্রহ্মহু হুমিং, থা, মৈঃনচিংবা মঙাল পীবা পোৎশিংগীসু মঙাল পীবনি, অমস্বগী মশক্ ওইবা অজ্ঞানদগী য়ামনা থাপ্প লৈবনি অস্মুম্ন শ্রুতি-নচিংবনা হায়। অদুগা মহাক্ জ্ঞানগী মশক্কি, খঙগদবা আত্মতত্ত্বনি, জ্ঞানগী সাধন ওইনা হায়খিবা অমানিত্ব-নচিংবা উপায়না খঙবা য়াবনি অমসুং থব্রায়পানবা পূম্নমকী থম্মোইদা ফোঙদোক্কুনা লৈবনি ॥১৭॥

## অথ্ পুম্প ব্বাঃ

মঙাল লৈবা পোৎ অসি অহিংবা হিংদবা ( চেতন অমসুং অচেতন ) খেন্নবদগী অনীথোক্ক খায়রি। মতুদা অচঙবা (অহিংবা) মঙাল লৈবা পোত্তি সুপ্প আত্মতত্ত্বগী মশক্ ওইবা ব্রহ্মমক্কুনি। মহাক্ জ্ঞানগী মশক্ ওইনা মশা মতোমদা ঙানহুনা লৈ, মাবু ঙানথোক্হন-নবা অতোপ্প মঙাল অমা লৈতে। অদুগা চঙদবা ( থব্রায় পানদবা—অচেতন ওইবা ) মঙাল লৈবা পোৎতি হুমিং, থা, মৈঃনচিংবা পূম্নমক্ অসিনি। মখোয় মঙাল লৈবা পোৎ ওইরবসু মশা মতোমতা ঙানথোকপা ঙমদে, জ্ঞাননা মখোয়বু ঙানথোক্হল-লগা মখোয় অঙানবা পোৎনি হায়না খঙবনি। নক্ষত্রবদি মখোয় চহী লীশীং লীশীং ঙানহুনা লৈরবসু ঙানদবগা চপ মান্নন অরেম্বদা লৈ। ব্রহ্ম চৈতন্যনা মখোয়বু ঙানথোক-পিরবতদা মখোয় অঙানবা পোৎনি হায়বসি সিদ্ধ ওই। মরম্ অসিনা শ্রুতিনা হায়রি—**"যেন সূর্য্যস্তপতি তেজসেদ্ধঃ"**

( তৈঃ ব্রাঃ ৩।১২।৯ )—" পরমাত্মাগী মশক্ ওইবা মঙালদুনা চাক্-খংহনদুনা মুমিংনা অশাবা পী।" "তমেব ভান্তমনুভাতি সর্ব্বং তস্যভাসা সর্ব্বমিদং বিভাতি।" ( কঠঃ উঃ ২।২।৫) "পরমাত্মাদুনা ঙামথোকুনা লৈবদা পূন্নমক্সি ঙানদুনা লৈরিবনি, মহাক্কী মঙাননা মরম্ ওইদুনা মুমিং, থা-নচিংবা পূন্নমক্ ঙাল-লিবনি।"

মরম্ অসিনা ভগবান্ মশামক্ত তুংদা অস্মন্ন হায়বক্কনি—
"যদাদিত্যগতং তেজঃ" ( গীতা ১৫।১২ ) – "মুমিত্ত লাকইবা মঙালদু কৃষ্ণ ঐগীনি।" মতৌ অস্মনা আত্মতত্ত্বগী মশক্ ওইনা খঙগদবা ব্রহ্মসি মতম পূন্নমক্ত মশা মতোমদা ঙানদুনা লৈবা মরম্ন মহাক্ অমম্বগী মশক্ ওইবা অজ্ঞানদগীদু য়ামনা থাপ্ন লৈ। মবম্ অসিনা শ্রুতিনা তাক্লি—"আদিত্য-বর্ণং তমসঃ পরস্তাৎ" ( শ্বেঃ উঃ ৩।৮ )— "মহাক্ মুমিংকী মতৌগুমনা ঙানদুনা অজ্ঞানগী মশক্ ওইবা অমম্বদগী য়ামনা থাপ্ন লৈ।" ॥১৭॥

মতৌ অস্মন্ন মথক্ত হায়খিবা ক্ষেত্র (হক্চাংনচিংবা) ক্ষেত্রজ্ঞ ( জীবাত্মা ) অসি-নচিংবশিংগী য়ারম্ লোইশিনদুনা মখোয়বু খঙবগী মহৈংবু অস্মন্ন তাক্লি -

**ইতি ক্ষেত্রং তথা জ্ঞানং জ্ঞেয়ংচোক্তং সমাসতঃ।**
**মদ্ভক্ত এতদ্বিজ্ঞায় মদ্ভাবায়োপপদ্যতে ॥১৮॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা:**—ইতি=মতৌ অস্মন; ক্ষেত্রং=মহাভূত-তগী

হৌতুনা হক্‌চাং ইন্দ্রিয়-নচিংবা, তথা = মতৌ অছুম্ন ; জ্ঞানং= আত্মতত্ত্ব খঙনবা সাধন ওইনা হায়খিবা অমানিত্বনচিংবা (চাউ-থোক্তব-নচিংবা ) ; চ = অমস্থং ; জ্ঞেয়ং = আত্মাগী মশক্‌ ওইনা খঙগদবা ব্রহ্মগী অশেংবা মশক্‌ ; মসি পুম্নমক্‌সি— সমাগতঃ উক্তম্‌ = শম্ন মথক্ত হায়খ্রে ; মদ্ভক্তঃ = সাক্ষাৎ পর-মাত্মা কৃষ্ণ ঐগী ভক্ত ওইবা মীনা ; এতৎ বিজ্ঞায় = অস্থুম্ন মথক্ত হায়খিবা ক্ষেত্র : জ্ঞান অমস্থং ক্ষেত্রজ্ঞ অছুমসিবু তোঙান তোঙাননা নীংথিনা খঙলগা ; মদ্ভাবায় = কৃষ্ণ ঐঙোন্দ তিনবগী মশক্‌ ওইবা মোক্ষবু, উপপদ্যতে = ফংই ॥১৮॥

**অপূম্ন অর্থ :**—মতৌ অস্থুম্ন ক্ষেত্রগী মশক্‌ ওইবা মহাভূত মঙাদগী হৌতুনা হক্‌চাং ইন্দ্রিয়-নচিংবা মতৌ অছুম্ন আত্মতত্ত্ব খঙনবা সাধন ওইনা হায়খিবা অমানিত্ব-নচিংবা ( চাউথোক্তব-নচিংবা ) অমস্থং আত্মাগী মশক্‌ ওইনা খঙগদবা ব্রহ্মগী অশেংবা মশক্‌, মসি পুম্নমক্‌ অসি শম্ন মথক্ত হায়খ্রে । কৃষ্ণ ঐগী ভক্ত ওইবা মীনা অস্থুম্ন মথক্ত হায়খিবা ক্ষেত্র, জ্ঞান অমস্থং জ্ঞেয় অছুম অসিবু তোঙান-তোঙাননা নীংথিনা খঙলগা ; কৃষ্ণ ঐঙোন্দ তিনবগী মশক্‌ ওইবা মোক্ষবু ফংই ॥১৮॥

মতৌ অস্থুম্না ক্ষেত্রগী মশক্‌ ওইবা প্রকৃতি অমস্থং ক্ষেত্রজ্ঞগী মশক্‌ জীবাত্মাগী মওঙ মশক হায়রগা হৌজিক শ্লোক অনীনা মখোয় অনীসি সংসারসিগী মরম্‌ করম্ন ওইবগে হায়বহু তাক্লি—

**প্রকৃতিং পুরুষং চৈব বিদ্ধ্যনাদী উভাবপি ।**
**বিকারাংশ্চ গুণাংশ্চৈব বিদ্ধি প্রকৃতিসম্ভবান্‌ ॥১৯॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা** :– প্রকৃতিং = ক্ষেত্রগী মশক্ ওইবী অদুগা সত্ত্ব, রজঃ অমস্তুং তমঃ গুণ অহুমসিগী মশক্ ওইবী প্রকৃতি ; চ = অমস্তুং ; পুরুষং = ক্ষেত্রগী মশক্ ওইবা জীবাত্মা ; উভৌ অপি = অনীসিমকপূ ; অনাদী বিদ্ধি = অতোপ্পা করিগুমবা মচাক অমদগী পোক্‌পা নত্তে খঙউ; চ = অদুগা ; বিকারান্ = মীৎ, নাকোঙ-নচিংবা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা, খোঙ-খুৎনচিংবা কর্মেন্দ্রিয় মঙা, মন অমস্তুং পৃথিবীনচিংবা ভূত মঙা মতৌ অস্নুম্ন থবক্ ওইনা লৈবা মখোয় তরাতরুক ; চ = অদুগা ; গুণান্ = সত্ত্ব, রজঃ অমস্তুং তমঃ গুণ অহুমসিদগী ওইবা হুংঙাইবা, অরাবা অমস্তুং শুমহৎপা মখোয় পুম্নমক্‌সিবু ; প্রকৃতিসম্ভবান্ এব বিদ্ধি = মায়াগী মশক্ ওইবী প্রকৃতিদগী পোক্‌পমক্লি হায়বসি খঙউ ॥১৯॥

**অপুম্ব অর্থ** :—ক্ষেত্রগী মশক্ ওইনা পোক্‌পী প্রকৃতি অমস্তুং ক্ষেত্রজ্ঞগী মশক্ ওইবা জীবাত্মা অনী অসিমকপু অতোপ্পা মচাক অমদগী পোক্‌পা নত্তে হায়না খঙউ। অদুগা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা, কর্মেন্দ্রিয় মঙা, মন অমস্তুং পঞ্চভূত ( পৃথিবী-নচিংবা ) মতৌ অস্নুম্ন থবক্ ওইনা লৈবা মখোয় তরাতরুক, অদুগা সত্ত্ব, রজঃ, অমস্তুং তমঃ, গুণ অহুমদগী ওইবা হুংঙাইবা, অরাবা অমস্তুং শুমহৎপা মখোয় পুম্নমক্‌লিবু মায়াগী মশক্ ওইবী প্রকৃতিদগী পোক্‌পমক্লি হায়বসি খঙউ ॥১৯॥

হৌজিক্ প্রকৃতিগী থবক্‌শিংবু তাকুনা ক্ষেত্রজ্ঞ জীবাত্মাগী সংসারগী মরম্ ওইরিবসিবু অস্নুম্ন তাক্লি—

কার্য্যকরণকর্ত্তৃত্বে হেতুঃ প্রকৃতিরুচ্যতে।
পুরুষঃ সুখদুঃখানাং ভোক্তৃত্বে হেতুরুচ্যতে ॥২০॥

**অন্বয়ব্যাখ্যাঃ** — কার্য্যকরণকর্ত্তৃত্বে=( মফম্‌সিদা ) হক্‌চাংগী কার্য্য অমসুং হক্‌চাংদা লৈবা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা, কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা, মন বুদ্ধি অমসুং অহংকার তরাহুমদোই অসিবু করণ অসুম্ন খঙ-গদবনি ; মখোয়শিংসিবু শাবদা ঈশ্বরগী শক্তি ওইবী মায়াগী মশক্‌ প্রকৃতি ; হেতুঃ উচ্যতে = মরম্‌ ওইবনি অসুম্ন মহর্ষিশিংনা হায়নৈ ; অতুগা পুরুষঃ — ক্ষেত্রগী মশক্‌ ওইবা জীবাত্মা ; সুখদুঃ-খানাং ভোক্তৃত্বে=নুংঙাইবা অৱাব-নচিংবা ভোগ্যাশিংবু চাবদা ( খঙবদা ); হেতুঃ উচ্যতে = মরম্‌ ওইবনি হায় ॥২০॥

**অপূর্ব অর্থ** :—হক্‌চাংগী মশক্‌ ওইবা কার্য্য অমসুং ইন্দ্রিয়-শিংগী মশক্‌ ওইবা করণ মখোয়শিং অসিবু শাবদা ঈশ্বরগী শক্তি মায়া প্রকৃতিসি মরম্‌ ওইবনি অসুম্ন হায়নৈ, অতুগা ক্ষেত্র-জ্ঞগী মশক্‌ জীবাত্মা নুংঙাইবা, অৱাব-নচিংবা ভোগ্যাশিংবু চাবদা ( অনুভব তৌতুনা খঙবদা ) মরম্নি অসুম্ন মহর্ষিশিংনা হায় ॥২০॥

## অথ্‌প্প ৱা

মফম অসিদা কার্য্যগী অর্থ হক্‌চাংনি হায়বসিদা হক্‌চাংদ নত্তনা মাবু শারিবা পৃথিবী-নচিংবা ভূত মঙা অমসুং মখোয়দা

লৈবা রূপ ( মওঙ-মশক্ ), বস ( মহাউ ) অসি-নচিংবা বিষয মঙাবুস্তু লৌঃগদবনি। অদুগা কবণগী অর্থদসু জ্ঞানেন্দ্রিয় নচিংবতা লৌঃবা নত্তনা মখোয়দা চঙহনা লৈবা সত্ব, বজঃ, তমঃ গুণ অহুমসিগী মশক্ ওইবা মুংঙাইবা, অৱাবা অমসুং শুমহংপা মখোয়শিংবুস্ত লৌঃ-গদবনি।অদুগা "কার্য্যকরণ কর্তৃত্বে" হায়বা অসিগী মতুত্ত "কার্য্য কাবণ কর্তৃত্বে" অস্তুম্ন ইবসু উই। মসিগী অর্থসু হাননগী অহুগুমবনি। নত্রগা-" কার্য্যগী" অর্থ—জ্ঞানেন্দ্রিয মঙা, কর্মেন্দ্রিয় মঙা; অপোৱা পৃথিবীনচিংবা ভূত মঙা অমসুং মন, তবাতককসিবু লৌঃগদবনি. অদুগা "করণগী" অর্থদি—মহত্তত্ব, অহংকার অমসুং পৃথিবী-নচিংবগী অকূপ্প তন্মাত্র মঙা পূম্ন তবেংসিবু লৌঃগদবনি। মতৌ অস্তুম্ন পূম্ন তত্ত্ব কুনছুমদোইসিবু পোক্লকপদা প্রকৃতিনা মবম্ ওই হায়না তাবৃপনি। মতৌ অস্তুম্ন প্রকৃতি অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ জীবাত্মা অনীসি সংসারগী মবম্নি ॥২০॥

ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাসি অৱা নুংঙাই নচিংবগী ভোক্তা ( অচাবা ) ওইহনা সংসারী ওই হায়বসি তাকৃত্রে। হৌজিক্ মহুগী (সংসারী ওইবগী) মবম্হু তাক্লি—

**পুরুষঃ প্রকৃতিস্থো হি ভুংক্তে প্রকৃতিজান্ গুণান্।**
**কারণং গুণসংগোহস্য সদসদ্ যোনি জন্মসু ॥২১॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা**:—পুরুষঃ = ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাসি; প্রকৃতিস্থঃ= হকৃচাং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংগী মশক্ ওইনা ওস্থিত্রিবী মায়া ওইবী প্রকৃতিদা মশামক্লি খন্দুনা অমত্ত ওইনা লৈ; হি = মবম অদুদগী;

প্রকৃতিজান্ গুণান্ = সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অহুমসিগী মশক্ ওইবী প্রকৃতিদগী পোক্পা হুংঙাইবা, অরাবা অমসুং ঙমহৎপা অহুমসিবু ; ভুংক্তে = চাহুনা লৈ হায়বদি ঐ হুংঙাইবনি ; অরাবনি অমসুং অপঙবনি অমুম খন্দুনা লৈ ; মতো অস্মুম — অস্য = ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাসিগী ; সদসদ্ যোনিজন্মসু = অফবা অমসুং ফত্তবা গর্ভদা ( পুক্নুংদা ) চঙহুনা পোক্পশিং অহুদা ; গুণসঙ্গঃ = সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ অহুমসিদা পুক্নীং চঙহুনা শন্নহুনা লৈবহু ; কারণম্ = মরম ওই ॥২১॥

**অপূম্ব অর্থঃ** ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাসি হক্চাং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংগী মশক্ ওইনা ওন্থহুনা লৈবী প্রকৃতিদা মশামক্তি খন্দুনা অমত্ত ওইনা লৈ। মরম্ অসিদগী সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অহুম-সিগী মশক্ ওইবী প্রকৃতিদগী পোক্পা হুংঙাইবা ; অরাবা অমসুং ঙমহৎপা অহুমসিবু মহাক্ন চাদূনা লৈ। মতো অস্মুম ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাসিগী অফবা অমসুং ফত্তবা পূক্ত চঙহুনা পোক্পশিং অহুদা সত্ত্ব, রজঃ তমঃ গুণ অহুমসিদা পুক্নীং চঙহুনা শম-নহুনা লৈবগী মরম্ ওই ॥২১॥

## অথূপ্প ৱা

ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাসি মাগী অশেংবা মওঙদা লৈরগা অরা হুংঙাই-নচিংবা পূম্নমক্ খঙহুনা ভোক্তা ( অচাবা ) ওইবা নত্তে ; প্রকৃতিদগী ওন্থরক্তুনা লৈবা হক্চাং, অন্তঃকরণ ( পুক্নীং-মন ) অমসুং ইন্দ্রিয়শিংগা অমত্ত ওইনা মশাবু খঙবদগী অন্তঃকরণদা

সত্ব-নচিংবা গুণশিংনা ওইবা মুংঙাইবা ; অরাব-নচিংবা অত্থু মহাক্ল, অজ্ঞাননা মবম্ ওইদুনা মশাগীনি হায়না খঙবদনি। মবম্ অসিনা শ্রুতিনা হায়রি— "**আত্মেন্দ্রিয়মনোযুক্তং ভোক্তেত্যাহুর্মনীষিণঃ**" ( কঠঃ উঃ ১।৩।৪ ) -"হকচাং, ইন্দ্রিয় অমস্তুং মনগা লোযননা অমত্ত ওইনা লৈবগুম তৌবা আত্মাবু ভোক্তানি ( চাবিবা মীনি ) অস্তুম্ন অখঙবা ঋষিশিংনা হায়।" মবম অসিনা ব্রহ্মগী মশক্ ওইবা অশেংবা আত্মা, ভোক্তা নত্তে। প্রকৃতিগা ( অন্তঃকরণগা ) লোয়ননা অমত্ত ওইনা শম-নবগুম তৌবদগী অরা-মুংঙাই ফংবগুম তৌবতনি। মবম্ অসিদগী যোগ-দর্শনদস্তু অস্তুম্ন হাযরি— "**দ্রষ্টাদৃশ্যয়োঃ সংযোগো হেয় হেতুঃ**" ( যোগঃ দঃ ২।১৭ )—দ্রষ্টা = অখঙবা আত্মা ; দৃশ্য= খঙগদবা প্রকৃতি অনীসিগী : সংযোগ = অমত্ত ওইনা তিন-নদুনা লৈবগুম তৌবসি ; হেয় হেতুঃ = থাদোক্পদা মতীক্ চাবা অরাবগী মশক্ ওইবা সংসাবগী মবম্নি।" অত্থুগা "**তস্য হেতুরবিদ্যা**" ( যোঃ দঃ ২।২৪ )—"প্রকৃতি অমস্তুং পুরুষ (আত্মা) অনীগী শম-নদুনা লৈবগুম তৌবা অসিগী মরম্দি অবিদ্যানি (জীবাত্মানা মশাগী অশেংবা মশক্ খঙদবগী মশক্ ওইবা অজ্ঞাননি)।" মবম্ অসিনা অজ্ঞান মাঙবদগী শম-নবা মাঙথিদুনা জীবাত্মানা মোক্ষ ফংই হায়বসিবু অস্তুম্ন তাক্লি - "**তদভাবাৎ সংযোগাভাবো হানং তদ্দৃশেঃ কৈবল্যম্**" ( যোঃ দঃ ২।২৫ ) তদভাবাং—ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মানা মশাগী অশেংবা শক্ খঙবগী মশক্ ওইবা জ্ঞান ফংবনা অবিদ্যা ( অজ্ঞান ) অদু মাঙখিবদগী ;

সংযোগা ভাবঃ = আত্মা অমসুং প্রকৃতিগী ( অন্তঃকরণগী ) শম-নবা মাওবা অহু ; হানং = অরাবগী মশক্ ওইবা সংসার মাওবনি, তৎ = মতৌ অসুম্ন সংসার মাওবহু ; দৃশেঃ = চেতন আত্মাগী ; কৈবল্যম্ = ব্রহ্মদা তিনবগী মশক্ ওইবা কৈবল্য মোক্ষনি । " মরম্ অসিনা অজ্ঞান লৈরিঙৈগী ফীবমদা অন্তঃ করণগী অরা মুংঙাইনচিংবা পুম্নমক্ অহুবু মশাগীনি হায়না লেপ্তু্না অপাম-পামদা থবক্ কয়ামুক্ তৌহ্নুনা লৈবদগী জীবা-আসি সংসারদা অফ-ফত্ত পূক্ত্ংসিদা চঙহ্নুনা পোক্ল-শিরা তৌহ্নুনা লৈরিবনি । শ্রুতিনা হায়বি— "সকার্মভিজ্যায়তে তত্র তত্র" ( মুঃ উঃ ৩।২।২ )— " অজ্ঞানী অহু মানা নীংলি নীংলিবা অহুগী মতুং ইননা মফম মফম পূম্নমক্ত পোক্তুনা লৈ । " ॥২১॥

অজ্ঞাননা মবম্ ওইহ্নুনা প্রকৃতিগা শম-নবগুম তৌবদগী ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাগী সংসারমি, মহাক্ অশেংবা মশক্ত সংসারী নত্তে হায়বসি মথক্কী শ্লোকতা তাক্খরে ; হৌজিক ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাসিগী অশেংবা মশক অহুবু অসুম্ন তাক্লি—

**উপদ্রষ্টাঽনুমন্তা চ ভর্ত্তা ভোক্তা মহেশ্বরঃ ।**
**পরমাত্মেতি চাপ্যুক্তো দেহেঽস্মিন্ পুরুষঃ পরঃ ॥২২॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যাঃ** - অস্মিন্ দেহে = হকচাং অসিদা ;, পুরুষঃ = ক্ষেত্রজ্ঞ ওইনা লৈরিবা আত্মা অসি ; পরঃ - অশেংবা মওঙদাসি হকচাং-নচিংবগা লোয়ননা করিমত্ত শম-নদনা তোপ্প লৈ ; মহাক্ অহুদি -উপদ্রষ্টা = মশামক্তি করিমত্ত তৌদনা মনাক্ত লৈবা অতোপ্প-

শিংনা তৌরিবহু য়েংহনা লৈবনি ; চ = অহুগা, অনুমন্তা = হক্চাং, ইন্দ্রিয়-নচিংবনা তৌবা থবক্ পুম্নমক্ অহুবু য়াবগুম তৌহনা লৈবনি, ভর্ত্তা = হক্চাং, মন, বুদ্ধি—নচিংবা পুম্নমক্পু মশাগী মঙালগী মশক্ ওইবা চৈতন্য ( অচঙবা মওঙ ) পীহনা য়োক্পি থাক্পিহনা লৈবনি : ভোক্তা = অন্তঃকরণগী ধর্ম্ম ওইনা লৈবা অৱা-মুংঙাই নচিংবা পুম্নমক্পু মহাক্কী মঙালগী মশক্ ওইবা চৈতন্যনা ঙানথোক্তুনা থমবনি ; মহেশ্বরঃ = মহাক্ পুম্নমক্কী আত্মা ওইহনা শীনথুংনা লৈবা অচৌবা মপুনি ; চ = অহুগা; পব মাত্মা ইতি অপি উক্তঃ=অজ্ঞানীশিংনা আত্মানি হায়না খঙনৱিবা হক্চাংনচিংবা পুম্নমক্সিদগী থোইদোক্ হেনদোক্পা আত্মানি অস্তুমস্তু শ্রুতি-নচিংবনা হায় ॥২২॥

**অপুম্ব অর্থঃ**—হক্চাংসিদা ক্ষেত্রজ্ঞ ওইহনা লৈৱিবা আত্মাসি অশেংবা মওঙদদি হক্চাংগা লোয়ননা করিমত্ত শম-নদনা তোপ্প লৈ, মহাক্ ( ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মা ) করিমত্ত তৌদনা মনাক্ত লৈৱিবা অতোপ্পশিংনা তৌবিবহু য়েংহনা লৈ, অহুগা হক্চাংনচিংবনা তৌবা থবক্ পুম্নমক্পু য়াবগুম তৌনা লৈ, হক্চাং, মন, বুদ্ধি-নচিংবা পুম্নমক্পু মশাগী মঙাল চৈতন্য গুণ পীহনা য়োক্পি থাক্পিহনা লৈ, মতৌ অহুম অন্তঃকরণগী ( মনগী ) ধর্ম্ম ওইনা লৈবা অৱা-মুংঙাই-নচিংবা পুম্নমক্পু মহাক্কী মঙাল ওইবা চৈতন্যনা ঙানথোক্তুনা থমবনি, মহাক্ পুম্নমক্কী আত্মা ওইহনা শীনথুংনা লৈবা মপুনি, অহুগা অজ্ঞানীশিংনা আত্মানি খঙনৱিবা ( উৱিবা ) হক্চাংনচিংবা

পুম্নমক্ সিদগী থোইদোক্ হেনদোক্পা আত্মানি অস্নুম্নহ্ মাবু ক্রান্তি নচিংবনা হায় ॥২২॥

অশংগ্ৰ বা

ঐখোয়না খুমিং খূদিংগী শীজিন্নম্বিবা ঈশিং অসি হৌনশা ওইনা য়াম্বনা ঈংবা পোৎ অমমি, মহুদা অশাবা গুণ লৈতে, মহাক্ (অশাবদি) মৈংদা লৈবা গুণনি। অত্তুবু ঈশিংহ্ মৈংগা শম-নবদগী মৈংগী গুণ অশাবহ্ ঈশিংদা লাক-লগা ঈশিং শাই অস্নুম্ন হায় অমম্নুং খণ্ডনৈ। অত্তুম ওইহুনস্নু ঈশিং- অশাবা পোৎ নত্তে, মাদি অঈংবা পোৎ অমনি। মতৌ অত্তুম আত্মাস্নু হৌনশা ওইনা চৈতন্যগী মশক্ ওইনা লৈহুনা পুম্নমক্পু ভানখোক্তুনা লৈবা পোৎ অমনি, মশোন্দ অৱা-মুংঙাই, অনা-অয়েক্-নচিংবা ধর্ম্ম অমত্ত লৈতে, মখোয়হ্ অন্তঃকরণগী ধর্ম্ম ভাক্তনি। অত্তুবু অজ্ঞাননা মরম্ ওইহুনা হকচাং, অন্তঃকরণ, ইন্দ্রিয়-নচিংবা পুম্নমক লোয়ননা শম-নবগুম তৌবদগী মশোন্দ অৱা-মুংঙাই-নচিংবা লৈবগুম তৌবনি। অশেংবমক্তি অৱা মুংঙাই-নচিংবা পুম্নমক্সি অন্তঃকরণগী ধর্ম্ম ওইবদগী আত্মাদা লৈতে। শুদ্ধ মহাক্ (আত্মানা) অন্তঃকরণগী অৱা-মুংঙাই-নচিংবা ধর্ম্মশিংহুবু ভানখোক্তুনা সাক্ষী ওইনা লৈবা মরম্দগী মাবু উপদ্রষ্টা অমস্নুং অনুমন্ত হায়বনি। শ্রুতিনস্নু হায়ৱি—"সাক্ষী চেতা কেবলো নিগু'ণশ্চ" (শ্বেঃ উঃ ৬।১১) — "মহাক্ পুম্নমক্কী সাক্ষীনি (করিমত্ত তৌদনা পুম্নমক্পু য়েংহুনা লৈবনি), পুম্নমক্পু মাগী

মঙাল পীত্নুনা ফোঙদোক্হনবনি, অনীশুবা পোং লৈতবনি অমস্তুং গুণ অমত্ত লৈতবনি (মরম্ অসিনা অন্না-নুংঙাই লৈতবনি)।" মতৌ অদুম্ম মাগী লৈবা (সত্তা) অদুনা পূম্নমক্ লৈবা ওইহনদুনা পূম্নমক্পু য়োকপি থাকপিবনি। শ্রুতিনা হায়রি "ব্যক্তাঽব্যক্তং ভরতে বিশ্বমীশঃ" (শ্বেঃ উঃ ১।৮)—"খ্বায়গী মপু ওইবা মহাক্ ফোঙদোক্লনা লৈবা অমস্তুং ফোঙদোক্লনা লৈবা তাইবঙ পূম্নমক্-সিবু য়োক্পি।" অদুগা অন্তঃকরণগী অন্না মুংঙাই-নচিংবা ফোঙদোকহনবদগী মানা চাংবগুম লৈবা মরম্ন ভোক্তা হায়নস্তু কৌবনি। শ্রুতি-নস্তু অস্তুম্ন হায়রি—"সর্ব্বভুক্ সর্ব্বস্যেশানঃ" (মৈত্রঃ উঃ ৭।১)—"মহাক্ পূম্নমক্কী ভোক্তানি অমস্তুং পূম্নমক্কী মপুনি।" অদুগা মহাক্ মহেশ্বরনি হায়বসিবুস্তু শ্রুতিনা অস্তুম্ন তাক্লি—"তমীশ্বরাণাং পরমং মহেশ্বরম্" (শ্বেঃ উঃ ৬।৭) "মপু ওইবা পূম্নমক্কী মস্তুংদা খ্বায়দগী অথোইবা মপু মহাক্পু ঐখোয়না (ঋষিশিংনা) খঙই।" মবম্ অসিনা অশেংবা মওঙ মশক্ প্রকৃতিদগী য়ামনা থাম্ন লৈবা আত্মাসিগী মশক্ অদুবু খঙননবা মীপুম খূদিংমক্ হোৎনগদবনি, মতুঙদা পোক্পগী মহৈঃ য়ানদুনা লেঙদবা মুংঙাইবা ফংগদবনি ॥২২॥

হৌজিক্ ভগবান্ মশামক্ আত্মাসিগী অশেংবা মওঙ মশক্ খঙবগী মহৈংবু অস্তুম্ন হায়রি—

**য এবং বেত্তি পুরুষং প্রকৃতিং চ গুণৈঃ সহ।**
**সর্ব্বথা বর্ত্তমানোঽপি ন স ভূয়োঽভি জায়তে ॥২৩॥**

**অম্বয়ব্যাখ্যা ঃ**— যঃ = মী অহুনা ; এবং = মতৌ অসুম্ন ( মথক্ত হায়রিবা অহুম্ন ); পুরুষং বেত্তি = আত্মাবু খঙই ( অসিগুমবা মশক্কী আত্মা ঐনী হায়না শংশঙনা খঙই ) ; চ = অহুগা ; গুণৈ সহ = মাগী ( প্রকৃতিগী ) থবক্‌শিংগা লোয়ননা; প্রকৃতিং ( বেত্তি ) = অবিদ্যাগী মশক্‌ ওইবা প্রকৃতিবু মিথ্যানি ( উরা-খঙলবসু মতম অহুম্মক্ত লৈতবনি ) হায়না খঙই ; সঃ = অহুগুমবা মী অহু ; সর্ব্বথা = তৌখি-তৌখিবা কর্ম্মগী মতুং ইননা কবিগুমবা ফীবম্‌ অমদা ; বর্ত্তমান অপি = লৈবা থোক্লবসু ; ভূয়ঃ = অমুক্‌ হননা ; ন অভিজায়তে = সংসার অসিদা পোক্তে ॥২৩॥

**অপুণ্ব অর্থ ঃ**— মী অহুনা মথক্ত হায়খিবা মশক্‌ অহুন্ন আত্মাসিবু ঐনি হায়না শংশঙনা খঙই অহুগা থবক্‌শিংগা লোয়-ননা প্রকৃতিবুসু মিথ্যানি হায়না খঙই, অহুগুমবা মহাক্‌ অহু তৌখিবা কর্ম্মগী মতুং ইননা করিগুমবা ফীবম্‌ অমদা লৈরবসু অমুক্‌ হননা সংসারসিদা পোক্তে ॥২৩॥

## অথ্‌প্ৰ ৱা

কনা কনাগুমবা আত্মজ্ঞানী ওইবা মীনা জ্ঞান ফংহুনা লৈ-রবসু প্রারব্ধ কর্ম্মগী ( হাননা তৌখিবা কর্ম্মগী ) মতুং ইননা ফত্তবা লমচৎনচিংবা চত্তুনা লৈবসু য়াই, অহুমক্‌ ওইরবসু মহাক্‌ শিরবা মতম্‌দা ব্রহ্মদা তিনবগী মশক ওইবা মোক্ষ ফংই, অমুক হননা সংসারসিদা লাকহুনা অরা-অনা ফংহুনা লৈরদে ( পোক্তে )

হায়রবসি ফাওবগীদমক্ "সর্ব্বথা বর্ত্তমানোঽপি"-কয়িগুমবা ফীবম্ অমদা লৈবা ওইরবসু" অস্মুম ভগবানন হায়রবনি। অদুগা মসিদা "প্রাণ" হায়রবদি "বস্তু" হায়রবা রাহৈংসি শীজিন্নরবসিদগী লমচৎ খীংখিনা চত্তুনা লৈবা জ্ঞানী ওইবা মীশিংদি শিরবা মতুংদা মোক্ষ ফংই হায়রবসিদা কন্নি অমুক্ চিংননীঙাই লৈরিবগে ॥২৩॥

হৌজিক ভগবানন অশেংবা আত্মাবু শংশঙনা থঙনবগী উপায়-শিংবু খিকল্ল তৌদুনা (অমা নত্রগা অমনা পামবৈনদুনা) অস্মুম ফাওই—

**ধ্যানেনাত্মনি পশ্যন্তি কেচিদাত্মানমাত্মনা।**
**অন্যে সাংখ্যেন যোগেন কর্ম্মযোগেন চাপরে ॥২৪॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** কেচিৎ = কনা কনাগুমবা য়ামমা মতীক্ চাবা সাধকশিংনা ; ধ্যানেন = পুক্কীং অনী লোঙদনা আত্মাদা মনবু থমবগী মশক্ ওইবা ধ্যান তৌদুনা ; আত্মানম্=পুম্নমক্কী সাক্ষী ওইদুনা লৈবিবা আত্মাসিবু ; আত্মনি = থম্মোইদা ; আত্মনা = অশেংবা পুক্কীংনা মরম্ ওইদুনা ; পশ্যন্তি=শংশঙনা উদুনা থঙই, অন্যে = ময়ায় ওইরম্ম মতীক্ চাবা অতোপ্প সাধক-শিংনা ; সাংখ্যেন যোগেন = আত্মা অমসুং প্রকৃতিগী তোপ্প তোপ্প (খাইদোক্ন) শংবগী মশক্ ওইবা সাংখ্যযোগনা মরম্ ওইদুনা আত্মাবু শংশঙনা উই ; চ = অদুগা; অপরে = মখাদা হনথবা অতোপ্প সাধকশিংনা ; কর্ম্মযোগেন (আত্মানম পশ্যন্তি) = মহৈং পামদনা কর্ম্ম তৌবগী মশক্ ওইবা (নিষ্কাম কর্ম্মযোগনা)

কর্ম্মযোগ তৌথুনা পুক্লীং শেংদোক্লগা অশেংবা পুক্লীং অহুদা আত্মাবু শংশঙনা উই ॥২৪॥

**অপূর্ব অর্থ :—** কমা কমাগুমবা য়ামনা মতীক্ চাবা সাধক-শিংনা পুক্লীং অনী লোঙদনা ধ্যানযোগ তৌথুনা পুম্নমক্কী সাক্ষী ওইবা আত্মাশিবু অশেংবা পুক্লীংনা মরম্ ওইথুনা থম্মোইদা শং-শঙনা উই। মখায় ওইরম মতীক্ চাবা অতোপ্প মীশিংনা প্রকৃতি অমস্তুং আত্মাগী খাইদোক্ল খঙবগী মশক্ ওইবা; সংখ্য-যোগনা মরম্ ওইথুনা আত্মাবু শংশঙনা খঙই। অহুগা থয়া হুবা অতোপ্প সাধকশিংনা মহৈঃ পায়দনা কর্ম্ম তৌবগী মশক্ ওইবা কর্ম্মযোগ ( নিষ্কামকর্ম্ম যোগ ) তৌথুনা পুক্লীং শেংদোক্লগা অশেংবা পুক্লীং অহুদা আত্মাবু শংশঙনা খঙই ॥২৪॥

মথক্ত হায়খিবা সাধনশিংসি ( উপায়শিংসি ) তৌবা গুমদবা অমস্তুং য়ামনা থাজনা মোক্ষ পামবা মীশিংগীদমক্ অতোপ্প উপায় অমা ভগবান্না হাক্লি—

**অন্যে ত্বেবমজানন্তঃ শ্রুত্বাঽন্যেভ্য উপাসতে।**
**তেঽপি চাতিতরন্ত্যেব মৃত্যুং শ্রুতিপরায়ণাঃ ॥২৫॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** অন্যেতু = অতোপ্প সাধকশিংনদি; এবং অজানন্তঃ = মথক্ত হায়রিবা সাধনশিংবু তৌবা অমস্তুং খঙবা গুমদবা ওইথুনা; অন্যেভ্যঃ = থৌজাল হৈবা অমস্তুং অখঙ-অহৈ গুরু-নাথিংয়া অতোপ্পশিংদগী; শ্রুত্বা = আত্মতত্বগী মরমদা তারগা; উপাসতে = য়ামনা থাজনা মহুগী উপাসনা তৌথুনা হোৎনৈ;

তে অপি = মখোয় অদুস্ু ; শ্রুতিপরায়ণাঃ = আত্মাগী মরম্দা তাবা অদুদা পূক্লীং চঙবা ওইদুনা ; মৃত্যুং = শিববু (পোক্ল-শিরা তৌবা সংসারসিবু ); অতিতরন্তি এব = শোয়দনা লাম্থোক্লুনা চৎলী ॥২৫॥

**অপূর্ব্ব অর্থ :—** অতোপ্প সাধকশিংনদি মথক্ত হায়রিবা উপায়শিং অসিবু তৌবা অমস্তুং খঙবা ঙমদবদগী অতোপ্প অথঙ অহৈ গুরু-নচিংবদগী আত্মতত্ত্বগী মরম্দা তাবগা য়ামনা থাজবগা লোয়ননা অদুগী উপাসনা তৌদুনা লৈ, অদুগুমবা মখোয় অদুস্ু. আত্মাগী মরম্দা তাজবা অদুদা পূক্লীং চঙবা ওইদুনা পোক্পা শিবা নাইবা সংসারসিবু শোয়দনা লাম্থোক্লুনা চৎলী ॥২৫॥

ক্ষেত্রজ্ঞ জীবাত্মা অমস্তুং পরমাত্মা ( ব্রহ্ম ) অনীসিগী অমত্ত ওইবা জ্ঞানদগী মোক্ষ ওই হায়বসি "যজ্‌ জ্ঞাত্বাঽমৃতমশ্নুতে" (গীঃ ১৩।১২ ) অস্তুম্ন তাকখ্রে, অদুবু জ্ঞানদু কবম্ন মোক্ষগী সাধন ( মবম্ ) ওইগনি হায়না চিংনরবদা মদুবু তাক্লবগীদমক্ মথাগী শ্লোক অসিদগী অধ্যায় লোইবা ফাওবদা ভগবান্ন পাউথুম পীরি। মদুদস্ু অহানবদা মোক্ষগী মরম্ ওইবা জ্ঞাননা মাঙগদবা সংসারসিগী মরম্বু অস্তুম্ন হায়রি—

**যাবৎ সংজায়তে কিঞ্চিৎ সত্ত্বং স্থাবর জঙ্গমম্ ।**
**ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞ সংযোগাৎ তদ্বিদ্ধি ভরতর্ষভ ॥২৬॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** ভরতর্ষভ = ভরত নিংথৌগী শাগৈদা অথোইবা হে অর্জ্জুন !, যাবৎ কিঞ্চিৎ = করিগুমবা; স্থাবরজঙ্গমম্ =

চত্তুবা অমস্থং চৎপা ওইবা ; সত্ত্বং সংজায়তে = পোং পোকই; তৎ = মতুবু ; ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞ সংযোগাৎ = ক্ষেত্রগী মশক্ ওইবা প্রকৃতি অমস্থং ক্ষেত্রজ্ঞগী মশক্ ওইবা আত্মা অনীসিগী অজ্ঞাননা মরম্ ওইদুনা শমনবদগীনি হায়না ; বিদ্ধি = নওনা খওউ ॥২৬॥

**অপূর্ব অর্থ :—** ভরত শাগৈদা অথোইবা হে অর্জুন ! অচং-চত্ত করিগুমবা পোং অমা পোকই, পোক্লিবতু ক্ষেত্র ওইবা প্রকৃতি অমস্থং ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা আত্মা অনীসিগী শম-নবদগীনি হায়না নওনা খওউ ॥২৬॥

## অপূর্ব ব্যাঃ

শ্লোক অসিদা ভগবান্ন অচং-চত্ত করিগুমবা পোং অমা পোক্পদা ক্ষেত্র ওইবা অচেতন প্রকৃতি অমস্থং ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা চেতন আত্মা অনী অসিগী শম নববু মরম্নি তাক্লি । অদুবু মখোয় অনীগী শমনবসি ব্যবহারদা চৎনরিবা পোংশিংগী মতৌগুমনা শম-নবনি হায়বা য়াদে । মরম্দি আত্মাগী অশেংবা মশক্ শীনথুংনা লৈরগা কনা অমত্তগা শম-নদবনি । মরম্ অসিনা মখোয় অনীগী শম নবা অজ্ঞাননা মরম্ ওইদুনা আরোপ তৌরগা (ওইদববু ওইবগুম তৌরগা) অমত্ত ওইবগুম তৌবনি হায়না খওগদবনি । থোরীমকক্কী খওদবগী মশক্ ওইবা অজ্ঞাননা কুপ্পুনা থমলিবা থৌরীমকক্ক অজ্ঞানগা লোয়ননা শম-নবগুম তৌদুনা লিল টবগী মতৌগুমনা চেতন আত্মাবু কুপ্পুনা থমবী মায়াগী মশক্

ওইবী প্রকৃতিগা লোয়নবা শম-নহুনা লৈবগুম ভৌবা চেতন আত্মাদা প্রকৃতি অতুদগী তাইবঙপানগী পোৎ পুন্নমক্সি পোক্পনি, অশেং-বমক্তি প্রকৃতি অমসুং আত্মাগী শমংনবা লৈতে। মবম্ অসিমা শম-নদবত্তু খঙলগা মোক্ষ ওই হায়রবনি। মতৌ অসুম্ন প্রকৃতি অমসুং আত্মাগী অবিদ্যানা (অজ্ঞাননা) মরম্ ওইহুনা শম নবদগী পোৎ পুন্নমক্ পোক্লক্পনি হায়বসিবু মতুংদসু শ্রীভগবান্ন উদ্ধবগী মফমদা অসুম্ন তাক্লি—

অণুর্বৃহৎকৃশঃ স্থূলো যো যো ভাবঃ প্রসিধ্যতি।
সর্ব্বোঽপ্যুভয় সংযুক্তঃ প্রকৃত্যা পুরুষেণ চ॥

(ভাগঃ ১১।২৪।১৬)

" অপীকপা, অচৌবা, অপাবা, অথাবসু (অনোয়বসু) ওইসনু পোৎ অমা ওইহুনা পুন্নমক্ ফাওরিবসি প্রকৃতি পুরুষ (আত্মা) অনীসিগী তিন নবদগী (শম নবদগী) ওইরক্পা ঙাক্তনি ॥২৬॥

মতৌ অসুম্ন অবিদ্যানা (অজ্ঞাননা) মবম্ ওইহুনা ক্ষেত্র ওইবা প্রকৃতি অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা আত্মাগী শম নববু (তিন নববু) পোক্পা শিবা নাইবা সংসারগী মরম্নি তাক্লগা হৌজিক অবি-দ্যাহুবু মাঙহনবা ঙমবা জ্ঞান অহুবু অসুম্ন তাক্লি—

সমং সর্ব্বেষু ভূতেষু তিষ্ঠন্তং পরমেশ্বরম্।
বিনশ্যৎস্ববিনশ্যন্তং যঃ পশ্যতি স পশ্যতি ॥২৭॥

অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ—বিনশ্যৎসু=শোরদনা মাঙগদবা ; সর্ব্বেষু ভূতেষু = ব্রহ্মাদগী হৌহুনা ভূমীৎ, কাঙ ফাওবা লৈরিবা থম্মায়-

পানবা পুম্নমক্কী মন্নুংদা ; সমংতিষ্ঠন্তং = চপ মান্ননা অমত্ত ওইনা লৈবা ; অবিনশ্যন্তং = মাঙ-তাক্পা অমত্ত লৈতবা ; পরমেশ্বরম্ , = খ্বায়দগী অখোইবা মপু পরমাত্মাদুবু ; যঃ পশ্যতি = মী অদুনা মশাগী মশক্ ওইনা উই ( খঙই ); সঃ পশ্যতি = মহাক্ অশেংবা অউবনি ( অখঙবনি ) ॥২৭॥

**অপূর্ব অর্থ :—** শোয়দনা মাঙগদবা থল্লায় পানবা পুম্নমক্কী মন্নুংদা চপ্ মান্ননা অমত্ত ওইনা লৈবা অমস্তুং মাঙ-তাক্পা লৈতবা পরমাত্মাদুবু মীদুনা মশাগী মশক্ ওইনা খঙই অদুগুমবা মহাক্ অদু অশেংবা খঙবা অমস্তুং উবা মীনি ॥২৭॥

## অথুপ্প বা

ব্যবহারগী মতমদা ঐখোয়না মশাং লাক্উমদনা আত্মা ময়াম ওইনা উবি-খঙলিবসিদি, মওদা আত্মা ময়াম উবা খঙবগী মতৌ-গুমবনি । মঙ মঙবা মতমদা মঙ মঙলিবা জীবাত্মা অদু নত্তবা অতোপ্প পোৎ অমত্ত লৈত্তে, অদুবু তুম্বনা মরম্ ওইদুনা মতম অদুদা মহাক্ মশামক্পু মতোমদা ওইববস্থ মযাম ওইনা উহল-লী অমস্তুং খঙহল্লী অদুগা ময়ামদুগী মন্নুংদা তোপ্প তোপ্প আত্মাশু লৈত্তে ; পুপ্প মঙ উবিবা আত্মা অদুতনা পুম্নমক্ত চঙদুনা ময়াম ওইনা উবদনি । মরম্ অসিনা মওদা পুম্নমক্ত চঙদুনা লৈবা আত্মা অমত্তনি ময়াম নত্তে হায়না খঙবসি অশেংবা খঙবনি । মত্তৌ অদুম্ন অবিদ্যানা ( অজ্ঞাননা ) মরম্ ওইদুনা মওগুমনা উরিবা

তাইবঙপানসিদা মশীং লাকৃণ্ডমদনা লৈবিবা থৱায়পানবশিংদা শীনূথুংনা অমস্তুং অমত্ত ওইনা চপ মান্নবা লৈবা আত্মা অমখক্তনি খঙবসি অশেংবা খঙবনি। মরম্ অসিনা ভাগবতকী মখুংদস্তু শ্রীভগবান্ন অস্তুম্ন হায়রি —

**মামেব সর্ব্বভূতেষু বহিরন্তরপাবৃতম্।**

**ইক্ষেতাত্মনি চাত্মানং যথা খমমলাশয়ঃ ॥**

(ভাগঃ ১১।২৯।১২)

"হে উদ্ধব! নহাক্ পুক্নীং শেংনা থৱায়পানবা পূম্নমক্কী মুংদা অমস্তুং নশামক্ত মখুং মপাল থননা আত্মাগী মশক্ ওইনা লৈবা কৃষ্ণ ঐমক্তবু য়েংউ (খঙউ), কৃষ্ণ ঐ আকাশগী মতৌ-গুমনা মফম পুম্নমক্ত শীনূথুংনা লৈবনি।"

অতোপ্প মফম অমদস্তু শ্রীভগবান্ন উদ্ধবকী মফমদা ময়াম ওইনা উবিবা তাইবঙসিংগী অশেংবা মশক্পু অস্তুম্ন তাক্লি —

**প্রকৃতির্য্যস্যোপাদানমাধারঃ পুরুষঃ পরঃ।**

**সতোঽভিব্যঞ্জকঃ কালো ব্রহ্ম তত্রিতয়ং ত্বহম্ ॥**

(ভাগঃ ১১।২৪।১৯)

"তাইবঙসি শা—নবা মচাক্লি প্রকৃতিনি; মসিগী চঙনফম ওইতুনা লৈনবা মফমনা পরমাত্মানি, লৈরিবা পুম্নমক্কী ফোঙ-দোক্হনবদি কালনি (মতমনি), অতুগা মথোয় অহুমমক্সি অশেংবা ব্রহ্মগী মশক্ ওইবা কৃষ্ণ ঐনি॥"

মরম্ অসিনা ময়াম ওইনা লেঙলি পাললিবা পূম্নমক্ অসি কৃষ্ণ মহাক্কী লীলানি, অশেংবমক্তদি ঈবুংঙো মহাক্ নত্তবা অনীশুবা পোৎ অমা লৈতে হায়বসি লেপ্‌কদবনি ॥২৭॥

মথক্ত হায়খ্রিবা আত্মাগী অশেংবা জ্ঞান ফংবসিদগী কবম্ব মহৈঃ ফংই হায়বত্থ হৌজিক্ তাক্লি —

**সমং পশ্যন্ হি সর্ব্বত্র সমবস্থিতমীশ্বরম্।**
**ন হিনস্ত্যাত্মনাঽঽত্মানং ততো যাতি পরাং গতিম্**
**॥২৮॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা** :- সর্ব্বত্র = অচৎ-চত্ত তাইবঙপূম্বসিদা ; সমবস্থিতম্ = মঙও অমত্ত ওইনা লেঙদনা লৈরিবা ; সমং ঈশ্বরম্ = অথোই অহেন নাইদনা চপ্ মান্নবা আত্মাগী মশক্ ওইবা ঈশ্বরত্বু ; পশ্যন্ = " মহাক্ ঐমক্লি " খঙবা জ্ঞানীশিংনা ; হি = লেপ্পমক্; আত্মনা আত্মানং = মশানা মশাবু ; ন হিনস্তি = হাত্তে ; ততঃ = মতো অস্মুন্ন খঙবা অত্থদগী ; পরাং গতিং = অথোইবা পনথুং মোক্ষবু; যাতি = ফংই ॥২৮॥

**অপূন্ন অর্থ** :- অচৎ-চত্ত তাইবঙপূম্বসিদা মঙও অমত্ত ওইনা লেঙদনা লৈরিবা অমস্তুং অথোই অহেন নাইদনা চপ্ মান্নবা আত্মাগী মশক্ ওইবা ঈশ্বরত্ববু মহাক্ মশামক্লি খঙবা জ্ঞানীনা লেপ্পমক্ মশানা মশাবু হাত্তে, মতো অস্মুন্ন খঙবা অত্থদগী অথোইবা পন্থুং মোক্ষবু ফংই ॥২৮॥

অথ প্ল ব্বা

অজ্ঞানীশিংনা মশাগী অশেংবা মশক্ সৎ-চিৎ-আনন্দ ওইবা ব্রহ্মবু খণ্ডদনা ; হকৃচাংনচিংববু মশামক্লি খন্দুনা লৈবসিবু মফম অসিদা শ্রীভগবান্ন মশানা মশাবু হাত্তুনা লৈবনি তাকই। মরম্দি মশানা মশাবু খণ্ডদবসি আত্মঘাতকা (মশানা মশাবু হাৎপগা) চপ্ মান্নে। মহাভারতকী মনুংদা শকুন্তলানস্থু দুষ্যন্তগী মফমদা অস্থুম্ন হায়রি—

যোহন্যথা সন্তমাত্মানমন্যথা প্রতিপদ্যতে।
কিং তেন ন কৃতং পাপং চোরেণাত্মাহপহারিণা॥

"মী অদুনা অতোপ্প মওং অমদা লৈবা আত্মাবু অতৈ অতোপ্প মওং অমদা খঙহনা লৈ, অদুগুমবা আত্মঘাতী ওইবা (মশানা মশাবু হাত্তুনা লৈবা) মহাক্না করম্ব পাপ তৌদনা লৈ হায়বদি মহাক্না পাপ পূম্নমক্পু তৌহনা লৈ।"

মরম্ন আসিনা অসিগুমবা আত্মাবু খণ্ডদনা লৈবা মীশিংগী মরম্দা শ্রুতিনস্থু অস্থুম্ন হায়রি—

অসূর্য্যা নাম তে লোকাঃ অন্ধেন তমসাহহবৃতাঃ।
তাংস্তে প্রেত্যাভিগচ্ছন্তি যেকে চাত্মহনো জনাঃ॥

(শুঃ যজুঃ ৪০।৩)

"অজ্ঞানগী মশক্ ওইবা অমম্বনা কুপ্পুম্না লৈবা অসুর্য্য কৌবা লোক য়ামনা লৈ। আত্মাগী মশক্ খণ্ডদনুনা আত্মঘাতী

ওইবা কনান্থ ওইসন্থ, মখোয়না শিরবা তুংদা অসিগুম্বা লোকশিং অত্থুদা চংলী।”

**মরম্ অসিনা মীপুম্ খুদিংমক্ক আত্মঘাতী ওইদনবা মশাগী আত্মাবু খণ্ডনবা হোৎনগদবনি ॥২৮॥**

অক্ষ-ফক্ত থবক্শিং তৌবা অমস্থুং হক্চাং খুদিংমক্ক তোপ্প তোপ্প লৈবা আত্মাশিং য়ামনা লৈ অত্থুগা মখোয়না তৌবগী মতুং ইননা অরা-মুংঙাই (অক্ষ-ফক্ত) মহৈঃ চাবস্থু চপ্ মান্নবা অমত্ত ওইবা আত্মা লৈ, মাবু খণ্ডবা মীনা আত্মঘাতী ওই হায়বসি করম্ন য়াগনি হায়না চিংনরবদা মসিগী পাউখুম ভগবান্ন অস্থুন্ন পীরি—

**প্রকৃত্যৈব চ কর্ম্মাণি ক্রিয়মাণানি সর্ব্বশঃ।**
**যঃ পশ্যতি তথাহহত্মানমকর্ত্তারং স পশ্যতি ॥২৯॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—**যঃ=মী অত্থুনা ; **কর্ম্মাণি সর্ব্বশঃ**=মওঙ পূম্নমক্ক হক্চাং, মন অমস্থুং ৱাহৈংনা তৌবা থবক্ পূম্নমক্পু ; প্রকৃত্যা এব চ=হক্চাং, ইন্দ্রিয়-নচিংবগী মওঙদা ওন্থরক্লুনা লৈকী মায়াগী মশক্ ওইবী প্রকৃতিমক্তুনা ; ক্রিয়মাণানি=তৌবা ঙাক্তনি ; পশ্যতি=অত্থুম্ন য়েংই (খঙই-উই) ; তথা=মতৌ অত্থুমনা ; আত্মানং=আত্মাবু ; অকর্ত্তারং (পশ্যতি)=অচৌবা নত্তে হায়না খঙই, সঃ=অত্থুগুমবা মহাক্, পশ্যতি=অশেংবা য়েংবা অমস্থুং খঙবা ওই ॥২৯॥

**অপুম্ন অর্থ :—** মী অত্থুনা মওঙ পূম্নমক্ক হক্চাং, মন

অমস্মুং ব্রাহৈংনা তৌবা থবক্ পূম্নমক্পু হক্চাং, ইন্দ্রিয়-নচিংবগী মশক্ ওইনা ওন্থরক্লুনা লৈবী প্রকৃতিমক্তনা তৌবা ঙাক্তনি অস্মুম্ন খঙই, মতৌ অদুম্ন আত্মাবু অতৌবা নত্তে (কর্তা নত্তে হায়না খঙই। অস্মুম্ন খঙবা মহাক্ অশেংবা খঙবা অমস্মুং য়েংবা ওই ॥২৯॥

## অথ্ঃপ্প ব্রা

ব্যবহারদা (চৎনবদা) "ঐনা তৌই", "ঐনা নীংই", "ঐনা হায়" অসি-নচিংবা থবক্শিং অসি "ঐ" হায়না খঙ-নরিবা আত্মানা তৌবা ঙাক্তনি অস্মুম্ন খঙনৈ। অদুবু বিচার (ব্রাখল্) তৌদুনা য়েংলবদি আত্মাগী মশক্ ওইনা খঙনদুনা লৈবা অহিংবা হক্চাংনচিংবনা তৌবা থবক্ ঙাক্তনি। মদুদা চেতন আত্মাদি হক্চাংনচিংববু চেতনা (অচঙবগী মওঙ) পীবতনি। মহাক্ করিমত্ত তৌদে। "ঐনা চৎলী" হায়বসিদা হক্চাংনা চৎপনি, আত্মাদি চত্তে, মাদি মফম পূম্নমক্ত শীন্থুংনা লৈবা মরম্ন চৎপ-নচিংবা থবক্ অমত্ত তৌদে, মচি অমদা লৈবা অমস্মুং ক্রিয়া লৈবা পোত্তনা থবক্ তৌবনি, শীন্থুংনা লৈবা আত্মাদদি ক্রিয়া লৈতে। আকাশ মফম পূম্নমক্ত অমত্ত ওইনা লৈবা মরম্ন করি-মত্ত চত্তে, অদুবু চফ্ৃগী মশক্ ওইবা উপাধিগী চৎপদগী মদুগী মনুংদা লৈবা আকাশ অদুস্মু চৎপগী মতৌগুমনা তৌই। মতৌ অদুম্ন হক্চাংনচিংবনা চৎপ-নচিংবা থবক্ তৌবদা মখোয়বু (হক্চাং-নচিংববু) উপাধি ওইনা লৌঃছুনা লৈবা আত্মানা চৎপ-নচিংবা

থবক্ তৌবগুম উবদনি। মবম্ অসিনা অশেংবা মওঙদা আত্মা কঁরিগুমবা থবক্ অমগী অতৌবা নত্তে, তৌরিবদি হক্চাংনচিংবনি। অদুগা হক্চাংনচিংবা পুম্নমক্সি সত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অহুমগী মশক্ ওইবী প্রকৃতিদগী অতোপ্প মওঙ ওইনা ওন্থরক্লুনা লৈবা ঙাক্তনি। মরম্ অসিনা শ্রীভগবান্ন থবক্ পুম্নমক্ প্রকৃতিনা তৌবনি হায়রিবনি। মতৌ অদুন্ন আত্মা ময়াম উরিবসিস্থ চক্, ময়ামগী মনুংদা আকাশ ময়াম উবগী মতৌগুমনা হক্চাং ময়ামদা লৈবা অন্তঃকবণ ময়াম ওইবা মরম্ন মথোয়বু উপাধি ওইনা লোঃ-হুনা লৈবা আত্মা অমত্তহুনা ময়াম ওইনা খঙনবতনি। মরম্ অসিনা আত্মাগী অশেংবা মশক্পু শ্রুতিনা অসুম্ন তাক্লি—"নিষ্কলং নিষ্ক্রিয়ং শান্তম্" (শ্বে: উ: ৬।১৯)— "আত্মা অসি মচেৎ মকায় তাদবনি হায়বদি মচি অমদা লৈরগা মচি অমদা লৈতবা পোৎ নত্তে, (শীন্থুংনা লৈবা পোৎনি), ক্রিয়া লৈতবনি (থবক তৌদবনি) অমসুং মফম পুম্নমক্ শীন্থুংনা তপ্প লেঙদনা লৈবনি।" মরম্ অসিনা পাপ পুন্য-নচিংবা পুম্নমক্ আত্মাগী উপাধি ওইবা অন্তঃকবণশিংগী ধর্ম্ম ঙাক্তনি, মথোয়দগী ওইবা অন্না-নুংঙাই-নচিংবস্থ অন্তঃকরণশিংদা ওইবা ঙাক্তনি, আত্মাগী অমত্তস্থ নত্তে। অদুবু হৌনশা ওইনা ঈশিং অসি অঈংবা পোৎ ওইরবস্থ, উপাধি ওইনা লাকপা মৈংগা শমনবদগী ঈশিং শাই হায়না খঙবগুম আত্মাস্থ হৌনশা ওইনা অন্না-নুংঙাই-নচিংবগী ভোক্তা (অচাবা মী) ওইত্রবস্থ উপাধি ওইবা হক্চাং, অন্তঃকরণ-নচিংবগা অমত্ত ওইনা শমনবগুম তৌবদগী মথোয়দা ওইবা (হক্চাং

অন্তঃকরণ-নচিংবদা ওইবা ) অতেন্-অশাং, অরা-মুংঙাই-নচিংবা ধর্ম্ম-শিংবু ব্যবহারদা আত্মাগী ওইনা খঙনবতনি। তশেংনা আত্মা ভোক্তা ( অচাবা মী ) নত্তে। মরম্ অসিদগী শ্রুতিনা হায়রি—
"**আত্মেন্দ্রিয়মনোযুক্তং ভোক্তেত্যাহুর্মনীষিনঃ**" ( কঠঃ উঃ ১।৩।৪ )— "হক্চাং, ইন্দ্রিয অমসুং মনগা ( অন্তঃকরণগা ) লোযননা তিন্নবগা আত্মাসি ভোক্তা ওই হায়না বিচার তৌহুনা লৈবা জ্ঞানীশিংনা হায়।" মবম্ অসিনা থরায় পানবা পুন্নমক্ত চপ মান্ননা লৈবা আত্মা অমত্তনি ; মহু ঐখোয় পুন্নমকী অশেংবা মশক্কি হায়বসি খঙগদবনি ॥২৯॥

অহাব শ্লোকতা ক্ষেত্রগী মশক্ ওইবা হক্চাংনচিংববু ক্ষোঙান তোঙান য়ারগা মখোয় পুন্নমক্ অহুদা অমত্ত ওইবা আত্মা লৈ, আত্মাদিময়াম নত্তে হায়বসি তাক্লগা হৌজিক ক্ষেত্রগী মশক্ ওইবা হক্চাংনচিংবা ময়াম অহুম্ব মায়ানা মবম্ ওইহুনা ময়াম ওইনা অমত্ত ওইবা আত্মাদা উবনি, মখোয় আত্মা নত্তনা অতোপ্প অমা নত্তে হাযবসি তাক্লুনা মহু খঙবগী মহেং হায়রি—

**যদা ভূতপৃথগ্ভাব মেকস্থমনুপশ্যতি।**
**তত এব চ বিস্তারং ব্রহ্ম সম্পদ্যতে তদা ॥৩০॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা** :— যদা ( সাধকঃ ) = করিগুমবা মতম অহুদা সাধক অহুনা ; ভূতপৃথগ্ভাবং=অচেতন ওইবা (চঙদবা) অচৎ-চত্ত ভাইবঙ পুন্নমক্শিংগী তোঙান তোঙানবা মতৌসি ; একস্থম্ = অমত্ত ওইবা আত্মাদা মায়ানা মরম্ ওইহুনা লৈবনি ; চ = অহুগা ;

ততঃ এব=অমত্ত ওইবা আত্মা অত্নমক্তদগী ; বিস্তারম্=তাই-বঙপান অসি শনদোক্লকপনি ( ওইরকপনি ) ; অস্থুম, অনুশন্তুতি =শাস্ত্র, আচার্য্য-নচিংবদগী থঙই ; তদা=মতম অত্নদা ; (সং) ব্রহ্ম সম্পদ্যতে=মহাক্ ব্রহ্মদা তিনবগী মশক্ ওইবা মোক্ষ ফংই ॥৩০॥

**অপূম্ব অর্থ :—** করিগুমবা মতমদা সাধক অত্নুনা অচেতন ওইবা অচং-চত্ত তাইবঙপানসিগী তোঙান তোঙানবা মতৌসি অমত্ত ওইবা আত্মাদা মায়ানা মরম্ ওইহনা আরোপ তৌহনা লৈবনি ; অত্নগা অমত্ত ওইবা আত্মা অত্নমক্তদগী তাইবঙপান অসি শনদোকপনি ( ওইরকপনি ) ছায়না শাস্ত্র, আচার্য্য-নচিংবদগী থঙই, মতম অত্নদা মহাক্ ব্রহ্মদা তিনবগী মশক্ ওইবা মোক্ষ ফংই ॥৩০॥

## অথ্ প্প বা

ঐখোয়না তূম্বনা মরম্ ওইহনা অমত্ত ওইবা আত্মাদা মঙগী মখল মখা অয়ামবা তাইবঙ উই, মখোয় পূম্নমক্ অত্ন অমত্তং ওইবা আত্মাদা লৈবা ভাক্তনি, মঙ উরিবা আত্মা অত্নদগী অতোপ্প অমা নত্তে। মতৌ অত্নম ঐখোয়না হৌংগত্তনা লৈবা মতম্সিদা উরিবা মখল্ মখা অয়ামবা তাইবঙপানসিম্ মায়ানা মরম্ ওইহনা অমত্ত ওইবা আত্মাদা ময়াম ওইনা উহনা লৈবনি ; অসেংবমাক্তি অমত্ত ওইবা আত্মা অত্নদগী অতোপ্প অমা নত্তে। মরম্ অসিদা

শ্রুতিনা তাক্লি— "আত্মৈবেদং সর্ব্বম্" (ছাঃ ৬ঃ ৭।২৫।২)— "তাইবঙপানসি আত্মামক্তনি।" অদুগা শনদোক্ল লৈরিবা তাই-বঙপানসি আত্মামক্তদগী শনদোক্পনি হায়বসিবুদ্ধ শ্রুতিনা অস্মুম্ন হায়রি— "আত্মতঃ প্রাণঃ, আত্মতঃ আশা, আত্মতঃ স্মরঃ, আত্মতঃ আকাশঃ, আত্মতস্তেজঃ, আত্মতঃ আপঃ, আত্মতঃ আবির্ভাবতিরোভাবৌ, আত্মতোঽন্নং ··· ··· ··· আত্মতঃ এবেদং সর্ব্বমিতি॥" (ছাঃ উঃ ৭।২৬।১)— "আত্মাদগী প্রাণ (থরায়), আত্মাদগী আশা (নীংবা), আত্মাদগী কাম (পামবা), আত্মাদগী আকাশ (অতিয়া), আত্মাদগী মৈঃ, আত্মা-দগী ঈশিং ওইরক্ই, আত্মাদগী ফোঙদোক্পা অমসুং থ.প.চিনবা (পোক্পা শিবা) ওই, আত্মাদগী চীঞ্জাক্ ওইবক্ই ··· ··· ··· আত্মাদগী পুম্নমক্ ওইরকই॥"

মরম্ অসিনা য়ামনা পাক্-চাউনা লৈবিবা তাইবঙপান অসি আত্মা নত্তনা অতোপ্প অমা নত্তে খঙবা সাধকনা ব্রহ্মদা তিনবগী মশক্ ওইবা মোক্ষ ফংই হায়বসি ভগবান্না তাক্পনি মসিগী মবম্দা অতোপ্প শ্রুতিনা হায়বি—

**যস্মিন্ সর্ব্বানি ভূতানি আত্মৈবাভূদ্বিজানতঃ।**
**তত্র কো মোহঃ কঃ শোক একত্বমনুপশ্যতঃ॥**

(শুঃ যজুঃ ৪০।৭)

"জ্ঞান ওইবগী ফীবম অদুদা জ্ঞানীদুগী অচৎ-চত্ত তাইবঙ পানসি আত্মামক্তগী মশক্ ওই, অদুগুমবা মতম অদুদা অমত্ত

ওইবা আত্মাবু খণ্ডহুনা লৈরবা জ্ঞানীহুৎগী করম্ব শুমহৎপা অমত্তুং করম্ব অব্রাবা ওইগনি ॥৩০॥

হৌনশা ওইনা আত্মা কর্ত্তা নত্রবস্মু হকচাং ওইবা উপাধিনা মরম্ ওইহুনা আত্মা কর্ত্তা ওইবা য়াই অস্তুম্ন চিংনরবদা উপাধিনা মরম্ ওইরগা আত্মা কর্ত্তা ওইবা য়াদে হায়বা হৌজিক্ ভগবান্ন তাক্লি—

অনাদিত্বান্নির্গুণত্বাৎ পরমাত্মায়মব্যয়ঃ ।
শরীরস্থোপি কৌন্তেয় ন করোতি ন লিপ্যতে ॥৩১॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** কৌন্তেয় = কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন । অয়ং পরমাত্মা=পরমাত্মা ওইবা আত্মাসি ; অনাদিত্বাৎ=করি-গুমবা মচাক্ অমদগী পোক্পা লৈতবদগী ; নির্গুণত্বাৎ=গুণ অমত্ত লৈতবদগী, অব্যয়ঃ=মাঙ-তাক্পা লৈতে মশাগী মওঙ কায়দনা মতম পূন্নমক্ত লৈ ; মরম্ অসিনা— শরীরস্থঃ অপি = হকচাং লোঃহুনা হায়বদি হকচাংবু উপাধি ওইনা লোঃহুনা লৈরবস্মু, ন করোতি=করিমত্ত তৌদে ; অহুগা—ন লিপ্যতে=কর্ম্মগী মহৈংগা লোন্নননস্মু মরিমত্ত শম-নদে হায়বদি কর্ম্মগী মহৈঃ চাবা ওই-দে ॥৩১॥

**অপূন্ন অর্থ :—** কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন । পরমাত্মাগী মশক্ ওইবা আত্মাসি করিগুমবা মচাক্ অমদগী পোক্পা নত্তবদগী অহুগা করিগুমবা গুণ অমত্ত লৈতবদগী মাঙ-তাক্পা লৈতে, মশা মওঙ কায়দনা মতম পূন্নমক্ত লৈ । মরম্ অসিনা হকচাং

শোত্তনা লৈরবস্থু করিমত্ত ত্রোদে অদুগা কর্মগী মহৈংগস্থু করিমত্ত শম-নদে ।।৩১।।

## অথুপ্প বা

"ক্ষেত্রজ্ঞং চাপি মাং বিধি" (গীঃ ১৩।২) — অসুম্ম ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাসিবু কৃষ্ণ ঐমক্তি হায়তুনা পরমাত্মাদগী থেন্নদনা তাক্লিবা আত্মাসি মাবু শাগৎনবা মচাক্ লৈতবা মরম্ম পোক্কে (অনাদিনি)। মরম্ অসিনা মাগী শিবস্থু লৈতে, মহাক্ নিত্যনি (মতম পূম্মমক্ত লেঙদনা লৈবনি)। অদুগা মাবু গুণ লৈবনি হায়না য়ারবদি গুণ হৌনশা ওইনা মগুণ শুন্দুনতা লৈবা মরম্ম মাগী (আত্মাগী) মগুণস্থু শুন্দুনতা লৈগনি; মহাক্ অরেপ্প মগুণ অমদা লৈরোই। মরম্ অসিদগী আত্মা পোক্লা শিবা লাইদনা তেক্ত-কায়দনা লেঙদনা লৈ হায়বসি তাক্তে হায়বগীদমক্ মফম অসিদা আত্মাবু নির্গুণনী (গুণ অমত্ত লৈতবনি) অসুম্ম ভগবান্ন হায়রি। মরম্ অসিন্না মহাক্ (আত্মা) মশাগী মগুণদা লেঙদনা মতম পূম্মমক্ত লৈবদগী হক্চাংগী মনুংদা লৈ হায়রবা খণ্ডনরবস্থু হক্চাংনা তৌবা থবক্ত করিমত্ত য়াওদে। অশেংবা মগুণদদি মহাকু মফম পূম্মমক্ত শীনপুংনা লৈবনি, অদুবু হক্চাং ওইবা উপাধি অসিতদা ফোংদোক্তুনা উবা মরম্ম হক্চাংগী মনুংদা লৈ হায়বনি। মতৌ অসুম্ম হক্চাংগী মনুংদা মহাক্ ফোংদোক্লবস্থু করিমত্ত তৌদবা মরম্ম কর্মগী মহৈংগস্থু শম-নদে। ত্রোরিবদি

হকচাংনা মরম্ ওইদুনা অন্তঃকরণনা তৌবনি, আত্মচৈতন্যনা ভান-খোক্লুনা থমবা মরম অচেতন ওইরবস্তু অন্তঃকরণনা থবক্ পুম্নমক্কী কর্ত্তানি। মরম্ অসিনা কর্ম্মগী মহৈঃবুস্তু তৌরিবা মীনা চাবনি, আত্মানা চাঃবা নত্তে। মসিগী মরমদা মথক্ত ২৯ শুবা শ্লোককী অথ্প্ল বাদা শনদোক্ল হায়খ্রে ॥৩১॥

হকচাংদা আত্মা লৈরবস্তু মহাক্ হকচাংনা তৌবা থবক্শিংগা করিমত্ত শম-নদে (মরী লৈনদে) হায়বসিদা দৃষ্টান্ত (খুদম) পীদুনা অস্মুম্ন তাক্লি—

**যথা সর্ব্বগতং সৌক্ষ্ম্যাদাকাশং নোপলিপ্যতে।**
**সর্ব্বত্রাঽবস্থিতো দেহ তথাঽঽত্মা নোপলিপ্যতে ॥৩২॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**—যথা=মতৌ অস্মুম; সর্ব্বগতং আকাশং= মফম পুম্নমক্ত শীন্ থুংনা লৈবা আকাশ (অতিয়া); সৌক্ষ্ম্যাৎ =য়ামনা কূপ্প পোৎ ওইবা মরমদগী; ন উপলিপ্যতে=করি-গুমবা পোৎ অমগা শম-নদে (পক্লদে); তথা=মতৌ অদুম; সর্ব্বত্র দেহে=হকচাং পুম্নমক্ত; অবস্থিতঃ আত্মা=শীনথুংনা লৈবা আত্মা; ন উপলিপ্যতে=হকচাংগী করিগুমবা অফ-ফত্তগা লোয়-ননা শম-নদে (পক্লদে) ॥৩২॥

**অপুম্ব অর্থ :**— মফম পুম্নমক্ত শীনথুংনা লৈবা আকাশ য়ামনা কূপ্প পোৎ ওইবা মরমদগী করিগুমবা পোৎ অমত্তগা লোয়-ননা শম-নদে মতৌ অসিগুমনা হকচাং পুম্নমক্ত শীনথুংনা লৈবা আত্মা হকচাংগী করিগুমবা অফ—ফত্তগা লোয়ননা শম-নদে (পক্লদে)॥৩২॥

স্বপ্ন আত্মা হৌনশা ওইনা করিগুমবা অমত্তগা শম-নদে হায়বদা নত্তে, মহাক্ পূম্নমক্পু মঙান পীবিবা ওইবা মরম্দগী ঙালহললিবা পোং অত্তুগা লোয়ননস্থু শম-নদে হায়বসিবু খুদমগা লোয়ননা তাক্লি —

**যথা প্রকাশয়ত্যেকঃ কৃৎস্নং লোকমিমং রবিঃ।**
**ক্ষেত্রং ক্ষেত্রী তথা কৃৎস্নং প্রকাশতি ভারত ॥৩৩॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**—ভারত=ভবত নিংথৌগী শাগেদা পোকপা হে অর্জ্জুন! যথা=মতৌ অস্থুম্ন ; এক ববিঃ=নুমিৎ অমখক্তনা; কৃৎস্নং ইমং লোকং=মওঙ মচু লৈবা তাইবঙপানসিবু, প্রকাশয়-তি=ঙানথোক্হললী ; তথা=মতৌ অত্তুম্ন : ক্ষেত্রী=অমত্ত ওইবা ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাসিনা ; কৃৎস্নং ক্ষেত্রম্=ক্ষেত্রগী মশক্ ওইবা হক্চাং ইন্দ্রিয়-নচিংবা পূম্নমক্পু ; প্রকাশতি=ঙানথোক্হললী ॥৩৩॥

**অপূম্ব অর্থ ঃ**— ভরতকী শাগেদা পোক্পা হে অর্জ্জুন! মতৌ অস্থুম্ন নুমিৎ অমত্তনা মওঙ মচু লৈবা তাইবঙপানসিবু ঙানথোক্হললী, মতৌ অত্তুম্ন ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা আত্মাসিনা ক্ষেত্রগী মশক্ ওইবা হক্চাং ইন্দ্রিয়-নচিংবা পূম্নমক্সিবু ঙানথোক্‌ঈ ॥৩৩॥

## অথৃপ্প বা

নুমিৎকী মঙাননা মওঙ অমস্থং মচু লৈবা তাইবঙপান অসিবু ঙানথোক্হললী, অত্তুগা ঙানথোক্লিবা অফ-ফত্ত পোংশিংত্তুগা লোয়-ননা নুমিৎকী মঙানসি করিমত্ত শম-নদনা অফ-ফত্ত খায়দনা

অমত্ত ওইনা লৈ। মতৌ অতুম্ন ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাসিনা ক্ষেত্র ওইবা হকচাং ইন্দ্রিয়-নচিংবা পুন্নমক্পু ঙানথোক্হনহুনা থমঙ্গী, অতুবু মহাক্ হকচাংনচিংবগী কবিগুমবা অক-ফত্ত অমগা লোয়ননা শম-নদে; মতম পুন্নমক্ত তোঙাননা লৈ। মসিবু শ্রুতিনস্সু হায়রি—

সূর্য্যো যথা সর্ব্বলোকস্য চক্ষু
র্ন লিপ্যতে চাক্ষুষৈর্বাহ্য দোষৈঃ।
একস্তথা সর্ব্বভ তান্তবাত্মা
ন লিপ্যতে লোকদুঃখেন বাহ্যঃ॥
(কঠঃ উঃ ২।২।১১)

" তাইবঙপানগী মীংকী মশক্ ওইবা মুমিংনা মীংকা মবী লৈনবা মপানগী পোৎশিংগী অফ-ফত্তশিংগা লোয়ননা কবিমত্ত শম-নদবগুমনা ( পক্শিন-নদবগুমনা ) থৱায় পানবা পুন্নমক্কী মহুংদা অমত্ত ওইনা লৈবা আত্মাসিবু থৱায়পানবশিংগী অৱা-মুংঙাই-নচিংবগা কবিমত্ত শম-নদে-পক্নদে, মহাক মতম পুন্নমক্ত মহুগী মপানদা লৈ॥ " ॥৩৩

হৌজিক্ অধ্যাযসিদা হায়খিবা য়া পুন্নমক্পু মহৈংগা লোয়-ননা লোইশিনহুনা শ্রীভগবান্ন অস্মুম্ন হায়বি—

ক্ষেত্রক্ষেত্রজ্ঞয়োরেবমন্তরং জ্ঞানচক্ষুষা।
ভূতপ্রকৃতি মোক্ষং চ যেবিদুর্যান্তি তে পরম্ ॥৩৪॥

**ইতি শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাসুপনিষৎস্ব ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন সংবাদে ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞ যোগা নাম ত্রয়োদশোঽধ্যায়ঃ ॥১৩॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** যে—মীশিং অহুনা ; জ্ঞান চক্ষুষা—শাস্ত্র, আচার্য্যনচিংবদগী কংবা আত্মজ্ঞানগী মশক্ ওইবা মীৎ অহুনা; এবম্—মথক্ত হায়খিবগী মতৌগুমনা ; ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞয়োঃ অন্তরং=ক্ষেত্র ওইবা হকচাংনচিংবা অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা আত্মাসিগী খেন্ন-বসিবু; চ=অহুগা; ভূতপ্রকৃতি মোক্ষং=অচং-চত্ত তাইবগু পূম্নমক্কী মচাক্ প্রকৃতিগী মশক্ ওইবী মায়াদগী কবম্ তৌনা নাম্থোকপা ঙমগদগে হাযবসিবু ; বিদুঃ=খঙই ; তে—অহুগুমবা মীশিং অহুনা; পরং যান্তি—অথোইবা খুবম মোক্ষবু ফংই ॥৩৪॥

**অপূর্ব অর্থ :—** মী মখোয়শিং অহুনা শাস্ত্র, আচার্য্য-নচিংবদগী ফংবা আত্মজ্ঞানগী মশক্ ওইবা মীৎ অহুনা মথক্ত হায়খিবগী মতৌগুমবা ক্ষেত্র ওইবা হকচাংনচিংবা অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা আত্মাসিগী অহুগা তাইবগুগী মচাক্ প্রকৃতিগী মশক্ ওইবী মায়াদগী কবম্ নাম্থোকপা ঙমগদগে হায়বসিবু খঙই, অহুগুমবা মীশিং অহুনা অথোইবা খুবম মোক্ষবু ফংই ॥৩৪॥

মতৌঅসুন্ন শ্রীভগবান্ন তাকপা উপনিষৎশিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক ওইবা যোগ শাস্ত্রগী মফুংদা অর্জুন অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী য়াহং পাউ-খুম ওইনা ঙাওনবদা "ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞবিভাগ যোগ" কৌবা তরাহুমদোইশুবা অধ্যায়গী শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা ইবা অথ্ৰপ্প রাগা লোয়নবা অন্বয়ব্যাখ্যা লোইরে ॥১৩॥

॥ হরি ওঁ তৎসৎ ॥

—(O)—



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

## তরামরিশুবা অধ্যায়

## (অথ চতুর্দশোঽধ্যায়)

## শ্রীপরমাত্মনে নমঃ।

তরামরিশুবা অধ্যায়সিগী মমিং " গুণত্রয়বিভাগ যোগ " নি। মসিদা প্রকৃতিগী সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অহুমবু খাইদোক্না মখোয়গী মশক্ তাক্লনি অমসুং স্বভাব হায়গনি। অতুগা অহান্বগী তরাহুমদোই শুবা অধ্যায়দা ক্ষেত্রগী মশক্ ওইবা প্রকৃতি অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা পুরুষ (আত্মা) অনীসিগী মরী লৈনবদগী থরাক্না পানবা তাইবক্ত পুন্দসি পোক্লকই (গীঃ ১৩।২৬)—অসুম্না হায়রিবদুদা ঈশ্বরবু য়াদবা কপিল ঋষিগী মত্ত সাংখ্য সিদ্ধান্তবু কক্থংলা ঈশ্বরগী মখা পোনহুনা ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞগী মরী লৈনবনি অসিনচিংবা তাক্কে হায়রকপীদমক্ অধ্যায় অসি হৌরক্লনি। মতৌ অসুম্না অধ্যায় অসিদা তুংদা হায়রক্কদবা ৱাঃশিংসুবু থাগত্তুনা অহান্বদা শ্রীভগবান্না অসুম্না হায়বা হৌই

শ্রীভগবানুবাচ—

পরং ভূয়ঃ প্রবক্ষ্যামি জ্ঞানানাং জ্ঞানমুত্তমম্‌।
যজ্‌জ্ঞাত্বা মুনয়ঃ সর্ব্বে পরাং সিদ্ধিমিতো গতাঃ ॥১॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**—শ্রীভগবান্ উবাচ—শ্রীভগবান্ন হায়বিখি; জ্ঞানানাং—আত্মজ্ঞান ফংনবা সাধনশিংগী মনুংদা; উত্তমং পরং জ্ঞানং—খ্বায়দগী অথোইবা অমস্তুং পরমাত্মাবু খঙনবা জ্ঞানগী সাধন অদুবু; ভূয়ঃ—অহাহ্নদা কয়ারক্ হনলা হায়খ্রবস্তু হৌজিক্ অমুক্ হনলা; প্রবক্ষ্যামি—কৃষ্ণ ঐনা নীংথিনা হায়গে; যৎ জ্ঞাত্বা—অদুগুমবা জ্ঞানগী সাধন অদুবু খঙলগা (ফংলগা); সর্ব্বে মুনয়ঃ—পরমাত্মাগী মরম্দা বিচার তৌদুনা লৈবা মুনি পূম্নমক্; ইতঃ—মসিদগী শিরবা তুংদা; পরাং সিদ্ধিং—অথোইবা মোক্ষগী মশক্ ওইবা সিদ্ধিবু; গতাঃ—ফংখি ॥১॥

**অপুন্ন অর্থ ঃ**— শ্রীভগবান্ন হায়বিখি— আত্মজ্ঞান ফংনবা সাধনশিংগী মনুংদা খ্বায়দগী অথোইবা অমস্তুং পরমাত্মাবু খঙনবা জ্ঞানগী সাধন অদুবু অমুক্ হনলা কৃষ্ণ ঐনা নীংথিনা হায়গে। অদুগুমবা জ্ঞানগী সাধন অদুবু খঙলগা পরমাত্মাগী মরম্দা বিচার তৌদুনা লৈবা মুনি (সন্ন্যাসী) পূম্নমক্ মসিদগী শিরবা তুংদা অথোইবা মোক্ষগী মশক্ ওইবা সিদ্ধি সিবু ফংখি ॥১॥

মথক্ত হায়রিবা জ্ঞানসিনা ফংগদবা সিদ্ধি অদু মাঙ-তাক্পা লৈতবা মোক্ষগী মশক্কি হায়বসিবু হৌজিক্ অস্তুম্ন তাক্লি—

**ইদং জ্ঞানমুপাশ্রিত্য মম সাধর্ম্যমাগতাঃ।**
**সর্গেঽপি নোপজায়ন্তে প্রলয়ে চ ন ব্যথন্তি চ ॥২॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**— ইদং জ্ঞানং—মথক্ত হায়খ্রিবা জ্ঞানাসবু (জ্ঞান ফংনবা সাধনসিবু); উপাশ্রিত্য—নীংথিনা তৌদুনা (লৌঃদুনা);

মম সাধর্ম্যং=পবমেশ্বব ওইবা কৃষ্ণ ঐগী ঈশকপু খেন্নবা লৈতনা; আগতাঃ=ফংলবা মখোয় মুনিশিংহু; সর্গে অপি=ব্রহ্মাগী লৈঃশেম্ মতমদসু; ন উপজায়ন্তে=পোক্কে; চ=প্রলয় মতমদসু; ন ব্যথন্তি= অন্নাবা করিমত্ত ফংদে হায়বদি পোকপা শিবা নাইদে ॥২॥

**অপূম্ব অর্থ :**— মথক্ত হায়খিবা জ্ঞানগী সাধনসিবু নিংথিনা তৌহনা পবমেশ্বব কৃষ্ণ ঐগী ঈশকপু খেন্নবা লৈতনা ফংলবা মুনিশিংহু ব্রহ্মাগী সৃষ্টি ( লৈঃশেম্ব ) মতমদসু পোক্কে, অহুগা প্রলয় ( লৈঃমাঙ ) মতমদসু অন্নাবা করিমত্ত ফংদে ( পোকপা শিবা নাইদে ॥২॥

মতো অসুম্ন তুংদা হায়গদৌরিবা জ্ঞানগী সাধনবু থাগৎলগা হৌজিক তাইবঙসিগী পোকপদা ঈশ্বরগী মথা পোনহুনা লৈবা প্রকৃতি অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মা মবম্ ওইবনি। সাংখ্যসিদ্ধান্তগী মতুং ইননা মখোয় অনী ( প্রকৃতি অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মা ) মনীং তমনা তাইবঙগী মরম্ ওইবা য়াদে, মসিবু তাকুনা শ্লোক অনীনা মখাদা তাক্লি—

**মম যোনির্মহদ্ ব্রহ্ম তস্মিন্ গর্ভং দধাম্যহম্।**
**সম্ভবঃ সর্ব্বভূতানাং ততো ভবতি ভারত ॥৩॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— ভারত=ভরতকী শাগৈদা পোকপা হে অর্জ্জুন। মম=পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐগী ( কৃষ্ণ ঐঙোন্দ চঙজহনা লৈবী ) গুণ অহুমনা তিনবী মায়া; যোনিঃ=তাইবঙপূম্ব পোক্লবগী প্রকৃতিনি (মচাক্ ওইবা মরম্নি); মহাক অহু মহৎ ব্রহ্ম=মানা

শাবা পোৎশিংদগী হেননা চাওবা মরম্ম মহৎ, অদুগা মানা শাবা পোৎ পুম্নমক্কী চাওখৎনবা তৌবা মরম্ম ব্রহ্মনি; তস্মিন্=মহৎ অমস্থং ব্রহ্মগী মশক্ ওইবী প্রকৃতি অদুদা; অহং=ক্ষেত্র অমস্থং ক্ষেত্রজ্ঞ ওইবা শক্তি অনীদা তিনদুনা লৈবা পরমাত্মা কৃষ্ণ ঐনা; গর্ভং দধামি=তাইবঙপানসি ওইররবা মরূ হুললী; ততঃ= মতুদগী; সর্ব্বভূতানাং সম্ভবঃ ভবতি=অচৎ-চত্ত তাইবঙপানসিগী পোক্পা ওই ॥৩॥

**অপুম্ব অর্থঃ**— ভরতকী শাগৈদা পোক্পা হে অর্জ্জুন। কৃষ্ণ ঐঙোন্দ চঙজদুনা লৈবী অমস্থং গুণ অহুমনা তিনবী মায়াসি তাইবঙপান পোক্রবগী প্রকৃতিনি (মচাক্লি), মহাক্ অদু মানা শাবা পোৎশিংদগী হেননা চাউবা মরম্ম মহৎ অমস্থং মানা শাবা পোৎ পুম্নমক্কী চাওখৎনবা মরম্ ওইবনা ব্রহ্মনি (অদুম্ম খঙনৈ), অসিগ্নবা মহৎ অমস্থং ব্রহ্মগী মশক ওইবী প্রকৃতি অদুদা কৃষ্ণ ঐনা তাইবঙপানসি পোক্রবা মরূ হুললী, মতুদগী অচৎ-চত্ত তাইবঙ-পানসিগী পোক্পা ওই ॥৩॥

## অথুপ্প বা

কপিল ঋষিগী সাংখ্যসিধান্তদা খ্বায়গী মপু ওইবা অমস্থং শক্তি পুম্নমক তিনদুনা লৈবা ঈশ্বর অমা জীবশিংদগী তোপ্প লৈ হায়বসি য়াদে। মহাক্কী সিদ্ধান্তদা প্রকৃতি অমস্থং পুরুষ (জীবাত্মা) অনীসিদা লৈ হায়বসি য়াই। প্রকৃতিবু মথল্ কুনমরি থোক্ক

খায়দোক্লগা পুরুষকা লোয়ননা তম্ব কুনমঙানি হায়না য়াই। মতুদা অচেতন ( চঙদবা-অশিবা ) প্রকৃতিনা পুরুষকী (জীবাত্মাগী) ভোগ অমসুং মোক্ষ পীনবগীদমক্ মনীং তমনা তাইবঙসিবু শেমৃঙ্গ হায়বসি য়াই। অতুবু বিচার তৌতুনা য়েংলবদি অচেতন ওইবা ( অশিবা ) প্রকৃতিনা করিমত্ত খঙদবদগী মনীংতমনা জীবাত্মাগী ভোগ অমসুং মোক্ষ পী-নবা থবক্ তৌবদা চঙই হায়বসি য়াদে। মবম্ অসিনা পুম্নমক্ খঙবা অমসুং পুম্নমক্ তৌবা ঙমবা ঈশ্বরনা প্রকৃতিবু থৌজিন্দুনা জীবশিংনা তৌবকপা কর্ম্মগী মতুং ইননা মখোয়বু ভোগ পান-নবগীদমক্ থবক্ পুম্নমক্ তৌহললী হায়বসি শোয়দনা য়াগদবনি। মরম্ অসিনা শ্রুতিনা হায়রি— **মায়াস্তু প্রকৃতিং বিদ্যান্মায়িনন্তু মহেশ্বরম্"** ( শ্বেঃ উঃ ৪।১০ )— " মায়াবু তাইবঙসিগী প্রকৃতি অতুগা মহেশ্বরবু মায়াবী ( মায়াবু শীজিন্নবা মপু ) নি হায়না খঙগদবনি। " অতুগা ভাগবত পুরাণগী মসুংদসু অসুম হায়বি—**"প্রকৃতির্হ্যস্যোপাদানমাধারঃ পুরুষঃ পরঃ"** ( ১১।২৪।১৯ )- " তাইবঙপানসিগী শা-নবা মচাক্তি প্রকৃতিনি, অতুগা পরমাত্মা মসিগী ( তাইবঙপানসিগী ) চঙজতুনা লৈনবা মফম্নি। " মরম্ অসিনা প্রকৃতি ঈশ্বরগী মখা পোনবীনি হায়বসি সিদ্ধ ওই। অতুগা মহাপ্রলয়গী তুংদা জীবশিংনা অহাম্ব ( মমাঙগী ) কল্পদা তৌখিবা কর্ম্মশিংগী মহেং পীনবা মতম লাকলবদা পরমাত্মাগী - **" বহুস্যাং প্রজায়েয় "** ( ছাঃ উঃ ৬।২।৩, তৈঃ উঃ ২।৬ ) "অমত্ত ওইবা ঐনাময়াম ওইনা প্রজাশিং ওইগে" হায়বা সংকল্পসি ( পুক্লীংদা লেপ্পসি ) তাইবঙপান ওইনবা প্রকৃতিদা

মব্ব হুনবনি। মহুদগী অচৎ-চত্ত তাইবগু পৃথ্বসি পোক্লকপনি ॥৩॥

অচৎ-চত্ত থব্বায়পানবা পূম্নমকী হক্চাংশিংস্থু পবমাত্মানা জীব-শিংগী কর্ম্মশিংগী মতুং ইননা মব্ব হুনহুনা প্রকৃতিদগী পোক্তুনা লৈবা ঙাক্তনি হায়বসিবু অস্নুম্ন তাক্লি—

**সর্ব্বযোনিষু কৌন্তেয় মূর্ত্তয়ঃ সম্ভবন্তি য়াঃ**
**তাসাং ব্রহ্মমহদ্ যোনিরহং বীজপ্রদঃ পিতা ॥৪॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** কৌন্তেয়=কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন। সর্ব্ব যোনিষু=লাই, মী, উচেক্, শাঃ ঙাঃনচিংবা মখল মখা য়ামবা যোনিশিংদা (পোক্লফমশিংদা), যাঃ মূর্ত্তয়ঃ সম্ভবন্তি = অতোপ্ অতোপ্প কাযাৎশিং লৈবা হক্চাংশিং পোক্ই, তাসাং=মখোয পূম্নমক্ অহুগী, মহৎ ব্রহ্ম যোনিঃ=মহৎ অমস্নুং ব্রহ্মনি হায়খিবা মায়াগী মশক্ ওইবী প্রকৃতি পোক্লফম মমানি, অহুগা অহং= পবমেশ্বর কৃষ্ণ ঐসি ; বাজপ্রদ-পিতা=জীবশিংগী কর্ম্মগী মতুং ইননা মহুদা মব্ব হুনবা মপাঃনি ॥৪॥

**অপূর্ব্ব অর্থ :—** কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন। লাই, মী, উচেক্, শাঃ, ঙাঃনচিংবা মখল্ মখা য়ামবা যোনিশিংদা (পোক্লফমশিংদা) অতোপ অতোপ্প কায়াৎশিং লৈবা হক্চাংশিং পোক্ই, মখোয় পূম্নমক্ অহুগী মহৎ অমস্নুং ব্রহ্মনি হায়খিবা মায়াগী মশক্ ওইবী প্রকৃতি পোক্লফমনি, (মমানি), অহুগা পবমেশ্বর কৃষ্ণ ঐসি জীবশিংগী কর্ম্ম মতুং ইননা মহুদা মব্ব হুনবা মপাঃনি ॥৪॥

মতৌ অসুম্ন ক্ষেত্রগী মশক্ ওইবা হক্চাংনচিংবা অমস্তুং ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাগা মরী লৈনবসি ঈশ্বরগী মখা পোনবনি, ঈশ্বর য়াদবা সাংখ্যগী সিদ্ধান্তগুমবা নত্তে হায়রগা হৌজিক্ মগাশুবা শ্লোকসিদগী হৌত্নুনা তরানীপাল শুবা শ্লোক ফাওবদা প্রকৃতিগী গুণ করি করিনো ; মখোয়না ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাবু করম্ন পুন্নলী অসি-নচিংবা তাক্নবা হৌরি —

**সত্ত্বং রজস্তম ইতি গুণাঃ প্রকৃতি সম্ভবাঃ।**
**নিবধ্নন্তি মহাবাহো দেহে দেহিনমব্যয়ম্॥৫॥**

**অণ্বয়ব্যাখ্যা :** - মহাবাহো=পামবোম চাউবা হে অর্জ্জুন! সত্ত্বং রজঃ তমঃ ইতি=সত্ত্ব, রজঃ অমস্তুং তমঃ অহুমসি ; প্রকৃতি সম্ভবাঃ গুণাঃ=পরমেশ্বরগী মায়াগী মশক্ ওইবী প্রকৃতিদগী ওন্থ-রক্নুনা ওইরকৃপা গুণশিংনি ; মখোয়সিনা, দেহে=হক্চাংসিদা ; অব্যয়ং দেহিনম্=হক্চাং লোঃত্নুনা লৈবা মাঙ-তাকৃপা লৈতবা জীবাত্মাসিবু ; নিবধ্নন্তি=সংসারসিদা পুনত্নুনা থমঈ ॥৫॥

**অপুণ্ব অর্থ :**— পামবোম চাউবা হে অর্জ্জুন। সত্ত্ব, রজঃ অমস্তুং তমঃ অহুমসি প্রকৃতিদগী ওন্থরক্নুনা ওইরকপা গুণ-শিংনি, মখোয় অসিনা হক্চাংশিংদা ; হক্চাংবু লোঃত্নুনা লৈবা মাঙ তাকৃপা লৈতবা জীবাত্মাসিবু পুনত্নুনা থমঈ ॥৫॥

## অণুপ্র্র বা।

সত্ত্ব, রজঃ অমস্তুং তমঃ গুণ অহুমসি অমনা অমবু হেনদনা চপ্ মান্নবা লৈবা প্রকৃতিগী মওঙবু প্রধান কৌই। মহাপ্রলয়গী

মতমদা প্রকৃতিসি প্রধানগী মওঙদা লৈ, মহাকী মশক্, গুণ অহুম অসিমক্নি ; অতোপ্ত অমা নত্তে। সত্ত্ব গুণ য়ামনা য়াংবা অমসুং মঙাল পীবা ওমদবা তত্ত্ব অমনি, অদুগা রজঃ গুণদি ক্রিয়াশীল ওইদুনা থবক্ তৌবদা ঈনশিনবা তত্ত্ব অমনি অদুগা তমঃ গুণ য়ামনা লৃখ্ব অমসুং কুপ্তুনা থনবা ওমবা তত্ত্ব অমনি। মরম্ অসিনা মখোয় অহুম অসি ব্যবহারদা চংনরিবা রূপ, রস-নচিংবা ৩গশিং অসি নত্তে। অহুম অসিবু শাস্ত্রদা গুণ কৌবদনি।

মতৌ অসুম্ন মহাপ্রলয়গী তুংদা জীবশিংগী কর্মশিংগী মতুং ইননা ভোগ পীনবা মতম লাকলবদা পরমাত্মানা অমুক্ হন্না লৈশেমগে নীংদুনা সংকল্প তৌবমক্তদা প্রকৃতিগী গুণ অহুম অদুদা ঈথক্ হৌরক্কুনা অমনা অমদগী হেনদোক্-হেনজিন তৌরকৃঈ। মথুবু শ্লোক অসিদা প্রকৃতিদগী গুণ অহুম পোক্লকঈ (ওইরকৃঈ) হায়বনি। অশেংবমক্তি মখোয় পোক্তে, প্রকৃতিদগী মওঙ ওম্ব-রক্পনি। অদুগা জীবাত্মাসু অশেংবা মওঙদদি পুনদুনা লৈতে, সুপ্ন অজ্ঞাননা মরম্ ওইদুনা হকচাংসিদা পুনবগম তৌদুনা লৈ হায়বতনি। অশেংবা মওঙদা মহাক পুনদে, কনা অমত্তগসু শময়-নদে অমসুং কর্তা নত্তে হায়বসি ১৩শুবা অধ্যায়গী ৩১শুবা শ্লোক্ত হায়খ্রে ॥৫॥

হৌজিক করম্ব গুণনা করিগা মরী লৈনবদগী জীববু পুলপী হায়বসিবু তাক্লক্লি—

তত্র সত্ত্বং নির্মলত্বাৎ প্রকাশকমনাময়ম্ ।
সুখসঙ্গেন বধ্নাতি জ্ঞান সঙ্গেন চানঘ ॥৬॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— অনঘ=পাপ লৈতবা হে অর্জ্জুন ! তত্র= গুণ অহুমগী মনুংদা ; সত্ত্বং=সত্ত্বগুণ ; নির্মলত্বাৎ=য়ামনা তরু-তরুবা পোৎ অমা ওইবাময়মদগী ; প্রকাশকং=ঙানথোক্হনবা; অমসুং অনাময়ম্ = মুংঙাইতবা লৈতবা ( অরাবা পীদবা ) তত্ব অমনি ; মানা জীবাত্মাবু-সুখসঙ্গেন=মুংঙাইবগা শম-নহনহুনা ; চ=অমসুং; জ্ঞান সঙ্গেন=অন্তঃকরণগী ধর্ম্ম ওইবা জ্ঞানগা শম-নহনহুনা ; বধ্নাতি=পুললী হায়বদি এ মুংঙাইবা মীনি অমসুং লৌশিং শিংবা মীনি অসি-নচিংবা নাপল তৌহনহুনা জীবাত্মাবু সত্ত্বগুণনা সংসারদা পুনহুনা থমই ॥৬॥

**অপুন অর্থ :**— পাপ লৈতবা হে অর্জ্জুন । গুণ অহুমহুগী মনুংদা সত্ত্বগুণ য়ামনা তরু তরুবা পোৎ অমা ওইবা ময়মদগী ঙানথোকহনবা অমসুং অরাবা পীদবা তত্ব অমনি, মানা জীবা-ত্মাবু মুংঙাইবা শম-নহনহুনা অমসুং জ্ঞানগা শম নহনহুনা সংসাবদা পুললী ॥৬॥

রজঃ গুণনা জীববু করম্ন পুললী হায়বহু হৌজিক তাক্লি—

**রজো রাগাত্মকং বিদ্ধি তৃষ্ণাসঙ্গ সমুদ্ভবম্ ।**
**তং নিবধ্নাতি কৌন্তেয় কর্ম্মসঙ্গেন দেহিনম্ ॥৭॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**—কৌন্তেয়=কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন । রজঃ= রজঃ গুণসিবু ; রাগাত্মকং=পুক্নীংবু ( মচু ) শঙনবা অপাম মিহৌঃ ওইবা মচুগী মশক্তি ; তৃষ্ণাঽঽসঙ্গ সমুদ্ভবম্=ফংত্রিবা অপামবা ( পোৎকী ) থৌবাংবা অমসুং ফংলবদা মহু ঙাক্লনবা পুক্নীং

থিংজিনহুনা লৈবা অনীসিগী পোরবগী মরম্ ওইবনি হায়না ; বিদ্ধি=নঙনা খঙউ ; মসিনা ( রজঃ গুণসিনা )—তং দেহিনম্= হকচাংবু লোঃহুনা লৈবা জীবাত্মাসিবু ; কর্ম্মসঙ্গেন=অফ-ফত্তগী মহৈঃ লৈবা কর্ম্মশিং তৌবদা পুক্নীং চঙহনহুনা ; নিবধ্নাতি= সংসারদা পুনহুনা থমঈ ॥৭॥

**অপুম্ব অর্থ**ঃ— কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন ! রজঃ গুণসিবু পুক্নীং ( মচু ) শঙনবা অপাম মীহৌঃ ওইবা মচুগী মশক্নি, অদুগা ফংদ্রিবা অপামব ( পোং ) গী খৌরাংবা ( ফংনবা হোৎনবা ) অমসুং ফংলবদা মহুদা পুক্নীং থিংজিনহুনা লৈবা অনীসিগী পোক্নবগী মরম্নি হায়না নঙনা খঙউ, মসিনা হকচাংবু লোঃহুনা লৈবা জীবাত্মাবু অফ-ফত্ত মহৈঃ লৈবা কর্ম্মশিং তৌবদা পুক্নীং চঙহন্দুনা পুললী ॥৭॥

হৌজিক্ তমঃ গুণগী মশক্ তাক্নুনা মানা জীববু করম্ন পুনহুনা থমবগে হায়বহু তাক্নি—

**তমস্ত্বজ্ঞানজং বিদ্ধি মোহনং সর্ব্বদেহিনাম্ ।**
**প্রমাদালস্যনিদ্রাভি স্তন্নিবধ্নাতি ভারত ॥৮॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা** ঃ—ভারত=ভরত নিংথৌগী শাগৈদা পোকপা হে অর্জ্জুন ! তমঃ তু=তমঃ গুণসিবুদি ; অজ্ঞানজং=ওম্ন তৈননা (শেরান-ননা) খঙবগী মশক্ ওইবা অজ্ঞানদগী পোক্পনি ; অদুগা— সর্ব্বদেহিনাম্=হকচাং লোঃহুনা লৈবা থরায়পানবা পুম্নমক্পু ; মোহনং=গুমহত্তুনা থম-নবগী মশাক্নি অসুম্ন ; বিদ্ধি—নঙনা খঙউ;

তৎ = তমঃ গুণসিনা ; প্রমাদালস্যনিদ্রাভিঃ = তৌফম থোক্পা থবক্ তৌবদা লায়থোক্নুনা থৌওইদবা ; অতনবা অমস্তুং তুম্নীংবা অহুমসিনা মরম্ ওইদুনা ; নিবধ্নাতি = জীববু সংসারদা পুনদুনা থমই ॥৮॥

**অপুন্ন অর্থ :**— ভরতকী শাগৈদা পোক্পা হে অর্জ্জুন ! তমঃ গুণসিবুদি শেরান-ননা থওবগী মশক্ ওইবা অজ্ঞানদগী পোক্পনি অদুগা হক্চাং লৌঃদুনা লৈবা জীব পুন্নমক্পু শুমহত্তুনা থম-নবগী মশক্নি হায়না থওউ । তমঃ গুণসিনা তৌফম থোক্পা থবক্ তৌবদা লায়থোক্নুনা থৌওইদবা, অতনবা অমস্তুং তুম্নীংবা অহুমসিনা মরম্ ওইদুনা জীববু সংসারদা পুনদুনা থমঈ ॥৮॥

করম্বা গুণনা অথোইবা ওইনা করম্ব থবক্ তৌহললী হায়বদু তাক্লি—

**সত্ত্বং সুখে সঞ্জয়তি রজঃ কর্ম্মণি ভারত।**
**জ্ঞান মাবৃত্যতু তমঃ প্রমাদে সঞ্জয়ত্যুত ॥৯॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— ভারত=ভরত শাগৈদা পোক্পা হে অর্জ্জুন ! সত্ত্বং = সত্ত্ব গুণনা ; সুখে ( দেহিনং ) সঞ্জয়তি = নুং-ঙাইবদা জীববু চওশিলহললী হায়বদি নুংঙাইবা ফংহললী ; রজঃ = রজঃ গুণনা ; কর্ম্মনি ( দেহিনং সঞ্জয়তি ) = কর্ম্মদা ( থবক তৌবদা ) জীববু ঈনশিললী হায়বদি কর্ম্ম তৌহললী; তমঃ তু= তমঃগুণসিদি ; জ্ঞানং আবৃত্য = অফ-ফত্ত থওনবা জ্ঞানবু কুপ্তুনা থমলসা; প্রমাদে=তৌগদবা থবক্পু তৌদনা থৌওইদনা লৈবদা ;

উত সম্প্রয়তি ( দেহিনম্ ) — লেপ্পমক্ জীববু থোজিললী ( ঈন্-শিললী ) ॥৯॥

**অপুম্ব অর্থ** :— ভবত শাগৈদা পোকপা হে অর্জুন ! সত্ব গুণনা নুংঙাইবা ফংহললী, রজঃ গুণনা জীববু থবক্ তৌবদা ঈন্শিললী, অদুগা তমঃ গুণসিদি অফ-ফত্ত খঙনবা জ্ঞানবু কুপ্পুনা থম্ন-লগা তৌগদবা থবক্‌পু তৌদনা থৌওইদনা লৈবদা জীববু লেপ্পমক্ থোজিললী ॥৯॥

করম্ব মতমদা গুণশিং অসিনা মথক্ত হায়রিবা মখোয়গী থবক্-শিং তৌবগে হায়বদু অদুম্ন তাক্লি -

**রজস্তমশ্চাভিভূয় সত্ত্বং ভবতি ভারত ।**
**রজঃ সত্ত্বং তমশ্চৈব তমঃ সত্ত্বং রজস্তথা ॥১০॥**

**অম্বয়ব্যাখ্যা** :—ভাবত=ভবত নিংথৌগী শাগৈদা পোকপা হে অর্জুন ! রজঃ তমঃ চ অভিভূয়=রজঃ অমসুং তমঃ গুণবু নম্‌হৎলগা ; সত্বং ভবতি=সত্বগুণগী মপাংগল্ চাউবা ওই (মতমদুদা মহাক্ত জীববু নুংঙাইবা ফংহললী); রজ.=রজ: গুণনা ; সত্বং তমঃ এব চ ( অভিভূয় ) = সত্ব অমসুং তমঃ গুণবু নম্‌হৎলগা ( জীববু থবক্ তৌবদা চঙহললী ), তথা=মতৌ অদুম্ন; তমঃ= তমঃ গুণনা; সত্বং রজ ( অভিভূয় )=সত্ব অমসুং রজঃ গুণবু নমথেল্লগা জীববু মথৌদা থৌওইদনা লৈহললী ॥১০॥

**অপূম্ব অর্থ** :—ভারত নিংথৌগী শাগৈদা পোক্পা হে অর্জুন ! রজঃ অমসুং তমঃ গুণবু নমহৎলগা সত্বগুণ মপাংগল্ চাউবা ওই,

মতম অহুদা মহাক্ত জীববু হুংঙাইবা ফংহললী, রজঃ গুণ অসিনা সত্ত্ব অমসুং তমঃ গুণবু নম্থবগা জীববু থবক্ তৌবদা চঙহললী; অহুগা তমঃ গুণনা সত্ত্ব অমসুং রজঃ গুণবু নম্থেল্লগা জীববু (মথৌ তৌবদা) থৌওইদনা লৈহললী ॥১০॥

করম্ করম্ব মতমদা মথোয় অমনা অমদগী হেনগৎনা লৈবগে হায়বসি মথা শ্লোক অহুমনা তাক্লি, মতুদা অহাবদা সত্ত্বগুণগী হেন-গৎপা মতম হায়রি—

সর্ব্বদ্বারেষু দেহেঽস্মিন্ প্রকাশ উপজায়তে।
জ্ঞানং যদা তদা বিদ্যাদ্বিবৃদ্ধং সত্ত্বমিত্যুত ॥১১॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা**:— যদা = মতম অহুদা ; অস্মিন্‌দেহে = জীবাত্মাগী অৱা-হুংঙাইনচিংবা ফংনবা মকম ওইবা হক্চাংসিদা ; সর্ব্বদ্বারেষু = রূপ ( মওও-মশক্ ), শব্দ ( খোজেল্ ) অসি-নচিংবা লৌঃম-মবগী থোঙ ওইহৎনা লৈবা মীৎ, নাকোঙনচিংবদা ; জ্ঞানং প্রকাশঃ = রূপ শব্দ-নচিংববু খঙনবা জ্ঞানগী মশক্ ওইবা মঙালবু ; উপজায়তে = পোক্লকই ( ফোংদোক্লকই ); তদা = অদুগুমবা মতম অহুদা ; সত্ত্বং বিবৃদ্ধং = সত্ত্ব গুণসি অতোপ্প গুণ অনীদগী হেন-গৎনা লৈ ; ইতি উত বিদ্যাৎ = অসুম্ন শোয়দনা খঙগদবনি ॥১১॥

**অপুণ্ব অর্থ**:— জীবাত্মাগী অৱা-হুংঙাইনচিংবা ফংনবা মকম ওইবা হক্চাংসিদা মওঙ মশক্, খোজেন-নচিংবা লৌঃমবগী থোঙ ওইহৎনা লৈবা মীৎ, নাকোঙ-নচিংবদা মওঙ মশক্, খোজেন-নচিংববু খঙনবা জ্ঞানগী মশক্ ওইবা মঙাল ফোংদোক্লকপা মতম

অত্থুদা সত্ত্ব গুণসি অতোপ্প গুণ অনীদগী হেনগৎনা লৈ হায়না শোয়দনা খঙগদবনি ॥১১॥

হৌজিক রজঃগুণগী হেনগৎলক্পা মতমবু অস্নুম তাক্লি—

**লোভঃ প্রবৃত্তিরারম্ভঃ কর্ম্মণাশমঃ স্পৃহা।**
**রজস্যেতানি জায়ন্তে বিবৃদ্ধে ভরতর্ষভ ॥১২॥**

**অণ্বয়ব্যাখ্যা :** – ভরতর্ষভ = ভরতকী শাগৈদা অথোইবা হে অর্জ্জুন! লোভঃ—লল-থুম য়ামনা লৈরবদসু সুক্পেন পেন্দনা হেননা হেননা ফংনীংহুনা লৈবা; প্রবৃত্তিঃ = মতম পূম্নমক্ত থবক্ত চঙশিন্দুনা লৈবা; কর্ম্মণাং আরম্ভ—ইহলোক অমসুং পরলোক অনীসিগীদমক্ মখল্ মখা অয়ামবা কর্ম্মশিংবু (থবকশিংবু) তৌগে হায়হুনা থৌরাংহুনা লৈবা; অশমঃ—ঙহাক্তসু তুমিন্ন লৈতবা (থবক) তৌনীংহুনতা লৈবা; স্পৃহা—অতোপ্পগী লল-থুম (মুংঙাই-য়াইফা) উরগা কল্লক্পা; (ইতি) এতানি—মসি পূম্নমক্সি; রজসি বিবৃদ্ধে—রজঃগুণগী হেনগৎপা মতমদা; জায়ন্তে—পোক্ই (ওইরক্ই) ॥১২॥

**অপুণ্ব অর্থ :**— ভরতকী শাগৈদা অথোইবা হে অর্জ্জুন! য়ামনা ঈনাক্-কৈ:রাক্ খুনহুনা লৈরবদসু সুক্পেন্ পেন্দবা হেননা ফংনীংহুনা লৈবা; মতম পূম্নমক্ত থবক্ত চঙশিনহুনা লৈবা; হৌজিক্ অমসুং তুংগীদমক্ মখল্ মখা অয়াম্ব কর্ম্ম-শিংবু তৌনবা থৌরাংহুনা লৈবা; ঙহাক্ত তুমিন্ন লৈতনা (পোথাবা লৈতনা) তৌনীংহুনতা লৈবা, অতোপ্পগী লল-থুম মুংঙাই-য়াইফ উরগা ফংনীংহুনা কল্লক্পা

মসি পূন্নমক্সি রজঃ গুণগী হেনগৎপা মতমদা ওইরকই ॥১২॥

হৌজিক তমঃ গুণগী হেনগংলক্পা মতমবু তাক্লি –

**অপ্রকাশোঽপ্রবৃত্তিশ্চ প্রমাদো মোহ এব চ**
**তমস্যেতানি জায়ন্তে বিবৃদ্ধে কুরু নন্দন ॥১৩॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**– কুরুনন্দন=কুরু শাগৈবু মুংঙাইহনবা হে অর্জ্জুন! অপ্রকাশঃ=কবিমত্ত খঙবা ঙমদনা মমৃত্থনা লৈবা; অপ্রবৃত্তিঃ=করিগুমবা থবক্ অমগীদমক্ থক্ চঙশিনদবা; প্রমাদঃ= তৌগদবা থবক্ত থৌওইদনা ৈলথোক্পা; চ=অদুগা; মোহঃ এব=তৌফম খঙদনা শুমহত্তুনা লৈবা; (ইতি) এতানি= মসি পূন্নমক্সি; তমসি বিবৃদ্ধে=তমঃ গুণগী হেনগৎনা লৈবা মতমদা, জাযন্তে=পোক্ই (ওইরক্ই) ॥১৩॥

**অপূন্ন অর্থ :**– কুরু শাগৈবু মুংঙাইহনবা হে অর্জ্জুন! করিমত্ত খঙবা ঙমদনা অমম্বদা লৈবা, কবিগুমবা থবক্ অমদা চঙশিনদবা, তৌগদবা থবক্ত থৌওইদনা লৈবা; অদুগা তৌফম খঙদনা শুমহত্তুনা লৈবা মসি পূন্নমক্সি তমঃগুণগী হেনগৎনা লৈবা মতমদা ওইরক্ই (পোক্লক্নী) ॥১৩॥

অদুগা হৌজিক্ কবম্ব গুণগী হেনগৎপা মতমদা শিবা থোক্লবদি কবম্ব মহৈঃ ফংই হায়বত্থ শ্লোক অনীনা অসুম্ন তাক্লি

**যদা সত্ত্বে প্রবৃদ্ধে তু প্রলয়ং যাতি দেহভৃৎ।**
**তদোত্তমবিদাং লোকানমলান্ প্রতিপদ্যতে ॥১৪॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** সত্ত্বে প্রবৃদ্ধে=সত্ত্ব গুণগী হেনগৎনা লৈবা ; যদা তু=মতম অতুদা; দেহভৃৎ=হকচাং লৌঃহুম্না লৈবা জীবাত্মানা ; প্রলয়ং যাতি=হকচাং থাদোক্তুনা চৎলী (হকচাংগী শিবা ওই ) ; তদা=মহ ওইরবদি ; উত্তম বিদাং=অকবা তত্ত্ববু নীংথিনা খুডবা উপাসকশিংনা ফংগদবা ; অমলান্=মকপা লৈত্রবাঃ লোকান্=ব্রহ্মলোক-নচিংবা লোকশিংবু ; প্রতিপদ্যতে=ফংই ।।১৪।।

**অপূর্ব অর্থ :—** সত্ত্ব গুণগী হেনগৎনা লৈবা মতমদা হকচাং লৌঃহুনা লৈবা জীবাত্মানা হকচাং থাদোক্তুম্না চৎলী, মহ ওই-বরদি অকবা তত্ত্ববু নীংথিনা খুডবা উপাসকশিংনা ফংগদবা মকপা লৈতবা লোকশিংবু ফংই ।।১৪।।

রজসি প্রলয়ং গত্বা কর্ম্মসঙ্গিষু জায়তে ।
তথা প্রলিনস্তমসি মূঢ় যোনিষু জায়তে ।।১৫।।

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** রজসি=রজঃ গুণগী হেনগৎপা মতমদাঃ প্রলয়ং গত্বা=( জীবাত্মানা ) হকচাং থাদোক্তুনা চৎলবদি (শিরবদি) ( দেহভৃৎ ) কর্ম্মসঙ্গিষু জায়তে=জীবাত্মানা কর্ম্ম তৌববু য়াম্না পামবা মীওইবগী মপোক্ত পোকই ; তথা=অহুগা ; তমসি=তমঃ গুণগী হেনগৎপা মতমদা ; প্রলিনঃ=শিরবা মীহুনা; মূঢ় যোনিষু জায়তে=শাঃনচিংবা অতোনবা মপোক্ত পোকই ।।১৫।।

**অপূর্ব অর্থ :—** রজঃ গুণগী হেনগৎপা মতমদা থরায় থাদোক্তুনা চৎলগা ( শিরবদি ) জীবাত্মানা কর্ম্ম তৌবা য়ামনা

পামনা লৈবা মীওইবগী মপোক্ত পোক্ই, অদুগা তমঃ গুণগী হেনগৎপা মতমদা শীরবা মীগী জীবাত্মানা পা·নচিংবা অতোনবা মপোক্‌শিংদা পোকই ॥১৫॥

হৌজিক্ গুণ অহুমগী মহৈঃশিংদুবু শম-লপ্ন অস্থুম্ন তাক্লি—

**কর্ম্মণঃ সুকৃতস্যাহুঃ সাত্ত্বিকং নির্ম্মলং ফলম্।**
**রজসস্তু ফলং দুঃখমজ্ঞানং তমসঃ ফলম্ ॥১৬॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**—সুকৃতস্য কর্ম্মণঃ=সত্ত্ব গুণনা মরম্ ওইদুনা তৌবা অফবা কর্ম্মগী ; নির্মলং = য়ামনা শেংবা ( অৱাবা য়ানদবা ) ; সাত্ত্বিকং—সুংঙাইবগী মশক্ত ওইবা ; ফলং=মহৈঃ ওই; ( তত্ত্বদর্শিনঃ ) আহুঃ—অস্থুম্ন তত্ত্ব খঙবশিংনা হায় : রজসঃ তু= রজঃ গুণনা মবম্ ওইদুনা তৌবা কর্ম্মগী ; ফলং দুঃখং (আহুঃ) =মহৈঃদি অৱাবনি হায় ; তমসঃ ফলং অজ্ঞানং—অদুগা তমঃ গুণনা মবম্ ওইদুনা তৌবা কর্ম্মগী মহৈঃ অজ্ঞাননি হায় ॥১৬॥

**অপুন্ব অর্থঃ**— সত্ত্ব গুণনা মরম্ ওইদুনা তৌবা অফবা কর্ম্মগী মহৈঃদি অশেংবা সুংঙাইবগী মশক্ ওই, অস্থুম্ন তত্ত্ব খঙবশিংনা হায় ; রজঃ গুণনা মরম্ ওইদুনা তৌবা কর্ম্মগী মহৈঃদি অৱাবনি হায় ; অদুগা তমঃ গুণনা মরম্ ওইদুনা তৌবা কর্ম্মগী মহৈঃদি অজ্ঞাননি হায় ॥১৬॥

গুণশিং অসিদগী করি করি থোক্লকপগে হায়বদু অস্থুম্ন তাক্লি—

**সত্ত্বাৎ সঞ্জায়তে জ্ঞানং রজসোলোভ এব চ।**
**প্রমাদমোহৌ তমসো ভবতোঽজ্ঞান মেব চ ॥১৭॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**—সত্ত্বাৎ = সত্ত্ব গুণনা হেনগৎনা লৈবা মতমদা মহুদগী ; জ্ঞানং সঞ্জায়তে — মঙালগী মশক ওইবা জ্ঞান নীংথিনা পোকৃই ; চ — অমুগা, রজসঃ = রজঃ গুণনা হেনগৎনা লৈবা মতমদা মহুদগী ; লোভঃ এব ( সঞ্জায়তে ) = ফংনীংহুনতা লৈবগী মশক্ ওইবা অপামবা অমুতা পোকৃই ; তমসঃ = তমঃ গুণনা হেনগৎনা লৈবা মতমদা মহুদগী ; প্রমাদ মোহৌ ভবতঃ — তৌগদবা থবক্ত থোঁওইদবা অমস্মুং তৌফম খঙদনা শুমহৎত্তুনা লৈবা ওই ; চ = অমুগা ; অজ্ঞানং এব ( ভবতি ) = অজ্ঞানস্মু ওই ॥১৭॥

**অপূম্ব অর্থ :**— সত্ত্ব গুণনা হেনগৎনা লৈবা মতম অমুদা মহুদগী জ্ঞান নীংথিনা পোকৃই অমুগা রজঃ গুণনা হেনগৎনা লৈবা মতমদা মহুদগী ফংনীংহুনতা লৈবগী মশক্ ওইবা অপামবা অমুদা পোকৃই অমস্মুং তমঃ গুণনা হেনগৎনা লৈবা মতমদা মহু-দগী তৌগদবা থবক্ত থোঁওইদবা অমুগা তৌফম খঙদনা শুম-হৎত্তুনা লৈবা ওই অমস্মুং অজ্ঞানস্মু ওই ॥১৭॥

সত্ত্ব গুণনচিংবা লৈবা মীশিংনা ফংগদবা অথোই অহেন নাইবা মহৈংশিংবু হৌজিক্ অস্মুম্ন তাক্লি—

**ঊর্দ্ধং গচ্ছন্তি সত্ত্বস্থা মধ্যে তিষ্ঠন্তি রাজসাঃ।**
**জঘন্যগুণবৃত্তস্থা অধোগচ্ছন্তি তামসাঃ** ॥১৮॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— সত্ত্বস্থাঃ = সত্ত্বগুণদা লৈহুনা অফবা কর্ম্ম ( থবক্ ) তৌবা মীশিংনা; ঊর্দ্ধং গচ্ছন্তি — মথক্লোম্দা

দেবলোক-নচিংবা মফমদা চৎলী ; রাজসাঃ=রজঃগুণদা লৈহুনা মহুগী মতুং ইননা কর্ম্ম তৌবা মীশিংনা ; মধ্যে তিষ্ঠন্তি—ময়ায় ওইনা লৈবা পৃথিবী লোকসিদা মী ওইনা পোকই ; জঘন্যগুণবৃত্তস্থাঃ তামসাঃ—তমঃ গুণদা লৈহুনা মহুগী মতুং ইননা য়ামনা ফত্তবা কর্ম্মশিং তৌহুনা লৈবা মীশিংনা ; অধঃ গচ্ছন্তি—মখারোমদা নরক—নচিংবা মফমশিংদা চৎলী ॥১৮॥

**অপূর্ব অর্থঃ** — সত্ব গুণদা লৈহুনা মহুগী মতুং ইননা অফবা কর্ম্ম তৌবা মীশিংনা মথক্লোমদা দেবলোক-নচিংবা মফমদা চৎলী; রজঃ গুণদা লৈহুনা মহুগী মতুং ইননা কর্ম্ম তৌবা মীশিংনা ময়ায় ওইনা লৈবা পৃথিবী লোকতা মী ওইনা পোকই অহুগা তমঃ গুণদা লৈহুনা মহুগী মতুং ইননা য়ামনা ফত্তবা কর্ম্মশিং তৌহুনা লৈবা মীশিংনা মখারোমদা নরক-নচিংবা মফমদা চৎলী ॥১৮॥

অধ্যায় অসিগী মমুংদা অহাম্বদা গুণগী মশক্ ওইবা হক্-চাংনচিংবা ক্ষেত্র অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ আত্মাগী মরী লৈনবসি ঈশ্বরগী মখাপোনহুনা ওই ; অহুগা গুণ কবিনো, অমসুং গুণশিংহুনা জীবাত্মাবু সংসারদা করম্ন পুনহুনা থমই হায়বসি হায়খ্রে ; হৌজিক গুণশিং অহুদগী করম্ন মোক্ষ ( নাম্তোকপা ) ফংগদগে হায়বহু তাক্লি—

**নান্যং গুণেভ্যঃ কর্ত্তারং যদা দ্রষ্টাঽনুপশ্যতি।**
**গুণেভ্যশ্চ পরং বেত্তি মদ্ভাবং সোঽধিগচ্ছতি ॥১৯॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা** :— যদা=মতম অদুদা ; দ্রষ্টা—উরি-খঙলিবা জীবাত্মাসিনা ; গুণেভ্যঃ—হক্চাং; ইন্দ্রিয়-নচিংবগী মওঙ ওন্থদুনা লৈবা সত্ত্ব-নচিংবা গুণশিংদগী ; অন্যং কর্ত্তারং—অতোপ্প অতৌবা অমবু ; ন অনুপশ্যতি=বিচার নীংথিনা তৌরগা তুংদা উদে (খঙদে) হায়রদি গুণশিংসীমক্ থবক্ পুন্নমক্পু তৌবনি (কর্ত্তানি) খঙই ; চ=অদুগা ; গুণেভ্যঃ=গুণশিং অসিদগী ; পরং (আত্মানং) বেত্তি—তোপ্প আত্মাবু খঙই ; (তদা) সঃ—অদুগুমবা মতমদা অখঙবা মহাক্ ; মদ্ভাবং অধিগচ্ছতি=কৃষ্ণ ঐগী অশেংবা মশক্ ব্রহ্মদা তিনদুনা মোক্ষ ফংই ॥১৯॥

**অপুন্ব অর্থ** :— মতম অদুদা উরি খঙলিবা জীবাত্মাসিনা হক্চাং ইন্দ্রিয়-নচিংবগী মওঙ ওন্থদুনা লৈবা সত্ত্ব-নচিংবা গুণশিং-দগী অতোপ্প অতৌবা অমা, বিচার তৌরবা তুংদা উদে (খঙদে), অদুগা গুণশিংসিদগী তোপ্প লৈবা আত্মাবু খঙই ; অদুগুমবা মতম অদুদা খঙলিবা মহাক্ অদুনা কৃষ্ণ ঐগী অশেংবা শক্ ব্রহ্মদা তিনদুনা মোক্ষ ফংই ॥১৯॥

## অথ প্রশ্ন

ঐখোয়না মতম পুন্নমক্ত করিগুমবা থবক্ অমা তৌবদা ঈশা ঈশাবু থবক্ অদুগী অতৌবা মীনি হায়না খঙনরি। মসি ঐখোয়না নীংথিনা বিচার তৌদবা মরমদগী খঙনরিবনি, নীংথিনা

বিচাব তৌরবদি ঐখোয় অতৌবা মী নত্তে হায়বসি শোয়দনা খঙবা ঙমগনি। আত্মাগী অশেংবা মশক্ মফম পুম্নমক্ত শীন্থুংনা লৈবনি, সুপ্ন হক্চাংগী মন্নুংতদা লৈবা নত্তে, হক্চাংতদা লৈবগুম খঙলিবসিদি হক্চাং মন্নুংদা লৈবা অন্তঃকবণ (মন) উপাধিনা মবম্ ওইহ্নুনা তৌবনি হায়বসি অহান্বদা কয়ারক্ হননা হায়খ্রে। হক্-চাং, মীৎ, নাকোঙ অমস্যুং খোঙ-খুৎনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগা লোয়ননা অন্তঃকবণনা থবক্ তৌবদা, ঐখোয়না ব্যবহারদা আত্মানা থবক্ তৌই হায়না খঙনবনি। অশেংবমক্তি মহাক্ ( আত্মা ) কবিমত্ত তৌদে। শীন্থুংনা লৈবা পোত্ত ক্রিয়া ( লেঙখোৎপা ) লৈতে; ক্রিয়া লৈবা পোত্তনা থবক্ তৌবনি। আত্মাগী অশেংবা মওঙবুদি শ্রুতিনা অস্মুম্ন তাক্লি— " **নিষ্কলং নিষ্ক্রিয়ং শান্তম্** " (শ্বেঃ উঃ ৬।১৯)—" আত্মা মচি অমদা লৈবা পোৎ ওইহ্নুনা মচেৎ মকায় তাবা নত্তে, শীন্থুংনা লৈবা মরম্ন ক্রিয়া লৈতে, য়ামনা তপ্ন লেঙবা তৌনা লৈবা পোৎনি।" " **অশরীরং শরীরেষু** " ( কঠঃ উঃ ১।২।২৭ ) —" হক্চাং অসিদা শীন্থুংনা লৈরবস্যু আত্মাগী হক্চাং লৈতবনি হায়বসি হকচাংগা তিন–নহ্নুনা অতৌবা মী ওইদে।" " **অপ্রাণো হ্যমনাঃ শুভ্রঃ** " ( মুণ্ডঃ উঃ ২।১।২ ) — " মীৎনচিংবা ইন্দ্রিয়শিং লৈতবা; মন ( পুক্নীং ) লৈতবা অমস্যুং করিমত্ত শমনদবা অশেংবা আত্মানি।" মতৌ অস্মুম্ন শ্রীমদ্ভাগবতকী মন্নুংদস্যু ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মনাই উদ্ধবকী মফমদস্যু হায়রি— " **দেহস্থোঽপি ন দেহস্থঃ** " (ভাঃ ১১।১১।৮) আত্মাসি হক্চাংদা লৈরবস্যু হক্চাংদা লৈতবনি।"

**ইন্দ্রিয়ৈরিন্দ্রিয়ার্থেষু গুণৈরপি গুণেষু চ।**
**গৃহ্যমাণেষ্বহং কুর্য্যান্ন বিদ্বান্ যস্ত্ববিক্রিয়ঃ॥**

(ভাঃ ১২।১১।৯)

"মীৎনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা মখোয়গী রূপ-নচিংবা বিষয়শিংবু অমসুং সত্ত্ব-নচিংবা গুণশিংনা অৱা-মুংঙাইনচিংবা গুণশিংবু লৌঃ-ত্নুনা লৈববসু আত্মাবু খঙবা মীনা মত্নুদা ঐনা তৌবনি (লৌংবনি) হায়না নাপল তৌদে, মহাক্তি কবিমত্ত তৌদনা লেঙদনা লৈ।"

**দৈবাধীনে শরীরেঽস্মিন্ গুণভাব্যেন কর্ম্মণা।**
**বর্ত্তমানোঽবুদ্ধস্তত্র কর্ত্তাঽস্মীতি নিবধ্যতে॥**

(ভাগঃ ১১।১১।১০)

"প্রাবব্ধগী (লাইবক্কী) মতুং ইননা গুণশিংনা তৌবা থবক্কী মতুং ইননা গুণশিংনা তৌবা থবক্কী মতুং ইননা হকৃচাংসিদা লৈ-বিবা অজ্ঞানী ওইবা (আত্মাবু খঙদবা) মীনা গুণশিংনা তৌবা থবকৃশিং অত্নুদা মশাবু অতৌবা মীনি (কর্ত্তানি) খঙবা মরম্‌দগী সংসারদা পুনত্নুনা লৈ॥"

মবম্ অসিনা মফম অসিদসু (গীতাসিদসু) শ্রীভগবান্ন গুণ-শিংমক্ থবক্ তৌবনি অত্নুগা মশাবুনা তৌবিবা মী নত্তে খঙবা মী ঈবুংঙো মঙোন্দ তিনত্নুনা মোক্ষ ফংই হায়বসি তাক্‌পনি ॥১৯॥

মতৌ করম্ন ভগবান্দ তিনবগী মশক্ ওইবা মোক্ষত্নু ফংই হায়-বত্নু হোৎজিক্ অসুম্ন তাক্লি—

**গুণানেতানতীত্য ত্রীন্ দেহী দেহসমুদ্ভবান্।**
**জন্মমৃত্যুজরাদুঃখৈর্বিমুক্তোঽমৃতমশ্নুতে ॥২০॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** দেহসমুদ্ভবান্=হকচাংসিবু পোক্লনবগী মরম্ ওইবা ; এতান্ ত্রীন্ গুণান্—সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অহুমসিবু ; অতীত্য=লাম্থোক্লগা ; দেহী=হকচাংবু লোঃহুনা লৈবা জীবাত্মাসিনা ; জন্মমৃত্যুজরা দুঃখৈঃ=গুণ অহুম অসিনা তৌবা ( ওইহনবা ) পোক্পা, শিবা, অহল ওইবা অমসুং য়াবা ফংবা অসিদগী ; বিমুক্তঃ (সন্)—নাম্থোক্লুনা ; অমৃতং অশ্নুতে= অমৃতবু চায় হায়বদি হিংন-হিংনমক্ শিবা নাইদবা মোক্ষবু ফং-হুনা লৈ ॥২০॥

**অপুম্ব অর্থ :—** হকচাংসিবু পোক্লবগী মরম্ ওইবা সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অহুমসিবু লাম্থোক্লগা হকচাংবু লোঃহুনা লৈবা জীবাত্মাসিনা পোক্পা, শিবা, অহল ওইবা ; অমসুং য়াবা ফংবা অসিদগী নাম্থোক্লুনা হিংন-হিংনমক্ শিবা নাইদবা মোক্ষবু ফংহুনা লৈ ॥২০॥

আত্মাবু অশেংবা মশক্ত খঙলবা মীনা গুণ অহুমবু লাম্থোক্লুনা মোক্ষ ফংই হায়বসি তারগা অর্জুননা-গুণ অহুমবু লাম্থোক্লবা মীগী মওঙ মতৌ ওইবা খুদম করম্ তৌই, মহাক্কী লমচৎ করিনো অমসুং গুণশিংবু লাম্থোক্লবা উপায় করিনো হায়বসি খঙনিংহুনা ভগবানদা অহংনা হংই—

অর্জ্জুন উবাচ

**কৈর্লিঙ্গৈস্ত্রীন্ গুণানেতানতীতো ভবতি প্রভো।**
**কিমাচারঃ কথং চৈতাংস্ত্রীন্ গুণানতিবর্ত্ততে ॥২১॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**-- অর্জ্জুনঃ উবাচ = অর্জ্জুননা হংজখি— প্রভো = পূম্নমক্কী মপু ওইবা হে ঈবুংঙো। কৈঃ লিঙ্গৈঃ = করম্ করম্ব খূদমশিংনা তিল-লগা; এতান্ ত্রীন্ গুণান্ — সত্ত্ব-নচিংবা গুণ অহুমসিবু; অতীতঃ ভবতি = লাম্থোকপা ওই হায়বসি খঙগনি; কিমাচার — মহাক করম্বা লমচৎ চৎপা মী ওইবগে; চ = অদুগা; এতান ত্রীন্গুণান্ — গুণ অহুম অসিবু; কথং অতিবর্ত্ততে — মহাক্ন করম্ব উপায় তৌরগা লাম্থোকই ॥২১॥

**অপুম্ব অর্থ ঃ**— অর্জ্জুননা হংজখি—পূম্নমক্কী মপু ওইবা হে ঈবুংঙো! করম্ করম্ব খূদমশিংনা তিল—লগা (মীহুনা) গুণ অহুম অসিবু লাম্থোক্লে হায়বসি খঙগনি? গুণ অহুম অসিবু লাম্থোক্লবা মীহুনা করম্ব লমচৎ চৎলী? অদুগা গুণ অহুমসিবু মহাক্ন করি উপায় তৌহুনা লাম্থোকই ॥২১॥

অর্জ্জুননা হংলিবা ৱাহং অহুমসিগী পাউখুম হৌজিক ভগবান্না শ্লোক মঙানা পীরি, মহুগী মমুংদা গুণশিংবু লাম্থোক্লবা মীগী খূদমশিং করিনো হায়বহু অহাম্ব শ্লোকসিনা তাক্লি -

শ্রীভগবানুবাচ

**প্রকাশং চ প্রবৃত্তিং চ মোহমেব চ পাণ্ডব।**
**ন দ্বেষ্টি সম্প্রবৃত্তানি ন নিবৃত্তানি কাংক্ষতি ॥২২॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**—শ্রীভগবান্ উবাচ = শ্রীভগবান্ন হায়রিখি—পাণ্ডব—পাণ্ডুগী মচা হে অর্জ্জুন। প্রকাশং চ—সত্ত্ব গুণগী থবক্ জ্ঞানগী মশক্ ওইবা মঙাল-নচিংবা; প্রবৃত্তিং চ=রজঃ গুণগী থবক্ ওইবা করিগুমবা তৌগদবা অমদা চঙশিন্ন, অপামবা পোক্-পা অসি-নচিংবা; মোহম্ এব চ=অতুগা তমঃ গুণগী থবক্ ওইবা গুমহৎপা; অতনব—নচিংবা; সম্প্রবৃত্তানি—মখোয়শিং অসি করি-গুমবা মরম্ অমদগী লাকপা থোক্লবস্তু; ন দ্বেষ্টি=অৱাবা পীবশিংনি খন্দুনা য়েংথিবা তৌদে; অতুগা—নিবৃত্তানি—করিগুমবা মরম্ অমদগী মখোয় চৎথোক্‌খিবা থোক্লবস্তু; ন কাংক্ষতি = মুংঙাইবা পীবনি খন্দুনা ফংনীংবা তৌদে; (সঃ গুণাতীতঃ) = অদুগুমবা মহাক্ অদু গুণশিংদগী লাম্থোক্লবা মীনি। (মফম অসিদা শ্রীভগবান্ন হায়রিবা খূদম্‌শিং অসি মী মশামক্ত খঙগদবা খূদম্‌শিংনি, অতোপ্প মানা খঙবা য়াবা খূদমশিং নত্তে) ॥২২॥

**অপূর্ব অর্থ :**— শ্রীভগবান্ন হায়রিখি—পাণ্ডুগী মচা হে অর্জ্জুন! সত্ত্ব গুণগী থবক্ জ্ঞানগী মশক্ ওইবা মঙাল-নচিংবা; রজঃ গুণগী থবক্ ওইবা করিগুমবা তৌগদবা থবক্ অমদা চঙ-শিন্ন, অপামবা পোক্‌পা অসি-নচিংবা অমসুং তমঃ গুণগী থবক্ ওইবা গুমহৎপা অতনব-নচিংবা মখোয়শিংসি করিগুমবা মরম্ অমদগী লাকপা থোক্লবস্তু অৱাবা পীবশিংনি খন্দুনা য়েংথিবা তৌদে অদুগা করিগুমবা মরম্ অমদগী মখোয় চৎথোক্‌খিবা থোক্লবস্তু মুংঙাইবা পীবনি খন্দুনা ফংনীংবা তৌদে, অদুগুমবা মহাক অদু গুণশিংদগী লাম্থোক্লবা মীনি ॥২২॥

গুণশিংবু লাম্ফোক্তুনা লৈবা মীনা করম্ব লম্চৎ চত্তুনা লৈ হায়না হংখিবা রাহংগী পাউখুম, হৌজিক্ শ্লোক অহুমদা ভগবান্ন হায়ি -

**উদাসীনবদাসীনো গুণৈর্যো ন বিচাল্যতে।**
**গুণা বর্ত্তন্ত ইত্যেব যোহবতিষ্ঠতি নেঙ্গতে ॥২৩॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— উদা সীনবৎ=খৎন-চৈনবা থোক্লবদা কনা অমগীম্ব মীচঙ চঙলুবা ত্তোদবা মীগুমনা ; আসীনঃ = তুমীন্ন লৈবা ; যঃ= অদুগুমবা আত্মজ্ঞানী ওইবা মীহু ; গুণৈঃ= সত্ত্ব-নচিংবা গুণশিংদগী মওঙ ওস্থরক্তুনা লৈবা অরা-মুংঙাইনচিংবনা ; ন বিচাল্যতে=লেঙহম্ব য়াদে ; অদুগা গুণাঃ বর্ত্তন্তে=হক্চাং, ইন্দ্রিয় অমসুং রূপ-নচিংবা বিষয়গী মওঙদা ওন্থহুনা লৈবা গুণ-শিংনা মথোয় মথোয়গী মথৌ তৌহুনা লৈবনি ; ইতি এব= মতৌ অসুম্নমক্ লেপ্তুনা ; য়ঃ=মী অহু ; অবতিষ্ঠতি=মশাগী মওঙদা লেঙদনা লৈ ; ন ইঙ্গতে=মহাক্ করিমত্ত তৌদে (মশাগী ফীভম করিমত্ত হোংদে) ॥২৩॥

**অপূম্ব অর্থ :**— খৎন-চৈনবদা কনা অমত্তগী মীচঙ চঙলুবা ত্তোদবা তুমিননা লৈবা অদুগুমবা আত্মজ্ঞানী ওইবা মীহু সত্ত্ব-নচিংবা গুণশিংদগী মওঙ ওস্থবক্তুনা লৈবা অরা মুংঙাইনচিংবনা করিমত্ত লেঙহম্ব য়াদে অদুগা হক্চাং ইন্দ্রিয়, রূপ—নচিংবা বিষয়গী মওঙদা ওন্থহুনা লৈবা সত্ত্ব—নচিংবা বিষয়গী মওঙদা ওন্থহুনা লৈবা সত্ত্ব-নচিংবা গুণশিংনা মথোয় মথোয়গী মথৌ তৌহুনা লৈবনি,

ঐদি করিমত্ত তৌদে অম্মুন্নমক্ লেপ্তুনা মশাগী মওঙদা লেপ্তুনা মীহুনা লৈ, অদুগুমবা মী অদু মশাগী ফীবম করিমত্ত কায়দে (হোংদে) ॥২৩॥

**সমদুঃখসুখঃ স্বস্থঃ সমলোষ্টাশ্মকাঞ্চনঃ।**
**তুল্যপ্রিয়াঽপ্রিয়োধীরস্তুল্যনিন্দাত্মসংস্তুতিঃ ॥২৪॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** (যঃ) স্বস্থঃ=অনীশুবা লৈতবা আত্মাবু খঙহুনা মশাগী মওঙদা লেঙদনা লৈরবা মীহু; সমদুঃখসুখঃ= অবা-নুংঙাই অনীমক্ত চপ্ মান্নবা লৈ, হায়বদি অবাবা লাক-লবদা য়েংথিবা তৌদে, নুংঙাইবা লাক-লবদা হররাউদে; সম-লোষ্টাশ্মকাঞ্চনঃ=মাগী মীয়েংদা লৈঃতুম্, নুংদূম অমসুং সনা চপ্ মান্নবা উই হায়বদি লৌঃনীংবা অমসুং থাদোক্লীংবা পোত্ত অপাম পামদা থায়দে; মরম্ অসিদগী—তুল্য প্রিয়াঽপ্রিয়ঃ=অপাম-পামদ পোং অনীমক্ চপ্ মান্নে; ধীর=য়ামনা লৌশিং তানা খাঙবা কন্বনি; মরম্ অসিদগী— তুল্যনিন্দাত্মসংস্তুতিঃ=মশাবু নিন্দা তৌবদা অমসুং থাগৎপদা চপ্ মান্নবা উই ॥২৪॥

**অপূন্ব অর্থ :—** অনীশুবা লৈতবা আত্মাবু খঙহুনা মশাগী মওঙদা লেঙদনা লৈরবা মীহু অবা-নুংঙাই অনীমক্ত চপ্ মান্নবা লৈ (অবাঃবদা য়েংথিদে নুংঙাইবদা হররাউদে), অদুগা মাগী মীং-য়েংদা লৈঃতুম্, নুংতুম অমসুং সনা চপ্ মান্নে হায়বদি থাদোক্কদবা অমসুং লৌঃশিনগদবা পোত্ত অপাম-পামদ তৌদে, মরম্ অসিদগী অপাম-পামদ পোং অনীমক্ চপ্ মান্নে, মহাক্ য়াম্ন লৌশিং

তানা খাঙবা কৱনি ; মরম্ অসিদগী মহাক্না মশাঃবু থীনা হায়-বদা অমস্তুং থাগৎপদা চপ্ মান্নবা উই ॥২৪॥

**মানাঽপমানয়োস্তুল্য স্তুল্যো মিত্রাঽরিপক্ষয়োঃ।**
**সর্ব্বারম্ভপরিত্যাগী গুণাতীতঃ স উচ্যতে ॥২৫॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** মানাপমানয়োঃ = মাবু তরাম তরামনা তৌবদা নত্রগা উশীৎ থৌওইদনা তৌবদা ; তুল্যঃ = চপ্ মান্নবা লৈবা হায়বদি তবাম তবাম তৌবদা হবাউবা লৈতবা অত্থগা উশীৎ থৌওইদনা তৌবদা নুংঙাইতবা লৈতবা ; মিত্রারিপক্ষয়োঃ = মরূপ্ অমস্তুং য়েক্লবগী নাকল্ অনীমক্ত ; তুল্যঃ = চপ্ মান্নবা হায়বদি মরূপ কী মফমদা নুংশি-ননা লৈবগুম য়েক্লবগী মফম্‌দস্তু নুংশিবা ( য়েংথিদবা ) ; সর্ব্বারম্ভ পরিত্যাগী = থবক্ পুম্নমক্ পুম্থা থাদোক্লনা লৈবা ; সঃ = মতৌ অস্তুম্ন লমচং চৎপা মহাক্ ; গুণাতীতঃ উচ্যতে = সত্ত্ব-নচিংবা গুণশিংদগী লাম্হোক্লবা মীনি হায়-নৈ ॥২৫॥

**অপূম্ব অর্থ :—** মাবু তরাম তবামনা তৌবদা হবাউবা তৌদবা অমস্তুং উশীৎ থৌওইদনা তৌরকপদা নুংঙাইতবা তৌদনা চপ্ মান্নবা ফীবমদা লৈবা, মরূপ্ অমস্তুং য়েক্লবগী নাকল্ অনী-মক্ত চপ্ মান্নবা ( মরূপ্ কী মফমদা য়েংথীনদবগুম য়েক্লবগী মফমদস্তু য়েংথিবা তৌদবা ) অত্থগা থবক্ পুম্নমক্ পুম্থা থাদোক্লনা লৈবা; অসিগুমবা লম্চৎশিং চত্তুনা লৈবা মহাক্ সত্ত্ব-নচিংবা গুণশিংদগী লাম্হোক্লবা মীনি হায়নৈ ॥২৫॥

গুণশিংবু করি উপায় তৌরগা লাখোকপা ঙমগনি, হায়না হংখিবা অহুমগুবা য়াহংগী পাউথুমবু হৌজিক্ ভগবান অমুন পীরি—

**মাং চ যোঽব্যভিচারেণ ভক্তিযোগেন সেবতে।**
**স গুণান্ সমতীত্যৈতান্ ব্রহ্মভূয়ায় কল্পতে ॥২৬॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা:**— যঃ—সাধক ওইবা মী অমুনা; অব্যভিচারেণ—তোংখায়দুনা অনীলোঙদবা (য়ানশিন-নদবা) হায়বদি তশেং তশেংলবা; ভক্তিযোগেন—ভক্তি তৌবগী মশক্ ওইবা যোগনা মরম্ ওইদুনা; মাংচ—সাক্ষাৎ পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐমক্তবু; সেবতে—নীংদুনা লৈ; সঃ—অদুগুমবা সাধক ওইবা মহাক্; এতান গুণান্—সত্ব-নচিংবা গুণ অহুম অসিবু; সমতীত্য—নীংথিনা লাম্বোক্লগা; ব্রহ্মভূয়ায় কল্পতে—পরব্রহ্মদা অমত্ত ওইনা তিনবগী মশক ওইবা মোক্ষ ফংবদা মতীক্ ওই (চায়) ॥২৬॥

**অপূম্ব অর্থ:**— সাধক ওইবা মী অমুনা তোংখায়দুনা অনী লোঙদবা (য়ানশিন-নদবা) ভক্তিযোগনা মরম্ ওইদুনা পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐমক্তবু নীংদুনা লৈ, অদুগুমবা মী মহাক্ সত্ব—নচিংবা গুণ অহুম অসিবু নীংথিনা লাম্বোক্লগা ব্রহ্মদা তিনদুনা অমত্ত ওইখিবগী মশক্ ওইবা মোক্ষ ফংবদা মতীক্ ওই (চায়) ॥২৬॥

## অথ়ূপ্প ৱা

অধ্যায়সিগী অহাম্বমক্তদা শ্রীভগবান মোক্ষ ফংনবগী খ্বায়দগী অথোইবা জ্ঞানদুবু তাকনি হায়রগা মদুগী মতুং ইননা জ্ঞানগী

উপদেশ পী। হৌজিক অধ্যায়সিগী লোইবকপদা গুণ অহুমবু লাম্থোক্লুনা মোক্ষ ফংনবা উপায ভক্তি যোগবু তাক্লি। মরম অসিনা ভক্তি লৈতনা জ্ঞান ফংবা য়াদে হায়রবসি মসিদগী ভগবান্না তাকৃই। মরম্ অহুনা জ্ঞান ফংগে নীংবা মীশিংনা মহৈঃ পামবা লৈতনা ঈবুংঙো মাগী ভক্তি তৌজহুনা লৈগদবনি। শ্রীভগবান্বু ফংনবা অস্মুন্ন তৌবিবা ভক্তিহু নির্গুণ ভক্তিনি। মরম্ অসিনা শ্রীমদ্ভাগবতকী মন্নুংদা কপিল ভগবান্ন মমা দেবহুতিগী মফমদা অস্মুন্ন হায়রি—

মদ্গুণশ্রুতিমাত্রেণ ময়ি সর্ব্বগুহাশয়ে।
মনোগতিরবিচ্ছিন্না যথা গঙ্গাম্ভসোঽম্বুধৌ॥
লক্ষণং ভক্তিযোগস্য নির্গুণস্য হ্যুদাহৃতম্।
অহৈতুক্যব্যবহিতা যা ভক্তিঃ পুরুষোত্তমে॥

(ভাগঃ ৩।২৯।১১-১২)

"গঙ্গাগী ঈচেল্ তৎপা লৈতনা সমুদ্র তমনা চত্তুনা লৈবগী ম্তৌগুমনা ভগবান্ ঐগী গুণবু তাবমক্তনা মবম্ ওইহুনা থর্নায়-পানবা পুম্নমক্কী হৃদয়দা অন্তর্যামী ওইহুনা লৈবা ঐঙোন্দ পুক্নীংগী ঈচেল্ অতৎপা লৈতনা চেন্শিন্দুনো লৈ, অহুগা খ্বায়দগী অথোইবা ভগবান্ ঐঙোন্দ মহৈঃ পামদবা অমম্তুং অতোপ্প তোংখায়বা (য়ানশিনবা) লৈতনা তৌরিবা ভক্তিসি নির্গুণ ভক্তিযোগগী মশক্নি হায়নৈ॥"

অসিগুমবা ভক্তিসিনা গুণ অহুমদগী লাম্থোকপা ঙমহুনা

ভগবান্দ তিনবগী মশক্ ওইবা মোক্ষ ফংই হায়বসিবুসু অসুমনা তাক্লি —

**স এব ভক্তি যোগাখ্য আত্যন্তিক উদাহৃতঃ।**
**যেনাঽতিব্রজ্যত্রিগুণং মদ্ভাবায়োপপদ্যতে॥**

(ভাগঃ ৩।২৯।১৪)

"অসিগুমবা অনীলোওদবা ভক্তিযোগ অসিমক্ সাধ্যগী মশক্ ওইবা খ্বায়দগী অথোইবা য়াইফ—নবনি হায়ব্রে। মসিনা মরম্ ওইদুনা সত্ত্ব-নচিংবা গুণ অহুমবু লাম্হোক্লগা ভগবান্ ঐগী মশক্ ওইবা মোক্ষবু মীনা ফংবা ঙমঈ।"

মবম্ অসিনা শ্রীভগবানবু ফংনীংবা মীশিংনা মহৈঃ পামদনা ভক্তিযোগবু শোয়দনা তৌদুনা লৈগদবনি, মদুগদা মোক্ষগী মরম্ ওইবা জ্ঞানবু ফংগনি ॥২৬॥

ইবুংঙো নহাক্কী (শ্রীকৃষ্ণগী) ভক্তি তৌবগা ব্রহ্মগী মশক্ ওইবা মোক্ষ করম্ম ফংগনি হায়না চিংনববদা শ্রীভগবান্ মশামক্ সাক্ষাৎ ব্রহ্মমক্লি তাকুনা অসুম্ম পাউখুম পীরি—

**ব্রহ্মণোহি প্রতিষ্ঠাহমমৃতস্যাঽব্যয়স্য চ।**
**শাশ্বতস্য চ ধর্ম্মস্য সুখস্যৈকান্তিকস্য চ॥২৭॥**

ইতি শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং
যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন সংবাদে গুণত্রয়বিভাগ
যোগোনাম চতুর্দশোঽধ্যায়ঃ ॥১৪॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ—** হি=মসিগী মরম্‌দি ( অনী লোঙদবা ভক্তিনা মরম্ ওইহনা কৃষ্ণ ঐবু নীংজবা ভক্তনা ব্রহ্মগী মশক্ ওইবা মোক্ষ ফংই হায়বসিগী মরম্‌দি ) : অমৃতস্য=অমৃতগী মশক্ ওইবা ( শিবা নাইদবা ) ; অব্যয়স্য চ=ময়েং তাবা লৈতবা; শাশ্বতস্য চ=মতম পুম্নমক্ত লৈবা ; ধর্ম্মস্য=জ্ঞান যোগ ওইবা ধর্ম্মনা ফংগদবা ; চ=অদুগা ; ঐকান্তিকস্য সুখস্য=অৱাবা য়ানশিনদবা নুংঙাইবগী মশক্ ওইবা ; ব্রহ্মণঃ=মায়া শক্তিবু উপাধি ওইনা লৌঃহনা লৈবা সগুণ ব্রহ্মগী ( ঈশ্বরগী ) ; অহং =কৃষ্ণ এসি ; প্রতিষ্ঠা=উপাধি লৈতবা অশেংবা মশক্ পর-ব্রহ্মনি ॥২৭॥

**অপূর্ব্ব অর্থ ঃ—** কৃষ্ণ ঐবু নীংবদগী ব্রহ্মগী মশক্ ওইবা মোক্ষ ফংই হায়বসিগী মরম্‌দি—অমৃতগী মশক্ ওইবা ; ময়েং তাবা লৈতবা ; মতম পুম্নমক্ত লৈবা ; জ্ঞানযোগ ওইবা ধর্ম্মনা ফংগদবা অমসুং অৱাবা য়ানশিনদবা নুংঙাইবগী মশক্ ওইবা মায়াবু উপাধি ওইনা লৌঃহনা লৈবা সগুণ ব্রহ্মগী ( ঈশ্বরগী ) উপাধি লৈতবা অশেংবা পরব্রহ্মহু কৃষ্ণ ঐনি ॥২৭॥

## অথুপ্পা

মফম অসিদা শ্রীভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ মশামক্ল মশামকপু মায়া উপাধি লৈতবা অশেংবা ব্রহ্মনি অমসুং মায়া উপাধি লৈবা ; পুম্নমক্পু খঙবা; পুম্নমক্ ঙমবা, অমসুং শীন্থুংনা লৈবা সগুণ

ব্রহ্মগী (ঈশ্বরগী) অগেংবা মশক্ পরব্রহ্মনি হায়বা তাক্লি। অসিগুমবা মাবু ফংলবতদা জ্ঞানী ওইবা ভক্তনা ব্রহ্মদা তিনবগী মশক্ ওইবা মোক্ষ ফংই হায়বসি ঈবুংঙো মশামক্ত তাক্পনি। মরম্ অসিনা মায় মরি পানবা ব্রহ্মামক্ত ঈবুংঙো মাগী স্তুতিদা অস্মুমনা হায়রি—

**একস্থমাত্মা পুরুষঃ পুরাণঃ**
**সত্যঃ স্বয়ং জ্যোতিরনন্ত আদ্যঃ।**
**নিত্যোঽক্ষরোঽজস্রসুখো নিরঞ্জনঃ**
**পূর্ণোঽদ্বয়ো মুক্তউপাধিতোঽমৃতঃ॥**

(ভাগঃ ১০।১৪।২৩)

"ঈবুংঙো নহাক্তি জীব পুম্নমক্কী অমত্ত ওইবা আত্মানি, পুম্নমকী থম্মোইদা লৈবনি, মতম পুম্নমক্ত নোনা লৈবনি, সত্যনি (অশেংবনি), নশা নতোমদা ঙানদুনা লৈবনি, হুম্খৈ লৈতবনি, পুম্নমক্কী অহাব মরমনি (কারণনি), নিত্যনি (মাঙবা লৈতবনি), মঙ্গেং-তাবা (পীকশিল-লকপা) লৈতবনি, অন্নাবা য়ানদবা নুং-ঙাইবদা ওইবা মশক্কি, পাপ-নচিংবা অমোংপা লৈতবনি, থননা লৈবনি, অনীশুবা পোং লৈতবনি, মায়াগী মশক্ ওইবা উপাধিদগী লাম্থোক্লবনি অমসুং অমৃতনি॥"

মসিদা নত্তনা শুকদেব-নমু পরীক্ষিৎকী মফমদা অস্মুম হায়রি—

**কৃষ্ণমেনমবেহি ত্বমাত্মানমখিলাত্মনাম্।**
**জগদ্ধিতায় সোঽপ্যত্র দেহীবাভাতি মায়য়া॥**

সর্ব্বেষামপি বস্তূনাং ভাবার্থো ভবতি স্থিতঃ।
তস্যাপি ভগবান্ কৃষ্ণঃ কিমতদ্ বস্তু রূপ্যতাম্॥
( ভাগঃ ১০।১৪।৫৫-৫৭ )

" হে পরীক্ষিৎ! মহাক্ কৃষ্ণ অসিবু থরায়পানবা পুম্নমক্কী অমত্ত ওইবা আত্মানি হায়না খঙউ। মহাক্ অতুম্ন তাইবঙ অসিদা জগৎকী কান্ন-নবগীদমক্ মায়ানা মরম্ ওইতুনা হকৃচাং লোঃবগুম তৌতুনা উই॥ তাইবঙপানসিদা লৈবা পোৎ পুম্নমক্কী অশেংবা মশক্তি মায়া উপাধি লৈবা সগুণ ব্রহ্মদা ( ঈশ্বরদা ) চঙতুনা লৈ, অতুগুমবা সগুণ ব্রহ্মগীসু ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ অশেংবা মশক্ ( তশেংবা ) পরব্রহ্মনি। মরম্ অসিনা মহাক্ নত্তবা করম্ব পোৎ লৈ হায়না তাক্পা য়াগনি ? হায়বদি কৃষ্ণ নত্তবা অতোপ্প পোৎ অমত্ত লৈতে ॥২৭॥"

মতৌ অসুম্ন শ্রীভগবান্ন শক্পা উপনিষৎশিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক্ ওইবা যোগশাস্ত্রগী মন্থুংদা, অর্জ্জুন অমস্থুং শ্রীকৃষ্ণগী রাম্নং পাউথুম ওইনা ভাঙনবদা "গুণত্রয়বিভাগযোগ" কৌবা তরা-মরিগুবা অধ্যায়গী স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা ইবা অথ্ প্প রাগা লোয়নবা অন্বয়ব্যাখ্যা লোইরে ॥১৪॥

—ॐ—



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

## তরামঙাশুবা অধ্যায়

## ( অথ পঞ্চদশোঽধ্যায়ঃ )

## ওঁ পুরুষোত্তমায় নমঃ ॥

অধ্যায় অসিগী মমিং "পুরুষোত্তমযোগ" নি। অধ্যায় অসিদা ক্ষর ( মাঙখিগদবা ) অমস্মুং অক্ষর ( মাঙলোইদবা ) পোৎ অনীসিগী খেন্নবা ; পুরুষোত্তম কৌবা ভগবান্ মাগী মরম্‌দা খঙনবা হোৎনবা অমস্মুং মতুগী মহেৎনচিংবসি তাকনি। মতুদা হৌঃখিবা অধ্যায়দা সত্ত্ব-নচিংবা গুণ অহুমগী মরমদা হায়রগা মখোয়দগী লাম্থোকপা ঙমবা ভক্ত ওইবা মীনা ব্রহ্মদা তিনবগী মশক্ ওইবা মোক্ষ ফংবা ঙমঈ হায়বসি নৈনখ্রে, অতুগা অরোইবদা ভগবান্‌গী অশেংবা মশক্‌পুম্মু হায়খ্রে। হৌজিক্ ঈবুংঙো মাগী অশেংবা মশক্ কবিনো হায়বহু খঙন-নবগীদমক্ তাইবঙপান অসি ঈবুংঙো মঙোন্দগী পোক্লকপা ঙাকনি ; অশেংবদা মঙোন্দগী অতোপ্প অমা নত্তে হায়বা তাকে হায়বগীদমক্ সংসার ( তাইবঙপান ) অসিবু খোংনাং পাম্বীগী মতোগুমনা হায়বা হৌই।

শ্রীভগবানুবাচ

**ঊর্ধ্বমূলমধঃশাখমশ্বত্থং প্রাহুরব্যয়ম্ ।**
**ছন্দাংসি যস্যপর্ণানি যস্তং বেদ স বেদবিৎ ॥১॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**—শ্রীভগবান্ উবাচ—শ্রীভগবান্ না হায়বিখি—ঊর্ধ্বমূলং=সংসারগী মশক্ ওইবা খোংনাং পাম্বী অসিগী মরু মথক্লোমদা লৈ (মায়াবু উপাধি ওইনা লৌঃত্নুনা লৈবা সগুণব্রহ্মগী মশক্ ওইবা ঈশ্বর মসিগী মরুনি); অধঃ শাখম্=মথারোমদা মসিগী মশা-মবেং লৈ (ব্রহ্মাদিগী হৌত্নুনা তীল-কাঙ ফাওবা অচৎ-চত্ত তাইবঙ পুন্নমক্সি মসিগী মশা-মবেংনি); অব্যয়ম্=ওমৈথে লৈতবা মরম্দগী অমগী মথংদা অগা লাকত্নুনা ময়েং তাবা লৈতনা লৈ; মসিবু-অশ্বত্থং প্রাহুঃ=হয়েং ফাওবা লৈগনি হায়বসিদা অরেপ্প লৈতবদগী অশ্বত্থ অস্নুম হায়নৈ (অমরোমদা হায়রগা অশ্বত্থগী অর্থ খোংনাং পাম্বীনি); যস্য=অসিগুমবা সংসারগী মশক্ ওইবা খোংনাং পাম্বীসিগী; পর্ণানি ছন্দাংসি=ঋগ-নচিংবা বেদশিং মনাশিংনি (উনাঃশিংনা উবু হিংহনত্নুনা লৈবগুমনা বেদশিংনা তাক্পা কর্ম্মশিংগী মহৈঃশিংনা মরম্ ওইত্নুনা সংসারগী মশক্ ওইবা উসি হিংত্নুনা লৈরিবনি); যঃ—সাধক ওইবা মী অত্নুনা; তং বেদ—পরমাত্মাদগী পোক্লকপা অসিগুমবা সংসারগী মশক ওইবা উ পাম্বীসিবু খঙই (মরু ওইনা লৈবা পরমাত্মাদগী অতোপ্প অমা নত্তে হায়না খঙই); সঃ—অস্নুম খঙবা মী অত্নু; বেদবিৎ—বেদগী অর্থস্নু নীংথিনা খঙবা মীনি ॥১॥

**অপূৰ অৰ্থ ঃ—** সংসাৰগী মশক্ ওইবা খোংনাং পাম্বীসিগী মথক্লোমদা পৰমাত্মা ওইবা মৰু লৈ, মথাৰোম্দা ব্ৰহ্মাদগী হৌদুনা তীল-কাণ্ড ফাওবা অচৌং-চম্ভ তাইবণ্ড পূম্বসি মশা—মবেং ওইনা লৈ, ওমথৈ লৈতবা মৰমদগী অমগী মথংদা অমা লাকতুনা ময়েং তাবা লৈতনা লৈ; মসিবু হুযেং ফাওবা লৈগনি হায়ৰসিদা অৱেপ্প লৈতবা মৰমদগী অশ্বৎথ অস্তুম্ন হায়নৈ (অমৰোমদা হায়-বগা অশ্বৎথ হায়বদি খোংনাং পাম্বীনি), অসিগুমবা সংসাৰগী মশক ওইবা খোংনাং পাম্বীসিগী মনাঃশিংদি বেদশিং অসিনি, মীন্থুনা পৰমাত্মাদগী পোক্লকপা অসিগুমবা সংসাৰগী মশক্ ওইবা উপাম্বী অসিবু মক ওইবা পৰমাত্মাদগী অতোপ্প নত্তে খঙই ; তাস্তুমনা খঙবা মী অদু বেদগী অৰ্থবু মীংখিনা খঙবা মীনি ॥১॥

## অধৃপ্প ৰা

ঐখোয়না হৌজিক উবিবা অমস্তুং খঙলিবা তাইবণ্ডপানসি শেমজ্ৰিঙৈগী মমাঙদা সুপ্ত মায়া উপাধিগা লোয়নবা সগুণ ব্ৰহ্ম (ঈশ্বৰ) মক্ত ওইনা লৈৰমঈ; মতুদগী হেনদোক্পা অতোপ্প পোং অমস্ত লৈৰমদে। অদুগা ঈশ্বৰগী উপাধি ওইবা মায়া অদুদা জীব পূম্নমক্কী পাপ পুণ্যশিংগী সংস্কাৰ থম্লুনা লৈৰমঈ; মহা-প্ৰলয়গী মতুংদা জীবশিংবু অমুক্ত হননা মখোয়না তৌখিবা পাপ-পুণ্যশিংগী মহৈঃ পীনবা মতম লাকলবদা পৰমাত্মানা মতোপ্প চঙদুনা লৈৰিবা জীবশিংবু ফোঙদোক্হল-লগা মহৈঃ পীগে হায়বগী

দমক্ অমুক্ হননা লৈঃশেম্লী। মরম্ অসিনা শ্রুতিনা মসিবু তাক্লি—" **সদেব সোম্যেদমগ্র আসীদেকমেবাঽদ্বিতীয়ম্** " ( ছাঃ উঃ ৬।২।১ )—" লৈঃশেম্ব্রিভৈগী মমাঙদা তাইবঙপানসি সৎ ওইনা ( মায়া উপাধিগা লোয়ননা লৈবা সগুণ ব্রহ্ম ওইনা ) অনীশুবা লৈতনা অমথক্ত ওইনা লৈরমঙ্গী।" " **তদৈক্ষত বহুস্যাং প্রজায়েয়** " ( ছাঃ উঃ ৬।২।৩ )—সৎকী মশক ( 'লৈ' হায়বদা খঙবা ) ঈশ্বরহুনা মাগী উপাধি মায়ানা মরম্ ওইহুনা নীংই ( সংকল্প ভৌই )—" ঐ ময়াম ওইহুনা প্রজাশিং ওইনা পোক্কে।" মসিদগী মহাক্ন তাইবঙপানসিবু শেমখি। ঐতরেয় উপনিষত্তদি আত্মা অসিবু সগুণ ব্রহ্ম ওইবা ঈশ্বরদগী খেন্নদনা অস্নুম্ন হায়রি—" **আত্মা বা ইদমেক এবাঽগ্র আসীন্নান্যৎ কিঞ্চন মিষৎ স ঈক্ষত লোকান্নু সৃজা ইতি। স ইমাল্লোকানসৃজত ॥** " (ঐতঃ উঃ ১।১।২)—লৈঃশেম্ব্রিভৈগী মমাঙদা তাইবঙপানসি সূপ্ন অমত্ত ওইবা আত্মা ওইনা লৈরমঙ্গী, মহু নত্তবা করিগুমবা অতোপ্প পোৎ অমত্ত লৈবমদে ; মহাক্ন লোক—শিংবু শেমগে হায়না সংকল্প ভৌই ( নীংই )। মহুদগী মহাক্ন লোক-শিংবু শেমখি।"

মরম্ অসিনা মফম অসিদা ( গীতা অসিদা ) শ্রীভগবান্ন সংসারসিগী মরু মথক্লোমদা লৈ হায়বসি পরমাত্মাবু মরুনি তাক্পনি। মসিবু শ্রুতিনসু অস্নুম্ন হায়রি—**উর্দ্ধমূলোঽবাক্শাখ এষোঽশ্বত্থঃ সনাতনঃ। তদেব শুক্রং তদ্ ব্রহ্ম তদেবাঽমৃতমুচ্যতে ॥** " ( কঠঃ উঃ ২।৩।১ )—"মথক্লোমদা মরু

লৈবা মথারোমদা মশা-মরেং লৈবা অমস্তুং অরেপ্প মতম লৈতনা চত্তুনা লাকপা সংসারসিগী মশক্ ওইবা খোংনাং পাম্বীনি। তশেংবদি মসি ব্রহ্মদগী অতোপ্প নত্তে, ব্রহ্মামক্তি অমস্তুং অমৃতনি হায়নৈ॥"

শ্রীমদ্ভাগবতকী মতুংদসু শ্রীভগবান মসিবু অস্মুম হায়রি —

যস্মিন্নিদং প্রোতমশেষমোতং
পটো যথা তন্তুবিতানসংস্থঃ।
য এষ সংসারতরুঃ পুরাণঃ
কর্ম্মাত্মকঃ পুষ্প ফলে প্রসূতে॥
দ্বে অস্য বীজে শতমূলস্ত্রিনালঃ
পঞ্চস্কন্ধঃ পঞ্চরসপ্রসূতি।
দশৈকশাখো দ্বিসুপর্ণনীড়ঃ
ত্রিবল্কলো দ্বিফলোঽর্কে প্রবিষ্টঃ॥

(ভাগঃ ১১।১২।২১-২২)

"শননা (শনদোক্তুনা) লৈবা লংশিংগী অমত্তু ওইবা ফি লৈবগী মতৌগুমনা পরমাত্মাদা তাইবঙপানসি লেম্হোংবা লৈতনা অমত্তু ওইনা তোত্তুনা লৈবনি। তাইবঙপানগী মশক্ ওইবা উপাম্বী অসি মমাঙৈদগী মথং মথং ওইনা লাকপনি অমস্তুং কর্ম্মগী মশক্তি, মসিদা ভোগ অমস্তুং মোক্ষগী মশক্ লৈ অমস্তুং মহৈঃ মরোং পাললী। সংসারগী মশক্ ওইবা উপাম্বীসিগী পাপ পুণ্য মরুনি; মশীং লাক্কগুমদবা বাসনা (সংস্কার) মরুনি,

সত্ত্ব-নচিংবা গুণ অহুমগী হৌরকুফমনি, পৃথিবীনচিংবা ভূত মঙা মশুমনি। রূপ নচিংবা বিষয় মঙা রসনি, মীৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয় তরামাথোই (জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা; কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা অমস্তুং মন) মশানি, জীব অমস্তুং ঈশ্বর কৌবা উচেক্ অনী; মসিদা মকোন শাহুনা লৈবনি, কপ, বাত অমস্তুং পিত্ত অহুমসিনা মকুনি; অতুগা অরাবা অমস্তুং নুংঙাইবা অনীসিনা মহৈংনি, মতৌ অসুম্ন তাইবঙপানগী মশক্ ওইবা উপাম্বীসি সূর্য্যমণ্ডল ফাওবা পাক্ চাউনা লৈবনি॥

মরম্ অসিনা অসিগুমবা সংসারগী মশক্ ওইবা উপাম্বীসিবু পরমাত্মাগী মায়ানা শাবনি, পরমাত্মা নত্তনা মসি অতোপ্প নত্তে খঙবা মী অতু বেদগী অর্থবু নীংথিনা খঙবা মীনি অসুম্ন শ্রীভগবান্ন তাকপনি ॥১॥

মথক্ত হায়রিবা সংসারগী মশক্ ওইবা খোংনাং পাম্বীসিগী অতোপ্প শরুক্ (কায়াৎ) খরবুস্থ কল্পনা তৌত্থনা শ্রীভগবান্ন অসুম্ন হায়রি—

অধশ্চোর্দ্ধং প্রসৃতাস্তস্য শাখা
গুণপ্রবৃদ্ধা বিষয় প্রবালাঃ।
অধশ্চ মূলান্যনুসন্ততানি
কর্ম্মানুবন্ধীনি মনুষ্যলোকে ॥২॥

অন্বয়ব্যাখ্যা :— তস্য—সংসারগী মশক্ ওইবা খোংনাং-পাম্বীসিগী; গুণপ্রবৃদ্ধাঃ—সত্ত্ব, রজঃ অমস্তুং তমঃ গুণ অহুম

অসিনা ঈশিং ওইনা চাইবদগী চাওখৎপা ওইবা ; বিষয়প্রবালাঃ= রূপ, রস-নচিংবা বিষয়শিং অনৌবা মনাশিং ওইনা পাল-লবা; শাখাঃ=অচৎ-চত্ত থরায়পানবশিংগী মশক্ ওইবা মশাশিং, অধঃ= মথারোমদা মীওইবদগী হৌদুনা তীল-কাও, উ-ৱাঃনচিংবা ফাওবা; চ=অমসুং ; উর্ধ্বং=মথক্লোমদা দেবতাশিংদগী হৌদুনা ব্রহ্মা (হিরণ্যগর্ভ) ফাওবা ; প্রসৃতাঃ=শনদোক্ল লৈ ; চ=অদুগা ; মনুষ্যলোকে=মীওইবগী লোক অসিদদি ; কর্ম্মানুবন্ধীনি=পাপ-পুণ্যগী মশক্ ওইবা কর্ম্মশিংনা মরম্ ওইদুনা ; অধঃ=মথারোম্দা ; মূলানি=মরাশিং ; অনুসন্ততানি=মথং মথং শনদোক্লুনা লৈরি-বনি ॥২॥

**অপুম্ব অর্থ ঃ**— সংসারগী মশক্ ওইবা খোংনাং পান্বীসিগী সত্ত্ব-নচিংবা গুণ অহুমনা ঈশিং ওইনা চাইদুনা চাওখৎপা ওইবা; রূপ, রস-নচিংবা বিষয়শিংনা অনৌবা মনা ময়াম ওইনা পাল-লবা অমসুং অচৎ-চত্ত থরায়পানবশিংগী মশক্ ওইবা মশাশিংনা মথা-রোম্দা মীওইবদগী হৌদুনা তীল্, কাও, উ, ৱাঃনচিংবা ফাওবা অদুগা মথক্লোমদা দেবতাশিংদগী হৌদুনা ব্রহ্মা ফাওবা শনদোক্ল লৈ, অদুগা মীওইবগী লোক অসিদদি পাপ-পুণ্যগী মশক্ ওইবা কর্ম্মশিংনা মরম্ ওইদুনা মথারোম্দা মরাশিং মথং মথং শনদোক্লুনা লৈরিবনি ॥২॥

থও-ওমদবা মতমদগী হৌদুনা লাকইবা তাইবঙপানসিবু মাও-হল্লগা মোক্ষ ফংবসিদি ওইথোক্লবনি হায়না অর্জ্জুননা চিংনরবদা,

সংসারগী খণ্ড-ওমদবা মওঙ মিথ্যানি তাকুনা মহুদগী নাম্বোক্সবা উপায় শ্লোক অনীদা শ্রীভগবান্ন অশুম্ন হায়রি—

ন রূপমস্যেহ তথোপলভ্যতে
নান্তো ন চাদির্ন চ সংপ্রতিষ্ঠা।
অশ্বংত্থমেনং সুবিরূঢ়মূল
মসঙ্গশস্ত্রেণ দৃঢ়েন ছিত্বা ॥৩॥
ততঃ পদং তৎ পরিমার্গিতব্যং
যাস্মিন্ গতা ন নিবর্ত্তন্তি ভূয়ঃ।
তমেব চাদ্যং পুরুষং প্রপদ্যে
যতঃ প্রবৃত্তিঃ প্রসৃতা পুরাণী ॥৪॥

**অম্বয়ব্যাখ্যা:** ইহ=সংসারসিদা লৈবা থরায়পানবশিংনা; অস্য রূপং—সংসারগী মশক্ ওইবা খোংনাং পাম্বীসিগী মওঙ-মতৌডুবু; তথা=মথক্লোমদা মক্ল লৈ অসি-নচিংবনা হায়খিবা অহুম্ন; ন উপলভ্যতে=উবা-খঙবা ঙমদে; ন অন্তঃ (উপলভ্যতে)—মসিগী অরোইববুসু খঙবা ঙমদে, ন চ আদিঃ (উপলভ্যতে)=মসিগী অহৌ-ববুসু খঙবা ঙমদে; ন চ সম্প্রতিষ্ঠা (উপলভ্যতে)—মসিগী ময়ায়দা লৈবগী মওঙবুসু খঙবা ঙমদে (মরম্দি—অহৌবা অমসুং অরোই-বগী মওঙ খঙলবতদা ময়াইগী মওঙবু খঙবা ঙমই নত্রবদি ঙমদে; মসিদি শজিনা মরুভূমিদা ঈশিং উবঙমবনি, মিথ্যানি); এনম্—অসিগুমবা; সুবিরূঢ়মূলম্—মরু-মরা য়াম্না চেৎনা লৈরবা; অশ্বত্থম্—

সংসারগী মশক্ ওইবা খোংনাং পাম্বীসিবু ; দৃঢ়েন=য়ামনা থৌ-ব্রবা ; অসঙ্গশস্ত্রেণ=সংসারগী পোংশিংদা পান্নদবগী মশক্ ওইবা ( বৈরাগ্য ওইবা ) খুৎলাইনা ; ছিত্বা=ককথৎলগা ॥৩॥ ততঃ=মন্থুগী মতুংদা ; যতঃ=ঈবুংঙো মঙোন্দগী ; পুরাণীপ্রবৃত্তিঃ প্রসৃতা =সংসারগী ওমৃথৈ লৈতবা ( অহৌবা খওদবা ) মতমদগী লাকইবা খোংচৎসি ( চৎলক্লিবা ) ; তম্ এব চ আদ্যং পুরুষং=সংসারগী মরু ওইত্থনা অহানবা ওইবা অমস্তুং শীন্‌থুংনা হক্চাং পুন্নমক্কী মন্থুংদা লৈবা ঈবুংঙো মহাক্ অত্থমক্তবু ; প্রপদ্যে=ঐনা চঙজন্নি হায়জত্থনা ; যস্মিন্ গতাঃ=মত্থদা চৎশ্রবা ( য়ৌশ্রবা ) মীশিংনা ; ভূয়ঃ ন নিবর্ত্তন্তি=সংসারসিদা অমুক হননা হল-লক্তে ; তৎপদং =অত্থগুমবা সংসাবসিদগী য়ামনা লাপ্ন লৈবা ফংফম থোকৃপা পনথুংফম অত্থবু ( বিষ্ণুগী পদ অত্থবু ) ; পরিমার্গিতব্যং=থি-গদবনি ॥৪॥

**অপুন্ন অর্থ :** সংসারসিদা লৈবা থন্নায়পানবশিংনা সংসারগী মশক্ ওইবা খোংনাং পাম্বীসিগী মওঙ মতৌবু মথক্কোমদা মক লৈ অসি-নচিংবনা হায়খিবা অত্থম্ন উবা খঙবা ঙমদে, মসিগী অহৌবস্থু খঙবা ঙমদে, অত্থগা মসিগীময়ায়দা লৈবগী মওঙবুস্থু খঙবা ঙমদে ( অহৌবা অবোইবা অমস্তুং ময়ায় খঙদবসি মক-স্থুন্নিদা শক্তিনা মুিংকী মঙালবু ঈশিংনি নীংস্থনা তান-নবগুমবনি হায়বদি মিথ্যানি )। অসিগুমবা অজ্ঞাননা মরম্ ওইত্থনা মক-মন্না য়ামনা চেৎনা তাশ্রবা সংসাবগী মশক্ ওইবা খোংনাং পাম্বীসিবু য়ামনা থৌববা অমস্তুং সংসারগী পোংশিংবু পামদবগী মশক্ ওইবা

( বৈরাগ্য ওইবা ) খুৎলাইনা ককথৎলগা; মদুগী তুংদা ঈবুংঙো মঙোন্দগী সংসারগী ওমখৈ লৈতবা মতমদগী হায়বদি অহোৌবা খঙদবা মতমদগী লাকইবা ( চৎলক্লিবা ) খোংচৎসিবু অদুগা সং- সারগী মরূ ওইদুনা অহাৎ ওইবা অমসুং শীন্থুংনা হক্চাং পুম্নমক্কী মনুংদা লৈবা ঈবুংঙো মহাকুমক্তবু সাধক ঐনা চঙজন্নি অসুম হায়জদুনা মদুদা চৎখ্রবা ( কংখ্রবা ) মীনা সংসারসিদা অমুক্ হননা হল-লক্তবা অদুগুমবা কংফম থোকৃপা পনথুংফমদুবু ( বিষ্ণুগী পদ অদুবু ) থিগদবনি ॥৩-৪॥

## অথ্ৰুপ্ৰ ৱা

খোংনাং পাম্বীগী মশক্ ওইনা তাকখিবা তাইবঙপানসিদগী জীবনা লাম্হোক্নুনা চৎপসি অরায়বা থবক্ নত্তে । অদুবু শ্রীভগবান্না সংসারগী পোৎশিংগী অপামবা থাদোকৃপবু ( বৈরাগ্যবু ) মসিদগা ( তাইবঙপানসিদগী ) লাম্হোক্নবা উপায় অমা তাক্লি । অপামবা থাদোকৃপসি অরায়বা ৱা নত্তে । সংসার অসি " ঐনি অমসুং ঐগীনি " হায়না য়ামনা পামনা পুক্নীং থিংজিনবনা মরম্ ওইদুনা ওমখৈ লৈতবা মতমদগী হোদুনা চৎলগা হোৌজিক্ ফাওবা লৈর- ক্লিবনি অমসুং তুংদসু লৈগদবনি । অদুবু ঐখোয়না বিচার তৌদুনা মনবু ফাজিনবা ওমলবদি " ঐনি অমসুং ঐগীনি " হায়বা অপামবসি থাদোকৃপা ঙমগনি । ঐখোয় পোকৃপা মতমদা সংসারগী করি- গুমবা পোৎ অমত্ত পুদুনা লাকতে, সুপ্ন " ঐনি " হায়না নাপল

তৌরিবা হকচাং-সিদবু পুতুনা লাবই ; অদুগা শিবা মতমদদি নাপল তৌফম হকচাং অসিবুসু থাদোক্তুনা ইতোমতমক চৎখিগনি, সংসারসিদা ঐগীনি হায়না লৈবা পোৎ পুম্নমক লোইনা লৈহৌই, পুনশীচুপ্প তাল-লমবা লুপা-শংবা অদুদগী পৈশা অমত্তং ফাওবা পুতুনা চৎপা ঙমদে। ফীবম অসিদা লৈরিবা পোৎশিং অদু "ঐগীনি" হায়বা করম্ন য়াগনি? মতম অদুদা ঐগীনি হায়বা য়াবা পোত্তি ঐনা তৌজবা কর্ম্মগী মতুং ইননা ফংবা পাপ-পুণ্য অনীহুতনি। মহুতবু পরলোকতা (অতোপ্প, শিরবা তুংদা ফং-লুগদবা মফমদা) পুতুনা চৎকদবনি অমসুং মহুগী মতুং ইননা মপোক ফংগদবনি। মসিবু গরুড় পুরাণদা অসুম্ন হায়রি—

ধনানি ভূমৌ পশবশ্চ গোষ্ঠে
নারী গৃহদ্বারি জনাঃ শ্মশানে।
দেহশ্চিতায়াং পরলোকমার্গে
কর্ম্মানুগো গচ্ছতি জীব একঃ॥

"কনাগুমবা মী অমা শিরবদা মানা তানশিল-লমবা লুপা-শংবাদু লৈঃবাক্ত ভাতুনা লৈহৌই, মানা লোইরমবা শাঃ-শল-নচিংবা পুম্নমক শংগোনদা লৈহৌই; য়ামনা নুংশিবনি হায়না লুনা তৌরমবা নুপী অদুসু থোংজিন মপান্দ লৈহৌই, অদুগা নুংশিনা তিন-নরমবা মরূপ মপাং পুম্নমকসু শ্মশান য়ৌরগা হনখি অদুগা পোকপদগী শিবা ফাওবদা ঐনি খঙলম্ব হকচাংসিসু চিতাদা মৈনা চাক্তুনা লৈহৌই। মতম অদুদদি হিংলিঙৈ মতমদা মানা তৌজখিবা

কর্ম্ম অতুথক্ত পুত্নুনা জীবনা মতোমদা পরলোককী লম্বীত্নুদা চৎলী ॥"

মরম অসিনা সংসারগী পোৎশিংদা " ঐগীনি " নীংবা অমস্তুং পামবা তৌদনা, লৈরিবা অমস্তুং ফংলিবা পোৎ পুম্নমক্পু ঈশ্বর মাগীনি লেপ্পুনা মশাবুনা পোৎশিংদুবু ঙাক্তুনা লৈবা চৌকিদারনি খঙগদবনি। ঈমুং মচুংদা থাদোক্নবা য়াদনা লৈরিবা মতু-মচা-নচিংবা পুম্নমকী মফমদস্তু ঈশ্বরনা মাগী নাক্ত মখোয়'সিবু ঙাক্পি শেনবীনবা থারক্পনি অমস্তুং মহাক্ত হিংলিবমখৈ মঙোয়বু ঙাক্ শেনতুনা চাওখৎনবা তৌবসি মথৌনি খন্দুনা কন্ন হোৎনগদবনি অমস্তুং ধর্ম্ম কায়দনা লল-থুম তানশিন-নবস্তু হোৎনগদবনি ; অতুগা মতুদা " ঐগীনি " হায়বা নাপল পুম্থা থাদোক্কদবনি, ঈশ্বরগী সেবানি খন্দুনা ঙমবা মখৈ অতোপ্পগী কান্ননবস্তু তৌ গদবনি। মতৌ অস্তুম্ন অভ্যাস তৌতুনা লৈবা মীনা থবক্ পুম্নমক্ তৌতুনা লৈরবস্তু পোৎ পুম্নমক্ত " ঐগীনি " হায়বা অপামবা থাদোক্পা ঙমগনি। মতুদগী পুক্নীং শেংদোক্খিতুনা পরমাত্মাবু ফংনবা লম্বীদা চৎপা হোগনি। মসিনি সংসারবু অথোবা খূৎ-লাইনা কক্থৎপা হায়বতু।

মতৌ অস্তুম্ন সংসারগী মশক্ ওইবা উপান্থী অসিবু কক্-থৎলবা মতুংদা পরমাত্মাগী মশক্ খঙনবা অফবা গুরুগী মনাক্ত চত্তুনা অথ্ৎপা তত্ত্ব হংগদবনি। মরম্ অসিদগী শ্রুতিনা অস্তুম্ন হায়রি— **উত্তিষ্ঠত জাগ্রত প্রাপ্য বরান্ নিবোধত "** ( কঠঃ উঃ ১।৩।১৪ )—" হে মীওইবা ! হোৎগৎলো নমীৎ পাঙলো,

পরমার্থ তত্ত্ববু খঙবা অথোইবা গুরুশিংগী মনাক্ত চত্থ্না পরমেশ্বরগী তত্ত্ব খঙনবা হোৎনরো।" মতৌ অসুম তৌথুনা কন্না হোৎনরবত্তদা শ্রীবিষ্ণুগী অথোইবা পদত্থবু ফংবা ঙমগদবনি ॥৩-৪॥

মথক্ত হায়রিবা বিষ্ণুগী অথোইবা পদসিবু করম্ করম্ব সাধন তৌবা মীশিংনা ফংবা ঙমঙ্গ হায়বসিবু হৌজিক ভগবান্ন অস্সুম তাক্লি

নির্মানমোহা জিতসঙ্গদোষা
অধ্যাত্মনিত্যা বিনিবৃত্তকামাঃ।
দ্বন্দ্বৈর্বিমুক্তা সুখদুঃখসংজ্ঞৈ
র্গচ্ছন্ত্যমূঢ়াঃ পদমব্যয়ং তৎ ॥৫॥

অন্বয়ব্যাখ্যা :—নির্মানমোহাঃ=ঐ অখঙ-অহৈনি, অচৌবা মীনি হায়বা নাপল অমসুং শুমহত্থ্না হক্চাংবু ঐনি হায়না শেরান-ননা খঙবা অনীসি লৈত্রবা; জিতসঙ্গদোষাঃ—সংসারগী পোৎশিংদা লৈবা অপামবগী মশক্ ওইবা দোষবু জয় তৌববা; অধ্যাত্মনিত্যাঃ—পরমাত্মাগী তত্ত্ববিচার তৌবদা মতম পুম্নমক্ত পুক্নীং থিংজিনহুনা থমলবা; বিনিবৃত্তকামাঃ—বিষয়ভোগশিং ফংননবা নীংবা থাদোক্লবা; সুখদুঃখ সংজ্ঞৈঃ দ্বন্দৈঃ বিমুক্তাঃ—অন্না-নুং-ঙাইগী মরম্ ওইবদগী; অন্না-নুংঙাই কৌবা অঙৈং-অশা-নচিংবা অমগী মথংদা অমা লাক-কদবা ফাইবোক্শিংদগী নাম্থোকখ্রবা; অমূঢ়াঃ= অমসুং অজ্ঞান লৈত্রবা মীশিং অহুনা; তৎ অব্যয়ং পদং =বিষ্ণুগী অমাঙ অতা লৈতবা পদত্থবু (অশোংবা মশক অহুবু); গচ্ছন্তি =ফংই ॥৫॥

**অপূর্ব অর্থ :—** অচৌবা মীনি হায়বা নাপল অমস্নং হক্-চাংবু ঐনি হায়না শেরান ননা খণ্ডবা লৈত্রবা ; সংসাবগী পোৎ-শিংদা লৈবা অপামবগী মশক্ ওইবা দোষবু জয় তৌরবা ; পব-মাত্মাগী তত্ত্ববিচার তৌবদা মতম পুম্নমক্ত পূক্নিং থিংজিনদুনা থম-লবা ; বিষয়ভোগ ফংগে নীংববু থাদোক্লবা ; অৱা-নুংঙাইগী মবম্ ওইবদগী অৱা-নুংঙাই কৌবা অঙৈং-অশা-নচিংবা ফাইবোক্শিংদগী নাম্থোক্লবা অমস্নং অজ্ঞান লৈত্রবা মীশিং অদুনা বিষ্ণুগী অমাঙ-অতা লৈতবা পদদুবু ( পবমপদবু ) ফংই ॥৫॥

হৌজিক পনথুংফম ওইবা বিষ্ণুগী পদ (পরম পদ) অদুগী থোইদোকপা মওঙবু ভগবান্না অস্মুন্না তাক্লি -

**ন তদ্ ভাসয়তে সূর্য্যো ন শশাঙ্কো ন পাবকঃ।**
**যদ্ গত্বা ন নিবর্ত্তন্তে তৎ ধাম পরমং মম ॥৬॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** যংগত্বা=পনথুংফম ওইবা বিষ্ণুগী পদ ( পরম পদ পরমাত্মাগী অশেংবা মশক ) অদুবু ফংলগা ; ন নি-বর্ত্তন্তে=জ্ঞানী ওইবা সাধকশিংনা সংসাবসিদা অমুক্ হল লক্তে; তৎ=পবমাত্মাগী অদুগুমবা মঙালগী মশক্ ওইবা পদ ( মশক্ ) অদুবু ; সূর্য্যঃ ন ভাসয়তে=নুমিৎনা ঙানথোক্হনবা ঙমদে ; ন শশাঙ্কঃ ( ভাসয়তে )=থা-নস্মু ঙানথোক্হনবা ঙমদে ; (তথা) ন পাবকঃ ( ভাসয়তে )=মতৌ অদুম্ন মৈঃনস্মু ঙানথোক্হনবা ঙমদে ; তৎ মম পবমং ধাম=মত্থ কৃষ্ণ ঐগী মতোমদা ঙানদুনা লৈবা অথোইবা পদনি (মশক্নি) ॥৬॥

**অপূর্ব্ব অর্থ :**— পনথুংফম ওইবা বিষ্ণুগী পদদুবু ফংলগা জ্ঞানী ওইবা মীশিংনা সংসারসিদা অমুক্ হল-লক্তে ; অদুগুমবা পরমাত্মাগী মঙালগী মশক্ ওইবা পদ ( মশক্ ) অদুবু নুমিৎনা ঙানথোকপা ঙমদে, থা-না ঙানথোকপা ঙমদে, মদু কৃষ্ণ ঐগী মতোমদা ঙানদুনা লৈবা অথোইবা মশক্নি ॥৬॥

**অথূপ্প ৱা**

পরমাত্মাগী অশেংবা মশক্তি অতোপ্পগী মতেং য়াওদনা মতোমদা ঙানদুনা লৈবা জ্ঞাননী। জ্ঞানবু ঙানথোকহনবা অতোপ্প পোৎ অমত্ত লৈতে। জ্ঞান অসিতনা অচেতন ওইবা হায়বদি চঙদবা নত্রগা অশিবা ( জড় ) ওইবা পোৎ, নুমিৎ-থা-নচিংবা পুম্নমকসিবু ঙাম্থোক্তুনা থমলিবা ঙাক্তনি। মরম্ অসিনা শ্রুতিনা হায়রি—"জ্যোতিষামপি তজ্জ্যোতিঃ" (যোঃ শিঃ উঃ ৩।১২)— "মশাঃ মতোমদা ঙানদুনা লৈবা পরমাত্মানা নুমিৎ থা-নচিংবগীসু মঙাননি।"

**ন তত্র সূর্য্যো ভাতি ন চন্দ্রতারকং**
**নেমা বিদ্যুতো ভান্তি কুতোঽয়মগ্নিঃ।**
**তমেব ভান্তমনুভাতি সর্ব্বং**
**তস্য ভাসা সর্ব্বমিদং বিভাতি॥**

( কঠঃ উঃ ২।২।১৫ )

" পরব্রহ্মগী মশক্ ওইবা ধাম অদুদা নুমিৎ ঙানথোক্তে থা অমসুং থরানমীচাক্ ঙানথোক্তে, নোংথাঙশিংসি ঙানথোক্তে, (ফীবম

অসিদা) মৈঃ অসি-নদি করন্ন ঙানগনি? পবন্নাত্মাসিগী ঙানতুনা লৈবা মন্নমদগী পূর্ন্নমক্সি ঙাল-লিবনি; ঈবুংঙো মাগী মঙাননা মরম্ ওইতুনা পূন্নমকসি (ঙানথোকপিতুনা) ঊরিবনি॥"

অসিগুমবা বিষ্ণুগী (পরব্রহ্মগী) মশক্ ওইবা ধামসিবু ফং-লগা অমুক হল-লক্তে হায়বসিবুস্থ অস্থম্ন হায়রি - "ন চ পুন-রাবর্ত্ততে ন চ পুনরাবর্ত্ততে" (ছাঃ উঃ ৮।১৫।১) সংসারসিদা অমুক্ হননা হল-লক্তে, অমুক্ হুননা হল-লক্তে।" মরম্ অসিনা ত্রাবগী মশক্ সংসারসিদা অমুক্ হল-লক্তবা নুংঙাইবগী মশক্ মোক্ষবু ফংন-নবগীদমক্ বুদ্ধি লৈংতানা লৈবা মীনা শোয়দনা হোৎ-নপ্পদবনি॥৬॥

ব্রহ্মদগী অতোপ্প জীবনা ব্রহ্মদা অমত্ত ওইনা তিনবগী মশক্ মোক্ষবু করম্ন ফংবা য়াগনি হায়না চিংনববদা জীবসি অজ্ঞাননা মরম ওইতুনা ব্রহ্মদগী থাইদোক্লুনা তোপ্প লৈবগুম ভোবা মচেৎ অম্ননি; অজ্ঞান মাঙখ্রবদা মহাক্ অমুক্ হুননা ব্রহ্মদা তিনবনি হায়বসিবু ভগবান্ন তাকপা হৌই—

**মমৈবাংশো জীবলোকে জীবভূতঃ সনাতনঃ।**
**মনঃষষ্ঠানীন্দ্রিয়াণি প্রকৃতিস্থানি কর্ষতি॥৭॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** মম এব—পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐমক্তগী; সনাতনঃ অংশঃ=লেঙদবা নিত্য ওইবা মচেৎ অমনা; জীবলোকে =সংসারসিদা; জীবভূতঃ—থরায়পানবা জীব ওইরগা কর্ত্তা অমস্তুং ভোক্তা ওইতুনা, প্রকৃতিস্থানি=মচাক্ ওইবা মরম প্রকৃতিদা থংগুনা

লৈবা ; মনঃষষ্ঠানীন্দ্রিয়ানি=মননা তন্নাকশুবা ওইনা লৈবা ইন্দ্রিয় মঙাবু (মীৎ, নাকোং, নাতোল, উনশা অমস্তুং লৈয়েং কৌবা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙাবু); কর্ষতি=চিংথোকই ॥৭॥

**অপুম্ব অর্থ :**—পরব্রহ্ম কৃষ্ণ এমত্তগী লেঙদবা নিত্য ওইবা মচেৎ অমনা তাইবঙপানসিদা থরাযপানবা জীব ওইরগা কর্ত্তা অমস্তুং ভোক্তা ওইদুনা প্রকৃতিদা থ়্পুনা লৈবা, মননা তন্নাকশুবা ইন্দ্রিয ওইবা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙাবু চিংথোকই ॥৭॥

## অথ়্প্ননা

জীব অসি পরমাত্মা ব্রহ্মদগী অতোপ্পা অমা নত্তে, মাগী মচেৎ অমনি। পরব্রহ্ম শীন্থুংনা লৈবা মরম মচেৎ মকায় তাবা পোৎ অমা নত্রবস্থু চফ়্-নচিংবা উপাধিনা মরম ওইদুনা মচেৎ লৈতবা আকাশকী মচেৎ অমা চফু মনুংদা লৈবগুমনা মাযানা শাবা অন্তঃকরণ (মন) ওইবা উপাধিনা মরম্ ওইদুনা মদুদা লাকপা ব্রহ্মগী শক্তক্ অদুবু মচেৎ ওইনা ব্রহ্মনি হায়রবনি। মরম্ অসিনা বেদান্তদর্শনদস্তু অস্নুম্ন ইরি—**"অংশো নানাব্যপদেশাৎ"** (বেঃ দঃ ২।৩।৪৩)—"জীবাত্মাসি ব্রহ্মগী মচেৎ অমনি"। মরমদি উপাধিনা মরম্ ওইদুনা তোপ্প লৈবা জীববু অমুক্ হননা ব্রহ্মদা তিনথিনবা উপদেশ শ্রুতিনা অস্নুম্ন পীরি— **"তত্ত্বমসি"** (ছাঃ উঃ ৬।৮।৭)—"সৎ ওইবা ব্রহ্মচু নঙনি" **"সোঽন্বেষ্টব্যঃ সবিজিজ্ঞাসিতব্যঃ"** (ছাঃ উঃ ৮।৭।১) "নশাগী মশক্ খঙনবা

মহু ( নশাগী মশক্ ওইবা ব্ৰহ্মহু ) থিগদবনি অমস্তুং অখণ্ডবা গুরুগী মফমদা নীংথিনা হংগদবনি।" মরম্ অসিনা তশেংনা ময়াম নত্তে হায়বসিবুস্তু শ্ৰুতিনা অস্তুম্ন তাকৃই—"একমেবাদ্বয়ং ব্ৰহ্ম নেহ নানাস্তি কিঞ্চন" ( অঃ উপঃ—৬৩ ) অনীগুবা লৈতবা অমত্তুংদা ওইবা ব্ৰহ্মনি, মগোন্দ থেম্নবা ময়াম ওইবা অমত্ত লৈতে।"

"তৎসৃষ্ট্বা তদেবানুপ্ৰাবিশৎ" ( তৈঃ উঃ ২।৬।১ )— "পরমাত্মানা হকচাংসিবু শেম্নগা মতুগী মনুংদা জীব ওইনা চঙ-থি।" মসি শ্ৰীমদ্ভাগবত পুবাণদস্তু উদ্ধবকী মফমদা শ্ৰীভগবান্ন অস্তুম্ন তাক্লি—

**একস্যৈব মমাংশস্য জীবস্যৈব মহামতে।**
**বন্ধোঽস্যাঽবিদ্যয়াঽনাদির্বিদ্যয়াচতথেতরঃ॥**

( ভাগঃ ১১।১১।৪ )

"লৌশিং চাউবা হে উদ্ধব! কৃষ্ণ ঐগী মচেৎ অমত্তং ওইবা জীবসিগী, অবিদ্যানা ( মশাবু খণ্ডদবগী মশক্ ওইবা অজ্ঞাননা ) মরম্ ওইদুনা ভম্থে লৈতবা মতমদগী সংসারদা পুনহুনা লৈবনি। অতুগা বিদ্যানা ( মশাবু খণ্ডবগী মশক্ ওইবা জ্ঞাননা ) মরম্ ওইদুনা কৃষ্ণ ঐগোন্দ তিনবগী মশক মোক্ষ ফংবনি।"

মরম্ অসিনা অন্তঃকরণ উপাধি লৈরিবৈগী মতম অতুকী মথে জীব ব্ৰহ্মদগী তোপ্প খণ্ডনরবস্তু জ্ঞাননা মরম্ ওইদুনা অন্তঃকরণ উপাধি অসি মতম পুম্নমকী ওইনা পূর্ণাঙ্গ মাণগুবদা

ব্রহ্মাদা অমত্ত ওইনা তিল—লী হায়বসিদা করিমত্ত কায়বা লৈ-তে ॥৭॥

করম্ব মতমদা জীবাত্মানা মনগা লোয়ননা ইন্দ্রিয়শিংবু চিং-থোক্ই হায়বত্থ হৌজিক্ অস্তুম্ন তাক্লি—

**শরীরং যদবাপ্নোতি যচ্চাপ্যুৎক্রামতীশ্বর ।**

**গৃহীত্বৈতানি সংযাতি বায়ুর্গন্ধানিবাহশয়াৎ ॥৮॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— যৎ অপি=করিগুমবা মতমস্থ ওইসন্থ; ঈশ্বরঃ=হক্‌চাং অমস্তুং ইন্দ্রিয়শিংগী মপু ওইত্থনা লৈরিবা জীবসিনা; উৎক্রামতি=শিরবা হক্‌চাংসিবু থাদোক্লুনা চৎলী; (তদা কর্ষতি) —মতম অত্থুদা মনগা লোয়ননা ইন্দ্রিয়শিংবু চিংথোক্ই ); যৎ চ= অত্থুগা মতম অত্থুদা; শরীরং অবাপ্নোতি—অতোপ্প হক্‌চাং অমবু লৌঃই ; ( তদা ) বায়ুঃ আশয়াৎ গন্ধান্ ইব = মতম অত্থুদস্থ ফুংশিংনা মনম লৈবা মফম লৈ-নচিংবদগী মনম পুত্থনা চৎপগী মতৌগুমনা ; এতানি গৃহীত্বা সংযাতি—মনগা লোয়ননা ইন্দ্রিয়-শিংবু পুত্থনা চৎলী ॥৮॥

**অপুম্ব অর্থ :**— করিগুমবা মতমস্থ ওইসন্থ হক্‌চাং অমস্তুং ইন্দ্রিয়শিংগী মপু ওইত্থনা লৈরিবা জীবসিনা; শিরবা হক্‌চাংবু থাদোক্লুনা চৎলী, মতম অত্থুদা মানা ( জীবাত্মানা ) মনগা লোয়ননা ইন্দ্রিয়শিংবু চিংথোক্ই, অত্থুগা অতোপ্প হক্‌চাং অমবু লৌঃই, মতম অত্থুদস্থ ফুংশিংনা মনম লৈবা লৈ-নচিংবদগী

মনম পুত্থনা চৎপগী মতৌগুমনা মনগা লোয়ননা ইন্দ্রিয়শিংবু জীবাত্মানা পুত্থনা চৎলী ॥৭॥

হৌজিক্ মনগা লোয়ননা ইন্দ্রিয়শিংবু অতোপ্প হক্‌চাংদা পুত্থনা চৎপগী মবম্ তাক্‌পগা লোয়ননা ইন্দ্রিয়শিংগী মমিং হায়রি—

**শ্রোত্রং চক্ষুঃ স্পর্শনংচ রসনং ঘ্রাণমেব চ।**
**অধিষ্ঠায় মনশ্চায়ং বিষয়ানুপসেবতে ॥৯॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ—** অয়ং=হক্‌চাং লৌঃত্থনা লৈবিবা জীবাত্মা অসিনা ; শোত্রং=নাকোং ; চক্ষুঃ=মীৎ ; স্পর্শনং=উন্‌শা ; রসনং=লৈয়েং ; ঘ্রাণম্=নাতোন ; জ্ঞানেন্দ্রিয় মণ্ডা ; এব চ= মতৌ অত্থমনা কর্মেন্দ্রিয় মণ্ডা ; প্রাণ মণ্ডা ; চ=অত্থগা ; মনঃ= পুক্নীং ; অধিষ্ঠায়=মখোয় তরাতক্সক অসিগী মতেং লৌঃত্থনা ; বিষয়ান্=রূপ, রস-নচিংবা ভোগ্য ওইবা পোৎশিংবু ; উপসেবতে =মনীং তমনা সেবন তৌত্থনা হায়বদি চাঃত্থনা লৈ ॥৯॥

**অপূম্ব অর্থ ঃ—** হক্‌চাং লৌঃত্থনা লৈবিবা জীবাত্মা অসিনা নাকোং, মীৎ, উন্‌শা ; লৈযেং অমস্তুং নাতোম-জ্ঞানেন্দ্রিয় মণ্ডা; মতৌ অত্থম কর্মেন্দ্রিয় মণ্ডা ; প্রাণ মণ্ডা অমস্তুং মন মখোয তরাতক্সক অসিগী মতেং লৌঃত্থনা ভোগ্য ওইবা পোৎশিংবু সেবন তৌত্থনা হায়বদি চাঃত্থনা লৈ ॥৯॥

হক্‌চাংগী মনুংদা লৈত্থনা বিষয়ভোগ তৌবিবা আত্মা অসিবু মীনা করি মরম্‌দগী খঙদ্রিবনো অত্থুম চিংনরবদা মচুগী মরম তাক্কুনা অস্থুম হায়রি—

উৎক্রামন্তং স্থিতং বাপি ভুঞ্জানংবা গুণান্বিতম্।
বিমূঢ়া নানুপশ্যন্তি পশ্যন্তি জ্ঞানচক্ষুষঃ ॥১০॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা** :— বিমূঢ়াঃ=হক্‌চাং অসিবু ঐনি থন্দুনা বিষয়ভোগ তৌবদা শুমহজুনা লৈবা অপঙবা মীশিংনা; উৎক্রামন্তং —শিরবা হক্‌চাংবু থাদোক্লুনা চৎলিবা; স্থিতং বা অপি—নত্রগা হক্‌চাংসিদা হিংতুনা লৈরিবা; ভুঞ্জানং বা—নত্রগা মথল মখা অয়াম বিষয়শিংবু ভোগ তৌতুনা লৈরিবা; গুণান্বিতম্=অমসুং সত্ত্ব-নচিংবা গুণশিংদগী ওইবকপা অরা-মুংঙাই-নচিংববু ফংতুনা লৈবিবা জীবাত্মাসিবু; ন অনুপশ্যন্তি—উদে; অতুগা জ্ঞানচক্ষুষঃ =শাস্ত্র-নচিংবা প্রমাণদগী পোক্‌পা জ্ঞানগী মশক্ ওইবা মীৎ লৈবা মীশিংনদি; পশ্যন্তি—আত্মাসিবু উই ॥১০॥

**অপুম্ব অর্থ** :—হক্‌চাংসিদবু ঐনী থন্দুনা বিষয়ভোগ তৌবদা শুমহজুনা লৈবা অপঙবা মীশিংনা শিবা মতমদা হক্‌চাংসিবু থাদোক্লুনা চৎলিবা; নত্রগা হৌজিক হক্‌চাংসিদা হিংতুনা লৈবিবা নত্রগা বিষয়বু ভোগ তৌতুনা (চাঃতুনা) লৈরিবা অমসুং অরা-মুংঙাই-নচিংববু ফংতুনা লৈরিবা জীবাত্মাসিবু উদে অতুগা শাস্ত্র-নচিংবগী প্রমানদগী পোক্‌পা জ্ঞানগী মশক্ ওইবা মীৎ লৈবা মীশিংনদি আত্মাসিবু উই ॥১০॥

আত্মাসিবু জ্ঞানগী মশক্ ওইবা মীৎ লৈবা মীনা উই; অতুগা জ্ঞান লৈতবা মীনা উদে হায়বসিগী মরম অসুম তাক্লি—

**যতন্তো যোগিনশ্চৈনং পশ্যন্ত্যাত্মন্যবস্থিতম্।**
**যতন্তোঽপ্যকৃতাত্মানো নৈনং পশ্যন্ত্যচেতসঃ ॥১১॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** যতন্তঃ=ধ্যান-নচিংবা তৌদুনা চেকশিন্ন হোৎনদুনা লৈবা ; যোগিনঃ চ=পূক্লীং ফাজিন্দুনা থমবা যোগী-শিংনা ; আত্মনি অবস্থিতম্=মখোয়গী থম্মোইদা লৈবা ; এনং পশ্যন্তি=আত্মাসিবু উদুনা ঐনি হায়না থগুই ; অদুগা অকৃ-তাত্মানঃ = নিষ্কাম কর্ম্ম-নচিংবা তৌদুনা পূক্লীং শেংদোক্লিবা ; অচেতসঃ=বুদ্ধি লৈতবা মীশিংনদি, যতন্ত অপি=থগুগে হায়না হোৎনরবসু ; এনং ন পশ্যন্তি=আত্মাসিবু উবা ফংদে ;১১॥

**অপুম্ব অর্থ :—** ধ্যান-নচিংবা তৌদুনা (আত্মাবু উনবা) হোৎনদুনা লৈবা পূক্লীং শেংবা যোগীশিংনা থম্মোইদা লৈবা আত্মাসিবু উদুনা ঐনি হায়না থগুই ; অদুগা নিষ্কামকর্ম্ম-নচিংবা তৌদুনা পূক্লীং শেংদোক্লিবা বুদ্ধি লৈতবা মীশিংনদি আত্মাবু থগুগে হায়না হোৎনরবসু উবা ঙমদে ॥১১॥

তরুকপুবা শ্লোকতা— "ন তদ্ ভাসয়তে সূর্য্যঃ"— "ভগবানগী পরমপদবু নুমিৎনা ঙানথোক্পা ঙমদে" অসিনচিং-বনা হায়খিবা অমসুং মদুবু ফংবা মীনা অমুক্ হননা সংসারদা হল-লক্কে তাকৃখিবা অদুবু হৌজিক শনদোক্ল তাকুনা শ্লোক মরিনা শ্রীভগবানগী মতীক মগুণবু অস্থুম হায়রক্লি—

**যদাদিত্যগতং তেজো জগদ্ভাসয়তেঽখিলম্।**
**যচ্চন্দ্রমসি যচ্চাগ্নৌ তত্তেজো বিদ্ধি মামকম্ ॥১২॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** আদিত্যগতং যৎ তেজঃ=নুমিত্ত লৈবা মঙাল অত্থু; যৎ চন্দ্রমসি—থাদা লৈবা মঙাল অত্থু; যৎ চ অগ্নৌ=অমলুং মৈংদা লৈবা মঙাল অত্থু; অখিলং জগৎ ভাসয়তে—তাইবঙপূম্বসিবু ঙানথোক্কুনা থমবা ওই; তৎ তেজঃ—মতৌ অসিগুমবা মখোয়দা লৈবা মঙাল অত্থু; মামকং বিদ্ধি—কৃষ্ণ ঐগী ইঙাননী খঙউ ॥১২॥

**অপূন্ন অর্থ :—** নুমিত্ত লৈবা মঙাল, থাদা লৈবা মঙাল, অমলুং মৈংদা লৈবা মঙাল অত্থু তাইবঙপানসিবু ঙানথোক্কুনা থমবা ওই (থমঈ); মতৌ অসিগুমবা মখোয়দা লৈবা মঙাল অত্থু কৃষ্ণ ঐগী ইঙাননী খঙউ ॥১২॥

শ্রীভগবান্ পুম্নমক্কী আত্মানি হায়বসিবু হৌজিক্ তশেংনা অন্নুম্ন তাক্লি—

**গামাবিশ্য চ ভূতানি ধারয়াম্যহ মোজসা।**
**পুষ্ণামি চৌষধীঃ সর্ব্বাঃ সোমোভূত্বা রসাত্মকঃ ॥১৩॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** অহম্—পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐনা; গাম্ আবিশ্য চ—পৃথিবীসিগী মনুংদগী চঙদুনা; ওজসা—ঐগী মায়াগী মশক্ ওইবী শক্তিনা মরম্ ওইদুনা; ভূতানি ধারয়ামি—অচৎ-চনু থরাঙপানবা পুম্নমক্পু ঙাক্কুনা থমলিবনি; রসাত্মকঃ সোমঃ ভূত্বা—রসকী মশক্ থা ওইদুনা; সর্ব্বা ঔষধীঃ পুষ্ণামি—ফৌ-মতিংবা লাপী-শীংনো পুম্নমক্পু রস পীদুনা চাওখৎহনজিনবনি ॥১৩॥

**অপূন্ন অর্থ :—** পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐনা পৃথিবীসিগী মনুংদগী

চঙলগা ঐগী মায়াগী মশক্ ওইবী শক্তিনা মরম্ ওইদুনা অচৎ-চন্ত থরায়পানবা পূম্নমক্পু ঙাক্তুনা থমলিবনি অদুগা রসকী মশক্ ওইবা থা ওইদুনা ফো-নচিংবা নাপী-শীংনা পূম্নমক্পু রস পীদুনা চাওখৎহল-লিবনি ॥১৩॥

শ্রীভগবান্ থরায়পানবা পূম্নমকী আত্মানি হায়রবসিদা অমুক্ হন্না অস্নুম্ন তশেংনা তাক্লি —

**অহং বৈশ্বানরো ভূত্বা প্রাণিনাং দেহমাশ্রিতঃ।**
**প্রাণাঽপান সমাযুক্তঃ পচাম্যন্নং চতুর্ব্বিধম্** ॥১৪॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— অহং = পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐনা ; বৈশ্বানরঃ ভূত্বা = বৈশ্বানর কৌবা পুক্ক লৈবা মৈঃ ওইদুনা ; প্রাণিনাম্ দেহং আশ্রিতঃ = থরায়পানবশিংগী হকচাংদা লৈদুনা : প্রাণাঽপান সমাযুক্তঃ = প্রাণ অমসুং অপানগা লোয়ননা তিন-নরগা ; চতুর্ব্বিধম্ অন্নম্ = চীঞ্জাক মখল মরি ( য়ানা শায়দুনা চাঃনবা ; (২) লৈ-য়েংনা ওত্তুনা চাঃনবা ; (৩) লৈনা লেকুনা চাঃনবা ; (৪) চূপ্নুনা চাঃনবা ) অসিবু ; পচামি = তুমহললী ॥১৪॥

**অপূম্ব অর্থ :**— পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐনা বৈশ্বানর কৌবা পুক্ক লৈবা মৈঃ ওইদুনা থরায়পানবশিংগী হকচাংদা লৈরগা প্রাণ অমসুং অপানগা লোয়ননা তিন-নদুনা চাঃথবা মখল মরিগী চীঞ্জাক্পু তুমহললী ॥১৪॥

শ্রীভগবান্ পূম্নমকী আত্মা ওইদুনা ব্যবহার পূম্নমক্পুসু তৌই হায়রবসিবু অস্নুম্ন তাক্লি -

**সর্ব্বস্য চাহং হৃদি সন্নিবিষ্টো**
**মত্তঃ স্মৃতিজ্ঞা্ন মপোহনং চ।**
**বেদৈশ্চ সর্ব্বৈরহমেব বেদ্যো**
**বেদান্তকৃদ্বেদবিদেব চাহম্ ॥১৫॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** অহং=পরমাত্মা কৃষ্ণ ঐসি ; সর্ব্বস্য= ব্রহ্মাদগী হৌতুনা ভীল্-কাও অমসুং উরাঃ ফাওবা অচৎ-চত্ত থরায়পানবা পূম্নমক্কী ; হৃদি সন্নিবিষ্টঃ=থম্মোয়দা চঙতুনা আত্মা ওইনা হুংঙাইনা লৈরিবনি ; চ=অতুগা ; মত্তঃ=পূম্নমক্কী আত্মা ওইনা লৈবা কৃষ্ণ ঐনা মবম্ ওইদুনা ; স্মৃতিঃ=নীংশিংবা ; জ্ঞানং=খঙবা ; অপোহনং চ=অমসুং কাউবা ওইরিবনি ; চ= অতুগা ; সর্ব্বৈঃ বেদঃ=কর্ম্মকাণ্ড, উপাসনাকাণ্ড অমসুং জ্ঞান-কাণ্ডগী মশক্ ওইবা বেদ পূম্নমক্ক ; অহং এব বেদ্যঃ=ইন্দ্র, বরুণ, মৈঃনচিংবগী মশক ওইনা পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐমক্ খঙগদবা ওইবনি ; অহং বেদান্তকৃৎ=বেদান্তগী অর্থবু শনদোক্ল তাক্পিতুনা গুরু অমগী মথংদা গুরু তামা লাকহনবা বেদব্যাস-নচিংবসু কৃষ্ণ ঐনি ; চ=অদুগা ; অহং এব বেদবিৎ=বেদশিংবু খঙবা অদুসু কৃষ্ণ ঐমক্লি (অতোপ্প অমা নত্তে) ॥১৫॥

**অপূম্ব অর্থ :—** পরমাত্মা কৃষ্ণ ঐসি অচৎ-চত্ত থরায়পানবা পূম্নমক্কী থম্মোইদা চঙদুনা আত্মা ওইনা হুংঙাইনা লৈরিবনি। অদুগা পূম্নমক্কী আত্মা ওইনা লৈবা কৃষ্ণ ঐনা মরম্ ওইদুনা নীংশিংবা, খঙবা অমসুং কাউবা ওইরিবনি অমসুং বেদ পূম্নমক্ক

ইন্দ্র-নচিংবা লাইশিংগী মশক্ ওইবা পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐমক্ খঙগদবা ওইবনি, বেদান্তগী অর্থবু তাক্পিদুনা গুরু পরমপরা (সম্প্রদায়) চৎহনবা বেদব্যাস-নচিংবসু কৃষ্ণ ঐনি। অদুগা বেদশিংবু খঙবা অদুসু কৃষ্ণ ঐনি (বেদ খঙবা মী পূম্নমক্ কৃষ্ণ ঐঙোন্দগী অতোপ্প অমা নত্তে)॥১৫॥

## অর্থপ্রকাশ

ব্রহ্মাদগী হৌদুনা উ-ন্নাঃ ফাওবা অচৎ চত্ত থন্নায়পানবা পূম্নমকী শুংদা চীংগী মশক্ ওইনা সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণঃক্ত মায়ানা মরম্ ওইরগা চঙদুনা লৈবনি, মঙোন্দগী অতোপ্প জীব কৌবা অমা লৈতে হায়বদি জীব অহু 'কৃষ্ণমক্তি, সূপ্প অন্তঃকরণ উপাধি লৈবদগী তোঙাননা উবদনি। মবম্ অসিনা শ্রুতিনা তাক্লি—"স এব ইহ প্রবিষ্টঃ" (বৃঃ উঃ ১।৪।৩)- পরমাত্মামক্ জীব ওইহনা হক্চাংসিদা চঙখ্রে।" অহুগা পরমাত্মানা লৈঃশেম্নবা তুংদা অস্থুম সংকল্প তৌই "অনেন জীবেনাত্ম-মাহনুপ্রবিশ্য নামরূপে ব্যাকরবাণি" (ছাঃ উ ৬।৩।২)—জীবাত্মাসিগী মশক্ লৌঃদূনা ঐনা হক্চাংসিদা চঙলগা পোৎ পূম্নমকী মিং অমসুং মওঙ-মশক্পু শমদোকে।" "সর্ব্বব্যাপী সর্ব্বভূতানাং হৃদয়ে সন্নিবিষ্টঃ" (শাঃ উঃ ৩।১)—"মফম পূম্নমক্ শিনথুংমা পরমাত্মানা থন্নায়পানবা পূম্নমকী থম্মোইদা চঙখ্রে।" অদুগা—"বেদৈশ্চ সর্ব্বৈরহমেব বেদ্যো

বেদান্তকৃদ্বেদবিদেব চাহম্" ( কৈঃ উঃ ১।২২ ) — মসিবুদি ভগবানন গীতাগী মনুংসিমক্তদা হায়রি।

মরম অসিনা শ্রীভগবান্ নত্তনা জীবসি অতোপ্প অমা নত্তে, শুপ্প চফ্দা লাকপা ( চণ্ডহুনা লৈবা ) আকাশগী মতৌগুমনা অন্তঃকরণ উপাধিদা ভগবানন লাকপদা তোপ্প উবগুম তৌবনি হায়-বসি নীংথিনা খণ্ডনবা হোৎনগদবনি। মহুতদা শিরবা মতুংদা ঈবুংঙো মঙোন্দ তিনহুনা মোক্ষ ফংবা ঙমগনি ॥১৫॥

মতৌ অম্তুম্ন থরায়পানবা পুম্নমক্ত মশামক্ চণ্ডহুনা লৈ হায়বসি তাক্লগা হৌজিক্ মাগী উপাধি ওইনা লৈরিবা অচেতন তাইবঙ-পান অমস্তুং প্রকৃত্তি ওইবী মায়াদগী মশাবু অতোপ্প অমনি হায়বসিবু শ্লোক অহুম অম্তুম তাক্লি -

**দ্বাবিমৌ পুরুষৌ লোকে ক্ষরশ্চাক্ষর এব চ**
**ক্ষরঃ সর্ব্বাণি ভুতানি কুটস্থোঽক্ষর উচ্যতে ॥১৬॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** লোকে = তাইবঙপানসিদা নত্রগা সংসারগী চৎনবীদা; ক্ষবঃ চ = মাঙথিগদবা ; অক্ষরঃ এব চ = অতুগা মাঙবা তৌদনা লৈগদবা ( মাঙলোইদবা ); ইমৌ দ্বৌ পুকষৌ = পুরুষ অনীসি লৈ ; অনী অসিগী মনুংদা — ক্ষরঃ = মাঙখিগদবা পুরুষদি ; সর্ব্বানি ভূত্তানি = পৃথিবীদগী হৌহুনা মহত্তত্ত্ব ফাওবা থবক ওইনা লৈবা অচেতন তাইবঙপানসিনি, অতুগা অক্ষরঃ – মাঙদনা লৈবা পুরুষদি ; কূটস্থ উচ্যতে = মাঙগদবা অমস্তুং থবক্ ওইনা লৈবা

অচেতন তাইবঙপানসিগী মহুংদা মচাক্ ওইনা লৈবা মরম্নি অস্মুম হায়নৈ ॥১৬॥

**অপূম্ব অর্থ ঃ—** সংসার অসিদা মাঙগদবা অমসুং মাঙ-লোইদবা পুরুষ অনীসি লৈ, —মাঙগদবা পুরুষদি পৃথিবীদগী হৌদুনা মহৎতত্ত্ব ফাওবা থবক্ ওইনা লৈবা অচেতন তাইবঙপানসিনি, অদুগা মাঙদনা লৈবা পুরুষদি—মাঙগদবা অমসুং থবক্ ওইবা অচেতন তাইবঙপানসিগী মহুংদা মচাক্ ওইনা লৈবা মরম্নি (কারণনি) অস্মুম হায়নৈ ॥১৬॥

## অথ,প্ল ন্না

মায়া শক্তিগী মশক্ ওইবী প্রকৃতিদগী খ্বায়দগী অহান্বদা পোক্পা মহৎতত্ত্বদগী হৌদুনা পৃথিবী ফাওবা অচেতন ওইবা তাইবঙপান অসি মাঙগদবা ডাক্ত ওইবা মরম্ন "ক্ষর পুরুষ"—(মাঙগদবা পুরুষ) অস্মুম হায়নৈ। অদুগা মহৎতত্ত্বদগী পৃথিবী ফাওবা থবক্ ওইনা লৈবিবা তাইবঙপানসিগী মচাক্ (উপাদান কারণ) মায়াশক্তি ওইবী প্রকৃতি মাঙবা লৈতনা লৈবা মরম্দগী "অক্ষর পুরুষ" (মাঙদবা পুরুষ) অস্মুম খঙনৈ। খুদম্দি পৃথিবীনা মচাক্ ওইদুনা পোকপা অমসুং শাবা উ-ন্নাঃ, চক্-নচিংবা পুন্নমক্সি মাঙগদবা ওইবদগী মখোয়না মাঙবা মতমদা পৃথিবীদা অমুক হনলা তিললী, অদুগা পৃথিবীদি মাঙদনা অদুম লৈ; মতো অদুম্ন মহৎতত্ত্বদগী পৃথিবী ফাওবা অচেতন তাইবঙপানসি

থবক ওইবা মবম্ন মাওংগদবা ওইবদগী মাওবা মতমদা মখোয়গী মচাক্ ঈশ্বরগী মহাশক্তি ওইবী প্রকৃতি মায়াদা তিললী ; অদুগা প্রকৃতি ওইবী মাযাদি মাওদনা অদুম লৈ। মবম্ অসিনা মফম অসিদা (গীতাদা) মাওংগদবা তাইবংবু "ক্ষরপুরুষ" অমস্তুং মাওলোইদবা প্রকৃতি মায়াবু "অক্ষর পুরুষ" হায়রবনি। মখোয় অনীসি পুরুষমক্ নত্রবস্তু পুরুষ ওইবা (পুম্নমক্ত শীন্থুংনা লৈবা) পরমাত্মাগী উপাধি ওইনা লৈবা মবম্দগী পুরুষ হায়না কৌবনি। ঈশ্বরগী উপাধি প্রকৃতি ওইবী মায়া শক্তিবু "অক্ষর" নি হায়-রসি শ্রুতিনা অস্মুম্ন তাক্লি—

**দিব্যো হ্যমূর্ত্তঃ পুরুষঃ সবাহ্যাভ্যন্তরো হ্যজঃ।**
**অপ্র ণো হ্যমনাঃ শুভ্রো হ্যক্ষরাৎপরতঃ পরঃ॥**

(মুঃ উঃ ২।১।২)

"মওঙ লৈতবা পুরুষ (শীন্থুংনা অমথক্ত ওইনা লৈবা আত্মা) অসি মশাঃ মতোমদা ড়ানতুনা লৈবনি ; তাইবংপান্-সিগী মুং-পান থননা লৈবনি, পোক্পা নাইদবনি, প্রাণ (থবায়) লৈতবনি, মন (পুক্নীং) লৈতবনি, য়ামনা শেংনা হায়বদি উপাধি য়াওদনা লৈবনি ; মরম্ অসিনা তাইবঙ ওইবা থবক্ পুম্নমক্তগী থোইনা হেননা লৈবা অক্ষর (মাওবা লৈতবা) প্রকৃতি মায়া শক্তিদগী অতোপ্প অমা ওইনা থোইনা হেনলা ফবা আত্মানি।"

অদুগা কূটস্থগী অর্থদি— কূট=থবক্ ওইনা লৈবা মপৈ (তাইবংপান), মদুগী মথুংদা-স্থ=লৈবা (শা-নবা মচাক্ ওইনা

লৈবা ) হায়বনি। মরম্ অসিনা অচেতন তাইবঙপানগী মশক্ ওইবা থবক্ত ঈশ্বরগী শক্তি ওইবী মায়াবু "কুটস্থ অক্ষর পুরুষ" হায়বনি ॥১৬॥

ক্ষর ( মাঙগদবা ) পুরুষ অমসুং অক্ষর ( মাঙলোইদবা ) পুরষ অনী অসিদগী তোপ্প চেতন ওইবা ; অমসুং উপাধিগী মশক্ ওইবা মখোয় অনীসি য়াওদবা অশেংবা অথোইবা আত্মাগী মশক্ পুরুষবু অস্রুম তাক্লি –

**উত্তমঃ পুরুষস্ত্বন্যঃ পরমাত্মেত্যুদাহৃতঃ**
**যো লোকত্রয়মাবিশ্য বিভর্ত্ত্যব্যয় ঈশ্বরঃ ॥১৭॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা** :— অন্যঃ তু=মথক্ত হায়খ্রিবা ক্ষব পুরুষ অমসুং অক্ষর পুরুষ অনীসিদগী তোপ্প ; উত্তমপুরুষঃ=খ্বায়দগী হেন্বনা থোইবা পুরুষ ( পূম্নমক্ত শীন্থুংনা লৈবা আত্মা ), পর-মাত্মা ইতি উদাহৃতঃ=পরমাত্মানি ( অথোইবা আত্মানি ) অস্রুম হায় ; অব্যয়ঃ=মাঙ-তাকপা লৈতবা ; ঈশ্বরঃ=পূম্নমক্কী মপু ওইবা ; যঃ=মহাক্ অহুনা ; লোকত্রয়ম্=পৃথিবী লোক, অন্ত-রিক্ষ লোক্ অমসুং স্বর্গলোক অহুমসিদা ; আবিশ্য=সত্তা শীন-নবগী মশক্ ওইনা ( লৈ হায়না খঙহন্নবগী মশক্ ওইনা ) চঙলগা; বিভর্ত্তি=ভাক্-শেনহুনা লৈ ॥১৭॥

**অপুন্ন অর্থ** :— ক্ষর পুরুষ অমসুং অক্ষর পুরুষ অনী অসিদগী তোপ্প খ্বায়দগী হেননা থোইবা পুরুষ ( শীন্থুংনা লৈবা আত্মা ) অসিবু পরমাত্মানি অস্রুম হায় ; মাঙ-তাকপা লৈতবা

অমস্লুং পুম্নমক্কী মপু ওইবা মহাক্ অহুনা লোক অহুমসিদা চংহুনা ঙাক্-শেনহুনা লৈ ॥১৭॥

## অথ প্র বা

থবক্ ওইনা লৈবা ভাইবঙপানগী মশক্ ওইবা ক্ষর পুরুষ অমস্লুং ক্ষর পুরুষ অসিগী মচাক্ ওইনা মহুগী মন্থংদা লৈবা মায়াশক্তিগী মশক্ ওইবা প্রকৃতি ওইবা অক্ষর পুরুষ অনাসিদগী হেন্না খ্বায়দগী অথোইবা আত্মাবু মফম্ অসিদা "উত্তম পুরুষ" অমুম হায়না পরমাত্মাবু তাক্লি। শেংবদা মহাক্ নত্তবা ভাইবঙ-পানসিদা অহেন্না অমা লৈতে। মহাক্কা পুম্নমক্ হেৌবা ঙমবা অমস্লুং হায়ঙমদবা মায়া শক্তিনা মনম্ ওইহুনা ভাইবঙসি মংঙান্দ উরিবনি অমস্লুং মহাক্ সত্তানা (লৈবহুনা) ভাইবঙপানসি লৈ হায়না খঙনবনি, অশেংবদদি ভাইবংসিদা সত্তা (লৈ হাবা ধর্ম্ম) ত্তোঙাননা লৈতে। মসিদি যৌবা মকক্কী সত্তানা লিল লে হায়না খঙনবগুমবনি, অশেংবদি লিল লৈতে। মতৌ অমুম্ন আত্মা নত্তবা অহেন্না পোং অমা লৈতবা মরম্দগী আত্মাসিদবু খ্বায়দগী অথোইবা পনথুংফমনি হায়না শ্রুতিনা তাক্লি—

**ইন্দ্রিয়েভ্যঃ পরা হ্যর্থা অর্থেভ্যশ্চ পরং মনঃ।**
**মনসস্তু পরাবুদ্ধির্বুদ্ধেরাত্মা মহান্ পরঃ॥**
**মহতঃ পরমব্যক্ত মব্যক্তাৎ পুরুষঃ পরঃ।**
**পুরুষান্ন পরংকিঞ্চিৎ সা কাষ্ঠা সা পরাগতিঃ॥**

(কঠঃ উঃ ১।৩।১০—১১)

" ইন্দ্রিয়শিংদগী মথোয়গী বিষয় রূপ-নচিংবনা অথোইবনি, বিষয়শিংদগী মন ( পুক্সীং ) অথোইবনি, মনদগী বুদ্ধি অথোইবনি, বুদ্ধিদগী মহৎতত্ত্ব ওইবা আত্মা অথোইবনি, মহৎতত্ত্বসিদগী কোং-দোক্তনা থুম্ল লৈবী মায়াগী মশক্ ওইবী প্রকৃতি অথোইবনি, প্রকৃতিসিদগী পুরুষ ( শীনথুংনা লৈবা আত্মা ) অথোইবনি, পুরুষ অসিদগী অথোইবা অতোপ্প পোং অমত্ত লৈতে, মহাক্ অথোইবগী ওম্থৈনি অমস্তুং অথোইবা পনথুংফমনি । "

মরম্ অসিনা শ্রীভগবান্ন অসিগুম্ববা মশাগী মশক্ ওইবা আত্মাসিবু উত্তমপুরুষনি হায়না তাকপনি ।।১৭।।

সংসার পুম্নমক্ত আত্মা ওইনা শীনথুংনা লৈবা ইবুংঙো মহাক্পু ( শ্রীকৃষ্ণবু ) পুরুষোত্তম কৌবগী মরম্ অস্তুম্ন তাক্লি—

**যস্মাৎ ক্ষরমতীতোঽহমক্ষরাদপি চোত্তমঃ।**
**অতোঽস্মি লোকে বেদে চ প্রথিতঃ পুরুষোত্তমঃ ।।১৮।।**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ—** যস্মাৎ=মসিগী মরম্দি; অহম্=পর-মাত্মা পরমেশ্বর ওইবা কৃষ্ণ ঐসি; ক্ষরং অতীতঃ=মাঙগদবা তাইবঙপানগী মশক্ ওইবা ক্ষরপুরুষসিবু লাম্থোক্লে; চ=অমসুং; অক্ষরাৎ অপি উত্তমঃ=তাইবঙপানগী মচাক্ ওইদুনা মাঙবা তৌদনা লৈবা অক্ষর পুরুষতগীসু অঁথোইবনি; অতঃ=মরম্ অসিদগী; লোকে বেদে চ=লোকতা ( ইতিহাস পুরাণ-নচিংবা শাস্ত্রদা ) অমসুং বেদদা; পুরুষোত্তমঃ ( ইতি ) প্রথিতঃ অস্মি=পুরুষোত্তম

( পুরুষশিংগী ময়ুংদা খ্বায়দগী অথোইবা ) অস্মুম্ ফাওরিবনি ॥১৮॥

**অপুম্ব অর্থ :**— পুরুষোত্তম কৌবগী মরমদি অসিনি—পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐসি মাওংগদবা ভাইবগুপানসিংগী মশক্ ওইবা ক্ষরপুরুষসিংবু লাংহোল্লে, অমসুং ভাইবগুগী মচাক্ ওইদুনা মাওংদনা লৈবা অক্ষরপুরুষতগীসু অথোইবনি। মবম্ অসিদগী লোক অমসুং বেদদা পুরুষোত্তম অস্মুম্ ফাওরিবনি ॥১৮॥

## অথূপ্ব রা

শ্রীভগবান্গী পুরুষোত্তম হায়না লোক অমসুং বেদদা ফাওবসিগী মরমদা শ্রীমধুসূদন স্বামীনা মসিগী ব্যাখ্যাদা অস্মুম্ ইবি - **পুরুষোত্তমস্য নারায়ণস্য মহিমা নহিমানমত্তি**" (পুরাণ) "ভগবান্ পুরুষোত্তম নারায়ণগী মহিমা ( মতাক্ মগুণ ) চাংদমননীংঙাই লৈতে॥" "**স উত্তম পুরুষঃ**" ( বেদ )—"মহাক্ ( পরমেশ্বর ) খ্বায়দগী অথোইবা পুরুষনি ( পুরুষোত্তমনি )"। মতৌ অস্মুম্ অতোপ্প শ্রুতিশিংদসু পরমাত্মাবু খ্বায়দগী অথোইবনি অমসুং পুম্নমক্কী আত্মানি হায়রবি— "**স বা অয়মাত্মা**" (বৃঃ উঃ ২।৫।৫ ) "পরমেশ্বর অদু লেপ্পমক্ আত্মা অসিনি।" **সর্ব্বস্য বশী সর্ব্বস্যেশানঃ সর্ব্বস্যাধিপতিঃ**" ( বৃঃ উঃ ৪।৪।২২ ) - "পরমাত্মা পুম্নমক্পু থুত্থম চনদুনা থমবনি, পুম্নমক্কী শাসন তৌবনি, পুম্নমক্কী মপু ওইবনি।" অসি-নচিংবনা পরমাত্মাবু খ্বায়দগী অথোইবা ওইনা পুরুষোত্তমনি হায়বসি ভাক্তি ॥১৮॥

হৌজিক্র আত্মতত্বগী মশক্ ওইবা পুরুষোত্তমবু খঙবা মীদু পূর্ণমক্পু খঙবনি অসুম্ন হায়রি—

**যো মামেবমসম্মূঢ়ো জানাতি পুরুষোত্তমম্ ।**
**স সর্ব্ববিদ্ ভজতি মাং সর্ব্বভাবেন ভারত ॥১৯॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— ভারত = ভরত নিংথৌগী শাগৈদা পোক্পা হে অর্জ্জুন ! যঃ = মী অদুনা ; অসম্মূঢ়ঃ = কৃষ্ণসি ঐখোয়গুমবা অচমবা মী অমনি হায়না গুমহৎপা লৈতনা ; মাম্ এবং পুরু- যোত্তমম্ = মতৌ অসিগুমনা (মথক্ত হায়খিবা অদুগুমনা) পুরুষোত্তম কৃষ্ণ ঐবু ; জানাতি = পূর্ণমক্কী আত্মা ওইনা খঙই ; সঃ সব্ববিৎ = মহাক্ পূর্ণমক্পু খঙবা ওইদুনা ; মাং সর্ব্বভাবেন ভজতি = মওঙ পূর্ণমক্ত কৃষ্ণ ঐবু নিংবা ওই ॥১৯॥

**অপূর্ব অর্থ :**— ভরতকী শাগৈদা পোকপা হে অর্জ্জুন ! মী অদুনা কৃষ্ণ ঐসিবু অচমবা মী অমনি হায়না গুমহৎপা লৈতনা মথক্ত হায়খিবা অদুগুমনা পুরুষোত্তম কৃষ্ণ ঐবু পূর্ণমক্কী আত্মা ওইনা খঙই ; অদুগুমবা মহাক্ পূর্ণমকপু খঙবা ওইদুনা মওঙ পূর্ণমক্ত কৃষ্ণ ঐবু নিংবা ওই ॥১৯॥

হৌজিক্ মথক্ত হায়খিবা তত্বজ্ঞানসিবু থাগত্লুনা অধ্যায় অসিবু অসুম্ন লোইশিললি—

**ইতি গুহ্যতমং শাস্ত্রমিদমুক্তং ময়ানঘ ।**
**এতদ্ বুদ্ধা বুদ্ধিমান্ স্যাৎকৃতকৃত্যশ্চ ভারত ॥২০॥**

**ইতি শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগ শাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন সংবাদে পুরুষোত্তম যোগো নাম পঞ্চদশোঽধ্যায়ঃ ॥১৫॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**—অনঘ=পাপ লৈতবা হে অর্জ্জুন। ইতি =মতৌ অসুম; গুহ্যতমম্ ইদং শাস্ত্রম্=খ্বায়দগী হেননা য়ামনা থূপ্লবা শাস্ত্রসিবু (১৫শুবা অধ্যায়গী হীরম্‌সিবু); ময়া উক্তম্ =ঐনা হায়রে; ভারত=ভরত নিংথৌগী শাগৈদা পোকপা হে ধনঞ্জয়। (জনঃ) এতৎবুদ্ধা=মীহুনা মসিবু খঙলগা; বুদ্ধিমান্=লৌশিং শিংবা (আত্মজ্ঞান লৈবা), চ=অমসুং; কৃতকৃত্যঃ স্যাৎ=তৌগদববু তৌরবা ওই ॥২০॥

**অপুম্ব অর্থ :**— পাপ লৈতবা হে অর্জ্জুন! মতৌ অসুম খ্বায়দগী হেননা থূপ্লবা শাস্ত্রসিবু (১৫শুবা অধ্যায়সিবু) ঐনা নঙোন্দ হায়রে। ভরতকী শাগৈদা পোকপা হে ধনঞ্জয়। মীহুনা মসিবু খঙলগা আত্মজ্ঞান লৈবা অমসুং তৌগদববু তৌরবা ওই ॥২০॥

মতৌ অসুম শ্রীভগবান শকপা উপনিষৎশিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক্ ওইবা যোগ শাস্ত্রগী মসুংদা অর্জ্জুন অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী ৱাহং পাউ-খুম ওইনা ডাঙনবদা "পুরুষোত্তম যোগ" কৌবা তরামঙাশুবা অধ্যায়গী স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা ইবা অথূপ্প ৱাগা লোয়নবা অন্বয়ব্যাখ্যা লোইরে ॥১৫॥

ওঁ তৎ সৎ



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

## তরাতরুকুশুবা অধ্যায়

### ( অথ ষোড়শোঽধ্যায়ঃ )

তরাতরুকুশুবা অধ্যায় অসিগী মমিং "দৈবাসুরসম্পদ্বিভাগ যোগ" নি। মসিদা দৈবী সম্পৎ (দৈবভাবপ্, ফংনবা লল) অমসুং আসুরী সম্পৎ (হিংচা য়াইতমবগী লম্চৎ ফংনবা লল) অনীসি খায়দোক্নুনা তাক্লনি। অমরোমদা হায়রগা দৈবী সম্পৎ মোক্ষ ফংনবা সাধননি (মরমনি) অদুগা আসুরী সম্পৎ সংসারদা চংনবা (পোক্ক-শিব্বা তৌনবা) সাধননি (মরমনি)। মরম অসিনা সংস্কার ফংনবা মরম্ আসুরী সম্পৎবু খাদোক্লগা মোক্ষ ফংনবা মরম্ দৈবী সম্পৎবু তানশিন-নবা হোৎনগদবনি হায়বসি খঙহন্নবীদমক্ অহানবদা শ্রীভগবান্ন দৈবী সম্পৎবু শ্লোক অহুমদা হায়রি—

শ্রীভগবানুবাচ

অভয়ং সত্ত্বসংশুদ্ধির্জ্ঞান যোগ ব্যবস্থিতিঃ।
দানং দমশ্চ যজ্ঞশ্চ স্বাধ্যায়স্তপ আর্জবম্ ॥১॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ—** শ্রীভগবান্ উবাচ = শ্রীভগবানন হায়রিবিখি (তাক্পিখি)-অভয়ং = কিদবা ; সত্ত্বসংশুদ্ধিঃ = অন্তঃকরণবু (পুক্নীংবু) শেংনা থমবা ; জ্ঞানযোগব্যবস্থিতিঃ—আত্মজ্ঞান অমসুং মসিগী সাধন পুক্নীং ফাজিনবগী মশক্ ওইবা যোগ অনীসিদা লেঙদনা লৈবা ; দানং—অকবা থবকীদমক্ উমজবা খরা কংপা ; দমঃ চ—মীং, নাকোঙ নচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু লাক্শিন্দুনা থমবা ; যজ্ঞঃ চ = শ্রুতি, স্মৃতিদা তৌ তাক্পা যজ্ঞনচিংবা থবক্ তৌথুনা লৈবা ; স্বাধ্যায়ঃ—নিয়ম নাইনা গীতা-নচিংবা ধর্ম্মগী লাইরিকশিং পাঠ তৌথুনা লৈবা ; তপঃ=হকচাংবু লাক্শিন্নবা চরাহেনব-নচিংবা ব্রত তৌবা; আর্জ্জবম্—পুক্নীং খোয়দনা তিংনা থমবা ॥১॥

**অপুন অর্থ ঃ—** শ্রীভগবানন হায়রিবিখি—কিদবা, পুক্নীং শেংনা থমবা, আত্মজ্ঞান অমসুং মদুগী সাধন পুক্নীং ফাজিবগী মশক্ ওইবা যোগ অনীসি তৌবদা লেঙদনা লৈবা, অকবা থবকীদমক্ অতম্ববা কংপা ; ইন্দ্রিয়শিংবু লাক্শিন্দুনা থমবা ; শাস্ত্রনা তাক্পা যজ্ঞ-নচিংবা থবক্ তৌবা ; গীতা নচিংবগী পাঠ তৌবা চরা হেনব-নচিংবা ব্রত তৌবা অমসুং পুক্নীং খোয়দনা তিংনা থমবা ॥১॥

## অথুপ্পা বা

(১) কিদবসি শুপ্প শাঃনচিংবা য়েক্কবশিংদগীদমক্ক নত্তে, শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাক্পা থবক্শিংদা চিংনবা লৈতনা চঙশিনবা অমসুং

ঈশ্বরনা তমবনি লেপ্পুনা থবক্ পূন্নমক্‌পু ঈবুংঙো মাগীদমক্তি লেপ্পুনা তৌথোক্‌পা অসি-নচিংবা পূন্নমক্‌পু অকিবা লৈতবগী মনুংদা লৌঃগদবনি, অদুগা মশামক্তদগীসু অতোপ্পগী অকিবা লৈ-তবগী দান (অভয়দান) পীগদবনি। (২) পুক্নীংবু শেংনা থম-নবগীদমক্ মীনম্ব, নমথাক্ তৌবা; চুমদবা ঙাওবা অমসুং ফত্তবা লমচং চংপা অসিনচিংবা থাদোক্কদবনি। (৩) মশাঃবু খঙন-বগীদমক্ আত্মজ্ঞান ফংনবা হোংনবদা অথওবা গুরুগী নাক্ত চত্তুনা হংবা অমসুং তাইবঙগী পোৎশিংদা চোইথুনা লৈবা পোৎশিংদগী পুক্নীংবু ফাজিন-নবা হোংনগদবনি। (৪) ধর্ম্ম কায়দনা হায়-বদি নম্‌থাক্ তৌদনা তাল-লুবা শেনগী শব্দক্তগী অঙমবা খবা লৌঃথোক্তুনা অফবা থবক্তদমক্ কৎথোক্কদবনি। (৫) মীৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু য়েংহৈদবা তাহৈদব-নচিংবা বিষয়শিংদগী হান্দনা থাম্ন থম-ননবা হোংনগদবনি। (৬) বেদ অমসুং স্মৃত শাস্ত্রনা তাক্‌পা অফবা যজ্ঞ-নচিংবা থবক্‌শিংবু পাঙথোক্পবা হোং-নগদবনি। (৭) ঈরু মায়থজবগা নুমিৎ খুদিংগী লাই খুরমবা মতমদা নিয়ম নাইনা গোপালসহস্রনাম, গীতা-নচিংবগী পাঠ লোয়দনা তৌগদবনি। (৮) একাদশী; পূর্ণিমা নচিংবা নুমিত্ত পুক্নীং শেংনবা চবা হেনব-নচিংবা তপ (ব্রত) তৌগদবনি। (৯) মতম পুন্নক্ত পুকচেল তিংনা লৈন-নবা হোংনগদবনি। মনুংদা অমা থমলগা মপানদা অতোপ্প অমা ঙাঁওবা তৌব-নচিংবা অখোয়বা লমচং কদৌঙৈদসু চংলোইদবনি। মতৌ অসিগুমবা মখোয়শিং অসি দৈবী সম্পৎকী মনুং চনবা ওাক্তনি।

**অহিংসা সত্যমক্রোধস্ত্যাগঃ শান্তিরপৈশুনম্।**
**দয়া ভূতেষ্বলোলুপ্ত্বং মার্দবং হ্রীরচাপলম্ ॥২॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**—অহিংসা=কনাগুমবা থৱায়পানবা অমত্তবু অৱাবা পীদবা; সত্যম্=শুংশিবা অমসুং অচুমবা ঙাঙবা; অক্রোধঃ=অতোপ্পা মীনা মাগী মফমদা অৱানবা তৌববসু শাউদবা; ত্যাগঃ—অপাম মিহোঃ থাদোক্পা; শান্তিঃ=পুক্নীং ফাজিন্দুনা তপ্প লৈবা; অপৈশুনম্—অতোপ্পগী দোষ য়েংহুনা নিন্দা তৌহুনা ঙাঙবা থাদোক্পা; ভূতেষু দয়া—থৱায়পানবা পুম্নমক্কী মফম্দা থোজাল হৈবা; অলোলুপ্ত্বং=করিগুমবা পোৎ অমদা মিহৌদবা; মার্দবং—থোংনা নৌনা ঙাঙবা; হ্রীঃ—ঈকাইবা; অচাপলম্=লেঙ-লেঙ চত্ত না লৈতবা ॥২॥

**অপুন্ন অর্থ ঃ**—থৱায়পানবা (জীব) অমত্তবু অৱাবা পীদবা, শুংশিবা অমসুং অচুমবা ঙাঙবা; শাউদবা; অপাম মিহৌ থাদোক্পা, পুক্নীং ফাজিনহুনা তপ্প লৈবা; অতোপ্পগী দোষ য়েংহুনা ঙাঙবা থাদোকপা; থৱায়পানবশিংগী (জীবশিংগী) মফমদা থোজাল হৈবা, করিগুমবা পোৎ অমবু মিহৌদবা; থোংনা-নৌনা ঙাঙবা; ঈকাইবা অমসুং লেঙনা লৈত্তবা ॥২॥

**অথুপ্প বা**

(১০) হক্চাং অমসুং রাহৈংনা ফ-চৈহুনা অমসু, মন-না

( পূক্লীংনা ) ফত্তবা থন্দুনা কনাগুমবা অমত্তবু অৱাৰা পীদবসি অহিংসানি। (১১) চুমলবস্ল মুংশিদবা ঙাঙ-শক্তবা অমস্তুং অচুমবা মুংশিবতমক্ ঙাওবা সত্যনি। (১২) অতোপ্পনা মাগী মফমদা অবানবা তৌরবস্থ মহু ঙাক্লবা হোৎনহুনা শাউবা তৌদবসি অক্রোধনি। (১৩) সংসাবগী পোংশিংদা য়ামনা পূক্লীং চঙ-শিনবা থাদোকৃপা ত্যাগনি। (১৪) শান্তিঃ—পূক্লীং ফাজীন্দুনা তপ্প লৈবা শান্তিনি; (১৫) কনাগুমবা মী অমগী দোষ লোঃ-হুনা মাগী মতুংদা মাগী মরাঃ ঙাঙবসি পৈশুননি; মসি লৈতবা অপৈশুননি। (১৬) অৱাবদা তাহুনা লৈরবা কনাগুমবা থৱায়-পানবা ( জীব ) অমগী মফমদা মাগী অৱাবহু কোক্লবা থৌজাল তৌবসি দয়ানি। (১৭) অতোপ্পগী কবিগুমবা পোৎ অমদা মিহৌঃদনা মাগী লৈজবা অহুনা পেঙবা অলোলুপ্ত্বনি। (১৮) ৱাঙাঙ-শাঙাংদা য়ামনা থোৎ নৌনা ঙাঙবসি মার্দবনি। (১৯) তৌহৈদবা থবক্লচিংবা তৌবদা মীনা কবি হায়খিগনি থন্দুনা তৌদবসি হ্রীকাইবনি। (২০) কান্নবগী ৱাখল থন্দনা কবিগুমবা থবক্ অমদা হেক্ত চঙশিনবসি লেঙনা লৈবা চাপল্যনি; মসি লৈতবসি অচাপলনি ॥২॥

**তেজঃ ক্ষমাধৃতিঃ শৌচমদ্রোহো নাতিমানিতা।**
**ভবন্তি সম্পদং দৈবীমভিজাতস্য ভারত ॥৩॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ—** তেজঃ=তৌবা ঙমবা শক্তি; ক্ষমা—ঙাকৃপিহৈবা; ধৃতিঃ=অথাঙকম্ব; শৌচম্—হকৃচাং অমস্তুং পূক্লীং

( নুংপাল ) শেংনা থমবা ; অদ্রোহঃ=কনা অমত্তগা লোয়ননা য়েক্লদবা ; ন অভিমানিতা=মশাবু য়ামনা চাউনা থন্দুনা নাপল তৌদবা ; মসি পুন্নমক্সি—ভারত=ভরত শাগৈদা পোক্পা হে অর্জুন ! দৈবীং সম্পদং=দেব ভাবপু ফংনবা মরম্ ওইবা ললবু; অভিজাতস্য=পুতুনা লাকলগা পোক্পা মীগী ; ভবন্তি=ওই ॥৩॥

**অপুন্ন অর্থ :**—ত্তৌবা ঙমবা শক্তি, ঙাক্পিহৈবা ; অথাঙকন্ব, হকচাং অমসুং পূক্লাং শেংনা থমবা ; কনা অমত্তগা লোয়ননা য়েংথিনদবা অমসুং মশাবু য়ামনা চাউবনি থন্দুনা নাপল তৌদবা; মসি পুন্নমক্সি দৈবী সম্পংবু পুতুনা লাকলগা পোক্পা মীগী ওই ॥৩॥

## অথুপ্প বা

(২১) নুপী নহা-নচিংবগী মথা পোনদনা মথোয়গী মথক্ত ত্তৌবা ঙমবা ওইনা লৈবসি তেজনি । মতু ওইরবসু অন্যায় ( নত্তবা ) তৌতুনা লৈববদি মতু তেজ নত্তে, ফত্তবা হায়বতুনি । (২২) অত্তোপ্পনা চৈ-থাংতুনা ত্তৌরবসু শাউবা তৌদনা লৈথোক্পসি ঙাক্পিহৈবনি ( ক্ষমানি ) । (২৩) অরাবা খুদোং থাবা কয়া লাকলবসু মতুদা পাথংপা তৌদনা লৈবসি অথাঙকন্বনি ( ধৃতিনি ) । (২৪) হকচাংবু ঈশিং লৈবাক্লচিংবনা ঈরুজথোক্তুনা শেংনা থমবা অমসুং পূক্লাংবুনা লাই নীংব-নচিংবা তৌতুনা অফবা বাখল থমবসি শৌচ-নি । (২৫) কনাগুমবা অমগা লোয়ননা

য়েংথিনদবসি অদ্রোহনি। (২৬) মশাবু লৌশিংবনি অমসুং অচৌবা মীনি খন্দুনা নাপল শূকতৌ তৌদনা য়াম্না নোল-লুক্ল লৈবসি অভিমানিতা (অভিমান) লৈতবনি। মতৌ অসুম্ন মথক্ত হায়খিবা গুণগী মশক্ ভস্থবা বুনতবক অসি দৈবী সম্পৎনি (দেব ভাব ফংবা ভমনবা লনগী মশক্নি)। মবম্ অসিনা মশাগী য়াই-ফবা পামবা মাশিংনা মথোয়সিবু মশাংগী পম্চৎ ওইনা থমনবা মতম পুম্নমক্ত কল্প হোৎনদুনা লৈগদবনি ॥৩॥

মতৌ অসুম্ন দেবী সম্পৎপু লৌংননবা তাক্লগা হৌজিক্ আসুরী সম্পৎপু থাদোক্লবা মথোয়গী মশক্ তসুম্ন তাক্লি—

**দম্ভো দর্পোহতিমানশ্চ ক্রোধঃ পারুষ্যমেব চ।**
**অজ্ঞানং চাভি জাতস্য পার্থ সম্পদমাসুরীম্॥৪॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা** ঃ—পার্থ=পৃথাগী মচা হে অর্জুন। আসুরীং সম্পদং=হিংচা য়াইতমবা ওইনবগী মবম্ ওইবা লম্চৎপু; অভি-জাতস্য=পুদুনা লাকলগা পোক্পা মাগী; দম্ভঃ=মশাদা কবিগুণ্ব গুণ অমত্ত লৈত্রবস্ন গুণ লৈবনি খন্দুনা চাউথোক্ল লৈবা; দর্পঃ =লল-থুম লৈবনি অমসুং শাগৈ নাতৈ চাউবনি খন্দুনা নাপল তৌবা; অতিমানঃ=মশাবু যামনা মওক্ চাবনি খন্দুনা চাউ-থোক্পা; ক্রোধঃ=মশাগী অংসুং অতোপ্পগী মাঙননবগী মশক্ ওইবা অশাউবা; পারুষ্যম্ এব চ — করিমত্ত নুংশিহৈতবা; অজ্ঞানং চ=তৌফম থোক্পনি অমসুং তৌফম থোক্তবনি খঙদবগী মশক্ ওইবা অজ্ঞান মসি পুম্নমক্ ওই ॥৪॥

**অপূম্ব অর্থ :**— পৃথা ( কুন্তীগী ) মচা হে অর্জুন। আসুরী সম্পংপু পুহুনা লাকলগা পোক্পা মীগীদি মশাবু গুণ লৈবনি থন্দুনা চাউখোক্ত লৈবা ; চল থুম লৈবনি হায়রুনা নাপল্ তৌবা, মশাবু মতীক্ চাবনি থন্দুনা ঈকাইখুমনফমনি হায়না খল্লবা ; শাউগনবা ; মুংশিহৈতবা ; অতুগা তৌফম খোকুই অমসুং খোক্তে খঙদবগী মশক্ ওইবা অজ্ঞান মসি পুম্নমক্ ওই ॥৪॥

হৌজিক্ দৈবী সম্পৎ অমসুং আসুরী সম্পৎ অনীগী মহৈ.বু অসুম্ন তাক্লি —

**দৈবী সম্পদ্বিমোক্ষায় নিবন্ধায়াসুরী মতা।**
**মা শুচঃ সম্পদং দৈবী মভিজাতোঽসি পাণ্ডব ॥৫॥**

**অম্বয়ব্যাখ্যা :** — দৈবী সম্পৎ = দেবভাবপু ফংননবা লমগী মশক্ ওইবা মথক্ত হায়খিবা গুণ কুনতরাক্সি ; বিমোক্ষায় = মোক্ষ ফংননবগী মরম্নি ( কারণনি ) ; অতুগা - আসুরী — হিংচা য়াইতবগী লমচং - নাপল তৌবা চাউখোক্পা - নচিংবসিদি ; নিবন্ধায় = সংসারদা পুনহুনা লৈনবগী মরম্নি; মতা — অসুম্ন খঙনৈ; পাণ্ডব — পাণ্ডুগী মচা হে অর্জুন ! দৈবং সম্পদং অভিজাতঃ অসি = নহাক্তি দৈবী সম্পৎ পুহুনা লাকলগা পোক্পনি ; মা শুচঃ — মরম্ অসিনা করিমত্ত মুংশা থীগনু ॥৫॥

**অপূম্ব অর্থ :**— দৈবী সম্পৎ অসি মোক্ষ ফংননবগী মরম্নি; অতুগা আসুরী সম্পৎ সংসারদা পুনহুনা লৈননবা মরম্নি অসুম্ন খঙনৈ। পাণ্ডুগী মচা হে অর্জুন ! নহাক্তি দৈবী সম্পৎ পুহুনা

লাকলগা পোকৃপনি, হৌংশা থীগনু ॥৫॥

মশাগী য়াইফবা পামবা মীশিংনা আসুরী সম্পৎসিবু থা-দোক্লবা হোৎনগদবনি , মবম্ অসিনা আসুরী সম্পৎ করিনো হায়বহ্ হুগাইনা তাক্লবগীদমক্ অসুম্ন হায়বা হৌই—

**দ্বৌ ভূতসর্গৌ লোকেঽস্মিন্ দৈব আসুর এব চ।**
**দৈবো বিস্তরশঃ প্রোক্ত আসুরং পার্থ মেশৃণু ॥৬॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** পার্থ=হে অর্জ্জুন ! অস্মিন্ লোকে= তাইবঙপানসিদা ; দৈবঃ=দেবতাশিংগী লম্চৎ চৎপা ; আসুরঃ এব চ=অতুগা হিংচা-য়াইতমবগী লম্চৎ চৎপা অসুম্ন থেন্নবদগী ; দ্বৌভূতসর্গৌ=মীওইবগী লৈংশেম্ অসি অনীথোক্ল থায়রি ; মতুদা দৈবঃ=দেবতাশিংগী লম্চৎ চৎপা মীগী লৈংশেম্দি ; বিস্তরশঃ প্রোক্তঃ=মাপনগুবা অধ্যায়দা য়ামনা শনদোক্ল ( হুগায়না ) হায়-খরে ; হৌজিক - আসুরং=হিংচা য়াইতমবগী লমচৎ চৎপা মীগী লৈংশেমবু ; মে শৃণু=নহাক্ল কৃষ্ণ এঙোন্দগী নিংথিনা তাও ॥৬॥

**অপূর্ব্ব অর্থ :** - কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন ! তাইবঙপান-সিদা দেবতাশিংগী লম্চৎ চৎপা অতুগা হিংচা-য়াইতমবগী লম্চৎ চৎপা থেন্নবদগী মীওইবগী লৈংশেম্সি অনীথোক্ল থায়রি, মতুদা দেবতাশিংগী লম্চৎ চৎপা মীগী লৈংশেম্দি মাপনগুবা অধ্যায়দা শনদোক্ল হায়খরে ; হৌজিক হিংচা-য়াইতমবগী লমচৎ চৎপা মীগী লৈংশেমবু এঙোন্দগী তাও ॥৬॥

থাদোক্পদা মতীক্ চাঃবা আস্থরী সম্পং'সিবু মতুগী লম্চং চংপা মীশিংগী বিশেষণ ওইনা শ্লোক ১২দা তস্নুম হায়রি—

**প্রবৃত্তিং চ নিবৃত্তিং চ জনা ন বিদুরাসুরাঃ।**
**ন শৌচং নাপি চাচারো ন সত্যং তেষুবিদ্যতে ॥৭॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— আসুরাঃ জনাঃ—রজোগুণ অমস্থং তমো-গুণ য়ামনা লৈহুনা হিংচা-য়াইতমবগী লম্চং চংপা মীশিংনা ; প্রবৃত্তিং চ=তৌবা হৌঃনবা ধর্ম্ম ; নিবৃত্তিংচ=অদুগা থাদোক্কদবা, তৌবা হৌঃনদবা ধর্ম্মবু ; ন বিদুঃ=করিমত্ত খঙদে ; তেষু = মখোয়শিংদুদদি ; ন শৌচং বিদ্যতে—অশেং-অমাং অমত্ত লৈতে ; ন চ আচারঃ অপি ( বিদ্যতে )=আচার বিচারস্থু করিমত্ত লৈতে; ন সত্যং ( বিদ্যতে )=অদুগা অচুমবা ভাওবস্থু লৈতে ॥৭॥

**অপূন্ন অর্থ :**— হিংচা-য়াইতমবগী লম্চং চংপা মী-শিংনা তৌবা হৌঃনবা ধর্ম্ম, থাদোক্কদবা—তৌবা হৌঃনদবা ধর্ম্মবু করিমত্ত খঙদে। মখোয়শিং অদুদদি অশেং অমাং লৈতে, আচার-বিচার লৈতে অমস্থং অচুমবা ভাংবস্থু লৈতে ॥৭॥

আস্থরা সম্পং লৈবা মীশিংনা জগৎকী মপু ঈশ্বর লৈ হায়বা য়াদে হায়বসিবু তস্নুন ভাক্লি —

**অসত্যমপ্রতিষ্ঠং তে জগদাহুরনীশ্বরম্।**
**অপরস্পরসম্ভূতং কিমন্যৎ কামহৈতুকম্ ॥৮॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— তে=আসুরী সম্পং লৈবা মখোয়না

জগৎ=তাইবঙসি; অসত্যং=সত্যনি হাযনা যাবা বেদ পুবাণ নচিংবনা তাক্তনা সিদ্ধ ওইবা পোৎ নত্তে, অপ্রতিষ্ঠং=অন্না-নুংঙাই শীল্লাঙবা য়া-নবা ধর্ম্ম অনমুং অধর্ম্ম মসিগী (জগৎকী) আধার (চংজফম) ওই হাযবস্তু নত্তে; অনাশ্বরম্-জগৎসিবু ঙাকপি শেনবিবা মপু=ঈশ্বর অমা লৈ হাযবস্তু নত্তে; অপরস্পা-সম্ভূতং-কাম বাসনানা (অপাম নুংশিনা মহৈ মহৈ নীংনবনা) মবম্ ওইত্থনা নুপা নুপী অমগা অমগা তিন-নবদগী জগৎ (তাই-বঙ) অসি চংলক্লিবনি; মবম্ অসিনা কামহৈতুকম্-জগৎকা মবম্ কাম (অপাম নুংশি) মক্তনি, ভস্যুম—আহুঃ=হায ॥৮॥

**অপূম্ব অর্থ :—** আসুবী সম্পৎ লৈবা মখোযনা জগৎসিবু সত্যনি হাযনা যাবা বেদ পুবাণ-নচিংবনা তাক্তনা সিদ্ধ ওইবা পোৎ নত্তে, অন্না নুংঙাই শীল্লাঙবা যা-নবা ধর্ম্ম অধর্ম্ম মসিগী (জগৎকী) আধাব ওই হায়বস্তু নত্তে, জগৎসিবু ঙাকপি শেনবিনবা মপু ঈশ্বর অমা লৈ হায়বস্তু নত্তে, কাম বাসনানা মবম্ ওই-ত্থনা নুপা নুপা তিন-নবদগী জগৎসি চংলক্লিবনি, মবম্ অসিনা জগৎসিগী মরম্ অপাম-নুংশিমক্তনি হায ॥৮॥

অসিগুমবা য়াখল থম্ব মীশিংদগী জগৎকী করম্ব দশা ওই হায়-বত্থ হৌজিক্ অস্যুম তাক্লি –

**এতাং দৃষ্টিমবষ্টভ্য নষ্টাত্মানোহল্পবুদ্ধয়ঃ।**
**প্রভবন্ত্যগ্রকর্ম্মাণঃ ক্ষয়ায় জগতোহহিতাঃ ॥৯॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** এতাং দৃষ্টিং অবষ্টভ্য—মথক্ত হায়খ্রিবা য়াখলসিবু থমদুনা ; নষ্টাত্মানঃ—মশাবু মাঙহনজরবা ; অল্পবুদ্ধয়ঃ =বুদ্ধি করিমত্ত লৈতবা ; উগ্রকর্ম্মাণঃ—অকিবগী মশক্ ওইবা থবক্‌শিংবু তৌবা ; অহিতাঃ=অতুগা জগৎকী করিমত্ত কান্নবা লৈত্রবা মখোয়শিংদু ; জগতঃ ক্ষয়ায়=জগৎকী মাঙননবগীদমক্ ; প্রভবন্তি—পোক্তুনা লৈ ॥৯॥

**অপূম্ব অর্থ :—** মথক্ত হায়খ্রিবা য়াখলসিবু থমদুনা মশাবু মাঙহনজরবা য়াখল্ লৈতবা, অকিবগী মশক্ ওইবা থবক্ তৌবা, অতুগা জগৎকী করিমত্ত কান্নবা লৈত্রবা মখোয়শিংদু তাইবঙসিগী মাঙননবগীদমক্ পোক্তুনা লৈ ॥৯॥

জগৎকী মাঙ-ননবগীদমক্ মখোয়না করি তৌই হায়বদু অম্বুয় তাক্লি—

**কামমাশ্রিত্য দুষ্পূরং দম্ভমানমদান্বিতাঃ।**
**মোহাদ্ গৃহীত্বাঽসদ্‌গ্রাহান্ প্রবর্ত্তন্তেঽশুচিব্রতাঃ ॥১০॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** (তে) দুষ্পূরং কামং আশ্রিত্য=মখোয়-শিং অতুনা মপূং ফানা, কদৌঙৈদম্বু নীংবা থুংলরোইদবা কামবু ফংনীংদুনা ; দম্ভমানমদান্বিতাঃ=দম্ভ (মশামক্ ধর্ম্ম লৈবা নত্তবা অতুগা ধর্ম্ম লৈবনি খন্ন); মান (ঈকাই থুম-নফম ওইদ্রবম্বু মীনা ঈকাই থুম-নবনি খন্দুনা চাউথোক্‌পা), মদ (নাপননা ময়াই কাবা) অসিনা তিনদুনা লৈবা ; অশুচিব্রতাঃ—নিন্দা তৌনফম ওইবা শেংদবা ব্রতশিংবু তৌদুনা লৈবা ; মোহাৎ=শাস্ত্রগী মতুং

ইননা অফ-ফত্তগী বিচাব শূকতৌ তৌদনা শুমহত্তু্না ; অসদ-গ্রাহান্ গৃহিত্বা=তৌহৈদবা ফত্তবা ব্রাখলশিংবু লৌঃবগা; প্রবর্ত্তন্তে =মতু পাওথোক্লবা চঙশিল-লী ॥১০॥

**অপূম্ব অর্থ :** – মখোযশিং অজুনা কদৌঙৈদস্থ মপূং ফানা লীংবা থুংলবোইদবা কামবু (অপামববু) ফংনীংজুনা মশামক্ ধম্ম লৈতবা ওইববস্থ ধর্ম্ম লৈবনি খল্ল, ঈকাই খুম্নফম ওইদ্রবস্থ মশাবু ঈকাইখুম নফমনি খল্ল অমসুং অথোইবা নত্রবস্ত মশাবু অথোইবা মানি খঞ্জবা, চাউথোকৃপা অসি-নচিংবা তিনজুনা লৈবা ; নিন্দা তৌনফম ওইবা শেংদবা ব্রতশিংবু তৌবগা শুমহৎ্না তৌহৈদবা ফত্তবা ব্রাখলশিংবু লৌঃবগা মতু পাওথোরবা চঙশিল-লী ॥১০॥

আস্তবী সম্পৎ লৈবা মীশিংগী লমচংশিংবু অমুক্ অস্তম্ন হাযবি –

**চিন্তামপরিমেয়াং চ প্রলয়ান্তামুপাশ্রিতাঃ।**
**কামোপভোগপরমা এতাবাদিতি নিশ্চিতাঃ ॥১১॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— প্রলযান্তাম্=শিববএদা লোইগদবা ; অপবিমেয়াং চ চিন্তাম্=চাং লেপফম লৈএবা (ঙমখৈ লৈতবা) চিন্তাদবু; উপাশ্রিতা,—তোজুনা লৈববা, কামোপভোগপবমাঃ =রূপ, বস-নচিংবা অপামবা বিষযশিংদবু চাঙজুনা লৈবনা (উপ ভোগ তৌবনা) মখোযগী অথোইবা ওইনা লৈববা ; এতাবৎ ইতি নিশ্চিতাঃ=বিষযভোগ অসিমক্তনি, মসি নত্তবা স্বর্গ-নচিংবা পরলোক অমত্ত লৈতে হায়না লেপ্তুনা লৈবা মাশিং ওই ॥১১॥

**অপূর্ব অর্থ :—** শিরবতদা লোইগদবা অমসুং চাং লেপকম লৈতবা চিন্তাদবু ( মখল্ মখা অয়ামবা রাখল্তবু ) তৌত্থনা লৈরবা ; অপামবা বিষয়শিংদবু উপভোগ তৌবনা (চা.হুনা লৈবনা) মখোয়গী অথোইবা ওইরবা ; বিষয়ভোগ অসিনক্তনি, মসি নত্তবা পবলোকনচিংবা অমত্ত লৈতে হায়না লেপ্তুনা লৈবা মী—শিং ওই ॥১১॥

**আশাপাশশতৈর্বদ্ধাঃ কামক্রোধ পরায়ণঃ ।**
**ঈহন্তে কামভোগার্থমন্যায়েনার্থসঞ্চয়ান্ ॥১২॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**—আশাপাশশতৈঃ বদ্ধাঃ=আশাগী (অপামবা পোৎ নীংবগী মশক্ ওইবা ) থোরী চামা চামানা পুনহুনা লৈরবা ; কামক্রোধপরায়ণাঃ (তে)=অপামবা পোৎ ফংনবা নীংবা অমসুং মহু ফংদ্রগা শ.উবা— অনীসিদং তৌবদা পূর্নীং চঙহুনা লৈবা মখোয়শিংনা ; কাম ভোগার্থম্ =অপামবা পোৎ চাঃথক্তুনা লৈন-নবগীদমক্ ; অন্যায়েন = চুমদবা তে.হুনা ; অর্থসঞ্চয়ান্ ঈহন্তে—শেল-থুম তানশিন্নবা হোৎনৈ ॥১২॥

**অপূর্ব অর্থ :—** অপামবা পোৎ নীংবগী মশক্ ওইবা থোবী চামা চামানা পুনহুনা লৈরবা অমসুং অপামবা পোৎ ফংননবা হোৎনবা অহুগা মহু ফংদ্রগা শাউবা অনীসিদং তৌবদা পূর্নীং চঙহুনা লৈবা মখোয়শিংনা অপামবা পোৎ চাঃথক্তুনা লৈন-নবগী-দমক্ চুমদবা তৌহুনা (চুমদবা উপায়না) শেল থুম তানশিন্নবা হোৎ-নৈ ॥১২॥

মখোয়না পানবগী মতৌদুবু অস্তুম হায়রি—

**ইদমদ্য ময়া লব্ধমিমং প্রাপ্স্যে মনোরথম্।**
**ইদমস্তীদমপি মে ভবিষ্যতি পুনর্ধনম্ ॥১৩॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ—** অদ্য=ঙসি ; ময়া ইদং লব্ধম্=ঐনা মসি ফংলে ; ইমং মনোরথম্=পুক্কীংনা নাংতুনা থমলিবা অসি-বুস্তু ; প্রাপ্স্যে=ফংগনি ; ইদম মে অস্তি=ঐগী মসি লৈ ; ইদং অপি ধনম্ পুনঃ মে ভবিষ্যতি=লল অসিবু অমুক্ত হন্‌না ঐগী ওইবকনি ॥১৩॥

**অপুম্ব অর্থ ঃ** - ঙসি ঐনা মসি ফংলে, পুক্কীংনা নীংতুনা থমলিবা অসিবুস্তু ফংগনি ; ঐগী মসি লৈ হাযবদি হৌজিক লৈবিবা অসিগুমবা লল-থুম অসি তুংদস্তু ঐগী ওইনা লৈগনি ॥১৩॥

মখোয়গী অশাউবগী মওঙ্ অমস্তু নাপলবু অস্তুম হায়-রি—

**অসৌ ময়া হতঃ শক্রর্হনিষ্যে চাহপরানপি।**
**ঈশ্বরোঽহমহং ভোগী সিদ্ধোঽহং বলবান্ সুখী ॥১৪॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ—** অসৌ শক্রঃ ময়া হতঃ=য়েক্কবতুবু ঐনা হাত্লে ; অপরান্ অপি চ হনিষ্যে=অতুগা আতোপ্পশিংবুস্তু হাংকনি; অহং ঈশ্বর=ঐ তৌবা ঙমবা মপু-নী ; অহং ভোগী=ঐনা নীংবা মতুং ইননা অফ-বতা চাঃ-থক্তুনা লৈবা মীনি ; অহং সিদ্ধঃ=ঐ ঈচা ঈশু শাগৈ নাতৈ ময়াম লৈতুনা সিদ্ধ ওইনা

(নীংবা থুংনা) লৈবা মীনি; বলবান সুখী চ=ঐ পাংগল চাউবা মুংডাইবা মীনি ॥১৪॥

**অপূম্ব অর্থ :**— যেক্কবত্থু ঐনা হাত্তোক্লে; অতুগা অতোপ্প-শিংবসু হাংকনি, ঐ, লৌনা ডমবা মপুনি; ঐ, নীংবা মতুং ইননা অফ-বত্তা চাংথক্তুনা লৈবা মীনি; ঐ, ঈচা ঈণূ শাগৈ নাইতে যামনা লৈদুনা নীংবা থুংনা লৈবা মীনি, ঐ, পাংগল চাউবা অমসুং মুংডাইবা মীনি ॥১৪॥

লল-থুম অমসুং শাগৈ-নাইতেগী মরম্‌দা মথোযনা চাউথোক্‌পা অতুবু থোক্তিক্‌ অসুম্ন হায়রি—

**আঢ্যোঽভিজনবানস্মি কোঽন্যোঽস্তি সদৃশো ময়া।**
**যক্ষ্যে দাস্যামি মোদিষ্য ইত্যজ্ঞানবিমোহিতাঃ ॥১৫॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— (অহম্) আঢ্য অভিজনবান্ চ অস্মি= ঐ ঈনাক যামনা থুনবা অমসুং অচৌবা শাগৈদা পোক্‌পা মীনি, ময়া সদৃশঃ কঃ অন্যঃ অস্তি=এগা মান্নবা অতোপ্প কনা অমা লৈ; (অহম) যক্ষ্যে দাস্যামি মোদিষ্যে চ=ঐনা অচৌ-অচৌবা যজ্ঞ তৌগনি; দান য়ামনা পীগনি অমসুং হরাউ মুংডইনা লৈগনি; ইতি অজ্ঞানবিমোহিতাঃ (তে অস্তি) — মতৌ অসুম্ন মখোয় অজ্ঞাননা শুমহত্তুনা লৈ ॥১৫॥

**অপূম্ব অর্থ :**— ঐ য়ামনা ঈনাক্‌থুনবা অমসুং অচৌবা শাগৈদা পোকপা মীনি, ঐগা মান্নবা অতোপ্প কনা অমা লৈ,

ঐনা অচৌ অচৌবা যজ্ঞ তৌগনি, দান য়ামনা পীগনি অমসুং হৰাউ নুংঙাইনা লৈগনি মতৌ অসুম্ন মখোয় অজ্ঞাননা শুম-হত্তুনা লৈ ॥১৫॥

মতৌ অসুম্ন শুমহত্তুনা লৈবা মীশিংনা মমৈথঙদা করি ফংবগে হায়বদু অসুম্ন তাক্লি—

**অনেকচিত্তবিভ্রান্তা মোহজালসমাবৃতাঃ।**
**প্রসক্তা কামভোগেষু পতন্তি নরকেঽশুচৌ ॥১৬॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** অনেকচিত্তবিভ্রান্তাঃ=মখল মখা অয়ামবা অপামবা পোৎশিংদা পুক্নীং চোইহনা (ঙাওহনা) লৈরবা; মোহ-জালসমাবৃতাঃ=তৌহৈবা অমসুং তৌহৈদবগী ৱাখল্ খন্দবগী মশক্ ওইবা লাংদা থুহনা লৈবা; কামভোগেষু প্রসক্তাঃ—পুক্নীংনা পামবা পোৎশিংগী উপভোগ তৌবদা চঙশিন্দুনা লৈবা; (তে) অশুচৌ নরকে পতন্তি — মখোয়শিং অদু থী-য়ুংনচিংবনা থননা লৈবা নরকতা তাহুনা লৈ ॥১৬॥

**অপূম্ব অৰ্থ :—** মখল মখা অয়ামবা অপামবা পোৎশিংদা পুক্নীং চোইহনা লৈবা; তৌহৈবা তৌহৈদবগী ৱাখল্ খন্দবগী লাংদা থুহনা লৈবা; পুক্নীংনা পামবা পোৎশিংগী উপভোগ তৌবদা চঙশিন্দুনা লৈবা মখোয়শিংদু শেংদবা নরকতা তাহুনা লৈ ॥১৬॥

আসুরী সম্পৎ লৈবা মীশিংগী মসুংদা যজ্ঞ দান—নচিংবা তৌবা

মী য়ামনা লৈ, মখোয় করম্ম নরক তাগনি চিংনরবদা মতুগী পাউখুম ভগবান্ন পীরি—

**আত্মসম্ভাবিতাঃ স্তব্ধা ধনমানমদান্বিতাঃ।**
**যজন্তে নামযজ্ঞৈস্তে দম্ভেনাঽবিধিপূর্ব্বকম্ ॥১৭॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**—আত্মসম্ভাবিতাঃ=মশাবু য়ামনা গুণ লৈবনি খন্দুনা ঐ মণ্ডায়রে হায়না লৈবা; স্তব্ধাঃ—নোল্-লুক্রবা (মরাই কাওনা লৈবা); ধনমানমদান্বিতাঃ = লল-থুমনা মরম্ ওইদুনা অতোপ্পনা মাগী মফমদা ঈকাই খুম নবা উংপা অতুদগীময়াই কাদ্না লৈবা; তে দম্ভেন—মখোয়শিংদুনা য়ামনা চাউথোক্ল; অবিধিপূর্ব্বকম্—তৌবা হোৎনবা নিয়ম কায়না; নামযজ্ঞৈঃ= মমিংতা ওইবা যজ্ঞশিংনা; যজন্তে—যজ্ঞ তৌই ॥১৭॥

**অপুন্ব অর্থ ঃ**— মশাবু য়ামনা গুণ লৈবনি খন্দুনা ঐ মণ্ডায়বে হায়না চাউথোক্ল লৈবা, নোল-লুক্রবা, লল-থুমনা মবম্ ওইদুনা অতোপ্পনা মাগী মফমদা ঈকাই খুমনবা উংপা অতুদগী য়ামনা ময়াই কাদ্না লৈবা মখোয়শিং অদুনা য়ামনা চাউথোক্ল মমিংদা ওইবা যজ্ঞশিংবু তৌদুনা লৈ ॥১৭॥

অসিগুমবা মীশিংদি ভগবান্গী য়েংথিনবনি হায়বসি অশুম্ন তাক্লি—

**অহংকারং বলং দর্পং কামং ক্রোধঞ্চ সংশ্রিতাঃ।**
**মামাত্মপরদেহেষু প্রদ্বিষন্তোঽভ্যসূয়কাঃ ॥১৮॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** অহংকারং—ঐ মঙায়রে হায়না লৈবা; বলং=পাংগল্ চাউবা; দর্পং=নাপল তৌবা; কামং=অপামবা পোৎ নীংহ্নবা লৈবা; ক্রোধং=মহুদা য়ৈথায়বা লাকলগা শাউবা; মসি পূন্নমক্কী—সংশ্রিতা,—মতেং লোঃহ্নবা লৈবা; অহুগা আত্ম-পরদেহেষু=মশাগী অমস্তুং অতোপ্প হকচাংশিংদা লৈবা; মাম্ প্রদ্বিষন্তঃ = পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐবু য়েংথিবা অমস্তুং অভ্যসূয়কাঃ (ভবন্তি)—অতোপ্পগী গুণশিংবু খাঙবা ঙমদহ্নবা (কল্লক্নুনা) নিন্দা তৌহ্নবা লৈবা মীওইশিং ওই ॥১৮॥

**অপুন্ব অর্থ :—** ঐ মঙায়বে হায়না লৈবা; পাংগল্ চাউবা; নাপল তৌবা; অপামবা পোৎ নাংহ্নবা লৈবা; মহুদা য়ৈথায়বা লাকলগা শাউবা; মসি পূন্নমক্কী মতেং লৌহ্নবা লৈবা অহুগা মশাগী অমস্তুং অতোপ্পগী হকচাংশিংদা লৈবা পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐবু য়ামনা য়েংথিনা তৌবা অমস্তুং অতোপ্পগী গুণশিংবু কল্লক্নুনা নিন্দা তৌহ্নবা লৈবা মীওইশিং ওই ॥১৮॥

মসিগুমবা যত্তবা মীশিংগীদমক্ মখোয়না তৌবা কর্ম্মগী মতুং ইননা ভগবান্না করি মহে পীবগে হায়বহ্ন হৌজিক্ তাক্লি—

**তানহং দ্বিষতঃ ক্রুরান্ সংসারেষু নরাধমান্।**
**ক্ষিপাম্যজস্রমশুভানাসুরীষ্বেব যোনিষু ॥১৯॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** অহম্—হকচাং পূন্নমক্ত শীন্-থুংনা লৈবা কৃষ্ণ ঐনা; দ্বিষতঃ—ঐঙোন্দ অমস্তুং সাধু ওইবা মীশিংদা

য়েংখিতুনা লৈবা ; ক্রূরান্=য়ামনা সুংশিহৈতবা ( তমথীরবা ) ; অশুভান্=ফত্তবা থবক্ত তৌবা ; তান্ নরাধমান্=য়ামনা তোল-লবা ( লৈংখা তারবা ) মখোয়্ শিংদুবু ; সংসারেষু আসুরীষু যোনিষু এব=নরককী লম্বীদা চংন-নবা শাঃ কৈনচিংবগী মপোকশিংদা; অজস্রম্ ক্ষিপামি=তত্তনা হুনথৈ ॥১৯॥

**অপন্ন অর্থ ঃ**— হকচাং পুম্নমক্ত শীন্থ্ংনা লৈবা কৃষ্ণ ঐনা ঐঙোন্দ অমসুং সাধু ওইবা মীশিংদা য়েংথীননা লৈবা তমথীরবা, ফত্তবা থবক্ত তৌবা ; য়ামনা তোল-লবা মখোয়শিংদুবু নবককী লম্বীদা চংন-নবা শাঃ কৈনচিংবগী মপোকশিংদা তত্তনা হুনথৈ ॥১৯॥

মখোয়শিং ভাতুনা য়াইফবা ফংবসিদি ওইথোক্তবনি হায়বসিবু হৌজিক্ অসুম্ন ভাক্রি —

**আসুরীং যোনিমাপন্না মূঢ়া জন্মনি জন্মনি।**
**মামপ্রাপ্যৈব কৌন্তেয় ততো যান্ত্যধমাং গতিম্ ॥২০॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ** - কৌন্তেয়=কুন্তীগী মচা হে অর্জুন ! মঢ়া=ভৌহৈবা ভৌহৈদবা খঙদনা শুমহত্তনা লৈবা মখোয়না ; জন্মনি জন্মনি=মপোক্ মপোক্ খুদিংদা ; আসুরীং যোনিং আপন্নাঃ =হিংচা-য়াইতমবশিংনা ফংগদবা মপোক্ ফংদুনা ; মাম্ অপ্রাপ্য এব=পরমেশ্বর ওইবা কৃষ্ণ ঐবু ফংবা ঙমদ-নমক্ ; ততঃ অধমাং গতিং যান্তি=অহাম্বদা ফংবা মপোক্ অতুদগীসু হেননা ভোনথবা মপোক্ ফংই ॥২০॥

**অপুন্ব অর্থ :-** কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন! তৌহৈবা অমসুং তৌহৈদবা খণ্ডদনা শুমহত্তুনা লৈবা মখোয়না মপোক্ মপোক্ খুদিংদা হিংচা-য়াইংমবগী লমচং চংপা মী-শিংনা ফংগদবা মপোক্ ফংহুনা পরমেশ্বর কৃষ্ণ এৈবু ফংবা ঙমদনমক্ অহান্বদা ফংবা মপোক্ অতুদগীস্থ হেননা তোনথবা মপোক্ ফংই ॥২০॥

হৌভিক্ আসুরী সম্পৎ পূমমক্কী মরূ ওইবা মরম্ (কারণ) অহুমবু অস্থুন্ন তাক্লি—

**ত্রিবিধং নরকস্যেদং দ্বারং নাশনমাত্মনঃ।**
**কামঃ ক্রোধস্তথা লোভস্তস্মাদেতৎত্রয়ং ত্যজেৎ ॥২১॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :-** কামঃ=মথল্ মখা অয়াম্ব বিষয় ভোগ পানবা; ক্রোধঃ=মদু (কাম) ফংবদা য়ৈখায়বা লাক-লগা শাউবা; তথা লোভঃ=অতুগা শেলথুম য়ামনা ফংনীংবা; ইদম্ ত্রিবিধং=হায়রিবা মথল অহুমগী দোষ অসি; নরকস্য দ্বারং=নরক ফংনবা থোঙনি (মরম্নি); (অতঃ) আত্মনঃ নাশনম=মরম্ অসিনা মশাগী মাঙন-নবগী মশক্নি; তস্মাৎ=মরম্ অসিদগী; এতৎত্রয়ং ত্যজেৎ=অহুম অসিবু থাদোক্কদবনি ॥২১॥

**অপুন্ব অর্থ :-** বিষয়ভোগ পানবা, মদুদা য়ৈখায়বা লাক-লগা শাউবা অমসুং শেল থুম য়ামনা ফংনীংবা মথল অহুমগী দোষ অসি নরক ফংনবগী মরম্নি অমসুং মশাগী মাঙন নবগী মশক্নি, মরম্ অসিদগী অহুম অসিবু থাদোক্কদবনি ॥২১॥

অহুম অসিবু থাদোক্পা মীনা ফংগদবা মহৈংবু অস্তুম্ন হায়রি—

**এতৈর্বিমুক্তঃ কৌন্তেয় তমোদ্বারৈস্ত্রিভির্নরঃ।**

**আচরত্যাত্মনঃ শ্রেয়স্ততো যাতি পরাং গতিম্** ॥২২॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— কৌন্তেয়=কুন্তীগী মচা হে অর্জুন! তমোদ্বারৈঃ = অরাবা অমস্তুং শুমহৎনবগী মশক্ ওইবা নবক ফং-বগী মবম্; এতৈঃ ত্রিভিঃ বিমুক্তঃ=অপামবা, অশাউবা, অমস্তুং ফংনীংবা অহুম অসিদগী নান্থোক্লবা (লান্থোক্লবা): নরঃ=মীনা; আত্মনঃ শ্রেয়ঃ আচরতি=মশাগী য়াইফনবা লম্চৎ চৎলী: ততঃ=লমচৎ অদূদগী; পরাং গতিং যাতি=অথোইবা খুবমবু ফংই ॥২২॥

**অপুম্ব অর্থ :**— কুন্তীগী মচা হে অর্জুন। অরাবা অমস্তুং শুমহৎনবগী (অমম্বগী) মশক্ ওইবা নবক ফংনবা মবম্ অহুম অসিদগী নান্থোক্লবা মীনা মশাগী য়াইফনবা লম্চৎ চৎলী, মদুদগী মানা অথোইবা খুবমবু ফংই ॥২২॥

অসিগুমবা আস্তুনী সম্পৎপু থাদোক্লবা উপায়দি শাস্ত্রনা ওৌ হায়না তাক্পা থবক্ত তৌহুনা লৈবনি, মসি নত্তবা অতোপ্প উপায় অমা লৈতে হায়না তাক্লি—

**যঃ শাস্ত্রবিধিমুৎসৃজ্য বর্ত্ততে কামকারতঃ।**

**ন স সিদ্ধিমবাপ্নোতি ন সুখং ন পরাং গতিম্** ॥২৩॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**—যঃ=মী অদুনা, শাস্ত্র বিধিম্ উৎসৃজ্য= তৌগদবা অমস্থং তৌবোইদবা থবক্শিংগী শাস্ত্রনা তাক্পা নিয়ম অদুবু থাদোক্লগা ; কাম কারতঃ বর্ত্ততে=তৌনিংবতা তৌদুনা লৈ ; সঃ—অদুগুম্বা মী অদুনা ; সিদ্ধম্ ন অবাপ্নোতি—কবি- গুমবা মহৈঃ অমত্ত ফংদে ; ন সুখং ( অবাপ্নোতি )—নুংঙাইবদু্সু ফংদে ; অদুগা—ন পরাং গতিম্ (অবাপ্নোতি)—অথোইবা থুবমবুসু ফংদে ॥২৩॥

**অপুম্ব অর্থ :**— মী অদুনা তৌগদবা অমস্থং তৌরোইদবা থবক্শিংগী শাস্ত্রনা তাক্পা নিয়ম অদুবু থাদোক্লগা তৌনিংবতা তৌদুনা লৈ, অদুগুম্বা মী অদুনা করিগুম্বা মহৈঃ অমত্ত ফংদে অদুগা অথোইবা থুবমবুসু ফংদে ॥২৩॥

মরম্ অসিনা শাস্ত্রনা তাক্পা নিয়ম মতুং ইননা লমচং চত্না লৈগদবনি হায়ব সিবু শ্রীভগবান্না অধ্যায়গী অরোইবদা অস্তুন্ন হায়রি—

**তস্মাচ্ছাস্ত্রং প্রমাণং তে কার্য্যাঽকার্য্য ব্যবস্থিতৌ।**
**জ্ঞাত্বা শাস্ত্রবিধানোক্তং কর্ম্ম কর্ত্তুমিহাঽর্হসি ॥২৪॥**

ইতি শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাসুপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন সংবাদে দৈবাসুর সমপদ্বিভাগযোগো নাম ষোড়শোঽধ্যায়ঃ ॥১৬॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— তস্মাৎ=মরম্ অসিদগী হায়বদি শাস্ত্রবু থাদোক্লনা তৌনিংবা তৌবনা করিগুম্বা মহৈঃ অমত্ত ফংদবদগী ;

কার্য্যাকার্য্যব্যবস্থিতৌ=কবম্ব থবক্ তৌবা হৌঃনৈ অমস্থুং করম্বনা হৌঃনদে লেপ্পদা ; শাস্ত্রম্ প্রমাণম্ তে=বেদ পুবাণ-নচিংবা শাস্ত্রশিং নহাক্কীদমক্ প্রমাণনি ; (অতঃ) ইহ=মরম্ অসিনা মাওইবগী লোক অসিদা; শাস্ত্র বিধানোক্তং জ্ঞাত্বা=শাস্ত্রনা তাক্পা নিযমশিংবু নীংথিনা খঙলগা ; (ত্বম্) কর্ম্ম কর্ত্তুম্ অর্হসি= নহাক্ কর্ম্ম তৌবদা মতাক ওই (তৌগদবনি) ।।২৪।।

**অপূন্ন অর্থ :**— মবম্ অসিদগী করম্ব থবক্ তৌবা হৌঃনৈ অমস্থুং করম্বনা হৌঃনদে লেপ্পদা বেদ, পুবাণ-নচিংবা শাস্ত্র নহাক্কী-দমক্ প্রমাণনি, মবম্ অসিনা মাওইবগী লোকসিদা শাস্ত্রনা তাক্পা নিযমশিংবু নীংথিনা খঙলগা নহাক্ কর্ম্ম তৌবদা মতীক ওই হায়বদি শাস্ত্রনা তাক্পা নিয়মশিংগী মতুং ইননা থবক্ পূম্নমক্ তৌগদবনি অমস্থুং শাস্ত্রনা তৌগনু থিংবা পূম্নমক তৌবোইদবনি ।।২৪।।

মতৌ অস্থুম্ন শ্রীভগবান্ন শক্পা উপনিষংশিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক্ ওইবা যোগশাস্ত্রগী মনুংদা অর্জ্জুন অমস্থুং শ্রীকৃষ্ণগী রাহং পাউথুম ওইনা ঙাঙনবদা "দৈবাসুরসম্পদ্বিভাগ যোগ" কৌবা ওবাতকক্ শুবা অধ্যায়গী স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিবিনা ইবা অপূন্ন রাগা লোয়নবা অন্বয়ব্যাখ্যা লোইবে ।।১৬।।

—০—



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

## তরাতরেৎশুবা অধ্যায়

## ( অথ সপ্তদশোঽধ্যায়ঃ )

অধ্যায় অসিগী মমিং "শ্রদ্ধাত্রয়বিভাগ যোগ" নি। অধ্যায়-সিদা সত্ত্ব-নচিংবা গুণ অহুমদগী ওইবা সাত্ত্বিক শ্রদ্ধানচিংবা শ্রদ্ধা অহুম; তপ অহুম; চীঞ্জাক্ মথল অহুম অসি-নচিংবা হায়গনি। মতুদা মথক্কী অধ্যায়দা শাস্ত্রনা 'তাক্পা নিয়মগী মতুং ইননা কর্ম্ম তৌববদি মতুগী মহৈঃ ফংবা ঙমগনি। অতুগা শাস্ত্রগী নিয়মবু উশাৎ থৌ-ওইদতুনা মনীং তমনা কর্ম্ম তৌরবদি মতুদগী কবিগুমবা মহৈঃ অমত্ত ফংবা ঙমমোই হায়খ্রে। হৌজিক শাস্ত্রবু উশীং-থৌওইদবা তৌদনা তৌবা ওইরবস্থ করিগুমবা মরম্ অমদগী শাস্ত্রগী নিয়ম কায়না তৌরবস্থ থবক্ অতুবু য়ামনা শ্রদ্ধাগা লোয়ননা তৌরবদি মতুগী মহৈঃ ফংগদরা নত্রগা ফংলোইদরা হায়বসিবু খঙনীংতুনা অর্জ্জুননা শ্রীভগবানগী মফমদা অস্মু হংলি—

অর্জ্জুন উবাচ

**যে শাস্ত্রবিধিমুৎসৃজ্য যজন্তে শ্রদ্ধয়ান্বিতাঃ।**
**তেষাং নিষ্ঠা তু কা কৃষ্ণ সত্ত্বমাহো রজস্তমঃ ॥১॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ** অর্জ্জুনঃ উবাচ—অর্জ্জুননা হংজখি; কৃষ্ণ= হে কৃষ্ণ। যে শাস্ত্রবিধিম্ উৎসৃজ্য—দৈবী সম্পৎ লৈবা অতুগা আসুরী সম্পৎ লৈবা মীশিংদগী অতোপ্প কনাগুমবশিংনা কবিগুমবা মরম্ অমদগী শাস্ত্রনা তাক্পা নিযম থাদোক্লগা ; শ্রদ্ধয়া অন্বিতাঃ =যামনা থাজবগী মশক্ ওইবা শ্রদ্ধাগা লোয়নননা ; যজন্তে= যজ্ঞ, দান, তপ, দেব পূজা অসি-নচিংবা তৌদুনা লৈ, তেষাং তু—অদুগুমবা মখোযশিংদুগী ; কা নিষ্ঠা=মহৈঃ কংবদা কবঙ্গ ফীবম ওইগনি, সত্ত্বম্=মখোয়গী পূজা-নচিংবদু সাত্ত্বিক ওইগদবা, আহো রজঃ = নত্রগা রাজসী ওইগদবা , তমঃ (কা)=নত্রগা তামসী ওইগদবা ॥১॥

**অপূর্ব অর্থ ঃ**— অর্জ্জুননা হংজখি— হে কৃষ্ণ। কনাগুমবা মী খবনা কবিগুমবা মরম্ অমদগী শাস্ত্রনা তাক্পা নিযম থাদোক্লগা শ্রদ্ধা য়ামনা তৌনা যজ্ঞ, দান, দেবপূজা-নচিংবা তৌদুনা লৈ, অদুগুমবা মখোয়শিংদুগী মহৈঃ যংবদা কবঙ্গ ফীবম ওইগনি ? মখোয়গী পূজা-নচিংবদু সাত্ত্বিকী ওইগদবা ? নত্রগা রাজসী ওইগদবা নত্রগা তামসী ওইগদবা ? ॥১॥

মী-শিং অদুনা শাস্ত্রগী নিয়মবুদি থাদোক্লগা শ্রদ্ধাগা (য়ামনা থাজবগা) লোয়নননা দেব পূজা-নচিংবা তৌই, মখোয়শিং অদু

মখোয়না তৌবা মওঙ খেন্নবগী মতুং ইননা খেন্নে ; মখোয়দা সাত্ত্বিকী শ্রদ্ধা লৈরবদি মখোয়না দেৱভাব-নচিংবা অফবা মহৈং ফংই নত্রবদি ফংদে অসি-নচিংবা তারুবগীদমক্ অহান্বদা শ্রীভগবান্ন শ্রদ্ধাগী খেন্নবত্থু অসুম্ন তাক্পা হৌই—

শ্রীভগবানুবাচ

**ত্রিবিধা ভবতি শ্রদ্ধা দেহিনাং সা স্বভাবজা।**
**সাত্ত্বিকী রাজসী চৈব তামসী চেত্তি তাং শৃণু ॥২॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** শ্রীভগবান্ উবাচ=শ্রীভগবান্ন হায়বিখি (তাকপিখি) দেহিনাং=হকচাং লৌঃবুনা লৈবা মীওইবশিংগী ; শ্রদ্ধা=শ্রদ্ধাসি ( গুরু অমসুং শাস্ত্রগী ৱাঃদা য়ামনা থাজবসি ); সাত্ত্বিকী=সত্ত্বগুণদগী ওইবক্পা; রাজসী=রজোগুণদগী ওইবক্পা ; তামসী চ=অমসুং তমোগুণদগী ওইবক্পা ; ইতি চ=মতৌ অসুম্ন ত্রিবিধা এব ভবতি=অহুম থোক্ত খাযবি ; সা=শ্রদ্ধা অদুদি; স্বভাবজা=অহান্ব মপোক্ত তৌখিবা কর্ম্মগী সংস্কার মতুং ইননা পোক্পনি ; তাং শৃণু=অসিগুমবা শ্রদ্ধা অসিগী মরম্দা নহাক্ন এঙোন্দগী তাও ॥২॥

**অপূম্ব অর্থ :—** শ্রীভগবান্ন হাক্পিখি— মীওইবগী শ্রদ্ধাসি (য়ামনা থাজবসি ) সত্ত্বগুণদগী ওইবক্পা, রজোগুণদগী ওইবক্পা অমসুং তমোগুণদগী ওইবক্পা খেন্নবদগী অহুম থোক্ত খায়রি অসিগুমবা শ্রদ্ধাসি অহান্ব মপোক্ত তৌখিবা কর্ম্মশিংগী

সংস্কার মতুং ইননা পোক্‌পনি ; শ্রদ্ধাসিগী মরমদা নহাক্ তাও ॥২॥

মতৌ অসুম কর্ম্মসংস্কারগী মতুং ইননা পোক্‌পা মথল্ অতমগী শ্রদ্ধা তাক্লগা হৌজিক্ শ্রদ্ধাতুগী মচাক্ ওইবা মরম্ অন্তঃকরণগী ( পূরুষংগী ) মতুং ইননসু সাত্ত্বিক-নচিংবা খেমনা শ্রদ্ধা ওই হায়-বসিবু শ্রীভগবান্ন অসুম তাক্লি -

**সত্ত্বানুরূপা সর্ব্বস্য শ্রদ্ধা ভবতি ভারত।**
**শ্রদ্ধাময়োঽয়ং পুরুষো যো যচ্ছ্রদ্ধঃ স এব সঃ ॥৩॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** ভারত=ভরতকী শাগৈদা পোক্‌পা হে অর্জ্জুন! সর্ব্বস্য শ্রদ্ধা=মীওইবা পুম্নমক্কী শ্রদ্ধা অসি ; সত্ত্বা-নুরূপা ভবতি=মখোয় মখোয়গী অন্তঃকরণগী মতুং ইননা ওই ; অয়ং পুরুষঃ শ্রদ্ধাময়ঃ=পুম্নমক্কী হৃদয়দা লৈবা জীবাত্মাসি শ্রদ্ধাগী মশক্নি, হায়বদি করিগুনবা শ্রদ্ধা অমা তৌত্নুনা লৈ ; যঃ যচ্ছ্রদ্ধঃ =মী অদুনা সাত্ত্বিকী, রাজসী নত্রগা তামসী শ্রদ্ধা তৌত্নুনা লৈ; সঃ=অদুগুনবা মী অদু ; সঃ এব=শ্রদ্ধাতুগী মতুং ইননা সাত্ত্বিকঃ রাজসিক নত্রগা তামসিক শোয়দনা ওই ॥৩॥

**অপূম্ব অর্থ :—** ভরতকী শাগৈদা পোক্‌পা হে অর্জ্জুন! মীওইবা পুম্নমক্কী শ্রদ্ধাসি ( য়ামনা থাজবসি ) মখোয় মখোয়গী অন্তঃকরণ ( পূরুং ) গী মতুং ইননা ওই ; জীবাত্মাসি শ্রদ্ধাগী মশক্নি, মী অদুনা সাত্ত্বিকী, রাজসী নত্রগা তামসী শ্রদ্ধা তৌত্নুনা

লৈ, অদুগুমবা মী অদু শ্রদ্ধাদুগী মতুং ইননা সাত্ত্বিক , রাজসিক নত্রগা তামসিক ওই ॥৩॥

**অথূপ্প রা**

ঐখোয়গী অন্তঃকরণ ( পূক্নীং ) অসি রজঃ অমসুং তমঃ গুণ খরা য়ানশিনবা সত্ত্বগুণদগী পোক্‌পা তরু তরুবা পোৎ অমনি। মবম্ অসিনা অন্তঃকরণবু সত্ত্ব অমুম্মমু হায়নৈ। অদুগা হৌঃখ্রবা মপোক্‌শিংদা তৌখিবা কর্ম্মগী পাপ-পূণ্য ওইবা সংস্কারশিংদু মদুদা ( অন্তঃকরণদা ) লৈ। মদুগী মতুং ইননা মতম পুম্নমক্ত অন্তঃকরণসি সত্ত্বগুণনা অথোইবা ওইদুনা লৈতে। করি কবিগুমবা মতমদা রজঃ অমসুং তমঃ গুণনা অথোইবা ওইনা লৈ। মবম্ অসিনা পুণ্য কর্ম্মগী সংস্কারনা মরম্ ওইদুনা সত্ত্বগুণ অথোইবা ওইনা লৈবা অন্তঃকরণদা পোক্‌পা শ্রদ্ধা অসি সাত্ত্বিকী শ্রদ্ধা ওই। মতৌ অসুম্ন সাত্ত্বিকী শ্রদ্ধা লৈববদি করিগুমবা মবম্ অমদগী শাস্ত্রগী নিয়ম কায়না দেব পূজানচিংবা তৌরবসু মদুদগী মী অদুনা য়াইফবা ওইবা মহৈঃ ফংবগী ফবম ফংগনি; অদুগা পাপ কর্ম্মগী সংস্কারনা মবম্ ওইদুনা অন্তঃকবণদা রজঃ অমসুং তমঃ গুণ য়ামনা হেনগংনা লৈববদি অফবা মহৈঃ ফংবা ঙম-লোই, সুপ্প পাপ ওইবা মহৈঃদমক ফংগনি হায়বসিবু শ্লোক অসিদা ভগবান্ন তাক্লি ॥৩॥

সাত্ত্বিকী-নচিংবা শ্রদ্ধা খেন্নবদগী মীনা করি করি পূজা

পাঠ-নচিংবা তৌদুনা লৈ হায়বদু হৌজিক অস্মুম তাক্লি—

**যজন্তে সাত্ত্বিকা দেবান্ যক্ষরক্ষাংসি রাজসাঃ।**
**প্রেতান্ ভূতগণাংশ্চান্যে যজন্তে তামসা জনাঃ ॥৪॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— সাত্ত্বিকী শ্রদ্ধা লৈবা মীশিংনা ; দেবান্ যজন্তে = রুদ্র-নচিংবা দেবতাশিংগী পূজা তৌই ; রাজসাঃ যক্ষরক্ষাংসি (যজন্তে) = রাজসী শ্রদ্ধা লৈবা মীশিংনা কুবের-নচিংবা যক্ষ অমস্তুং নৈঋতি-নচিংবা রাক্ষসশিংগী পূজা তৌই ; অন্যে তামসাঃ জনাঃ = তামসী শ্রদ্ধা লৈবা অতোপ্প মীশিংনা ; প্রেতান্ ভূতগণান্ চ যজন্তে = ভূত অমস্তুং প্রেতশিংগী পূজা তৌই ॥৪॥

**অপূম্ব অর্থ :**— সাত্ত্বিকী শ্রদ্ধা লৈবা মীশিংনা দেবতাশিংগী পূজা তৌই : রাজসী শ্রদ্ধা লৈবা মীশিংনা যক্ষ অমস্তুং রাক্ষসশিংগী পূজা তৌই ; অতুগা তামসী শ্রদ্ধা লৈবা মীশিংনা ভূত অমস্তুং প্রেতশিংগী পূজা তৌই ॥৪॥

সাত্ত্বিক ওইবা মীশিংদগী অতোপ্প রাজস অমস্তুং তামস ওইবা মীশিংনা করম্ তৌনা করি তৌদুনা লৈবগে হায়বদু হৌজিক্ শ্লোক অনীনা অস্মুম তাক্লি—

**অশাস্ত্রবিহিতং ঘোরং তপ্যন্তে যে তপো জনাঃ।**
**দম্ভাহংকার সংযুক্তঃ কামরাগবলান্বিতাঃ ॥৫॥**
**কর্ষয়ন্তঃ শরীরস্থং ভূতগ্রামচেতসঃ।**
**মাংচৈবান্তঃ শরীরস্থং তান্ বিদ্ধ্যসুরনিশ্চয়ঃ ॥৬॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— দম্ভাহংকারসংযুক্তাঃ=মশাবু ধর্ম্ম লৈবনি হায়না নাপল তৌবা অমসুং ঐ মওায়রে হায়না চাউথোক্পনা তিনহুনা লৈরিবা; কামরাগবলান্বিতাঃ—অপাম মিহৌ অমসুং মথৌনা য়াওনা লৈবা; যে অচেতসঃ জনাঃ=অফ-ফত্ত বুদ্ধি করিমত্ত লৈতবা মীশিং অহুনা; শরীরস্থং ভূতগ্রামং—হকচাংগী মহুংদা লৈবা জ্ঞানেন্দ্রিয়, কর্ম্মেন্দ্রিয়, প্রাণ অসি-নচিংবগী মওড লৌঃহুনা লৈবা পৃথিবী-নচিংবা ভূত মওাবু; অন্তঃ শরীরস্থং মাং চ—অহুগা হকচাংসিগী মহুংদা অন্তর্যামী অন্তরাত্মা ওইহুনা লৈবা কৃষ্ণ ঐবুসু; কর্ষয়ন্তঃ—লাক্শিন্দুনা থমলগা (কশয়ন্তঃ অসুম পাঠ তৌরবদি মহুগী অর্থ=কংশিনহনহুনা থমলগা); অশাস্ত্র-বিহিতং—শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাক্তবা; ঘোরং তপঃ তপ্যন্তে= অকিবগী মশক্ ওইবা তপবু তৌহুনা লৈ; তান্—মখোয়শিং-হুবু; আসুরনিশ্চয়ান্ বিদ্ধি = হিংচাঃয়াইতমবগী বুদ্ধি লৈবা মীশিংনি হায়না খঙউ ॥৫ ৬॥

**অপূর্ব্ব অর্থ :** - মশাবু ধর্ম্ম লৈবনি হায়না নাপল তৌবা অমসুং ঐ মওায়রে হায়না চাউথোক্পনা তিনহুনা লৈবা, অপাম-মিহৌ অমসুং মথৌনা য়াওনা লৈবা অহুগা অফ-ফত্ত বুদ্ধি করি-মত্ত লৈতবা মীশিং অহুনা; হকচাংগী মহুংদা লৈবা জ্ঞানেন্দ্রিয়, কর্ম্মেন্দ্রিয়; প্রাণ অসি নচিংবগী মওড লৌঃহুনা লৈবা পৃথিবী-নচিংবা ভূত মওাবু অমসুং হকচাংগী মহুংদা অন্তর্যামী অন্তরাত্মা ওইহুনা লৈবা কৃষ্ণ ঐবুসু লাক্শিন-চিংশিনহুনা থমলগা শাস্ত্রনা তৌ হায়না

ভাক্তবা প্রকিবগী মশক্ ওইবা তপবু তৌদুনা লৈ, অসিগুমবা মখোয়শিংদুবু হিংচাঃয়াইতমবগী বুদ্ধি লৈবা মীশিংনি হায়না খঙউ ॥৫–৬॥

সাত্ত্বিক ওইবা মীনা দেবভাব ফংই অদুগা রাজস অমসুং তামস ওইবা মীনা অসুরভাব ( হিংচাঃয়াইতমবগী মওঙবু ) ফংই হায়বসি লেপ্লবদা হৌজিক রাজস অমসুং তামস ভাবপু থাদোক্তুনা সাত্ত্বিক ভাব ফংননবা উপায় খঙন-নবগীদমক্ চীঞ্জাক, যজ্ঞ, তপ অমসুং দানগী মখল্ অহুম অহুমথোক্ক হায়রি—

**আহারস্ত্বপি সর্ব্বস্য ত্রিবিধো ভবতি প্রিয়ঃ ।**
**যজ্ঞ স্তপস্তথা দানং তেষাং ভেদমিমং শৃণু ॥৭॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** সর্ব্বস্য=মী পুন্নমক্কী ; আহারঃ তু অপি =চাংননবা চীঞ্জাক্সু ; ত্রিবিধঃ প্রিয়ঃ ভবতি=মখল্ অহুমগী অপামবা ওই ; যজ্ঞঃ ( অপি ত্রিবিধঃ প্রিয় )=দেবতাগীদমক্ অঙমবা পোৎ কংথোক্পগী মশক্ ওইবা যজ্ঞসু মখল্ অহুমগী অপামবা ওই ; তথা তপঃ দানং চ ( ত্রিবিধং প্রিয়ং ভবতি ) =মতৌ অদুম্ন হকচাং ইন্দ্রিয়শিংবু লাক্শিন্দুনা কংহনবগী মশক্ ওইবা তপ অমসুং করিগুমবা পোৎ অমগী মপু ওইবা থাদোক্তুনা অতোপ্প মী অমবু মপু ওইহনবগী মশক্ ওইবা দানসু মখল্ অহুমগী অপামবা ওই ; তেষাং ভেদং শৃণু=মখোয়গী খেন্নবা মখল্শিংদুবু নঙনা তাও ॥৭॥

**অপূর্ব অর্থ :—**মী পুম্নমক্কী চাংননবা চীঞ্জাকসু মখল অহুমগী

অপামবা ওই, মতৌ অদুগুম যজ্ঞ, তপ অমসুং দানসু মখল অহুম অহুমগী অপামবা ওই, মখোয়গী খেন্নবা মখল্শিংদুবু নঙনা তাও ।৭॥

হৌজিক শ্লোক অহুমনা চীঙ্গাক্কী খেন্নবা মখল্ অহুমদুবু অসুম হায়রি —

**আয়ুঃ সত্ত্ববলারোগ্য সুখপ্রীতি বিবর্দ্ধনাঃ ।**
**রস্যাঃ স্নিগ্ধাঃ স্থিরা হৃদ্যা আহারাঃ সাত্ত্বিক প্রিয়া ॥৮।**

**অন্বয়ব্যাখ্যা** :— আয়ুঃ-সত্ত্ব-বল-আবোগ্য-সুখপ্রীতি— বিবর্দ্ধনাঃ = পুনশী, অখাঙকন্ব, পাঙ্গল, হক্চাং ফবা, নুংঙাইবা অমসুং পেন্ব হেনগৎহনবা ( চাওখৎহনবা ; রস্যাঃ=রস লৈবা ( মহী লৈবা ); স্নিগ্ধাঃ=মরেক্ লৈবা ( থোৎ-মেওবা ); স্থিরাঃ =থুনা তুমদনা লৈবা ; হৃদ্যাঃ=পূক্নীং পেল্হনবা ; অহারাঃ= চীঙ্গাক্শিং ; সাত্ত্বিক প্রিয়াঃ=সত্ত্বগুণ লৈবা মী-শিংগী অপামবা ওই ॥৮॥

**অপুন্ব অর্থ** :— পুনশী, অখাঙকন্ব, পাঙ্গল, হক্চাং ফবা, নুংঙাইবা অমসুং পেন্ব, চাওখৎহনবা অদুগা রস লৈবা, মরেক্ মহাউ লৈবা ; চাখিবগা হেক্ক তুমদবা ; পুক্নীং পেলহন্ব চীঙ্গাক্শিং সত্ত্বগুণ লৈবা মীশিংগী অপামবা ওই ॥৮॥

রজোগুণ লৈবা মীগী অপামবা চীঙ্গাকপু অসুম হায়রি —

**কটু ম্ললবণাত্যুষ্ণ তীক্ষ্ণরূক্ষবিদাহিনঃ।**
**আহারা রাজসস্যেষ্টা দুঃখশোকাময় প্রদাঃ ॥৯॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** কটু-অম্ল-লবণ-অত্যুষ্ণ-তীক্ষ্ণ--রূক্ষ-বিদাহিনঃ—য়ামনা খাবা, য়ামনা শীন্থ, য়ামনা য়াক্‌পা, য়ামনা শাবা, মোরোক্‌-নচিংবা য়ামনা থৌবা, মরেক্‌ লৈতবা, য়ামনা ফক্‌পা, য়ামনা শাগৎহনবা ; দুঃখশোকা-ময়প্রদাঃ আহারাঃ—চাঃরিঔদা নুংঙাইতবা পোকপা, তুংদা পূক্নীং শোক্‌পা, অনাবা পোকহন্ব চাঞ্জাকশিং ; রাজসস্য ইষ্টাঃ=রজোগুণ লৈবা মীগী অপামবা ওই ॥৯॥

**অপূম্ব অর্থ :—** য়ামনা খাবা, য়ামনা শীনবা ; য়ামনা য়াকপা, য়ামনা শাবা ; য়ামনা থৌবা ( মোরোক্‌-নচিংবা ), য়ামনা ফকপা ( মবেক্‌ লৈতবা ), য়ামনা শাগৎহনবা, চাবদা নুংঙাইতব', মতুংদা পূক্নীং শোকপা অমসুং অনাবা পোকহন্ব চীঞ্জাক্‌শিং বজোগুণ লৈবা মীগী অপামবনি ॥৯॥

হৌজিক তমোগুণ লৈবা মীগী চীঞ্জাক্‌শিংবু অসুম্ন তাক্লি—

**যাতযামং গতরসং পূতি পর্য্যুষিতং চ যৎ।**
**উচ্ছিষ্টমপি চামেধ্যং ভোজনং তামসপ্রিয়ম্ ॥১০॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** যাতযামং=থোংবা লোইবা কুইরবা মরম্ন য়ামনা ঈংলবা; গতরসং=মহী য়াওদবা ( কংলবা ), পূতি=

অপুমবা; পর্য্যুষিতং চ=অহিং লেম্ন থমলবা অথোংবা পোৎ; উচ্ছিষ্টং =চাবদগী লেমহৌবা ( লুথাক্ ) ; অমেধ্যং চ অপি=অতুগা লাইদসু কংপা য়াদবা ( অমাংবা ) ; যৎ ভোজনং=অতুগুমবা চীঙ্গাক্ অতু; তামসপ্রিয়ম্=তমোগুণ লৈবা মীশিংগী অপামবা ওই ॥১০॥

**অপূন্ন অর্থ ঃ—** থোংবা লোইবা কুইরবা মরমদগী ঈংলবা, মহী য়াওদবা অকংবা ; অপুমবা ; অহিং লেল্লবা অথোংবা পোৎ, লূথাক্, লাইদা কংপা য়াদবা অমাংবা পোৎ, অতুগুমবা চীঙ্গাক্-শিং তমোগুণ লৈবা মীশিংগী অপামবা ওই ॥১০॥

হৌজিক্ মখল অহুমগী যজ্ঞবু অস্থুম্ন তাক্লি—

**অফলাকাংক্ষিভির্যজ্ঞো বিধিদৃষ্টো য ইজ্যতে ।**
**যষ্টব্যমেবেতি মনঃ সমাধায় স সাত্ত্বিকঃ ॥১১॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ—** যষ্টব্যম্ এব=যজ্ঞ তৌবসি ঐগী ঈথৌ মরি ; ইতি মনঃ সমাধায়=অস্থুম্ন পূর্ম্নীংদা চপ্ য়ুংনা লেপ্লগা; অফলাকাংক্ষিভিঃ=যজ্ঞ অতুগী মহৈঃ পামবা তৌদবা মীশিংনা ; বিধিদৃষ্টঃ=শাস্ত্রনা তাক্পা নিয়মগী মতুং ইননা ; যঃ যজ্ঞঃ ইজ্যতে =যজ্ঞ অতুবু তৌই ; সঃ সাত্ত্বিকঃ=অতুগুমবা যজ্ঞসি সাত্ত্বিক যজ্ঞনি (সত্ত্বগুণদগী তৌবা যজ্ঞনি) ॥১১॥

**অপূন্ন অর্থ ঃ** যজ্ঞসি ঐনা তৌফম থোকৃই অস্থুম্ন পূর্ম্নীংদা চপ্ য়ুংনা লেপ্লগা যজ্ঞতুগী মহৈঃ পামবা তৌদবা মীশিংহুনা শাস্ত্রনা

তাক্পা নিয়ম কায়দনা যজ্ঞ অহুবু তৌই, অহুগুমবা যজ্ঞ'হু সাত্ত্বিক যজ্ঞনি ॥১১॥

রাজস যজ্ঞগী মওঙবু অসুম্ন হায়রি -

**অভিসন্ধায় তু ফলং দম্ভার্থমপি চৈব যৎ।**
**ইজ্যতে ভরত শ্রেষ্ঠ তং যজ্ঞং বিদ্ধি রাজসম্** ॥১২॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— ভরত শ্রেষ্ঠ=ভরতকী শাগৈদা পোক্পা অথোইবা হে অর্জ্জুন। ফলং অভিসন্ধায় তু=মহৈঃ ফংননবগী-দমক্ পূরক্লীংদা নীংহুনা ; অপি চ=অহুগা ; দম্ভার্থম্ এব=মশাবু ধর্ম্ম লৈবা মীনি হায়বা উৎননবগীদমক্ ; যৎ ইজ্যতে=শাস্ত্রগী নিয়ম মতুং ইননা তৌরিবা ; তং যজ্ঞং=যজ্ঞ অহুবু ; রাজসং বিদ্ধি=রজোগুণদগী তৌবনি খঙউ ॥১২॥

**অপূম্ব অর্থ :**— ভরত শাগৈদা অথোইবা হে অর্জ্জুন ! মহৈঃ ফংগে নীংহুনা অহুগা মশাবু ধর্ম্ম লৈবনি উংকে হায়ব্বগীদমক্ শাস্ত্রগী নিয়ম কায়দনা তৌরিবা যজ্ঞ'হু রজোগুণদগী তৌবনি খঙউ ॥১২॥

হৌজিক তামস যজ্ঞবু অস্তুম্ন তাক্লি—

**বিধিহীনমসৃষ্টান্নং মন্ত্রহীনমদক্ষিণম্।**
**শ্রদ্ধাবিরহিতং যজ্ঞং তামসং পরিচক্ষতে** ॥১৩॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— বিধিহীনম্=শাস্ত্রনা তাক্পা নিয়মশিংগী

মতুং ইননা তৌদবা; অসৃষ্টান্নম্—অন্নদান তৌদ্রনা ব্রাহ্মণ-নচিং-ববু চাক্ ঈশিং পীজ-পীথক্তবা; মন্ত্রহীনম্=স্বব অমস্তুং ময়েক্ ওয়-তৈননা থাত্নুনা বেদগী মন্ত্র শোললিবা; অদক্ষিনম্=শাস্ত্রনা তাকপা মতুং ইননা মতীক্ চাবা দক্ষিনা পীদবা; শ্রদ্ধাবিরহিতম্=মতুঙৌবদা অদুক্ হাক্ল থাজবা ভৌদবা অমসুং অতোপ্পনা তোবা উবদগী তৌগে খন্দুনা তৌবা; যজ্ঞং তামসং পরিচক্ষতে—যজ্ঞতু তামসনি (তমোগুণদগী ওইবা যজ্ঞনি) অসুম্ন অখওবা মীশিংনা হায় (মসিদা হায়বিবা বিশেষণশিংসি পুন্ন যজ্ঞ অমদা লেপ্রবস্থু অমত্তং ফাওবা লৈববদি মথু তামস যজ্ঞনি হায়না খঙ-গদবনি) ॥১৩॥

**অপুম্ব অর্থ :**— শাস্ত্রনা তাক্পা নিযম মতং ইননা তৌদবা ব্রাহ্মন-নচিংববু চাক্-ঈশিং পীজ-পীথক্তবা, স্বব অমস্তুং ময়েক্ ওয়-তৈননা থাত্নুনা বেদগী মন্ত্র শোললিবা, শাস্ত্রনা তাক্পা মতুং ইননা হৌনবা দক্ষিণা পাদবা অমসুং শ্রদ্ধা য়াওদনা তোবা যজ্ঞ-ত্নুবু তামসনি অসুম্ন অখওবা মীনা হায় ॥১৩॥

হৌজিক হকচাংনচিংবনা তৌবা তপগী মথল অহুমবু শ্লোক অহুমনা তাক্লি।

**দেবদ্বিজ গুরুপ্রাজ্ঞ পূজনং শৌচমার্জবম্।**
**ব্রহ্মচর্য্যমহিংসা চ শারীরং তপ উচ্যতে ॥১৪॥**

**অম্বয়ব্যাখ্যা :**— দেব-দ্বিজ গুরু প্রাজ্ঞ পূজনম্—দেবতা

( ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহাদেব-নচিংবা লাইশিং ), দ্বিজ ( ব্রাহ্মণ ) গুরু ( ঈমা ঈপা আচার্য্য-নচিংবা ), প্রাজ্ঞ অথওু-অহৈ (পণ্ডিত) মখোয় পূন্নমক্সিগী থুবমব-নচিংবা পূজা তৌবা ; শৌচম্ - লৈবাক্-ঈশিং-নচিংবনা হক্চাংবু শেংদোক্পা ; আর্জবম্ = শাস্ত্রনা তো তাক্পা থবক্শিং তৌবা ; তোগন্নু হায়বা থবকশিং তৌদবা ; ( মসি হক্চাংগী অত্তিংবা লমচংনি ) ; ব্রহ্মচর্য্যম্ = শাস্ত্রনা থিংবা ন্নুপা নহা শমনদবা অমস্তুং য়ুম্ পানবা মীনা ঋতুগী মতমদা মাগী ন্নুপীগা তিন-নবা ; অহিংসা চ = অত্তুগা হক্চাংনা কনাগুমবা জীব অমত্তবু অৱাবা পীদবা ; শারীরং তপঃ উচ্যতে = মসি পূন্নমক্সি হক্চাংনা তৌবা তপনি অস্তুম্ন হায়নৈ ॥১৪॥

**অপূন্ন অর্থ ঃ** - দেবতাশিংগী, ব্রাহ্মণশিংগী, গুরুশিংগী অমস্তুং পণ্ডিতশিংগী থুবমব-নচিংবা পূজা তৌবা, লৈবাক্, ঈশিংনা হক্চাং শেংদোক্পা, শাস্ত্রনা তাক্পা থবক্ তৌবা অমস্তুং শাস্ত্রনা থিংবা থবক্ তৌদবা ; ব্রহ্মচয্য ভাক্তুনা লৈবা অমস্তুং হক্চাংনা কনাগুমবা জীব অমত্তবু অৱাবা পাদবা. মসি পূন্নমক্সি হক্চাংনা তৌবা তপনি অস্তুম্ন হায়নৈ ॥১৪॥

ৱাঙাঙ্না তৌগদবা তপ-পু অস্তুম্ন হায়রি —

**অনুদ্বেগকরং বাক্যং সত্যং প্রিয়হিতঞ্চ যৎ ।**
**স্বাধ্যায়াভ্যসনং চৈব বাঙ্ময়ং তপ উচ্যতে** ॥১৫॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ** — অনুদ্বেগকরম্ = কনাগুমবা মী অমত্তগীসু পুক্কীং নাহনদবা ( পুক্কীং খোয়শাউবা পোক্হনদবা ) ; সত্যং =

অচুমবা ; প্রিয়হিতং চ—নুংশিবা অমসুং কান্নবা ওইগদবা ; যৎ বাক্যং=ৱাহৈং অদু ; স্বাধ্যায়াভ্যসনং চ এব=অদুগা বেদ-নচিংবা লাইরিকশিং পাদুনা লৈবা - স্তোত্র, (গোপাল সহস্রনাম—নচিংবগী) পাঠ নিয়ম কায়দনা তৌবা মসি পূন্নমক্সি ; বাঙ্ময়ং তপ উচ্যতে—ৱাঙাঙদগী ওইবা তপনি হায়নৈ ॥১৫॥

**অপূম্ব অর্থ :—** কনাগুম্বা মী অমত্তগীসু পুক্নীং নাহনদবা, অচুমবা ; নুংশিবা কান্নগদবা ৱাহৈং ( ৱাঙাঙ্ ) অদু, অদুগা বেদ পাঠ - স্তোত্র-নচিংবগী পাঠ তৌদুনা লৈবা, মসি পূন্নমক্সি ৱাঙাঙদগী ওইবা তপনি হায়নৈ ॥১৫॥

মননা (পুক্নিংনা) তৌবা তপবু অস্মুম্ন ৱাক্লি=

**মনঃ প্রসাদঃ সৌম্যত্বং মৌনমাত্মবিনিগ্রহঃ ।**
**ভাবসংশুদ্ধিরিত্যেতৎ তপো মানসমুচ্যতে ॥১৬॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** মনঃ প্রসাদঃ=পুক্নীং ওক-তকনা থমবা ; সৌম্যত্বম=পুক্নীং মকালামনা থমবা ; মৌনম্—ৱাঙাঙ্বা থাদোক্লুনা আত্মাগী ধ্যান ( চিন্তন ) তৌদুনা লৈবা ; আত্মবিনিগ্রহঃ—বিষয়-শিংদগী পুক্নীংবু ফাজীন্দুনা সমাধিদা লৈবা ; ভাবসংশুদ্ধিঃ= হাকম্ খুদিংমক্ত পুক্চেল শেংদোক্লুনা থমবা ; ইতি এতৎ=মসি পূন্নমক্সি ; মানসং তপঃ উচ্যতে=মনদা ( পুক্নীংদা ) ওইগদবা তপনি হায়নৈ ॥১৬॥

**অপূম্ব অর্থ :—** পুক্নীং তক তকনা থমবা ; পুক্নীং মকা

লামনা থমবা ; ৱাঃ ভাওদনা আত্মাগী ধ্যান তৌবা; পূক্নীং ফাজিন্দুনা সমাধিদা লৈবা ; পূকচেল তিংনা শেংনা থমবা ; মসি পুম্নমক্সি পূক্নীংগী তপনি হায়নৈ ॥১৬॥

মতৌ অসুম্ন কায়িক ( হকচাং ), ৱাচিক ( ৱাঙাও ) অমসুং মানসিক ( পূক্নীং ) তপ অহুম তাক্লগা হৌজিক তপ অতুগী সা- ত্ত্বিক-নচিংবা মখল্ অহুমবু অসুমনা হায়রি -

**শ্রদ্ধয়া পরয়া তপ্তং তপস্তৎ ত্রিবিধং নরৈঃ।**
**অফলাকাংক্ষিভির্যুক্তৈঃ সাত্ত্বিকং পরিচক্ষতে ॥১৭॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** অফলাকাঙ্ক্ষিভিঃ—কবিগুমৱা মহৈঃ অমত্ত পামদবা ; যুক্তৈঃ নরৈঃ=অমসুং পূক্নীং লাক্শিনদুনা থমলবা মীশিংনা ; পরয়া শ্রদ্ধয়া =থোইদোক্ হেনদোক্ল থাজবগা লোয়- ননা ; তপ্তং তৎ ত্রিবিধং তপঃ=মথক্ত হায়খিবা কায়িক, বাচিক অমসুং মানসিক মখল্ অহুমগী তপ অসিবু তৌই ; সাত্ত্বিকং পরিচক্ষতে=মতুবু সাত্ত্বিক ( সত্ত্বগুণদগী ওইবা ) তপ কৌই ॥১৭॥

**অপুম্ব অর্থ :**— কবিগুমবা মহৈঃ অমত্ত পামদনা অমসুং পূক্নীং লাক্শিন্দুনা থমলবা মীশিংনা থোইদোক হেনদোক্ল থাজবগা লোয়ননা মথক্ত হায়খিবা তপশিং হায়বদি কায়িক, বাচিক অমসুং মানসিক মখল্ অহুমগী তপসিবু তৌই, মতুবু সত্ত্বগুণদগী ওইবা তপ কৌই ॥১৭॥

হৌজিক্ বাজস তপবু অসুম্ন হায়রি—

**সৎকারমানপূজার্থং তপোদম্ভেন চৈব যৎ।**
**ক্রিয়তে তদিহ প্রোক্তং রাজসং চলমধ্রুবম্ ॥১৮॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**- সংকার মান পূজার্থম্=অক্ষবনি হায়-হন্নবা; ঈকাই খুমনহন-•বা অমস্তং পূজা. তৌহন-নবগীদমক্ ; দম্ভেন এব চ=অদুগা মশাবু ধর্ম্ম লৈবনি অসি-নচিংবা খঙহন-নবগী মবম্ ওইনা; যৎ তপঃ ক্রিয়তে=তপ অদু তৌই ; তৎ=অদু-শুমবা তপ অদু ; ইহ্=সংসাবসিদা ; চলম অধ্রুবম্ বাজসং প্রোক্তম্=মতম থরগীদমক্তনি অবেপ্প মহৈঃ লৈতবনি অমস্তুং বা-জসনি (রজোগুণদগী ওইবনি) অস্তুম্ন হায়নৈ ॥১৮॥

**অপূন্ব অর্থ :**— অফবনি হায়হন্নবা, ঈকাই খুমনহন-নবা অমস্তুং পূজা তৌহন-নবগীদমক্ অদুগা মশাবু ধর্ম্ম লৈবনি অসি-নচিংবা খঙহন-নবগী মবম্ ওইবা তপ অদু তৌই ; অদুগুমবা তপ অদু সংসাবসিদা মতম থবগীদমক্তনি অবেপ্প মহৈং লৈতবনি অমস্তুং রাজসনি (বজোগুণদগী ওইবনি) অস্তুম্ন হায়নৈ ॥১৮॥

তামস তপবু অস্তুম্ন তাক্লি—

**মূঢ়গ্রাহেণাত্মনো যৎ পীড়য়া ক্রিয়তে তপঃ।**
**পরস্যোৎসাদনার্থং বা তত্তামসমুদাহৃতম্ ॥১৯॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— মূঢ়গ্রাহেণ=অফ-ফত্ত করিমত্ত খন্দবা ফত্তবা মীতুনা ; আত্মনঃ পীড়য়া=মশাবু তান্না অনা পীতুনা ;

পবস্য উৎসাদনার্থংবা=নত্রগা অতোপ্পগী ( যেক্লব-নচিংবগী ) মাঙ-হন-তাকহন্নবগীদমক্ ; যৎ তপ ক্রিয়তে=অভিচার নচিংবা তপ তৌই; তৎ তামসং উদাহৃতম্=মহুবু তামস (তমোগুণদগী ওইবা) তপনি হায়নৈ ॥১৯॥

**অপূর্ব অর্থ :**— অফ-ফত্ত কবিমত্ত খন্দবা ফত্তবা মী অদুনা মশাবু ৱাহনদুনা নত্রগা অতোপ্পগী মাঙহন তাকহন্নবগীদমক অভি-চাব-নচিংবা তপ তৌই, মহুবু তমোগুণদগী ওইবা তপনি হায-নৈ ॥১৯॥

মতৌ অসুম্ন তপগী মবম্দা হাযবগা হোৎজিক দানগী মবম্দা অসুম্ন তাক্লক্লি—

**দাতব্যমিতি যদ্দানং দীয়তেঽনুপকরিণে।**
**দেশে কালে চ পাত্রে চ তদ্দানং সাত্ত্বিকং স্মৃতম ॥২০॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— দাতব্যম্ ইতি=দান শোয়দনা তৌফম থোক্ই হাযবসি পূর্কীংদা লেপ্লগা ; অনুপকারিণে=লমন খুম-লোইদবা মীগীদমক্, দেশে= তীর্থ-নচিংবা মতাক্ চাবা মফমদা; কালে চ=অমসুং সংক্রান্তি-নচিংবা অফবা মতমদা ; পাত্রে চ= অদুগা সাধু. ব্রাহ্মণ নচিংবা মতীক্ চাবা মীদা ; যৎ দানং দীয়তে —দান অদু তৌই ; তৎ দানং সাত্বিকং স্মৃতম্=অদুগুমবা দান অদু সাত্ত্বিকনি ( সত্বগুণদগী ওইবনি ) খঙগদবনি ।২০॥

**অপূর্ব অর্থ :**— দান শোয়দনা তৌফম থোক্ই হায়না পূর্কীংদা লেপ্লুনা, লমন খুমলোইদবা মীগীদমক্ তীর্থ-নচিংবা অশেংবা

মফমদা ; সংক্রান্তি-নচিংৰা অফবা মতমদা অমসুং সাধু, ব্রাহ্মণ-নচিংবা মতীক্ চাবা মীদা দান তৌই, অদুগুমবা দান অদু সত্ত্ব-গুণদগী ওইবা দাননি খঙগনি ।।২০।।

রাজস দানবু অসুম্ন হায়বি—

**যৎ তু প্রত্যুপকারার্থং ফলমুদ্দিশ্য বা পুনঃ ।**
**দীয়তে চ পরিক্লিষ্টং তদ্ রাজসমুদাহৃতম্ ।।২১।।**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— যৎ তু=দান অদু; পুনঃ প্রত্যুপকারার্থম্ —অমুক্ হননা, লমল থুমহল-লক্লবগীদমক্ ; ফলং উদ্দিশ্য বা—নত্রগা মহৈঃ অমবু লৌঃহুনা ; পরিক্লিষ্টং চ=অমসুং য়ামনা ৱানা খন্দুনা ( অসুক্ য়ামবা শেলসিবু করম্ন দান তৌথোকনি অসি-নচিংবা ৱাখল্ তৌহুনা ) ; দীয়তে=পী ( দান তৌই ) ; তৎ —অদুগুমবা দান অদু ; রাজসম্ উদাহৃতম্=রাজস (রজোগুণদগী ওইবা) কৌই ।।২১।।

**অপূৰ্ব অর্থ :**— দান অদু অমুক্ হননা লমল থুমহল-লক্লবগীদমক্ নত্রগা করিগুমৰা মহৈঃ অমা লৌঃহুনা (ফংনীংহুনা) য়ামনা ৱানা খল্লগা পী (তৌই), অদুগুমবা দান অদু রজোগুণদগী ওইবা কৌই ।।২১।।

হৌজিক তামস দানবু অসুম্ন তাক্লি—

**অদেশকালে যদ্দানমপাত্রেভ্যশ্চ দীয়তে ।**
**অসৎকৃতমবজ্ঞাতং তৎ তামসমুদাহৃতম্ ।।২২।।**

**অন্বয়ব্যাখ্যা** :— অদেশ কালে = মতীক চাদবা ( ফত্তবা ) মফম অমসুং মতমদা ; অপাত্রেভ্যঃ চ — দান পীবদা মতীক্ চাদবা মীশিংগীদমক্ ; যৎ দানং দীয়তে = দান অছু পী ; ( অছুগা অফবা মফম, মতম অমসুং দান লোঃবা মতীক্ চাবা মী লৈরবসু); অসংকৃতং — নীংথি-নুংঙাইবা য়াঙাঙ্ ঙাঙ্দনা; অবজ্ঞাতং — উশিং থোঁওইদনা দান পী ; তৎ — অছুগুমবা দান অছু ; তামসং উদাহৃতম্ — তমোগুণদগী ওইবা কৌই ॥২১॥

**অপূম্ব অর্থ** :— মতীক্ চাদবা ( ফত্তবা ) মফম অমসুং মতমদা অছুগা দান পীবদা মতীক্ চাদবা মীশিংগীদমক্ দান অছু পী, অছুগা মতীক্ চাবা মফম, মতম অমসুং মতীক্চাবা দান লোবা মী ফংলবসু নীংথি-নুংঙাইবা য়াঙাঙ ঙাঙদনা অমসুং উশিং থোঁওইদনা দানছু পী ( তৌই ) অছুগুমবা দান অছু তমো-গুণদগী ওইবা কৌই ॥২১॥

## অথ প্রশ্ন :

মসিদা ভগবান্ন তাক্লিবা অসিগী মরমদি— রাজস অমসুং তামস ওইবা তপ, দান নচিংবা থাদোক্লগা সাত্ত্বিক ওইবা তপ, দান-নচিংবা তৌদুনা লৈনবা হোৎনগদবনি, মদুদা য়াইফবা ফং-গনি হায়বনি ॥২২॥

চীঙ্গাক্, যজ্ঞ, তপ অমসুং দান মখোয়শিং অসিগী সাত্ত্বিক-নচিংবা খেন্নবা তাকুনা সূপ্প সাত্ত্বিক ওইবা চীঙ্গাক্কমক্ চাঃনবা

অদুগা যজ্ঞ, তপ অমসুং দানসু সাত্ত্বিক ওইবা অদুতমক্ তৌগদবনি হায়বসি তাক্‌খ্রে। হৌজিক্ সাত্ত্বিক ওইবা যজ্ঞ, তপ অমসুং দান তৌবদসু অশোয়-অভাম দোষ লাকপা য়াই ; দোষ লাক-লবদি মদুগী মহেঃ নীংথিনা যংবা ভমদে। মরম্ অসিনা দোষ অদু লাক-তনবগীদমক্ প্রায়শ্চিত ওইনা শোন-নবা ব্রহ্মগী মিং "ওঁ তৎ সৎ" অহুমসিবু ভগবাননা তাক্লি—

**ওঁ তৎ সদিতি নির্দ্দেশো ব্রহ্মণস্ত্রিবিধঃ স্মৃতঃ।**

**ব্রাহ্মণাস্তেন বেদাশ্চ যজ্ঞাশ্চবিহিতাঃ পুরা ॥২৩॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** - ব্রহ্মণঃ=পরমাত্মা ব্রহ্মগী ; ওঁ তৎ সৎ ইতি=ওঁ তৎ সৎ অসুম ; ত্রিবিধঃ নির্দ্দেশঃ স্মৃতঃ = মথল্ অহুমগী মিং বেদ-নচিংবা শাস্ত্রদা মহর্ষিশিংনা তাক্লি ; তেন=মদুনা মরম্ ওইদুনা ( মিং অহুম অসিনা মরম্ ওইদুনা ) ; পুরা=মমাঙৈদা ( লৈঃশেম্ব মতমদা ) প্রজাপতি ব্রহ্মানা ; ব্রাহ্মণাঃ=যজ্ঞ তৌবা ( কর্ত্তা ) ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রিয় অমসুং বৈশ্য, বেদাঃ=যজ্ঞদুদা শোন-নবা ঋগ্, যজুঃ, সাম অমসুং অথর্বগী মন্ত্রশিং ; যজ্ঞাশ্চ=অদুগা মথল্ মখা অয়ামবা যজ্ঞগী মশক্ ওইবা কর্ম্মশিংবু ; বিহিতাঃ= শেমখি ॥২৩॥

**অপূম্ব অর্থ :**— পরমাত্মা ব্রহ্মগী "ওঁ তৎ সৎ" অসুম মথল্ অহুমগী মিং বেদ-নচিংবা শাস্ত্রদা তাক্লি। মিং অহুম অসিনা মরম্ ওইদুনা লৈঃশেম্ব মতমদা প্রজাপতি ব্রহ্মানা যজ্ঞগী অতৌবা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয় অমসুং বৈশ্য, যজ্ঞদুদা শোন-নবা বেদগী মন্ত্রশিং

অমসুং যজ্ঞগী মশক্ ওইবা কর্ম্মশিং শেমখি।

## অথ্‌প্পা রাঃ

শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাক্‌পা যজ্ঞ, তপ, দান অসি-নচিংবা ঐখোয়না সাত্বিক ভাবতা তৌববসু মতুদা অবান-অতুই দোষ শোয়দনা লাকপা য়াই, দোষ অতু লাকলবদি নত্রগা ওইরবদি মখোয়গী মহৈঃ অতু নীংথিনা ফংবা য়াদে। মবম্ অসিনা দোষ অতু কোরবগীদমক্ যজ্ঞ, তপ, দান-নচিংবা কর্ম্মশিংতু তৌদ্রিবৈগী মমাঙমক্তদা য়ামনা শেংলবা ব্রহ্মগী মিং "ওঁ তৎ সং" অসিবু শোল-লগা কর্ম্ম অতু তৌবা হৌগদবনি। মতুমনা তৌববদি কর্ম্ম অতুদা শোয-ঙাম্ব শবদং থোক্লবসু দোষ অমত্ত লাকলোই; মতুগী মহৈঃ নীংথিবা ওইগনি। কবিগুমবা থবক্ অমা তৌদ্রিবৈগী মমাংদা পবমাত্মাগী মিং অমা লৌঃতুনা শোল-লগা থবক্ অতু হৌবা য়ামনা ফৈ। মবম্ অসিনা শ্লোক অসিগী অথ পৌবা মন্মদা স্বামী মধুসূদন সবস্বতীজানা পুবাণদগী লৌঃতুনা শ্লোক অমা অস্তুম্ন ইবমঈ -

**প্রমাদাৎ কুর্ব্বতাং কর্ম্ম প্রচ্যবেতাঽধ্বরেষু যৎ।**
**স্মরণাদেব তদ্বিষ্ণোঃ সমপূর্ণং স্যাদিতি শ্রুতিঃ॥**

" কর্ম্ম তৌবা মীশিংগী থোওইদবদগী মখোয়না তৌবিবা যজ্ঞশিং অতুদা কবিগুমবা অশোয়-অঙাম লাকপা থোক্লবদি বিষ্ণু ভগবান্‌গী মিং লৌঃতুনা (শোনতুনা) নীংশিংজব-ক্তদা কর্ম্মতু

মপুং ফায় হায়ৰসি শ্রুতিনা তাক্লি।"

মরম্ অসিনা মফম অসিদস্থ শ্রীভগবান্ন যজ্ঞ; তপ, দান-নচিংবা কর্ম্ম তৌবদা অহাম্বদা "ওঁ তৎ সৎ" হায়বা ব্রহ্মাগী মিংসিবু শোনগদবনি হায়না তাক্লি; মতুমনা তৌরবদি করিগুমবা কর্ম্ম অমদা দোষ অমত্ত লাকলোই। অতুগা "ওঁ তৎ সৎ" অসিবু ব্রহ্মাগী মিংনি হায়বসিদি শ্রুতিনা অস্থুম্ন তাক্লি—"ওমিতি ব্রহ্ম" (তৈঃ উঃ ১।৮।১)—"ওঁ অসি ব্রহ্মানি"। "তত্ত্বমসি" (ছাঃ উঃ ৬।৮।১)—"তৎ হায়বদি ব্রহ্মত্নু নঙনি"। "সদেব সোম্যেদমগ্র আসীৎ" (ছাঃ উঃ ৬।২।১)—"উরি খঙলিবা পুম্নমকসি লৈংশেমত্রিদৈগী মমাঙদা (মহাপ্রলয়গী মতমদা) সৎ ব্রহ্ম ওইনা লৈরমঈ।" মবম্ অসিনা কবিগুমবা থবক্ অমা তৌগে হৌগৎ-পদা "ওঁ তৎ সং" হায়বা ব্রহ্মাগী মিংসিবু অকাউবা লৈতনা শোয়দনা শোনগদবনি, মতুমনা তৌরবদি থবক্ অতুদা দোষ অমত্ত লাকলোই ॥২৩॥

"ওঁ-তৎ-সৎ" অস্থুম্ন ব্রহ্মাগী মিং অহুমসিবু পুম্ন শোনত্নুনা শীজিন্নবগী মহৈঃ তাক্লগা হৌজিক তোঙান তোঙাননা শীজিন্নবগী মহৈংবু শ্লোক মরিনা তাকনি। মতুদা "ওঁ" হায়বা মিং অসিগী শীজিন্নববু অহাম্বদা অস্থুম্ন তাক্লি—

**তস্মাদোমিত্যুদাহৃত্য যজ্ঞ দান তপঃ ক্রিয়াঃ।**
**প্রবর্ত্তন্তে বিধানোক্তাঃ সততং ব্রহ্মবাদিনাম্ ॥২৪॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** - তস্মাৎ=মরম্ অতুদগী ("ওমিতি ব্রহ্ম"

"ওঁ অসি ব্রহ্মনি" অসুম্ম শ্রুতিনা ওঁবু ব্রহ্মনি হায়না তাক্পা মবমদগী); ব্রহ্মবাদিনাম্=বেদনা তাক্পা পাউতাক্কী মতুং ইননা চংপা মীশিংগী; বিধানোক্তাঃ=শাস্ত্রনা নিয়ম তাক্লুনা হাযবা; যজ্ঞ-দান-তপঃ ক্রিযাঃ=যজ্ঞ, দান-তপ অসি-নচিংবা কর্ম্ম পুন্নমক্; সততম্=মতম পুন্নমক্ত; ওঁ ইতি উদাহৃত্য প্রবর্ত্তন্তে=অহাম্বদা ওঁ অসুম্ম শোললগা তুংদা (থবক অহু) তৌবা হৌই ॥২৪॥

**অপুম্ব অর্থ :—** ওঁ অসিবু শ্রুতিনা (বেদনা) ব্রহ্মনি হায়না তাক্পা মবমদগী বেদনা তাক্পা পাউতাক্ মতু ইননা চংপা মীশিংগী শাস্ত্রনা নিয়ম তাক্লুনা হাযবা যজ্ঞ, দান, তপ অসি-নচিংবা কর্ম্ম পুন্নমক্ মতম পুন্নমক্ত অহাম্বদা ও অসুম্ম শোল-লগা তৌবা হৌই ॥২৪॥

হৌজিক্ ব্রহ্মগী অর্নিংবা মিং "তৎ" অসিগী শক্তিন্নবা মওঙবু অসুম্ম তাক্লি—

**তদিত্যনভিসন্ধায় ফলং যজ্ঞ তপঃ ক্রিয়াঃ।**

**দানক্রিয়াশ্চ বিবিধাঃ ক্রিয়ন্তে মোক্ষকাংক্ষিভিঃ ॥২৫।**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** তৎ ইতি (উচ্চার্য্য)="তত্ত্বমসি" অসি-নচিংবা শ্রুতিশিংনা তাক্পা ব্রহ্মগী "তৎ" হাযবা মিংসিবু শোল-লগা; মোক্ষকাংক্ষিভি=মোক্ষবু পামবা মীশিংনা; ফলং অনভিসন্ধায়=মহৈঃ পামবা তোদনা, যজ্ঞ-তপঃ-ক্রিযাঃ= যজ্ঞগী থবক্ অমসুং তপগী থবক্শিংবু; চ—অতুগা; বিবিধাঃ দান ক্রিয়াঃ—মখল্ মখা অয়ামবা দানগী থবক্শিংবু (লৈংবাক

দান, শল দান, লুপা দান, সনা দান অসি-নচিংববু ) ; ক্রিয়স্তে =তৌই ॥ ২৫ ॥

**অপূন্ন অর্থঃ**— ব্রহ্মগী "তৎ" হায়বা মিংসিবু অহান্নদা শোন-লগা মোক্ষ পামবা মী-শিংনা মহৈঃ পামবা তৌদনা — যজ্ঞগী থবক্, তপস্যাগী থবক্শিংবু অমুগা মথল্ মখা তয়ামবা দানগী থবক্ শিংবু তৌই ॥ ২৫ ॥

হৌজিক্ ব্রহ্মগী অহুমশুবা মিং "সং" অসি কন্নন্ন শীজিন্নবগে হায়বহু ভগবান্ তাক্লি —

**সদ্ভাবে সাধুভাবে চ সদিত্যেতৎ প্রযুজ্যতে।**
**প্রশস্তে কর্ম্মণি তথা সচ্ছব্দঃ পার্থ যুজ্যতে ॥২৬॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**—পার্থ = পৃথাগী (কুন্তীগী) মচা হে অর্জ্জুন ! সদ্ভাবে = কবিগুননবা পোৎ অমবু লৈ হায়না খণ্ডহন্নদা ; চ — অমসুং ; সাধুভাবে = কবিগুননবা হীবম্ অমবু "ফৈ" হায়না তাক্পদা ; সৎ ইতি এতৎ = ব্রহ্মগী অহুমশুবা মিং 'সৎ' হায়বা ৱাহৈঃ অসিব, প্রযুজ্যতে = শীজিন্নৈ ; তথা = মতৌ অদুম্ন ; প্রশস্তে কর্ম্মণি = য়াইফবা ফংগদবা অফবা থবক্কী মবমদসু ; সৎ শব্দঃ যুজ্যতে = "সৎ" হায়বা ৱাহৈঃ অসি ( সৎ কর্ম্মনি হায়না ) শীজিন্নৈ ॥ ২৬ ॥

**অপূন্ন অর্থঃ**—পৃথাগী মচা হে অর্জ্জুন ! কবিগুননবা পোৎ অমবু লৈ হায়না খণ্ডহন্নদা অমসুং কবিগুননবা হীবম অমবু ফৈ হায়না তাক্পদা ব্রহ্মগী অহুমশুবা মিং "সৎ" হায়বা ৱাহৈঃ অসিবু শীজিন্নৈ। মতৌ অদুমনা য়াইফবা ফংগদবা অফবা থবক্কী মবম্দসু "নসি সৎ কর্ম্মনি" হায়দুনা "সৎ" হায়বা ৱাহৈঃ অসি শীজিন্নৈ ॥২৬॥

হৌভিক্ তভোপ্প মখল অমা ওইনা "সৎ" অসিগী শীজিন্নববু অসুম্ন তাক্লি—

**যজ্ঞে তপসি দানে চ স্থিতিঃ সদিতি চোচ্যতে।**
**কর্ম্ম চৈব তদর্থীয়ং সদিত্যেবাঽভিধীয়তে ॥২৭॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**—যজ্ঞে—যজ্ঞ তৌবদা; তপসি—তপ তৌবদা: দানে চ—অমসুং দান তৌবদা; স্থিতিঃ—য়ামনা থাজনা লৈবা ফীভমহুবু; সৎ ইতি চ উচ্যতে—"সৎ" নি (য়ামনা ফজবা লমচৎনি) তসুম্ন হায়নৈ; চ— অদুগা; তদর্থীয়ং কর্ম্ম এব= পরমাত্মাগীদমক্ত তৌরিবা কর্ম্ম (থবক্) অদুবুসু; সৎ ইতি এব অভিধীয়তে—"সৎনি" (য়ামনা ফবনি) অসুম্নমক্ অথঙ-অহৈশিংনা হায়নৈ ॥ ১৭ ॥

**অপূম্ব অর্থঃ**— যজ্ঞ তৌবদা, তপ তৌবদা অমসুং দান তৌবদা য়ামনা থাজনা লৈবা ফীভমহুবু "সৎ" নি য়ামনা ফজবা লম্চৎনি) অদুম্ন হায়নৈ : অদুগা পরমাত্মাগীদমক্ত তৌবিবা থবক্ অদুবুসু "সৎ" নি (য়ামনা ফবনি) অসুম্নমক্ অথঙ অহৈশিংনা হায়নৈ ॥ ২৭ ॥

## অথপ্প ৱাঃ

শ্লোক ২৪ দগী ১৭ ফাওবা শ্লোক মশিংসিনা পরমাত্মা ব্রহ্মাগী "ওঁ-তৎ সৎ" হায়বা মিং অহুমসিগী তোঙান তোঙাননা করম্ তৌ-না মীনা শীজিন্নে হায়বতু তাকুই। পরমাত্মাগী মিং অহুমসিগী

মতুংদা "ওঁ" হায়বা মিং অসিনা নির্গুণ (গুণ লৈতবা) অমসুং নিরাকার (মওং লৈতবা) পরব্রহ্মবু আধ্যাত্মিক আত্মাগী মশক্ ওইনা খঙহল্লা, অদুগা "তৎ" হায়বা পরমাত্মাগী মিংসিনা আধিদৈবিক নিরাকার (মওং লৈতবা) অমসুং সগুণ (গুণ লৈবা) ব্রহ্মাগী মশক্ ওইবা সর্ব্ব শক্তিমান পূম্নক ওইবা উমবা ঈশ্বরবু খঙহল্লী। মাতৌ অদুম্ম "সৎ" হায়বা মিং অসিনা আধিভৌতিক্ সাকার (মওং লৈবা) অমসুং সগুণ (গুণ লৈবা) বিরাটকী মশক্ ওইরবা পরমাত্মাবু খঙহল্লী। মরম অসিনা জ্ঞানী ওইবা যোগীশিংনা "ওঁ" অসুম্ম ধ্যান তৌদুনা পরব্রহ্মবু মশাগী আত্মাগী মশক্ ওইনা শংশঙনা খঙই। "তৎ" হায়বা মিংসিনা শংশঙনা খঙবা উমদবা অমসুং শানথ্রনা লৈবা ঈশ্বর লৈ হায়বসি খঙকই। অদুগা "সৎ"—(লৈ) হায়বা মিংসিনা ওইরিবা পূম্নমক্কা মশক্ ওইনা যেংদোকুনা লৈরিবা বিরাট ভগবানবু শংশঙনা খঙই। অসিগুম্বা পরমাত্মাগী মিং অহুমসিবু অম্মনদা ওইনা করিগুম্বা থবক্ অমা হৌদ্রিঙৈগী মমাংদা শাজিন্নরবশু থবক্ অদু মাংফরবগী মশক্ ওইরবদি পুন্ন পরমাত্মাগী মিং "ওঁ তৎ সৎ" অহুমসিবু শাজিন্নরদি মাংবদগী অপেনা মাহৈ ফংবগী মশক্ ওইবা থবক্ অমত্তা ওইগনি হায়রসিদা কনাগুম্বা চিনবম লৈগনি হায়রবা বাসিবু শ্রীভগবানন মখুম অসিদা নাংদিনা খঙহনলি ॥ ২৭ ॥

ধার্ম্মিক ওইবা থবক্ পূন্নমক্পু শ্রদ্ধাগা লোয়ননা (য়ামনা থাজনা আস্তিক বুদ্ধি তৌদুনা) তৌগদবনি, শ্রদ্ধা য়াওদনা তৌবা করিগুম্বা থবক্ অমত্ত মহৈ য়ানদে হায়বসিবু তাক্নুনা শ্রীভগবান্না অধ্যায়সিগী অরোইবদা অস্মুন্না হায়রি—

**অশ্রদ্ধয়া হুতং দত্তং তপস্তপ্তং কৃতঞ্চ যৎ।**
**অসদিত্যুচ্যতে পার্থ ন চ তৎ প্রেত্য নো ইহ ॥২৮॥**

ইতি শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুনসংবাদে শ্রদ্ধাত্রয়বিভাগযোগো নাম সপ্তদশোঽধ্যায়ঃ ॥১৭॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** পার্থ — পৃথাগী (কুন্তীগী) মচা হে অর্জ্জুন! অশ্রদ্ধয়া=শ্রদ্ধা লৈতনা (থাজদনা); হুতং=দেবতাশিংগী-দমক্ মৈদা হোম তৌবা; দত্তং — করিগুম্বা পোৎ অমগী দান তৌবা; তপঃতপ্তম্=চরাহেনব-নচিংবা তপ তৌবা; চ — অদুগা; যৎ কৃতং — করিগুম্বা কর্ম্ম (থবক) অমা তৌবা (মসি পূন্নমক্সি অরেম্বদা তাবা মরমদগী); অসৎ ইতি উচ্যতে — অসৎনি (ফত্তবনি) অস্মুন্না হায়নৈ; চ মসিগী মবমদি; তৎ — শ্রদ্ধা য়াওদনা তৌরিবা পূন্নমক্ অদু; ন প্রেত (ফলায় ভবতি) — শিরবা তুংদা পরলোককী-দমক মহৈ ফংবা য়াবা নত্তে; নো ইহ — অদুগা হিংলিঙৈগী মতমদসু করিমত্ত কান্নদে ॥২৮॥

**অপূর্ব্ব অর্থ :—** কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন। শ্রদ্ধা য়াওদনা দেবতাগীদমক মৈদা হোম তৌবা, দান তৌবা, চরাহেনব নচিংবা

তপ তৌবা অতুগা কবিগুমবা কর্ম্ম অমা তৈবা মসি পূম্নমক্সি অবেম্বদা তাবা মবমদগী অসংনি (ফত্তবনি) হায়নৈ। মবমদি শ্রদ্ধা য়াওদনা তৌবিবা পূম্নমক্ অদু শিববা তুংদা পবলোকক্কাদমক্ মহৈঃ ফংবা য়াবা নত্তে অতুগা হিংলিঙৈগী মতমদস্মু কবিমত্ত কাম্নবা ফংদে ॥২৮॥

## অথ প্রশ্নাঃ

য়াইফবা ফংনবা তৌবা থবক্ পূম্নমক্ত মতুগী অাহৈবদা "ওঁ-তৎ-সৎ" হায়বা পবমাত্মাগী মিং অহুমসিবু শোংগদবনি, নতুদগী থবক্ অদু মঙ্গলগী মশক্ ওই হায়বসি মথক্ত হায়খ্রে। অতুবু মমৈথওদা শ্রীভগবান্ন শ্রদ্ধা য়াওদনা তৌবা থবক্ ৩ সংনি (ফত্তবনি), মতুদগী কবিমত্ত মঙ্গল ওইবা য়াদে হায়রি। মরম্ অসিনা শ্রদ্ধা য়াওদনা তৌবা থবক্ত "ওঁ তৎ-সৎ" হায়বা পবমাত্মাগী মিং অহুম অসি শোল-লবস্মু কবিগুমত্ত কাম্নদে হায়বসি ঐখোযনা খঙবা ওমলে। অহাম্বদস্মু শ্রীভগবান্ন "শ্রদ্ধাবিরহিতং যজ্ঞং তামসং পরিচক্ষতে" (গীঃ ১৭। ১৩) "শ্রদ্ধা য়াওদনা তৌবা যজ্ঞ তামস যজ্ঞনি" অসুম্না হায়খ্রে। শ্রুতি-নস্মু অসুম্ন হায়রি - "**শ্রদ্ধয়া দেয়ম্। অশ্রদ্ধয়াঽদেয়ম্**" (তৈঃ উপঃ ১। ১১।) "শ্রদ্ধাগা লোয়ননা দান তৌগদবনি। শ্রদ্ধা য়াওদনা দান তৌরোইদবনি।" মরম্ অসিনা অফবা অমস্মুং য়াইকনবা থবক্ তৌবদা য়ামনা থাজবগা লোয়ননা তৌগদবনি অমস্মুং থবক্ অদু তৌবদা শ্রীভগবান্গী মিং 'ওঁ-তৎ-সৎ'

অহুমসিবু শোয়দনা শোনগদবনি লোয়ননা লোইবা মতমদসু মিং অহুনসিবু শোনগদবনি ॥২৮॥

মাংডৌ অসুম শ্রীভগবান শকৃপা উপনিষৎশিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক ওইবা যোগ শাস্ত্রগী সমুংদা অর্জুন অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী য়াহং পাউথুম ওইনা উাওনবদা— 'শ্রদ্ধাত্রয়বিভাগ যোগ' কৌবা তরা-তরেংশুবা অধ্যায়গী স্বামী যোগেশ্বরানন্দ গিরিনা ইবা অথুপ্প য়াগা লোয়নবা অন্বয়ব্যাখ্যা লোইরে ॥১৭॥

॥ ওঁ তৎ সৎ ॥

কানখল তাং ১৮।৬।৮৭ ইং



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

## তরানীপানশুবা অধ্যায়

## ( অথ অষ্টাদশোঽধ্যায়ঃ )

অধ্যায় অসিগী মমিং "মোক্ষ-সন্ন্যাসযোগ" নি। মসি গীতাগী অবোইবা অধ্যাযনি। মরম অসিনা অহাঙ্গদা হৌখিবা কর্ম্মকাণ্ড, উপাসনাকাণ্ড অমস্তুং জ্ঞানকাণ্ডগী য়া পূম্নমক্ শমলগা লোইশিন-হুনা হায়গনি। মতুদা শ্রীভগবান্না অহাম্বদা অর্জ্জুনগী মফমদা "সর্ব্বকর্ম্মাণি সন্ন্যস্য" (গীতা ৫।১৩) "কর্ম্ম পূম্নমকপু পুক্নীংনা সন্ন্যাস তৌবগা" "সন্ন্যাস যোগ যুক্তাত্মা" (গীতা ৯।২৮) সন্ন্যাস যোগবু পুক্নীংদা লেওদনা থমলগা" "ত্যক্ত্বা কর্ম্মফল সঙ্গম্' (গীতা ৪।২০) "কর্ম্মগী মহেংগী অপাম্ববু ত্যাগ তৌহুনা" "সর্ব্বকর্ম্মফল-ত্যাগম্' (গীতা ১২।১১) "কর্ম্ম পূম্নমক্কী মহৈ:শিংবু ত্যাগ তৌবা" অসি-নচিংবা মফমশিংদা সন্ন্যাস অমসুং ত্যাগ য়াহৈ: অনীসি শীজিন্নহুনা হায়খি। সন্ন্যাস অমসুং ত্যাগকী অর্থদি থাদোকপনি, অর্থদা অনীসিগী করি-অমত্ত খেন্নবা লৈতে। অতুমক্ ওইহুনস্থ মন্নুংদা করম্ব অথৃপ্প অমা লৈবগে হায়বসি খঙনীংহুনা অহাম্বদা অর্জ্জুননা শ্রীভগবান্গী মফমদা অস্মুম্ন হংজবি—

## অর্জ্জুন উবাচ

**সন্ন্যাসস্য মহাবাহো তত্ত্বমিচ্ছামি বেদিতুম্।**
**ত্যাগস্য চ হৃষীকেশ পৃথক্কেশিনিষূদন ॥১॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** অর্জ্জুনঃ উবাচ = অর্জ্জুননা হায়রুখি — মহাবাহো = হে পামবোম চাউবা (কন্থ); হৃষীকেশ = ইন্দ্রিয়-শিংগী মপু ওইবিনা লৈবা হে কৃষ্ণ; কেশিনিষূদন = কেশি কৌবা হিংচাববু হাংপা হে ঈবুংঙো; সন্ন্যাসস্য = "সন্ন্যাস হায়বা রাহৈং সিগী অর্থ; ত্যাগস্য চ = অমুগা "ত্যাগ" হায়বা রাহৈঃসিগী অর্থ; পৃথক্ = তোঙান তোঙাননা; তত্ত্বম্ = মরুংগী অথ্ প্প রাগী খেন্নববু; বেদিতুম্ ইচ্ছামি = ঐনা খঙজবা পামই ॥১॥

**অপূন্ন অর্থ :** - অর্জ্জুননা হায়রুখি — হে পামবোম কন্থ, ইন্দ্রিয়শিংগী মপু ওইবিনা লৈবা হে কৃষ্ণ! অমসুং কেশি কৌবা হিংচাববু হাংপা হে ঈবুংঙো! সন্ন্যাস অমসুং ত্যাগ রাহৈঃ অনী অসিগী অর্থদা তোঙান তোঙাননা মরুংগী অথুপ্প খেন্নবা রাঃবু ঐনা খঙজবা পামই ॥১॥

## অথ্প্প রাঃ

মফম অসিদা অর্জ্জুননা শ্রীভগবানবু "হে মহাবাহো, হে কেশিষূদন অমসুং হৃষীকেশ" হায়না অহুম-লক্ হননা কৌবিনা হায়রি। মখুদা "হে মহাবাহো" (হে পামবোম চাউবা) অমসুং হে কেশিষূদন" (কেশি কৌবা হিংচাববু হাংপা হে ঈবুংঙো) অনীসিনা শ্রীকৃষ্ণবু মপানথোংগী য়েক্ল-তিংথং পুম্নমকপু মাওহনবীবা

ওমবনি ; মবম্ অসিনা অর্জ্জুন ঐগীস্থু অথোইবা তত্ত্ব জ্ঞান ফংনবা হোৎনবসিদা লাক-কদবা মপানথোংগী য়ৈথায় থিনগায় পূম্নমকপু ঈবুংঙো মহাক্ন মাঙহনবীগনি হায়বসি উংলী। অদুগা হে হৃষীকেশ ( হৃষীক=মীৎনাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগী, ঈশ=মপু ওইদুনা লৈবিবা ) অস্থুম্ন কৌরিবসিনা তত্ত্বজ্ঞান ফংনবা হোৎনবদা যামনা কল্প যেন্নবা ওইনা লৈবিবা ইন্দ্রিয়শিংবু ইবুংঙো মহাক্ন লাক্শিনহনবা ওমহনবিগনি হায়বসি খঙহল্লি ॥১॥

সন্ন্যাস অমস্থুং ত্যাগ হাইহৈঃ অনীসিগী অর্থ, খেন্নবা লৈতনা "থাদোক্পা" হায়বসি ওইরবস্থু শীজিন্নবদা খরা খেন্নবা মন্নুগী অর্থবু লোয়দুনা শ্রীভগবান্ন অর্জ্জুনগী চিংনবা কোক্লনবা অস্থুম্ন হায়বা হে ই—

## শ্রীভগবানুবাচ

**কাম্যানাং কর্ম্মণাং ন্যাসং সন্ন্যাসং কবয়োবিদুঃ।**
**সর্ব্বকর্ম্মফলত্যাগং প্রাহুস্ত্যাগং বিচক্ষণাঃ ॥২॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** শ্রীভগবান্ উবাচ=শ্রীভগবান্ন হায়বিখি-কবয়ঃ যামনা কল্প খঙবা (নৈনবা) মীশিংনা ; কাম্যানাং কর্ম্মণাং=মহৈঃ পাংবা মশিংবু (মহুন মবগীদগী বেদ-নচিংবা শাস্ত্রনা মহৈংগা লোয়ননা পাল্লিবা অশ্বমেধ, বাজপেয যজ্ঞ নচিংবা কর্ম্ম-শিংগী, ন্যাসং=থাদোক্পবু ; সন্ন্যাসং বিদুঃ=সন্ন্যাসকী অর্থনি হায়না খঙই, অদুগা- বিচক্ষণাঃ=যামনা লৌশিং শিংবা অতোপ্পা মীশিংনা ; সর্ব্ব কর্ম্ম ফল ত্যাগং=নিত্য কর্ম্ম ( নুমিৎ থুদিংগী

ভৌগদবা সন্ধ্যা তর্পণ-নচিংবা ), নৈমিত্তিক কর্ম্ম ( গ্রহণ-নচিংবা লাকলবদা স্নান, দান তসি-নচিংবা কর্ম্ম ) অমসুং কাম্য কর্ম্ম (অপামবা পোৎ ফংনবগীদমক্ শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাক্পা কর্ম্ম) মসি পুম্নমক্সিগী মহৈংগী অপামবা থাদোক্পা অদুবু ; ত্যাগং প্রাহুঃ = ত্যাগকী অর্থনি ভস্লমনা হায় ॥২॥

**অপুন্ন অর্থ :** শ্রীভগবান্ন হায়রিখি — য়ামনা কুপ্প খঙবা মীশিংনা মহৈং ফংন-নবগীদমক্ তৌগদবা কর্ম্মশিং থাদোক্পবু সন্ন্যাসগী অর্থনি হায়না খঙই অদুগা য়ামনা লৌশিং শিংবা অতোপ্প মীশিংনদি নিত্য কর্ম্ম, নৈমিত্তিক কর্ম্ম অমসুং কাম্য কর্ম্ম-মসি পুন্নমক্কী মহৈংগী অপামবা থাদোক্পবু ত্যাগকী অর্থনি অস্নুম্ন হায় ॥২॥

## অথ প্রস্তাবঃ

বেদ-নচিংবা শাস্ত্রনা অপামবা মহৈং ফংন নবগীদমক্ মহৈং-শিংগা লোয়ননা তাক্পা কর্ম্মশিংবু কাম্যকর্ম্ম কৌই। মসি-গুমবা কর্ম্মশিং অদুবু পুন্নথা থাদোক্লুনা সুকৃতৌ তৌদবসি সন্ন্যাসগী অর্থনি। অদুগা নিত্য, নৈমিত্তিক অমসুং কাম্যকর্ম্ম পুম্নমক্সিবু তৌদুনা লৈরবস্তু মখোয়দগী লাক-কদবা মহৈংগী অপামবা থাদোক্পসি ত্যাগকী অর্থনি। মহৈং পামদনা কর্ম্ম পুম্নমক্ অদুবু তৌদুনা লৈবদগী পাপ কোক্খিদুনা পুক্নীং ( অন্তঃকরণ ) শেংদোক্ই ; অদুগা অশেংবা পুক্নীংদা জ্ঞান পোক্লুনা পরব্রহ্মগী মশক্ ওইবা মোক্ষ ফংবা ঙমই। মরম্ অসিনা শ্রুতিনা হায়রি—

"তমেতমাত্মানং বেদানুবচনেন ব্রাহ্মণা বিবিদিষন্তি যজ্ঞেন দানেন তপসাহনশকেন" (বৃ: উ: ৪।৪।২২)

"পরব্রহ্মবু মহাক্নীংবা মীশিংনা মসিদগী (ব্রহ্মদগী) খেন্নদবা আত্মাসিবু বেদ তমদুনা ; যজ্ঞ তৌদুনা দান তৌদুনা, তপ্স তৌদুনা খওননবা হোৎনৌ"।

"ধর্ম্মেণ পাপমপনুদতি" (তৈ: আ: ১০।৬৩) "নিষ্কাম ওইনা (মহৈ: পামদনা) কর্ম্ম তৌবদগী পাপ কোকৃই।" মবম ওসিনা মহৈ: পামদনা কর্ম্ম তৌদুনা লৈরবদি পূর্ক্নাং শেংদোকখিদুনা অশেংবা পূর্ক্নীং অদুদা জ্ঞান পোকৃই নত্রগা ভগবান্দা লৈবা অশেংবা ভক্তি পোকৃই হায়বসিবু উদ্ধবগী মফমদা শ্রীভগবান্না অস্নুম হায়রি—

স্বধর্ম্মস্থো যজন্ যজ্ঞৈরনাশীঃ কাম উদ্ধব।
ন যাতি স্বর্গনরকৌ যদ্যন্যন্ন সমাচরেৎ ॥
অস্মিল্লোকে বর্ত্তমানঃ স্বধর্ম্মস্থোহনঘঃ শুচি।
জ্ঞানং বিশুদ্ধমাপ্নোতি মদ্ভক্তিংবা যদৃচ্ছয়া ॥

(ভা: ১১।২০।১০-১১)

"হে উদ্ধব! মী অদুনা মশাগী ধর্ম্মবু ওাক্নুনা লৈরগা কর্ম্মগী মহৈংবু পামবা তৈদনা যজ্ঞ-নচিবা কর্ম্ম তৌদুনা লৈববদি অমসুং শাস্ত্রনা খিংবা খবক্ তৌত্রবদি, মহাক্ স্বর্গ অমসুং নরকতা চত্তে। মহাক্তি পাপ লৈতবা অশেংবা অমসুং মশাগী ভোগদবা মথৌ তৌদুনা ভাইবওসিদা লৈরগা মানা পামবা মতুং ইননা

অশেংবা আত্মজ্ঞান ফংই নত্রগা কৃষ্ণ ঐগী ঈকমদা ওইগদবা অথোইবা সাধ্যভক্তিবু ফংই।"

মরম্ অসিনা মুম্-কৈ থাদোক্নুনা মরু ওইবা সন্ন্যাস লোঃবা (লমবোইহ্নুনা লৈবা) গুমত্রবস্তু তৌরিবা কর্ম শিংগী মহৈঃ থাদোক্নুনা পূক্নীং শেংনবা হোংনরগা পরমাত্মাবু ফংনবা তৌগদবনি ॥২॥

মতৌ অসুম্ন সন্ন্যাস অমস্নুং ত্যাগকী অর্থবু মত খেন্নবগী মতুং ইননা হায়রগা অমুক হননা ত্যাগকী অর্থবু অতোপ্প মতকী মতুং ইননা অসুম্ন হায়রি—

**ত্যাজ্যং দোষবদিত্যেকে কর্ম প্রাহুর্মনীষিণঃ।**
**যজ্ঞ দান তপঃ কর্ম্ম ন ত্যাজ্যমিতি চাপরে ॥৩॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** কর্ম=নিত্য, নৈমিত্তিক অমসুং কাম্য কর্ম পুম্নমক্সি ; দোষবৎ=দোষ লৈবা ডাকুনি-হায়বদি সংসারদা পুনহ্নুনা থমনবগী মশক্ ওইবা দোষ লৈবা ডাক্তা ওইবা মরম্ন (নত্রগা দোষবৎ=অপাম মিহৌ, অশাউব-নচিংবা দোষশিংবু থাদোকপগী মতৌগুমনা) ; ত্যাজ্যং=থাদোক্কদবনি ; ইতি=মতৌ অসুম্ন ; একে-মনীষিণঃ প্রাহুঃ=কনা কনাগুমবা ব্রাখল্ লৈংতানা খব মীশিংনা হায় ; অপরে চ=অদুগা অতোপ্প লোশিং তাবা মীশিংনদি ; যজ্ঞ-দান-তপঃ কর্ম=পূক্নীং শেংনবগীদমক্ তৌবা যজ্ঞ, দান, তপ-নচিংবা কর্মশিংবুদি ; ন ত্যাজ্যম্=থাদোক্রোইদবনি ; ইতি প্রাহুঃ=অসুম্ন হায় ॥৩॥

**অপূন্ন অর্থ ঃ—** নিত্য, নৈমিত্তিক অমসুং কাম্য কর্ম্ম পূন্নমক্‌সিবু সংসারদা পুনহুনা থমনবগী মশক্ ওইবা দোষ ভাক্ত ওইবা মরম্ম থাঃদোক্কদবনি অস্নুম্ন কনা কনাগুমবা বুদ্ধি লৈঃতানা খঙ্ম মীশিংনা হায় ; অতুগা অতোপ্প লৌশিং শিংবা মীশিংনদি পূক্লীং শেংনবা তৌবিবা যজ্ঞ, দান, তপ-নচিংবা কর্ম্মশিংবুদি থাঃদোক-লোইদবনি অস্নুম্ন হায় ॥৩॥

## অথ্‌প্প ৱাঃ

শ্লোকসিদা হায়বিবা ৱাসী স্নুপ্প কর্ম্ম তৌবদা মতীক্‌চানা লৈবিবা মী-শিংবু লোঃহুনা মখোয়না কর্ম্ম থাঃদোক্‌পা চুমবরা নত্রগা চুমদববা হায়বসিদা বিচাব তৌবনি। জ্ঞান ফংহুনা নত্রগা জ্ঞান ফংনীংহুনা সন্ন্যাস লোঃশ্রবা ( লমবোইশ্রবা ) মী-শিংবুস্নু লোঃহুনা বিচাব তৌবা নত্তে। মবম্‌দি সন্ন্যাস লোঃববা মতুংদা সন্ন্যাসী অতুগী কর্ম্ম তৌবদা অধিকার ( মতীক্ চাঃবা ) লৈতে। কর্ম্ম পূন্নমক্ থাদোক্‌পগী মমিং সন্ন্যাসনি। অসিগুমবা মখোয়শিংহুবু লোঃহুনা শ্রুতিনা অস্নুম্ন হায়রি—"ন কর্ম্মণা ন প্রজয়াধনেন ত্যাগে নৈকে অম্নতত্বমানশুঃ" ( কৈঃ উঃ ১।৩ )— "অম্নতগী ম্নশক্ ওইবা ব্রহ্ম ফংবসি কর্ম্মনা ওইবা য়াদে, মচা অমসুং শেলথুমনস্নু ওইবা য়াদে স্নুপ্প ত্যাগ তৌবনা মরম্ ওইহুনা মী কয়ামুক অম্নতগী মশক্ ওইবা মোক্ষসিবু ফংখি।"

অসিগুমবা মখোয়শিং অতুগীদি সংসারসিদা তৌফম থোক্‌পা থবক্ অমত্ত লৈতে। মসিবু শ্রুতিনা অস্নুম্ন হায়রি—

"লোকত্রয়েঽপি কর্ত্তব্যং কিঞ্চিন্নাস্ত্যাত্মবেদিনাম্"
( শ্রীঃ ছাঃ উঃ ১।১৪ )— "আত্মাবু খঙলবা মী-শিংগীদি লোক অহুমসিদা তৌফম থোক্পা থবক্ অমত্তু লৈতে।" গীতাদসু শ্রীভগবান্ন অসুম্ন হায়রি "তস্য কার্য্যং ন বিদ্যতে" (৩।১৭)- "জ্ঞানীশিংগী তৌফম থোক্পা থবক্ অমত্তু লৈতে।" মরম্ অসিনা মফমসিদা বিচার তৌরিবসি কর্ম্ম তৌবদা মতীক্ চানা লৈরিবা য়ুম্পানবা মী-শিংগীদমক্তি ॥৩॥

মতৌ অসুম্ন কর্ম্ম ত্যাগকী ( থাদোক্পগী ) মরম্দা অতোপ্প মীশিংগী ওয়েন্নবা মতশিংবু হায়বগা হৌজিক্ মতশিংশিংগী মন্নুংদা করম্ব মত ফৈ হায়বতু ভগবান্ন শ্লোক অনীনা অসুম্ন হায়রি—

নিশ্চয়ং শৃণু মে তত্র ত্যাগে ভরতসত্তম।
ত্যাগো হি পুরুষব্যাঘ্র ত্রিবিধ সম্প্রকীর্ত্তিতঃ ॥৪॥
যজ্ঞদানতপঃ কর্ম্ম ন ত্যাজ্যং কার্য্যমেব তৎ।
যজ্ঞোদানং তপশ্চৈব পাবনানি মনীষিণাম্ ॥৫॥

অন্বয়ব্যাখ্যা :— ভরত সত্তম=ভরত নিংথৌগী শাগৈদা খ্বায়দগী অথোইবা হে অর্জ্জুন! তত্র ত্যাগে=কর্ম্ম তৌবদা মতীক্চাঃনা লৈরিবা মীশিংনা তৌগদবা ত্যাগ অদুগী মরম্দা; মে নিশ্চয়ং=কৃষ্ণ ঐগী অরেপ্প মত অসিবু; শৃণু=নহাক্ত তাও; পুরুষব্যাঘ্র=হুপাশিংগী মন্নুংদা খ্বায়দগী কম্ব হে ধনঞ্জয়! ত্যাগঃ হি=ত্যাগ অসি (কর্ম্ম থাদোক্পসি) লেপ্পমক্; ত্রিবিধ সম্প্রকীর্ত্তিতঃ =সাত্ত্বিক; রাজসিক অমসুং তামসিক খেন্নবদগী মথল্ অহুম

থোক্ল খায়দোকই হায়না নীংথিনা তাক্লি ॥ ৪ ॥ যজ্ঞসদান-তপ-কর্ম—দেবতাশিংগীদমক্ পোৎ কথোক্পগী মশক্ ওইবা যজ্ঞ, করিগুমবা পোৎ অমগী মপু ওইবা থাদোক্লনা অতোপ্প মী অমবু মপু ওইহনথিবগী মশক্ ওইবা দান অমসুং চরাহেনব-নচিংবা তপ মখল্ অহুমগী কর্ম অসিদি; ন ত্যাজ্যম্—থাদোক্পা চুমদে; তৎ কার্য্যং এব—অহুমসিবুদি শোয়দনা তৌহনা লৈগদবনি; মসিগী মরমদি—যজ্ঞঃ—দানং—তপঃ চ—যজ্ঞ, দান অমসুং তপ অহুমসি; মনীষিনাম্—কর্মগী মহৈঃ পামদবা পূক্নীং লৈঃতানা লৈবা মীশিংবু; পাবনানি এব—লেপ্পমক্ শেংদোকহনবিবা ওাক্তনি ॥ ৫ ॥

**অপুম্ব অর্থঃ**— ভগবানকী শাগৈদা খুাইদগী অথোইবা হে অর্জ্জুন। কর্ম তৌবদা মতীক্ চানা লৈরিবা মীশিংনা তৌগদবা ত্যাগ অতুগী মরমদা কৃষ্ণ ঐগী অয়েপ্প মতসিবু মওনা তাও। মুপাশিংগী মঙুংদা খ্বায়দগী অথোইবা হে ধনঞ্জয়! ত্যাগ অসি (কর্ম থাদোক্পসি) লেপ্পমক্ মখল্ অহুমথোক্ল খায়দোক্ই হায়না নীংথিনা তাক্লি ॥ ৪ ॥ যজ্ঞ, দান অমসুং তপ মখল অহুমসিগী কর্মদি থাদোক্পা চুমদে, মথোয়সিবুদি শোয়দনা তৌহনা লৈগদবনি। মসিগী মরম্দি—যজ্ঞ, দান অমসুং তপ অহুমসি, কর্মগী মহৈঃ পামদনা মথোয়বু তৌহনা পূক্নীং লৈতানা লৈবা মীশিংবু লেপ্পমক শেংদোক্হনবিবা ওাক্তনি ॥ ৫ ॥

যজ্ঞ, দান অমসুং তপ অহুমসিবু করম্ তৌবা হৌনৈ হায়বহু হৌজিক ভগবান অস্নুম তাক্লি—

এতান্যপি তু কর্ম্মাণি সঙ্গং ত্যক্ত্বা ফলানি চ।
কর্ত্তব্যানীতি মে পার্থ নিশ্চিতং মতমুত্তমম্ ॥ ৬ ॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— পার্থ—পৃথা (কুন্তী) গী মচাঃ হে অর্জ্জুন। তু—অদুগা; এতানি কর্ম্মানি অপি—মথক্ত হায়রিবা যজ্ঞ, দান অমসুং তপ ওইবা কর্ম্মশিংসিবুসু; সঙ্গং ত্যক্ত্বা—ঐনা তৌবনি (কর্ত্তানি) হায়বা নাপলসি (রাখলসি) থাদোক্লগা; ফলানি চ(ত্যক্ত্বা)—অমসুং মখোয়গী মহেঃ পামববুসু থাদোক্লগা; কর্ত্তব্যানি ইতি—তৌগদবনি হায়বসি; মে—কৃষ্ণ ঐগী; নিশ্চিতং উত্তমং মতম্—অরেপ্প অমসুং খ্বায়দগী অথোইবা মতনি ॥ ৬ ॥

**অপূ অর্থ :**— কুন্তীগী মচাঃ হে অর্জ্জুন। অদুগা মথক্ত হায়বিা যজ্ঞ, দান অমসুং তপ কর্ম্ম অহুমসিবুসু "ঐনা তৌবনি (অতোবা ঐনি) হায়বদি কর্ত্তানি" হায়বা নাপলসিবু থাদোক্লগা অমসুং মখোয়গী মহেঃ পামববুসু থাদোক্লগা তৌগদবনি হায়বসি কৃষ্ণ ঐগী অরেপ্প অমসুং খ্বাইদগী অথোইবা মতনি ॥ ৬ ॥

**অথপ্র রাঃ**

মথক্কী শ্লোক্ অহুমসিদা শ্রীভগবান মাগী অরেপ্প মত ওইনা নিত্য, নৈমিত্তিক অমসুং কাম্য মথল্ অহুমগী কর্ম্মশিং অসিবু মখোয়গী মহেঃ পামদনা অমসুং মশাঃবু অতোবা মীনি (কর্ত্তানি) হায়না চাউথোক্পা তৌদনা পাওথোক্লনা তৌগদবনি হায়বসি নীং-থিনা তাক্লি। কর্ম্ম তৌবদা মতীক্ চানা লৈরিবা মীশিংনা

কাম্যকর্ম্ম তৌদনা লৈবা থোক্লবস্থু নিত্য অমস্থুং নৈমিত্তিক কর্ম্মগী মশক্ ওইবা যজ্ঞ, দান অমস্থুং তপ অহুমসিবুদি শোযদনা তৌহুনা লৈগদবনি। মহুদগী মখোয়গী পুক্নীং শেংদোক্খিহুনা অশেংবা পুক্নীং অহুদা মশাগী অশেংবা শক্তম ওইবা পবব্রহ্মবু খঙনবা শক্তি লাক-কনি, নত্রগা পবমাত্মাগী মফমদা লেগুদনা থমবা যাবা ভক্তি পোক্কনি। মরম্ অসিনা শ্রুতিনা কর্ম্ম তৌহুনা লৈনবগী দমক অস্থুম হাযরি—"কুর্ব্বন্নেবেহ কর্ম্মাণি জিজীবিষেচ্ছতং সমাঃ" (শুঃ যজুঃ ৪০।২)—"তাইবঙসিদা কর্ম্ম-শিংবু তৌহুনা লৈবগা চহী চাঃমা ফাওবা হিংহুনা লৈবা পাম্মগদবনি।" "যান্যনবদ্যানি কর্ম্মনি তানি সেবিতব্যানি" (তৈঃউ ১। ১১ ।২)—"ফত্তবা নত্তবা হাযবদি অফবা কর্ম্মশিংবু তৌহুনা লৈগদবনি" "ত্রয়ো ধর্ম্মস্কন্ধা যজ্ঞোঽধ্যয়নং দানং" (ছাঃ উঃ ২।২৩।১)—যজ্ঞ, বেদ তমবগী মশক্ ওইবা তপ অমস্থুং দান অহুমসি ধর্ম্মগী মশক্ ওইবা উগী মউনি।" মবম্ অসিনা মশাগী পুনশীবু মহৈঃ য়ালহন-নীংবা মী-শিংনা শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাক্পা কর্ম্মশিংবু মহৈঃ পামবা তৌদনা শোযদনা তৌহুনা লৈগদবনি। মনু নস্থ মসিগী মবম্দা অস্থুম হাযরি—

**বেদোদিতং স্বকং কর্ম্ম নিত্যং কুর্য্যাদতন্দ্রিতঃ।**
**তদ্ধি-কুর্ব্বন্ যথাশক্তি প্রাপ্নোতি পরমাং গতিম্ ॥**

(মনু স্মৃতি ৪/১৪)

"বেদনা তৌ হায়না তাক্পা নশাঃ নশাঃগী কর্ম্মশিংবু তনবা লৈতনা শোয়দনা তৌহুনা লৈগদবনি। মী অহুনা মানা ঙমবা

মতুং ইননা কর্ম্মশিং অহুবু তৌদুনা লৈরবদি অথোইবা খুবমবু ফংবা ওমই ॥ ৬ ॥

মতৌ অসুম্না যজ্ঞ, দান অমসুং তপ কর্ম্ম অহুমসিবু থা-দোকপা চুমদে হায়বসি শ্রীভগবান মশাগী মত ওইনা তারুগা **"ত্যাজ্যং দোষবদিত্যেকে"** দোষ লৈবা মরমদগী কর্ম্ম পূম্নমক্ থাদোকদবনি হায়বা অতোপ্পগী মতসিবু ককথৎকে হায়বগীদমক্ মখল্ অহুমগী ত্যাগবু অসুম্না হায়বা হৌই—

**নিয়তস্য তু সন্ন্যাসঃ কর্ম্মণো নোপপদ্যতে।**
**মোহাত্তস্য পরিত্যাগস্তামসঃ পরিকীর্ত্তিতঃ ॥ ৭ ॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**—তু=মোক্ষ পামবা মীনা কাম্যকর্ম্ম তৌবা থাদোক্লবসু ; নিয়তস্য কর্ম্মণঃ=পূক্নীং (অন্তঃকরণ) শেংনবা শাস্ত্রনা তৌ তাকপা নিত্যকর্ম্মবু (মহেঃ পামদনা তৌবা যজ্ঞ, দান অমসুং তপঃবু); সন্ন্যাস=ত্যাগ তৌবা (থাদোকপা) অসিদি; ন উপপদ্যতে=হৌনদে;মোহাৎ=মসিবু খঙদতুনা; তস্য পরিত্যাগঃ=নিত্য কর্ম্ম থাদোকপা অসিবু; তামসপরিকীর্ত্তিত=তামস(তমোগুণদগী ওয়বা) ত্যাগ কৌই অসুম্না অথংবা মীশিংনা হায় ॥ ৭ ॥

**অপুম্ব অর্থ ঃ**— মোক্ষ পামবা মীশিংনা কাম্যকর্ম্ম তৌবা থাদোক্লবসু পূক্নীং শেংনবা শাস্ত্রনা তৌ তাক্পা নিত্যকর্ম্ম থাদোকপা অসি হৌনদে, মসিবু খঙদতুনা নিত্যকর্ম্ম থাদোক্পা অসিবু তামস ত্যাগ কৌই হায়না হায়নৈ ॥ ৭ ॥

অসুম্না তামস ত্যাগ করিনো হায়বছু তাল্লগা হৌজিক্ রাজস ত্যাগপু অসুম্না তাকলি—

**দুঃখমিত্যেব যৎকর্ম্ম কায়ক্লেশভয়াৎ ত্যজেৎ।**

**স কৃত্বা রাজসং ত্যাগং নৈব ত্যাগফলং লভেৎ ॥ ৮ ॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— দুঃখং ইতি এব=নিত্য-নৈমিত্তিকনচিংবা কর্ম্ম তৌহুনা লৈবসি অৱাবগী মশক্কি অসুম্না খন্দুনা মীহুনা; কায় ক্লেশভযাৎ=হকচাংদা অৱাবা ফংবহু কিবদগী; যৎকর্ম্ম ত্যজেৎ= নিত্যকর্ম-নচিংবা কর্ম্ম-শিং তৌবহু থাদোক্‌ই; সঃ=অহুম্না তৌবা মীহুনা; রাজসং ত্যাগং কৃত্বা=রাজস (রজোগুণদগী ওইবা) ত্যাগসিবু (কর্ম্ম তৌবা থাদোক্‌পসিবু) তৌবগা; ত্যাগ ফলং ন এব লভেৎ= কর্ম্ম থাদোক্‌পগী (সন্ন্যাস লৌবগী) মহেঃ জ্ঞান ফংনবা পূৰ্ব্বীং শেংবনচিংবা কবিমত্তা ফংদে ॥ ৮ ॥

**অপূন্ব অর্থ :**— নিত্য, নৈমিত্তিক-নচিংবা কর্ম্ম তৌহুনা লৈবসি অৱাবগী মশক্কি খন্দুনা মীহুনা হকচাংদা অৱাবা ফংবা কিহুনা নিত্য কর্ম্ম-নচিংবা তৌবহু থাদোক্‌ই, মহুম্না তৌবা মীহুনা রাজস ত্যাগ (রজোগুণদগী ওইবা কর্ম্ম থাদোক্‌পা) তৌরগা কর্ম্ম থাদোক্‌পগী মহেঃ,জ্ঞান ফংনবা পূৰ্ব্বীং শেংবনচিংবা কবিমত্ত ফংদে ॥ ৮ ॥ মতৌ অসুম্ন তামস অমসুং রাজস ত্যাগ তৌবা ফত্তে হায়রগা অকবা সাত্ত্বিক ত্যাগ তৌবগী মওং অসুন্ হৌজিক অসুম্না তাক্লি —

**কার্য্যমিত্যেব যৎকর্ম্ম নিয়তং ক্রিয়তেঽর্জুন।**

**সঙ্গং ত্যক্ত্বা ফলঞ্চৈব স ত্যাগঃ সাত্ত্বিকো মতঃ ॥ ৯ ॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— অর্জ্জুন=হে অর্জ্জুন! সঙ্গং=ঐ অতোবনি (কর্ত্তানি) হায়না অহংকার তৌবা (নাপল তৌবা); ফলং এব চ=তৌরিবা কর্ম্মতুগী মহৈংগী অপাম্ববুম্ন; ত্যক্ত্বা=থাদোক্লগা; কার্য্যং ইতি এব=মসি ঐগী তৌবা হৌনবা ঈথৌনি অস্নুম্না লেপ্তুনা; যৎ নিয়তং কর্ম্ম=শাস্ত্রনা তৌ তাকপা নিত্যকর্ম্ম-নচিংববু; ক্রিয়তে=পুক্লীং শেংনবগীদমক্ তৌহুনা লৈ; স ত্যাগঃ=কর্ম্ম তৌহুনা লৈববস্নু মহৈঃ থাদোক্পগী মশক্ ওইবা ত্যাগ অহু; সাত্ত্বিকঃ মতঃ=সাত্ত্বিক (সত্ত্বগুণগী ওয়বা) ত্যাগনি অস্নুম্ন হায়নৈ ॥৯॥

**অপূম্ব অর্থ :**— হে অর্জ্জুন! ঐ অতোবনি হায়না নাপল তৌবা অমসুং কর্ম্মগী মহৈঃ পামববুম্নু থাদোক্লগা "মসি ঐগী তৌবা হৌনবা ঈথৌনি" অস্নুম্ন লেপ্তুনা নিত্যকর্ম্ম-নচিংববু তৌহুনা লৈ, মতৌ অস্নুম্ন কর্ম্ম তৌহুনা লৈববস্নু মহৈঃ পামবা থাদোক্পহু সাত্ত্বিক ত্যাগনি অস্নুম্ন হায়নৈ ॥ ৯ ॥

মতৌ অস্নুম্ন তামস অমসুং রাজস ত্যাগ তৌবা থাদোক্লগা সাত্ত্বিক ত্যাগ তৌহুনা যজ্ঞ দান অমসুং তপ তৌহুনা মথোয়গী মহৈ পামদবদগী অমসুং ঐ অতোবনি (কত্তানি) হায়বা নাপল তৌদবদগী পুক্লীং শেংখ্রবা মীহুনা ফংগদবা আত্মজ্ঞানগী ফীবম অহুবু হৌজিক্ ভগবান্না অস্নুম্ন তাকলি—

**ন দ্বেষ্ট্যকুশলং কর্ম্ম কুশলে নানুষজ্জতে**
**ত্যাগী সত্ত্বসমাবিষ্টো মেধাবী ছিন্নসংশয়ঃ ॥১০॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— ত্যাগী=মথক্তা হায়খিবা সাত্ত্বিক ত্যাগবু

তৌদ্রুনা লৈরিবা; মরম তসিনা—সত্ত্বসমাবিষ্টঃ=তমঃ অমসুং রজঃ গুণ য়ান্দবা অশেংবা সত্ত্ব গুণদা লৈবা; মতুদগী—মেধাবী—আত্মজ্ঞানদা পূক্লীং লৈতানা লৈবা; মরম্ অতুদগী—ছিন্নসংশয়ঃ=সংসার অমসুং আত্মস্বরূপকী মরম্দা করিমত্ত চিংনবা লৈত্রবা মীতুনা; অকুশলং কর্ম্ম ন দ্বেষ্টি=য়াইফবা পীহৈবা (মতু তৌবদা পূক্লীং শেংবগী মশক্ ওইবা য়াইফবা ফংগদবা) নিত্যনৈত্তিক—নচিংবা কর্ম্মদসু পূক্লীং চংদে (পূক্লীং শেংখ্রবা মরম্ন আত্মা চিন্তন তৌবদা পূক্লীং চংনা লৈ) ॥১০॥

**অপূর্ব অর্থ ঃ**— মথক্ত হায়খিবা সাত্ত্বিক ত্যাগবু তৌদ্রুনা লৈরিবা, মরম্ অসিনা তমঃ অমসুং রজোগুণ য়ানদবা অশেংবা সত্ত্বগুণদা লৈবা, মতুদগী আত্মজ্ঞানদা পূক্লীং লৈতানা লৈবা মরম্ অতুদগী সংসার অমসুং আত্মস্বরূপকী মরমদা করিমত্ত চিংনবা লৈত্রবা; মীতুনা য়াইফবা পিহৈদবা কাম্য কর্মদা য়েংথাবা তৌদে, মতৌ অসুম্ন য়াইফবা পীহৈবা নিত্য-নৈমিত্তিক-নচিংবা কর্মদসু পূক্লীং চংদে ॥ ১০ ॥

## অথ পুরাঃ

শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্না সাত্ত্বিক ত্যাগ তৌবসি খ্বায়দগী অথোইবা ত্যাগনি হায়বসি তাক্লি। মসিগী মরম্দি সাত্ত্বিক ত্যাগদা কর্ম্ম পূম্নমক্ তৌদ্রুনা লৈববসু মীতুনা মশাবু অতৌবনি (কর্ত্তানি) অমসুং তৌরিবা কর্মশিংদুগী মহৈঃ চাবা মীসু (ভোক্তাসু) ওইগদবনি হায়বসি করিমত্ত খন্দে। অতৌবা মী (কর্ত্তা) অমসুং মহৈঃ চাবা মী

( ভোক্তা ) অনীসিগী নাপল তৌদনা সুপ্ন মানা তৌরিবা পূন্নমক অদু ঈশ্বরগী চরন্দা কৎথোক্লুনা ঈবুংঙো মাগী পেন্নবগী-দমক্তনি হায়বা রাখল্ অসি মাগী অরেপ্প ওইনা লৈ। মদুদগী মহাক্কী পূক্নীংদু শেংদোকখিদুনা জ্ঞান ফংনিংলবদি আত্মজ্ঞান ফংনবা শ্রবন, মনন-নচিংবা উপায় তৌবা হৌই, অদুগা পরমাত্মার নীংবগী মশক্ ওইবা সাধ্য ভক্তি ফংনিংলবদি মদুগীদমক্ ধ্যান যোগগী অভ্যাস তৌদুনা লৈ। মদুদা ধ্যান যোগগী অভ্যাস তৌদুনা লৈবদু মাগী সাধন ভক্তিনি. অদুগা মদুদগী পূক্নীং-না পরমাত্মাগী মওঙ লৌঃরনা লেঙদনা লৈবা সমাধিদু সাধ্য ভক্তিনি। মদু য়ৌরবদা ভক্তদুনা অতোপ্প করিনত্ত তৌনিংদে, মদুগী অভ্যাস তৌবদা মতম পূন্নমক্ত পূক্নীং চঙদুনা লৈ। মতৌ অদুম্না জ্ঞানগী লম্বী চৎপা জ্ঞানী ভক্তস্ মতম পূন্নমক্ত আত্মচিন্তন তেৌদুনা লৈ। নিত্য-নৈমিত্তিক অমসুং কাম্য, করিগুম্বা কর্ম্ম অমা তৌবদা পূক্নীং খিংজিন্দে, অদুগা কর্ম্মশিংদুদা য়েংথিরুবদসু তৌদে। মরম্ অসিনা শ্রীভগবান্না উদ্ধবকী মফমদা অসুম্ন হায়রি :—

দোষবুদ্ধ্যোভয়াতীতো নিষেধান্ন নিবর্ত্ততে।
গুণবুদ্ধ্যা চ বিহিতং ন করোতি যথাহর্ভকঃ॥

( ভাগঃ ১১।৭।১১ )

"করিগুমবা কর্ম্ম অমদা গুণ অনীসিবু য়েংত্রবা জ্ঞানী ওইবা মীদুনা দোষনি (ফত্তবনি) খন্দুনা নিষিদ্ধ (শাস্ত্রনা তৌগনু তাকপা)

কর্ম্ম তৌদে, অতুগা গুণনি (অফবনি) খন্দুনা বিহিত (শাস্ত্রনা তৌ তাক্পা) কর্ম্মবুস্থু তৌদে। মহাক্তি অঙাংগী মতৌগুম্না লাইবক্ত তমবা মতুংইন্না লাকইবা কর্ম্মছুবু করিমত্ত অপাম মিহৌ লৈতনা তৌহুনা লৈ।"

মতৌ অসুম্ন জ্ঞানীছুনা হিংছুনা লৈরিবৈগী মতমদা ব্যবহারগী থবক্ পূম্নমক্ তৌহুনা লৈরবস্থু মাগী মিংয়েংদা আত্মা নত্তনা তাইরংসি লৈতে, স্বপ্ন মায়ানা মরম্ ওইহুনা উবদনি। মরম্সিনা জ্ঞানীগী অশেংবা মিংয়েং অসিবু লৌঃহুনা শ্রীভগবান্ন উদ্ধবপু অসুম্ন হায়রি :—

**যদিদং মনসা বাচা চক্ষুর্ভ্যাং শ্রবণাদিভিঃ।**
**নশ্বরং গৃহ্যমাণঞ্চ বিধি মায়ামনোময়ম্॥**

( ভাগঃ ১১।৭।৭)

"মন ( পূক্নীং ), ৱাহৈঃ, মীৎ অনী, নাকোং অসি-নচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা লৌঃহুনা লৈরিবা পোৎ পূম্নমক্সি অরেপ্প লৈতবা ওাক্তনি। মখোয়সিবু নঙনা (উদ্ধবনা) মননা ( পূক্নীংনা শেম্গত্তুনা থমবা মায়াগী মশক্ ওাক্তনি হায়বসি খঙউ।" মরম্ অসিনা জ্ঞানীছুগী মীয়েংদা অনীশুবা লৈতবা আত্মা নত্তনা অতোপ্প পোৎ অমত্ত লৈত্রবদি করিগুম্বা পোৎ অমা লৌঃহুনা মাগী চিংনবস্থু লৈতে। মরম অসিনা শ্রুতিনা হায়রি—

**ভিদ্যতে হৃদয়গ্রন্থিশ্ছিদ্যন্তে সর্ব্বসংশয়াঃ।**
**ক্ষীয়ন্তে চাস্য কর্ম্মাণি তস্মিন্ দৃষ্টে পরাবরে।**

( মুঃ উ ২।২।৮ )

"সগুণ ( গুণ লৈবা ) অমসুং নিগুর্ণ ( গুণ লৈতবা ) ব্রহ্মগী মশক্ ওইবা আত্মাসি শংশঙনা উর-থংলবদা জ্ঞানী ওইবা মীতুগী হৃদয়গা লোইননা চেংনা ক্ষিশিকিহ্নুনা লৈরমবত্থু নাম্ভোক্‌খি, চিংনবা পূম্নমক্‌পুস্থু কোক্‌খি অমসুং পাপ পুণ্যগী মশক্ ওইবা কর্ম্ম পুম্নমক্ মাঙখি ( মহাক্ মতৌ অসুম্ন প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইব-মক্তদা ব্রহ্মদা তিন্দুনা লৈ )" ॥ ১০ ॥

মতৌ অসুন্ন জ্ঞানী ওইবা মীশিংদনা অপাম-মিহৌ লৈতবা মরমদগী কর্ম্ম থাদোক্‌পা ঙম্মি হায়বসি তাক্লগা হৌজিক্ অজ্ঞানী-শিংনা কর্ম্ম থাদোক্‌পা ঙমদবগী মবম্ অসুম্না হায়রি—

**নহি দেহভৃতা শক্যং ত্যক্তুং কর্ম্মাণ্যশেষতঃ।**
**যস্তু কর্ম্মফলত্যাগী স ত্যাগীত্যভিধীয়তে ॥১১॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা** :— হি=মসিগী মবম্‌দি ; দেহভৃতা=হকচাংবু ঐমক্লি থন্দুনা লৈবা অজ্ঞানী ওইবা মীনা ; কর্ম্মাণি=কর্ম্ম-শিংবু ( থবক্‌শিংবু ) ; অশেষতঃ ত্যক্তুং ন শক্যম্=পূম্থা থাদোক্‌পা ঙমদে ; (তস্মাৎ) যঃ তু কর্ম্মলফত্যাগী=মবম্ অসিনা মীতুনা কর্ম্মগী মহৈংবু থাদোক্‌ই ; সঃ ত্যাগী ইতি অভিধীয়তে—মহাক্ অত্থু ত্যাগীনি ( কর্ম্মবু থাদোক্লবনি) অসুম্ন হায়নৈ ॥ ১১ ॥

**অপুম্ব অর্থ** :— মসিগী মবম্‌দি হক্‌চাংবু ঐমক্লি থন্দুনা লৈবা অজ্ঞানী ওইবা মীনা কর্ম্মশিংবু পূমথা থাদোক্‌পা ঙমদে. মরম্ অসিদগী মীতুনা কর্ম্মগী মহৈংবু থাদোক্‌ই অত্থুগুম্ব মহাক্ অত্থু ত্যাগীনি (কর্ম্মবু থাদোক্‌পনি) অসুম্ন হায়নৈ ॥ ১১ ॥

## অথ্‌ৃপ্ল ৱাঃ

জ্ঞানী ওইবা মীনা হক্‌চাং সিবু ঐনি হায়না কদৌঙৈদস্তু নাপল্‌ তৌদে। ব্যবহার তৌবা মতমদা মানা হক্‌চাংশিবু "ঐ" হায়-ৱবস্তু আত্মাবু মতম পুম্নমক্ত হক্‌চাংদগী তোপ্ল খণ্ডহুনা লৈ। মবম্‌ অসিনা জ্ঞানীনা কর্ম্ম তৌববস্তু তৌদবগা চপ্‌ মান্ননা লৈ; অদুগা অজ্ঞানীদি হক্‌চাংসিবু ঐনি হায়না খঙবা মরম্‌দগী হক্‌চাংনা তৌবা কর্ম্ম (থবক্‌) পুম্নমক্‌পু মানা তৌবনি খল্লি। মবম্‌ অসিদগী মানা কর্ম্মবু থাদোক্‌পা ঙমদে, মানা কর্ম্মগী মহৈঃ থাদোক্‌পা অদুতবু লৌ.বগা মাবু ত্যাগীনি অস্তুম্ন হায়নৈ। অজ্ঞানীনা কর্ম্ম থাদোক্‌পা ঙমদে হায়বসিদি অহানবদস্তু শ্রীভগবান্ন "নহি কশ্চিৎ ক্ষণমপিজাতু তিষ্ঠত্যকর্ম্মকৃৎ" ( গীতা ৩।৫ ) "কনা অমত্তস্তু মীকুপ অমত্তং ফাওবস্তু থবক্‌ তৌদনা কদৌঙৈদস্তু লৈবা ঙমদে" অস্তুম্ন হায়খ্রে ॥ ১১ ॥

সাত্ত্বিক ত্যাগ তৌবা মীনা পুক্লীং শেংবা মরম্‌দগী আত্ম-জ্ঞান ফংহুনা কর্ম্ম পুম্নমক্‌পু থাদোক্লুনা সন্ন্যাসী ওই অদুগা কর্ম্মগী মহৈঃ পামহুনা কর্ম্ম তৌহুনা লৈবা মী-শিংনদি কর্ম্মগী মহৈঃবু মখল্‌ ভাল্তম থোক্লা ফংই হায়বসিবু হৌজিক ভগবান্ন অস্তুম্ন তাকলি—

**অনিষ্টমিষ্টং মিশ্রঞ্চ ত্রিবিধং কর্ম্মণঃ ফলম্‌।**
**ভবত্যত্যাগিনাং প্রেত্য ন তু সন্ন্যাসিনাং ক্কচিৎ ॥১২॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ—** অত্যাগিনাম্‌=কর্ম্মগী মহৈঃগী অপাম্বৱ

থাদোক্পা তৌদনা কর্ম্ম তৌহ্না লৈবা মীশিংগী ; প্রেত্য—শিরবা তুংদা ; কর্ম্মণঃ=মথোয়না তৌবা পাপ-পুণ্য কর্মগী মতুং-ইননা ; অনিষ্টং=অৱাবগী মশক্ ওইবা ; ইষ্টং=ফুংঙাইবগী মশক্ ওইবা ; মিশ্রং চ—অমসুং অৱা-ফুংঙাই য়ানশিনবগী মশক্ ওইবা ; ত্রিবিধং ফলং ভবতি—মখল্ অহুমসিগী মহৈঃ ওই ; তু=অদুবু ; সন্ন্যাসিনাম্=আত্মজ্ঞান ফংলবা সন্ন্যাসশিংগীদি (কর্ম্মত্যাগীশিংগীদি); ক্বচিৎ ন ভবতি=কদৌঙৈদসু কর্ম্মগী মহৈঃ ফংবা ওইদে ॥ ১১ ॥

**অপূর্ব্ব অর্থ ঃ**— কর্ম্মগী মহৈংগী অপাম্ববু থাদোক্পা তৌদনা কর্ম্ম তৌহ্না লৈবা মীশিংগী শিরবা তুংদা মথোয়না তৌখিবা পাপ-পুণ্য কর্ম্মগী মতুং ইননা অৱাবগী মশক্ ওইবা, ফুংঙাইবগী মশক্ ওইবা অমসুং অৱা-ফুংঙাই য়ানশিনবগী মশক্ ওইবা মখল্ অহুমগী মহৈঃ ওই ; অদুবু আত্মজ্ঞান ফংলবা সন্ন্যাসীশিংগীদি কদৌঙৈদসু কমগী মহৈঃ ফংবা ওইদে ॥ ১১ ॥

## অথ প্রশ্নঃ

শ্লোকসিদা "সন্ন্যাসিনাম্" হায়বা ৱাহৈঃসিদগী মহৈংগা লোয়ননা কর্ম্ম পূম্নমক্পু থাদোক্তুনা মকোক্ ওইবা সন্ন্যাস লৌঃহ্না (লম্বোইহ্না) লৈবা আত্মজ্ঞনীশিংবু লৌঃগদবনি। মরম্দি মথোয়না শিরবা তুংদা কর্মগী মহৈঃ ফরিমত্ত ফংলোই, মথোয়দি মতম অহুদা (শিবা মতমদা) ব্রহ্মদা তিন্দুনা অমত্ত ওইনা লৈ। অদুগা জ্ঞান ফংনিংহ্না কর্ম্মগী মহৈঃ থাদোক্পা তৌদনা

কর্ম্ম তৌহ্নুনা লৈবা অজ্ঞানীনা জ্ঞান ফংদ্রিবৈগী মমাঙদা করি-শুম্বা শিখিবা থোক্লবদি মতুংগী মপোক্ত মানা হাননা তৌখিবা কর্মগী মতুং ইননা শোয়দনা মথল্ অহুমগী মহৈংগী মন্নুংদা মহৈঃ অমদি ফংগনি। ফংগদবা মপোক্ অদুদা মানা অমুকহন্না হোৎ-নহুনা জ্ঞান ফংবস্নু য়াই, অদুগা জ্ঞান ফংলবদি মহাক্ অমুক হননা পোক্লবোই। জ্ঞানদগী কর্ম্ম পূম্নমক্ মাঙই হায়বসি শ্রীভগবান্ন হান্না মস্নুম্ন হায়খ্রে— জ্ঞানাগ্নিঃ সর্ব্বকর্ম্মাণি ভস্মসাৎ কুরুতে তথা" (গীতা ৪।৩৭) "জ্ঞানগী মশক্ ওইবা মৈংনা কর্ম্ম পূম্নমক্পু উৎ ওইহললী।" মবম্ অসিনা মপোক্ ফংনবা কর্ম্ম লৈতবা মরম্ন জ্ঞানী অমুক্ হন্না পোক্তে; মাদি মতম পূম্নমক্তীদমক্ ব্রহ্মদা তিন্দুনা ব্রহ্মগী মশক্ ওইনা লৈ। অদুবু অজ্ঞানীশিংদি মখোয়না তৌখিবা কর্মশিং মাংদবা মরম্দগী মতুগী মতুং ইননা মহৈঃ চাংনবগীদমক্ হননা হননা পোক্তুনদা লৈ। মখোয়না তৌংখিবা কর্মশিংতুগী মন্নুংদা পাপ কর্মগী মহৈঃ অরাবনি, পূণ্য কর্মগী মহৈঃ নুংঙাইবনি অদুগা পাপ অমস্নুং পুণ্য ওইবা কর্মগী মহৈংদি অরা-নুংঙাইবনি ॥ ১২ ॥

জ্ঞানী ওইবা মীনা মশাবু অতৌবা মীনি (কর্ত্তানি) অমস্নুং অচাবা মীনি (ভোক্তানি) হায়বা রাখল্ থাদোক্তুনা লৈবা মরম্ন কর্ম পূম্নমক্পু থাদোক্পা ঙমই, অদুগা অজ্ঞানী ওইবা মীনা হক্চাংসিবু মশানি থংহুনা লৈবা মরম্ন কর্ম থাদোক্পা ঙমদে হায়বসি অহানবদা হায়খ্রে। হৌজিক্ অজ্ঞানীশিংনা তৌন্নিবা কর্মশিংতুগী মরম্ মত্তাবু শ্লোক মরিনা অস্নুম্ন তাক্পা হৌই।

**পঞ্চৈতানি মহাবাহো কারণানি নিবোধ মে।**
**সাংখ্যেকৃতান্তে প্রোক্তানি সিদ্ধয়ে সর্ব্বকর্ম্মণাম্॥১৩॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** মহাবাহো=পাম্বোম চাওবা হে অর্জ্জুন!, কৃতান্তে=কর্ম্ম পুন্নমক্ মতুদা লোইবা ; সাংখ্যে=বেদান্ত শাস্ত্রদা ; সর্ব্বকর্ম্মণাং সিদ্ধয়ে=কর্ম্ম পুন্নমক্পু পাংথোক্পা য়ানবগীদমক্ ; প্রোক্তানি=নিংথিনা হায়খিবা (তাক্খিবা) ; এতানি পঞ্চ কারণানি =মরম্ মঙাসিবু ; মে নিবোধ=কৃষ্ণ ঐনা হাযবা মতুং ইননা নহাক্না ( অর্জ্জুননা ) খংউ ॥ ১৩ ॥

**অপুন্ন অর্থ :—** পাম্বোম চাওবা হে অর্জ্জুন। কর্ম্ম পুন্নমক্ লোইনবগী মফম ওইবা বেদান্ত শাস্ত্রদা কর্ম্ম পুন্নমক্পু পাং-থোক্পা য়া-নবগী নিংথিনা তাক্খিবা মরম্ মঙাসিবু কৃষ্ণ ঐনা হায়বা মতুং ইননা নহাক্না খংউ ॥ ১৩ ॥

## অথ প্রস্তাবঃ

শ্লোকসিদা শ্রীভগবানন "সাংখ্য" হাযবা বাহৈংসিনা জীব অমসুং ব্রহ্মগী অংশ না শক্রমদা অমত্ত ওইনা খংহন্ন বেদান্ত শাস্ত্রবু হায়বনি, কপিল ঋষিগী মশিং কক্ত তত্ত্ব কননঙাবু তাক্পা সাংখ্য শাস্ত্রবু লৌখনা হাযবা নত্তে, মদদি ( কপিলগী সাংখ্য শাস্ত্রদদি ) ঈশ্বর লে হাযবসিবস্ম যাদে, মুপ্ন প্রকৃতি অমসুং পুরুষ ( জীবাত্মা ) অনাসিবু লৌখনা বিচার তৌবনি। মরম্সিনা "প্রাধান্যেন জীবব্রহ্মণোরৈক্যং সংখ্যায়তে=ব্যপাদিস্থতে যস্মিন্নিতি সাংখ্যম্=বেদান্তশাস্ত্রম্"— "মকওইনা জীব

অমসুং ব্রহ্ম অমত্তনি হায়না তাক্লিবা বেদান্ত শাস্ত্রবু সাংখ্য কৌই।" অদুগা বেদান্ত শাস্ত্রদি উপনিষদ্‌শিংনি ; মখোয়শিং অদুদা **"অহংব্রহ্মাস্মি"** (বৃঃ উঃ ১।৪।১০) "ঐ ব্রহ্মনি।" **"তত্ত্বমসি"** (ছাঃউঃ ৬।৮।৭) "ব্রহ্মদু নঙনি"। **"অয়মাত্মা ব্রহ্ম"** (বৃ;উঃ ২।৫।১৯) "জীবাত্মাসি ব্রহ্মনি।" অসি—নচিংবা মন্ত্রশিংনা জীবাত্মাসিবু ব্রহ্মনি হায়বা তাক্লি। ব্রহ্ম নত্তবা অতোপ্প পোৎ অমত্ত লৈতে, উবি-খংলিবা পোৎ পূম্নমক্‌সিদি মঙদা উবা অমসুং খঙবা পোৎকী মতৌগুমবা ঙাক্তনি। মবম্ অসিনা আত্মাবু খঙলবদি পূম্নমক্ খঙবা ওই। আত্মাদগী অতোপ্প ওইনা খঙদবা অশেংবা পোৎ অমত্ত লৈহৌদে। মবম অসিনা শ্রুতিনা হায়বি— **"আত্মনি অরে বিজ্ঞাতে সর্ব্বমিদং বিজ্ঞাতংভবতি।"** (বৃঃ উঃ ২।৪।৫) হে মৈত্রেয়ী! আত্মাবু শংশঙনা খঙলবদা পূম্নমক্‌সি নীংথিনা খঙবা ওই।" অদুগা "কৃতান্তে অসি "সাংখ্যে" শব্দসিগী বিশেষণনি। "কৃত"গী অর্থদি কর্ম্মনি। মবম্ অসিনা "কৃতানাং—কর্ম্মণাং অন্তঃ—পবি সমাপ্তিঃ যস্মিন্নিতি কৃতান্তম্।" "কর্ম্ম পূম্নমক্ মদুদা লোইবা অদুবু কৃতান্ত কৌই"। ব্রহ্মজ্ঞান পোক্‌হনবা ঙমবা বেদান্ত শাস্ত্রদা কর্ম্ম পূম্নমক্‌সি লোই। মরম্ অসিনা শ্রীভগবান্ন অহানবদা হায়খ্রে **"সর্ব্বং কর্ম্মাখিলং পার্থ জ্ঞানে পরিসমাপ্যতে"** (গীতা ৪।৩৩) "হে পার্থ! কর্ম্ম পূম্নমক্ লেমহৌবা তৌদনা জ্ঞানদা লোই।" মবম্ অসিদগী আত্মজ্ঞান পোক্লবতদা কর্ম্ম পূম্নমক্‌পু থাদোক্‌পা ঙমই আত্মজ্ঞান লৈত্রবদি কর্ম্মবু পূম্‌থা থাদোক্‌পা য়াদে॥ ১৩॥

কর্ম্মগী অতৌবা মী (কর্ত্তা) অমসুং অচাবা মী (ভোক্তা)

আত্মা নত্তে, কর্ম্মগী তৌবনচিংবা মরম্ মঙা লৈ হায়খিবদুবু হৌজিক ভগবান্ন অস্মুম্ন তাক্লি—

অধিষ্ঠানং তথা কর্ত্তা করণঞ্চ পৃথগ্ বিধম্।
বিবিধাশ্চ পৃথক্ চেষ্টা দৈবঞ্চৈবাত্র পঞ্চমম্ ॥১৪॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ—** (কর্ম্মগী অহাম্ব মরম্) অধিষ্ঠানম্=অপামমিহৌ অন্না-হুংঙাই-নচিংবা জ্ঞানগী ফোঙদোক্লফম ওইবা হকচাং; (অনীশুবা মরম্) তথাকর্ত্তা=মতৌ অহুম্ন জ্ঞান শক্তি মতুদা মকোক্ ওইনা লৈবা অমসুং "ঐ অতৌবনি", "ঐ অচাবনি" হায়না নাপল তৌবা অহংকার (চেতন আভাস হায়বদি চেতনগী—মিগী মশক্ ওইবা মঙালগা লোয়নবা অন্তঃকরণ); (অহুমশুবা মরম্) পৃথক বিধম চ করণ=অহুগা রূপ-রসনচিংবা বিষয়শিংবু লৌঃবদা অমসুং চং-খোংপনচিংবা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা; খোঙ-খুৎনচিংবা কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা, মন অমসুং বুদ্ধি পুন্না তরানিথোই; (মরিশুবা মরম্) বিবিধা চ পৃথক চেষ্টা=মতৌ অহুম্না মখল্ মথা য়াম্না তোঙান তোঙানবা সোর হোনদোক হোনজিন-নচিংবা চেষ্টা (ক্রিয়াগী মশক্ ওইবা থবক্) তৌহুনা হক্চাংগী মনুংদা লৈবা প্রাণ, অপান-নচিংবা নুংশীৎশিং; চ=অহুগা; অত্র পঞ্চমম্=মসিদা মঙাশুবা মরম্দি; দৈবং এব=মথক্তা হায়রিবা মরম্ মরিসিগী অধিষ্ঠাতা (মপু) ওইহুনা লৈবা পৃথিবী-নচিংবা দেবতাশিংনি ॥১৪॥

**অপুন্ন অর্থঃ—** (কর্ম্মগী অহানবা মরম্) অন্না-হুংঙাই-নচিংবা ফোংদোক্লবগী মফম্ ওইবা হক্চাং, (অনীশুবা মরম্)

মতৌ অত্নুগা মহাক্না জ্ঞান শক্তি লৈবা অমসুং "ঐ অতৌবনি (কর্ত্তানি) হায়বা নাপল তৌবা অহংকার (অন্তঃকরণ), (অহমগুম্না মবম্) রূপরস-নচিংবা বিষয়শিং লৌ.বদা অমসুং চং-খোংপ-নচিংবা থবক্ তৌবদা সাধন ওয়বা মীৎ-লৈয়েং-নচিংবা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা, খোঙ খুৎনচিংবা কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা, মন (পুক্নীং) অমসুং বুদ্ধি মখোয় পুম্না অমানীথোক্নি, (ময়িশুবা মথম্) মতৌ অতোপ্পা মথক্ মথা য়ামনা তোঙান-তোঙানবা লোম হোন্দোক্ হোনজিন-নচিংবা চেষ্টা (ক্রিয়াগী মশাক্ ওইবা থবক্ তৌদুনা) হক্চাংগী মনুংদা লৈবা প্রাণ অপান-নচিংবা হুমশীংশিং অদুগা মসিদা মঙাশুবা মরমদি মথক্তা হায়রিবা মশম্ ময়িনিগী মপু ওইদুনা লৈবা পৃথিবী-নচিংবা দেবতাশিংনি ॥ ১৪ ॥

## অথ পূর্ব্বং রাঃ

অশেংবা মওংদা আত্মাসি মফম পুম্নমক্ত শীন-থুম্না লৈবা অমসুং চেতন ওইদুনা মতম পুম্নমক্ত মশাগী মতোমদা ডানদুনা লৈবা অদুগা মঙোন্দ ক্রিয়া লৈতবা মরম কর্ত্তা (অতৌবা মী) অমসুং ভোক্তা ('অচাবা' মী) নত্তে। মসি অমদা লৈবগা লেঙ-খোংপনচিংবা ক্রিয়া তৌদুনা থবক্ তৌবিবা পোৎ অদু কর্ত্তানি (অতৌবা মীনি)। শীন্ থুংনা লৈবা পোত্ত ক্রিয়া লৈতে। মবম্ অসিনা আত্মা কর্ত্তা নত্তে, অদুগা ভোক্তাসু নত্তে; মরমদি কর্ত্তা ওইদুনা তৌরবদতা মহুৎগী মহেৎ চাবা মী (ভোক্তা) ওইগদবনি। আত্মাদি কর্ত্তা ওইদবা মরম ভোক্তা ওইবা য়াদে। মরম্ অসিনা শ্রীভগবান্না মফমসিদা কর্ম্ম (থবক্) তৌবদা চঙশদবা

মখম্ মতাবু তাক্পনি। মতৌ মতুংদা অহান্ব মফমদি পঞ্চভূতনা ( লৈবাক, ঈশিং, মৈঃ, নুংশিৎ অমসুং অতিয়া ফুংগা নঙানা ) শাবা অপোৱা হক্চাংসি কর্ম্ম তৌনফম ওইবা। মরম্সি, হক্চাংতদা কর্ম্ম তৌবা য়াই, হক্চাং লৈতনা কর্ম্ম তৌবা য়াদে। অনীশুবা মরম্দি জ্ঞান শক্তি লৈবা অমসুং অপাম্ব পঞ্চভূতনা শাবা অহং-কারনি ( অন্তঃকরণনি )। মসিনা পঞ্চ-ভূতকা মশোংনা পোং তানা ওইবা মরম্ম অন্তঃকরণসিদা চেতন আত্মাগী আভাস ( মিগী মশক্ ওইবা মওং ) তাই। মতাং অদুগা লোয়ননা অমগা ওইনা লেবা মরম্দগী জ্ঞান শক্তি মা রূপা মরম্ম মশানক্পু চেননি খন্দুনা অন্তঃকরণ কর্ত্তা অমসুং ভোক্তা ওই; অদুগা "এনা তৌবানি অমসুং চাবনি" হায়না নাপল তৌই। অদুম্ম নাপল তৌবা অদুদগী অন্তঃকরণবু "অহংকার" হায়নস্ম কৌই। মতৌ অদুম্ম অন্তঃকরণসি কর্ম্মগী ( থবক্ তৌবগী ) ভাগশুনা মখম কর্ত্তানি। অদুগা অহুমশুবা মরম্দি রূপ, রসনচিংবু লৌঃহুনা লৈবা মীং—লৈয়েঙ-নচিংবা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা ( খঙনবা ইন্দ্রিয় মঙা ), খোঙ খুৎনচিংবা কর্ম্মেন্দ্রিয় ( থবক্ তৌনবা ইন্দ্রিয় ) মঙা, অদুগা য়াথল্-নচিংবা তোঙুনা লৈবা মন অমসুং বুদ্ধি মখোয় অণানিংথাঙ্ক অসিনি। মখোয়সিবু তোঙানা তোঙানা "করণ" (মদুনা মরম্ ওইদুনা তৌবা য়াবা) হায়না কৌই। মতৌ অদুম্ম কর্ম্মগী মরিশুবা মরম্দি ক্রিয়া শক্তি লৈবা প্রাণ, অপান, ব্যান, উদান অমসুং সমান, অদুগা নাগ, কূর্ম্ম, কৃকর, দেবদত্ত অমসুং ধনঞ্জয় কৌবা হক্চাংগী মতুংদা মওম পুন্নমক্ত চগুনা লৈবা হুংশিং তরা অসিনি।

মখোয়না হোৎনবদগী (চেষ্টা তৌবদগী) কৰ্ম (থবক্) পুন্নমক্সি পাংথোক্লিবনি। অদুগা মঙাশুবা কৰ্মগী মরম্দি ˙ মথক্ত হায়খ্রিবা মরম্ মরি অসিগী অধিষ্ঠাতা ওইবা (মপু ওইদুনা লৈবা) পৃথিবী-নচিংবা দেবতাশিংনি (লাইশিংনি)। মখোয়না ঈনশিন্দুনা কৰ্ম পুন্নমক্সি পাংথোকলিবা ঙাক্কেনি। হক্চাংনচিংবা মরম্ মরিগী অধিষ্ঠাতা (মপুওইনা লৈবা) দেবতাশিংবু মথাদা মথং মনাও নাইনা ইরি—

| | | |
|---|---|---|
| অধিষ্ঠান— | হক্চাংগী দেবতা | পৃথিবী |
| কৰ্ত্তা | অহংকারগী „ | রুদ্র |
| করণ জ্ঞানেন্দ্রিয় | কর্ণগী (নাকোংগী) „ | দিক (মায়কৈ) |
| „ „ | ত্বক্কী (উনশাগী) „ | বায়ু (নুংশিৎ) |
| „ „ | চক্ষুগী (মীৎকী) „ | সূর্য্য (নুমিৎ) |
| „ „ | রসনাগী (লৈয়েংগী) „ | বরুণ (ঈশিং) |
| „ „ | নাসিকাগী (নাতোনগী „ | অশ্বিণীকুমার |
| „ কৰ্মেন্দ্রিয়— | বাক্কী (ঋাঃঙাওনবা লৈতোনগী) „ | অগ্নি (মৈ) |
| „ „ | হস্তগী (খুৎকী) „ | ইন্দ্র |
| „ „ | পাদগী (খোঙগী) „ | বিষ্ণু |
| „ „ | পায়ুগী (অমাংথোংগী) „ | যম |
| „ „ | উপস্থগী(ঈশিংথোঙগী) „ | ব্রহ্মা |
| „ জ্ঞান শক্তি— | মনগী (পুক্নীংগী) „ | চন্দ্র (থা) |
| „ „ | বুদ্ধিগী (লৌশিংগী) „ | বৃহস্পতি |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ক্রিয়াশক্তি | — | প্রাণগী দেবতা | সদ্যোজাত |
| ,, | — | অপানগী ,, | বামদেব |
| ,, | — | সমানগী ,, | অঘোর |
| ,, | — | উদানগী ,, | তৎপুরুষ |
| ,, | — | ব্যানগী ,, | ঈশান্ |

মসিদা সদ্যোজাতদগী হৌদ্রুনা ঈশান ফাওবসি মহাদেবগী অতোপ অতোপ্প মওডগী লাই মণ্ডানি। অদুগা নাগ, কুর্ম্ম-নচিংবা হুংশীৎশিংদি প্রাণ নচিংবগী মনুং চননা লৈবা মরম্ম মথোয়গী অতোপ্প অধিষ্ঠাতা দেবতা অমত্ত লৈতে। মতৌ অসুম্ম হক্চাংদগী হৌদ্রুনা অধিষ্ঠাতা দেবতাশিং ফাওবা মবম্ মণ্ডা অসিনা কর্ম্ম (থবক্) পূম্নমক্ তৌবনি। আত্মাদি মতম পূম্নমক্ত নিষ্ক্রিয় (ক্রিয়া লৈতবা) ওইনা লৈবদগী অশেংবা মওডদা করিগুমবা থবক্ অমত্ত তৌদে। মসিবু খঙদত্রুনা মীনা আত্মাবু কর্ত্তা অমসুং ভোক্তানি খংদ্রুনা লৈবা মরম্দগী সংসাবদা পুন্দুনা লৈরিবনি হায়ব-সিবু ভগবান্না তাক্পনি ॥ ১৪ ॥

মতৌ অসুম্ম কর্ম্ম (থবক্) তৌবদা চঙবা মখল্ মণ্ডাগী মরম্সি মশক্ তাক্লগা হৌজিক মথোয়না তৌবা কর্ম্মগী মখল্ অহুমবু অসুম্ম তাক্লি—

**শরীরবাঙ্‌মনোভির্যৎ কর্ম্ম প্রারভতে নরঃ।**
**ন্যায্যং বা বিপরীতং বা পঞ্চৈতে তস্য হেতবঃ ॥১৫**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**—নরঃ=মীওইবনা ; শরীর-বাগ্-মনোভিঃ

—হক্চাং য়াহৈঃ, অমসুং পূর্কীং অহুমসিনা মরম্ ওইহুনা; ব্যায়ংবা—অচুমবা (শাস্ত্রনা তৌ তাকপা নত্রগা শাস্ত্রনা তৌগনু হায়না থিংদুনা); বিপরীতং বা=অমদি চুমদবা ( শাস্ত্রনা তৌগনু তাক্পা নত্রগা ব্যবহারদা ফত্তবা); যৎ কর্ম্ম প্রারভতে—করিগুম্ব থবক্ অমা তৌবা হৌই ; তস্য— অদুগী তৌরিবা থবক্'হুগী ; পঞ্চ এতে হেতবঃ—মথক্তা হায়খিবা মঙাসি মরমনি ॥ ১৫ ॥

**অপূন্ন অর্থ :**— মীওইবনা হক্চাং, বাহৈঃ অমসুং পূর্কীং অহুমসিনা মরম্ ওইহুনা অচুমবা ( অফবা ) নত্রগা চুমদবা ( ফত্তবা ) করিগুম্ব থবক্ অমা তৌবা হৌই ; অদুগী তৌরিবা থবক্ অদুগী মথক্ত হায়খিবা মথল্ মঙাসি মরমনি ॥ ১৫ ॥

## অথপ্পা ব্রাঃ

মসিদা "নরঃ" হায়বদি "মীওইবনা" অসুন হায়বা অসিদগী কর্ম্ম তৌবদা মতাক্ চাংবা অসি মী ওইনা পোক্পা জীবমক্তনি। লাই, শাং-ভাং-নচিংবা মপোক্তা পোক্পা জীব কর্ম্ম তৌবদা মতাক্ চাংদে, মখোয়দি মখোয়না অজ্ঞানবা মীওইবগী মপোক্ত তোখিবা কর্ম্মশিংগী মহৈঃ ফংননবগীদমক্ লাই-নচিংবা মপোক্ ফংহুনা লেবনি। অদুগা মীওইবনা তৌবা থবক্ অসিসু হক্চাংনা তৌবা, বাঙাঙনা তৌবা অমসুং পূর্কীংনা তৌবা খেন্নবদগী অহুম থোক খায়। থবক্ অহুম অসিদগী অতোপ্প থবক্ অমত্ত লৈতে। পূন্নমক্ অহুমসিগী মনুংচনবা ঙাক্তনি। মতৌ অসুন্না অফ-ফত্ত থবক্ অহুমসিবু মীওইবনা তৌবদা মথক্ত হায়খিবা মরম্ মঙা অসিনি মসিদগী অতোপ্প ক... অমা লৈতে হায়বসি শ্রীভগবান্ন নফম অসিদা তাক্লি ॥ ১৫ ॥

মতৌ অসুম্ন মংক্ত হায়খিবা মবম্ মঙা অসিদনা থবক্ পূম্নমক্ পাঙলোক্পনি, আত্মাদি মঙাসিগী মন্নং চনদে, মরম্ অসিনা আত্মাবু কর্ত্তানি (অতৌবা মীনি) খঙবা মী অজ্ঞানী ওইবা অপঙবা মীনি হায়বসিবু তৌজিক্ ভগবান্ন অসুম্ন ওাক্লি –

**তত্রৈবং সতি কর্ত্তারমাত্মানং কেবলং তু যঃ।**
**পশ্যত্যকৃতবুদ্ধিত্বান্ন স পশ্যতি দুর্ম্মতিঃ ॥১৬॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** তত্র থবক্ পূম্নমক্ তৌবা অমুদা ; এবং সতি—মথক্তা হাযখিবা হক্চাং নচিংবা মঙাসিদা মবম্ ওইবনি লেপ্লবদা ; যঃ তু—মীহুনা ; কেবলম আত্মানম্—অনীশুবা পোং লৈতবা মতোমদা ঙান্দুনা নৌবা অমসুং ক্রিয়া অমত্তু লৈতবা আত্মাসিবু ; কর্ত্তারং পশ্যতি= কর্ত্তানি (অতৌবা মী) হায়না য়েংই (খঙই) ; সং দুর্ম্মতিঃ—অতুগুমবা ফত্তবা রাখল্ থমবা মীহুনা : অকৃতবুদ্ধি ত্বাৎ শাস্ত্র য়েংহুনা অমসুং অখঙবা আচার্য্যগী মনাক্ত চংলগা হংহুনা বুদ্ধি শেংদোক্তবা মরমদগী ; ন পশ্যতি—আত্মাগী অশেংবা তত্বহুম্বু উদে (খংদে) ॥ ১৬ ॥

**অপুম্ব অর্থ :**— থবক্ পূম্নমক্ তৌবহুদা মথক্ত হায়খিবা হক্চাং-নচিংবা মঙাসিদা মবম ওইবনি লেপ্লবদা মীহুনা অনীশুবা লৈতবা মঙোন্দ ঙান্দুনা, নৌবা অমসুং ক্রিয়া লৈতবা আত্মাসিবু কর্ত্তানি ( অতৌবা মীনি ) হায়না খংই, অতুগুম্বা ফত্তবা রাখল্ থমবা মীহুনা শাস্ত্র য়েংদুনা অমসুং অখঙবা আচার্য্যগী মনাক্ত

চৎলগা হৎহুনা বুদ্ধি শেংদোক্তবা মরম্‌দগী আত্মাগী অশেংবা তত্ত্বহুবু খংদে ॥ ১৬ ॥

## অথ পূর্ণ ব্রাঃ

আত্মা অমত্তনি, মহাক্তি মরম পুন্নমক্ত অমত্ত ওইবা আকাশগী মতৌগুম্ন শীন্‌-থুংনা ৈলরিবনি। ঐখোয়না ব্যবহারগী মতমদা ময়াম ওইনা উরি-খণ্ডলিবসিদি আকাশ অমত্ত ওইরবস্তু মুম্‌, কৈঃ, চক্‌-নচিংবা উপাধি ময়ামগী মন্নুংদা চণ্ডহুনা মুম্‌ মন্নুংগী আকাশ, কৈঃ মন্নুংগী আকাশ, চক্‌ মন্নুংগী আকাশ অসি-নচিংবা ময়াম ওইনা আকাশবু উবা অমস্নুং খণ্ডবগী মতৌগুমনা অন্তঃকরণ (পুক্নীং) ওইবা উপাধিশিং হকচাং থূদিংমক্ত খেন-নবদগী মহুগী মন্নুংচন্না শীন্‌-থুংনা লৈরিবা অমত্ত ওইবা আত্মাবু ময়াম ওইনা উবদনি অমস্নুং খণ্ডনবদনি; অশেংবমক্তি ক্রিয়া অমত্ত লৈতবা অমস্নুং শীন্‌-থুংনা লৈবা আত্মা অমত্তনি। মরম্‌ অসিনা শ্রুতিনা হায়রি— "কেবলো নিগুর্ণশ্চ" (শ্বেঃ উঃ ৬।১১) "অনীশুবা পোৎ অমত্ত লৈতবা অমস্নুং গুণ অমত্ত লৈতবা আত্মানি"। "নিষ্কলং, নিষ্ক্রিয়ং শান্তম্‌" (শ্বেঃ উঃ ৬।১৯) "আত্মাসি মচেৎ মকায় তাবা পোৎ নত্তে, শীন্‌ থুংনা লৈবা মরম্ন ক্রিয়া (চৎ-খোৎপ-নচিংবা) লৈতবনি।" মরম্‌ অসিনা ব্যবহারদা (চৎনবীদা) কর্ত্তানি (অতৌবনি) হায়রিবসিদি অচেতন ওইবা অন্তঃকরণনি; মুমীৎ মণ্ডালগী মশেক্‌ (আভাস) তারগা মুংশেল, অঙানবা পোৎ ওইবগী মতৌগুম্না শীন-থুংনা লৈবা চেতন আত্মাগী আভাস (মশেক্‌) তারগা অন্তঃকরণসিস্নু মশেক্‌ তাহুগা অমত্ত, অমত্ত ওইনা লৈহুনা চেতন ওইবগুম তৌনা লৈ। মহুদগী অন্তঃকরণসি মশামক্ত

চেত্তনগী মহৌংম ওইদুনা থবক্ পূমম্নকী অতৌবা (কর্ত্তা, ওই। মসি-দগী বেদান্তদর্শনদা অসুম্ন হায়রি-"অ.ভাস এব চ" (বেঃদঃ ২।৩।৫০) "ব্যবহারগী ওইনা জীবাত্মাসি অন্তঃকরণদা তারা চেতনগী মশেক্নি।" মতৌ অসুম্ন চেতনগী মশেক্ অদুবু লৌঃদুনা অন্তঃকরণনা "ঐ কর্ত্তা অমসুং ভোক্তানি" হায়না চাউথোক্পা মরম্দগী মাবু অহংকার কৌব-নি। মরম্ অসিনা চেতন আত্মাসি অশেংবা মওংদা কর্ত্তা অমসুং ভোক্তা নত্তে। শ্রুতিনসু অসুম্ন হায়রি— "একস্তথা সর্ব্বভূ-তান্তরাত্মা নলিপ্যতে লোক দুঃখেন বাহ্যং" (কঠঃ উঃ ২।২।১১) "নুমীৎনা মপানগী অফ-ফত্ত কৈগুম্নবা পোৎ অমত্তগা লোইননা শম-নদবগী মতৌগুম্না থরাইপানবা পূম্নমক্কী মন্নুং চম্না লৈবা আত্মাসি অমত্তনি, মহাক্ ব্যবহারগী অরা নুংঙাইগা লোইননা করিমত্তা শম-নদে, মহাক্কি মতম পূম্নমক্ক মতুগী (অরা-নুংঙাইট-নচিংবগী) মপানদা লৈবনি।" মতৌ অসুম্ন আত্মা কর্ত্তা নত্তে হায়বসিবু শ্রীভগবান্না অহানবদসু হায়খ্রে—

**প্রকৃতেঃ ক্রিয়মাণানি গুণৈঃ কর্ম্মাণি সর্ব্বশঃ।**
**অহংকারবিমূঢ়াত্মা কর্ত্তাহমিতি মন্যতে॥**

(গীতা ৩।২৭)

"প্রকৃতিগী মওং ওইদুনা লৈবা সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অদুমসিনা মখল্ পূম্নমক্ক থবক তৌবা ওাক্তনি, অদুবু অহং-কারনা শুমহত্নুনা লৈবা মীনা মশাবু (আত্মাবু) কর্ত্তানি হায়না খল্লী" মরম্ অসিনা ওমবা মথৈ হোৎনদুনা য়াইফবা পামবা মীনা

অশেংবা শক্তমদা আত্মাবু কর্ত্তানি হায়না খংবসিবু থাদোক্লবা হোৎনগদবনি ॥ ১৬ ॥

অত্থু ওইরবদি কনানা আত্মাসিবু অকর্ত্তানি (অতৌবা নত্তে) খংই অত্থুগা পাপ পুণ্য কর্ম্মগী মহৈঃ অরা হুংওাই ফংদবগে হায়না চিংনরবদা শ্রীভগবান্ন অস্থম্ন তাক্লি —

**যস্য নাহহংকৃতো ভাবো বুদ্ধির্যস্য ন লিপ্যতে।**
**হত্বাপি স ইমাঁল্লোকান্ন হন্তি ন নিবধ্যতে॥ ১৭॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** যস্য=শাস্ত্র য়েংহুনা অমস্যুং অখণ্ডবা আচায্যশিংগী (গুরুশিংগী) মনাক্তা চৎলগা আত্মতত্ত্বগী মরম্দা খণ্ডলগা কবিমত্তা চিংনবা লৈত্রবা মীত্থুগী; ন অহংকৃতঃ ভাবঃ= "ঐ কর্ত্তানি" (অতৌবনি) হায়বা ৱাখল লৈতে; যস্য=অত্থুগা অত্থুগুমবা মী'থুগী; বুদ্ধি ন লিপ্যতে—পূক্লীংস্থ (আত্মাগী উপধি ওইবা অন্তঃকবণস্থ) কবিগুমবা পাপ পুণ্য অমত্তগা শম্নদে (ঐনা পুণ্য তৌরম্মি, মত্থুগী অফবা মহৈ ফংগনি, অমস্যুং ঐনা পাপ কর্ম্ম তৌবম্মি, মত্থুগী ফত্তবা মহৈ ফংগনি অসি—নচিংবা ৱাখল অমত্ত পূক্লীংদা লাক্তে); সঃ—অত্থুগুমবা মীত্থুনা; ইমান লোকান হত্বা অপি=থৱাই পানবা পূম্নমকসিবু হাৎপা ওইববস্থ; নহন্তি= কনামত্তবু হাক্তে; ন(চ) নিবধ্যতে=অমস্যুং মহাক্ হাৎপগী মহৈঃ ওইনা সংসাবসিদা পুন্দুনস্থ লৈতে (শিবব মত্থুংদা মুক্ত ওয়্) ॥১৭॥

**অপূর্ব্ব অর্থ :—** শাস্ত্র য়েংহুনা অমস্যুং অখণ্ডবা আচার্য্যশিং-গা হংহুনা আত্মতত্ত্বগী মবম্দা কবিমত্ত চিংনবা লৈত্রবা মীত্থুগী

"ঐ কর্ত্তানি" ( অতৌবনি ) হায়বা রাখল্ লৈতে ; অদুগা মীদুগী বুদ্ধি-দম্ম করিগুমবা পাপ-পুণ্য অমত্তগা শম্নদে ; অদুগুমবা মীদুনা থৱাই পানবা পূম্নমক্সিবু হাৎপা ওইরবসু হাৎপা ওইদে অমসুং হাৎপগী মহাক্ সংসারসিদা পুনছনসু লৈতে ( শিরবা মতুংদা মুক্ত ওই )" ॥ ১৭॥

## অথ্ৱপ্প ৱাঃ

শাস্ত্র তামসুং আচার্য্যগী উপদেশ খঙ তাদুনা পুক্নীং শেংদোক্প্রবা মানসুং তাত্মতত্ত্বগী মরমদা নিংথিনা খঙলবা মীদুনা মশাবু "ঐ অতৌবনি" (কর্ত্তানি) হায়বা ৱাখল পান্দে। অধিষ্ঠান-নচিংবা ( হক্চাং নচিংবা ) মহ ক্রা হাযখিবা নখল মঙাগী মরমশিং অদুদনা হাৎপ-নচিংবা থবক্ পূম্নমক্ তৌবনি, এদি ( আত্মাদি) মখোয়না তৌবা থবক্ পুন্নমক্পু ঙাক্লোক্লুনা ২ম্নগা সাক্ষী ওইনা য়েংদুনতা লৈবনি হায়বসি লেপ্পা। মরমসিনা শ্রুতিনা হায়রি—**"অপ্রাণো হ্যমনাঃ শুভ্রোঽক্ষরাৎপরতঃ পরঃ"** ( বৃঃ উঃ ২।১।২ )" "আত্মাসি প্রাণ ( থৱায় ) লৈতবনি, মন (পুক্নিং) লৈতবনি য়াম্না শেংবনি অমসুং থবক্ পুন্নমক্কী মক্ন ওইদুনা তাথোইবা অমসুং মাঙবা লৈতবা মায়া ( প্রকৃতি ) দগীসু ৱাংমদা লৈদুনা খ্বায়দগী সাথোইবনি।" **"অসঙ্গোহ্যয়ং পুরুষঃ"** ( বৃঃ উঃ ৪।৩।১৫ ) "থৱায় পানবা পন্নমকী হৃদয়দা লৈবা আত্মাসি কনা অমত্তগা লোয়ননা শম্নদে। মরমসিনা অশেংবা শক্তমদা আত্মাসি কর্ত্তা ( তাতৌবা ) অমসুং পাপ-পুণ্যগী ভোক্তা ( অচাবা ) নত্তে। মতৌ

অসুম্ম আত্মানা কনা অমত্তবু হাংতে, ব্যবহারদা হাংলী হায়ব্বিব-সিদি হক্চাংনচিংবা মথক্তা হায়খিবা মরম্ মতানা তৌবা ঙাক্তনি। অত্তুবু অজ্ঞানী ওইবা মীনা আত্মাবু অহাংপা মীনি হায়না খণ্ডন-বনি। মথক্তসু শ্রীভগবান্ন হাযগ্রে—"শরীরস্থোঽপি ন করোতি" (গীতা ১৩।৩১) "আত্মা হক্চাংদা লৈববসু করিমত্ত তৌদে" মতৌ অসুম্ম শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতাগী অবোইবা অধ্যায় অসিদা শ্রীভগবান্ন তাহানবদা হায়খিবা "নায়ং হন্তি ন হন্যতে" (গীতা ২।১৯) আত্মানা "কনাবসু হাত্তে, অত্তুগা মহাক্ কনানসু হাংপা য়াদে" "ন জায়তে ম্রিয়তে বা" (গীতা ২।২০) "আত্মা কদৌঙৈদসু পোক্তে অমসুং শিদে" অসি নচিংববু লোইশিন্দুনা শমলপ্প তাক্-পনি ॥ ১৭ ॥

অহানবদা হক্চাং-নচিংবা মথল্ মঙাগী মবম্না থবক্ পূম্নমক্ তৌবা ওই, আত্মাদি অতৌবা নত্তে হাযবসি তাক্খ্রে, হৌজিক্ মত্তনক্পু অতোপ্প মওং অমা ওইনা জ্ঞান-জ্ঞেয়-নচিংবা থাইদোক্তুনা অসুম্ম হায়রি—

**জ্ঞানং জ্ঞেয়ং পরিজ্ঞাতা ত্রিবিধা কর্ম্মচোদনা।**
**করণং কর্ম্ম কর্ত্তেতি ত্রিবিধঃ কর্ম্মসংগ্রহঃ ॥১৮॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** জ্ঞানং=কবিগুম্বাপোং অমবু খঙনরিবা জ্ঞান ; জ্ঞেয়ং=জ্ঞাননা খঙগদবা (খঙলিবা) হীরম্ ; পরিজ্ঞাতা চেতন আত্মাগী আভাসকা (মশেক্ক) লোয়ননা লৈবা মরমদগী অখঙবা ওইত্তুনা ভোক্তা (অচাবা মী) ওইবা অন্তঃকরণ (পুক্নীং) ; ইতি

ত্রিবিধা=মতৌ অস্সুম্ন মখল্ অহুমসি ; কর্ম্মচোদনা=কর্ম্ম ( থবক ) তৌবদা ইনশিল্লিবা মবম্নি ; অতুগা—করণং—মতুনা খ্বাযদগী অখোইবা উপায় ( পাম্বৈ ) ওইতুনা থবক্ পাংথোক্লিবা কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা, জ্ঞানেন্দ্রিয মঙা, মন, বুদ্ধি, অহংকার অমস্তুং চিত্ত মখোয ১৪ না মশক্ ওইবা করণ ; কর্ম্ম—অখোইবা ওইনা তৌগদবা থবক্ ; কর্ত্তা=চেতন আত্মাগী মশেক্ য়াওনা লৈবা অমস্তুং খুং-খোঙ-নচিংবা করণবু থবক্ তৌবদা ইনশিনবা অন্তঃকরণ (অতৌবা); ইতি ত্রিবিধঃ=মতৌ অস্সুম্ন মখল অহুমসি ; কর্ম্মসংগ্রহঃ=কর্ম্মগী ( থবক্কী ) চংজফম ওইবা মবম্নি ॥ ১৮ ॥

অপুম্ব অর্থ ঃ— কবিগুমবা পোং গমবু খঙনবিবা জ্ঞান, জ্ঞাননা খঙগদবা হিরম, চেতন আত্মাগী মশেক্ক লোযননা লৈব মবম্দগী অখঙবা ( জ্ঞাতা ) ওইতুনা ভোক্তা ( অচাবা মা ) ওইবা অন্তঃকরণ ( পুরুষ ) মতৌ অস্সুম্না অহুমসি থবক্ তৌবদা ইনশি-ল্লিবা মবম্নি, অতুগা মতুনা অখোইবা উপায ( পাম্বৈ ) ওইতুনা থবক্ তৌবিবা কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা, জ্ঞানেন্দ্রিয মঙা, মন, বুদ্ধি, অহং-কার অমস্তুং চিত্ত—তরামরিসি করণনি ( তৌগদবা থবক্ কর্ম্মনি ) অতুগা চেতন আত্মাগী মশেক্ য়াওনা লৈবা অমস্তুং খং-খোঙ-নচিংববু থবক্ তৌবদা ইনশিম্ব অন্তঃকরণ কর্ত্তানি (অতৌবা মানি) মতৌ অস্সুম্ন অকোনবগী মখল অহুমসি কর্ম্মগী ( থবক্কী ) চংজফম ওইতুনা পাংথোক্লবা মরম্নি ॥ ১৮ ॥

## অথ,প্র ম্বাঃ

কনাগুম্বনা থবক্ অমা তোগে থল্লবদি অহাম্বদ। থবক্ অতুগী জ্ঞান চৈতনা থবক্ অদু ৎোবা য়াদে ( ঙমদে )। মরম্ অসিনা তৌদ্রিভৈগী মমাঙদা থবক্ অতুগী জ্ঞান শোয়দনা লৈবা ভাই : অতুগা থবক্ অতুগী মহৈঃ ফংনিংদ্রবদি কনা অমত্তনা থবক্ ভতু তৌদে। মরম্সিনা থবক্ অতুগী মহৈঃ ফংনীংবা অমস্তুং থবক্ অতুবু করম্ন তৌগদগে নিংথীনা খঙবা ভোক্তা অহুম্সি কর্ম্ম ( থবক্ ) তৌবদা ইন্শিন্নবা মরম্নি। অহুম অসিদগী অমত্তং ম্বাৎপদা করিগুম্বা থবক্ অমত্তা তৌ য়াদে। অতুগা মথক্ত হায়খিবা হব-চাং ম্বাহৈঃ অমস্তুং মন ( পূর্ব্বং ) অহুমসিনা তৌবা মথল্ অহুমগী কর্ম্মশিং ( থবক্শিং ) অতু করণ, কর্ম্ম. অমস্তুং কর্ত্তা অহুমসিদা ( অহুমসিগী মতেংদগী ) পাঙথোক্পা ঙাক্তনি। অহুমসিগী মত্তুংদা করিগুম্বা থবক্ অমবু পাঙথোক্নবা খ্বাইদগী মকোক্ ওইবা উপায়বু ( পাম্বৈবু ) করণ ( Instrumental case ) কৌই। মতুদি মীৎ-নাকোং-নচিংবা খোঙ-খুৎ-নচিংবা কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা, জ্ঞানেন্দ্রীয় মঙা তরাসি মপাম্বোংগী পোৎ খঙনবা-লৌনবা বাহ্য করণনি। অতুগা মন, বুদ্ধি, অহঙ্কার অমস্তুং চিত্ত মরিসি হকচাং মনুংগী অরা-প্পুংঙাই অনাব-নচিংবা থংননবা অন্তঃকরণনি। অচোইবা ম্বাখল্ থনবা মননি, অরেম্ন ম্বাখল থনবা বুদ্ধিনি "ঐ" হায়না খঙবা অহংকারনি, অমস্তুং নাপঙ তোবা চিত্তনি। অতুগা কত্তানা ( অতৌবা মীনা ) পাংথোক্কে হায়না য়াম্ন পামলিবা অতু কর্ম্মনি ( Object ওইনা Accusative case নি )। মতু মথল্ মরি

থোক্না থায়রি। মদুদি—(১) উৎপাদ্য (পাওথোকদোরিবা), (২) আপ্য (ফংগদোরিবা), (৩) বিকার্য্য (অতোপ্পা মওঙদা ওন্থোক্-হনগদোরিবা) অমসুং (৪) সংস্কার্য্য (শেংদোকদোরিবা) অসিনি। অদুগা কর্ত্তাদি (অতোৌবদি) মীৎ-নাকোং, খোং-খুৎনচিংবা করণবু মখোয় মথোয়গী মথৌ তৌহল্লীবা অমসুং চেতনগী মশেক লোয়ননা লৈহুনা মশাবু চেতননি খণ্ডলিবা অন্তঃকরণনি (**subject** ওইবা **Nominative Case** নি); মাবু চৎনবীদা জীব হায়নস্স কৌই। অদুমসি নত্তনা সম্প্রদান (**Dative**), অপাদান (**Ablative**) অমসুং অধিকরণ (**Locative**) কৌবা কারক (**Case**) অদুম অমসু লৈ। অদুমসিবুসু শ্রীভগবান্ন হাযবিবা কর্ত্তা, কর্ম্ম, অমসুং করণ অদুমসিদা তিনশিন্দুনা তাক্লুবনি খংগদবনি, মকোক্ ওইবা মবম্ন অদুমসিবু মিং লোৌঃদুনা শ্রীভগবান্ন হায়বনি। অদুগা "ক্রিয়ান্বিত্বং কারকত্বম্" হায়বদি "ক্রিয়া শোয়দনা লৈবা পোৎপু কারক কৌই" হায়বসি সংস্কৃত ব্যাকরণগী লেঙদবা সিদ্ধান্তনি। মরম্ অসিনা মথক্রে হায়বিবা কর্ত্তা-নচিংবা কারকশিংদা ক্রিয়া শোইদনা লৈ, ক্রিয়া লৈতনা কারক্ ওইব যাদে। অদুবু আত্মাদদি ক্রিয়া অমত্তা লৈতে, মাদি মতম পুম্নমক্ত নিষ্ক্রিয় ওইনা (ক্রিয়া লৈতনা) লৈ। আত্মা নিষ্ক্রিয়নি হায়বসি শ্রুতি প্রমাণ পীদুনা অমসুং যুক্তি তৌদুনা মথক্ত কয়াবক হন্না হায়খ্রে। মরম্ অসিনা আত্মা কর্ত্তা (অতোৌবা মী) নত্তে হায়বসিবু শ্রীভগবান্ন মফমসিদা তশেংনা তাক্লি? ১৮॥

মথক্ত হায়খিবা জ্ঞান, জ্ঞেয়-নচিংবগী সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গুণ থেন্নবদগী অহুম থোক্ন থায়বা অহুবু হৌজিক্ অসুম্ন তাক্লি—

**জ্ঞানং কর্ম্ম চ কর্ত্তা চ ত্রিধৈব গুণ ভেদতঃ।**
**প্রোচ্যতে গুণসংখ্যানে যথাবচ্ছৃণু তান্যপি ॥১৯॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— গুণ সংখ্যানে=সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অহুমসিগী থবক্শিংবু থেন্নবা নিংখিনা তাক্লিবা কপিল ঋষিগী সাংখ্য শাস্ত্রদা; গুণভেদত.=সত্ত্ব-নচিংবা গুণ অহুম থেন্নবদগী; জ্ঞানং কর্ম্ম চ কর্ত্তা চ= মথক্ত হায়খিবা জ্ঞান, কর্ম্ম অমসুং কর্ত্তা অহুমসিবু, ত্রিধা এব প্রোচ্যতে=মথল্ অহুম থোক্না হায়রি; তানি অপি=মখোয়শিং অহুবুসু; যথাবৎ শৃণু=তশেং তশেংনা তাও ॥ ১৯ ॥

**অপূর্ব অর্থ :**—সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অহুমসিগী থবক্শিংবু থেন্নবা নিংখিনা তাক্লিবা কপিল ঋষিগী সাংখ্য শাস্ত্রদা সত্ত্ব-নচিংবা গুণ অহুম থেন্নবদগী মথক্ত হায়খিবা জ্ঞান, কর্ম্ম অমসুং কর্ত্তা অহুমসিবু মথল্ অহুম থোক্না হায়রি, মখোয়শিংহুবুসু তশেং তশেংনা তাও ॥ ১৯ ॥

## অথ প্রশ্নঃ

মথক্কী শ্লোকতা জ্ঞান, জ্ঞেয় অমসুং জ্ঞাতাবু (অথংবা মীবু) থবক্কী ইনশিন্ন মরম্নি, অহুগা করণ, কর্ম্ম অমসুং কর্ত্তাবু থবক্কী চংজফমনি হায়না তাক্খ্রে। মখোয়শিংহুবু শ্লোকসিদা হায়রিবা জ্ঞান, কর্ম্ম অমসুং কর্ত্তাদা মসুং চনখ্রবনি হায়না খংগদবনি।

করিগুমবা হীরম্ অমবু মচুনা মবম্ ওইনা খঙলিবা অচুবু জ্ঞান কৌই। জ্ঞাননা খংগদবা হীবম্ জ্ঞেয়নি, হীবম্ লৈতনা জ্ঞান লৈবা যাদে। মরম্ অসিনা হীবম ওইবা জ্ঞেযসি জ্ঞানগী মনুং চনবনি। মফমসিদা কর্ম্মগী অর্থ কর্ম্ম কাবক নত্তে, থবক্কি, মবমৃদি কর্ম্ম কাবকপু গুণ খেন্নবদগী খেন্ননা তাকৃপা অবেম্বনি। মতৌ অম্মুন্ন কর্ত্তাম্মু কাবক নত্তে, ৺থবক্ অতৌবা মীবু কর্ত্তা হায়বা ব্রাহৈংসিনা হাযবনি ॥ ১৯ ॥

মতৌ অম্মুন্ন জ্ঞান, কর্ম্ম অনম্মুং কর্ত্তাগী গুণ খেন্নবদগী অহুম থোক্ক খাযবি হাযবসি তাক্লগা হৌজিক্ অহাম্বদা জ্ঞানগী অহুম থোক্ক খাযবা অচুবু অম্মুন্ন হায়বা হৌই—

**সর্ব্বভূতেষু যেনৈকং ভ বমব্যয়মীক্ষতে।**
**অবিভক্তং বিভক্তেষু তজ্ জ্ঞানং বিদ্ধিসাত্ত্বিকম্॥২০॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**— বিভক্তেষু=খাইদোক্লুনা তোঙান তোঙান্ন লৈবিবা; সর্ব্বভূতেষু=ফোংদোক্লনা অনম্মুং যোংদোক্ল লৈবিবা তাইবং পুম্নমক্সিদা, যেন=জ্ঞান অচুনা মবম্ ওইদুনা; অবিভক্তম্=তোঙান তোঙান্ন খাইদোক্পা লৈতবা; অব্যয়ম্=কদোৈঁদম্ম মযেংত'হুনা মাঙ তাকৃপা লৈতবা; একং ভাবম্=অনীশুবা লৈতবা আত্মাগী মশক্ ওইবা পোৎপু, ঈক্ষতে=অধিকারী ওইবা অমম্মুং অন্তঃকরণ শেংলবা মীনা থংই; তং=অচুগুম্বা জ্ঞানচুবু; সাত্ত্বিকং জ্ঞানং বিদ্ধি=সত্ত্ব গুণদগী ওইবা জ্ঞাননি (আত্মজ্ঞাননি) হাযনা থংউ ॥ ২০ ॥

**অপূম্ব অর্থ**:— খাইদোক্তুনা তোঙান তোঙান্ন লৈরিবা অফোং-ফোংদ তাইবং পূম্নমক্সিদা জ্ঞান অতুনা মরম্ ওইদুনা তোঙান তোঙান্ন খাইদোক্কবা অমস্তুং মাঙ তাক্পা লৈতবা অমত্ত ওইবা আত্মাগী মশক্ ওইবা পোংপু মতীক্ চাংবা, অন্তঃকরণ শেংলবা মীনা খংই ; অদুগুমবা জ্ঞান অদুবু সত্ত্বগুণদগী ওইবা জ্ঞাননি হায়বদি আত্মজ্ঞাননি হায়না খংউ ॥ ২০ ॥

## অথ প্র শ্নঃ

ঐখোয়না ঙমখে লৈতনা অমনা অমদগী খেন্নমা উরিবা অফোং-ফোংদ অমস্তুং অচং-চত্ত তাইবং পূম্নমক্সি ঈশ্বরগী মায়া শক্তি ওইবী প্রকৃতিনা মখল্-মখা অযাম্ব মওং ওন্থোক্তুনা লৈবা ঙাক্তনি, অদুগা পূম্নমক্সিগী চঙজফম ( অধিষ্ঠান ) ওইনা মতম পূম্নমক্তা লেঙবা লৈতনা লৈবা অমস্তুং অনীশুবা লৈতবা আত্মাগী মশক্ ওইবা ব্রহ্মদা মঙদা উবা পোং ময়ামগী মতৌগুম্না উবা ঙাক্তনি। মঙ-মঙবা মঙদা পূম্নমক্কী ( মঙদা উবা পোংশিংগী ) চঙজফম ওইবা অমসু, অনন্তদা ওইবা মঙ উবিবা আত্মা নত্তনা অশেংবা পোং অমত্ত লৈতে অমস্তুং মতম অদুদা ময়াম ওইনা উবিবা পরায় পানবা জীবাত্মাশিংস্থ লৈতে। অদুবু ভূম্বগী মশক্ ওইবা মায়ানা মরম্ ওইদুনা জীবাত্মা ময়াম অমস্থ, অতোপ্-অতোপ্প পোং ময়াম উই ; অদুগা মিকপ থোক্তুনা (হৌংগত্তুনা) অশেংবা জ্ঞান লৈবা মতমদদি মঙগী জীবাত্মাশিং অমস্তুং পোংশিংদু মাঙ-খিদুনা স্বপ্ন মঙদা উবা খ্বায় পূম্নমক্কী চঙজফম ওইনা লৈবস্থ আত্মা অদুমক্ত লৈহৌই। মতৌ অস্থম্না লেঙলি-পাল্লিবা তাইবং

অসিবুস্ম অমত্ত ওইবা অমস্নং মঙোন্দগী অত্তোপ্প পোৎ অমত্র লৈতবা ব্রহ্মগী মশক্ ওইবা আত্মাদা মঙনী মতৌগুম্মা উবনি হায়না খঙগদবনি। মতৌ অস্নুম্ন আত্মা নত্তনা তাইবং লৈতে খঙলিবা জ্ঞানসিবু মফমসিদা শ্রীভগবান্ন সাত্ত্বিক জ্ঞাননি হাযনা তাক্লি। অসিগুমবা জ্ঞানসি ফংলবতদা মীওইনা পোক্পগী মহৈঃ যানগদবনি। মবম অসিনা জ্ঞানসিবু ফংননবা যামনা থাজবগা লোয়ননা হোৎ-নগদবনি ॥ ২০ ॥

হৌজিক্ রজোগুণদগী ওইবা জ্ঞানগী মওডবু অস্নুম্ন হাযরি—

**পৃথক্ত্বেন তু যজ্ জ্ঞানং নানাভাবান্ পৃথগ্বিধান্।**
**বেত্তি সর্ব্বেষু ভূতেষু তজ্ জ্ঞানং বিদ্ধিরাজসম্ ॥২১॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যাঃ—** যৎতু জ্ঞানং=জ্ঞান অদুনদি; সর্ব্বেষু ভূতেষু—অচং-চত্ত অমস্নং অফোং-ফোংদ তাইবং পুম্বসিদা; পৃথগ বিধান্= তোঙান তোঙানবা; নানাভাবান্=মখল্ মখা অয়ামবা পোৎশিংবু পৃথক্ত্বেন বেত্তি=অমদগী অতোপ্প অমনি হায়না খঙই (অন্তঃকরণ উপাধিনা মবম্ ওইদুনা খেন্নবগুম তৌদুনা লৈরা অমত্ত ওইবা আত্মাবু অমনা অমদগী খেন্ননা খঙই); তৎ=অদুগুমবা জ্ঞান অদুবু; রাজসং জ্ঞানং বিদ্ধি=রজোগুণদগী ওইবা জ্ঞাননি খঙউ ॥ ২১ ॥

**অপূম্ব অর্থ ঃ—** জ্ঞান অদুনা অচং-চত্ত অমস্নং অফোং-ফোংদ তাইবংপুম্বসিদা তোঙান তোঙানবা মখল্ মখা অয়াম্ব আত্মা;

নচিংবা পোৎশিংবু অমদগী অতোপ্প অমনি হায়না খঙই, অদুগুমবা জ্ঞানদুবু রজোগুণদগী ওইবা জ্ঞাননি হায়না খঙউ ॥ ২১ ॥

## অথ্পূ্র ৱাঃ

পরমাত্মাগী শক্তি ওইবী মায়ানা মরম্ ওইদুনা তাইবংসি ময়াম ওইনা উবদনি, অশেংব মক্তি মায়া শক্তিগী গাশ্রয় (চং-জফম) ওইবা অনীশুবা লৈতবা ব্রহ্মমক্তনি হায়বসিবু খঙদনা ময়াম উরিবসিবু অশেংবমক্তি খংইবা জ্ঞান অসি বজোগুণদগী ওইবনি। মসি ব্যবহাবদা মী পূন্নমক্তী ওইনা লৈ। মবম্ অসিনা ব্যবহাবগী মতমদা মঙগী মতৌগুন্ন ময়াম উববস্ত্ত অশেংবমক্তি পরমাত্মামক্তনি, মাঙোন্দগী অতোপ্প পোৎ অমত্ত লৈতে হায়বসিবু থাজবগা লোইননা পূক্নীংদা লেপ্পবা হোৎনগদবনি ॥ ২১ ॥

হৌজিক্ তমোগুণদগী ওইবা জ্ঞানগী মওংবু অস্তুম্না তাক্লি—

**যৎ তু কৃৎস্নবদেকস্মিন্ কার্য্যে সক্তমহৈতুকম্।**
**অতত্ত্বার্থবদল্পংচ তত্তামসমুদাহৃতম্ ॥ ২২ ॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— যৎ তু=জ্ঞান অদু; একস্মিন্ কার্যে= পৃথিবী-নচিংবা ভূত মঙাগী কবিগুম্ব। থবক্ অমদা হায়বদি হক্-চাং নত্রগা উ-নুংনা শাবা প্রতিমা (মূর্ত্তি) অসি-নচিংবা কবিগুম্ব। পোৎ অমদা ; কৃৎস্নবৎ=মসিমক্ (হক্চাংমক্) আত্মানি মসিদগী অতোপ্প আত্মা লৈতে. নত্রগা প্রতিমাসিমক্ ঈশ্বরনি, মসিদগী অতোপ্প ঈশ্বর লৈতে হায়না থনবা ; সক্তম্=মতুদা য়াম্না থাজনা

পূর্ণ্ণীং চংনা লৈবা ; অহৈতুকম্—যুক্তি প্রমাণ-নচিংবদি করিমত্ত য়াওদবা ; অতত্ত্বার্থবৎ—তত্ত্ব ওইবা ( অথুপ্প অশেংবা ) অর্থ লৈতবা; অল্পং চ—অনস্থং করিস্থ লৈতবা (তুচ্ছ ওইবা) ওই ; তৎ—অদুগুমবা জ্ঞানবু ; তামসং উদাহৃতম্—তমোগুণদগী ওইবা জ্ঞাননি হায়না শাস্ত্রনা তাকই ॥ ২২ ॥

**অপূন্ন অর্থ :** - জ্ঞান অদু পৃথিবী-নচিংবা ভূত মঙাগী থবক্ হক্চাং-নচিংবা করিগুমবা পোং অমদা মসিমক্ ( হক্চাংমক্ ) মপূং ফানা আত্মানি, মসিদগী অতোপ্প আত্মা লৈতে অসি-নচিংবা থন্ন, মতুদা য়ান্ন থাজনা পূর্ণ্ণীং চংনা লৈবা, যুক্তি প্রমাণ-নচিংবদি করিমত্ত য়াওদবা, অথুপ্প অশেংবা অর্থ লৈতবা ( তুচ্ছ-করিস্থ লৈতবা ) ওই। অদুগুমবা জ্ঞানদু তমোগুণদগী ওইবা জ্ঞাননি হায়না শাস্ত্র নচিংবনা তাকই ॥২২॥

## অথুপ্প ৱাঃ

চার্বাক-নচিংবা মী কাংবু অমনা হক্চাং-নচিংবা অসিদস্থু আত্মানি, মসিদগী অতোপ্প আত্মা অমা লৈতে, মরম্ অসিনা শিরগা ফংগদবা নরক, স্বর্গ নচিংবা পরলোকস্থু লৈতে হায়না অরেপ্প জ্ঞান থমই। অসিগুমবা জ্ঞানসিবু মফমসিদা শ্রীভগবান্ন তামস (তমোগুণদগী ওইবা ) জ্ঞাননি তাক্পনি। মতৌ অদুন্ন ঐখোয়না লাইশঙদা উ, নুং-নচিংবনা শাবা শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তি-নচিংবা লাত্তুনা সেবা অমস্থুং পূজা-নচিংবা তৌরিবসি অশেংবা সাক্ষাৎ পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণবু ফংনবা অমস্থুং মানা পেন্নবা তৌবনি। মরম্ অসিনা মূর্ত্তি পূজা-নচিংবা

তৌবহ্ অশেংবা পবমেশ্বব শ্রীকৃষ্ণবু ফংনবা অথোইবা উপাযনি। অম্সুম্ন মূর্ত্তিবু ঈশ্ববনি খংনা পূজা-নচিংবা তৌবিবহ্ সাত্ত্বিক ( সত্ত্ব গুণদগী ওইবা ) জ্ঞাননি। মহুদি মীপুম থূদিংমক্ল শোয়দনা তৌগদবনি। অহুবু উ, নুং-নচিংবনা শাবা মূর্ত্তি অহুদবু অশেংবা ঈশ্ববনি, মঙোন্দগী অতোপ্প ঈশ্বব কৌবা লাই অমত্ত লৈতে হায়না অবেপ্প জ্ঞান লৈববদি অহুগুমবা জ্ঞানহ্ তামসনি (তমোগুণদগী ওইবা জ্ঞাননি) মহুদি যাম্ন পঙথ্রবা মীশিংদনা তৌগদবা জ্ঞাননি। অসি-গুমবা জ্ঞান অসিবুস্ত মফমসিদা শ্রীভগবান্ন তামস জ্ঞাননি তাক্পনি। মরম অসিনা মূর্ত্তি-নচিংবগী পূজা অশেংবা পবমেশ্বব ফংনবা অথোইবা উপাযনি লেপ্তুনা শোযদনা ওস্ব মথৈ পূজা সেবা-নচিংবা তৌহুনা লৈগদবনি। মদুদগী পৃন্নীং শেংদোক্খিহুনা উপাসক অহুনা অশেংবা অমস্তুং যাম্না থুপ্প লৈবা পবমাত্মাবু ফংবা ঙম-গদবনি ॥ ২২ ॥

হৌজিক্ কর্ম্মগী সত্ত্ব গুণ-নচিংবদগী ওইবা মথল অহুমগী মওঙবু অস্নুম্না তাক্পা হৌই—

**নিয়তং সঙ্গরহিতমরাগদ্বেষতঃ কৃতম্।**
**অফলপ্রেপ্সুনা কর্ম্ম যত্তৎ সাত্ত্বিকমুচ্যতে॥ ২৩ ॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ—** অফলপ্রেপ্সুনা=মহেঃ পামদনা কর্ম্ম ( থবক্ ) তৌবিবা মীহুনা; অবাগদ্বেষতঃ=অপাম-যেংথি লৈতনা ( কর্ম্মসি তৌবগা অচৌবা মী অমবু পেলহন্দুনা ঐগী থবক্ পাং-থোক্কে, নত্রগা কর্ম্মসি তৌবগা যেক্লবা মীহুগী মাঙননবা তৌগে অসি-নচিংবা অপাম-য়েংথি লৈতনা); সঙ্গবহিতং চ=অমস্তুং ঐ

অতৌবা মীনি ( কর্ত্তানি ) হায়বা নাপল লৈতনা ; নিয়তং যৎ কর্ম্ম কৃতম্=শোয়দনা তৌকম থোক্পা মথৌবু ( নিত্য কর্ম্ম অদুবু) তৌই ; তৎ সাত্ত্বিক উচ্যতে=অদুগুমবা কর্ম্ম অদুবু সত্ত্বগুণদগী ওইবা কৌই ॥ ২৩ ॥

**অপূন্ব অর্থঃ**— মহৈঃ পামদনা কর্ম্ম তৌরিবা মীতুনা অপাম-য়েংথি লৈতনা অমসুং ঐ অতৌবা মীনি ( কর্ত্তানি ) হায়বা নাপল লৈতনা শোয়দনা তৌফম থোক্পা মথৌ অদুবু তৌই, অদুগুমবা কর্ম্মদুবু সত্ত্বগুণদগী ওইবা কৌই ॥ ২৩ ॥

তৌজিক্ রজোগুণদগী ওইবা কর্ম্মগী মওংবু অস্মম হায়রি—

**যৎ তু কামেপ্সুনা কর্ম্ম সাহঙ্কারেণ বা পুনঃ ।**
**ক্রিয়তে বহুলায়াসং তদ্রাজসমুদাহৃতম্ ॥২৪॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**— পুনঃ তু—অদুগা ; কামেপ্সুনা=মহৈঃ পামদুনা কর্ম্ম তৌরিবা মীতুনা ; সাহংকারেণ বা—ঐ মঙায়বে হায়না য়ামনা নাপল তৌবগা লোয়ননা ; বহুলায়াসং—য়ামনা কন্ন নোম্লগা ( হোৎনবগা ) পাওথোক্পা য়াবা ; যৎ কর্ম্ম ক্রিয়তে —কর্ম্মদু তৌই ; তৎ=অদুগুমবা কর্ম্মদুবু ; রাজসম্ উদাহৃতম্— রজোগুণদগী ওইবনি হায় ॥ ২৪ ॥

**অপূন্ব অর্থ ঃ**— অদুগা মহৈঃ পামদুনা কর্ম্ম তৌবিবা মী অদুনা ঐ মঙায়রে হায়না য়ামনা নাপল তৌবগা লোয়ননা কন্ন নোমলগা ( হোৎনরগা ) পাওথোকপা য়াবা কর্ম্মদু ( থবক ) তৌই, অদুগুমবা কর্ম্মদুবু রজোগুণদগী ওইবনি হায় ॥২৪॥

মতৌ, অসুম্ন তমোগুণদগী ওইবা কর্ম্মগী মওওবুসু মথং মমাই নাইনা অসুম্ন হায়রি—

**অনুবন্ধং ক্ষয়ং হিংসামনপেক্ষ্য চ পৌরুষম্।**
**মোহাদারভ্যতে কর্ম্ম যৎতৎ তামসমুচ্যতে ॥২৫॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** অনুবন্ধং = মতুংদা কর্ম্মগী মহৈঃ ওইনা ফংগদবা অফ-ফত্ত ; ক্ষয়ং = লল-থুমগী মাঙগদবা ; হিংসাং = অতোপ্প জীবগী অরা-অনা ফংগদবা ; পৌরুষং চ = অমসুং মশাগী মতীক চাঃবা মতুংইননা তৌবা ঙমগদবা ; অনপেক্ষ্য = মসি পূন্নমক্-সিবু কনিমত্ত য়েংদ-খন্দনা ; মোহাৎ = বিচাব লৈতবদগী ; যৎকর্ম্ম আবভ্যতে = কর্ম্ম তৌথৎপা ( হৌগৎপা ) ওই ; তৎ = অদুগুমবা কর্ম্মত্তুব ; তামসং উচ্যতে = তমোগুণদগী ওইবা কৌই ॥ ২৫ ॥

**অপূন্ন অর্থ :—** তুংদা কর্ম্মগী মহৈঃ ওইনা ওইগদবা অফ-ফত্ত, লেল-থুমগী মাঙগদবা, অতোপ্প জীবশিংগী অরা-অনা ফংগদবা অমসুং মশাগী মতীক্ চাঃবা মতুং ইননা তৌবা ঙমগদবা মসি পূন্নমক্সিব সুকয়েং য়েংদ-খন্দনা রাখল লৈতবদগী কর্ম্মাহু তৌবা হৌগৎপা ওই অদুগুমবা কর্ম্মত্তুবু তমোগুণদগী ওইবা কৌই ॥১৫॥

## অথৎপ্প রাঃ

কুনশুবা শ্লোকতগী হৌদুনা সত্ব, রজঃ অমসুং তমোগুণদগী ওইবা মখল্ অহুম অহুমগী জ্ঞান-নচিংববু শ্রীভগবান তাক্লক্লিবা অসি সুপ্প সত্বগুণদগী ওইবা জ্ঞান-নচিংবদবু লৌঃননৰা হোৎনগ-

দবনি, অদুগা বজঃ অমস্তুং তমোগুণদগী ওইবা জ্ঞান-নচিংববু থাদোক্লবা হোংনগদবনি হায়বসি খঙহল্লি। ময়ম্ অসিনা সাধক ওইবা মীশিংনা সত্বগুণদগী ওইবা জ্ঞান-নচিংবা ওাক্তবু লৌঃননবা অমস্তুং ফংননবা হোংনগদবনি। মতুংদা কর্ত্তা-নচিংবগী খেল্লনা হায়বিবসিদসু সত্বগুণদগী ওইবা কর্ত্তা-নচিংবা ওইনবা অমস্তুং লৌঃনবা হোংনগদবনি, বজঃ অমস্তুং তমোগুণদগী ওইবা থা-দোক্কদবনি ॥ ২৫ ॥

হৌজিক্ সত্বগুণ-নচিংবদগী ওইবা মখল তাক্লমগী কর্ত্তাবু (অভৌববু) অস্মম তাক্পা হৌই—

**মুক্তসঙ্গোঽনহংবাদী ধৃত্যুৎসাহসমন্বিতঃ।**
**সিদ্ধ্যসিদ্ধ্যোর্নির্বিকারঃ কর্ত্তা সাত্বিক উচ্যতে॥২৬॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** - মুক্ত সঙ্গ=মহৈংগী মরমদা অপাম মিহৌ লৈত্রবা, অনহংবাদী=ঐ অতৌবা মীনি (কর্ত্তানি) হায়বা নাপল লৈত্রবা (নত্রগা-মশাগী গুণদা ঐ মঙাইবে হায়না চাউথোক্পা লৈত্রবা); ধৃতি উৎসাহ সমন্বিতঃ=যামনা অথাঙ কন্ব অমস্তুং নোম্ব কম্বগা লোযননা লৈবা; সিদ্ধাসিদ্ধ্যোঃ নির্বিকাবঃ=হৌগৎলিবা কর্ম্ম (থবক্) অদুগী মহৈং যানবদা হবাওবা লৈতবা অমস্তুং মহৈং যান্দবদা মুংঙাইতবা লৈতবা (পূর্ক্লীংবু মহৈং যানবা যানদ-বদা চপমান্নবা থমবা); কর্ত্তা=অদুগুমবা অতৌবা মী, সাত্বিকঃ উচ্যতে=সাত্বিকনি (সত্বগুণদগী ওইবনি) হাযনৈ ॥ ২৬ ॥

**অপূর্ব্ব অর্থ :**— মহৈংগী মবমদা অপাম-মিহৌ লৈত্রবা, ঐ

অতৌবা মীনি হায়বগী নাপল লৈত্রবা য়ামনা অথাঙ কন্ব অমস্নুং অনোম্ কন্বগা লোয়ননা লৈবা, হৌগৎলিবা থবক্ তত্থুগী মহৈঃ য়ানবদা হরাওবা লৈতবা অমস্নুং মহৈঃ য়ানদবদা নুংঙাইতবা লৈতবা অদুগুমবা অতৌবা মী (কর্ত্তা) সত্ত্বগুণদগী ওইবনি হায়নৈ ॥ ২৬ ॥

হৌজিক্ রজোগুণদগী ওইবা কর্ত্তাগী মওংবু অস্নুম তাক্লি।

**রাগী কর্ম্মফলপ্রেপ্সুর্লুব্ধো হিংসাত্মকোঽশুচিঃ।**
**হর্ষশোকান্বিতঃ কর্ত্তা রাজসঃ পরিকীর্ত্তিতঃ ॥২৭॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**— রাগী=নুপী নহা তিন-নবদা পুক্নিং থিংজিনবা; কর্ম্মফল প্রেপ্সুঃ=কর্ম্মগী মহৈঃ ফংবা পামবা. লুব্ধঃ= অতোপ্পগী মরল মথুমবু যামনা লৌ.নীংগনবা, হিংসাত্মকঃ= অতোপ্পবু অরা-অনা য়ামনা পীহৈবা, অশুচিঃ=হকচাং অমস্নুং পুক্নীং শেংদবা, হর্ষ শোকান্বিতঃ=অপামবা পোৎ ফংলগা হরাওনা অমস্নুং পামদবা পোৎ ফংলগা নত্রগা অপামবা পোৎ চংথ্রগা নুংঙাইতবগা লোইননা লৈবা; কর্ত্তা=অসিগুমবা কর্ত্তা (থবক্ অতৌবা মী); রাজসঃ=রজোগুণদগী ওইবনি অস্নুম হায়নৈ ॥ ২৭ ॥

**অপুন্ব অর্থ ঃ**—নুপী নহা তিন্নবদা পুক্নীং থিংজিনবা, কর্ম্মগী মহৈঃ ফংবা পামবা অতোপ্পগী মরল মথুমবু লেংনজুনা যান্ন মিহৌবা, অতোপ্পবু অরা-অনা য়ামনা পীহৈবা, হকচাং অমস্নুং পুক্নীং শেংদবা, অপামবা পোৎ ফংলগা হরাওনা লৈবা অমস্নুং পামদবা পোৎ ফংলগা নত্রগা অপামবা পোৎ চংথ্রগা নুংঙাইতবগা লোয়ননা

লৈবা অসিগুমবা কর্ত্তা ( অতোবা মী ) রজোগুণদগী ওইবনি অসুম্ন হায়নৈ ॥ ২৭ ॥

তমোগুণদগী ওইবা কর্ত্তাগী মওঙস্ম অসুম্ন তাক্লি—

**অযুক্তঃ প্রাকৃতঃ স্তব্ধঃ শঠো নৈষ্কৃতিকোঽলসঃ।**
**বিষাদী দীর্ঘসূত্রী চ কর্ত্তা তামস উচ্যতে ॥২৮॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**—অযুক্তঃ=মথৌ তৌবদা চোকশিন্দবা (থৌ-ওইদবা); প্রাকৃতঃ=শাস্ত্রনা তাক্পা অচাব-বিচাব ( লমচৎ-য়াখল্ ) লৈতবা; স্তব্ধঃ=নোল-লুকপা লৈতবা মঃবাই হাইগত্তনা লৈবা; শঠ=লৌনম চাউবা; নৈষ্কৃতিকঃ=মশাগী ওইজবা য়েংতুনা অতোপ্পগী হিংনবা পামবৈবু মাওহনবা; অলসঃ=শোযদনা তৌফম থোক্পা থবক্পুস্ম তৌদনা তনজুনা লৈবা; বিষাদী—মতম পুম্নমক্ত য়াগন্দুনা লৈবা; দীর্ঘসূত্রী চ=অমস্তুং মতম খজিক্তংদা লোইবা য়াবা থবক্পু মতম য়ামনা চংহন্ন তৌবা; কর্ত্তা=অসি-গুমবা অতোবা মী; তামসঃ উচ্যতে=তমোগুণদগী ওইবনি হায় ॥ ২৮ ॥

**অপুন্ন অর্থ :**— মথৌ তৌবদা চোকশিন্দবা, শাস্ত্রনা তাক্-পদা লমচৎ লৈতবা, মঃবাই য়ামনা হাইগত্তুনা লৈবা, লৌনম্ চাউবাঃ মশাগী ওইজবা য়েংতুনা অতোপ্পগী হিংনবা পামবৈবু মাওহন্ন, তৌগদবা থবক্ তৌদনা তনদুনা লৈবা, মতম পুম্নমক্ত য়াগন্দুনতা লৈবা অমস্তুং মতম খজিক্তংদা লোইবা য়াবা থবক্পু

মতম য়ামনা চংহন্ন ভৌবা, মসিগুমবা অতৌবা মী তমোগুণদগী ওইবনি হায় ॥ ২৮ ॥

মতৌ অসুম্ন জ্ঞান, কর্ম্ম অমসুং কর্ত্তাগী সত্ব-নচিংবা গুণ খেন্নবদগী মখল্ অহুম অহুম হায়রগা হৌজিক্ বুদ্ধি অমসুং ধৃতিগী (পূক্নীং লৈত্তানা থমবগী) মখল্‌শিংবুসু তাক্কে হায়বগীদমক্ শ্রীভগবান্ন অসুম্ন হায়বা হৌই—

**বুদ্ধের্ভেদং ধৃতেশ্চৈব গুণতস্ত্রিবিধং শৃণু।**
**প্রোচ্যমানমশেষেণ পৃথক্ত্বেন ধনঞ্জয় ॥২৯॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**—ধনঞ্জয় = নিংথৌশিংবু লানদা ঙমহুনা লনথুম খোমজিব হে অর্জ্জুন! বুদ্ধেঃ = অরেপ্প খনবগী মশক্ ওইবা বুদ্ধিগী; ধৃতেঃ চ = অমসুং পূক্নীং লৈঃত্তানা থম্বগী মশক্ ওইবা ধৃতিগী; ত্রিবিধং = মখল্ অহুমগী; পৃথক্ত্বেন = তোঙান তোঙাননা; অশেষেণ = লেম্‌হৌবা লৈতনা; প্রোচ্যমানম্ = হায়গদৌরিবা; ভেদং = খেন্নবসিবু; শৃণু = নঙনা তাও ॥২৯॥

**অপূন্ব অর্থ:**— হে অর্জ্জুন। অরেপ্প রাখল্ খন্বগী মশক্ ওইবা বুদ্ধিগী অমসুং পূক্নীং লৈঃত্তানা থমবগী মশক্ ওইবা ধৃতিগী সত্ব-নচিংবা গুণ অহুম-মক্ অসিদগী মখল্ অহুমগী তোঙান তোঙাননা অমসুং লেম্‌হৌবা লৈতনা হায়গদৌরিবা খেন্নবসিবু নঙনা তাও ॥২৯॥

হৌজিক্ সত্বগুণদগী ওইবা বুদ্ধিগী (অরেপ্প খন্বগী মশক্ ওইবা রাখল্‌গী মওঙবু অসুম্ন হায়রি।

**প্রবৃত্তিঞ্চ নিবৃত্তিঞ্চ কার্য্যাঽকার্য্যে ভয়াঽভয়ে।**
**বন্ধং মোক্ষঞ্চ যা বেত্তি বুদ্ধিঃ সা পার্থ সাত্ত্বিকী ॥৩০॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**—পার্থ=পৃথাগী (কুন্তীগী) মচাঃ হে অর্জ্জুন! যা বুদ্ধিঃ=বুদ্ধিতুনা (অরেপ্প খল্বগী মশক্ ওইবা ৱাথল্ অতুনা); প্রবৃত্তিং চ=সংসারদা পুন-নবগী মরম্ ওইবা কর্ম্মগী লম্বীবু; নিবৃত্তিং চ=অমসুং সংসারদগী নাস্তোক্লবগী মরম্ ওইবা সন্ন্যাসগী (কর্ম্ম থাদোক্পগী) লম্বীবু; কার্য্যাকর্য্য=করি তৌবা হৌনৈ অমসুং করি তৌবা হৌংনদে হায়বসিবু; ভয়াভয়ে=করিদগী অকিবা ওইগনি অমসুং করিদগী অকিবা ওইরোই হায়বসিবু (পূম্নমক্কী আত্মাগী মশক্ ওইবা ব্রহ্মদগী তোপ্প অনীশুবা পোৎ অমা লৈ হায়না খঙলবদি অকিবা পোক্ই "**দ্বিতীয়াদ্বৈ ভয়ং ভবতি**" (বৃঃ উঃ ১।৪।২) "তোপ্প অনীশুবা অমা লৈরবদি মতুদগী শোয়দনা অকিবা ওই" অত্তুগা আত্মাগী নশক্ ওইবা ব্রহ্ম নত্তবা পোৎ তমন্ত লৈতে খঙলবদি অকিবা পোক্কে, মরম্দি এ্তোন্দগী অতোপ্প অমা লৈবদগী মতুদগী অকিবা পোক্ই অত্তুগা অতোপ্প অমা লৈতে খঙলবদি অকিবা পোক্কে, "**অভয়ং বৈ জনক প্রাপ্তোসি**" বৃঃ উঃ ৪।২।৪) "হে জনক! নহাক্ অকিবা লৈত্রবা ব্রহ্মবু ফংলবসিনি"। মরম্ অসিনা ঐ ব্রহ্মগী মশক্কি হায়বসি— বন্ধং মোক্ষং চ বেত্তি=বন্ধ করিনো (সংসারদা পুনহুনা লৈবা করিনো? মোক্ষ করিনো? সংসারদগী নাম্থোক্পা করিনো?) হায়বসিবু মখোয়গী মরম্গা লোয়নবা (অজ্ঞানদগী পোক্ল-শিরা তোত্থুনা লৈবসি

সংসাবদা পুনবগী মবম্‌নি; অমস্তুং জ্ঞানদগী পোক্‌পা শিবা লৈতনা ব্রহ্ম ওইনা লৈবসি সংসাবদগী নাম্থোক্লবগী মবম্‌নি ) খঙই; সা= অদুগুমবা বুদ্ধিদু, সাত্ত্বিকী—সত্ত্বগুণদগী ওইবনি ॥ ৩০ ॥

**অপূম্ব অর্থ ঃ**— বুদ্ধিদুনা সংসাবদা পুন-নবগী মবম্ ওইবা কর্ম্মগী লম্বীবু অমস্তুং সংসাবদগী নাম্থোক্লবগী মবম্ ওইবা সন্ন্যাসগী ( কর্ম্ম থাদোক্‌পগী ) লম্বীবু, কবি তৌবা হৌঃনৈ অমস্তুং হৌঃনদে হায়বসিবু, কবম্ন অকিবা ওইগনি অমস্তুং কবম্ন অকিবা ওইবোই হায়বসিবু, সংসাবদা পুনদুনা লৈবা ( বন্ধ ) কবিনো অমস্তুং সং-সাবদগী নাম্থোক্‌পা ( মোক্ষ ) কবিনো হায়বসিবু-মখোযগী মবম্‌শিংগা লোয়নন খঙই, অদুগুমবা বুদ্ধিবু সত্ত্বগুণদগী ওইবনি॥৩০॥

হৌজিক্ বজোগুণদগী ওইবা বুদ্ধিগী মওংতু তাক্লি—

**যয়া ধর্ম্ম মধর্ম্মঞ্চ কার্য্যঞ্চাহকার্য্যমেব চ।**
**অযথাবৎ প্রজানাতি বুদ্ধিঃ সা পার্থ রাজসী ॥ ৩১ ॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**— পার্থ=পৃথাগী (কুন্তীগী) মচাঃ হে অর্জ্জুন ! যযা—বুদ্ধিদুনা মবম্ ওইদুনা কনাগুমবা মী অমনা; ধর্ম্মং= শাস্ত্রনা তৌ তাক্‌পা কর্ম্মগী মশক্ ওইবা ধর্ম্মবু; অধর্ম্মং চ= অমস্তুং শাস্ত্রনা তৌগনু তাক্‌পা পাপকী মশক্ ওইবা কর্ম্মবু; কার্য্য চ=অদুগা কবি তৌবা হৌঃনৈ; অকার্য্যং এব চ=অমস্তুং কবিবা তৌবা হৌঃনদে হায়বসিবু; অযথাবৎ প্রজানাতি—চিংনবগা লোয়ননা খঙই হায়বদি অশেং অশেংনা নীংথিনা খঙদে; সা বুদ্ধিঃ—অদুগুমবা বুদ্ধিদু; বাজসী=রজোগুণদগী ওইবনি ॥ ৩১ ॥

**অপূন্ব অর্থ :** - হে অর্জ্জুন! বুদ্ধিহুনা মরম্ ওইহুনা কনা-গুমবা মী অমনা পুণ্য কর্ম্ম অমসুং পাপ কর্ম্মবু, অহুগা করি তৌবা হৌঃনৈ অমসুং করি তৌবা হৌঃনদে হায়বসিবু চিংনবগা লোয়ননা থঙই, অহুগুমবা বুদ্ধিহু রজোগুণদগী ওইবনি ॥৩১॥

হৌজিক্ তমোগুণদগী ওইবা বুদ্ধিগী মওঙবু হায়রি—

**অধর্ম্মং ধর্ম্মমিতি যা মন্যতে তমসাবৃতা।**

**সর্ব্বার্থান্ বিপরীত্তাংশ্চ বুদ্ধিঃ সা পার্থ তামসী ॥৩২॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** - পার্থ=পৃথাগী মচা হে অর্জ্জুন। তমসা-বৃতা যা বুদ্ধিঃ=তমোগুণগী মশক্ ওইবা অজ্ঞাননা কুপ্পুনা লৈরবা বুদ্ধিহুনা ; অধর্ম্মং=ধর্ম্ম নত্তববু ; ধর্ম্মং ইতি=ধর্ম্মনি হায়না ; চ= অমসুং সর্ব্বার্থান্=খঙগদবা পোৎ পুম্নমক্পু ; বিপরীতান্ মন্যতে =ওন্ন-তৈননা (শেবান-ননা) খঙই ; সা=অহুগুমবা বুদ্ধিহু ; তামসী =তমো গুণদগী ওইবনি ॥ ৩২ ॥

**অপূন্ব অর্থ :**— পৃথাগী মচা হে অর্জ্জুন! তমোগুণগী মশক্ ওইবা অজ্ঞাননা কুপ্পুনা লৈববা বুদ্ধিহুনা ধর্ম্ম নত্তববু ধর্ম্মনি হায়না অমসুং খঙগদবা পোৎ পুম্নমক্পু ওন্ন-তৈননা খঙই, অহুগুমবা বুদ্ধিহু তমোগুণদগী ওইবনি ॥ ৩২ ॥

মতৌ অসুম্ন বুদ্ধিগী মখল্ অহুম হায়বগা হৌজিক্ ধৃতিগী (পুক্নীং লৈতানা থমবগী) মখল্ অহুমবু অসুম্ন তাক্পা হৌই—

**ধৃত্যা যয়া ধারয়তে মনঃ প্রাণেন্দ্রিয় ক্রিয়াঃ।**

**যোগেনাঽব্যভিচারিণ্যা ধৃতিঃ সা পার্থ সাত্ত্বিকী ॥৩৩॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** পার্থ=পৃথাগী মচা হে ধনঞ্জয় ! যোগেন =সমাধিগা লোয়ননা লৈবা মরম্‌দগী ( সমাধি তৌদুনা আত্মাগী মশক্ ওইবা ব্রহ্মাদা লূপ্তুনা লৈবা মরম্‌দগী ) ; অব্যভিচাবিণ্যা =কদৌঙৈদস্তু অতোপ্প হীরম্ অমদা চত্তবা ; যয়াধৃত্যা= ধৃতি অদুনা মরম্ ওইদুনা ( পুক্নীং লৈত্তানা খমবা অদুনা মরম্ ওইদুনা) ; মনঃ প্রাণেন্দ্রিয়ক্রিয়াঃ ধাবয়তে=মীদুনা মন, প্রাণ অমসুং ইন্দ্রিয়শিংগী থবক্ পূম্নমক্‌পু পুদুনা অমসুং ঙাক্তুনা লৈ ( শাস্ত্রনা খিংবা পোৎশিংদা কদৌঙৈদস্তু চত্তে ) ; সা ধৃতিঃ= অদুগুমবা ধৃতিদু ( পুক্নীং লৈত্তানা থমবদু ) ; সাত্ত্বিকী—সত্ত্বগুণদগী ওইবনি ॥ ৩৩ ॥

**অপুম্ব অর্থ :—** পৃথাগী মচা হে ধনঞ্জয় ! সমাধি তৌদুনা আত্মাগী মশক্ ওইবা ব্রহ্মাদা লূপ্তুনা লৈবা মরম্‌দগী কদৌঙৈদস্তু অতোপ্প হীরম্ অমদা চত্তবা ধৃতিদুনা ( পুক্নীং লৈত্তানা থমবদুনা) মরম্ ওইদুনা মীদুনা মন ( পুক্নীং )- প্রাণ অমসুং ইন্দ্রিয়শিংগী থবক্ পূম্নমক্‌পু পুদুনা অমসুং ঙাক্তুনা লৈ, অদুগুমবা ধৃতিদু ( পুক্নীং লৈত্তানা থমবদু ) সত্ত্বগুণদগী ওইবনি ॥ ৩৩ ॥

হৌজিক্ রজোগুণদগী ওইবা ধৃতিগী মওওবু অস্মুম্ন হায়রি—

**যয়া তু ধর্ম্মকমার্থান্ ধৃত্যা ধারয়তেঽর্জ্জুন।**
**প্রসঙ্গেন ফলাকাংক্ষী ধৃতিঃ সা পার্থ রাজসী॥৩৪॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** অর্জ্জুন=হে অর্জ্জুন ! পার্থ—পৃথাগী মচাঃ

হে অর্জ্জুন ! প্রসঙ্গেন তু=মশাঃবু কর্ত্তানি ( অতৌবা মীনি ) অসি-নচিংবা খন্দুনা ( লেপ্তুনা ) পূক্লীং খিংজিনবা মরম্ন ; ফলাকাংক্ষী= মহৈঃ পামবা মীতুনা ; যয়া ধৃত্যা=ধৃতি অতুনা ( পুক্লীং লৈতানা থমবতুনা ) মবম্ ওইতুনা ধর্ম্মকামার্থান্ ধারয়তে=ধর্ম্ম, বিষয় ভোগ পামবা অমসুং শেল থুমশিংবু পূক্লীংদা ভাকুনা থমই ; সা ধৃতিঃ =অতুগুমবা ধৃতিতু ; রাজসী=রজোগুণ দগী ওইবনি ॥৩৪॥

**অপূর্ব অর্থ ঃ**—পৃথাগী মচা হে অর্জ্জুন ! মশাঃবু কর্ত্তানি (অতৌবা মীনি) অসি-নচিংবা লেপ্তুনা পূক্লীং খিংজিনবা মরম্ন মানা তৌবা কর্ম্মগী মহৈঃ পামবা মীতুনা, ধৃতি অতুনা (পুক্লীং লৈঃতানা থমবতুনা ) মরম্ ওইতুনা বিষয় ভোগ পামবা অমসুং শেল-থুমশিংবু পূক্লীংদা ভাকুনা থমই, অতুগুমবা ধৃতিতু রজো-গুণদগী ওইবনি ॥ ৩৪ ॥

তমোগুণদগী ওইবা ধৃতিগী মওঙবু হৌজিক্ অসুম্ন হায়রি –

**যয়া স্বপ্নং ভয়ং শোকং বিষাদং মদমেব চ ।**
**ন বিমুঞ্চতি দুর্মেধা ধৃতিঃ সা পার্থ তামসী ॥ ৩৫ ॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**— পার্থ=পৃথাগী (কুন্তীগী) মচাঃ হে অর্জ্জুন ! দুর্মেধা=ফত্তবা বুদ্ধি লৈবা (লৌশিং তাদবা ) মীতুনা ; যয়া= ধৃতি অতুনা মরম্ ওইতুনা ; স্বপ্নং=তুম্ববু ; ভয়ং=অকিববু ; শোকং=অপাম্ব পোৎ খাইনবদগী নুংঙাইতববু ; বিষাদং=ইন্দ্রিয়-নচিংবগী চোকথববু ; মদং এব চ=অমসুং পুক্লীংদা ময়াই কা.থবু

( চাউথোক্পবু ); ন বিমুঞ্চতি = থাদোক্তে ; সা ধৃতিঃ = অদুগুমবা ধৃতিদু; তামসী — তমোগুণদগী ওইবনি ॥৩৫॥

**অপূম্ব অর্থ :—** পৃথাগী মচাঃ হে অর্জ্জুন! ফত্তবা বুদ্ধি লৈবা মীনা ধৃতিদুনা মবম্ ওইদুনা তূম্ববু, অকিববু, অপাম্ব পোৎ থাইনবগী মুংঙাইতববু, হক্চাং ইন্দ্রিয়-নচিংবগী চোক্থববু অমসুং পূক্নীংদা ময়াই কাংববু থাদোক্তে, অদুগুমবা ধৃতিদু ( পুক্নাং লৈভানা থমবদু ) তমোগুণদগী ওইবনি ॥৩৫॥

মতৌ অসুম্ন মথক্ত জ্ঞান, কর্ম্ম, কর্ত্তা নচিংবগী সত্ত্ব-নচিংবা গুণ খেন্নবদগী মখল্ অহুম অহুম তাক্লগা হৌজিক্ মখোযগী (জ্ঞান-নচিংবগী ) মহৈঃ ওইবা মুংঙাইবগীসু গুণ খেন্নবদগী মখল্ অহুম অসুম্ন হায়বা হৌই—

**সুখং ত্বিদানীং ত্রিবিধং শৃণু মে ভরতর্ষভ।**
**অভ্যাসাদ্ রমতে যত্র দুঃখান্তঞ্চ নিগচ্ছতি ॥৩৬॥**
**যৎ তদগ্রে বিষমিব পরিণামেঽমৃতোপমম্।**
**তৎ সুখং সাত্ত্বিকং প্রোক্ত মাত্মবুদ্ধি প্রসাদজম্ ॥৩৭॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** ভরতর্ষভ = ভবত নিংথৌগী শাগৈদা অথোইবা হে অর্জ্জুন! ইদানীং = হৌজিক্ ; ত্রিবিধং সুখং তু = কর্ম্ম-নচিংবগী মহৈঃ ওইবা মখল্ অহুমগী মুংঙাইববু ( মুংঙাইবগী মরমদা ) ; শৃণু = নঙনা পূক্নীং চঙনা তাও ( কবম্ব-মুংঙাইববু লৌঃগদবনো অমসুং কবম্ব মুংঙাইববু থাদোক্কদবনো হায়বসি

খঙননবগীদমক্ পূরকীং চঙনা তাও ); যত্র=সমাধি (ধ্যান) তৌবদগী পোক্পা মুংঙাইবা অদুদা; অভ্যাসাৎ=হননা হননা হোৎনবদগী; রমতে=মীনা (সাধকনা) পূরকীং থিংজিল্লী; দুঃখান্তং চ নিগচ্ছতি =অমসুং অরাবা পূম্নমক্কী অরোইবা ফংই ॥৩৭॥ (তথা) যৎতৎ= অদুগা অদুগুমবা মুংঙাইবদু; অগ্রে=অহাম্বদদি ( সমাধি-নচিংবগী অভ্যাস তৌরিঙৈগী মতমদদি য়াম্ন কন্ন নোম্‌তুনা ফংগদবা মরম্ন); বিষং ইব=হূগী মতৌগুমনা ওই ( য়াম্ন অরাৰগী মশক্ ওই ); পরিণামে=মমৈথঙদদি (সমাধিগী অভ্যাস নীংথিনা তৌরবা মতুং-দদি ); অমৃতোপমং=অমৃতগা চপ্ মান্নৈ ( য়াম্ন পেন্নবগী মশক্ ওই ); তৎ আত্মবুদ্ধিপ্রসাদজং সুখং=অদুগুমবা মশাꣳগী অশেংবা বুদ্ধিদগী পোক্পা মুংঙাইবদু ( নত্রগা আত্মাবু শংশঙনা উবগী মশক্ ওইবা অশেংবা বুদ্ধিদগী জ্ঞানদগী পোক্পা মুংঙাইবদু ); সাত্ত্বিকম্=সত্ত্বগুণদগী ওইবনি। মবম্ অসিনা শ্রীমদ্ভাগবতদা অস্তুম্ন হায়রি— **"সাত্ত্বিকং সুখমাত্মোৎথম্"** (ভাগঃ ১১।২৫॥২৯)— "আত্মাদগী পোক্পা (আত্মাগী সমাধি তৌবদগী পোক্পা ) মুং-ঙাইবা সাত্ত্বিকনি ॥৩৭॥

**অপূম্ব অর্থ:** – ভরত নিংথৌগী শাগৈদা অথোইবা হে অর্জ্জুন! হৌজিক্ কর্ম্ম-নচিংবগী মহৈঃ ওইবা মথল্ অহুমগী মুং-ঙাইবগী মরম্‌দা নঙনা পূরকীং চঙনা তাও। সমাধি ( ধ্যান ) তৌবদগী পোক্পা মুংঙাইবা অদুদা হননা হননা হোৎনবদগী সাধক ওইবা মীহুনা পূরকীং থিংজিল্লী অমসুং অরাবা পূম্নমক্কী

অবোইববু ফংই, অদুগা অদুগুমবা মুংঙাইববু অহান্বদদি (অভ্যাস তৌরিঙৈগী মতমদদি য়ামনা কম্না নোমংনা যংগদবা মরম্ন হুগী মতৌগুম্ব ওই, অদুগা মমৈথঙদদি (সমাধিগী অভ্যাস নীংথিনা তৌববা মতুংদদি) অমৃতগা চপ্ মান্নে, অদুগুমবা মশাগী (আত্মাগী) অশেংবা বুদ্ধিদগী পোক্পা মুংঙাইববু সত্বগুণদগী ওইবনি ॥৩৬-৩৭॥

হৌজিক্ রজোগুণদগী ওইবা মুংঙাইবগী মওঙবু অস্মম হায়রি —

**বিষয়েন্দ্রিয় সংযোগাদ্ যৎতদগ্রেঽমৃতোপমম্।**
**পরিণামে বিষমিব তৎ সুখং রাজসং স্মৃতম্ ॥৩৮॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** — বিষয়েন্দ্রিয়সংযোগাৎ = রূপ, রস-নচিংবা বিষযশিংগা লোয়ননা মীৎ-নৈযেং-নচিংবা ইন্দ্রিযশিংগী মরী লৈনবা (শম্নবা) অদুদগী পোক্পা ; যৎ তৎ = মুংঙাইবদু, অগ্রে = অহান্ব দদি (বিষয় ভোগ তৌবিঙৈগী মতম অদুদদি) ; অমৃতোপমম্ = অমৃতগা চপ মান্নবা ওই ; পরিণামে বিষং ইব = অদুগা মমৈথংদদি (মদুগী মহৈঃ ওইনা তুংদা অরাবা ফংবা মতমদদি) হুগী মতোগুম ওই ; তৎ সুখম্ = অদুগুমবা মুংঙাইবদু ; রাজসং স্মৃত = রজোগুণদগী ওইবনি খঙনৈ ॥৩৮॥

**অপূর্ব অর্থ :**— রূপ রস-নচিংবা বিষয়শিংগা লোইননা নৈয়েং নচিংবা ইন্দ্রিযশিংগী শম্নবা অদুদগী পোক্পা মুংঙাইবদু অহান্বদদি অমৃতগা চপমান্নবা ওই অদুগা মমৈথঙদদি হুগী মতৌগুম

ওই, অদুগুমবা নুংঙাইবদু রজোগুণদগী ওইবনি খঙনৈ ॥৩৮॥

**যদগ্রেচানুবন্ধে চ সুখং মোহনমাত্মনঃ।**

**নিদ্রালস্য প্রমাদোত্থং তত্তামসমুদাহৃতম্ ॥৩৯॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** – নিদ্রালস্য প্রমাদোৎথম্=তুম্ব, অতনবা অমসুং প্রমাদ (তৌগদবা থবক্তি তৌদনা স্বপ্ন পুক্লীংতদা খন্দুনা লৈথোক্পা) মথোয়শিংদগী পোক্লক্পা ; যৎ সুখং=নুংঙাইবদু ; অগ্রে চ=অহান্বদা; অনুবন্ধে চ=অমসুং মমৈথঙদা; আত্মনঃ মোহনম্ =পুক্লীংবু শুমহৎনবগী মশক্ ওই ; তৎ=অদুগুমবা নুংঙাইবদু ; তামসং উদাহৃতম্=তমোগুণদগী ওইবনি হায়নৈ ॥৩৯॥

**অপুন্ব অর্থ :**– তুম্ব, অতনবা অমসুং তৌগদবা থবক্তি তৌদনা স্বপ্ন পুক্লীংদা খন্দুনা লৈথোক্পা (প্রমাদ) মথোয়শিংদগী পোক্লক্পা নুংঙাইবা অদু অহান্বদা (তুম্ব-নচিংবা তৌবিডৈগী মতমদা) অমসুং মমৈথঙদা (তুম্ব-নচিংবা থাদোক্লবা তুংদা) পুক্লীংবু শুমহৎনবগী মশক্ ওই, অদুগুমবা নুংঙাইবদু তমোগুণদগী ওইবনি হায়নৈ ॥৩৯॥

হৌজিক্ ক্রিয়া, কর্ম্ম, কর্ত্তা–নচিংবা পুম্নমক্সি সত্ত্বগুণ-নচিংবদগী ওইবা ঙাক্তনি হায়বসিবু লোইশিনহ্নুনা সংসারদা সত্ত্ব-নচিংবা গুণশিংদগী ওইদবা পোৎ অমত্ত লৈতে হায়বসি অস্মুন্ন তাক্লি—

**ন তদস্তি পৃথিব্যাং বা দিবি দেবেষু বা পুনঃ।**

**সত্ত্বং প্রকৃতিজৈর্মুক্তং যদেভিঃ স্যাৎ ত্রিভির্গুণৈঃ॥৪০॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**—পৃথিব্যাম্=পৃথিবীসিদা ( মীওইবগী লোক-সিদা ) ; দিবি বা=নত্রগা স্বর্গদা; পুনঃ দেবেষু বা=নত্রগা দেবতা-শিংগী ( লাইশিংগী ) মনুংদসু ; তৎ সত্ত্বং ন অস্তি=অদুগুমবা থরায় পানবা জীব অমত্ত লৈতে, যৎ=মহুদি ; এভিঃ প্রকৃতিজৈঃ ত্রিভিঃ গুণৈঃ=মায়াগী মশক্ ওইবী প্রকৃতি অসিদগী পোকৃপা সত্ব-নচিংবা গুণ অহুমসিনা ; মুক্তং স্যাৎ=থাদোক্পা ওইবা ( গুণ অহুম লৈতবা পোৎ ওইবা ) ॥৪০॥

**অপূর্ব অর্থ :** –পৃথিবীসিদা নত্রগা স্বর্গদা নত্রগা দেবতাশিংগী মনুংদসু মাযাগী মশক্ ওইবী প্রকৃতিদগী পোব্পা সত্ব-নচিংবা গুণ অহুমসিনা থাদোক্পা ওইবা অদুগুমবা থরাই পানবা জীব অমত্ত লৈতে ॥৭০॥

মতৌ অসুম্ন সংসাব পূন্নমক্সি সত্ত্ব-নচিংবা গুণ অহুম তিন্দুনা লৈবা ঙাক্তনি হায়বসি তাক্লগা হৌজিক্ গুণ অহুমসিবু লাপ্তোক্না মোক্ষ পামবা ব্রাহ্মণ-নচিংবা জাতিশিংনা মখোয় মখোয়না মখৌ ওইনা ভোগদবা থবক্‌শিংদু মহৈং পামবা থাদোক্লগা, তৌদুনা লৈগদবনি হায়বসিবু হৌজিক্ শ্রীভগবান্ন অসুম্ন তাক্পা হৌই—

ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়বিশাং শূদ্রাণাঞ্চ পরন্তপ।
কর্ম্মাণি প্রবিভক্তানি স্বভাব প্রভবৈর্গুণৈঃ ॥৪১॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— পরন্তপ=যেক্নবশিংবু অরাবা পীবা হে অর্জ্জুন! ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রিয়বিশাং শূদ্রাণাং চ=ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রী, বৈশ্য

অমস্তুং শূদ্র জাতি (বর্ণ) মরিসিদা পোক্পা মীওইবশিংগী ; কর্ম্মাণি =মথৌ ওইনা তৌগদবা থবক্শিংহু ; স্বভাব প্রভবৈঃ গুণৈঃ= ঈশ্বরগী মায়া শক্তিগী মশক্ ওইবী প্রকৃতিদগী পোক্পা সত্ব, রজঃ অমস্তুং তমঃ গুণ অহুমসিনা মরম্ ওইহুনা ; প্রবিভক্তানি= তোঙান তোঙান্ন খায়দোক্লিবনি ॥৪১॥

**অপুন্ন অর্থ :—** য়েক্লবশিংবু অবাবা পীবা হে অর্জ্জুন ! ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রিয়, বৈশ্য অমস্তুং শূদ্র জাতি মরিসিগী মথৌ ওইনা তৌগদবা থবক্শিংবু ঈশ্বরগী মায়া শক্তিগী মশক্ ওইবী প্রকৃতিদগী পোক্পা সত্ব, রজঃ অমস্তুং তমঃ গুণ অহুমসিনা মরম্ ওইহুনা তোঙান-তোঙান্ন খায়দোক্লিবনি ॥ ৪১ ॥

## অথ্প্রকা:

ব্রাহ্মণ জাতিগী মী-শিং সত্বগুণনা মকোক ওইনা,ক্ষেত্রিয় জাতিগী মী-শিং রজোগুণনা মকোক্ ওইনা বৈশ্য জাতিগী মী-শিং তমোগুণ য়াম্ন য়ানশিনবা রজোগুণনা মকোক্ ওইনা অমস্তুং শূদ্র জাতিগী মী-শিং তমোগুণনা মকোক্ ওইনা পোক্পনি। মরম্ অসিনা মখোয়দা সত্ব নচিংবা গুণ থেন্নবদগী গুণ অতুগী মতুং ইনন মখোয়না তৌবা থবক্শিংহুস্ন থেন্নে, অতুগা গুণশিংহুনা ঈনশিন্দুনা মখোয়না থবক্শিংহুবু তৌহুনা লৈ। মতুদা মখোয়গী থবক্শিংহু মরু ওইনা করি করিনো হায়বসিবু স্মৃতিকার ( স্মৃতি লাইরিক্ লেংবা ) ঋষিশিংনা মখোয়না লেংবা লাইরিক্শিংদা ইরি। বসিষ্ঠ স্মৃতিদদি মসিগী মরমদা অস্নুম্ন ইরি—

"ষট্ কর্ম্মাণি ব্রাহ্মণস্য অধ্যয়নমধ্যাপনং যজনং
যাজনং দানং প্রতিগ্রহশ্চেতি।
ত্রিণি রাজণ্যস্যাঽধ্যয়নং যজনং দানং শস্ত্রেণ চ
প্রজাপালনং স্বধর্ম্মঃ।
এতান্যেব ত্রীণি বৈশস্য কৃষি বাণিজ্যং পশুপালনং
কুসিদানি চ।
এতেষাং পরিচর্য্যা শূদ্রস্য॥ (বঃ স্মৃঃ ২)

ব্রাহ্মণ জাতিগী থবক্ তরুী—বেদ-নচিংবা লাইবিক্শিং তমবা অমস্তুং তমবীবা, যজ্ঞ-নচিংবা কর্ম্ম তৌবা অমস্তুং তৌহনবা, দান তৌবা অমস্তুং লৌঃবা। ক্ষত্রিযশিংগী মকোক্ ওইনা অহুম লৈ—বেদ-নচিংবা লাইরিক্ তমবা, যজ্ঞ-নচিংবা কর্ম্ম তৌবা অমস্তুং দান তৌবা, মসিদা নত্তুনা খুৎলাই পায়দুনা প্রজাশিংবু ঙাকপা। বৈশ্যশিংগীস্তু মথক্ত হাযবিবা থবক্ অহুম অসিনি হাযবদি বেদ-নচিংবা লাইবিক্ তমবা, যজ্ঞ-নচিংবা কর্ম্ম তৌবা অমস্তুং দান তৌবা, মসিদা নত্তুনা লৌঃউবা, লল্লোনবা, শা য়োক্পা অমস্তুং শেল পুর্থোক্-পুশিন তৌদুনা শেন্দোই লৌঃবা। শূদ্রশিংগীদি মথক্ত হায়বিবা ব্রাহ্মণ-নচিংবা জাতি অহুমসিগী সেবা তৌদুনা লৈবনি॥"
মনু স্মৃতিদসু শ্লোক ১।৮৮-৯১ ফাওবগী মনুদা মসি পুন্নকসিবু নীংথিনা তাক্লি। মবম্ অসিনা ব্রাহ্মণ-নচিংবগী থবক্শিংগী মতুং ইননা মখোয়শিংসি বিবাট্ পুরুষ ভগবান্দগী কবম্ন পোক্খি হায়বদু বেদ-নসু অস্নুম্ন তাক্লি—

**ব্রাহ্মণোঽস্য মুখমাসীদ্ বাহূ রাজন্যঃ কৃতঃ।**
**উরূ তদস্য যদ্বৈশ্যঃ পদ্ভ্যাং শূদ্রোঽজায়ত॥**

(যজু বেদ—৩১।১১)

"বিরাট্ পুরুষ ভগবান্গী মচান্দু ব্রাহ্মণ ওইখি (বিরাট্ ভগবানগী মচান্দগী ব্রাহ্মণ পোকৃখি), মহাক্কী (বিরাট্কী) পামবোম অনীনা ক্ষত্রিয় শাখি (পামবোম অনীদগী ক্ষত্রিয় পোকৃখি) মহাক্কী (বিরাট্কী) ফৈবোম অনীচু বৈশ্য ওইখি, (ফৈবোম অনীদগী বৈশ্য পোক্খি), অচুগা মাগী (বিরাট্কী) খোঙ অনীদগী শূদ্র পোক্খি॥" মরম্ অসিনা মন্ত্রসিগী অর্থ লৌঃহুনা শ্রীভগবান্না উদ্ধবকী মফমদা অস্মুম্ হায়রম্মি -

**বিপ্র ক্ষত্রিয়বিট্ শূদ্রা মুখবাহূরুপাদজাঃ।**
**বৈরাজাৎ পুরুষাজ্জাতা য আত্মাচার লক্ষণাঃ॥**

(ভাগবত ১১।১৭।১৩)

"বিরাট্ পুরুষ ভগবান্গী চান্, পামবোম, ফৈবোম অমসুং খোঙদগী মথং মনাউ নাইনা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমসুং শূদ্র বর্ণ (জাতি) মরিসি পোক্খি। বর্ণ মরিসি মখোয় মখোয়না চৎপা লমচৎকী মতুং ইননা খংগদবনি ॥ ৪১ ॥

হৌজিক্ ব্রাহ্মণগী হৌনশা ওইবা গুণশিংদগী ওইবা কম্মশিংবু অস্মুম্ তাকৃলি—

**শমো দমস্তপঃ শৌচং ক্ষান্তিরার্জবমেব চ।**
**জ্ঞানং বিজ্ঞানমাস্তিক্যং ব্রহ্মকর্ম্ম স্বভাবজম্॥ ৪২ ॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা:—** শমঃ=মনবু ( পুক্নীংবু ) লাকৃশিন্দুনা থমবা; দমঃ=মীৎ-নাকোং-নচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু মখোয়গী বিষয় রূপ শব্দ-নচিংবদা চংহন্দনা থমবা; তপঃ=চরা হেনব-নচিংবা তৌত্নুনা হকচাংবু লাকশিন্দুনা থমবা; শৌচং=হকচাংগী মন্নুং অমস্থুং মপানবু শেংনা থমবা; ক্ষান্তিঃ=অতোপ্পনা তৌবা মরাল ডাকপী হৈবা; আর্জবং এব=অচুগা পূকচেল য়াম্ন ভিংনা লৈবা; জ্ঞানং=বেদ--নচিংবা শাস্ত্রগী অর্থবু খঙবা; বিজ্ঞানং=বেদগী কর্মকাণ্ডদা তাকৃপা যজ্ঞ-নচিংবা কর্মশিংবু করম্ন তৌবা হৌঃনবগে অমস্থুং জ্ঞান কাণ্ডদা তাকৃপা ব্রহ্ম অমস্থুং আত্মাগী অমত্ত ওইবা তত্ত্ববু শংশঙনা নিংথিনা খঙবা; আস্তিক্যং চ=অমস্থুং বেদ-নচিংবা ধর্ম শাস্ত্রদা য়াম্ন থাজবা মতৌ অস্থুম্ন গুণ মাপনসি; স্বভাবজং ব্রহ্ম কর্ম=হৌনশা ওইনা সত্ত্বগুণদগী পোকপা ব্রাহ্মণগী কর্মনি ॥৪২॥

**অপুন্ন অর্থ:-** (১) মনবু লাকৃশিন্দুনা থমবা; (২) মীৎ-নাকোং-নচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু মখোয়গী বিষয়শিংদা চংহন্দনা থমবা; (৩) চরা হেনব-নচিংবা তপ তৌবা, (৪) হকচাংগী মন্নুং মপান শেংদোক্ন থমবা; (৫) অতোপ্পনা তৌবা মরাল ডাকপী হৈবা; (৬) পুকচেল য়ামনা তিংনা লৈবা; (৭) বেদ-নচিংবা শাস্ত্রগী অর্থ খঙবা; (৮) বেদগী কর্ম কাণ্ডদা তাকৃপা কর্মশিংবু করম্ন তৌবা হৌনৈ অমস্থুং জ্ঞান কাণ্ডদা হায়বা ব্রহ্ম অমস্থুং আত্মাগী অমত্ত ওইবা তত্ত্ববু শংশঙনা নীংথিনা খঙবা; (৯) অচুগা বেদ-নচিংবা ধর্ম শাস্ত্রশিংদা য়ামনা থাজবা মতৌ অস্থুম্ন মাপনসি হৌনশা ওইনা সত্ত্বগুণদগী পোকপা ব্রাহ্মণগী কর্মনি ॥৪২॥

## অথ্ৱ্প্ৰ ৱাঃ

ব্রাহ্মণগী গুণ ওইনা হায়রিবা ৱাঃসি শ্রীভগবান্ন উদ্ধবকী মফমদসু অসুম্ন হায়রি—

**শমো দমস্তপঃ শৌচং সন্তোষঃ ক্ষান্তিরার্জবম্।**
**মদ্ভক্তিশ্চ দয়া সত্যং ব্রহ্মপ্রকৃতয়স্ত্বিমাঃ॥**

( ভাগবত ১১।১৭।১৬ )

"মন লাক্‌শিন্নব, ইন্দ্রিয় ফাজিন্নব, তপ তৌবা, শেংনা লৈবা, পেন্ন লৈবা, অবানবা ঙাকপি হৈবা, পূকচেল তিংবা, কৃষ্ণ ঐগী মফমদা ভক্তি লৈবা, থৌজাল হৈবা অমসুং অচুমবা ৱাঃ ঙাংবা মসি পূম্নমকসি ব্রাহ্মণগী হৌনশা ওইনা লৈবা গুণশিংনি।" অদুগা জাতিদগী ব্রাহ্মণ ওইনা পোক্‌পদা নত্তনা অতোপ্প জাতিদা পোক্লবসু কর্মদগী ব্রাহ্মণ ওইবা য়াই হায়না মহাভারতকী মনুংদা অসুম্ন হায়রি—

**সত্যং দানমথাহদ্রোহ আনৃশংস্যং ত্রপাঘৃণা।**
**তপশ্চ দৃশ্যতে যত্র স ব্রাহ্মণ ইতি স্মৃতঃ॥**

( মহাভারত শাঃ ১৮৯।৪ )

"অচুমবা ঙাংবা, দান-পীনহৈবা, কনাগুম্বসু য়েংথিনদবা (য়েক্লদবা) থম্মোই থোৎপা, ঈকাইগন্নব, থৌজালহৈবা, তপ তৌবা মসি পূম্নমক্‌সি মী অদুদা লৈরবদি মহাক্ অদুবু ব্রাহ্মণনি হায়না খং-গদবনি॥" আস্তিক্য কদাইবু কৌবগে হায়ৰসিবুদি অসুম্ন তাকলি—

"শ্রৌতে স্মার্ত্তে চ বিশ্বাসো যত্তদাস্তিক্যমুচ্যতে।" (শ্রীঃজাঃ উঃ ২।৩) — "বেদ অমসুং স্মৃতিনা তাকৃপা ৱাঃ অমসুং কর্ম্মশিংদা থাজববু অস্তিক্য কৌই" ॥৪২॥

হৌজিক্ ক্ষত্রিয়শিংগী গুণ অমসুং হৌঃনশা ওইনা লৈবা কর্ম্মশিংবু অসুম্ন তাক্লিবা -

**শৌর্য্যং তেজো ধৃতির্দাক্ষ্যং যুদ্ধে চাপ্যপলায়নম্।**
**দানমীশ্বর ভাবশ্চ ক্ষাত্রং কর্ম্ম স্বভাবজম্ ॥৪৩॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** – শৌর্য্যং=থৌনা ফবা ; তেজঃ=মতৌক্ মঙাল লৈবা : ধৃতিঃ=পূক্নাং লৈতানা থমহনা অথাঙ কনবা, দাক্ষ্যং=য়ামনা হৈ-শিংবা ; যুদ্ধে চ অপি অপলায়নম্ – লাল তৌব• দস্থ মায় ওন্দুনা চেন্দবা ; দানং=আতোপ্পগী মকনদা শেল-থুম-নচিংবা পোৎশিংবু পূক্নাং মকা লামনা পীথোক্পা ; ঈশ্বর ভাব চ =অমসুং লৌবাক্ ঙাক্তুনা মপু ওইনা লৈনবা শক্তি লৈবা ; মসি পূন্নমক্সি, ক্ষাত্রং স্বভাবজং কর্ম্ম=ক্ষত্রিয়শিংগী হৌনশাদগী পোক্-পা কর্ম্মনি ॥৪৩॥

**অপূন্ন অর্থ :** – থৌনা ফবা, মতৌক্ মঙাল লৈবা, পূক্নাং লৈঃতানা অথাঙ কনবা য়ামনা হৈ-শিংবা, লানদা মায় ওন্দুনা চেন্দবা, দান তৌবা অমসুং লৈবাক্ ঙাক্তুনা মপু ওইনা লৈনবা শক্তি লৈবা মসি পূন্নমক্সি ক্ষত্রিয়শিংগী হৌঃনশাদগী পোক্পা কর্ম্মনি ॥৪৩॥

অথ প্রশ্নঃ

মতৌ অসুম্ন হায়বিবা ক্ষত্রিয়শিংগী হৌ·নশা ওইবা গুণশিংবু শ্রীভগবান্ন উদ্ধবকী মফমদস্তু অসুম্ন হায়রি—

**তেজো বলং ধৃতিঃ শৌর্য্যং তিতিক্ষৌদার্য্যমুদ্যমঃ।**
**স্থৈর্য্যং ব্রহ্মণ্যমৈশ্চর্য্যং ক্ষত্রপ্রকৃতয়স্ত্বিমাঃ॥**

( ভাগবত ১১।১৭।১৭ )

"মতীক্ মঙাল লৈবা, পাঙ্গল চাওবা, পূক্নীং লৈতানা লৈবা, থৌনা ফবা, অখাঙ কনবা থম্মোই থোৎপা, নোম্ব কম্ব, লেঙদবা স্বভাব ওইবা, ব্রাহ্মণগী মফমদা শ্রদ্ধা লৈবা অমসুং মপু ওইদুনা লৈবাক্ ঙাক্পা মসি পুম্নকসি ক্ষত্রিয়শিংগী হৌঃনশা ওইনা লৈবা গুণশিংনি" ॥৪৩॥

হৌজিক্ বৈশ্য অমসুং শূদ্রগী হৌনশা ওইনা লৈবা গুণ অমসু, কর্ম্মবু অসুম্ন হায়বি—

**কৃষিগৌরক্ষ্যবাণিজ্যং বৈশ্যকর্ম্ম স্বভাবজম্।**
**পরিচর্য্যাত্মকং কর্ম্ম শূদ্রস্যাপি স্বভাবজম্॥ ৪৪॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** কৃষি-গৌরক্ষ্য-বাণিজ্যং=লৌউবা, শাঃ-শল য়োক্পা, ললোনবা মসি ; স্বভাবজম্ বৈশ্যকর্ম্ম=বৈশ্য জাতিগী হৌঃনশাদগী ওইবা কর্ম্মণি ; শূদ্রস্য অপি=অদুগা শূদ্র জাতিগীদি ; পবিচর্য্যাত্মকং কর্ম্ম=সেবা তৌদুনা লৈবগী মশক্ ওইবা কর্ম্ম ; স্বভাবজম্=হৌঃনশাদগী ওইবনি ॥৪৪॥

**অপুম্ব অর্থঃ**— লৌউবা, শাঃ-শল য়োক্পা অমসুং ললোম্ব মসি বৈশ্য জাতিগী হৌনশাদগী ওইবা কর্ম্মনি, অদুগা শূদ্রজাতিগীদি সেবা তৌহুনা লৈবগী মশক্ ওইবা কর্ম্ম হৌঃনশাদগী ওইবনি ॥৭৭॥

**অর্থপ্রস্বাঃ**

মসিদা হায়বা অসিগুম্ব বৈশ্য অমসুং শূদ্রগী হৌনশাদগী ওইবা কর্ম্মশিংবু শ্রীভগবান্না উদ্ধবকী মফমদসু তাসুন্না হায়রি—

**আস্তিক্যং দাননিষ্ঠা চ অদম্ভো ব্রহ্ম সেবনম্ ।**
**অতুষ্টিরর্থোপচয়ৈর্বৈশ্য প্রকৃতয়স্ত্বিমাঃ ॥**
**শুশ্রূষণং দ্বিজগবাং দেবানাং চাপ্যমায়য়া ।**
**তত্রলব্ধেন সন্তোষঃ শূদ্র প্রকৃতয়স্ত্বিমাঃ ॥**

( ভাগবত ১১।১৭।১৮ ১৯ )

"আস্তিক ওইবা ( বেদ-নচিংবা শাস্ত্রবু থাজহুনা মহুগী মতুং ইননা চৎপা ), দান তৌবদা পুক্নীং থিংজিনবা, চাউথোক্পা লৈতবা ব্রাহ্মণগী সেবা তৌবা, শেল তানবদা পেম্ব লৈতবা মসি পুম্নমক্সি বৈশ্যগী স্বভাবনি। অদুগা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয় অমসুং বৈশ্য জাতি অহুমশিংগী শল অমসুং দেবতাশিংগী পুক্নীং শেংনা সেবা তৌহুনা লৌবা অমসুং অফংবা পোৎ অদুনা পেল্দুনা লৈবসি শূদ্রগী স্বভাবনি।"

অদুগা ব্রাহ্মণ-নচিংবা জাতি মরিমক্কী ওইনদি শাস্ত্রনা তাসুন্ন হায়রি—

**অহিংসা সত্যমস্তেয়ং শৌচমিন্দ্রিয়নিগ্রহঃ।**
**দানং দমো দয়া ক্ষান্তিঃ সর্ব্বেষাং ধর্ম্মসাধনম্ ॥**

"জীবশিংবু অহাবা পীদবা, অচুমবা ঙাঙবা, হুরানদবা, পুক্নীং হকচাং শেংনা থমবা, ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা থমবা, দান তৌবা, পুক্নীং ফাজিন্ন, থোজাল তৌবা অমস্তুং ঙাকপি হৈবা মসি পুম্নমক্সি মী পুম্নমক্কা ওইবা ধর্ম্ম সাধননি" ॥৪৪॥

মতৌ অসুম্ন ব্রাহ্মণ-নচিংবা বর্ণ (জাতি) মরিগী চমনা কর্ম্ম অমস্তুং গুণ তাক্লবদা—মসিদা অসুম্ন চিংনবা পোক্ই; মতুদি—শম, দম-নচিংবা সাত্ত্বিক ওইবা গুণশিং ব্রাহ্মণগী ঙাকত্না ওইরবদি মখোয় (শম, দম-নচিংবা) অদুদা মোক্ষগী সাধন ওইবা মরম্ন ব্রাহ্মণদনা মোক্ষ ফংগনি, ক্ষত্রিয় নচিংবা অতৈদি মোক্ষ ফংবা ঙমলরোই। অসিগুম্বা চিংনবসিবু কোক্হনগে হায়বগীদমক্ শ্রীভগবান্ন অমুক্ অসুম্ন হায়বা হৌই—

**স্বে স্বে কর্ম্মণ্যভিরতঃ সংসিদ্ধিং লভতে নরঃ।**
**স্বকর্ম্মনিরতঃ সিদ্ধিং যথাবিন্দতি তচ্ছৃণু ॥৪৫॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**— স্বে স্বে কর্ম্মণি=মাগী মাগী তোঃনন্না ওইবা কর্ম্মদা (বর্ণ অমস্তুং আশ্রমগী মতুং ইননা মাগী মাগীদমক্ শাস্ত্রনা তৌ তাক্পা কর্ম্ম অদুদা); অভিরতঃ নরঃ=পুক্নীং থিংজিন্দুনা তৌরিবা মীতুনা; সংসিদ্ধিং লভতে=জ্ঞান ফংবা ঙম্নবা সিদ্ধিবু (অন্তঃকরণ শেংবগী মশক্ ওইবা মতীক্ চাঃববু) ফংই;

মতৌ অসুম্ন; স্বকর্ম্ম নিবতঃ=মাগীদমক্ শাস্ত্রনা তৌ তাক্লিবা কর্ম্মহু তৌবদা পূর্ক্লীং খিংঙিললিবা মীতুনা; যথা সিদ্ধিং বিন্দতি=মতৌ করম্ন সিদ্ধি (তত্বজ্ঞান) ফংবগে ; তৎ শৃণু=হায়বতু নঙনা তাও॥৪৫॥

**অপূম্ব অর্থ :**— বর্ণ অমসুং শাস্ত্রগী মতুং ইননা মাগী মাগী-দমক্ শাস্ত্রনা তৌ তাক্পা কর্ম্ম অতুদা পূর্ক্লীং খিংজিন্দুনা তৌবিবা মীতুনা জ্ঞান ফংবগী মশক্ সিদ্ধিবু ফংই, মতৌ অসুম্ন মাগীদমক্ শাস্ত্রনা তৌ তাক্লিবা কর্ম্মতু তৌবদা পূর্ক্লীং খিংজিললিবা মীতুনা মতৌ করম্ন তত্বজ্ঞানগী মশক্ ওইবা সিদ্ধি ফংবগে হায়বতু নঙনা তাও ॥ ৪৫ ॥

## অথ প্রস্বাঃ

বর্ণ মবি (ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমসুং শূদ্র), অমুগা আশ্রম (ব্রহ্মচর্য্য, গার্হস্থ্য, বানপ্রস্থ্য অমসুং সন্ন্যাস) মবিগীদমক্ শাস্ত্রনা খাইদোক্ল তাক্পা কর্ম্মশিংবু মপোয়না মহৈ. পামনা তৌ-ববদি স্বর্গ-নচিংবা মহৈঃ ফংই। মরম্ তাসিনা আপস্তম্ব স্মৃতিদা অস্রম্ন হাযবি—

**"বর্ণাআশ্রমাশ্চ স্বকর্ম্মনিষ্ঠাঃ প্রেত্য কর্ম্মফলমনুভূয় ততঃ শেষেণ বিশিষ্টদেশ জাতি-কুল-ধর্ম্মায়ুঃ-শ্রুত বৃত্তবৃত্তি সুখ মেধসো জন্মপ্রতিপদ্যন্তে।"** (আঃ স্মৃঃ ২।২।২।৩) "মাগী মাগী কর্ম্মদা পূর্ক্লীং খিংজিন্দুনা লৈবা বর্ণ অমসুং আশ্রমগী মী-শিংনা শিরবা তুংদা স্বর্গদা কর্ম্মগী মহৈঃঃ চাংবগা মতুদগী লেম-হৌবা কর্ম্মগী মতুং ইননা মখোয়না গক্ববা দেশ, জাতি, শাগৈ,

ধৰ্ম্ম, পুনশী, বিদ্যা (মহৈ-মশিং), আচাব (লমচং), লল (শেল-থুম), মু.ঙাইবা অমসুং বুদ্ধি লৌশিং-নচিংবা যংহুনা তমুক হননা পোক্ই।" অদুগা মখোয়না কৰ্ম্মগী মহৈঃ পামদনা মোক্ষগীদমক্ অন্তঃকৰণ শেংনবা তৌরবদি মতুদগী অন্তঃকরণ শেংলবা তুংদা তত্ত্বজ্ঞান ফংহুনা মোক্ষ ফংনবা মতীক্ চাঃবা ওই।

মবম্ অসিনা মহুনসু অসুম হায়বি—

**শ্রুতি স্মৃত্যুদিতং ধৰ্ম্মমনুতিষ্ঠন্ হি মানবঃ।**
**ইহ কীৰ্ত্তিমবাপ্নোতি প্রেত্য চানুত্তমং সুখম্॥**

(মঃ স্মৃ ২।৯)

"শ্রুতি (বেদ) অমসুং স্মৃতিনা তৌ তাকৃপা ধৰ্ম্মবু (কৰ্ম্মবু) তৌহুনা লৈবিবা মীনা মফমসিদা (মীওইবগী লোকসিদা) মিংচং ফংহুনা লৈ অমসুং শিববা তুংদা খ্বায়দগী অথোইবা মুংঙাইবা ফংই।"

মহর্ষি হবিত নসু অসুম হায়বি—

**স্বধৰ্ম্মং যেহনুতিষ্ঠন্তি তে যান্তি পরমাং গতিম্॥**

(হঃ স্মৃঃ ৭।১৯)

"মী-শিংহুনা মাগী মাগী মথৌ ওইবা ধৰ্ম্মবু (কৰ্ম্মবু) নীংথিনা তৌহুনা লৈ, অদুগুমবা মখোয়না অথোইবা ম্নাইফববু (মোক্ষবু) ফংই" ॥৪৫॥

হৌজিক্ মতৌ করম্ তৌনা মাগী মাগী মথৌ ওইনা কৰ্ম্মবু মহৈঃ পামদনা ঈশ্বরদা কংথোক্লগা তৌহুনা লৈবা মীনা অন্তঃকরণ

শেংখিহুনা তত্বজ্ঞানগী মশক্ ওইবা সিদ্ধি ফংবগে হায়বহু অসুম্ন হায়রি—

**যতঃ প্রবৃত্তির্ভূতানাং যেন সর্ব্বমিদং ততম্ ।**
**স্বকর্ম্মণা তমভ্যর্চ্য সিদ্ধিং বিন্দতি মানবঃ ॥৪৬॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** যতঃ=অন্তর্যামী ঈশ্বর অহুদগী হায়বদি মায়া শক্তিনা ওইহুনা নিমিত্ত ( সংসার শাবিবা কত্তা ) অমসুং উপাদান ( সংসাবগী মচাক্ ) ওইবা মবম পবমাত্মা অহুদগী ; ভূতানাং প্রবৃত্তিঃ=অচৎ-চত্ত তাইবং পুম্নমক্‌সিগী পোক্‌পা ওই ; যেন=সৎ অমসুং চিৎ ( চেতন ) ওইবা পবমাত্মা অহুনা ; সর্ব্বং ইদং ততম্=লেঙলি-পাল্লিবা পুম্নমক্‌সি শীন্ থুংলি ; তম্=অহু-শুমবা অন্তর্যামী ঈশ্বরহুবু ; স্বকর্ম্মণা অভ্যর্চ্য=শাস্ত্রনা তৌ তাক্‌পা মাগী মাগী কর্ম্মনা পূজা তৌবগা ; মানবঃ সিদ্ধিং বিন্দতি=-মীনা অন্তঃকবণ শেংহুনা তত্ত্বজ্ঞান ফংবগী মতীক্ চাবগী মশক্ ওইবা সিদ্ধিবু ফংই ॥৪৬॥

**অপুন্ন অর্থ :—** মাযা শক্তিনা মরম্ ওইহুনা সংসাবগী কর্ত্তা অমসুং উপাদান ( মচাক্ ) ওইবা পবমাত্মা অহুদগী অচৎ-চত্ত তাইবঙ পুম্নমক্‌সিগী পোক্‌পা ওই, অহুগা সৎ অমসুং চিৎ ওইবা পবমাত্মা লেঙলি-পানলিবা পুম্নমক্কী শীন্-থুংলি, অহুগুমবা অন্তর্যামী ঈশ্বরহুবু শাস্ত্রনা তাক্‌পা মাগী মাগী কর্ম্মনা পূজা তৌরগা ( মহৈঃ পামবা তৌদনা ঈশ্বরদা কথোক্লুনা কর্ম্ম তৌরগা ) মীনা অন্তঃকরণ শেংহুনা তত্ত্বজ্ঞান ফংবগী মশক্ ওইবা সিদ্ধিবু ফংই ॥ ৪৬ ॥

## অথ্ পূর্ন ৱাঃ

মায়াবু উপাধি ওইনা লৌঃহুনা লৈবা সর্বজ্ঞ ( পূন্নমক্পু খঙবা), অমস্তুং সর্ব্বশক্তিমান ( পূন্নমক্ তৌবা ঙমবা ) পরমাত্মানা অচৎ-চত্ত তাইবঙ পূন্নমক্সিবু শেম্বনি। মহাক্ (ঈশ্বর) তাইবঙসিগী শানবা মরম ( নিমিত্ত ) অমস্তুং মচাক্ ওইবা মবম ( উপাদান ) অনীমক্নি। মায়ানা মবম্ ওইহুনা মঙোন্দ ( ঈশ্বরদা ), থোরীদা লিল উবগুম চংজহুনা তাইবঙসি লৈরা অমস্তুং উবা মরম্দগী মহাক্পু (ঈশ্বরবু) মচাক্ ওইবা মরম্নি হায়বনি। মহাক্ (ঈশ্বরনা) লৈবাক্ত চফ ওইবগুম্ন মশক্ ওন্থোক্তুনা তাইবঙসিগী মচাক্ ওই হায়বা নত্তে। মহাক্তি ( ঈশ্বরদি ) লিল ওইনা উরিবা থোরী মকক্কী মতৌগুম্ন মতম পূন্নমক্ত মশাগী মওঙদা লেঙদনা লৈরিবনি। মশক্ ওন্থোক্তুনা তাইবঙসিগী মচাক্ ওইবদি মায়াগী মশক্ ওইবী প্রকৃতিনি। মরম্ অসিনা শ্রুতিনা হায়রি — **"মায়াং তু প্রকৃতিং বিদ্যাৎ"** ( শ্বেঃ উঃ ৪।১০ ) "মায়াবু তাইবঙগী মচাক্ ওইবী প্রকৃতিনি হায়না খঙউ।" মরম্ অসিনা স্বরূপ মায়াগী চঙজফম ( অধিষ্ঠান ) ওইনা লৈবদগী ঈশ্বরবু তাইবঙগী মচাক্নি হায়বনি। বেদান্তদর্শনদস্ত ব্রহ্ম ( ঈশ্বর ) কদায়বু কৌবগে হায়বহু অসুম্ন তাক্লি - **"জন্মাদ্যস্য যতঃ"** ( বেঃ দঃ ১।১।২ ) "অচৎ-চত্ত তাইবঙ পূম্বসিগী পোক্পা, লৈবা অমস্তুং মাঙবা অহুমসি মঙোন্দগী ওইৰা অহু ব্রহ্মনি" মসিবু শ্রুতিনস্তু অসুম্ন হায়রি — **"যতোবা ইমানি ভূতানি জায়ন্তে, যেন জাতানি জীবন্তি, যৎ প্রযন্ত্যভি**

সংবিশন্তি, তদ্বিজিজ্ঞাসস্ব, তদ্ ব্রহ্ম" ( তৈঃ উঃ ৩।১ )—
"মহুদগী অচৎ-চত্ত তাইবঙ পূম্নমক্সি পোক্ই, পোক্লনা লৈবা পূম্নমক্ মহুনা মরম্ ওইহুনা হিংহুনা লৈ; অহুগা পূম্নমক্ অহু মাঙবা মতমদা অমুক্ হননা মঙোন্দ তিল-লী, অহুগুমবা মহাক্ অহু ব্রহ্মনি, মহুবু খঙ-ননবা হোৎনৌ।" অসিগুমবা ব্রহ্মসি লেঙলি পাললিবা তাইবঙসিগী চঙজফম ( অধিষ্ঠান ) ওইনা মকম পূম্নমক্ত শীন্-থুংনা লৈরিবনি, মরম্ অসিনা মহাক্ পূম্নমক্কী অন্তর্যামীনি ( পূম্নমক্কী মন্নুংদা লৈহুনা ঙাক্-শেনবনি )। মসিবু শ্রুতিনা অস্নুম্ন হায়রি—

"যঃ সর্ব্বেষু ভূতষু তিষ্ঠন্ সর্ব্বেভ্যো ভূতেভ্যোঽন্তরঃ যং সর্ব্বাণি ভুতানি ন বিদুর্যস্য সর্ব্বাণি ভূতানি শরীরং, য সর্ব্বাণি ভুতান্যন্তরো যময়তি, এষ তে আত্মাঽন্তর্যাম্য মৃতঃ" ( বৃঃ উঃ ৩।৭।১৫ )

"মহাক্ অহু ( আত্মাগী মশক্ ওইবা ব্রহ্মহু ) অচৎ-চত্ত তাইবঙ পূম্নমক্সিদা লৈহুনা তাইবঙ পূম্নমক্সিদগী অতোপ্প অমা ওইনা মন্নুং চনহুনা লৈ ( তাইবঙ পূম্নমক্সিগী চংজফম অধিষ্ঠান ওইনা শীন্-থুংনা লৈ ), অহুবু তাইবঙ পূম্নমক্সিনা মহাক্পু খঙদে, অহুগা তাইবং পূম্নমক্সি মাগী হক্চাংনি, তাইবং পূম্নমক্সিবু মহুনা মন্নুংদা ঙাক্শেললিবনি, অসিগুমবা নহাক্কী ( সাধককী ) আত্মাসি ব্রহ্মগী মশক্ ওইবা আত্মানি, অন্তর্যামীনি অমসুং অমৃতনি।" অসিগুমবা আত্মাগী মশক্ ওইবা পরমেশ্বরগী পূজাবু ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়-নচিংবা

জাতি মরিনা অমসুং আশ্রম মরিনা মখোয়-মখোয়গীদমক্ শাস্ত্রনা তাক্লিবা কর্ম্মশিংঙ্গু মহৈঃ পামবা থা দোক্লুনা মতম পুম্নমক্ত তৌহুনা লৈগদবনি। মহুদগী অন্তঃকরণ শেংদোকখিহুনা মখোয়না তত্ত্বজ্ঞান ফংনবা মতীক্কী মশক্ ওইবা সিদ্ধি ফংহুনা মমৈথঙদা মোক্ষ ফংগদবনি ॥৪৬॥

মতৌ অসুম্ন ব্রাহ্মণ-নচিংবনা মাগী মাগী মথৌ ওইনা শাস্ত্রনা তাক্লিবা কর্ম্মশিং অহুদগী খ্বায়দগী অথোইবা য়াইফবা ( মোক্ষ ) ফংবা ঙমবা মরম্ন মাগী মাগী মথৌ ওইবা কর্ম্ম থাদোক্লগা অতোপ্পগী মথৌ কর্ম্ম তৌবসিদি য়াম্না ফত্তে হায়বসিবু অসুম্ন তাক্লি—

**শ্রেয়ান্ স্বধর্ম্মোবিগুণঃ পরধর্ম্মাৎ স্বনুষ্ঠিতাৎ।**
**স্বভাবনিয়তং কর্ম্ম কুর্ব্বন্নাপ্নোতি কিল্বিষম্ ॥৪৭॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**—স্বনুষ্ঠিতাৎ=য়ামনা নীংথিনা ফজনা মপূংফানা তৌগ্রবা ; পরধর্ম্মাৎ=অতোপ্পগী মথৌ ওইনা শাস্ত্রনা তাক্পা ধর্ম্ম ( কর্ম্ম ) অহুদগী ; বিগুণঃ=অবান-অহুই য়াওদনা মপূং ফানা তৌবা ঙমখিদবা ওইরবসু ; স্বধর্ম্মঃ=শাস্ত্রনা মাগীদমক্ মথৌ ওইনা তাক্পা কর্ম্মহু ; শ্রেয়ান্=মাগীদমক্ থোইদোক্ হেন্দোক্ল ফবনি ( য়াইফবা পীহৈবনি ) ; মরম্দি—স্বভাব নিয়তং কর্ম্ম কুর্ব্বন্ =পোক্পদগী হৌনা হৌনশা ওইনা ফংবা কর্ম্মহুবু তৌহুনা লৈবা মীনা ; কিল্বিষং ন আপ্নোতি—করিগুম্বা পাপ অমত্ত ফংদে ॥৪৭॥

**অপূন্ব অর্থ :**— য়ামনা নীংথিনা মপূংফানা তৌগ্রবা অতোপ্পগী মথৌ ওইবা কর্ম্ম অহুদগী অরান-অহুই য়াওদনা মপূংফানা তৌবা

ওমখিদবা ওইরবস্ত, শাস্ত্রনা মাগী মথৌ ওইনা তাকপা কর্ম্মতু মাগীদমক্ থোইদোক্ হেন্দোক্ল কৈ, মরম্দি পোক্পদগী হৌনা হৌনশা ওইনা ফংবা কর্ম্মতুবু তৌতুনা লৈবা মীনা পাপ অমত্ত ফংদে ॥৪৭॥

## অথ প্র ব্রাঃ

অহাম্বদা শ্রীভগবান্ন ব্রহ্মণগী মথৌ অমস্তুং গুণ করিনো অতুগা ক্ষত্রিয়-নচিংবগী মথৌ অমস্তুং গুণ করি কবিনো হায়বসি নীংথিনা তাক্খ্রে। মতুদা শৌর্য্য-নচিংবসি (থৌনা ফব-নচিংবসি) ক্ষত্রিয়-শিংগী গুণনি অমস্তুং অন্যায় (চুমদবা) তৌবা মীশিংবু লানদা হাৎলগা প্রজাশিংবু ঙাক্লনা থমনসি মথৌনি। অতুব অর্জ্জুননা ভীষ্ম; দ্রোণ-নচিংববু লানদা হাত্তুনা হিংসা তৌবসি পাপনি হায়না খল্লা। মতৌ অস্তুম্ন মানা (অর্জ্জুননা) লাননা খল্লিবা অতুব্ কোক্হনগে হায়বগীদমক্ শ্রীভগবান্ন শ্লোকসি হায়রিপনি। ক্ষত্রিয় ওইরগা ব্রাহ্মণ-নচিংবগী মথৌ তৌবা চুমদে মতু য়ামনা নীংখিনা তৌদবা মশাংগী মথৌ অতুনা থোইনা হেননা কৈ, অতুগা মতুদা পাপস্ত লৈতে। অতুগা মশাংগী তৌফম থোক্পা মতৌ থাদোক্লগা অতোপ্পগী মথৌ তৌববদি পাপ শোয়দনা ফংগনি। মবম্ অসিদগী মনু-নস্ত অস্তুম্ন হায়রি —

**বেদোদিতং স্বকং কর্ম্ম নিত্যং কুর্ব্যাদতন্দ্রিতঃ।**
**তদ্ধি কুর্ব্বন্ যথা শক্তি প্রাপ্নোতি পরমাং গতিম্ ॥**

(মঃ স্মৃঃ ৪।১৪)

"বেদনা তৌ তাক্পা মশাঃ মশাঃগী মথৌ ওইবা কর্ম্মবু অতনবা লৈতনা মতম পূন্নমক্ত তৌহূনা লৈগদবনি। মশাঃগী মথৌ ওইবা কর্ম্মহুবু ঙমবমখৈ তৌহূনা লৈরবদি মীহূনা খ্বাইদগী অথোইবা য়াইফববু (মোক্ষ) ফংই।" অহুগা হারিত মহর্ষিনসু অসুম্ন হায়রি –

**স্বধর্ম্মেণ যথা নৃণাং নরসিংহঃ প্রসীদতি।**
**নতুষ্যতি তথাহন্যেন কর্ম্মণা মধুসূদনঃ।** (হাঃ স্মৃঃ ৭।১৯)

"বেদ শাস্ত্রনা তাক্পা মথৌ তৌবদা নরসিংহ ভগবান্ন পেন্থিব-মুক অতোপ্প মীগী মথৌ ওইবা থবক্ তৌরুবহুবুদি মধুসূদন ভগবান্ন পেন্দে।"

মবম অসিনা মী থৃদিংমক্ত অতোপ্পগী মথৌ তৌদনা মাগী তৌ-গদবা মথৌ অহু তৌহুনা লৈনবা হোৎনগদবনি। অকবা ওইরবসু অতোপ্পগী মথৌবুদি তৌরোইদবনি। অত্রিস্মৃতিদসু অসুম্ন হায়রি—

**"পরধর্ম্মো ভবেৎ ত্যাজ্যঃ সুরূপ-পরদারবৎ**

(অত্রিঃ স্মৃঃ ১৮)

"অতোপ্পগী য়ামনা ফজবী নুপীবু থাদোক্পগী মতৌগুমবা অতোপ্পগী মথৌ ওইবা থবক্পুসু শোয়দনা থাদোকদবনি" ॥৪৭॥

হুদগী পোক্পা ভৈন্দ দোষ লৈবা ওইরবসু ভীল'হুদা হু চংদবগী মতৌগুম্ন, পোক্পদগী হৌনশা ওইনা ফংবা কর্ম্মদা দোষ লৈরবসু মহু তৌবদা পাপ ওইদে হায়বসি মথক্কী শ্লোকতা শ্রীভগবান্ন তাক্লে। অহুগা অহুমগুবা অধ্যায়দা **"স্বধর্ম্মে নিধনং শ্রেয়ঃ**

পরধর্ম্মো ভয়াবহঃ" (গীতাঃ ৩।৩৫) "মশাগী তৌগদবা মথৌ তৌহনা শিবসি য়াম্না ফৈ, অতোপ্পগী মথৌ ওইবা কর্ম্ম তৌবদি অফিবগী মশক্নি"। অতুগা মসিদা নত্তনা "নহি কশ্চিৎ ক্ষণমপি জাতু তিষ্ঠত্যকর্মকৃৎ" (গীঃ ৩।৫) কমাগুম্বা অজ্ঞানী অমস্তু মীকুপ অমত্তং ফাওবা কর্ম্ম তৌদনা লৈবা ঙমদে" হায়বসিসু মথক্ত হায়খ্রে। মরম্ অসিনা মশাঃ মশাংগী হৌনশা ওইনা ফংবা তৌগদবা কর্ম্মদু দোষ লৈবা ওইরবসু তত্ত্বজ্ঞান ফংদ্রিফাওবা মতৈং পামবা থাদোক্লগা পূক্নীং শেংনবা তৌহনা লৈগদবনি হায়বসি হৌজিক্ শ্রীভগবানন অস্মন্ন তাক্লি –

**সহজং কর্ম্ম কৌন্তেয় সদোষমপি ন ত্যজেৎ।**
**সর্ব্বারম্ভা হি দোষেণ ধূমেনাগ্নিরিবাহবৃতাঃ ॥৪৮॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**— কৌন্তেয়=কুন্তীমচা হে অর্জ্জুন! সদোষং অপি=সত্ত্ব নচিংবা গুণ অহুমদগী পোক্পা মরম্দগী দোষ শোয়দনা লৈবা ওইরবসু ঃ সহজংকর্ম্ম=হৌনশা ওইনা পোক্পদগী লোয়ন-বক্লবা কর্ম্মবু ; ন ত্যজেৎ=পূক্নীং শেংদ্রিবা অহুপ কী মথৌ থাদোক্-লোইদবনি ; হি=মসিগী মরম্দি ; ধূমেন অগ্নিঃ ইব=মৈংখুনা মৈংবু কুপ্পুনা (খুংহুনা) লৈবগী মতৌগুমনা ; সর্ব্বারম্ভাঃ=মশাংগী অমস্তুং অতোপ্পনা তৌগদবা মথৌ ওইবা কর্ম্ম পূম্নমক্সি গুণ অহুমগী মশক্ ওইবা মবম্, দোষেণ আবৃতাঃ=দোষনা কুপ্পুনা (খুমহুনা) লৈরিবনি ॥ ৪৮ ॥

**অপূব অর্থ ঃ** কুন্তীগী মচাঃ হে অর্জ্জুন! সত্ত্ব নচিংবা গুণ

অহু.দগী পোকৃপা মবম্‌দগী দোষ শোয়দনা লৈবা ওইরবস্থু হৌংনশা ওইনা পোকৃপদগী লোযনবক্লবা কর্ম্মবু পূক্লীং শোংদ্রিবা মতম অদুদগী মথৈ থাদোকৃলোইদবনি, মবম্‌দি— মৈ,খূনা মৈ বু কূপ্পুনা লৈবগী মতৌ গুমনা মশাংগী আমস্তুং অতোপ্পগী তৌগদবা মথৌ ওইবা কর্ম্ম পুন্নমকৃসি দোষনা কূপ্পুনা লৈবা ওাক্তনি ॥৪৮॥

## অথ.প্প রাঃ

স্বধর্ম্ম (মশাংগী ধর্ম্ম) ওইবা সহজ কর্ম্মবু (পোকৃপদগী লোয়ননা লাকপা কর্ম্মবু) থাংদোক্লুনা অতোপ্পগী মথৌ ওইবা কর্ম্ম তৌদুনা লৈববস্থু দোষ লৈতনা কনা অমত্তা লৈবা ওমদে। মবমদি কর্ম্ম পুন্নমকৃসি দোষগী মশক্ ওইবা সত্ব-নচিংবা গুণ তাহুমদগী ওইবকৃপা মবম্ন দোষ লেবা ওাক্তনি। ঈথৌ নত্তবা অতোপ্পগী মথৌ ওইবা কর্ম্মহুবু তৌদুনা লৈববস্থু দোষ য়াওদনা লৈবা ওমদ্রবদি ঈথৌ ওইবা থবক্ অদু তৌদুনা কশিগী লৈবোই? "অতোপ্পগী মথৌ তৌদুনা লৈবসি অকিবগী মশক্‌নি" (গীতা ৩।৩৫) হায়বসিদু অহান্বদা হাযগ্রে। মবম্ অসিনা ভাগবতকী মন্তংদস্থু বাজা নিমিগী মফমদা আবির্হোএ কৌবা ঋষিনা অস্মু হায়বি—

> নাচরেৎ যস্তু বেদোক্তং স্বয়মজ্ঞোঽজিতেন্দ্রিয়ঃ।
> বিকর্ম্মণা হ্যধর্ম্মেণ মৃত্যোর্মৃত্যুমুপৈতি সঃ॥
>
> (ভাগঃ ১১।৩।৪৫)

"ইন্দ্রিয়শিংবু থূহুম চনবা ওমদবা অজ্ঞানী ওইবা মীহুনা মশাংগী মথৌ ওইবা বেদনা তাক্‌পা কর্ম্মবু তৌদ্রবদি মহু তৌদবগী

মশক্ ওইবা অধর্ম্মনা ( ধর্ম্ম লৈতবনা ) মবম্ ওইহ্নুনা মহাক্ হননা হননা সংসারবসিদা পোক্ল-শিন্না তৌহ্নুনা লৈ।"

মতৌ অসুম্ন শ্রীভগবান্নসু উদ্ধবকী মফমদা অসুম্ন হায়রি —

**স্বে স্বেঽধিকারে যা নিষ্ঠা স গুণঃ পরিকীর্ত্তিতঃ।**
**বিপর্য্যয়স্তু দোষঃ স্যাদুভয়োরেষ নিশ্চয়ঃ॥**

( ভাগঃ ১১।২১।২ )

"মশাঃ মশাংগী তৌফম থোক্পা মতীক্ চাংবা কর্ম্মদা যান্নবা থাজনা লৈবহ্নু গুণনি মসিদগী ওন্ন-তৈনবা ( মশাংগী মতীক্ চাদবা কর্ম্মদা থাজহ্নুনা মহু তৌহ্নুনা লৈবা ) অসি দোষনি। মসি গুণ অমসুং দোষ অনীসিগী অরেপ্প মওঙনি।"

মরম্ অসিনা পোক্পদগী হৌহ্নুনা মাগী মথৌ ওইনা ফংবা কর্ম্মহ্নুবু মহেঃ পামবা তৌদনা শোয়দনা তৌহ্নুনা লৈগদবনি। মহ্নুদগী পুক্নীং শেংদোকখিহ্নুনা মহ্নুদা ( পুক্নীংদা ) জ্ঞান পোক্লবা মতীক্ ফংগনি ॥৪৮॥

অহু ওইরবদি কনানা কর্ম্ম থাদোক্পা ঙমগনি হায়না চিং-নরবদা শ্রীভগবান্ন মাহ্নুগী পাউথুম অসুম্ন পীরি —

**অসক্তবুদ্ধিঃ সর্ব্বত্র জিতাত্মা বিগতস্পৃহঃ।**
**নৈষ্কর্ম্ম্যসিদ্ধিং পরমাং সন্ন্যাসেনাঽধিগচ্ছতিঃ ॥৪৯॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** - **সর্ব্বত্র**＝পুম্নমকী মফমদা ( ঈচা, ঈণ্ডু, মুপী-নহা, লন-থুম-নচিংবা পুম্নমকী মফদা ); **অসক্ত বুদ্ধিঃ**＝পুক্নীং

চংবা থাদোক্লবা ( মখোয এগীনি অমস্তুং ঐ মখোয়গীনি অসি-নচিংবা ৱাখল্ থাদোক্লবা ) ; জিতাত্মা=পূক্নীংবু জয় তৌদুনা থম-লনা ( মনবু সংসাবগী পোংশিংদগী ফাজীন্দুনা থম্লবা ) মৰম্ অসিনা ; বিগতস্পৃহঃ=কবিগুমবা অমদা অপাম-মিহৌ লৈত্রবা মীদুনা ; সন্ন্যাসেন—কৰ্ম্ম পূন্নমক্ থাদোক্পগী মশক্ ওইবা সন্ন্যাস লৌঃবনা ( লম্বোইদুনা লৈবনা ) মৰম্ ওইদুনা ; পৰমাং নৈষ্কৰ্ম্ম্য সিদ্ধিং=খ্বাযদগী অথোইবা অমস্তুং কৰ্ম্ম অমত্ত লৈতবা আত্মাগী মশক্ ওইবা ব্রহ্মবু ফংনবা জ্ঞানবু ( ঐ ব্রহ্মনি হায়বা শংশঙবা জ্ঞানবু ); অধিগচ্ছাতি=ফংই ॥৪৯॥

**অপূন্ন অর্থ** :— পোং পূন্নমক্কী মফমদা পূক্নীং চঙবা থাঃ-দোক্লবা, মতুদগী পূক্নীংবু ( মনবু ) জয তৌদুনা থম্লবা, মৰম্ অসিনা কবিগুমবা পোং অমদা অপাম-মিহৌঃ লৈত্রবা মীদুনা কৰ্ম্ম পূন্নমক্ থাদোক্পগী মশক্ ওইবা সন্ন্যাস লৌঃবনা মৰম্ ওইদুনা খ্বায়দগী অথোইবা অমস্তুং কৰ্ম্ম অমত্ত লৈতবা আত্মাগী মশক্ ওইবা ব্রহ্মবু ফংনবা জ্ঞান ফংই ॥৪৯॥

## অথূপ্প ৱাঃ

আত্মাবু খঙদবা অজ্ঞানীনা "ঐ কর্ত্তানি অমস্তুং ভোক্তানি" হায়না খঙদুনা লৈবিবা মতম অদুক্কী মখৈ কৰ্ম্ম থাদোক্পা ঙমদনা লৈ। মতম অদুদা সংসাবগী পোং-চৈংশিংদা পূক্নীং থিংজিন্দুনা অপামবা পোংশিংবু ফংননবা হোৎনদুনা লৈ অমস্তুং ঈমুং মচুংগী

হুপী-নহা, ঈচা-ঈশু-নচিংবা পূন্নমক্কী মফমদা "মখোয় এগীনি অমসুং ঐ মখোয়গীনি" হায়বা ৱাখল্সি ভারেপ্প ওইনা লৈ। অতুবু অহান্বদা তৌখিবা পুণ্যগী মহৈংনা মরম্ ওইহনা কনাংমবনা "ঐ কনানো" হায়বা মশাংগী মশক্ খণ্ডনীংহনা মানা তৌজরিবা কর্ম্ম পূন্নমক্ অতুবু ঈশ্বরদা কৎথোক্লগা মহৈং পামদনা ঈবুংঙো মাগী পেন্নবগী-দমক্তি খন্দুনা থবক্ পূন্নমক্ তৌহনা লৈববদি, মহুদগী অন্তঃকরণ (পূক্নীং) শেংদোক্খিহনা মাগী পূক্নীং অতুদা বৈরাগ্য (সংসারবু পামদবা) পোক্লকই। অতুগা বৈবাগ্য অাহনা মবম্ ওইহনা কর্ম্ম পূন্নমক্পু থাদোক্পগী মশক্ ওইবা সন্ন্যাস লৌহনা আত্মাগী অশেং-বা মশক্ খণ্ডনবা হোৎনৈ। মতৌ অসুম্ন হোৎনবা অদুদগী আত্মাবু ব্রহ্মগী মশক্ ওইনা জ্ঞান ফংই। অসিগুমবা জ্ঞানসি ফংলবা মতমদা মীহুনা মশামক্পু কর্ম্ম অমত্ত লৈতবা অমসুং শীন্-থুংনা অমত্ত ওইনা লৈবনি হায়বসি নীংথিনা লেপ্পী। শ্রুতিনসু আত্মাগী মশক্ অসুম্ন তাক্লি— "নিষ্কলং নিষ্ক্রিয়ং শান্তম্" (শ্বে: উঃ ৬।১৯)" আত্মাসি মচেৎ-মকায় তাদবনি, ক্রিয়া (কর্ম্ম) লৈতবনি অমসুং শীন-থুংনা য়ামনা তপ্ন লৈবনি" অসিগুমবা আত্মাসিবু খণ্ডনবা অথোইবা উপায়দি (পাম্বৈদি) সন্ন্যাসনি হায়বসিবু শ্রীভগবান্ন শ্লোকসিদা তাক্লি। সন্ন্যাস করম্ব মতমদা লৌংগদগে হায়বসিবু রাজা জনককী মফমদা যাজ্ঞবল্ক্যনা অসুম্ন হায়রি—

**"ব্রহ্মচর্য্যং সমাপ্য গৃহীভবেৎ, গৃহীভুত্বা বনীভবেৎ, বণীভুত্বা প্রব্রজেৎ। যদি বেতরথাব্রহ্মচর্য্যাদেব প্রব্রজেৎ,**

গৃহাদ্বা, বনাদ্বা, যদহরেব বিরজেৎ তদহরেব প্রব্রজেৎ॥

(জাবালোপনিষৎ ৪।১) "ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদা লৈদুনা লাইরিক্ লাইশু তয়বা তুংদা য়ুম্ পানতুনা লৈগদবনি, য়ুম্ পানতুনা লৈরগা তুংদা বানপ্রস্থী ওইনা লৈগদবনি অতুগা বানপ্রস্থী ওইরগা তুংদা সন্ন্যাস লৌঃতুনা সন্ন্যাসী ওইনা লৈগদবনি। (মতৌ অসুম্ন হায়রিবসিদি মথং মনাও নাইনা আশ্রম মরিগী মতুং ইন্না তাক্-পনি। মসি নত্তুনা পূর্ক্নীংদা বৈরাগ্য পোকরুবা মীগীদমক্তি মখাদা অসুম্ন হায়রি)। নত্রগা (আশ্রমগী মথং মনাউ নাইবা নিয়ম লৈতনা) ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদগী সন্ন্যাস লৌগদবনি, নত্রগা য়ুম্বান্দুনা লৈবদগীসু সন্ন্যাস লৌগদবনি, নত্রগা বানপ্রস্থ আশ্রমদগীসু সন্ন্যাস লৌঃগদবনি, হুনিং অতুদা মপুংফানা বৈরাগ্য ওই, অতুগুমবা হুমীৎ অতুদা সন্ন্যাস লৌঃগদবনি।"

মতৌ অসুম্ন সন্ন্যাস লৌঃরগা তুংদা মহাক্ অমুক্ হন্না কর্ম্ম তৌনবা মতাক্ চাঃদে, শিখা অমসুং লুগুণ থাঃদোকুনা মশাঃগী (আত্মাগী) মশক্ ওইবা ব্রহ্মগী ধ্যান তৌবদা পূর্ক্নীং থিংজিন্দুনা লৈগদবনি। মতুদগী অশেংবা আত্মজ্ঞান ফংতুনা শিরবা তুংদা ব্রহ্মদা তিন্দুনা লৈবগী মশক্ ওইবা মোক্ষ ফংই। মরম্ অসিনা মকমসিদা শ্রীভগবান্না সন্ন্যাসবু কর্ম্ম লৈতবা আত্মাগী জ্ঞান ফংনবা হোৎ-নবদা সাধননি (পামবৈনি) হায়না তাক্লি॥৪৯॥

মতৌ অসুম্ন সন্ন্যাস লৌঃতুনা ব্রহ্মজ্ঞান ফংনবা হোৎনরিবা মীতুগী মথং-মনাউ নাইবা সাধনশিংবু শ্রীভগবান্না অসুম্ন হায়বা হৌই

**সিদ্ধিং প্রাপ্তো যথা ব্রহ্ম তথাপ্নোতি নিবোধ মে।**
**সমাসেনৈব কৌন্তেয় নিষ্ঠা জ্ঞানস্য যা পরা ॥৫০॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** - কৌন্তেয়=কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন ! সিদ্ধিং-প্রাপ্তঃ=মাগী তৌগদবা মথৌ ওইবা কর্ম্মবু মহৈঃ পামদনা ঈশ্বরদা কৎথোক্লগা ঈবুংঙো মাগী পূজা ওইনা তৌবা মরম্দগী পূক্নীং শেংদোকৃখিহুনা জ্ঞান ফংনবা মতীক্ চাঃবগী মশক্ ওইবা সিদ্ধিবু ফংহুনা সন্ন্যাস লৌঃরগা লৈবা মীহুনা ; যথা ব্রহ্ম আপ্নোতি =মতৌ অস্মুম্ন অশেংবা আত্মাগী মশক্ ওইবা ব্রহ্মবু ফংই ; তথা=অতুগুমবা মতৌ অতুবু ; সমাসেন এব মে নিবোধ=সমলপ্ন কৃষ্ণ ঐঙোন্দগী নঙনা খঙউ ; যা=মতুদি ; জ্ঞানস্য পবা নিষ্ঠা= ব্রহ্মাত্মজ্ঞানগী খায়দগী অথোইবা ফীবমনি ॥৫০॥

**অপূম্ব অর্থ :**—কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন। মাগী তৌগদবা মথৌ ওইবা কর্ম্মবু মহৈঃ পামদনা ঈশ্বরদা কৎথোকপা মরমদগী পূক্নীং শেংদোকৃখিহুনা জ্ঞান ফংনবা মতীক্ চাঃবগী মশক্ ওইবা সিদ্ধিবু ফংহুনা সন্ন্যাসী ওইনা লৈরবা মীহুনা মতৌ অস্মুম্ন অশেংবা আত্মাগী মশক্ ওইবা ব্রহ্মবু ফংই, অতুগুমবা মতৌ অতুবু শমলপ্ন কৃষ্ণ ঐঙোন্দগী নঙনা খঙউ ; মতুদি ব্রহ্মাত্মজ্ঞানগী খ্বায়দগী অথোইবা অমস্যুং অরোইবা ফীবমনি ॥৫০॥

হৌজিক্ মর্থক্ত হায়বিবা জ্ঞান নিষ্ঠা ( ব্রহ্মাত্মজ্ঞানগী খ্বায়-দগী অথোইবা অমস্যুং অরোইবা ফীবম্ ) অসিবু মতৌ করম্ন ফংবা ঙমগদগে হায়বহু শ্রীভগবান্ন শ্লোক অহুম্ন অস্মুম্ন তাক্লি—

বুদ্ধ্যা বিশুদ্ধয়া যুক্তো ধৃত্যাত্মনং নিয়ম্য চ।
শব্দাদীন্ বিষয়াংস্ত্যক্ত্বা রাগদ্বেষৌ ব্যুদস্য চ ॥৫১॥
বিবিক্তসেবী লঘ্বাশী যতবাক্ কায়মানসঃ।
ধ্যানযোগপরো নিত্যং বৈরাগ্যং সমুপাশ্রিতঃ ॥৫২॥
অহংকারং বলং দর্পং কামংক্রোধং পরিগ্রহম্।
বিমুচ্য নির্মমঃ শান্তো ব্রহ্মভূয়ায় কল্পতে ॥৫৩॥

অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ— বিশুদ্ধয়া=চিংনবা অমসুং ওন্ন-তৈনবা লৈত্রবা অশেংবা; বুদ্ধ্যা যুক্তঃ=পরোক্ষগী মওঙ ওইবা (শংশঙ-নদি খঙদ্রিবা) ব্রহ্মাত্মজ্ঞান লৈরবা সন্ন্যাসী; ধৃত্যা চ=অমসুং পূক্নীং লৈঃতানা থমবগী মশক্ ওইবা অথাঙ কন্বনা; আত্মানং নিয়ম্য=হকচাং ইন্দ্রিয়-নচিংববু লাক্শিন্দুনা থমলগা; শব্দাদীন্ বিষয়ান্ ত্যক্ত্বা=তঙাইফদবা শব্দ-নচিংবদি নত্তবা অকে-অমৌগী শব্দ-নচিংবা (শব্দ, স্পর্শ, রূপ, রস অমসুং গন্ধ) ভোগ্য মঙাসিবু থাঃদোক্তুনা (হকচাং হিংহ্নুনা থম্নবা বিষয় নত্তবা বিষয়শিংবু থাঃদোক্তুনা); রাগদ্বেষৌ ব্যুদস্য চ=অপাম্বা পোত্ত নুংশিবা অমসুং পামদবা পোত্ত য়েংথিবা থাদোক্লগা ॥৫১॥ বিবিক্ত সেবী=অচীকপা অমসুং অশেংবা মফমদা লৈরগা, লঘ্বাশী=চাং নাইনা অয়াংবা (থুনা তুমগদবা সাত্ত্বিক ওইবা) চিঞ্জাক্ চাঃরবা; যত বাক্ কায় মানসঃ=ৱাঃঙাং, হকচাং অমসুং পূক্নীংবু লাক্শিন্দুনা থমলবা; নিত্যং ধ্যান যোগ পরঃ=মতম পুম্নমক্ত ধ্যান যোগী অভ্যাস তৌবদা পূক্নীং থিংজিল্লবা:

বৈরাগ্যং সমুপাশ্রিতঃ=ইহলোক (লোক অসিগী) অমসুং পরলোককী (স্বর্গ-নচিংবা অতোপ্প লোকী) ভোগশিংগী অপামবা থাদোক্লবা ॥৫২॥ মসিদা নত্তনা— অহংকার=হক্চাং ইন্দ্রিয়-নচিংবদা "ঐনি" হায়বা নাপলবু; বলং=সংসারগী পোৎশিংদা অপাম-মিহৌ-নচিংবা তৌনবা মনগী মথৌনাবু; দর্পং="ঐ" অচৌবা শাগৈদা পোক্পনি অসি-নচিংবা নাপলবু; কামং=করিগুম্বা অপামবা পোৎ অমা ফংনবা নীংববু; ক্রোধং=অশাউববু; পরিগ্রহম্=অমসুং হক্-চাং চংনবা পোৎ নত্তবা অতোপ্প পোৎ হেনগৎনা থোম্জিনববু, বিমুচ্য=থাদোক্লগা; নির্মমঃ=করিগুমবা পোৎ অমদা ঐগীনি হায়বা ৱাখল লৈত্রবা; শান্ত=য়ামনা ভপ্প লৈবা মহাক্ অদু, ব্রহ্মভূয়ায় কল্পতে=শংশঙনা থংবগী মশক্ ওইবা ব্রহ্মাত্মজ্ঞান ফংহনা ব্রহ্মগী মশক্ ওইনা লৈবদা মতীক্ চায় ॥৫৩॥

**অপূর্ব অর্থ**:— চিংনবা অমসুং ওয় তৈনবা লৈত্রবা অশেংবা অমসুং শংশঙনদি খঙত্রিবা ব্রহ্মাত্মজ্ঞান লৈববা সন্ন্যাসী অমসুং পূক্নীং লৈঃতানা থমবগী মশক্ ওইবা অথাঙ কম্বনা হক্চাং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবু লাক্শিন্দুনা থমলগা খোঞ্জেন-নচিংবা (শব্দ-নচিংবা) ভোগ্য বিষয় মঙাবু থাঃদোক্নুনা অপামবা পোত্ত মুংশিবা অমসুং পামদবা পোত্ত য়েংথিবা লৈতনা ॥৫১॥ অচিক্পা অমসুং অশেংবা মফমদা লৈরবা, চাং নাইনা অয়াংবা চিঞ্জাক্ চারবা, ৱাঙাঙ, হক্চাং অমসুং পূক্নীংবু লাক্শিন্দুনা থমলবা, মতম পূম্নমক্ত ধ্যান যোগগী অভ্যাস তৌবদা পূক্নীং থিংজিল্লবা, লোক্ অসিগী অমসুং

অভোপ্প লোককী ভোগশিংগী অপামবা থাদোক্লবা ॥৫২॥ মসিদা নত্তনা হকচাং ইন্দ্রিয়-নচিংবদা "ঐনি" হায়বা নাপলবু, সং-সারগী পোৎশিংদা অপাম-মিহৌ তৌনবা মনগী মথৌনাবু, "ঐ" অচৌবা শাগৈদা পোকপনি অসি-নচিংবা নাপনবু, করিগুমবা অপামবা পোৎ অমা ফংনবা নীংববু, অশাউববু অমসুং পৈশিনহুনা থমবগী রাখল্ থাদোক্লগা,করিগুমবা পোৎ অমদা ঐগীনি হায়বা রাখল্ লৈত্রবা য়াম্না তপ্প লৈরবা মহাক্ অহু শংশঙনা খঙবগী মশক্ ওইবা ব্রহ্মাত্মজ্ঞান ফংহুনা ব্রহ্মগী মশক্ ওইনা লৈবদা মতীক্ চায় ॥৫৩॥

## অথ প্প রাঃ

শ্লোক অহুমসিদা শ্রীভগবান্ন হায়রিবা রাঃসি ব্রহ্মগী মশক্ ওইবা আত্মতত্ত্বব্ শংশঙনা-উনীং খঙনীংহুনা সন্ন্যাস লোঃহুনা সন্ন্যাসী (লম্বোইবা) ওইরবা মীগীদমক্‌নি। অহুবু হায়রিবা রাঃসি সাধক পূন্নমক্কীদমক্ অহাম্বদা মথক্ত কয়ারক হননা শ্রীভগবান্ন হায়খ্রে। মবম্ অসিনা কনা গুমনা মফমসিদা শ্রীভগবান্ন হায়রিবসিদি সন্ন্যাসীগী দমক্তনি ঐখোয়গী নত্তে হায়হুনা লায়থোক্‌পা তৌরোইদবনি। ঙমবা মখৈ হোৎনহুনা হায়রিবা রাঃ পূন্নমক্‌সিবু লোঃহুনা আত্ম-তত্ত্বব্ খঙন-নবা হোৎনগদবনি। য়ুমবান্দুনা লৈরবদি আত্মতত্ত্ব খঙবা ঙম্মোই হায়না পূক্নীংদা চিংনবোইদবনি। মম্মাংঙৈদা হোঃ-খিবা অমসুং আত্মতত্ত্বব্ খঙবা ঋষি অয়ামবা য়ুম্ পানহুনা লৈরমবা ঙাক্তনি। সাধু সন্ন্যাসী ওইনা লৈরমবদি নারদ, দুর্বাসা, সনৎকুমার-

নচিংবা থরদংদনি। মরম্ অসিনা থৱায় য়াওনা হোংনববদি স্নবান্দুনা লৈবা মীনস্থ আত্মতত্ত্ববু শংশঙনা খঙবা ঙমগনি। মসিগীদমক্ ধ্যান যোগ খ্বায়দগী মরুওইবা পামবৈনি। অহাঙ্গদা আত্মতত্ত্বগী ধ্যান তৌবা ঙমদ্রবস্থ মওঙ লৈবা শ্রীভগবান্ কৃষ্ণচন্দ্র-নচিংবগী নীংথিজবা শক্তম অত্থবু পুক্নীংদা পুশিনত্থনা ধ্যান তৌনবা অভ্যাস তৌগদবনি। মত্থদা পুক্নীং লেপ্প ঙমলক্লবদা মওঙ লৈরবা ব্রহ্মগী মশক্ ওইবা আত্মতত্ত্বগী ধ্যান্ তৌনবা হোংনগদবনি। মতৌ অস্থম্ন হোংনববদি আত্মতত্ত্বগী ধ্যান তৌবত্থ ঙমলক্কনি। ধ্যানগী মওঙদি নীংলিবা অত্থগী খাথল্দা অতোপ্প খাথল অমা লাকহনদনা মত্থঙদা হায়বদি নীংলিবা অত্থতদা কুইনা লৈনবা হোংনবনি। ধ্যান নীংথিনা তৌবা ঙমলবদি মত্থমক্ সমাধিগী মশক্ ওই। মবম্ অসিনা গরুড়পুরাণদা অস্থম্ন হায়বি—

**ধ্যানমেব পরোধর্ম্মো ধ্যানমেব পরং তপঃ**
**ধ্যানমেব পরং শৌচং তস্মাদ্ ধ্যান পরো ভবেৎ ॥**

( গঃ পুঃ ১।২৩৭।১০ )

"ধ্যান মক্ত অথোইবা ধর্ম্মনি, ধ্যানমক্ত অথোইবা তপনি, ধ্যানমক্ত অথোইবা সুং-পান শেংদোকপনি, মরম্ অসিদগী ধ্যান তৌবদা পুক্নীং থিংজিনগদবনি।" (৫১—৫৩)

করম্ন ব্রহ্মজ্ঞান ফংবা ঙম্গদগে হায়বসিবু তাক্লবা তুংদা তৌজিক্ ব্রহ্মজ্ঞান ফংলবা মীত্থগী ফীবম্থ অস্থম্ন তাক্লি—

**ব্রহ্মভূতঃ প্রসন্নাত্মা ন শোচতি ন কাংক্ষতি।**
**সমঃ সর্ব্বেষু ভূতেষু মদ্ভক্তিং লভতে পরাম্ ॥ ৫৪ ॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** ব্রহ্মভূতঃ=মথক্ত হায়খিবা পূক্লীং শেংব-নচিংবা পামবৈশিংনা ( সাধনশিংনা ) মবম্ ওইদুনা আত্মাগী মরম্‌দা শ্রবণ অমসুং মনন ( চিংনবা লৈতনা তাঃবা অমসুং মতুগী মবম্‌দা খব ) তৌরগা হিংন হিংনমক্ ব্রহ্মগী মশক্ ওইনা লৈরবা ; মবম্ অসিদগী— প্রসন্নাত্মা=পূক্লাং য়ামনা পেল্লবা মহাত্মা ( সন্ন্যাসী ) অতুনা ; ন শোচতি=মাঙতাক্খ্রবা পোংকা মরম্‌দা য়াবা তৌদে; অতুগা ; ন কাংক্ষতি=ফংদ্রিবা পোংকী ফংনীংবসু তৌদে ; মহাক্তি সর্বেষু ভূতেষু=ভচং-চম্ থরায় পানবা পূম্নমক্কী মফমদা ; সমঃ= মশাগা চপ্ মান্ননা য়েংদুনা লৈ ( অতোপ্প জীবগী অরাবদা মশাগী অরাবা অমসুং নুংঙাইবদা মশাগী নুংঙাইবনি খন্দুনা লৈ ); অসি-গুমবা মহাক্ অতুনা— পরাং মদ্ভক্তিং লভতে=সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐগী খ্বাযদগী অথোইবা জ্ঞানগী মশক্ ওইবা সাধ্যভক্তি (পরা ভক্তি ) বু ফংই ॥৫৪॥

**অপূম্ব অর্থ :—** মথক্ত হায়খিবা পূক্লীং শেংব-নচিংবা সাধন-শিংনা ( পামবৈশিংনা ) মবম্ ওইনা আত্মাগী মবম্‌দা শ্রবণ, মনন তৌরগা হিংন-হিংনমক্ ব্রহ্মগী মশক্ ওইনা লৈবগা অমসুং মতুদগী পূক্লাং য়ামনা পেল্লবা সন্ন্যাসী অতুনা মাঙখ্রবা পোংকী মবম্‌দা রাবা তৌদে, অতুগা ফংদ্রিবা পোংকী ফংনিংবসু তৌদে, মহাক্তি থরায় পানবা পূম্নমক্কী মফমদা মশাংগা চপ্ মান্ননা য়েংদুনা (খন্দুনা) লৈ, অসিগুমবা মহাক্ অতুনা সাক্ষাৎ পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণগী খ্বায়দগী অথোইবা জ্ঞানগী মশক্ ওইবা সাধ্যভক্তিবু ফংই ॥৫৪॥

## অথ্‌প্ল বাঃ

আত্মাগী মশক্‌ ওইবা ব্রহ্মদগী তাইবং পুম্নমক্‌সিবু অতোপ্প অমা ওইবগুম উরবস্তু অনস্তুং খণ্ডলবস্তু অশেংবমক্তদি ব্রহ্মদগী অতোপ্প তাইবঙ নত্তে, মঙদা মঙ উরিবসি আত্মা নত্তনা ময়াম উবগী মতৌগুমনা মায়ানা মরম্‌ ওইতুনা তাইবঙসি তোপ্প উবদনি লেপ্পবা মীহুব্র ব্রহ্মভূত কৌই। মরম্‌ অসিনা স্মৃতি শাস্ত্রদা অস্তুম্ন হায়রি—

**অত্রাত্মব্যতিরেকেণ দ্বিতীয়ং যো ন পশ্যতি।**

**ব্রহ্মভূতঃ স এবেহ বেদ শাস্ত্র উদাহৃতঃ॥**

"তাইবঙসিদা মীহুনা আত্মা নত্তবা অনীশুবা পোৎ অমত্ত উদে, অদুগুমবা মহাক্‌ অদু "ব্রহ্মভূত" ওইবনি (হিংন-হিংনমক্‌ ব্রহ্ম ওইতুনা লৈবনি) অস্তুম্ন বেদ শাস্ত্রদা হায়রি।" মসিবু বেদদা অস্তুম্ন হায়রি— **"ব্রহ্মবেদ ব্রহ্মৈব ভবতি** (মুণ্ডঃ উঃ ৩।২।৯) "ব্রহ্মবু মশামক্লি খঙবা মী ব্রহ্মমক্‌ ওই" **"ব্রহ্মৈব সন্‌ব্রহ্মাপ্যেতি"** (বৃঃ উঃ ৪।৪।৭) "ব্রহ্মজ্ঞানী হিংন-হিংন ব্রহ্ম ওইতুনা লৈরগা শিবমক্তদা ব্রহ্মদা তিল-লী।" অসিগুনবা ব্রহ্মভূত ওইবা মী'সিনা মশাগী মশক্‌ ওইবা ব্রহ্ম নত্তবা অতোপ্প পোৎ উদ-খঙদবদগী ব্যবহারগী কবিগুমবা পোৎ অমা মাংখিবদগী ৱাবা অনস্তুং ফংদবদগী ফংনিংবা তৌদে। শ্রুতিনা হায়রি—

**"তত্র কো মোহঃ কঃ শোক একত্বমনুপশ্যতঃ"**

(শুঃ যজুর্বেদ ৪০।৭)

"ব্রহ্মাত্মজ্ঞান ফংলবদা পুম্নমক্‌সিবু অমত্ত ওইনা উরবা মীহুগী

মিহোৎবা করম্ন ওইগনি অমসুং অন্নাবা করম্ন ওইগনি ?" পূম্নমক্‌সিবু ব্রহ্মনি হায়বসিবুদি শ্রুতিনা অসুম্ন হায়রি— **"ব্রহ্মৈবেদং বিশ্বম্"** ( মুঃ উঃ ২।২।১১ ) "পূম্নমক্‌সি ব্রহ্মমক্তনি।"

মতৌ অসুম্ন থৱায় পানবা পূম্নমক্কী মফমদা অমত্ত ওইবা আত্মা য়েংবা ( উবা ) মবম্‌দগী মশামক্কী আত্মাবু অতোপ্পগীসু আত্মানি লেপ্পুনা ব্যবহারগী মতমদা অতোপ্পগী ৱাঃবদা মশাংগী ৱাঃবনি অমসুং অতোপ্পগী নুংঙাইবদা মশাগী নুংঙাইবনি হায়বা ভাবসি তৌই। অসিগুমবা মীতুনা **"অহং ব্রহ্মাস্মি"** হায়বদি "ঐ ব্রহ্মনি" অসুম্ন ভগবান্দ তিনবগী মশক্ ওইবা সাধ্য ভক্তিবু ফংই। মসিবু অহানবদসু শ্রীভগবান্ন অসুম্ন হায়খ্রে— **"তেষাং জ্ঞানী নিত্যযুক্ত একভক্তির্বিশিষ্যতে"** (গীতা ৭।১৭) "আর্ত্ত-নচিংবা ( অন্নাবা তাতুনা লৈব-নচিংবা ) ভক্ত মথল্ মবিগী মন্তুংদা জ্ঞানী ভক্তসি মতম পূম্নমক্ত ধ্যান তৌতুনা ব্রহ্ম অমসুং আত্মাবু অমত্তনি খঙতুনা ভক্তি তৌবা মরম্‌দগী খ্বায়দগী অথোইবা ভক্তনি" ॥৫৪॥

জ্ঞানীনা সমাধিনা মরম্ ওইতুনা জ্ঞানগী মশক্ ওইবা পরা-ভক্তি ফংই হায়বসিবু মথক্কী শ্লোকতা তাক্‌খ্রে, হৌজিক্ ভক্তি অতুদগী ফংগদবা মহৈংবু তাক্লি—

**ভক্ত্যা মামভিজানাতি যাবান্ যশ্চাস্মি তত্ত্বতঃ।**

**ততো মাং তত্ত্বতো জ্ঞাত্বা বিশতে তদনন্তরম্ ॥৫৫॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— ভক্ত্যা=মথক্তা হায়খিবা জ্ঞানগী মশক্ ওইবা পরাভক্তিনা মরম্ ওইতুনা ; যাবান্ যঃ চ অস্মি=পরব্রহ্মগী

মশক্ ওইবা কৃষ্ণ ঐ কয়ামুক্ পাক্ চাউবগী মওঙদা লৈবগে অমস্তুং অশেংবা মশক্ত কনানো হায়বসিবু ( মায়াবু উপাধি ওইনা লৌঃহুনা লৈবা মবম্দগী অচৎ-চত্ত তাইবঙ পুম্বদা শীন্-থুংনা লৈবনি অমস্তুং উপাধিবু লৌঃথোক্লবদি অশেংবা ব্রহ্মতত্ত্বহু কৃষ্ণ ঐমক্তি হাযবসিবু ) ; তত্ত্বতঃ=তশেং তশেংনা ; অভিজানাতি= মীহুনা নংখিনা খঙই ; ততঃ মাং তত্ত্বতঃ জ্ঞাত্বা=মতৌ অস্তুন্ন কৃষ্ণ ঐগী অশেংবা মওং অহু খঙলগা ; অনন্তরম্=মতুগী তুংমক্তদা ( হায়বদি প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইহুনা হকচাং থাদোক্পা মতম-মক্তদা): মাং বিশতে=জ্ঞানীহু পবব্রহ্মগী মশক্ ওইবা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা তিল-লী ॥৫৫॥

**অপূম্ব অর্থ** :— মথক্ত হায়খিবা জ্ঞানগী মশক্ ওইবা পবা ভক্তিনা মবম্ ওইহুনা পবব্রহ্মগী মশক্ ওইবা কৃষ্ণসি কয়ামুব পাক্-চাউবগী মওঙদা লৈ অমস্তুং অশেংবা মশক্ত কনানো হায়বসিং তশেং তশেংনা মাহুনা খঙই, মতৌ অস্তুন্ন কৃষ্ণ ঐবু তশে তশেংবা মওঙদা খঙলগা মতুগী মওঙমক্তদা মহাক্ পবব্রহ্মগ মশক্ ওইবা কৃষ্ণ ঐঙোন্দ তিল-লী ॥৫৫॥

## অথ প্র রাঃ

মথক্তী শ্লোকতা হাযখিবা জ্ঞানগী মশক্ ওইবা পরাভ অহুবু শ্লোকসিদহু শ্রীভগবান "ভক্ত্যা" হাযবা রাহৈংসিনা অম হননা হাযবি। মসিবু সাধ্যভক্তি হায়নহু কৌই। সাধন (পামৈ ওইবা শ্রবণ, কীর্ত্তন-নচিংবা ভক্তি তৌবগা ফংগদবা ভক্তি ব

সাধ্য ভক্তিনি। "ভজ্যতে-সেব্যতে=ভগবদাকারং অন্তঃ করণং ক্রিয়তে অনয়েতি ভক্তিঃ" "মতুনা উপায ওইদুনা ঐখোযগী পুক্নংসিবু শ্রীভগবানগী মওঙ ওইনা থমবা য়াবা অদু ভক্তিনি" অস্মুম্ম ভক্তিগী অর্থ তৌববদি মসি সাধন ভক্তিনি। মসিগী মনুংদা শ্রবণ, কীর্ত্তন, পূজা, পাঠ, ধ্যান-নচিংবা পুম্নমক্ লাকই। অদুগা - "ভজনং অন্তঃকরণস্য ভগবদাকারতা রূপং ভক্তি" হাযবদি শ্রীভগবানগী মওং ওইনা লেংদনা লৈবা মনবু (পুক্নীংবু) ভক্তিনি হাযববদি মসি জ্ঞানগী মশক্ ওইবা পরাভক্তি কৌবা সাধ্য ভক্তিনি। মসিবু যোগগী লোন্দ হাযববদি শংশঙনা খঙবগী মশক ওইবা নির্বিকল্প সমাধিনি। মসিদগী আত্মাসি শ্রীভগবানগী অশেংবা মশক্ অদুমক্তি হাযবসি খঙবা ঙমই। মবম্ অসিনা দৈবী মীমাংসাদর্শনদা অস্মুম্ম হাযবি - হ্রষ্টৈরতীতো বুদ্ধেশ্চ পরঃ স ভক্তিলভ্যঃ" (সূঃ ৫) "লেঙলি পাললিবা তাইবঙ-সিদগী লাম্তোক্খ্রবা অমসুং ঐখোযগী বুদ্ধিনা লাংবা যংদ্রবা অনীশুবা লৈতবা পবমাত্মাবু জ্ঞানগী মশক্ ওইবা পরাভক্তিসিনা ফংবা ঙমই।" অদুগা মযাম ওইনা লেংলি-পাললিবা তাইবঙ পুম্বসিদি মাযানা মবম ওইদুনা উবা ঙাক্তনি, অশেংবমক্তি এনীশুবা লৈতবা ব্রহ্মগী মশক্ ওইবা আত্মা নত্তবা অতোপ্প পোং অমত্ত লৈতে। মসিবু শ্রুতিনা অস্মুম্ম হাযবি— ইন্দ্রো মায়াভিঃ পুরু-রূপ ঈয়তে" (বৃঃ উঃ ২।৫।১৯) "পবমাত্মানা মাগী মায়া শক্তিনা (জ্ঞান শক্তি, ইচ্ছা শক্তি অমসুং ক্রিয়া শক্তিগী মশক্ ওইবা মায়ানা) মবম্ ওইদুনা ময়ামগী মশক্ ওইনা উই।" মবম্ অসিনা

মাগী অশেংবা মশকপু শ্রুতিনা অস্তুম্ন তাক্লি –"যত্র নান্যৎ পশ্যতি নান্যৎ শৃণোতি,নান্যৎ বিজানাতি স ভূমা" (ছাঃ উ ৭।১৪।১)– "মতুদা কবিংমবা অতোপ্প পোৎ অমত্ত উদে, কবিংমবা অতোপ্প পোৎ অমা লৈ হায়বা তাঃদে, অমম্ভুং কবিংমবা অতোপ্প পোৎ অমত্ত খঙদে, অতুংমবা মহাক্ অতু ভূমানি ( শীন থুংনা মতোমদা লৈবা ব্রহ্মনি )। অসিগুমবা ব্রহ্মসিবু মশামক্লি হায়না শংশঙনা খঙলবা মীতু হিংন–হিংনা ব্রহ্মগী মশক্ ওইনা লৈবগা শিবনা তুংমক্তদা ব্রহ্মদা তিন্দুনা অমত্ত ওইনা লৈ।" মবম অসিনা শ্রুতিনা হায়বি—"তস্য তাবদেব চিরং যাবন্ন বিমোক্ষেঽথ সম্পৎস্যে" ( ছাঃ উঃ ৬।১৪।২ ) "ব্রহ্মজ্ঞানী ওইবা মীওগী পাবন্ধ কর্ম লোইনা যাওবদা ঙাইতুনা লৈ, মতু লোইবা-মক্তদা মহাক্ ব্রহ্মদা অমত্ত ওইনা লৈ ॥৫৫॥

ব্রহ্মাত্মজ্ঞান লৈতনা কৈবল্য মোক্ষ ফংবা যাদ, অদুগা অন্তঃকরণ ( পুর্নীং ) শেংদনা জ্ঞান ফংবা যাদে. মবম অসিনা পুর্নীং শেংদ্রিবা মীনা পুর্নীং শেংনবগীদমক কর্মগী মহৈংপু ঈশ্বরদা কৎথোক্লগা কর্ম তৌতুনা লৈববদি শ্রীভগবানগী কৃপাদগী জ্ঞান পোক্লকুনা মোক্ষ ফংবা ঙমগনি হায়বসিবু হৌজিক্ গীতাগী লোইশিনবগী মশক্ ওইনা অস্তুম্ন হায়বি –

সর্ব্বকর্ম্মাণ্যপি সদা কুর্ব্বাণো মদ্ব্যপাশ্রয়ঃ।
মৎপ্রসাদাদবাপ্নোতি শাশ্বতং পদমব্যয়ম্ ॥৫৬॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ** – সদা – মতম পুম্নমক্ত , মদ্ব্যপাশ্রয়. = ভগ-

বান্ বাসুদেব ঐডোন্দ চঙজহুনা মানা তৌরিবা কর্ম্ম পূন্নমক্‌পু কৃষ্ণ ঐডোন্দ কংথোক্লুনা লৈরবা মীহুনা; সর্ব্বকর্ম্মাণি কুর্ব্বাণঃ অপি—নিত্য, নৈমিত্তিক, কাম্যকর্ম্ম অমম্তুং ব্যবহারদা চংনরিবা কর্ম্ম (থবক্), মসি পূন্নমক্ তৌহুনা লৈরবস্তু; মৎ প্রসাদাৎ= কৃষ্ণ ঐগী কৃপাদগী জ্ঞান ফংহুনা; শাশ্বতং=মতম পূন্নমক্ত লেঙদনা লৈবা; অব্যয়ং—ময়েং তাহুনা মাঙ-তাক্‌পা লৈতবা; পদং অবাপ্নোতি=মোক্ষগী মশক্ ওইবা লমথুংফমবু ফংই ॥৫৬॥

অপম্ব অর্থ :— মতম পূন্নমক্ত ভগবান্ বাসুদেব ঐডোন্দ চংজহুনা মানা তৌরিবা কর্ম্ম (থবক) পূন্নমক্‌পু কৃষ্ণ ঐডোন্দ কংথোক্লুনা লৈরবা মীহুনা নিত্য, নৈমিত্তিক, কাম্য কর্ম্ম অমম্তুং ব্যবহারদা চংনরিবা থবক্ মসি, পূন্নমক্ তৌহুনা লৈরবস্তু কৃষ্ণ ঐগী কৃপাদগী জ্ঞান ফংহুনা মতম পূন্নমক্ত লেঙদনা লৈবা অমম্তুং ময়েং তাহুনা মাঙ-তাক্‌পা লৈতবা মোক্ষগী মশক্ ওইবা লমথুংফমবু ফংই ॥৫৬॥

## অথ প্রশ্নাঃ

মোক্ষবুদ্ধি ফংনীংবা অমম্তুং অন্তঃকরণ শেংদবদগী সংসারদা পূক্নীং থৱা চঙহুনা লৈবা মরম্ম সন্ন্যাস লৌঃবদী মতীক্ চাঃদ্রিবা মীনা শ্রীভগবান্‌গী চরণদা চঙজহুনা ঈবুংঙো মহাক্ নত্তনা মাগীদমক্ কনা অমত্ত লৈতে লেপ্পুনা মানা তৌরিবা কর্ম্ম পূন্নমক্কী মহৈংবু ঈবুংঙো মডোন্দ কংলগা মাগী (ভগবান্‌গী) সেবা তৌবদা পূক্নীং চঙনা লৈ। অদুগুমবা মীহুগী অন্তঃকরণহু (পূক্নীংহু) ঈবুংঙো

মাগী কৃপাদগী য়ামনা থুনা শেংই। মতৌ অসুম্ন শেংলবা অন্তঃকরণ অদুদা জ্ঞান পোক্নুনা মমৈথডদা মোক্ষগী মশক্ ওইবা পনথুংফম অদুবু মানা ফংই। ঈশ্বরগী কৃপা নন্তনদি কনা অমত্তনা মোক্ষ ফংবা ঙমদে। মেংক্ষ ফংনবা মকুওইবা পামৈবেশিংদি শাস্ত্র কৃপা, গুরু কৃপা অমসুং ঈশ্বর কৃপা অহুমসিনি। উপনিষৎ, গীতা অসি-নচিংবা শাস্ত্রদা ইরিবা য়াহৈংশিংবু য়ামনা থাজনা তাবা অমসুং মখোয়বু পাহুনা খঙবসি শাস্ত্র কৃপানি। মহুদা চিংনবা লৈবা পুন্নমক্পু গুরুগী নাক্ত চত্তূনা হংলগা মাগী কৃপাদগী চিংনবা পূন্নমক্ কোক্পসি গুরু কৃপানি। অদুগা তোবিবা কর্ম্ম পুন্নমক্ ঈশ্বরগী চরণদা কৎথোক্লগা পূক্নীং চঙনা মাগী আরাধনা তৌরদগী ডান ফংবসি ঈশ্বর কৃপানি। মবম অসিনা মোক্ষ পামবা মীনা মোক্ষ শাস্ত্রবু তাঃহুনা অমসুং পাহুনা লৈগদবনি, অদুগা গুরুগী সেন নম তৌহুনা মাবু পেলহল্লগা মঙোন্দ পূক্নীংগী চিংনবা পূন্নমক্ হায়াগা চিংনবা কোক্নবা হোৎনগদবনি। মসিগা লোইন-লোইনন ঈশ্বরগী কৃপা ফংনবা ঈবুংঙো মাবু নীংজহনা অমসুং ঈবঙো মঙোন্দ তৌবিবা কর্ম্ম পুন্নমকপু কৎথোক্কদবনি। মসেৌ অসুম্ন লৈবা মীনা মোক্ষ লায়না ফংবা ঙমমি হায়বসিদা কবিমত্ত চিংনফম থোক্তে ॥৫৬॥

হৌজিক্ কবম্ তৌনা কর্ম্ম তৌহুনা লৈবগা মোক্ষ পানবা মীনা ঈবুংঙো মাগী ( ভগবান্গী ) চরণদা চঙজবা ঙমগদগে হায়বদু অসুম্ন তাক্লি—

**চেতসা সর্ব্বকর্ম্মাণি ময়ি সংন্যস্য মৎপরঃ।**

**বুদ্ধিযোগমুপাশ্রিত্য মচ্চিত্তঃ সততং ভব ॥৫৭॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ—** চেতসা=পুক্কীংনা ; সর্ব্বকর্ম্মাণি=কর্ম্ম পুম্নমক্পু (মৌজিক্কীদমক্ অমসুং পরলোককীদমক্ তৌরিবা কর্ম্ম পুম্নমক্পু ); ময়ি সংন্যস্য=সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ এঙোন্দ কংথোক্লগা; মৎপরঃ=বাসুদেব ভগবান্ ঐহাকপু খ্বায়দগী অথোইবা মুংশিফমনি লেপ্তুনা ; বুদ্ধিযোগং উপাশ্রিত্য=মফম, মতম অমসুং পোৎ পুম্নমক্ত অমত্ত ওইবা শ্রীভগবান্ লৈরিবনি, ভগবান্দগী অতোপ্প করিগুমবা পোৎ অমত্ত লৈতে হায়বা জ্ঞানসি তৌতুনা ; সততং মচ্চিত্ত ভব =মতম পুম্নমক্ত কৃষ্ণ এঙোন্দ পুক্কীং থমদুনা লৈয় ॥৫৭॥

**অপুম্ব অর্থ ঃ—** পুক্কীংনা কর্ম্ম পুম্নমক্পু সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ এঙোন্দ কংথোক্লগা বাসুদেব ভগবান্ ঐমক্তপু খ্বায়দগী অথোইবা মুংশিফমনি লেপ্তুনা অদুগা মফম, মতম অমসুং পোৎ পুম্নমক্ত অমত্ত ওইনা শ্রীভগবান্ লৈরিবনি, ভগবান্দগী অতোপ্প করিগুমবা পোৎ অমত্ত লৈতে হায়বা জ্ঞানসি তৌতুনা মতম পুম্নমক্ত কৃষ্ণ এঙোন্দ পুক্কীং থমদুনা লৈয় ॥৫৭॥

## অথ প্রশ্নাঃ

কর্ম্ম যোগীনা (মহৈ পানদনা কর্ম্ম তৌদনা লৈবা মীনা) করৌ করম্ তৌনা কর্ম্ম তৌতুনা লৈগদগে হায়বদু শ্রীভগবানন্ন শ্লোকসিদা ওাক্ই। মসিদা হায়বিবা অসুম্ন মথক্তস্তু **"যৎ করোসি, যদশ্নাসি"** ( গীঃ ৯।২৭ ) "নঙনা তৌরিবা, নঙনা চারিবা" অসি-নচিংবা পুম্নমক্ ঈবুংঙো মঙোন্দ কংথোক্তুনা মাগী খুয়াদা চঙজৌ হায়খ্রে। মতৌ অসুম্ন ঈবুংঙো মাগী খুয়াদা চঙজদুনা মাগী

পেল্ল নবগীদমক্ কর্ম্ম পূন্নমক্ তৌতুনা লৈববত্তদা সংসাবদগী লাম্লোক্তনা অবান-খুবম ফংবা উমগদবনি। অশেংবা মীংহেংদা হেংলবদি ইবংঙো মঙোন্দগী অতোপ্প অমা লৈতসনি, ব্যবহাবদা উবি খওলিবা পূন্নমক্সি ঈবুংঙো মহাক-মক্তনি, স্নুপ্প মাযানা মবম্ ওইতুনা মঙোন্দগী ভোপ্প উবগুম তৌবা ঙাক্তনি। মবম্ অসিনা সংসাবগী পোংশিংদা অপাম-মিহৌ থাংদোক্লগা ঈবুংঙো মঙোন্দ চঙজতুনা মাবুগা ফংননবা হোংনগদবনি। মসিবু তাক্তনা ভাগবত পুবাণদসু ওস্সুম্ন হাযবি—

বাসুদেব পরা বেদা বাসুদেব পবা মখ ঃ।
বাসুদেব পরা যোগা বাসুদেব পরা ক্রিয়াঃ ॥
বাসুদেব পরং জ্ঞানং বাসুদেব পরং তপঃ।
বাসুদেব পরো ধর্ম্মো বাসুদেব পরা গতিঃ ॥

"বেদ পূন্নমক্ ভগবান বাসুদেববু তকপদা লোইবনি, যজ্ঞ পূন্নমক্ বাসুদেব ভগবানগী পেল্লনগীদমনি, যোগ পূন্নমক্ বাসুদেব বুঙ্কবু ফংননবগীদমনি, ক্রিযা (থবক্) পূন্নমক্ বাসুদেবগী সেবাগী-দমক্তনি, পবব্রহ্মগী মশক্ ওইবা বাসুদেববু খও নবগীদমক্ জ্ঞাননি, তপ (তপস্যা) তৌনবিবা অসিবু ভগবান্ বাসুদেবগী কৃপা ফংননবগীদমক্তনি, ধর্ম্মসু বাসুদেব ভগবান্দ চঙজনবগীদমক্নি অদুগা বাসুদেব ভগবান্ খ্বাইদগী অথোইবা পনথুংফমনি॥"

মবম্ অসিনা ঈবুংঙো মাগী খূযাদা চঙজবা নত্তনা সংসাবদগী লান্নবা অতোপ্প উপায় অমা লৈতে ॥৫৭॥

শ্রীভগবান্দ পূক্নীং থিংজিনহুনা লৈরগা করি মহৈঃ ফংবগে হায়বতু হৌজিক্ অশুম্ন তাক্লি—

**মচ্চিত্তঃ সর্ব্বদুর্গাণি মৎপ্রসাদাৎ তরিষ্যসি।**

**অথচেৎ ত্বমহংকারান্ন শ্রোষ্যসি বিনঙ্ক্ষসি ॥৫৮॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ—** মচ্চিত্তঃ=অর্জ্জুন নহাক্ন সাক্ষাৎ পরেমেশ্বর কৃষ্ণ ঐঙোন্দ পূক্নীং থিংজিন্দুনা লৈববদি; মৎপ্রসাদাৎ=কৃষ্ণ ঐগী কৃপাদগী; সর্ব্বদুর্গাণি তরিষ্যসি=লাস্তোকপদা য়ামনা ৱানা থোক্পা সংসারগী অৱা-অনা পূন্নমক্পু নঙনা লায়না লাস্তোক্পা ঙমগনি; অথ চেৎত্বম্—অদুবু করিগুম্বা নহাক্ন (অর্জ্জুন-না); অহংকারাৎ =নশাঃনক্পু য়ামনা লৌশিং শিংবনি হায়না নাপল্ তৌদুনা; ন শ্রোষ্যসি—কৃষ্ণ ঐনা হায়রিবা ৱাসিবু তাঃদ্রবদি হায়বদি কৃষ্ণ ঐনা হায়বা মতুংইন্ন চৎপ্রবদি: বিনঙ্ক্ষ্যসি=অরেম্বদা মাঙদুনা তোক্কনি (সংসারদগী লাস্তোক্পা ঙমদদুনা মোক্ষ ফংবা ঙমলোই)॥৫৮॥

**অপুন্ব অর্থ ঃ—** অর্জ্জুন নহাক্ন সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐঙোন্দ পূক্নীং থিংজিন্দুনা লৈববদি কৃষ্ণ ঐগী কৃপাদগী লাস্তোকপদা য়ামনা ৱাঃনা থোক্পা সংসারগী অৱাঃবা পূন্নমক্পু নঙনা লায়না লাস্তোক্পা ঙমগনি, অদুবু করিগুমবা নঙনা নশাঃনক্পু য়ামনা লৌশিং শিংবনি হায়না নাপল্ তৌদুনা কৃষ্ণ ঐনা হায়বা ৱাঃবু তাঃদ্রবদি অরেম্বদা মাঙদুনা তোক্কনি ॥৫৮॥

**অথ্ পুন্ন ৱাঃ**

শ্রীভগবান্ন শ্লোকসিদা হায়রিবা ৱাঃসি শুপ্ন অর্জ্জুনগীদমক্ত

নস্তে, ঈবুংঙো মাবু নীংজদুনা লৈরিবা মী পূম্নমক্কীদমক্নি। মরম্ অসিনা ঈবুংঙো মাবু ফংগে লেপ্প মীনা ইবুংঙো মাগী পাওতাক্ অসিগী মতুংইননা লমচৎ চৎনবা হোৎনগদবনি; মদুতদা ঈবুংঙো মাবু ফংবা ঙমগনি, নত্রবদি অরেম্বদা সংসারসিদা মখল্ মখাঃ অয়াম্ব মপোক্ ফংদুনা ঙমখৈ লৈতবা মতমগীদমক্ কোয়দুনা লৈবা শোয়দবনি ॥৫৮॥

হৌজিক্ অর্জ্জুননা লান্ন তৌরোই হায়না লেপ্পুনা লৈরিবদু ওইথোক্তবনি তাক্লুনা অস্তুম্ন হায়রি—

**যদহংকারমাশ্রিত্য ন যোৎস্য ইতি মন্যসে।**
**মিথ্যৈষ ব্যবসায়স্তে প্রকৃতিস্ত্বাং নিযোক্ষ্যতি ॥৫৯॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ—** অহংকারং আশ্রিত্য=অর্জ্জুন ঐদি য়ামনা ধার্ম্মিক ওইবা, (ধর্ম্ম লৈবা) মীনি, ঐনা লান-দা গুরু-নচিংববু করম্ন হাৎকনি অসি-নচিংবা খল্লগা ধার্ম্মিক ওইবগী নাপল্ তৌদুনা; ন যোৎস্য ইতি=ঐ লাল তৌরোই (শোক্লরোই); যৎ মন্যসে= অস্তুম্ন নীংলি; তে এষঃ ব্যবসায়ঃ=নহাক্কা অস্তুম্ন পুক্নীংদা লেপ্লিবদু; মিথ্যা=অরেম্বদা শোয়দনা তাগনি; মরম্দি - প্রকৃতিঃ=ক্ষত্রিয় ওইবা নহাক্কী স্বভাব (রজোগুণদগী ওইবা হৌনশা) অদুনা; ত্বাং নিযোক্ষ্যতি=নহাক্পু লাল তৌবদা শোয়দনা ঈন্শিনগনি ॥৫৯॥

**অপূম্ব অর্থ ঃ—** অর্জ্জুন ঐদি য়ামনা ধর্ম্ম লৈবা মীনি. মরম্ অসিনা ঐনা লান-দা গুরু-নচিংববু করম্ন হাৎকনি অসি-নচিংবা

থল্লগা ধার্ম্মিক ওইবগী নাপল্ তৌদ্বুনা লাল শোক্লরোই অসুম্ব নঙনা নীংলি, অদুবু নহাকী অসুম্ব পূরক্লীংদা লেপ্পিবদু অরেম্বর্দা তাদ্বুনা তৌকনি, মরম্দি ক্ষত্রিয় ওইবা নহাক্কী স্বভাব অদুনা নহাক্পু লাল তৌবদা শোয়দনা ঈন্শিনগনি ॥৫৯॥

থরায় পানবা পুন্নমক্ল পোক্পদগী হৌনশা ওইনা ফংবা স্বভাব অদুনা মরম্ ওইদুনা তৌবা থবক্পু হৌজিক্ অসুম্ব হায়রি—

**স্বভাবজেন কৌন্তেয় নিবদ্ধঃ স্বেন কর্ম্মণা।**
**কর্ত্তুং নেচ্ছসি যন্মোহাৎ করিষ্যস্যবশোঽপি তৎ ॥৬০॥**

**অম্বয়ব্যাখ্যা :—** কৌন্তেয়=কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন! মোহাৎ=তৌফম খঙদদ্বুনা শেরাম্বনা খঙবা মরম্দগী; যৎ কর্ত্তুং ন ইচ্ছসি=নঙগী নথৌ ওইবা লান-দুবু নঙনা তৌবা পামদে; তৎ=লাল অদুমক্তবু; স্বেন স্বভাবজেন কর্ম্মণা নিবদ্ধঃ= নশাঃগী ক্ষত্রিয় ওইবা স্বভাবতগী পোক্পা কর্ম্মগী মখাঃ পোন্দুনা; অবশঃ অপি করিষ্যসি=ননীং তমবা ঙমদ্রবা নহাক্ল শোয়দনা তৌগনি ॥৬০॥

**অপূম্ব অর্থ :—** কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন! তৌফম খঙদদ্বুনা শেরান-ননা খঙবা মরম্দগী নঙগী নথৌ ওইবা লান-দুবু নঙনা তৌবা পামদে, লাল অদুমক্তবু নশাঃগী ক্ষত্রিয় ওইবা স্বভাবতগী পোক্পা কর্ম্মগী মখাঃ পোন্দুনা ননীং তমবা ঙমদ্রবা নহাক্ল শোয়দনা তৌগনি ॥৬০॥

মতৌ অসুম্ন থৱায় পানবশিংগী থবকৃশিং স্বভাবকী মথাঃ পোনবনি তাক্লগা হৌজিক্ ঈশ্বরগী মথাঃ পোনবৰুস্থ অসুম্ন হায়রি—

**ঈশ্বরঃ সর্ব্বভূতানাং হৃদ্দেশেঽর্জ্জুন তিষ্ঠতি।**
**ভ্রাময়ন্ সর্ব্বভূতানি যন্ত্রারূঢ়ানি মায়য়া ॥৬১॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** অর্জ্জুন=পুক্লীং শেংলবা হে ধনঞ্জয়! ঈশ্বর=পুম্নমক্কী মথক্ত ঙাকৃপি-শেনবি (শাসন) তৌদুনা লৈরিবা নারায়ণ ভগবান্, যন্ত্রারূঢ়ানি (ইব)=মাযাবীনা (মায়া তৌবা মীনা) জগোয়-নচিংবা শাহনগে হায়বগীদমক্ যন্ত্রগী মথক্ত থাংগত্তুনা থমবা উ-না শাবা হংগী মী-নচিংববু লংনা ফাজিন্দুনা কোইচৎ-চত্তুনা লৈহনবগী মতৌগুমনা; সর্ব্বভূতানি=থৱায় পানবা পুম্নমক্কসিবু; মায়য়া ভ্রাময়ন্=মাগী (ঈশ্বরগী) হায়ঙমদবা, তৌবা ঙমবা মায়া শক্তিনা মরম্ ওইদুনা কোয়চৎ চৎহন্দুনা থমলগা; সর্ব্বভূতানাং হৃদ্দেশে তিষ্ঠতি=থৱায় পানবা পুম্নমক্কী থম্মোইদা লৈ ॥৬১॥

**অপুম্ব অর্থ :—** পুক্লীং শেংলবা হে ধনঞ্জয়! পুম্নমক্কী মথক্ত শাসন তৌদুনা লৈরিবা নারায়ণ ভগবান্ন, মায়া তৌবা মীনা জগোয়-নচিংবা শাহনগে হায়বগীদমক্ যন্ত্রগী মথক্ত থাংগত্তুনা থমবা উ-না, শাবা হংগী মী-নচিংববু (লাইফদিবী-নচিংববু) লংনা ফাজীন্দুনা কোয়চৎ-চত্তুনা লৈহনবগী মতৌগুম্ন থৱায় পানবা পুম্নমক্কসিবু মায়া শক্তিনা মরম ওইনা কোয়চৎ চৎহন্দুনা থমলগা থৱায় পানবা পুম্নমক্কী থম্মোইদা লৈ ॥৬১॥

## অথ্‌প্ন ৱাঃ

শ্লোকসিদা শ্রীভগবান্ন "অর্জ্জুন।" হায়না কৌহুনা ঈশ্বরগী তৌবা ঙমবা মতীক্ মগুণবু তাক্লি — মসিদা অথুপ্ন ৱাঃদি "অর্জ্জুন" ৱাহৈঃসিগী অর্থদনি। বেদদা হায়রি — **"অহশ্চ কৃষ্ণমহরর্জ্জুনঞ্চ"** (ঋগ্বেদ সংহিতা ৬।৯।১)" শেংদবা ফত্তবা হুমিংস্থু লৈ অহুগা অশেংবা (অফবা) হুমিংস্থু লৈ।" মসিদা "অর্জ্জুনগী অর্থ অশেংবনি। মরম্ অসিনা শ্লোকসিদস্থ "অর্জ্জুন" কৌবদগী অর্জ্জুনবু (ধনঞ্জয়বু) পুক্নীং শেংবা মন্নু থৱায় পানবা পুন্নমক্কী থম্মোইদা লৈবা ঈশ্বর, মহাক্পু নীংথিনা খঙবা ঙমগনি হায়বসি উংলি। অহুগা ঈশ্বর থৱায় পানবা পুন্নমক্কী থম্মোইদা অন্তর্যামী ওইহুনা লৈ হায়বসিবুস্থু শ্রুতিনা অস্থুন্ন তাক্ই —

**"যঃ সর্ব্বেষু ভূতেষু তিষ্ঠন্ সর্ব্বেভ্যো ভূতেভ্যোঽন্তরঃ,**
**যং সর্ব্বানি ভূতানি বিদুর্যস্য সর্ব্বানি ভূতানি শরীরং**
**যঃ সর্ব্বানি ভূতান্যন্তরো যময়ত্যেষ ত আত্মাঽন্তর্যাম্যমৃতঃ॥"**

(বৃঃ উঃ ৩।৭।১৫)।

"মহাক্ (ঈশ্বর) অহু অচৎ-চত্ত তাইবঙপানবা পুন্নমক্ক লৈহুনা তাইবংপানবা পুন্নমক্কী মনুংদা লৈ, মহাক্পু থৱায় পানবা পুন্নমক্ক খঙদে, তাইবঙ পুন্নমক্সি মহাক্কী হকচাংনি, মহাক্ক থৱায় পানবা পুন্নমক্পু মনুংদা লাক্শিনহুনা থমই, মসিগুমস্না ঈশ্বরসি নহাক্কী (সাধক্কী) আত্মানি অন্তর্যামীনি অমস্থুং অমৃতনি॥"

মরম্ অসিনা থৱায় পানবা পুন্নমক্সিবু ঈশ্বরনা মাপী হায়-

ওমদবা মায়া শক্তিগী মতেং লৌদ্বনা থৌঃদ্বনা লৈবনি। মাগী ইচ্ছা নত্তনা কনাগুমবা অমত্ত মনীং তমনা থবক্ তৌবা ওমদে, তৌরিবা পূম্নমক্ ঈশ্বরগী মথা পোনবনি। মরম্ অসিনা শ্রুতিনা হায়রি—"নাহং কর্ত্তেশ্বরঃ কর্ত্তা" (অক্ষিঃ উঃ ২৬) "এদি অতৌবা নত্তে, অতৌবদি (কর্ত্তাদি) ঈশ্বরনি" ॥৬১॥

মতৌ অসুম্না থরায়পানবা পূম্নমক্ ঈশ্বরগী মথাঃ পোনদ্বনা মানা (ঈশ্বরনা) তৌহনদ্বনা লৈরবদি মীন্না তৌনীংবা তৌবা ওমদবা মরমদগী মোক্ষ শাস্ত্র—নচিংবা ধর্ম্মগী লাইরিক্ পূম্নমক্ অরেম্বদা তারগনি হায়না চিংনরবদা মসিগী পাউথুম ওইনা শ্রীভগবান অসুম্না হায়রি

**তমেব শরণং গচ্ছ সর্ব্বভাবেন ভারত।**
**ত্বৎপ্রসাদাৎ পরাং শান্তিং স্থানং প্রাপ্স্যসি**
**শাশ্বতম্ ॥৬২॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** - ভারত=ভরতনিংথৌগী শাগোদা পোক্পা হে অর্জ্জুন! তম্ এব=থরায় পানবা পূম্নমকী থম্মোইদা লৈবা ঈশ্বর অদুমক্তবু; সর্ব্বভাবেন=থরায়, পূক্নীং, হাকচাং পূম্নমক্ তিন্দুনা অমত্ত ওইনা; শরণং গচ্ছ=চঙজদ্বনা লৈয়ু; ত্বৎপ্রসাদাৎ= ঈবুংঙো মাগী কৃপাদগী (থৌজান্দগী); পরাং শান্তিং=অবিদ্যা (অজ্ঞান) মাঙবগী মশক্ ওইবা অথোইবা শান্তিবু; শাশ্বতং চ স্থানম্=মতম পূম্নমক্ত মাঙবা লৈতবা বিষ্ণু পদগী মশক্ ওইবা মোক্ষবু; প্রাপ্স্যসি=নঙনা লোইদনা ফংগনি॥৬২॥

**অপুন্ন অর্থ :**—ভরত নিংথৌগী শাগৈদা পোক্‌পা হে অর্জ্জুন ! থল্লায় পানবা পুন্নমক্কী থম্মোইদা লৈবা ঈশ্বর অতুমক্তুবু থল্লায়, পুক্নীং, ল্লাহৈঃ অমম্মুং হক্‌চাং পুন্নমক্ তিন-নত্নুনা অমম্ত ওইনা চঙজত্নুনা লৈয়ু, ঈবুংঙো মাগী কৃপাদগী অজ্ঞান মাঙবগী মশক্ ওইবা অথোইবা শান্তিবু অমম্মুং মতম পুন্নমক্ত মাঙবা লৈতবা বিষ্ণু পদগী মশক্ ওইবা মোক্ষবু নঙনা শোয়দনা ফংগনি ॥৬২॥

হৌজিক্ গীতাদা হায়খিবা ল্লা পুন্নমক্‌পু লোইশিন্দুনা শ্রীভগবান্ন অম্মুন্ন হায়রি—

**ইতি তে জ্ঞানমাখ্যাতং গুহ্যাদ্ গুহ্যতরং ময়া ।**
**বিমৃশ্যৈতদশেষেণ যথেচ্ছসি তথা কুরু ॥৬৩॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— ইতি—মতৌ অম্মুন্ন ; ময়া—সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐনা; গুহ্যাৎ গুহ্যতরম্—থ্‌প্নশিংদগী থোইদোক্না থ্‌প্নবা; জ্ঞানম্—মোক্ষগী অথোইবা সাধন ( পামবৈ ) ওইবা আত্মজ্ঞানবু ; তে অখ্যাতম্—অর্জ্জুন নহাক্কীদমক্ নীংথিনা হায়খ্রে : এতৎ অশেষেণ বিমৃশ্য—অসিবু ( কৃষ্ণ ঐনা হায়খিবা জ্ঞানগী ল্লাংসিবু ) চিংথবা লৈতনা ( লেম্‌হোবা লৈতনা ) বিচার তৌবগা ; যথা ইচ্ছসি—নঙনা অত্নুন্ন পামই ; তথা কুরু—মত্নুন্ন তৌ ( নংনা পামবা অত্নু তৌ ) ॥৬৩॥

**অপুন্ন অর্থ :**— মতৌ অম্মুন্ন কৃষ্ণ ঐনা থ্‌প্নশিংদগীসু থোইদোক্ন থ্‌প্নবা আত্মজ্ঞানগী মরমদা নহাক্কী ( অর্জ্জুনগী ) দমক্ নীংথিনা হায়খ্রে, মসিবু চিংথবা লৈতনা বিচার তৌরগা নঙনা

তৌনীংবা অপামবত্থ তৌ ॥৬৫॥

**অপূম্ব অর্থ ঃ**— মতৌ অস্থুম্ন কৃষ্ণ ঐনা থ.প্লবশিংদগীস্থ থোই-দোক্ক থ.প্লবা আত্মজ্ঞানগী মবম্‌দা নহাক্কী ( অর্জুনগী ) দমক্ নীং-থিনা হায়ম্রে, মসিবু চিংথবা লৈতনা বিচার তৌরগা নওনা তৌ-নীংবা অপামবত্থ তৌ ॥৬৫॥

## অথ.প্ল ৱাঃ

গীতা শাস্ত্রসিদা শ্রীভগবান্ন অধিকারীশিংগী ( মোক্ষ পামব-শিংগী ) মতীক্ চাংবা চাংদবা খেন্নবদগী মখোয পুন্নমক্কী কান্ন নবগী-দমক্ মোক্ষগী সাধন ওইনা ( মোক্ষ ফংনবা পামবৈ ওইনা ) কর্ম্ম-যোগ, ভক্তিযোগ অমসুং জ্ঞান যোগ অহুম অসিবু তাক্নই। মোক্ষবুদি ফংনীংবা অমসুং অন্তঃকরণদি ( পুক্নীংদি ) শেংদবা মা-গীদমক্ মহৈং পামদনা ঈশ্বরদা কংথোক্লুনা কর্ম্ম তৌবগী মশক্ ওইবা কর্ম্মযোগ, পুক্নীং শেংনবগীদমক্নি। মদুগা পুক্নীং শেংলবস্থ পুক্নীং য়াম্মনা চোইনা লৈবা ফাজিন্নবগীদমক্ ভক্তি যোগনি ; অমসুং জ্ঞান যোগসিদি শংশওনা মোক্ষ ফংনবগী সাধননি (পামবৈনি। মহুদা মহৈং পামদনা কর্ম্ম তৌবগী মশক্ ওইবা কর্ম্মযোগদগী পাপ কোক্‌খিত্নুনা পুক্নীং শেংই হায়বসি য়াম্ন থ.প্ল ৱাঃ অমনি। অহুগা ব্রহ্ম অমসুং আত্মাবু অমত্ত ওইনা খঙবগী মশক্ ওইবা জ্ঞান যোগসিদি য়াম্মনা থ.প্ল কর্ম্মযোগ অহুদগীস্থ থোইনা হেন্ননা থ.প্ল অমনি। মরম্ অসিনা শ্রীভগবান্ন "গুহ্যাৎ গুহ্যতরং" অস্থুম্ন জ্ঞানগী মরম্‌দা হায়ম্নি। মতৌ অস্থুম্ন শ্রীভগবান্ন হায়ম্নিবা

ব্রহ্ম অমত্তুং আত্মাগা অমত্ত ওইনা খঙবগী মশক্ ওইবা জ্ঞানসি লৈতনা কনা অমত্তনা মোক্ষ ফংবা ঙমদে। মরম্ অসিনা শ্রুতিনা লাউত্তুনা হায়রি—

**যদা চর্ম্মবদাকাশং বেষ্টয়িষ্যন্তি মানবাঃ।**
**তদা দেবমবিজ্ঞায় দুঃখস্যান্তো ভবিষ্যতি॥**
(শ্বেতঃ উ ৬।২০)

"মতম অত্তুদা মীওইবশিংনা আকাশবু (অতিয়াবু) শউনগী মতৌ-গুমনা কোন্‌শিন্দুনা থমবা ঙমগনি, অত্তুগুমবা মতমত্তুদা মশাঃ মতোমদা ভানত্তুনা লৈবা আত্মদেবসিবু খঙত্তুনা অরাবগী অবোইবা ওইবা য়াগনি (অরাবগী মশক্ ওইবা সংসারদগী লাম্থোক্তুনা মোক্ষ ফংবা ঙমগনি)॥" অত্তুবু আকাশবু কোনশিন্দুনা থমব'সিদি মতম তাত্তুম মক্ত ওইথোক্তবনি। মরম্ অসিনা আত্মজ্ঞান ফংদনা (লৈতনা) মোক্ষ ফংবস্থু ওইথোক্তবনি। হায়রিবা আত্মজ্ঞানসিবুদি শ্রীভগ-বান্না গীতা শাস্ত্রসিদা নীংথিনা তাক্লি। অসিগুমবা জ্ঞানসিবু ফং-নীংবা মীনা পূর্কাং চঙনা শোয়দনা গীতা শাস্ত্রবু বিচার তৌত্তুনা লৈগদবনি॥৬৩॥

মথক্কী শ্লোকতা কর্ম্মযোগদগী জ্ঞানযোগসি থোইনা হেননা থ্‌পনি হায়রসি তাক্লে। হৌজিক্ সাধন ভক্তি তৌত্তুনা সাধ্য-ভক্তি ফংবগী মশক্ ওইবা ভক্তিযোগসি খ্বাইদগী থোইদোক্ হেন-দোক্ত থ্‌পনি হায়রসি তাকে হায়রগীদমক্ শ্রীভগবান্ন অস্নন্ন হায়রা হৌই -

**সর্ব্বগুহ্যতমং ভূয়ঃ শৃণু মে পরমং বচঃ।**
**ইষ্টোঽসি মে দৃঢ়মিতি ততোবক্ষ্যামি তে হিতম্॥৬৪॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— সর্ব্বগুহ্যতমং=খ্বায়দগী থোইদোক্ হেনদোক্ল থ্প্লবা; মে পরমং বচঃ=কৃষ্ণ ঐনা হায়গদৌরিবা অথোইবা ৱাঃসিবু; ভূয়ঃ শৃণু=অর্জ্জুন নঙনা অমুক্ হনন৷ তাও; মে দৃঢ়ং ইষ্টঃ অসি=নহাক্সি কৃষ্ণ ঐগী চেৎনা নুংশিবা অমনি; ইতি ততঃ=মরম্ অসিদগী; তে হিতং বক্ষ্যামি=নহাক্কী কান্ন-নবগীদমক্ হায়গে॥৬৪॥

**অপূন্ন অর্থ :**— খ্বায়দগী থোইদোক্-হেন্দোক্ল থ্প্লবা অমম্বুং পূন্নমক্কী অথোইবা কৃষ্ণ ঐগী ৱাঃবু অমুক্ হনন৷ নঙনা তাউ; নহাক্সি কৃষ্ণ ঐগী য়াম্ন চেৎনা নুংশিবা অমনি, মরম্ অসিদগী নহাক্কী কান্ন-নবগীদমক্ হায়গে॥৬৪॥

খ্বায়দগী থোইদোক্-হেন্দোক্ল অথ্প্প করিনো হায়রবহু হৌজিক্ ভগবান্ন অস্নুম তাক্লি—

**মন্মনা ভব মদ্ভক্তো মদ্‌যাজী মাং নমস্কুরু।**
**মামেবৈষ্যসি সত্যং তে প্রতিজানে প্রিয়োঽসি মে॥৬৫॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— মন্মনা ভব=অর্জ্জুন নহাক্কী মন (পূক্কীং) অহুবু কৃষ্ণ ঐগী মঙও লৌঃহন্দুনা থমবা ওইনা লৈয়ু; মদ্ভক্তো=তৌবা ভমমথগীদমক্; মদ্ভক্তঃ=কৃষ্ণ ঐবু য়ামনা নুংশিনা তৌবা ভক্ত অমা ওইয়ু; মদ্‌যাজী=কৃষ্ণ ঐগী পোন্ননবগীদমক্ মতম পূন্নমক্ক

**পূজা-মচিংবা তৌহুনা লৈবা ওইয়ু; মাং নমস্কুরু=পূক্লীং হক্চাং অমস্নুং ৱাহৈংনা কৃষ্ণ ঐবু খুরমজো; মতৌ অসুম্ন তৌত্নুনা লৈরবদি-মাং এব এষসি=নহাক্ল (অর্জ্জুন-না) জ্ঞান ফংহুনা সাক্ষাৎ পরব্রহ্মগী মশক্ ওইবা কৃষ্ণ ঐমক্তবু ফংগনি (ঐঙোন্দ তিনহুনা লৈবগী মশক্ ওইবা মোক্ষ ফংগনি); তে সত্যং প্রতিজানে=নহাক্কীদমক্ কৃষ্ণ ঐনা ৱাশক্নুনা অচুম্ব ৱাঃ হায়রিবনি; মরম্দি— মে প্রিয়ঃ অসি =নহাক্ কৃষ্ণ ঐগী য়াম্মনা নুংশিবা অমনি ॥৬৫॥**

অপূম্ব অর্থ :— অর্জ্জুন নহাক্কী পূক্লীং (মন) অদু কৃষ্ণ ঐগী মওঙ লৌঃহন্দুনা লৈয়ু, মত্নগীদমক্ কৃষ্ণ ঐবু নুংশিবা ভক্ত অমা ওইয়ু, কৃষ্ণ ঐগী পেন্ন-নবগীদমক্ পূজা-নচিংবা তৌহুনা লৈবা ওইয়ু, পূক্লীং, হক্চাং অমস্নুং ৱাহৈংনা কৃষ্ণ ঐবু খুরমজো, মতৌ অসুম্ন তৌত্নুনা লৈরবদি নহাক্ল জ্ঞান ফংহুনা সাক্ষাৎ পরব্রহ্মগী মশক্ ওইবা কৃষ্ণ ঐমক্তবু ফংগনি; নহাক্কীদমক্ কৃষ্ণ ঐনা ৱাশক্নুনা অচুমবা ৱাঃসি হায়রিবনি; মরম্দি নহাক্ কৃষ্ণ ঐগী য়াম্মনা নুংশিবা অমনি।

## অথপ্প ৱাঃ

শ্লোকসিদা শ্রীভগবান্ "মন্মনা ভব"-(পূক্লীংবু কৃষ্ণ ঐগী মওঙ লৌঃ-হন্দুনা থমবা ওইনা লৈয়ু) হায়বসিনা সাধ্য ভক্তি তৌহুনা লৈয়ু তাক্-পনি, অদুগা "মদ্ভক্তঃ" দগী হৌহুনা "মাং নমস্কুরু" ফাওবদা মদু সাধ্য ভক্তিহুৎফংনবা সাধন ভক্তি তৌগদবনি হায়বসি তাক্পনি। সাধ্যভক্তি

অমম্লুং সাধন ভক্তি করিনো হায়ৰসিবুদি অধ্যায়সিগী ৫৫ শুবা শ্লোককী অৰ্থ্ম্ম ৱাংদা যেংবিগদবনি। অদুগা মফমসিদা শ্ৰীভগবান হায়রিবসি সূপ্ন অৰ্জ্জুনগীদমক্ত নত্তে, ঈবুংঙো মাবু ফংদুনা মোক্ষ পামবা মী পুম্নমক্কীনি। সাধ্য ভক্তিবু ফংননবা অহানবদা সাধন ভক্তি শোয়দনা তৌদুনা লৈগদবনি, অমম্লুং মদুগা লোয়নলোযননা সাধ্য ভক্তি ফংননবা ধ্যান যোগগী অভ্যাসবুস্লু নিয়ম নাইনা তৌদুনা লৈগদবনি। অদুগা শ্লোকসিদা হায়বিবা সাধন ভক্তিশিংগী মনুংদা শ্ৰীমদ্ভাগবত পুবাণদা হায়বা নবধাভক্তিবুস্লু ( মখল্ মাপনগী ভক্তিবুস্লু ) লৌগদবনি। মদুদি—

**শ্ৰবণং কীৰ্ত্তনং বিষ্ণোঃস্মরণং পাদসেবনম্।**
**অৰ্চ্চনং বন্দনং দাস্যং সখ্যমাত্মনিবেদনম্॥**

( ভাঃ ৭।৫।২৩ )

১) শ্ৰবণ—( শ্ৰীভগবান্ বিষ্ণুগী গুণ লীলা-নচিংবগী ৱারীবু থৱায য়াওনা তাবা ),

২) কীৰ্ত্তন—(ঈবুংঙো মাগী নাম অমম্লুং গুণশিংবু প্ৰেমগা লোযননা শক্ শোনবা ),

৩) স্মরণ— ( ঈবুংঙো মাগী নীংথিজবা মশক্ মওঙ, মিং নচিংববু নীংশিংজবা ),

৫) পাদসেবন—( ঈবুংঙো মাগী চরণ সেবাবু ভা-বনা তৌবা ),

৪) অৰ্চ্চন—( অঙমবা লৈ-শূ ওইবা পোৎনা ঈবুংঙো মাগী পূজা তৌবা ),

৬) বন্দন—(য়ামনা থাজবা অমসুং প্রেমগা লোইননা ঈবুংঙো মাবু খুরুমজবা ),

৭) দাস্য—(মশামকপু ঈবুংঙো মাগী মীনাইনি খন্দুনা সেবা তৌবা),

৮) সখ্য—(ঈবুংঙো মাগী মফমদা মরূপ্-মপাংগী মতৌগুমনা য়াম্ন মুংশিজবা ) অমসুং

৯) আত্মনিবেদন -(মশামকপু ঈবুংঙো মাগী শ্রীচরণদা কংথোকচবা)।

মখল্ মাপনগী সাধন ভক্তিসিবু নবধা ভক্তি কৌই। মসিগী মনম্দা শুগায়না খঙবিনীংবা মীনা "ভক্তিগী লম্বী" কৌবা লাইবিক্পু যেংবিগদবনি। মতৌ তস্মন্ন হায়বিবা সাধন ভক্তিসি তৌদুনা সাধ্য ভক্তি ফংলবা মীনা য়ামনা লায়না শ্রীভগবানবু যংবা ঙমগদবনি। সুপ্ন সাধন ভক্তি তৌবতদা পেন্থোক্তুনা লৈবোইদবনি। সাধন ভক্তিসি সাধ্যভক্তি ফংনবা উপায়নি ( পামবৈনি ) খন্দুনা মদু ( সাধনভক্তিদু ) তৌবগা লোয়ননা ঈবুংঙো মাগী নীংথিজবা শক্তিবস্তু থাম্মোইদা ( পূর্নাংদা ) থমবগী মশক্ ওইবা ধ্যান তৌবগী অভ্যাস তৌদুনা সাধ্যভক্তি ফংনবা কল্প হোংনদুনা লৈগদবনি।

সাধ্য ভক্তিসিদগী ঈবুংঙো মাবু য়ামনা লায়না ফংই হায়বসিবু উদ্ধবকী মফমদা ঈবুংঙো মশামক্ত তস্মন্ন হায়বি—

> ন সাধয়তি মাং যোগো ন সাংখ্যং ধর্ম্ম উদ্ধব।
> ন স্বাধ্যায়স্তপস্ত্যাগো যথা ভক্তির্মমোর্জিতা॥
>
> ( ভাগঃ ১১।১৪।২০ )

"হে উদ্ধব! কৃষ্ণ ঐবু যংহনবদা ঐগী ( কৃষ্ণগী ) ঈফমদা লৈবা অশেংবা ভক্তিগী ( সাধ্য ভক্তিগী ) মতৌগুমনা যোগ, সাংখ্য,

ধর্ম্ম, স্বাধ্যায় ( বেদ তত্ত্ব ), তপ অমসুং দান তৌবনা ওইবা য়াদে।"

তস্মাৎ সর্ব্বাত্মনা তাত নিগৃহাণ মনো ধিয়া।
ময্যাবেশিতয়া যুক্ত এতাবান্ যোগ সংগ্রহঃ॥

( ভাঃ ১১।২৩।৬১ )

"মরম্ অসিদগী হে মুংশিরবা উদ্ধব! কৃষ্ণ ঐঙোন্দ পূরক্লাং চঙহন্দুনা মনবু ফাংজিন্দুনা থম্মবা হোংনৌ, যোগগী অথোইবা ৱাংশিংবু খোমজিন্দুনা শম্ম নঙোন্দ তাক্লবনি।"

মবম অসিনা ঈবুংঙো মাবু ফংনীংবা অমসুং অশেংবা মওঙদা খঙনীংবা মীনা শোয়দনমক্ সাধন ভক্তি ত্রৌদুনা সাধ্য ভক্তি ফংনবা মতম পুম্নমক্ত কম হোৎনগদবনি ॥৬৫॥

শ্লোক ৬১ অমসুং ৬২ গুবদা ঈশ্বরদি থরায় পানবা পুম্নমক্কী থম্মোইদা লৈ, মঙোন্দ চঙজৌ হায়খিবা অতুদা করম্ম চঙজবা হৌনৈ হায়রবদু হৌজিক্ তাক্লি —

সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য মামেকং শরণং ব্রজ।
অহং ত্বা সর্ব্বপাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মা শুচঃ ॥৬৬॥

অন্বয়ব্যাখ্যা : - সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য = ধর্ম্ম পুম্নমক্পু হায়বদি তোঙান-তোঙান্ন থাইদোকনা লৈবিবা বর্ণ ধর্ম্ম, আশ্রম ধর্ম্ম অমসুং পুম্নমক্কীদমক্ চমনা চৎনবিবা ধর্ম্ম, মসি পুম্নমক্পু পুমথাথাংদোক্লগা ; মাম্ একং শরণং ব্রজ = মফম পুম্নমক্ত শীন্-থুংনা লৈদুনা থরায়পানবা পুম্নমক্কী অমত ওইবা আশ্রা কৃষ্ণ ঐমক্কী

ঈফমদা চঙজদুনা লাকউ; মতৌ অসুম্ম তৌরবদি—অহং=পূম্নমক্কী মপু ওইনা লৈবা সাক্ষাৎ পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐনা; ত্বা=কৃষ্ণ ঐঙোন্দ চঙজরক্লিবা নহাক্পু (অর্জ্জুনবু); সর্ব্বপাপেভ্যঃ মোক্ষয়িষ্যামি=ধর্ম্ম অমসুং অধর্ম্মগী মশক্ ওইবা পুণ্য অমসুং পাপ পূম্নমক্তগী নাম্থোক্হনগনি (জ্ঞান ফংহন্দুনা পাপ অমসুং পুণ্য লৈতবগী মশক্ ওইবা কৃষ্ণ ঐঙোন্দ তিনবগী মওঙ ওইবা কৈবল্য মোক্ষ ফংহনগনি); মা শুচঃ=মরম্ অসিনা নহাক্ক করিমত্ত ৱাগনু ॥৬৬॥

**অপূম্ব অর্থ:**— ধর্ম্ম পূম্নমক্পু হায়বদি বর্ণ ধর্ম্ম, আশ্রম ধর্ম্ম অমসুং পূম্নমক্কী ওইবা অচম্ব ধর্ম্ম মসি পূম্নমক্ থাদোক্লগা থৱায়পানবা পূম্নমক্কী আত্মা ওইবা কৃষ্ণ ঐগী ঈফমদা চঙজদুনা লাক্উ, অসুম্ম তৌরবদি কৃষ্ণ ঐনা নহাক্পু (অর্জ্জুনবু) পাপ পূম্নমক্তগী নাম্থোক্হনগনি, মরম্ অসিনা নহাক্ করিমত্ত ৱাগনু ॥৬৬॥

## অথ্ পূপ্ৰ ৱাঃ

শ্লোক অসি গীতা শ স্ত্রগী খ্বায়দগী অথোইবা অমসুং অরোইবা শ্রীভগবানগী উপদেশনি (পাউতাক্নি)। মসিদা অফ-ফত্ত ধর্ম্ম পূম্নমক্পু থাদোক্তুনা ঈবুংঙো মাগী চরণদা চঙজো, মতুদগী অশেংবা আত্মজ্ঞান ফংতুনা ঈবুংঙো মঙোন্দ তিন্দুনা লৈবগী মশক্ ওইবা কৈবল্যমোক্ষ ফংগনি তাক্পিরি। মসিদা ধর্ম্ম পূম্নমক্ হায়বসিদগী ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শূদ্র, বর্ণ (জাতি) মরিসিগীদমক্ বেদ অমসুং স্মৃতি শাস্ত্রনা তাক্পা ধর্ম্ম অদুগা ব্রহ্মচর্য্য, গার্হস্থ্য, বানপ্রস্থ অমসুং সন্ন্যাস আশ্রম মরিসিগী ধর্ম্ম অমসুং বর্ণ আশ্রম

খায়দনা পূম্নমকী ওইনা চমনা তাকপা ধর্ম্ম - মসি পূম্নমক্ লোইনা লোঃগদবনি। মসিদা নত্তনা ধর্ম্ম হায়বা য়াইথেংসিদগী অধর্ম্মবুসু লোৌগদবনি। মরমদি— ধর্ম্ম পূম্নমক্ ঈবুংঙো মাঙোন্দ কৎথোক্লগা অধর্ম্ম তৌদ্রুনা লৈযু হায়বা নত্তে, মতু তৌদ্রুনা লৈবব্দি অরেম্বদা তাগনি। মরম অসিনা শ্রুতি নচিংবা শাস্ত্রনা অস্মন্ন হায়রি—

না বিরতো দুশ্চরিতান্নাশান্তো ন'সমাহিতঃ।
না শান্ত মানসোবাপি প্রজ্ঞানেনৈনমাপ্নুয়াৎ॥

( কঠঃ উঃ ১।২।২৪ )

যমরাজনা নচিকেতা'গী মফমদা অস্মন্ন হায়রি — "যত্তবা লমচৎ চৎপদগী হন্দোক্ত্রিবা, পূক্নীং তপ্তুবা, পূক্নং লেপ্তুবা নত্রগা পূক্নীং লৈংভানা থমদবা মীনা ; জ্ঞাননা মরম ওইদুনা আত্মতত্বসিবু ফংবা ঙমদে।" ত্যজ ধর্ম্মমধর্ম্মঞ্চ" ( মহা ভাঃ শান্তিঃ ৩২৯।৮০ )—ধর্ম্ম অমসুং অধর্ম্মবু থাদোক্উ ( অদুগা এনা থাদোক্কে হায়বা নাপল-সিবুসু থাদোক্উ )।" মতৌ অস্মন্ন ধর্ম্ম অমসুং অধর্ম্ম পূম্নমক্‌সিবু থাদোক্লগা সুপ্ন শ্রীভগবান্ নত্তনা অা.•.প্ন চংজফম অমা লৈতে লেপ্তুনা ইবুংঙো মা'গী চরণদা চঙজনা লৈগদবনি। মতৌ অস্মন্ন শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণগী মতুংদসু উদ্ধবকী ময়মদা শ্রীভগবান্ন অস্মন্ন হায়রি —

তস্মাত্বমুদ্ধবোৎসৃজ্য চোদনাং প্রতি চোদনাম্।
প্রবৃত্তঞ্চ নিবৃত্তঞ্চ শ্রোতব্যং শ্রুতমেব চ॥

মামমেকমেব শরণমাত্মানং সর্ব্বদেহিনাম্।
যাহিসর্ব্বাত্মভাবেন ময়াস্যাহ্যকুতো ভয়ঃ॥

( ভাগ: ১১।১২।১৪, ২৫ )

"মবম অসিনা হে উদ্ধব! হৌজিক্ মহাক্ শ্রুতি ( বেদ ) স্মৃতি শাস্ত্র, প্রবৃত্তি মার্গ ( কর্ম্মগী লম্বী ), নিবৃত্তি মার্গ ( কর্ম্ম থাদোক্তুনা চংক্কদনা সন্ন্যাসকী লম্বী ), তাগদবা অথ,প্প হক্ত অমস্তুং অহানবদা তাখ্রবা তত্ত্ব মসি পূম্নমক্সিবু থাদোক্রগা পূম্নমক্ত কৃষ্ণ এমক্তনি হাযবা ভা-বনা হৌহুনা থরাযপানবা পূম্নমকী অমত্তুংদা ওইবা আত্মা কৃষ্ণ এ:ডোন্দ চণ্ডজহুনা চংলু, মতৌ অস্তুম্ন নহাক্ এ:ডোন্দ চণ্ডজবগা অকিবা লৈতনা লেবা ঙমগনি ( অকিবা লৈতবা ব্রহ্মাদা তিন্দুনা লৈবা ঙমগনি॥"

লেংলি পাম্লিবা পূম্নমক্সি ঈবুংঙো মহাক্ নত্তনা অতোপ্প অমা নত্তে হাযবিবসিবু বিষ্ণুপুরাণদস্তু অস্তুম্ন হায়রি—

একঃ সমস্তং যদিহাহস্তি কিঞ্চিৎ।
তদচ্যুতো নাস্তি পরং ততোহন্যৎ।
সোহহং স চ ত্বং স চ সর্ব্বমেত—
দাত্মস্বরূপং ত্যজ ভেদমোহম্॥

( বিঃ পুঃ ২।১৬।২৩ )

"সংসারবসিদা লৈবিবা পোৎ পূম্নমক্সি অমত্ত ওইনা লেংদনা লৈবা বিষ্ণু ভগবান্-মক্তনি, মঙোন্দগী অতোপ্প পোৎ অমত্ত লৈতে

( ময়াম ওইনা উরিবসিদি মায়া উপাধিনা মবম্ ওইহনা তৌবনি) মহাক্ ( বিষ্ণু ভগবান্ ) ঐনি, মহাক্ মওঙ্গুমি অমম্সুং পূন্নমক্সি আত্মাগী মশক্ ওইবা বিষ্ণুগী স্বরূপনি ( মশক্ মওঙনি ), মবম্ অসিনা খেন্নবদা পূক্নীং শুমহত্তুনা লৈবহ্ থাদোক্লো ॥”

মতৌ অসুম্ন পূন্নমক্কী আত্মা তাহুনা লৈবা ঈবুংঙো মাগী চবণদা চঙজহনা লৈবা মীনা কবি মহৈং ফংব.গ হাযবহ্ শ্রীভগবান্ন উদ্ধববী নকমদা অসুম্ন তাক্লি —

মর্ত্ত্যো যদা ত্যক্ত সমস্তকর্ম্মা

নিবেদিতাত্মা বিচিকর্ষিতে মে ।

তদাহমৃতত্বং প্রতিপদ্যমানো

ময়াত্মভূয়ায় চ কল্পতেবৈ ॥(ভাগ° ১১।২৯।৩৪)

“মীনা কর্ম্ম পূন্নবপু থাদোক্তুনা মশামক্পু কৃষ্ণ ঐডোন্দ কংথোক্লগা কৃষ্ণ ঐগী পেন্ন নবগীদমক কর্ম্ম ( থবক্ ) পূন্নমক্ তৌবা পামলকলবা মতম তাহুদা মহাক্ অত্ত মোক্ষগী মশক্ ওইবা অমরপদবু ফংহুনা পবব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐডোন্দ তিন্দুনা লৈ ।”

অহুগা ঈবুংঙো মাগী চরণদা চংজবসিবু অধিকাবী খেন্নবদগী ( চংজরিবা স্রী-শিংগী ভাব খেন্নবদগী ) মখল্ অহুম থোক্ল খায়রি । মহুদি —

তবৈস্তবাহহং মমৈবাহসৌ স এবাহহমিতি ত্রিধা ।

ভগবচ্ছরণ ত্বং স্তাৎ সাধনাভ্যাসপাকতঃ ॥

সাধন অমসুং অভ্যাসকী মপুং ফাব-ফাদবদগী শ্রীভগবান্গী চবণদা চঙজবসি মথল্ অহুম থোক্ল খাইরি।

১) তস্য এব অহং"—(মহাকীদমক্ হায়বদি শ্রীভগবান্গীদক্ ঐনি)
২) "মম এব অসৌ"—(ঐগীদমক্ মহাক্নি হায়বদি ভগবান্নি)
৩) "সঃ এব অহম্"—(মহাক্মক্ হায়বদি শ্রীভগবান্মক্ ঐনি)।

অহুমসিগী মতুংদা অহাম্বসি খরা ফুম্বনি, অনীশুবা ময়াই ওইবনি অমসুং অহুমশুবা খ্বায়দগী অথোইবা চঙজবগী মওঙনি। মতুংদা তাহাম্বগী খুদমদি—

সত্যপি ভেদাপগমে নাথ! তবাহং ন মামকীনস্ত্বম্।
সামুদ্রো হি তরঙ্গঃ কচন সমুদ্রো ন তারঙ্গঃ॥
(শঙ্করাচার্যগী ষটপদী স্তোত্র)

"হে নাথ! নঙ অমসুং ঐগী ভেদ করিমত্ত থেন্নবা লৈত্রবসু ঐসে নংগীনি নহাক্ ঐগী নত্তে, মবম্দি (সমুদ্র অমসু' ঈথক্ক করিমত্ত থেন্নবা লৈত্রবসু) সমুদ্রগী ইথক্নি, কদৌউদসু ঈথক্কী সমুদ্র নত্তে।"
অনাশুবা খুদম্দি—

হস্তমুৎক্ষিপ্য যাতোঽসি বলাৎ কৃষ্ণ কিমদ্ভুতম্।
হৃদয়াদ্ যদি নির্যাসি পৌরুষং গণয়ামি তে॥

"হে কৃষ্ণ মহাক্ন ঐগী খুৎ য়ৈথৎলগা নমত্তুনা চংলি, অদুবু মসিদা কবি অঙকপা লৈবগে? নঙনা ঐগী থম্মোইদগী নাম্থোক্তুনা চৎপা ওন্নবজদা নঙগী নীপা থোক্পা নতীক্ লৈ হায়না ঐনা

মশীং থাগনি। মরম্দি, নঙসি ঐমকীনি, অতোপ্পগী নত্তে)।”
মসিগী ৱারম্দি অসিনি মতম অমদা শ্রীভগবানগী অথোইবা ভক্ত
সুরদাস (মমিং অনীমক্ তাংবা), বিল্বমঙ্গল বৃন্দাবনদা চংলি।
বৃন্দাবন য়ৌরমদাইদা য়ামনা ফজবা অমসুং খুদোংথীবা তাগদবা
লম্বীদা মহাক্ য়ামনা ৱানা চংলম্মী। মতম অদুদা নিপামচা
অমা লাকুনা “ঐ লম্জিংবিগে” হায়দুনা মাগী (সুরদাসগী) মখুৎ
পাযদুনা ৱারী-ৱাতায় শাদুনা চংলি। মদুদা সুরদাসনা অঙাং
অদুবু অচম্ব নত্তে খল্লদুনা নিপামচা অদুগী মখুৎ অদুবু মানা কন্না
পায়দুনা চংপা হৌরে। মতুংদা লম্বী অফবা যৌবদা নিপা-
মচা অদুনা মাগী (সুরদাসগী) মখুৎ য়ৈথংলগা চেন্দুনা চংখি।
মতম অদুদা মানা (সুরদাসনা) হায়বা শ্লোক অসিনি। শ্রীভগ-
বানগী বাল্যলীলাগী (অঙাং ওইরিঙৈগী লীলাগী) মরমদা সুরদাসনা
ইবা নত্রগা হায়দুনা ইবা কবিতাশিং হোজির্কা মংমদা ভক্তশিংগী
মফুংদা য়ামনা পামনা চংনরি অমসুং শক-শোননবি।

অদুমখুবা শরণাগতিগী (শ্রীভগবানগী চরণদা চঙজবগী)
খুদম্দি বিষ্ণু পুরাণগী মফুংচনবা যমগীতাদা যমরাজনা মাগী দূতশিংগী
মফমদা অসুম হায়রি—

**সকলমিদমহং চ বাসুদেবঃ**
**পরম পুমান্ পরমেশ্বরঃ স একঃ।**
**ইতি মতিরচলা ভবত্যনন্তে**
**হৃদয়গতে ব্রজ তান্ বিহায় দূরাৎ॥**

(বি. পুঃ ৩।৭।৩২)

"লেঙলি-পাল্লিবা তাইবঙ পূম্নমক্‌সি অংসুং ঈশামক্‌পু খ্বায়দগী অথোইবা নীপা ( পুরুষ ) পরমেশ্বর বাসুদেবমক্তি, তাইবঙসিদা অনীশুবা লৈতবা মহাক্ মতোম্‌দনি ( বাসুদেব মতোম্‌দনি ) অসুম্ন থম্মোইদা ঙমথৈ লৈতবা মওঙদা লৈবা বাসুদেবগী মরম্‌দা মখোয়গী লেঙদবা অরেপ্প য়াথল্ লৈ, অদুগুমবা মখোয়শিংত্তবু য়ামনা থাপ্পদগী থাঃদোক্তুনা নখোয় ( যম দূতশিং ) চংলু ॥"

অশেংবা মওঙ মশক্তুদি পূম্নমক্কী আত্মা ওইবা ভগবান্দগী অতোপ্প অমা লৈতে। মরম্ অসিনা শ্রীমদ্ভাগবতকী অরোইবা উপদেশতা ( পাউতাক্ত ) শ্রীশুকদেবনা পরীক্ষিৎকী মফমদা অসুম্ন হায়রি—

মায়া মাত্রমিদং রাজন্ নানাত্বং প্রত্যগাত্মনি ॥

( ভাগঃ ১২।৪।২৫ )

"হে রাজা পরীক্ষিৎ ! মফম অমসুং পোৎ খুদিংমক্ত শীন্-থ্‌না লৈবা অমত্ত ওইবা আত্মাদা ময়াম ওইনা লৈরিবসি মায়া ওক্রেনি, অশেংবা মওঙদা আত্মা নত্তবা পোৎ অমত্ত লৈতে।"

মরম্ অসিনা শ্রীভগবান্‌দা চওজত্তুনা মশামক্‌পু শ্রীভগবান্ বাসুদেবমক্তি লেপ্প ভক্তবু খ্বাইদগী অথোইবনি হায়বসিবু অসুম্ন হায়রি—

সর্ব্বভূতেষু যঃ পশ্যেদ্ ভগবদ্ভাবমাত্মনঃ।
ভূতানি ভগবত্যাত্মন্যেষ ভাগবতোত্তমঃ ॥

( ভাগঃ ১১'২।৪৫ )

"মীত্তুনা অচৎ-চত্ত তাইবঙ পূম্নমক্ত মশাঃগী ( আত্মাগী ) অশেংবা মশক্ ওইবা ভগবত্তত্ত্ববু ( পূম্নমক্কী ভুংনফম ওইবা ব্রহ্ম তত্ত্ববু ),

অদুগা মশাংগী (আত্মাগী) মশক্ ওইবা ভগবান্দ ( ব্রহ্মদা ) তাইবঙ পুম্নমক্পু য়েংই ( খঙই ) অদুগুমবা মহাক্ অসু ভগবান্গী খ্বাযদগী অখোইবা ভক্তনি।"

মতৌ অসুম্ন ভগবান্দ চঙজরবা ভক্ত ওইবা মী অদুগীদমক্ শ্রীভগবান্ন য়াশকুনা হায়বনি— "নহাক্ কবিমত্ত য়াবা তৌগন্ন, নঙগী পাপ পুম্নমক্পু মাঙহন্দুনা কৃষ্ণ ঐনা নহাক্পু কৃষ্ণ ঐঙোন্দ তিলহনগনি॥"

৬৬ শুবা শ্লোকসি গীতা শাস্ত্রগী মতুংদা শ্রীভগবান্গী অবোইবা উপদেশনি। মসিগী মথক্ত অহানবদা সাধ্য, সাধনগী মওঙ ওইনা কর্ম্মনিষ্ঠা ( নিষ্কাম কর্ম্মযোগ ), ভক্তি নিষ্ঠা ( ভক্তিযোগ ) অমসুং জ্ঞাননিষ্ঠা ( জ্ঞান যোগ ), অহুমসিবু কর্ম্মকাণ্ড, উপাসনা কাণ্ড অমসুং জ্ঞান কাণ্ডগী মশক্ ওইনা হায়খ্রে। মতুদা— "স্বকর্ম্মণা তমভ্যর্চ্চ্য সিদ্ধিং বিন্দতি মানবঃ" ( গীতা ১৮।৪৬ ) "মীনা মশাঃ-মশাংগী তৌফম থোক্পা কর্মনা অন্তর্যামী পবমেশ্বব ভগ-বান্গী পূজা তৌবগা অন্তঃকরণ শেংতুনা জ্ঞান ফংনবগী মতীক্ চাংবগী মশক্ ওইবা সিদ্ধি ফংই"— হায়বসিনা কর্ম্মনিষ্ঠাবু লোই-শিন্খি। অদুগা - "ততো মাং তত্ত্বতো জ্ঞাত্বা বিশতে তদনন্তরম্"(গীতা ১৮।৫৫) — "মতৌ অসুম্ন কৃষ্ণ ঐবু অশেংবা মওঙদা খঙলগা মতুগী মতুংমক্তদা মহাক্ অসু ( পবমেশ্বব ) পরব্রহ্মগী মশক্ ওইবা কৃষ্ণ ঐঙোন্দ তিল্লি"— হায়বসিনা সাধনগা লোয়ননা জ্ঞান-নিষ্ঠা লোইশিনখি। মতুগী মতুংদা "সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য

মামেকং শরণং ব্রজ" (গীতা ১৮।৬৬)—"ধর্ম্ম পুম্মক্পু থাদোক্লগা পবমেশ্বব কৃষ্ণ ঐগোন্দ চঙজো" — হায়বসিনা ভক্তিনিষ্ঠা লোই-শিল্লি ॥৬৬॥

মতৌ অস্মুম শ্রীভগবানগী উপদেশকী মশক্ ওইবা গীতা শাস্ত্র লোযবে। লৌক্তিক্ মথং—মনাও নাইনা গুরু অমসুং শিষ্যগী পবম্পবা গীতা শাস্ত্রসিগী কবম্ম চংকদগে হায়বতু শ্রীভগবান্ন অস্মুম হায়রি—

**ইদং তে নাঽতপস্কায় নাঽভক্তায় কদাচন।**

**না চাঽশুশ্রূষবে বাচ্যং ন চ মাং যোঽভ্যসূয়তি ॥৬৭॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— তে=নহাকী (অর্জ্জুনগী) কান্ন-নবগীদমক্ কৃষ্ণ ঐনা হায়বা; ইদং=গীতা শাস্ত্র অসিবু; অতপস্কায=তপ তৌতুনা লৈতবা (ইন্দ্রিয়শিংবু খুত্থম চনতুনা থমদবা) মীগীদমক্; কদাচন ন বাচ্যং=কদৌউৈদস্মু হায়বোইদবনি; ন চ অশুশ্রূষবে (কদাচন বাচ্যং)=ভক্ত অমসুং তপ তৌবা মী ওইবদস্মু মসিবু (গীতাসিবু) তাঃনাংদবা মী ওইববদি মাগীদক্স্মু কদৌউৈদস্মু হায়-বোইদবনি (মত্রগা গুরু অমসুং ঈশ্বরগী সেবা অমসুং পূজা তৌদবা মীগীদমক্ হায়বোইদবনি); যঃ চ মাং অভ্যসূয়তি=অতুগা মীতুনা কৃষ্ণ ঐগী দোষ য়েংতুনা নিন্দা তৌতুনা লৈ; (তস্মৈ অপি) কদাচন বাচ্যং=অতুগুমবা মীতুগীদমক্স্মু কদৌউৈদস্মু মসিবু হায়-রোইদবনি ॥৬৭॥

**অপূর্ব অর্থ :**— অর্জ্জুন নঙগী কান্ন নগীদমক্ কৃষ্ণ ঐনা হায়-রিবা গীতা শাস্ত্রসিবু তপ তৌতুনা ইন্দ্রিয়শিংবু খুত্থম চনতুনা থমদবা মীগীদমক্ কদৌউৈদস্মু নঙনা হায়বোইদোবনি, ভক্ত ওইদবা

মীগীদমক্স্ হায়রোইদবনি অদুগা মসিবু তাঃনীংদবা মত্রগা গুরু অমস্থং ঈশ্বরগী সেবা পূজা তৌদবা মীগীদমক্স্ হায়বোইদবনি; অদুগা মীদুনা কৃষ্ণ ঐগী দোষ যেংদুনা নিন্দা তৌবা ওইববদি, মাগীদমক্স্ কদৌউডেস্ মসিবু হাযবোইদবনি ॥৬৭॥

হৌজিক্ গীতা শাস্ত্রগী গুরু-শিষ্য মথং-মনাও নাইনা চৎহনবা অদুগী মহৈঃ অস্মু তাক্লি—

**য ইদং পরমং গুহ্যং মদ্ভক্তেষ্বভিধাস্যতি।**
**ভক্তিং ময়ি পরাং কৃত্বা মামেবৈষ্যত্যসংশয়ঃ ॥৬৮॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** - যঃ = গুরু ওইবা মীদুনা ; ময়ি = বাসুদেব কৃষ্ণ ঐঙোন্দ ; পরাং ভক্তিং কৃত্বা = অথোইবা ভক্তি তৌদুনা (গীতা তম্বীবা ঃাক্‌পিব'সি পরম গুরু শ্রীভগবানগী অথোইবা সেবানি লেপ্পুনা) ; মদ্ভক্তেষু = কৃষ্ণ ঐগী ভক্ত ওইবা মী-শিংগী মফমদা ; ইদং পরমং গুহ্যং = য়ামনা থ্প্পবা গীতা শাস্ত্রসিবু ; অভিধাস্যতি = তাঃহনগনি অমস্থং তমবীগনি ; সঃ অসংশয়ঃ = অদু গুমবা মীদু চিংনবা অমত্ত লৈতনা ; মাম্ এব এষ্যতি = কৃষ্ণ ঐমক্তবু শোয়দনা ফংগনি ॥৬৮॥

**অপূর্ব অর্থ :**— গুরু ওইবা মীদুনা বাসুদেব কৃষ্ণ ঐঙোন্দ অথোইবা ভক্তি তৌদুনা কৃষ্ণ ঐগী ভক্ত ওইবা মী-শিংগী মফমদা য়ামনা থ্প্পবা গীতা শাস্ত্রসি তাঃহনগনি অমস্থং তমবীগনি। অদুগুমবা মীদু চিংনবা অমত্ত লৈতনা কৃষ্ণ ঐমক্তবু ফংগনি ॥৬৮॥

গীতা শাস্ত্রবু তমবীবা অমসুং তাঃহনবা মীবু থাগত্তুনা শ্রীভগবান্ন হৌজিক্ হায়রি—

**ন চ তস্মান্মনুষ্যেষু কশ্চিন্মে প্রিয়কৃত্তমঃ।**
**ভবিতা ন চ মে তস্মাদন্যঃ প্রিয়তরো ভুবি ॥৬৯॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**—মনুষ্যেষু=মী ওইবশিংগী মনুংদা ; তস্মাৎ= মতোন্দগী থোইদোক্-হেন্দোক্পা। (অথোইবা ভক্তি তৌদুনা গীতা শাস্ত্রবু তমবীরিবা অমসুং তাঃহল্লিবা মহাক্ অদুদগী থোইদোক্-হেনদোকপা); মে প্রিয় কৃত্তমঃ=কৃষ্ণ ঐগী থোইদোক্না অপামবা তৌবা; কশ্চিৎ ন চ—অতোপ্পা কনা অমত্ত লৈতে ; অদুগা - তস্মাৎ=মী অদুদগী থোইনা হেননা ; প্রিয়তরঃ=কৃষ্ণ ঐগী নুংশিফম ওইবা ; অন্যঃ=অতোপ্পা মী অমা ; ভুবি=পৃথিবীসিদা ; ভবিতা ন চ= তুংদা ওইরোই। (গীতা শাস্ত্রবু তমবীদুনা অমসুং তাঃহন্দুনা গুরু পরম্পরা কায়দনা চংহল্লিবা মী অদুদগী থোইনা হেননা কৃষ্ণ ঐনা নুংশিবা মী, মনাংদসু ওইখিদে ; হৌজিক্সু ওইদে, তুংদসু ওই-রোই) ॥৬৯॥

**অপূম্ব অর্থ :**— মীওইবশিংগী মনুংদা গীতা শাস্ত্রবু তমবীরিবা অমসুং তাঃহল্লিবা মহাক্ অদুদগী থোইদোক্-হেন্দোক্পা কৃষ্ণ ঐগী থোইদোক্না অপামবা তৌবা অতোপ্পা কনা অমত্ত লৈতে, অদুগা গীতা তমবী-তাঃহল্লিবা মীদুদগী থোইনা হেননা কৃষ্ণ ঐগী নুংশিফম ওইবা অতোপ্পা মী অমা পৃথিবীসিদা লৈখিদে, লৈতে অমসুং তুংদসু লৈরোই ॥৬৯॥

মথক্কী শ্লোক অনীদা গীতা শাস্ত্রবু তমবীবা অমস্তুং তাঃহনবা ভক্ত ওইবা মীনা কবি মহৈঃ ফংবগে হায়বতু তাক্লে, হৌজিক্ গীতা শাস্ত্রসিবু তমলিবা, তাঃরিবা অমস্তুং পারিবা মীনা করি মহৈঃ ফংবগে হায়বতু শ্রীভগবান্ন অস্তুম্ন তাক্লি—

**অধ্যেষ্যতে চ য ইমং ধর্ম্ম্যং সংবাদমাবয়োঃ।**
**জ্ঞানযজ্ঞেন তেনাহমিষ্টঃস্যামিতি মে মতিঃ ॥৭০॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ** যঃ চ—অতুগা মীতুনা ; আবয়োঃ—এখোয় অনীগী (অর্জ্জুন নঙ অমস্তুং কৃষ্ণ এ-এখোয় অনীগী ); ইমং ধর্ম্ম্যং সংবাদম্—ধর্ম্মগী মশক্ ওইবা য়াহং পাওথুমগী মওঙ ওইবা গীতা শাস্ত্রসিবু ; অধ্যেষ্যতে—তমগনি অমস্তু, জপ তৌবগী মওঙ ওইনা পাগনি ; তেন—অদুগুমবা মীতুনা ; জ্ঞান যজ্ঞেন—জ্ঞান যজ্ঞ তৌতুনা, অহং ইষ্টঃ স্যাম্—কৃষ্ণ এগী মশীক্ চা.বা সেবা তৌবে হায়বসি ; মে মতিঃ—কৃষ্ণ এগী অরেপ্পনতনি। ( গীতা শাস্ত্রবু অর্থ খঙবগা লোয়ননা পাতুনা মশামক্পু শ্রীভগবান্দ তিলহল্লগা শ্রীভগবান্দগী অংতাপ্প নত্তে খঙবসি জ্ঞান যজ্ঞনি, মতুদগী মীতুনা শিববা মতুংমতুদা মোক্ষ ফংতুনা মতম পূম্নমক্কাদমক্ শ্রীভগবান্দ তিনতুনা লৈগনি) ॥৭০॥

**অপূন্ন অর্থ ঃ—** অতুগা মীতুনা অর্জ্জুন অমস্তুং কৃষ্ণ এখোয় অনীগী ধর্ম্মগী মশক্ ওইবা য়াহং পাউথুমগী মওঙ ওইবা গীতা শাস্ত্রসিবু তমগনি অমস্তুং জপ তৌবগী মশক্ ওইনা পাগনি, অদু-

গুমবা মীহুনা জ্ঞান যজ্ঞ তৌহুনা কৃষ্ণ ঐগী মতীক্ চাঃবা সেবা তৌবে হায়বসি কৃষ্ণ ঐগী অবেপ্ন মতনি ॥৭০॥

গীতা শাস্ত্রবু ভমবা অমস্তুং পাবা গুমদবা মীনা মসিবু তাঃজবগা করি মহৈঃ ফংবগে হায়বহু হৌজিক্ শ্রীভগবান্না অস্তুম্ন ভাক্লি—

শ্রদ্ধাবাননসূয়শ্চ শৃণুয়াদপি যো নরঃ।
সোহপি মুক্তঃশুভাঁল্লোকান্ প্রাপ্নুয়াৎ
পুণ্যকর্ম্মণাম্ ॥৭১॥

**অম্বয়ব্যাখ্য :** যঃ নবঃ—মীহুনা; শ্রদ্ধাবান—য়াম্না থাজবগা লোয়নন‌া; অনসূয়ঃ চ—অমসুং কল্লক্-য়েংথি তৌদনা (গীতা তাহল্লিবা মীহুদা কল্লক্‌পা অমসুং য়েংথিবা তৌদনা), শৃণুযাৎ অপি=গীতা শাস্ত্রসিবু থরায য়াওনা তারবসু; সঃ অপি=অদু-গুমবা মীহুনস্ু; মুক্তঃ—পাপ পুম্নমক্তগী নাম্থোকুনা; পুণ্যকর্ম্মণাম্ —পুণ্য য়ামনা তৌবা মীশিংনা ফংগদবা, শুভান্ লোকান্ প্রাপ্নুয়াৎ =অফবা লোকশিংবু ফংই ॥৭১॥

**অপূম্ব অর্থ :**— মীহুনা যামনা থাজবগা লোয়ননা অদুগা গীতা তাহল্লীবা মীহুদা কল্লকপা অমসুং য়েংথিবা তৌদনা গীতা শাস্ত্রসিবু থরায় য়াওনা তাজরবসু, অদুগুমবা মীহুনসু পাপ পুম্নমক্তগী নাম্থোকুনা পুণ্য তৌবা মীশিংনা ফংগদবা অফবা লোকশিংবু ফংই ॥৭১॥

শিষ্য ওইনা চঙজরকলিবা অর্জ্জুনগী মপূক্কীংদা চিংনবা লৈরিব্রা নত্রগা লৈতববরা হায়বসিবু খঙগে হায়বগীদমক্ হৌজিক্ শ্রীভগবান্ন কৃপা তৌবিহুনা অর্জ্জুনগী মফমদা অস্থুম্ন হংলি—

কচ্চিদেতৎ শ্রুতং পার্থ ত্বয়ৈকাগ্রেণ চেতসা।
কচ্চিদজ্ঞান সংমোহঃ প্রনষ্টস্তে ধনঞ্জয় ॥৭২॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** পার্থ=পৃথাগী (কুন্তীগী) মচা হে অর্জ্জুন ! ত্বয়া=নহাক্ন ; একাগ্রেণ চেতসা=পূক্কীং অমত্ত ওইনা ( পূক্কীং চঙনা) কচ্চিৎ এতৎ শ্রুতং = কৃষ্ণ ঐনা হায়খিবা গীতা শাস্ত্রসিবু তাখিবরা ? ধনঞ্জয় = হে ধনঞ্জয় ( অর্জ্জুন )। তে=নহাক্কী ; অজ্ঞান সং মোহঃ =অজ্ঞাননা ( খঙদবনা ) মরম্ ওইহুনা শেবান ননা খঙলম্বহু ; কচ্চিৎ প্রনষ্টঃ=মাঙখ্রবরা ? ॥৭২॥

**অপূন্ন অর্থ :—** কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন ! নহাক্ন পূক্কীং চঙনা কৃষ্ণ ঐনা হায়খিবা গীতা শাস্ত্রসিবু তাখিবরা ? হে ধনঞ্জয় ! নহাক্কী অজ্ঞাননা ( খঙদবনা ) মরম্ ওইহুনা শেবান-ননা খঙলম্বহু মাঙখ্রবরা ? ॥৭২॥

মতৌ অস্থুম্ন শ্রীভগবান্ন কৃপা তৌবিহুনা হংবহু তারগা করিগুম্বরা চিংনবা অমত্ত লৈতবে হায়বসিবু খঙহনগে হায়বগীদমক্ অর্জ্জুননা অস্থুম্ন হায়জে—

## অর্জ্জুন উবাচ

**নষ্টো মোহঃ স্মৃতির্লব্ধা ত্বৎপ্রসাদান্ময়াচ্যুত।**
**স্থিতোঽস্মি গতসন্দেহঃ করিষ্যে বচনং তব ॥৭৩॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা** :— অর্জ্জুন উবাচ=অর্জ্জুননা হায়জি ; অচ্যুত=মতম পূম্নমক্ত নশাংগী মওঙ কায়দনা লৈবা হে ভগবান্! ত্বৎপ্রসাদাৎ ঈবুংঙো নহাক্কী থৌজান্দগী ; মোহঃ নষ্টঃ=অজ্ঞাননা মরম্ ওইদুনা শেবান-ননা খঙলম্বদু মাঙখ্রে ; ময়া=অর্জ্জুন এনা ; স্মৃতিঃ লব্ধা=ঐগী অশেংবা আত্মতত্ত্ববু নীংশিংদুনা তশেংনা খঙজবে ; গতসন্দেহঃ স্থিতঃ অস্মি=অদুগা চিংনবা পূম্নমক্ কোক্লুনা ঐ লৈজরে; তব বচনং করিষ্যে ঈবুংঙো নহাক্ক হায়বা মতুং ইননা লান-নচিংবা থবক্ পূম্নমক্ এনা তৌজবগনি ॥৭৩॥

**অপূন্ব অর্থ** :— অর্জ্জুনা হায়জখি—মতম পূম্নমক্ত নশাংগী মওঙ কায়দনা লৈবা হে ভগবান্! ঈবুংঙো নহাক্কী থৌজান্দগী ঐগী অজ্ঞাননা মরম্ ওইদুনা শেবান-ননা খঙলম্বদু মাঙখ্রে, ঐনা ঐগী অশেংবা আত্মতত্ত্ববু নীংশিংদুনা তশেংনা খঙজবে, অদুগা চিংনবা পূম্নমক্ কোক্লুনা লৈজরে ; ঈবুংঙো নঙনা হায়বা মতুং-ইননা লান-নচিংবা থবক্ পূম্নমক্ ঐনা তৌজরগনি ॥৭৩॥

## অথ প্রস্তাবঃ

শ্রীভগবানগী উপদেশগী মশক্ ওইনা হায়বা গীতা শাস্ত্রসি মুপ্ত অর্জ্জুনগীদমক্ত নত্তে। শ্রীভগবানগী অর্জ্জুনবু লৌঃদুনা য়াইফবা

পামবা ভক্ত পুম্নমক্কীদমক্ গীতা শাস্ত্র হায়বনি। মরম্ অসিনা শ্রীভগবান্‌গী চবণ ফংজহনা যাইফবা পামবা মী থৃদিংমক্ গীতা শাস্ত্রসিবু হননা হননা পাহনা মসিগী মহুংদা হায়বা অথ্‌ংব্রা'বু চিংনবা লৈতনা নীংথিনা খঙননবা মতম পুম্নমক্ত হোৎনদুনা লৈ-গদবনি, অহগা মমৈথঙদা অর্জ্জুননা শ্রীভগবান্‌গী মৃফমদা "নষ্টো মোহঃ" অসি-নচিংবা হায়বগী মতৌগুমনা গীতা শাস্ত্রগী অভ্যাস তৌহনা লৈবা মী-নসু মশাংগী অশেংবা আত্মতত্ত্ববু শংশঙনা তশেংনা খঙলগা হায়বা ঙমনবা হোৎনগদবনি। মশাংগী অশেংবা মশক্ ওইবা আত্মতত্ত্ববু খঙবা ঙমলবদি পোক্‌পগী মহৈং যাললে খঙগদবনি। পবব্রহ্মগী মশক্ ওইবা আত্মতত্ত্ববু খঙলবতদা পোক্‌পা শিবা নাইবা অমসুং অব্রাবগী মশক্ ওইবা সংসারসিদা অমুক্ হল্লক্লবোই-দবনি, মতম পুম্নমক্ত লেঙদনা লৈবা মুংঙাইবগী মশক্ ওইবা ব্রহ্ম ওইহনা লৈগদবনি। মবম্ অসিনা শ্রুতিনসু অসুম্ন হায়ক্রি--
"স্মৃতিলম্ভে সর্ব্বগ্রন্থীনাং বিপ্রমোক্ষঃ" (ছাঃ উঃ ৭।২৬।২)
"লেপ্প, হৌবা লৈতবা মতমদগী কাউহনা লৈবমবা আত্মতত্ত্বগী অশেংবা মশকপু নীংথিনা নীংশিংহনা খঙলবদা সংসারদা পুন্দুনা লৈনবা কিশি পুম্নমক্ নাম্ফোক্‌ই" "ছিদ্যন্তে সর্ব্বসংশয়াঃ" (মুঃ উঃ ২।২।৮) "ব্রহ্মতত্ত্বগী মশক্ ওইবা আত্মাবু খঙলবদা চিংনবা পুম্নমক্ পুমকোক্ কোক্‌ই।" "তরতি শোকমাত্মবিৎ" (ছাঃ উঃ ৭।১।৩) "আত্মাবু শংশঙনা খঙলবা মীনা অব্রা-মুংঙাইতবা পুম্নমক্ লাম্ফোক্‌ই।" মরম্ অসিনা অব্রাবগী মশক্ ওইবা সংসারদগী লাম্ফোক্‌পা পামবা মীনা মতম পুম্নমক্ত মশাংগী অশেংবা মশক্

ওইবা আত্মতত্ত্ববু তশেংনা খঙনবা পুক্নীং চঙনা হোৎনজুনা নৈগ-দবনি ॥৭৩॥

গীতা শাস্ত্র লোইরে। হৌজিক্ ধৃতরাষ্ট্রবু মহাভারত লানগী র্‌বাঃ তাঃহল্লিবা সঞ্জয়না মঙোন্দ (ধৃতরাষ্ট্রদা) অর্জ্জুন অমসুং কৃষ্ণগী র্‌বাঃহং-পাউথুম অদুবু লোইশিনজুনা অস্নুম্ন হায়রি—

## সঞ্জয় উবাচ

**ইত্যহং বাসুদেবস্য পার্থস্য চ মহাত্মনঃ।**
**সংবাদমিমশ্রৌষমদ্ভুতং রোমহর্ষণম্ ॥৭৪॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** সঞ্জয়ঃ উবাচ=সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা অস্নুম্ন হায়খি—অহং=ঐনা (সঞ্জয়না); ইতি=মতৌ অস্নুম্ন; [(সেনয়োরুভয়োর্মধ্যে" (গীতা ১।২১) অসিদগী হৌজুনা "করিষ্যে বচনং তব" (গীতা ১৮।৭৩) ফাওবগী মতৌ অস্নুম্ন]; মহাত্মনঃ বাসুদেবস্য=মহাত্মা (পুক্চেল য়াম্না চাউবা) বাসুদেব ভগবান্; পার্থস্য চ=অমসুং পৃথাগী (কুন্তীগী) মচাঃনীপা অর্জ্জুনগী; রোমহর্ষণম্=তুজুংবা পোক্‌হনবা; অদ্ভুতং=অঙ্গা অঙকপগী মশক্ ওইবা; ইমং সংবাদং=র্‌বাঃহং পাউথুম ওইনা অথুপ্প তত্ত্বগী মরম্‌দা ভাংখিবসিবু; অশ্রৌষম্=তারম্মী ॥৭৪॥

**অপূন্ব অর্থ :**— সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা অস্নুম্ন হায়খি—ঐনা মথক্ত হায়খিবা মতৌ অস্নুম্ন পুক্চেল য়াম্না চাউরবা

বাস্নুদেব ভগবান্ অমস্নুং কুন্তীগী মচা অর্জ্জুনগী তুজুংবা পোক্-হনবা অচুগা অঙকপগী মশক্ ওইবা রাহং-পাউথুম ওইনা অথ্প্ল তম্বগী মরমদা তাংনখিবসিবু তারম্মী ॥৭৯॥

হৌজিক্ সঞ্জয়না হস্তিনাপুরদা ফমতুনা লৈবগা কুরুক্ষেত্রদা তাঙনখিবা রাংবু করম্ন তারম্মী অমস্নুং মতুদা (কুরুক্ষেত্রদা) থোক্-খিবা থোদোক্শিংবু করম্ন উরম্মী হায়রবতু অস্নুম্ন তাক্লি -

ব্যাসপ্রসাদাৎ শ্রুতবানিমং গুহ্যমহং পরম্।
যোগং যোগেশ্বরাৎ কৃষ্ণাৎ সাক্ষাৎ কথয়তঃ ॥৭৫॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— ব্যাস প্রসাদাৎ = ভগবান্ বেদব্যাসগা থৌজানদগী দিব্যদৃষ্টি ফংতুনা ; অহং = এনা ( সঞ্জয়না ) ; স্বয়ং কথ-য়তঃ = মশাঃমক্ল (কৃষ্ণমক্ল) অর্জ্জুনগী মফমদা হায়খিবা ; যোগেশ্বরাৎ কৃষ্ণাৎ = যোগ পুম্নমক্কী মপু ওইতুনা লৈবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদগী ; পরং-গুহ্যং = থোইদোক্ল থ্প্লবা ; ইমং যোগং = কর্ম্ম, ভক্তি অমস্নুং জ্ঞানগী মশক্ ওইবা যোগসিবু ; সাক্ষাৎ শ্রুতবান্ = শংশঙনা তাঃখি ॥৭৫॥

**অপূন্ব অর্থ :**— ভগবান্ বেদব্যাসগী থৌজানদগী দিব্যদৃষ্টি ফংতুনা এনা ( সঞ্জয়না ) যোগ পুম্নমক্কী মপু ওইতুনা লৈবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ মশাঃমক্ল অর্জ্জুনগী মফমদা হায়খিবা থোইদোক্ল থ্প্লবা কর্ম্ম, ভক্তি অমস্নুং জ্ঞানগী মশক্ ওইবা যোগসিবু শংশঙনা তাঃরম্মী ॥৭৫॥

হৌজিক্ সঞ্জয়না মাগী মপূক্লীংগী রাংবু অস্নুম্ন হায়রি—

রাজন্ সংস্মৃত্য সংস্মৃত্য সংবাদমিমমদ্ভুতম্ ॥
কেশবার্জ্জুনয়োঃ পুণ্যং হৃষ্যামি চ মুহুর্মুহুঃ ॥৭৬॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**—রাজন্ = হে রাজা ধৃতরাষ্ট্র ! কেশবার্জ্জুনয়োঃ = কেশব ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ অমস্তুং অর্জ্জুনগী ; পুণ্যং = পুণ্য ওইবা (তাবমক্তদা পাপ কোক্লবগী মশক্ ওইবা) ; অদ্ভুতং = অদ্ভুগা অঙকপগী মশক্ ওইবা ; ইমং সংবাদম্ = ব্রাঃহং-পাউথুম ওইনা ঊাওনখিবসিবু ; সংস্মৃত্য সংস্মৃত্য = নীংশিং নীংশিংলুবগা, মুহুঃ মুহুঃ = হননা হননা ; হৃষ্যামি = ঐনা হরাওই ॥৭৬॥

**অপূন্ব অর্থ ঃ**— হে রাজা ধৃতরাষ্ট্র ! কেশব ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ অমস্তুং অর্জ্জুনগী তাংবমক্তদা পাপ কোক্লবগী মশক্ ওইবা অমস্তুং অঙকপগী মশকস্তু ওইবা ব্রাহং পাউথুম ওইনা ঊাওনখিবসিবু নীংশিং-নীংশিংলুবগা ঐনা হননা হননা হরাওই ॥৭৬॥

হৌজিক্ অর্জ্জুনগী মকমদা শ্রীভগবান্ বিরাট স্বরূপ য়েংহনশিবা অদ্ভুত নীংশিংলুবগা সঞ্জয়না অস্তুম হায়রি—

তচ্চ সংস্মৃত্য সংস্মৃত্য রূপমত্যদ্ভুতং হরেঃ ।
বিস্ময়ো মে মহান্ রাজন্ হৃষ্যামি চ পুনঃ পুনঃ ॥৭৭॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**— রাজন্ ! হে মহারাজ ধৃতরাষ্ট্র ! হরেঃ = অরাবা পূম্নমক্পু কোক্পিহৈবা বিশ্বরূপ (সংসারগী মওঙ ওইবা) বিরাট্ স্বরূপ অদ্ভুবু ; সংস্মৃত্য সংস্মৃত্য = নীশিং-নীংশিংলুবগা ; মে মহান্ বিস্ময়ঃ = সঞ্জয় ঐগী পূক্নীংদা য়াম্না থোইনা অঙকপা

ওইরি ; চ=অদুগা ; পুনঃ পুনঃ হৃষ্যামি=সঞ্জয় ঐ হননা হননা হরাওদুনা লৈরি—॥৭৭॥

**অপুম্ব অর্থ :**- হে মহারাজ ধৃতরাষ্ট্র! অঙ্গাবা পুন্নমকপু কোক্পিহৈবা বিশ্বরূপ, ভগবান্ বাসুদেবকী যামনা অঙকপনী মশক্ ওইবা বিরাট্ স্বরূপ অদুবু নীংশিং নীংশিংলুবগা সঞ্জয় ঐগী পুক্নীংদা যামনা থোইনা অঙকপা ওইরি অদুগা সঞ্জয় ঐ হরাওবনা হননা হননা তু-চুংলি ॥৭৭॥

হৌজিক্ গীতাগী অরোইবদা সঞ্জয়না লাল কনানা ওমগদগে হায়বদু মাগী পুক্নীংদা থন্থিবগী মতুংইননা অস্থম্ন হায়রি—

**যত্র যোগেশ্বরঃ কৃষ্ণো যত্র পার্থো ধনুর্ধরঃ।**
**তত্র শ্রীর্বিজয়ো ভূতির্ধ্রুবা নীতির্মতির্মম ॥৭৮॥**

**ইতি শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতাসু উপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন সংবাদে মোক্ষ-সন্ন্যাস যোগো নাম অষ্টাদশোঽধ্যায়ঃ ॥১৮॥**

অন্বয়ব্যাখ্যা :—( হে মহারাজ ধৃতরাষ্ট্র! ঐনা করি অমুক্ হায়রিসিগে ), যত্র=মীচং অদুদা , যোগেশ্বরঃ কৃষ্ণঃ=কর্ম্মযোগ-নচিংবা যোগ পুন্নমকী মপু ওইদুনা লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণ য়াওরি ; যত্র=মীচং অদুদা ; ধনুর্ধরঃ পার্থঃ=গাণ্ডীব্ লীকংবু পায়বা অর্জ্জুন লৈরি; তত্র=অদুগুমবা যুধিষ্ঠিরগী মীচং অদুদা ; শ্রী=রাজলক্ষ্মী ; বিজয়ঃ—বিজয় ( লাল ওমবা ); ভূতি=রাজলক্ষ্মীগী মথং মথং চাওখৎপা ;

ধ্রুবা নীতিঃ=লেংদনা য়াঃয়েন চুমবা ওইগনি হায়বসি ; মম মতিঃ =সঞ্জয় ঐগী অরেপ্প য়াখল্লী ॥৭৮॥

**অপুম্ব অর্থঃ**—মীচং অত্থদা যোগেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ য়াওরি, অত্থগা মীচং অত্থদা গাণ্ডীব লীক্লংবু পায়বা অর্জ্জুন লৈরি, অত্থ-শুমবা যুধিষ্ঠিরগী মীচংদা রাজলক্ষ্মী, বিজয় ( লাল ওমবা ), রাজ-লক্ষ্মীগী মথং মথং চাওখৎপা, লেংদনা য়ায়েল চুমবা ওইগনি হায়বসি সঞ্জয় ঐগী অরেপ্প য়াখল্লী ॥৭৮॥

মতৌ অস্মুম্ন শ্রীভগবান্ন শক্পা উপনিষৎশিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক্ ওইবা যোগ শাস্ত্রগী মন্নুংদা অর্জ্জুন অমস্তং শ্রীকৃষ্ণগী য়াঃহং পাউথুম ওইনা ঙাংনবদা মোক্ষ-সন্ন্যাসযোগ" কৌবা তরানিপান-শুবা অধ্যায়গী স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা ইবা অথূপ্প য়াঃগা লোয়নবা অন্বয়ব্যাখ্যা লোইরে ॥১৮॥

॥ মসিদা শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা লোইরে ॥

"হরি ওঁ তৎ সৎ"

ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ ॥

—:( 0 ):—

তাং ৬। ৯। ১৯৮৭ ইং

## জ্ঞান মন্দিরগী কমিতি মেম্বরশিং—

১। শ্রীলাওবম ডাঃ বারুনী সিংহ — প্রেসিডেন্ট
২। " কাংজম ডাঃ বিনোদকুমার সিংহ — সেক্রেটারী
৩। " সোংমৈকাপম যন্ত সিংহ — ট্রেজরর
৪। " নিংথৌজম নদীয়াচান্দ সিংহ — মেম্বর
৫। " লাইশ্রম মনি " — "
৬। " অধিকারীময়ুম জিতেশ্বর শর্ম্মা — "
৭। " ইরোম বিজয় সিংহ — "
৮। " থুঙ্গাকপম ছত্রজিৎ " — "
৯ " লাইশ্রম ত্রিপুঞ্জয় " — "
১০। " শুইনাম মঙ্গী " — "
১১। " টিকেন্দ্র সিংহ ডাঙোম্ব — "
১২। " ডাওবম ভোগেন্দ্র সিংহ — "
১৩। " অহৈবম ভগীরথ " — "
১৪। " লাইশ্রম নীলচান্দ " — "
১৫। " সৌক্রাকপম নদীয়াচান্দ সিংহ — "

৺শ্রীনোংথোম্বম ধর্ম্ম সিংহ অমসুং ৺শ্রীব্রজবাসীময়ুম মনিন্দ্রা শর্ম্মা, স্বর্গীয় মরূপ অনী অসী জ্ঞান মন্দিরগী কাউন্সিল মেম্বর ওইবীরমগী লোয়ননা কমিতি মেম্বর ওইবিদুনা থোইদোকপা তেঙবাং পীবিরমই। মতম চাদনা মেম্বর অনীনা পরলোক গতি ওইখিবসি জ্ঞান মন্দিরগী অমাঙবনি হায়না লৌঃনৈ। মরূপ অনীগী অত্মা-শান্তি পীবি-নবা শ্রীপরমাত্মাগী চরণদা প্রার্থনা তৌজরি।

তাং ২০।৩।৮৮ ইং

জ্ঞান মন্দির

# অরানবা চুমথোকপা

| লামায় | পরেং | অরানবা য়াহৈ | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১০৬৬ | ১৬ | ক্ষেএজ্ঞ | ক্ষেত্র |
| ১০৮১ | ২ | য়াংপা | রসতন্মাত্র |
| ১০৮৩ | ২০ | থিংজিনবা | থিংজিনদবা |
| ১১০০ | ● | ক্ষেত্রগা | ক্ষেত্রজ্ঞগী |
| ১১০২ | ১৪ | তমসঃ | তমসঃপব |
| ,, | ১১ | জ্ঞ্যানগম্যং | জ্ঞানগম্যং |
| ১১০৫ | ৫ | সমাগতঃ | সমাসত |
| ১১০৬ | ১ | প্রকৃতিং | প্রকৃতিং |
| ,, | ৩ | ক্ষেত্রগী | ক্ষেত্রজ্ঞগী |
| ১১০৭ | ৮ | ক্ষেত্রগী | ক্ষেত্রজ্ঞগী |
| ১১০৮ | ২০ | ওস্থত্রিবী | ওস্থহুনা লৈবী |
| ১১১০ | ১১ | দৃশ্য | দৃশ্যয়ো |
| ১১১১ | ১৭ | স্লোক ১২ | শ্লোক্ ২২ |
| ১১১৬ | ৩ | আপ | অপি |
| ১১১৭ | ৭ | সংখ্যযোগনা | সাংখ্যযোগনা |
| ,, | ১৯ | অনেভ্যঃ | অন্যেভ্য |
| ১১২৩ | ৭ | হিনস্ত্যাত্মনা হহ আনং | হিনস্ত্যাত্মন আনং |
| ১১২৫ | ১২ | তথা হহ আনম | তথাত্মানম |
| ,, | ১৮ | অচৌবা | অতৌবা |
| ১১৩৩ | ১০ | দেহ হহ | দেহে |
| ,, | ,, | তথা২২ত্মা | তথাত্মা |
| ১১৩৫ | ৭ | সর্ব্বভতান্তরাত্মা | সর্ব্বভূতাস্তরাত্মা |
| ১১৩৮ | ১৮ | ২বা শ্লোকী মহুংদা চ হেল্লে | |
| ১১৩৯ | ● | চ=প্রলয় | প্রলয়ে চ |
| ১১৪৪ | ৬ | ওমদবা | ওম্বা |

| পৃষ্ঠায় | পংক্তি | অশুদ্ধ আছে | শুদ্ধ |
|---|---|---|---|
| ১১৪৫ | ১৭ | তং নিবধ্নাতি | তন্নিবধ্নাতি |
| ১১৬২ | ১০ | বর্ত্তন্তে | বর্ত্তন্ত |
| ১১৬৭ | ১৫ | প্রতিষ্ঠাহমমৃতস্যাহ-ব্যয়স্যচ | প্রতিষ্ঠাহমমৃতস্যাব্যয়-স্যচ |
| ১১৭৮ | ৮ | যাস্মিন | যস্মিন |
| ১১৮৩ | ২১ | গচ্ছতি | গচ্ছন্তি |
| ১২১১ | ২ | অভিমানিতা | অতিমানিতা |
| ১২১২ | ১০ | দর্পো'হভিমানশ্চ | দর্পো'ভিমানশ্চ |
| ,, | ১৭ | অভিমান | অভিমান |
| ১২১৫ | ৪ | তেষু বিদ্যতে | তেষু বিদ্যতে |
| ১২২১ | ১০ | আঢ়্যোহভিজনবানস্মি | আঢ্যোভিজনবানস্মি |
| ১২২৮ | ৪ | সিদ্ধম | সিদ্ধিম্ |
| ১২৩৩ | ৮ | শ্রদ্ধামমোহয়ং | শ্রদ্ধাময়োঽয়ং |
| ১২৩৫ | ১০ | বিদ্ধ্যাসুরনিশ্চয়ান্ | বিদ্ধ্যাসুরনিশ্চয়ান্ |
| ১২৩৬ | ৭ | শরীরস্থংমাংচ | শরীরস্থংমাঞ্চৈব চ |
| ১২৩৭ | ১৫ | দানং চ | দানং ( চ অম হেয়ে ) |
| ,, | ১৯ | ভেদং শৃনু | ভেদমিমং শৃনু |
| ১২৪৯ | ১৫ | পষ্যুষিতং | পর্য্যুষিতং |
| ১২৫০ | ১৪ | বেদা | বেদাশ্চ |
| ১২৬০ | ৭ | কর্ম্মফলসঙ্গম | কর্ম্মফলাসঙ্গম্ |
| ১২৬১ | ১৮ | কেশিযুদনা | কেশিনিযুদনা |
| ১২৬৮ | ১ | যজ্ঞসদান | যজ্ঞদান |
| ১২৭৪ | ৫ | পীঠৈবা | পীঠৈদবা —অন্বয়ব্যাখাদা অস্তুম্না পীঠৈদবা ( মদু তৌবদা য়াইফবা ফং-লোইদনা ) |

| লমায় | পরেং | অরানবা ৱাহৈ | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| | | | কাম্য কর্ম্মদা য়েংখিবা তৌদে, (তথা ) কুশল ন অনুষজ্জতে=মতৌ অসুম্না য়াইকবা পীহৈবা ( মহু তৌবদা পুকনিং শেংনবগী মশক ওইবা য়াইকবা ফংগদবা)·········॥১০॥ |
| ১২৮৫ | ২০ | ক্রিয় | ক্রিয়া |
| ১২৯৬ | ৮ | তৌ | তৌবা |
| ১৩১২ | ১৯ | করিবা | করি |
| ১৩১৩ | ২০ | ধৃতা | ধৃত্যা |
| ১৩১৭ | ১৩ | সাত্ত্বিকম | সাত্ত্বিকম্ প্রোক্তম্ |
| ,, | ১৪ | মুখমাত্মোৎথম্ | সুখমাত্মোৎথম্ |
| ১৩২২ | ৩ | ধয়ন' | ধ্যয়নং |
| ১৩২৩ | ১৩ | ভাগবত ১১/১৭/২৩ | ভাগবত ১১/১৭/১৩ |
| ১৩৪৫ | ১০ | যোগী | যোগগী |
| ১২৭৮ | ৬ | তদরাজসমুদাহৃতম্ | তদ্দানং রাজসং স্মৃতম্ |
| ,, | ২০ | তৎতামসমুদাহৃতম্ | তত্তাসমুদাহৃতম্ |
| ১৩৫৬ | ১৫ | ইবুঙো | ইবুংঙো |
| ১৩৮৪ | ৬ | তেনাহহমিস্ট | তেনাহমিষ্ট |
| ১৩৮৭ | ৩ | হায়জজি | হায়জখি |
| ১৩৯০ | ৮ | কথয়তঃ | কথয়ত স্বয়ম্ |
| ১৩৯৩ | ১১ | ভূতিধ্রুবা | ভূতির্ধ্রুবা |
| ১১৫৪ | ৩ | ভাঃ ১২/১১/৯ | ভাঃ ১১/১১/৯ |

লমায় ১১৫৯ দগী ১১৫৯ ১৩শুবা অধ্যায় ইবগী মফমদা ১৪শুবা অধ্যায় ইগনি।

লামায় ১৩১০ গী অন্বয়ব্যাখ্যাদা গুনতঃগী অর্থ ...

(ত্রিবিধং গুনতঃ=সত্ত, রজ, তম হায়বা গুন ... মশিংগী)



# শ্রীমৎপরমহংস

স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি

শ্রীমৎপরমহংস মহারাজ মীতৈ মচানি। ইংশোক ১৯১৪ গী মে তাং ২৩, কালেনবী ২৯ নি পানবা থাংজ নুমিত্তা, কৈশামথোং লাইশোম লৈরক, ইম্ফালদা পোক্‌ই। মমাক অহৈবমনি। মমদনা ইবোবী, মরুপদনা অহৈবম চাওবা কৌই। শ্রীইবোবী মশামক ধর্ম্মবু য়াম্না নুনা আচরণ তৌবা মী ওইনা হৌরকখি।

মশাগী চহী ২২ শুবা, ইংশোক ১৯৩৬ কী মার্চ্চ তাং ২০ গী অহিংদা ময়ুম থাদোক্লগা তাং ২১/৩/৩৬ ইং মহাবারুনী নুমিত্তা মণিপুর থাদোক্লুনা বনারস (বারাণসী—কাশী) দা চৎখি। কাশীদা লৈদুনা হিমালয়গী বদরী-নারায়ণ-নচিংবা তীর্থ কয়া দর্শন তৌরবা তুংদা কাশীদা লৈবা স্বামী শ্রীমঙ্গল গিরিজীদগী ব্রহ্মচারী দীক্ষা লৌ:দুনা মাগী মতুং ইনদুনা লৈ। ইংশোক ১৯৩৮ গী এপ্রিল থাদা হরিদ্বারগী কুম্ভমেলাদা লাক্লগা শ্রীস্বামী মঙ্গল গিরিজীদগী সন্ন্যাস দিক্ষা লৌ.ই। কুম্ভমেলা লোইরবদা মাগী গুরুজীগা লোয়ননা পঞ্জাবতা চৎলী। পঞ্জাবকী অমৃতসর অমসুং লাহোর মফম অনীদা সংস্কৃত তমদুনা প্রাজ্ঞ অমসুং বিশারদ পরিক্ষা পাশ তৌরগা, শোক ১৯৪৪ দা পঞ্জাব বিশ্ববিদ্যালয়দগী শাস্ত্রী পাশ তৌই। মতুংদা কাশীদা গুরুগী নাক্ত লল্লক্লুনা বেদান্ত তমখি অমসুং বেদান্ত শাস্ত্রী পাশ তৌরবা মতুংদা ১৯৫১ দা বেদান্ত আচার্য্য পরিক্ষা পাশ তৌই। মতৌ অসুমনা শ্রীমৎপরমহংস সন্ন্যাসীশিংগী মরক্তা মথং মথং অহানবা থাক্তা কা:খৎলক্লুনা হৌজিক ভারত খুন্দয়দগী খাংনা সন্ন্যাসী অমা ওইনা লৈবি।

ইংশোক ১৯৭৭ ত মাগী "ভক্তিগী লম্বী" কৌবা মণিপুরীদা ইবা লাইরিক থোঙসবা তুংদগী শ্রীমৎপরমহংসবু কনানো হায়না মণিপুরীশিংনা খিনরকই। ভক্তিগী লম্বগী তুংদা স্বামীজীনা ইবব জ্ঞানগী লম্বী, কর্ম্মগী লম্বী, ব্রহ্মচর্য্য, অবতারগী অথৌবা বা, শ্রীমদ্ভগবদ গীতা ১বা, অনীশুবা অমসুং ওশুবা শরুক, পঞ্চরত্ন, ধ্যানগী লম্বী কৌবা লাইরিকশিং ফোংখ্রে। মতৌ অসুমনা মণিপুর মাতাগী সেবা তৌবিরি।